*অইবগী লাইরিক*

# The Prince and The Rose (Bir Tikendrajit)
## (A HISTORICAL NOVEL)

ফোঙবা চহি - ১৯৯৮

লাইরিক অসিগী হক পুন্নমক লক্ষ্মীপ্রিয়া (পল্লিসর) গীনি । লাইরিক অসিগী শরুক অমতা পল্লিসরগী অয়াবা য়াওদনা শিন্দোকপা নত্রগা শিজন্নবা য়াদে, সমালোচনা তৌবদা মেগাজিন, লাইরিক অমসুং খবরশিংদা তৌবা নত্তে ।



লাই মশীং : ২১ (কু[illegible]ই)

লক্ষ্মীপ্রিয়া (পল্লিসর), খাগেমপল্লি পন্থক, ইম্ফাল, - ৭৯৫০০১ না ফোংদোকপা ।

***লাইরিক নম্ফম :***

২০০০ প্লস কম্যুনিকেসন সেন্তর

খুরাই লম্লোং কৈথেল, ইম্ফাল ।

মমল (দিলক্স) : লুপা ২৯০

# পণ্ডুপশিং


| হিরম | লামাইশিং |
| --- | --- |
| ১। ইরাক্কী হৌরকপা ৱারী | ১ |
| ২। অনৌবা শীল্লমশিং | ২৪ |
| ৩। বাথ পার্টীনা ইরাক্তা পানবা | ৩৬ |
| ৪। ঐতিহাসিক ইরাক | ৫৫ |
| ৫। ইরাক-ইরান লাঞ্জাও, ১৯৮০-৮৮ | ৭৪ |
| ৬। আমেরিকাগী মীরৈবাক্কী রাজনিতি | ৮৮ |
| ৭। ইরাক্কী লাঞ্জাওগী খুৎশু-খুৎলাহ্ 'পেথৎপা | ৯৬ |
| ৮। কুৱেট | ১১৬ |
| ৯। নোংচুপকী পাঙ্গলশিংনা ইরাকপু শান্নরিবনি | ১২৯ |
| ১০। কুৱেট লৌশিনবা | ১৩৬ |
| ১১। ম্যুনিক্তা ভিয়েটনামগা চাংদম্নবা | ১৪৬ |
| ১২। লানথোং শীনবা | ১৫৯ |
| ১৩। লাঞ্জাওগী পাওনিলখোল | ১৭১ |
| ১৪। সাদ্দামগী শাগৎলকপা ধমকি | ১৯৫ |
| ১৫। ইউরোপকী কম্যুনিতিনা কুৱেটকী মরমদা সভা ফম্বা | ২০২ |
| ১৬। উপসাগর লাঞ্জাও | ২১৪ |
| ১৭। অনৌবা পৃথিবী মরা তপ্পা পানবা | ২৩০ |
| ১৮। সাদ্দাম্না পায়রম্লবা নিউক্লিয়ার বোম্মশিং | ২৪২ |
| ১৯। সাদ্দামবু হাৎনবা থৌরাঙশিং | ২৪৬ |
| ২০। ইরাক্তা কুর্দশিংগী মরাইবক | ২৬৩ |

# ৱাহৌদোক

কুন-মাথোই শুবা শতাব্দী হৌরমদাইদা ইরাকী প্রসিদেন্ট সাদ্দাম হুসেইন্না অন্তরজাতিগী রাজনিতি লীলাসিদা অমতা ঙাইবা শুপর পৱার ইউ:এস: অমসুং অনিশুবা পৱার রুসিয়াগী মমাংদা মনিং তম্বা লৈবাক অমগী ইজ্জৎ-ব্যবহার লোইননা হিংনবগীদমক, শরৌ-শীন্নবা থৌরম অমা পায়খৎলক্লমই, মমাংঙৈগী মেসোপোতেমিয়াগী ইতিহাস য়েঙলুরগা। বৃটিশ সম্রাজ্যনা ইংশোক ১৯২০ দা ইরাকপু নমদুনা মশানা য়াজরে হায়হন্দুনা য়াম্না পিক্লবা লৈবাক ওইনা থমখি। নিউক্লিয়ার বোম্মা, রসায়ন বাইওলোজিকেল লালওংগী খুৎলাইশিং লোন্না পৈশিন্দুনা থম্লবদি মমাংঙৈগী ইরাক্কী (মেসোপোতেমিয়া) ফিবম হঞ্জিলক্কনি খল্লদুনা সাদ্দামনা ইরাকপু মশা মরেঙ পান্দুনা পায়ননবা হোৎনবা খুৎশিল-থৌরাং ৱারীনি। বাইবলদা ইরি মেসোপোতেমিয়াগী অর্মাগেদন্দগী পৃথিবীগী লাঙ্গাও অমা হৌগনি; ফরাসী নোষ্টরদামসগী পাঞ্জিগী মতুংইন্না ইং শক ১৯৯৯ দা ৯ নুমিৎ ৯ দা পৃথিবী লাঙ্গাও হৌগনি। মসি ভিদিয়ো কেসেত্তা আমেরিকা খক্তা নত্তনা পৃথিবীগী অয়াম্বা লৈবাক্তা উৎতুনা ইউ: এস: প্রসিদেন্টবু কয়া মিপায়হনখি। ১৯৯১ উপসাগর লাঙ্গাও সুপর পৱার অসিগী মিপায় চাওবগী ৱারিনি।

ইউ:এস:না সোভিয়েট কায়রবা মতুংদা নিউক্লিয়ার বোম্মা লিশিং নিফু মঙা লৈরগা মতোমতা সুপর পাৱার ওইরে, চহি কুন নত্তগা কুনথ্রাগী মনুংদা সোভিয়েট মহৌশাগী নিয়ম মতুং ইন্না তপ্না-তপ্না মুৎচখিগনি, বৃটিশ সাম্রাজ্য মুৎখিবগুম্না। সাদ্দাম মতোমতা ইউ:কে: অমসুং ফরাসীগী মতুং ইন্দনা ইউ:এস: গী মিচং চঙখিদে, আরবকী মীংচৎ য়েঙদুনা মাইথিরবসু প্রসিদেন্ট ওইনা লৈবা তাবনি, আরবকী য়াকা য়েংদুনা !

সাদ্দামগী লাল অসিনা অহুম শুবা লৈবাকশিংগী মিৎ পাংনবা

লমজিং থাওমৈ ওইবনি । লাঙ্গৈরবা লৈবাকশিংনা ১৯৯৮ মেদা, নিউক্লিয়ারগী শক্তি লৈবা উৎচরবসু পাঙ্গল লৈবদি উৎচবা ঙমলোই । পুক, নত্তগা, নিউক্লিয়ার বোম্মাগী মরক্তা খনবা তাই ! অপিকপা, লাঙ্গৈরবা লৈবাক্কী শিনফম ওইদে, কৈদৌঙৈদসু ওইরোই ।

লাইরিক অসি ইবদা কর্নেল হারবী জি: সুম্মরস, জুদিথ মিল্লার অমসুং লাওরী মাইলরোয়গী লাইরিক্কী মতেং লৌখি, খবরশিং হিন্দুস্থান টাইমস, দি টেলিগ্রাফ, দি ফ্রন্টলাইন, অমসুং কুরেটতগী ফোটোশিংগী মতেং লৌখি; মদুগীদমক ঐনা থাগৎজরি ।

দাদু সিংহগী স্কেটচকী, লক্ষ্মীপ্রিয়ানা প্রুফ রীদিং অমসুং পৃক্লিং থৌগৎতুনা লাইরিক অসি ফোঙবদা মতেং য়াম্না পিখি, মদুগীদমক থাগৎতবা ঙমদে ।

অদুগী মথক্তা ২০০০ প্লস, কম্যুনিকেসন সেন্তর খুরাই লম্লোং কৈথেল, প্রেস অসিনা য়াম্না থুনা য়াংনা নম্বগীদমক হন্না-হন্না থাগৎজরি ।

*তারিখ ৩০ জুলাই, ১৯৯৮* — *সুরেস সিংহ*

***খাগেমপল্লি পম্বক, ইম্ফাল ।***

## PREFACE

This serves as an outlet for Saddam Hussein's expression of the aspirations of the super powers in the existing international political arena towards the twilight of this century and the dawn of the 21st.

Pakistan in this critical juncture is making newspaper head lines on May 28, 1998 by test-firing Ghori missiles capable of targetting almost all the cities in India, reported to be prototype of Chinese firms or other third world origins. Nothing shocks the Indian memory like Mohamad Ghori of history. The Pentagon blockaded the cryogenic purchased by India from Russia in 1993. Russia, in its present economy is in no mood to extend help to India still, India test-fired its 3,000 km. range Agni missiles, supplemented by the May 11 and 13th test-firing of five nuclear devices at Pokhran, making access to the WORLD NUCLEAR CLUB.

BUDDHA HAS HIS SMILE:

The strength of world power is subject to changes, as per codes of Nautre. Russia may be perished in the next twenty years. India, China, Brazil and the other third world countries in unison may pose a challenge to the United States' might. Pakistan is just an American satellite.

The emerging dawn of the 21st century is witness to the life history of Saddam Hussein, monarch of a molehill country like Iraq in the vast Arab world, his prudent display of power politics, invincibility against odds, resistance to the 678 sanctions imposed by the United States. The fact remains that the Western countries, more profoundly the United States, made surveillance 'on Iraq and proceeded towards its isolation from the world community.

A stable world scenario is a distant dream. The sudden collapse of the might of Soviet Union in 1992 created a breakdown in the power balance, awakening China, India, Brazil, Russia and the third world countries to the scenario to race towards superiority. The China Premier Li Peng, 1998 embraces them to its fold. India enters into the fold of nuclear club as the 6th member of the prestigious family. The scenerio of the world power is a changing phenomenon. Russia who had held the reins of the world power for the last sixty years since 1920 may possibily no more enter in the race; it already had its hey-day; just a natural phenomenon.

Saddam emerged among the Arab countries in the Gulf war of 1991 as a unique entity, recovered the Golan Heighs, Gaza and West Strip. Yasser Arafat looks ahead to preserve Palestinian identity. King Hussein of Jordan struck at a treaty with Israeli Premier Zitztak Rabin in the presence of President Bill Clinton, ceding some portion of Jerusalem and West Bank to Palestine. They are just a fall-out of Saddam's Gulf war in 1991 riding the horse of Sancho Panza and attacking the wind-mill with a long spear.

The United States stands to lose nothing in protecting Kuwait which is having 40 per cent of world resources of oil, inspite of its trade embargo in Iraq which is yet to be lifted in near future following Iraq's milder resistance to UN Inspector Robert Butler's weapon inspection programmes. Saddam, for the first time, dons a civilian suit, rather than the Field Marshall's uniform! But, since Monica Lewinsky's affairs with Bill Clinton was being exposed before the Grand Jury for adultery, Saddam expelled the UN Chief Inspector. The pissant Iraq must preserve its sovereignty at any cost.

The Biblical Armageddan Battle, the astrological prophecy of Nosterdamus that a world war is going to start from Mesopetemia (Iraq), may influence the United States presidential election. The Iraq potentialities in chemical, biological and nuclear weapons must be strictly scrutinised before we rest assured. Adolf Hitler had faith in astrology, so did the former President George Bush and Bill Clinton. This justifies why the United States did not

understimate the impact of the 1991 Gulf War.

The germ of another world war is believed to be lying in Nosterdamus's astrological prophecies about Mesopotemia (Iraq). Hitler relied on astrology. Nosterdamus predicted an eminent world crisis to emanate from Iraq by 1991. America, having earlier looked upon Iraq as a molehill later changed its policies to devastate Iraq's political identity. Even after his defeat in the Gulf War, Saddam desired to declare his nuclear, chemical and biological weapons. America, excited by Nosterdamus' predictions, keeps a close watch on Iraq, whether under Saddam's presidency or not.

Nahakpam Mangi Singh

Imphal, the 18th June, 1998.

## পণ্ডুপ -১

# ইরাক্কী হৌরকপা ৱারীশিংঃ

এসিয়া মচাশিং ইউরোপকী মীশিংগা চাংদম্নবা হোংনবদা লৌনম কয়া তৌদুনা মখোয়গা মীমান্নবা মহোংনজে, তৌইগুম্বসুং মতুংদা শেল, লল অমসুং পুন্সিগী লাম্ফম কয়া থেংনবা মতুংদা মখোয় (এসিয়া মচাশিংসি) করম্বা পোৎচংনা শান্নবনো খঙলকই । সাদ্দাম হুসেইনদি মেসোপোতেমিয়া কৌবা যিশু খৃষ্টগী পোক্লফম বেথেলহেম কৌবা সহর অদুগী ময়াদগী ইউরোপকী চাওখৎপগী চৈথেং, তত্তনা লাক্লম্মী । অদুবু মতুংদা ইরাক থোনখিবা মরৈবাক্ অদু ইউরোপকী লৈবাকশিংগা অঙক্পদা খেন্নরমই । মখোয়গী থৌনা, অনৌবা পাম্বা অমসুং পুন্সিগী চাংয়েং অনৌবা য়েংনিংবা এসিয়াদা লৈবশিংনা চহি কয়া অমুক্কী মতুংদতা খঙলকই ।

মেঘনা কার্তা সহী, শক্ ১২১৫ দা লৌখ্রবনি অদুবু এসিয়াগী অয়াম্বা লৈবাক্শিংনা তৌশিন্নবা ৱাঙাং ঙাংদুনা বৃটেন্দা হৌদোকপা গনতন্ত্রবু নম্-হাদুনা চৎপা অদুনা মহাক্কী প্রজাগী ৱাখল্ খনবা ঙম্বা, অচুম-অরানবা হায়বা প্রকৃতীনা পিবা অদু নম্শিন্দুনা থম্ই । ইউরোপকী মীশিংনা এসিয়াগী লৈবাক্শিংবু লোইলমগী মতৌগুম্না চহি চাম্মা চনি নম্থদুনা শীজিন্নরবা মতুংদা য়োৎহিলংদগী নাম্থোক্তুনা মচিঙ্গাক্ খুন্দুনা চাজরবা মতম্দা অমসুং পেট্রোলিয়ম থাওগী লল্না অঙক্পা ফঙবা লল্ পিরবা মতুংদা এসিয়াদা লৈরম্বা অনংবা, পিদৎ- পাদৎপা অদুনা য়াম্না মরু ওইবা হৌফম্-চাফম্ খঙ্দবদগী হৌরকপা মথোং চাদবা অমা মতুংদা ওইরকই, ললগী মপু ওইজরবসু । শন্নজিংগুম্না থাওগী লল্না সাদ্দাম্গী

পৈরবা মতুংদা মহাক্না আলাদ্দিন্গী থাওমৈগুম্না নোংচুপ লমদা চৎপা লিচৎ-শাজৎ অমসুং খুৎশা হৈবগী চাওখৎপা অমসুং তৌবা শুন্বা অদু এসিয়াগী লৈবাক্শিং অহিং অমদা ওস্থোকপা য়াদে, ধর্ম্মগী ৱাদি খন্নরোই। ধর্ম্ম খুদিংমক এসিয়াদগী থোক্খিবা ঙাক্তনি, ইস্লাম, খৃষ্টান, হিন্দু, জৈন, বৌদ্ধ অমসুং যোরাষ্ট্রাগী লাইনিংবশিং ওইসনু !

সাদ্দাম্না 'ডা গোদফাডর' মতৌ তম্বা পামজে। মদুনা মহাক্কী য়াম্না পামজবা মোভী ফিলমশিং তত্তনা য়েংজে। ময়ুম- মক্তৈ, ইম্মুং মনুং নুংশিবদগী পাঙ্গল পাম্বগী অকনবা পুক্নিং ঈহুলনা হৈঞ্জে। সাদ্দামদি ডোন কোলিয়ন্ হায়বা লাইরবা অঙাংদগী ফরকপা অঙাং নুপামচা অদুনি হায়না খঞ্জে, মহাক অদুদি খ্বাইদগী থুক-লাওবা তনিংঙাই ওইবা পাখোং ওইরবা ইরাকপু সাসন পুরিবা অদুনি। ১ অনি অদু অমোৎপা লাইরবা চনন্নবা খুঙ্গংদগী লাকপনি অদুগা মখোয়গী কনবা হৈবা বিদ্যাদি শাফু কন্না অমসুং তমথিবগী থোক্লিংঙাই ওইরমই। অদুগা ইম্মুং মনুংনা থোং হাঙনবা শোজৈনি, পাঙ্গল পায়নবগী শোনি, লম্বেলনি ইম্মুংনা হিরম খুদিংমক্লি, নত্রগা পোৎ খুদিংমক্লি, পাঙ্গলগী শোজৈনি। সাদ্দামনা, মহাক্কী গোদ ফাডরগুম্না কাইনথংদা কনা অমতবু বিশ্বাস থমখিদে, মহাক্কী নক্লবা মরি-মতা ফাওবদা লৈখিদে। হিসাব তৌবা, ৱারক-ৱাতেম্বা, রাজ্য ভক্তি অমসুং তমথিনা নুপা অমগী লমচৎকী চাং অখনবা ওইনা ওই।

অদুবু খেন্নবদি লৈ, ডোনদি লন্নাই ওইবা মীনি, অথুপ্পনা লাইচুরবা, মরাল খুদিংমক মশক খঙদবগী মায়খুমদা লৈবা পাম্মী, সাদ্দামদি প্রজাশিংগী শক্তমনি, রাজনিতিগী শক্তি মুনবা নুপানি অদুগা খুদোংচাবা পাম্বে লৌদুনা মরৈপাক মচাশিংদা মহাক নত্রবদি অফবা কনা লৈতরে হায়বশিনি। ইরাক্তা চঙলকপদি 'বিগ ব্রাদরস' গী লমদা লাকপনি। * য়াম্না চাওরবা

(Big Brothers * George Orwel, 1984 উপন্যাসদা য়াওবা অকনবা, অচৌবা দেশশিংবুনি।)

তশবিরশিং, মশম-মুবা অমসুং কোই খাকপা, পাঙ্গল লৈবা অমসুং য়াম্না চিংলেম্বা, বাঘদাদগী মফমশিং কয়াদগী য়েঙথরি । মহাক্কী তশবিরশিংদি মফম খুদিংদা লৈ - সনাগী, খুদাং ঘড়ীশিং ডাইয়েলশিংদসু । সুমেরিয়া মচাশিংনা অহানবদা অইবা ময়েকশিং পুথোকচরবসু, ব্রারী-ব্রাতাই শান্নবশিংনা মফম খুদিংদা লৈবা মমি ওইররে ।

সাদ্দামগী অচৌবা তশবিরশিং বাঘদাদকী সহর সড়ক্কী নাকচি-নাকচিদা থেংলি । অতৈ সহর খুদিংদশু । অদুম ওইনমক খেন্নবা অসিদা করিশু থোক্লমদে । মরমদি ডোন অমসুং সাদ্দাম অনিমক্না পাঙ্গল অমসুং ব্যাবাহার পান্লমই, অদুদগী হেন্বা মরমদি মখোয় অদু য়াওদ্রবদি করম তৌগনি হায়বা খঙজে । মখোয়দি করিগুম্বা ইকাইবা নঙবা, ফাগী নোক্লিংবা ওইবা নত্রগা মতোমতা খঞ্জবা ওইবা য়াই, মরিয়া পুজোনা উপন্যাসগী শক্তম্বু হায়বদা করিগুম্বা মতম অমদা পৃথিবী অসি খ্বাইদগী তোল্লবা মীশিংনা, মমিৎশিং পাংদুনা লৈবনা, খ্বাইদগী পাঙ্গল কল্লবা মীশিং, লমল শিংই । অদুগা মসিগা মান্নবসিদা সাদ্দাম হুসেইনগী আশা অসি খঙনবা পাখোং য়াওরে । ২

সাদ্দাম হুসেইনদি ইরাক্কী য়াম্না মোৎলবা খুঙ্গং আল-অউজা কৌবা টাক্রিটকী সহর ময়াদা বাঘদাদতগী অব্রাংলোমদা মাইল চাম্মালোম লাপ্পা, ১৯৩৭ এপ্রিল ২৮ দা অনংবা ইমুং অমসুং লম লৈজদবা ইম্মুংদা পোকখি । ইরাক্কী সুন্নী মুস্লিম তাবা আরবকি সহর টাক্রিটতা ময়ুম ওইখি । অদুবু ইরাক্তা সুন্নীশিং অদুনা মশীং য়ামদবা মীশিং ওইরম্মী । তঙ্খাইদগী হেনবা মীশিংনা শিয়াটশিংনি । টাক্রিটদি শতাব্দী তরামাপল শুবা চহিদা য়াম্না ইনাক-কৈরাক খুনবা সহর ওইরমই, মফম অসিদা ফোপ, কলাক কৌবা অকোইবা ফোপ শান্নবা মফম ওইরমই । খুৎশা-হৈবা অসিনা শিথখিবগা সহর অদুগী মরাইবক অদু হোংখি । ১৯৩০-৩৯ দদি সহর অদু লাঙ্গৈরবা মীশিংনা লৈরমই । লম্বী-থোংদি মপানগী সংসারগা মরী খজিকতদমক লৈরমই । বাঘদাদকা

মোশুল সহরগী মরক্তা রেল-লম্বী মতমদা সহর অদুগী মনুংচনবা লম্বী অমতমক লৈরমই । অদুগা সাদ্দামগী খুঙ্গংদি অমুক্তা লম্বী থোং য়াম্না ব্রাইওং চারমদে । লম্বী অদু লৈখোম অমদি লৈনাংনা থল্লমই । সাদ্দাম অমসুং মাগী ইম্মুং মনুংদা লৈবাক অমসুং শিংনাংনা শাবা অমসুং ষনথিনা শিং ওইনা থানরমই । টাক্রিট নত্রগা অল-অউজাদা ইলেক্ট্রিক থাওমৈ নত্রগা অচেনবা ঈশিং লৈরমদে । সরকারদি য়াম্না থাপ্লা বাঘদাদ ময়াদা লৈরমই, লম অদুগা পুলিস খরদু লৈবনা সরকার অদুম ওইরমই । পোৎ খুদিং তপ্লা অমসুং নিংঙাইদনা চৎলমই ।

নোংচুপলোমগী মুস্লিমশিংনা, ১৯৩২ দা ইরাক্লা ওইরিবা ফিবম অদু শেল্লম্বনি । আট্রোমান সম্রাজনা চহি চাম্মগা ইরাকপু খুদুম চল্লম্বা অদুগা বৃটেন্দা চহি তরাগা অমুক শীন্নরমই অমসুং মদুগী মতুংদা ইরাক দেশ অসি মনিং তম্বা লৈবাক ওইখি । সাদ্দাম্না মশাগী চহি তরামগা শুরবা মতমদা ইরাকপু অব্রাংবা দেশশিংগী মরক্তা দেশ ওইহনগে খনখি । নেবুচাদনেজরনচিংবা অচৌবা নিংথৌ অমসুং মমাংঙৈগী বেবিলোন সহরগী ব্রারীশিং কয়া মমাংঙৈগী মেসোপোটেমিয়া দেশতা লৈরম্বনি । মহাক পোকপা অমসুং নহা ওইনা লৈবা মতমদা টাক্রিট সহর অদু য়াম্না চাওখৎলমদে, পৃথিবীগী অহানবা যুগকী মমাংদা বেবিলোন সহর য়াম্না চাওখৎপা লৈবাক ওইজরবসু ।

অপিকপা খুঙ্গংদা, সাদ্দাম্না পোকচরবসু মমাংঙৈগী মমিং চৎলবা মেসোপোটেমিয়া রাজ্যগুম্না পৃথিবীগী মনুংদা কুনশুবা শতাব্দগী লোইরমদাই ইরাক্লা মব্রা চৎপা অমসুং মপাঙ্গল লৈবা রাজ্য ওইহনগে হায়না অঙাং ওইরিঙৈদা খনবনা পৃথিবীগী অচৌ-অচৌবা লৈবাকশিংগা তেমশিংনরমই । মেসোপোটেমিয়া দেশগী মমাংঙৈগী বেবিলোন অমসুং নেবুচাদনেজরগী সম্রাজ্যশিংগী মঙগুম্বা ব্রারীশিং সাদ্দাম্না থাওগী ললশিং লাকপগা লোইননা পৃথিবীদা অনৌবা ব্রারী, অনৌবা রাজনিতি অমসুং অনৌবা ফিরেপ অমা লৌখি ।

# সাদ্দাম হুসেইন

সাদ্দামগী মমাংঙৈদা মেসোপোটেমিয়া হায়না কৌরন্বা দেশ অসি খৃষ্টাব্দগী সতাব্দী কুনশুবা লোইরমদাইদা পৃথিবীগী সুপর পাৱার মরক্তা চাওখৎপা লৈবাক্লি হায়না তেমশিংনরকই । সাদ্দাম অসি মসিগী লৱাইগী মীনি । টাক্রিট খুঙ্গং, বাঘদাদতগী মাইল চাম্মা থাপ্পা লৈবা ফিবম য়েঙবদা য়াম্মা চাওখৎলমদে । পোকপদা ঙাইরিঙৈদা সাদ্দামগী মপা লৈখিদে । মাতুল খাইরাল্লাহ তাহফাহনা অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদা মাবু য়োকপি থাকপিখি । মহাক্তি সিপাইশিংগী লোইশঙদা থবক তৌরমই । টাক্রিট সহরগী মীশিং য়াল্লমদে । বাঘদাদ সহরদগী মোসল সহর ফাওদুনা চৎপা রেল লম্বীনা টাক্রিট ফাওদুনা চৎলি । মহাক্না লৈবা সহর মচা অদুদি লৈখোম ইথোক-থোকপা লম্বী মচানি । য়ুমগী ফক্লাংনা লৈখোমনা তৈরম্মী । শীংনাং অমসুং অকংবা ষষ্ঠীনা শীং ওইনা শীজিন্নরমই । বিজলী থাওমৈসু শীজিন্নরমদে অমসুং ঈচেল নাইবা ঈশিংনা চান-থক্নরমই । ইরাক্কী সাসন মখাদা লৈ হায়বতমক থোক্লমই । হায়রিবা মতম অদুগী নিংথৌ ফাইজাল অনিশুবগী মখাদা লৈরম্মী । মপা, হুসেইন আল-মাজিদনা মমা সুভাবু লঙশেক্লবা মতুংদা, ইব্রাহিম হাসান কৌবা লুহোংখ্রবা নুপা অমদা লৈখি । অচুম্বা অমসুং লাইরিক-লাইশু খঙদবা মী ওইনা তৌরম্মী । অঙাং ওইরিবা সাদ্দাম্বু মহাক্না য়াম্না তুক্কৎচবা ওইনা তৌরমই; অদুগা মহাক্কী মচা ওইদবনিনা, মমানা চেন্নরকপা মচা ওইবনিনা য়াম্না থিনা তৌখি ।

মপা পোক্তবা অদুনা সাদ্দামদা, পূমকক চাওরক্লবা মতমদা, অয়ুক্কী তু উরকপা মতমদা তত্তনা কৌদুনা হায়খি, "হৌরোনে, বেশাগী মচা নুপা, য়াওশিং খর শেন্নরু চৎলো !"

সাদ্দামগী মরমদা সুভাগা ইব্রাহিমগা খৎনখি ; মঙোন্দা তাকচরুবশু মপাগী পাওখুম অসি ওইরমই, "মশে হুই মচানি ! ঐদিনে মাবু শুকয়া য়ানিংদে ।"

## সাদ্দাম হুসেইন

অদুবু সাদ্দাম্না লৈকাইগী য়েন অমসুং য়াওশিং হুরাল্লকপদদি য়োম্ছোক্লবা লোন্না লোন্না হেক হেক থারমই ।

সাদ্দামগী মাম্মনা পোকপা অদুনা খায়রাল্লহগা লোইননা লাইরিক তম্বা হৌখি । অঙাং ওইবনা করিগুম্বা উপায় অমা তৌরদুনা মহাক্না লাইরিক তমবগী থোঙজিন চঙবা হৌখিবা অদু মহাক্কী অঙম তান্নবা ওইরমই । মহাক্কী মপানা য়ানিংদ্রবশু মহাক্না চহি তরা শুবা মতমদা শক ১৯৪৭ তা লাইরিক তমফম শঙ কাখি । মাম্ম খায়রাল্লাহ তুলফাহগা মাগা বাঘদাদতা লৈখি । মহাক্কী মাম্ম হিটলর নাজিগী সরকারবু শেম্নবা কুদ দে টেট অমা ১৯৪১ দা মতেং পাঙবগীদমক্তা সিপাইগী থবক্তগী লৌথোকখি । তুলফাহ অদু সাদ্দামগী চাওয়োক-নায়োক্তা মতেং য়াম্না পাংখিবা নুপানি । অদুবু মহাক্না বাঘদাদ সহরগী মেয়োর ওইখি । স্কুলগী অহানবা লোইদুনা খায়ারাল্লাদগীদা লৈনবা লাকখি । ইন্টরম্যাদিয়ারী স্কুল লোইদুনা মহাক্কী মশাগী চহি তরাতরুক শুখি । বাঘদাদকী মিলিটরি একাদেমীদা হোৎনবদা লাইবক থিবদগী সাদ্দামগী মিং চনবা ফঙখিদে । অদুবু মহাক্না মিলিটরি একাদেমীদা চংনিংবগী আশাদি হন্থবা মতুংদা লৈখিদে । চীফ ওপ স্টাফ ওইবা মতমদদি মহাক মতোমতনা লিউটেনেন্ট জেনরেল ওইনা মতোমদা হাপচখি । প্রসিডেন্ট ওইবা মতম ১৯৭৯ দদি মতোমতবু ফীল্দ মার্শেলগী ফিজেৎ শেৎখি । মশানা মশা খঙবা মতমদদি খ্বাইদগী চাওবা ওইবা ঙমই । গনতন্ত্র লৈতবগী চাওরবা খুদমগী ওইরমই । ফম পঙওইদা ওইবা অমসুং হাপনিংনা হাপ্পা লৈবাক্লি হায়বগী হৌজিক ফাওবা খুদম অমা ওইরিবনি ।

সাদ্দামদি বাঘদাদ সহরদা হৌজিক লৈরবসু অল-অউজাদা লৈরিঙৈদা মফম অদুগী লৌবাই নুপাশিংগী মরক্তা মফম অদুদা অদুম লোইননা লৈরমই । বাঘদাদতা ছাত্র ওইরিঙৈগী মতমদা উপসাগরগী চরাঙনবা ফিবম অমা লাকখি । শক ১৯৫২ দা লেফটেনেন্ট কর্নেল গামেল অবদেল নাসরনা ইজিপ দেশগী নিংথৌ ফাউদ লৌথোক্নুনা ইজিপকী

প্রসিদেন্ট ওইখি। ১৯৫৬ দা সুয়েজ প্রনালী (কেনেল) ইজিপ সরকারগী ওইবা মতমদা বৃটেন, ফরাসী অমসুং ইজ্রাইলনা ইজিপ্ত আক্রমন তৌদুনা শাথিবা ফিবমদা লৈখি। নাসরনি আরবকী জাতি অপুনবা অমসুং অকনবা লিন্দা অসি অঙকপা ফঙনা মিংচৎ হেনগৎলম্মী। ইজ্রাইলনা সিনাই উপদ্বীপতগী হন্দোকখি। অদুবু ইউ:এস: না কর্নেল নাসরগী য়াম্না মিংচৎ হন্থহল্লমদে। মতম অদুদা ইউ:এস: গী মপান লৈবাকশিংদা চৎপা খরা তপ্লা তুং-মাং ওইনা য়েঙবা খোঙথাং ওইখি। অদুগা ইরাকপু য়াম্না শোক্লবা হন্থনা য়েঙবিবা লৈবাক্লি, পৃথিবী মনুংদা খ্বাইদগী চাওখৎলব্বা য়াম্না ঐতিহাসিক ওইবা দেস ওইরমই। গনতন্ত্রদি কুনশুবা শতাব্দীদা লাকপা ওম্থোকপা ফিবম চঙলকপা উখি।

সুয়েজ প্রনালীগী মপু বৃটেন অমসুং ফরাসী সরকারশিংগী মতমদা, বৃটেনগী প্রধান মন্ত্রী এন্থোনী এদেন অমসুং ডি গাওলনা অকল অরিং শিংনখি। কনেল নাসরনা অৱাবা কোঙ্গাই নঙখিবা অমসুং মতুংদা আরব দেশশিংগী লুচিংবা অমনা ওইখিবা নোংচুপকী লুচিংবা মরক্তা মৱা চৎলকপা অদু উখি। ইজ্রাইলনা লালগী মীচিঙদা বৃটেন অমসুং ফরাসীগী মায়কৈদনি। বৃটেন ফরাসীনা এরোপ্রেনশিংনা খঙহৌদনা আক্রমন তৌবদা কাইরো সহরগী শরুক অহুম থোকপগী অমা বোম থাদদুনা লান তৌরকখি। অদুবু ইউ:এস: গী প্রসিদেন্ট ডিৱাইট ডি: ঐইজিনহোৱারবুদি খঙহনবা তৌরমই অমসুং মহাক্না এল্লাইশিং অদু ইজিপতকী স্বত য়াওদনা চৎথোকউ হায়খি। ঐইজিনহোৱারগী খুজিল অসিনা নাসরবু অচৌবা বির অমা ওইহল্লে। ইজ্রাইলনা তকশিনবদা শিনাই উপসাগর ঙাকপা ঙল্লমদবা অদূ আবর রাজ্যশিংনা মিংচৎতু কাওথোক্লদুনা, আরবকী জাতি নিংবা ঈহৌ অদু হেনগৎখি। ইকুই কুইদনা ইজিপ অমসুং সীরিয়াগা লৈবাক অনি ইউনাইটেদ আরব রীপব্লিক হায়না পুনশিন্নরমই। মহাক্কী থম্মোয়দা নহা ওইরিঙৈগী মতমদা মদু কন্না ফাওখি মহাক্না করিগুম্বা অমা তৌদুনা আরব দেশশিংগী মমাঙ

থাবা ময়ামগী ব্রা ঙাংনবা মচিন চৎপা লুচিংবা অমা তুংদা ওইগে হায়না খল্লমই । অদুগা আরব লৈবাকশিংগী মরক্তা গনতন্ত্রগী ব্রাখল অসি খরা ব্রাৎলপ উরমই । গনতন্ত্রগী ঈহৌ অসি আরব দেশশিংদা খর থিনবা খোংহৌ উরমই । মেসোপোটেমিয়াদগী আট্রোমামগী লাম্গী তাল্লবা মতুংদা টি:ই: লাওরেনসগা গনতন্ত্র সাসনগী মহুৎ শিনবা ঙম্লমদে । গনতন্ত্রগী মমি তাবা ঙমদ্রবা আরব দেশশিংগী লমদা সাদ্দাম মরন্নাই ফিবম তান্নবা ব্রাখল অমা খন্দুনা ফিবম অদু তান্নবা ব্রাখল অমা খন্দুনা লৈখি । মহাক্না তুমিন্না লৈরবদি টাক্রিটকী লৈখোম থোক্লবা লৈনাংনা তৈবা খাংপোকশঙদা য়াওশিং শেল্লদুনা মপুন্সি লেনবা তারম্বনি । মমাঙঙৈগী ঐতিহাসিক ওইরবা ইরাক অসি অঙকপা ফঙলবা অচৌবা থবকশিং নিংথৌরেলশিংনা তৌবা লৈরম্মী । রাজনিতিদা লেপ্তুবা মহাক্কী নিংবা শোইদনা থুঙগনি হায়বা উখি ।

বাঘদাদকী নিংথৌগী মায়য়োক্তা শক ১৯৫৬ দা লাল হৌবা মহাক্না য়াওখি । মতম অদু মহাক্না লাইরিক তম্লিঙৈনি । মথং চহিদা বাথ্ পার্টিগী মেম্বর ওইনা য়াওখি । মতম অদুদা পার্টিগী মেম্বরসিং চহুম খক্তনা শারমই । ১৯৫৮ দা জেনরেল অবদুল কাসিম্না নেসনেলিষ্ট পার্টি অমা লুচিংলদুনা নিংথৌ ফৈজাল-২বু সিংহাসন্দগী লৌথোকখি । মহাকশু কাসিমবু মফম বার্থ পার্টিনা লৌথোক্লবা কন্না হোৎনরমই । বাথ্ পার্টিগী মীওইশিংনা মহাকপু কারশিংগী ট্রাফিক জাম অমদা নুংথিল পোবোত্তা মেছিন গন কাপ্তুনা হাৎনবগী থৌরাঙ তৌখি । মহাক মশমক্না মহাকপু হাৎনবগী ‘‘টিম’’ অদুদা য়াওরমই । মহাক্কী তৌবা ঙম্বা থবক অদুমক কম্মিনিষ্টগী কাসিম্বু টাক্রিটদা মতেং পাংবা বাথ পার্টগী শীংনবা নুপা, মহাক্কী মবাই অমবু হাৎখি । মহাক্কী মাতুল খায়রাল্লাহনা মহাকপু হাৎনবা ইনশিল্লমই । বাঘদাদকী সাসন লৈতবা মতম অদু নিংথৌনা মফম লৌথোকলবা মতম, রাজনিতিগী মরালশিং য়াম্না তোইনা থোক্লম্মী । মথৌনা ফদুনা অমসুং

মহাক্কী বিরগী শাজৎ অমগা লোইননা সাদ্দামবু ইরাক্তা থাগৎনরমই । কাসিম্বু হাৎনবগী হোৎনবদা ময়াম্না থিনা খুৎলাইনা শোকই হায়দুনা ঙাংনরমই । মহাক্না বেদুইন চীংমী অমগী ফি শেৎলদুনা, মহাক্না টাইগ্রিস তুরেল লাল্লদুনা গাধা অমা হুরাল্লদুনা সীরিয়াগী মরুভুমিদা লোন্না চেনখিরমই । ঙারেম পংঙাং ঙাংনবা ওইরমই । মহাক খরদমক শোকপা ওইরমই । মহাকপু ডাক্তর অমখকনা সাদ্দাম অমসুং অতৈ কয়া অমুক য়েখাইবা লৈতবা য়ুম অমদা লাইয়েংলমই । মতেং অদুগীদমক বাথ পার্টীনা ১৯৬৮ দা মহাকপু বাঘদাদ বিশ্ববিদ্যালয় মেডিকেল কল্লেজগী 'দীন' ওইনা পুহনখি ।

সাদ্দাম্না সীরিয়াদগী ইজিপকী কাইরোদা চহি মরী লৈরগা ইজিপগী বৃত্তি অমা ফঙলগা মহাক্কী চহি কুনমরীশুবা মতমদা হায় স্কুল তম্বা লোইরমই । মহাক্না কাইরো সহরদা লৈরিঙৈগী মতমদা অনিরক ইজিপ সরকারনা ফাজিনখি; অদুগা মহাকপু য়াম্না থুনা থাদোকখি । ইরাক্কী মচা অমবু রাজনিতিদা খেন্নবা লৈবা অদুদা মহাক্না হাৎকে হায়না তৌরমই । মতুংদা জোর্দানগী ইন্ফোর্মেসন মন্ত্রী ওইখিবা বাথগী ছাত্র অমা কাইরোগী সড়কশিংদা ছুরি অমা পায়দুনা হাৎকে তান্নখি । মহাক্না অসুমনা রাজনিতিদগী য়েৎনবা য়াদবা ছাত্র অমা ওইরমই অমসুং মতুংদা ওইরক্কদবা ফিবম অসি মহাক্না ছাত্র অমা ওইবা মতমদা উৎখি ।

১৯৬১ দা সাদ্দামনা কাইরো বিশ্ববিদ্যালয়গী আইনগী ফেকল্টীদা চঙলমই । মহাক্না ইরাক্কী অনিশুবা মী ওইরবা মতুংদা মহাক্না দিগ্রী অদু কাইরোদা ফঙলমদে, বাঘদাদতা হোৎনবদগী দিগ্রী ওইনা ফঙলমই । লাইরিক্কী কান্নবা মঙোন্দা লৈরমদে । মহাক্কী পম্বুংফম অদু য়ৌননবা চৎথখি । কাইরোদা চেন্দুনা লৈরিঙৈদা মহাক্না মহাক্কী মাতুল খায়রাল্লাহগী মচানুপী সাজিদা ১৯৬৩ দা লুহোংদুনা লৌখি । বাথকী সিপাইশিং খরনা অমসুং আরবকী জাতিগী আফিসারশিংনা জেনরেল কাসিম্বু হাৎতোকপা ঙমখি । আরবকী লাইরবা প্রজাশিংগী মরক্তা, মরুপ

ওইনা লাইরবা প্রজাশিংগী মমিং লৈরবা কাসিম্মু অসুম্না ইরাক্কী রাজনিতিদগী মতম চাদনা হাৎতোক্কুনা মাংহনখি । "ইরাক্কী অনৌবা ইতিহাসদা প্রজাশিংনা মহাকপু য়াম্না তশেংনা নুংশিরম্বা অতৈদগী হেল্লমই," বাটাটুনা মত্ ফোঙদোকখি ।

কাসিম্মু হাৎপা ইরাক্তা লৈবা প্রজাশিংনা খুদক্তা থাজখিদে । মহাক্না লোত্তুনা লৈখরে অমসুং মতুংদা অমুক থোক্লক্কনি খন্নরমই । অদুবু মহাক্তি থাঙ্গে শেংনা শিখরে । বাথ্ পার্টিগী য়াম্না ঙকপা চৎনরোল য়াওদবা অমা কাসিমনা হাৎখিবা অদুনা তাক্লমই । নোংমৈ মরুশিংনা ফাওদৎখ্রবা কাসিমগী হকচাং অদু নুমিদাংদা টেলিভিজনদা উৎলমই । ষ্টুদিওদা মাগী হকচাং অদু চৌকি অমদা শৌরদুনা অমসুং সিপাই অমনা মাগী হকচাংগী মচেৎশিং খর পায়দুনা অকোইবদা চৎলমই । কেমেরা অমনা মহাক লেপ্লম্বা মিনিষ্ট্রী ওফ দিফেন্সদা কাসিমগী ফমফম অদু উৎলমই । মদুদা কাসিমনা ইকোনকোনবদা লেপলম্বা মফম অদু উৎলমই । মদুদা কাসিমগী কাংবু লোইনবা (অল-মহাদাবি ব্রাসপি তাহের অমসুং অতৈশিংগী ককথৎলবা মশাশিং অদু উৎপদা খরা তপ্না উৎলমই । ষ্টুদিও অমদুং নোংমৈ মরুশিংগী নকনা উৎপা মখোয়গী পানফম অমসুং ফাওদোকফমশিং উৎলমই । তুক্কুচনিঙাই ওইবা থবকশিং পূম্নমক অদু লিলা শান্নফম অমদা য়েক্কুনা মখোয়গী ব্রাখলদা উখি । সিপাইশিংদু মকোক থরো থরো ওনদুনা তারমই, নকনা চংশিল্লমই অমসুং মমায় পূম্নমক্তা তিল শিৎচিল্লমই । সামির অল-খালিলনা "অকিবগী প্রজাতন্ত্র" হায়বা লাইরিক অদুদা ইরি । অন্তরজাতিগী চৎনরোল খঙদবা ইরাক্লা হৌরকপা অদু পৃথিবীগী মীয়াম্না মমিংনা উখি । বাথ্ পার্টিগী তুংদা ওইরক্কদবা অদু মখোয় ব্রাখলদা লাম্বা ফঙখি । নোংপোক্কী ময়াইদা অসিগুম্বা আন্টরজাতিগী হৌনবী পৃথিবীগী মীয়াম্না চৎনবগা খর খেন্নরমই অমসুং লৈবাক অসিগী নাগরিক্লা গনতন্ত্র চৎপদি চুম্নগী ফাগিনি । চহি কুনতরুক শুবা মতমদা সাদ্দাম্না থৌওংশিংদা হরাও মথোই কারদুনা ইজিপতগী থুনা

হল্লকলমই । অদুগা মহাক্কী য়াওন অদুদা থবক পায়খৎনবা হৌরমই । মহাক্না "অরোইবগী কোনুং" নত্রগা কাস্র-অল নিহাহহাদ কৌবা নিংথৌ ফৈজাল অমসুং মহাক্কী ইম্মুং মনুংবু শক ১৯৫৮ দা নোংমৈ কাপখিবা মফম অদুদা ওইরমই । অনৌবা সাসন্দা মী ওৎনবা মফম ওইনা শিজিন্নরমই । নত্রগা হিটলরগী নাজিগী মীওৎনবা কৈশুম শঙগুম্বনি । বাথ পার্টী হৌদোকপা অমসুং পুন্না লিংখৎপা মাইকেল এফ্লেগ হায়বা সীরিয়া মচা অদু বাথ পার্টীনা ১৯৬৩ দা অনি থোকনা চিংখাইবা মতমদা সাদ্দামনা মহাক্কী মীচং চংলমই । পার্টীগী লুচিংবা অদুগী পাম্বৈনা মহাক্না কনখৎলবা মতুংদা সাদ্দামবু ইরাক্কী বাথকী খ্বাইদগী ৱাংবা ৱারেপ-শেম্নবগী ফম্ অমা হাপই । মদুগী মতুং ইনদুনা মহাক্না য়াম্না থুনা পার্টীদা  চাওখৎলকখি । অদুগা মহাক্কী মপাগা পোকমিন্নবা জেনরেল অহমদ হাসান অল- ব্রেকর হায়বা অদু সিপাইশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী চাওবা নুপা অমা ওইরমই । অদুগা লুহোংবনা মহাক্না মাগী মরী মতা পাকথোক্লবা পাম্বৈসু য়াম্না ওইরমই । মহাক্কী নুপী সজিদানা অল-ব্রেকরগী মচা নুপানা মহাক্কী মচল অমসুং মচিল মনাও অনিনা ব্রেকরগী মচানুপী অনি লুহোংনবা তৌখি । ১৯৬৫ দা অল ব্রেকরনা বাথ পার্টীগী সেক্রেটারী জেনরেল ওইরবা মতুংদা সাদ্দাম হুসেইন্না দীপুতি সেক্রেটরী জেনরেল ওইরে । বাথ পার্টীগী থবক পুম্বা ইম্মুং মনুংগী থবক-থানা ওইখরে । সাদ্দামনা পার্টীগী লুচিংবা অমসুং লুহোংবগী পাম্বৈনা য়াম্না থুনা মাগী ফম অসি চাওখৎখি । অমসুং ফিরেপ চাবা নুপা হায়বদু ইরাক্কী লৈখা তাদবা ফিবমদা অশুম-অশুম ওইরকখি । অদুবু সাদ্দামনা ১৯৬৪ ওক্তোবর দগী ১৯৬৬ ফাওবা মহাক্না কৈশুম শঙদা ফাদুনা লৈরমই । মহাক্না কৈশুম শঙদগী নাম্থোক্লুনা চেনখি । থাঙ্গৈশেংনমক ১৯৬৩গী লালহৌবগী য়াওন অদুদি সরকার পায়বা সিপাইশিংগী অচৌবা কাংবুগা বাথ পার্টীগী নিংথৌ শেম্বা কাংবু অনি পুল্লদুনা থোকখিবনি হায়বা উখি । অদুনা বাথ পার্টীগী মেম্বর লিশিং অমা শুরবদা মচেৎ

তাহনবা য়াদে হায়বা উখি । লৌথোক-লৌশিন তৌদুনা অমসুং তাঞ্জা চারবদি হাৎপগী থবকশিং পায়খৎতুনা পার্টী অমগী পুনশিনবা অমসুং ময়াম মান্নবা দরকাররনি । অদুনা বাথ মনুংদা সেক্যুরিটী ফোর্স অমা মতোমদা দায়িত্ব লৈনা থমগনি হায়বা উরমই । মহাক্না কৈশুম শঙদগী নাম্থোকপা মতমদা মহাক্না অথুবা মতমদা জিহাজ হানীনবু অমুক হন্না মপাঙ্গল কনখৎহলমই । বাথ পার্টীগী য়েক্লবা মখৈ পার্টীগী য়েক্লবনি অমসুং মখোয়বু হাৎতোকপা দরকার ওইখি । অদুগা মচেৎ মচেৎ তাববু কিহন্দুনা তৌহল্লোইদবনি হায়বা উখি । হায়রিবা ফিবম অসি মতুংইন্না চৎলবদি মহাক্কী মপাঙ্গল হেনগৎকনি খনখি । ইরাক্কী মনুংদা মহাকপু অকিবগী মমিং চৎপা নুপা অমা ওইনা অসুম অসুম হেনগৎখি ।

চহি অনিগী মতুংদা ১৯৬৮ সাদ্দাম হুসেইন অমসুং বাথ পার্টীগী মীশিংনা ইরাক্কী সরকার সাসন মুন্দুনা অল-ব্রেকরবু প্রসিদেন্ট অমসুং কম্মাণ্ডর ইন-চীফ ওইনা বাথ পার্টীগী সেক্রেটরী জেনরেল অমসুং রিভোলুসন্নরী কম্মাণ্ড কাওনসিলগী চিয়ারমেন ওইখি । সাদ্দাম্না কাওনসিল অদুগী দিপুটী চিয়ারমেন ওইনা পুখি । লৈবাক মনুংগী য়েখাই-থিনগায়নবা ঙাক্লবা পুখি । মহাক্কী মরী-মতা পূম্নমক্না মরুওইবা থবক খুদিং পুরমই । বার্জান, সাবাৱি অমসুং ৱাথবানা মখুরাগী মচা অলি হাসন অল-মাজিদনা ইরান-ইরাক্কী লান্দা কুর্দশিংবু নমথনবা অমসুং জাতি অমা ওইনা মুৎথৎনবা হোৎনবদা মতেং পাংখি । অতোপ্পা অমনা মহাক্কী মখুরাগী মচা অমসুং মশেল-মবাই থোকপা অহশাদ যাসিননি । সাদ্দাম্বু মি:দীপুটী হায়না ইরাক্কী মনুংদা খঙনখি । অদুগা মহাকপু ইরাক্কী সাসন অদুগী অকনবা মী হায়না খঙনরমই । তুমিন্না সাদ্দাম্না ইরাক্কী প্রসিদেন্ট ওইবা তাঞ্জা চাবা ঙাইখি । হায়রিবা মতম অসিদা ইরাক্কী রাজনিতিদা মকা ইফোঙ ফোঙদবা অমসুং রাজ্যগী থবক্তা মনা-মনিল ইফোঙ ফোঙদবা অমসুং ঙম্বমখৈ তৌবা মতমদনি । ৱা খজিক্তা মঙাংবা, মীয়ামগী থৱক্তি য়াম্না পাংথোকপা । ১৯৬৮ ওক্টোবর ৯ দা, থা অহুম ফাবাৎত্রিবা

মতমদা জিওনিষ্টগী অরোনবা পাও পুবা কাংবু অমা ফাগংখি । মী লিশিং তরারোমগী মমাগুদা মখোয়বু বিশ্বাসঘাটকনি হায়না শন্দোকখি অমসুং ১৯৬৭ গী জানুবারী ৫ দা পাও পুবনি হায়দুনা মখোয় তরা-মরিগী মনুংদা তরামথোইনা যিহুদীনি হায়দুনা ফাঁশি তৌখি । বাঘদাদকী লিবরেসন স্কুয়ারদা অয়েঙবা ভাবক লাখ-লাখগী মমাংদা মখোয়গী মশাশিং অদু য়াল্লমই । বাঘদাদকী রেদিওনা অন্তরজাতি ওইবা চৈনবা অদুদা অসুম্না খল্লমই "ঐখোয়দি অরোনবা ব্রা পুবা মীশিং ফাঁসি তৌই, তৌগুম্বসুং যিহুদিশিংদি খৃষ্টবু পাং তিংই" । হাৎলিবা মীশিং অদু অয়াম্বদি মুস্লিমগুাক্তা ওইরমই । যিহুদিনি হায়রগা রাজনিতিগী য়েক্লবশিং হাৎপা ওইরমালে । জুদিঠ মিল্লার অমসুং লাওরী মাইলরোনা হায়, "বাথনা মখোয়গী সাসন অদু ঈগী উদঘাটন হৌবনি" । সাদ অল-দিন ইব্রাহিমনা হায়খি, প্রজাতন্ত্রগী ফিজেৎতা অনৌবা নিংথৌ পানবশিংনি । "রাজনিতিগী পার্টী, প্রজাশিংগী কম্মিটী, অমসুং প্রসিদেন্টনা আপতি তৌনা তৌনা মহাক অসি প্রজাশিংগী শরুক অমনি ... মাগী থম্মোইগী থম্মোইদা ব্রায়েনবা অমনি হায়বা মসিদা নত্রগা মহাক্কী চহি ময়াম অদুগী মরুপ মপিজা ওইনবা হোৎনরকপা মীওইনি হায়বা থাজদবা ওই । মহাক্লা থাজগদবা মীশকশিং অদু অহানবদা মহাক্কী ময়ুমগী মীশিং, অনিশুবদা চীংগী মীশিং, অহুমশুবদা জাতি কাংলুপ মচা, অমসুং মতৌ অসুম্না আরব্ জাতিগী নিংথৌ পানবশিংদা লাকখি । ইউ:এস: গী সিভিল সর্ভিস থমদ্রিঙৈগী তরামাপল শুবা শতাব্দীগুম্না হীরম অদু মরুওইবা থবকশিং হাপ্পগীতা নত্তে, তৌইগুম্বসুং আইনগী শেল-থুমগী অমসুং ধর্ম্মগী ওইবশিং থবক অতৌবা মীশিং য়াওদনা, দেশ অদু লন্নাইগী লৌচা গুম্না মখোয়না পাম্বা অদুম হায়না তৌরমই । সিভিল সর্ভিস অমসুং থবক্কা পুবা ঙম্বদা চাংওল্লমদে, মরী-মতা অমসুং নক্লবা মরী মতানা সাদ্দামদা ইরাক রাজনিতিদগী খ্বাইদগী লংবা খুদম ওইখি । সাদ্দামগী মরুওইবা থবক্তি সেক্যুরিটি থবকশিংনি । হায়রিবা অদুদগী মহাক্লা বাথ পার্টীবু লাকশিনদুনা

পায়। শেলগী মনিংমখা তম্বা মহাক্লা অনৌবা অমা হৌদোকখি। ইস্লাম ধর্ম্মগী মতুংইন্না শগোল লমজেল অদু ইরাক্তা প্রসিদেন্ট কাসিমগী সাসন পুবা মতমদা থিংলমই। সাদ্দাম্না শগোল লমজেল অমুক হন্না চেলহল্লমই। ইরাক্কী দরকারগী খাজানা লাক্লবা লৌরমই। মোনাকো সরকারগী কেসিনো অমসুং যুয়ারনা খাজনা লাক্লবা মরু ওইবা আইটেম ওই। অৱাং-নোংপোক থঙবা ভারতকী ষ্টেট সরকারশিংগী লমকোইবা খ্বাইদগী মরুওইনা খাজনা লাক্কনি অদুগা ইন্নর লাইন পর্মিট অমসুং রিষ্ট্রিকটেৎ এরিয়া পর্মিত লৈবনা লমকোইবগী খাজনা লৌবদা অপনবা ওইখি। গ্রীস ষ্টেটকী লমকোইবদগী খাজনা মরু ওইবা ওইরমই। ১৯৭৩ দগী পেট্রোলগী মমল হেনগৎখিবনা, মদুদগী লৌবা খাজনা অদু বাথ পার্টী অমসুং সেক্যুরিটী সর্ভিসগী ইরাক্কী মপান্দা হিসাবতা শেল লৈরমই। অদুগী মথক্তা মহাক্লা প্রসিদেন্ট ওইরবা মতুংদা ৫% থাওগী মমল লাকপদগী লৌরমই। থাওগী অয়োনমন্দগী সাদ্দামগী শেল দোল্লার কোটি কোটি লাক্লমই।

সাদ্দামগী মচিন-মনাও থোকপা বার্জন্না, ১৯৬৯ দা ইকাইখুন্নরবা অলিব্বিয়া ক্লবগী দাইরেক্তর ওইরম্মী। বৃটিস সম্রাজ্যগী ফিজেৎ অমসুং অচৌবা ঙাক্তা শতাব্দি অসি হৌরকপদা তান্নফম ওইরমই। বৃটিশগী অহানবা হাই কম্মিসনার সার পর্সি কক্স অমসুং ওরিয়েন্টেল সেক্রেটারি গর্ট্রুদনা ক্লব অদুদা খোংদারম্বনি। বাথকী পার্টী মেম্বরশিংনা অমসুং মখোয়গী নুপীশিংনা ক্লব অদুদা মমল য়াম্লবা অমসুং উৎননবা ফিরোলশিং শেৎলদুনা লাক্লরমই। সনা-লুপা, মণি মুক্তা, নুং অমতগী কফলিনক অমসুং না-য়ানবীশিং শীজিন্নরমই। মখোয়না খ্বাইদগী অকেবা মীশিং ওইদুনা লাক্লরমই। সাদ্দামনা অরমেনিয়াগী ফুরিৎ তুবা অমা নেক্তুনা থনমই। মহাক্লা মাগী জেক্কেটগী মখাথাবা মুগাগী টাই কক্তুনা শাই। মহাক্লা কেবা অসুম হেনগৎলক্তুনা ইউরোপ্তা থাদুনা মহাক্কী মফি মরোলশিং শেমহনখি।

"সমাজদা ইকাইখুম্নবা মদু লৈতে হায়বগী থাজবা মাংহন্দুনা থাদোকপা অদুগী অকনবা পূক্রিং ঈহুল অদুনা সাদ্দাম্না কুইরবা লল্লোনবগী ইস্মুং-মনুংদগী নুপী অতোনবী অমা লৌরিবসে। ইরাক্কী এয়ারৱেজগী অফিসিয়েল অমা, নুরেরদিন অল-সফি কৌবা অমগী নুপী সামিরা শাহবন্দার লুহোংলবা মতুংদা সাদ্দাম্না মহাক্কী নুপীবু পামখি। সফিনা হৈশিংনা লৈথোক্তুনা লৈরমই। সাদ্দাম্না মহাক্কী লুহোংবা য়াননবা হোৎনখি। লুহোংখ্রবা মতুংদা মহাকপু দাইরেক্তর ওইনা হাপখি। ইরাক্কী মফম খুদিং অরোনবা টেলিফোন 'বগিং' * সাদ্দাম্না তৌরমই। শাহবন্দর শাগেগী ফারুক্ হায়বা নুপা অমনা অসুম্না হায়খি, সমিরাদু থাঙ্গৈশেংবা শাহবন্দর অদু নত্তে। মহাক্কী মপানা চুম্না য়ুমগী মমিং লৌবতনি। মহাক্কী তুমফম কা অদু টেলিফোন বগিং লোন্না সাদ্দামগী কাবুংনা তাখি। মদুদা মহাক্কী সাদ্দামবু শাওনিংবগী ৱাশিং অদু তারগা ফাগৎতুনা জেলদা অদুম লঙশিনখী।

সাদ্দাম্না অরোনবা পুলিসগী থবক নাজি জর্মনী নত্রগা রুসিয়াগী কে:জি:বি: অমগুম্বা লিংখৎখিবনা মহাক্না ইরাক্কী লৈবাক মনুংগী সাসন* য়াম্না ভক্তি লৈবা অমসুং তমথিবা অমা পুরকপা ঙমখি। তৌবদদি পুলিসগী অথুপ্পা খুৎলাই ওইনা নোংপোক্কী তোংঙানবা তমথিবা য়াওই। মদুদি সাদ্দাম্না অনৌবা আরবগী ঈনা ঈরুজবা কৌনৈ। ৱ্রেকরনা প্রসিদেন্ট ওইরিঙৈগী মতমদা সাদ্দামনা চহি তরারোমদি বাথ পার্টগী মকোক থংবা প্রসিদেন্ট ওইননবা তুমিন্না ঙাইখি। মঙ মঙদুনা, খুজিল থৌরাঙ তৌদুনা। ১৯৭৯ জানুৱারীদা ইরানগী শাহ্ রেজা পহলবিবু ধর্ম্মগী লুচিংবা অয়াটোল্লাহ্ রহোল্লাহ্ খোমৈনিনা ইরান দেশতা অনৌবা য়াওন অমা পুরক্তুনা ইরান্দা লৈবা য়াহনখিদে। নিংথৌ পানবা দেশতগী

---

* টেলিফোন বগিং-লোন্না টেলিফোন তাবা

* সোভিয়েট ইউনিয়ন হৌরকপা মতমদা মি: ফিলিক্স ডজর্যাস্কীনা লিংখৎপা অরোনবা পুলিসগী থবক্নি।

ধর্ম্মগী লুচিংবগী সাসন হোংবনি । মহাক্না ইরান দেশতা অনৌবা য়াওন হোংনবা পূরকপা মতম অদুগা লোইননা ইরাক্কী শ্রিয়াট ধর্ম্ম চৎপা মোহম্মদানশিংনা মীশিংগী ৫৫% না ঈরাং হৌরক্লমই । শিয়াটশিং ধর্ম্মগী লুচিংবা অদু ব্রেকরগী সাসন্না ফাদুনা কৈশুমশংদা থনমই । বাঘদাদ সহরগী নোংপোকথংবা মফমদা ঈরাং অদু থোক্লমই । সহর অদুগী মফম অদুনা বার্থ পার্টিগী শিল্লাংবা পুম্বা কিহনখি । ব্রেকরনা শিয়াটশিংগী মত মীকোক্কী অয়াম্বা শরুক ওইবনিনা থৌশাদবা য়াবা নত্তে হায়বা ৱাখল ফাওরমই । ব্রেকর অমসুং সাদ্দামনা য়াম্না শাথিনা শিয়াটশিংবু নমথগদগে হায়বা খন্নরমই । খন্নবা অদু মতুং ফাওবা অসুম লৈখি । উপসাগর লাঞ্জাও ১৯৯১ দা শিয়াটশিংগী মীচেন্না টুকী অমসুং ইরান দেশশিংদা চৎনখি । সাদ্দামগী নাক্তা লৈরম্বা শিয়াটশিং অয়াম্বা ব্রেকরগী নাক্তা লোইনা-লৈরমই । সাদ্দামনা মখোয়গী ৱাখল অদু তেংথোকপা দরকারনি হায়খি । মহাক্না শিয়াটশিং মতাং চাবা অমদা দণ্ডি পিগে খনখি । মখোয় ময়াম সুন্নীগী মীশিং অমসুং লাম্মীগী অফিসারশিংনা সাদ্দামবু লাকশিনগে খনখি ।

ইজিপকী প্রসিদেন্ট অনৱার সাদাটনা ইজ্রাইলগা সন্ধী তৌনগে হায়দুনা ইজ্রাইলদা চৎখিরমই অমসুং মহাক্না লৈবাক অনি অদু পুনশিন্নদুনা সন্ধী তৌনবা অদু অনৌবা অণ্ডকপা ওইনা থোক্লমই । ১৯৭৮ হেমন্ত ঋতুদা ইরাক অমসুং সীরীয়াগী বার্থ পার্টশিংনা পুনবা পাল্লমই । সাদ্দামনা দেশ অসি পুনশিন্নদুনা পানগে খন্নরমই । অদুগা আরবকী রাজ্যশিংবু ইজিপ্ত আরব দেশশিং অপুনবদগী নাইতোম লৈহনগে খনখি । ইজ্রাইলগা ইজিপকা সান্তিগী সন্ধী তৌখিবা অদুনা মরম ওইদুনা আরব দেশশিংগী অপুনবা অদুগী পাঙ্গল কাইখি । সাদ্দামনা সীরিয়া অমসুং ইরাক পুনশিল্লবদি আরবকী জগৎতা খুদুম চনবা ঙমগনি উরমই । ১৯৭৮ নবেম্বরদা আরবকী খ্বাইদগী ৱাংবা মীফম অমা বাঘদাদতা ফম্বা মতমদা থাওনা ইনাকখুল্লবা কুৱেটপু সাদ্দামনা ৱারক্তুনা কিহনখি । সীরিয়াগী প্রসিদেন্ট হাফেজ

অল আসাদনা সাউদী আরবিয়াদা হায়খি, " লানফম অসি নহাক্কী তুমফম কাদা থাংজিল্লক্কে।" অসুম্না আরবগী লৈবাক পূম্নমক ইজিপকা লাপথোক্লবা পুরকপা য়াখি । ইজিপ অমসুং ইজ্রাইল পুনখিবগা আরবকী দেশশিং পুনশিনবনা অনৌবা খল অমা পুরকখি । অদুগী মথক্তা সীরিয়া অমসুং ইরাকনা পুনশিন্দুনা অনৌবা খর হেন্না চাওবা দেশ অমা শেমগে হায়না য়ান্নরমখি। ব্রেকরনা, অদু ওইরবদি সীরিয়া ইরাকী ফেদেরেসনগী প্রসিদেন্ট ওইবা, অদুগা আসাদনা ভাইস-প্রসিদেন্ট অমসুং সাদ্দামনা অহুমশুবা ওইরনি । অদুবু সাদ্দামগী য়েক্লবশিংনা লৈবাক অনি অসি পুনশিনবনা সাদ্দামবু কান্নদবা ফিবমদা পুরকখি । অদুনা মহাক্কী আশা অদু মমু থুদোক্লবা ওইনা খন্নখি । সাদ্দামনা মখোয়না ঙমখিগদ্রা হায়না চিংনবা ৱাখল পোকলমই । অদুগুম্বা ফিবমদা লৈবাকশিং পুনশিনবা ওইথোকপা নত্তে । সাদ্দামনা হায়নরিবা লৈবাকশিং পুনশিনবা অদু মহাক্কী য়ৈখাইবা উখি, অদুগী মথক্তা টাক্রিটিশিংনা মখোয়গী খুদোং চাবা হস্থগদবগী মতৌ মান্না উরমই । সাদ্দামনা ব্রেকরবু প্রসিদেন্ট ওইবদগী হায়জদুনা কুমহল্লে, অদুগা মাগী মহুত্তা ইরাক্কী প্রসিদেন্ট ওইখি । ১৯৭৯ জুলাই ১৬ প্রসিদেন্ট ব্রেকরনা ফম থাদোকপগী পাও হকচাং ঙমদবনা মরম ওইদুনা থাদোকপনি হায়খি । ইরাক্কী পাও তাবদদি, প্রসিদেন্ট ব্রেকরনা মখোয়গী শাগৈগী অফবা লাকনবা কুম্থাবা তাখি । য়ানিংদবগী মত ওইরবশু প্রসিদেন্ট ব্রেকরনা য়াবা তাখি । অরোনবা হায়জবা অমা য়ানবা য়াবা অমা পুরক্লবা আসাদতা থাদ্রিদৈঙগী মমাংদা কনাগুম্বা খরনা পুনশিনবা অদু পোমলিদৈঙদা হৈ য়ানদ্রিদৈঙগী মমাংদা হৈজিং ফাদ্রিদৈঙদা মাংহনবগী হাৎকদৌবগী নুংনাংবা অমা লৈ হায়খি ।

অদুবু ব্রেকরগী মতুংদা সাদ্দাম্না ইরাক্কী প্রসিদেন্ট, বাথ পার্টী সেক্রেটরী জেনরেল, কম্মাণ্ডর ইন-চিফ, সরকারগী খ্বাইদগী মকোক থোংবা অমসুং রীভুলুসনরী কম্মাণ্ড কাওন্সিলগী চীয়ারমেন ওইরগা অদুগী মতুংদা ইথিন-থিন্দনা মনুংগী লালহৌবা অমা পাংথোকখি । জুলাই ২২ দা মহাক্না

পার্টীগী কেদর লিশিং অমা পুল্লদানা মীতিন অমা পাংথোকখি । মচিন থিবা অমসুং ওইদবনা পীক থনবা মতমনি । মহাক্না ভিদিও টেপশিং অমসুং ওডিও টেপশিং লৌশিলমই । আমেরিকাগী টেলিভিজন্দা মদু উৎখি । মহাক্কী নমথাক্তি শিররগী 'থার্দ রীচ' তা জর্মনিশিংনা হিটলারনা ওৎপশিংগুম্না তৌই । তমথিবা হায়বা অসি মরন্নাইগী ওইবা ৱাফমনি । নাজি অমসুং সাদ্দামনা পানবা মতমদা তমথিবা অদু সরকারগী থবক মথৌদাং ওইনা তৌই । লন্নাইগী তমথিবা উৎপা পুথোক্লরমই । অদুগা অচৌবা মীফম অদুদা রীভোসুনরী কম্মাণ্ড কাওনসিলগী সেক্রেটারী অমসুং চহি কুনশুবা শিয়াট পার্টিগী মেম্বর ওইরকপা মুহয়ি অবদুল হুইসেন অল্ মাশহাদিনা সীরীয়াগা পুন্না লৌতুনবা শরৌশিন্নবা অমা য়াওই হায়দুনা চে হায়না অমা পারমই । সাদ্দামনা, বিশ্বাসঘাটক অমসুং পার্টীগী থাজদনবগী মরমদা য়াম্না কুইনা, চোইঙাং ঙাংলব মতুংদা লাওথোকখি, "ঐনা থবক পাওথোক্কদৌরিবা মীশিং অসিগী মমিংশিং হায়খ্রবা মতুংদা মখোয়না পার্টীগী খোল্লাও লাওরগা হোল অসি থাদোক্কদবনি ।" মহাকনা চুরুট অচৌবা অদু চন্ন-চন্নদুনা মহাক্না মরাল লৈরবা মীশিং অদু মথং মথং পারক্লমই । ভাবক অদুনা লাওরক্লমই, "কুইনা হিংসনু সাদ্দাম ।" অদুগা দণ্ডি ফংগদবা মী অদুনা লাওরকখি, "ঐ শিজরগে! উদয়গী মপা কুইনা হিংসনু ।" ময়াম অদুনা কপ্প-লাওনবগী মতুংদা সাদ্দামনা অসিগী মতুংদা বক্তৃতা পিবা হৌখি । মপি তারমই । মহাক্না রুমালনা মমিৎশিং তৈখোকপা মতমদা মীয়াম পুল্লিবা অদুনা হৌনা কপ্লম্মী । অৱাংথংবা কোরিয়াগী সিপাইশিংনা মখোয়গী লুচিংবা শিবা মতমদা তেংথাবা অদুম্না তৌরমই । নোংপোক অমসুং নোংপোক্কী ময়াই ওইবা লমদমগী পৃথিবীগী মফমশিংগা খেন্নবা অমা লৈ । অদুগী মতুংদা সাদ্দামনা হায়রকই , " ঐনা শোইররোই হায়বা খঙলে, ঐখোয়গী মরুপশিংদা ৱা হায়গদবা লৈ, অদুনা ঐখোয় মদু তান্নশি ।" পার্টী মেম্বরশিংনা লাওনরকই । অমনা হায়রকই, "সাদ্দাম

হুসেইন্দি থৌজাল হৈমনখরে। পার্টী মনুংদা অরুবা ৱাফম য়াম্না কুইবা মতমদগী লৈরকখি... চিংনবা, কিহনবা অমসুং খলমান্নদবা গনতন্ত্রগী মরক্তা লৈয়ি অমা লৈবনি। কাহেন্না থৌজালহৈবনা পার্টিনা ৱা ঙাংফম থোকই "। অদুদগী সাদ্দামগী মখুরানা পোকপা মচিন-মনাও, অলি হাসনা অল-মাজিদনা লাওরকই, "মমাংদা নংনা তৌবা লোইনা অমসুং মতুংদা তৌবা পূন্নমক ফৈ। ঐনা মসি পার্টীবু থাজবা অমসুং নংগী লুচিংববু থাজদুনা হায়বনি"। পার্টীদা থাজবা কাংবুশিংনা বিশ্ব্যাসঘাটকশিং থিদোকপা লাওনরক্কে। অদুবু সাদ্দাম্না ৱা অসুম্না তান্নবা অদু লোইশিল্লমই। মহাক্না হায়রম্মী, " ঐখোয়না স্টেলিনিষ্ট পাম্বৈশিং অদু মফম অসিদা হায়বা দরকার ওইদে। ঐখোয়দি বাথকী পাম্বৈশিং দরকার ওইখি।" ৩ ভাবকনা খুবাকশিং হৌনা খুনরকখি। থাঙ্গেশেংবদি ষ্টেলিনগী পার্টী শেংদোকপা মতৌ তম্বগী পাংখক ওইখি। মতুংদা খুসচেভনা বেরিয়া প্রসিদেন্ট মালেনকোভকী মতমদা পার্টীগী মীতিন্দা ফাজিনখি। অদুনা মহাক্কী আশা সোভিয়েটকী সুপ্রিম কম্মাণ্ড ওইগে নিংলম্বা অদু অরেম্বা তাখি। মতুংদা মাগী মৱা তাখিদে। শোইদনা শিবগী হুকুম ফঙলম্লগনি। অদুবু পাঙ্গল ফংননবদগী ৱারী থোইনা খেন্নবা লৈতে। গনতন্ত্র রাজ্যগা মনিংমখা তম্বগী মকোক খেন্নদুনা অদুম লৈবা তাখি।

মিলার অমসুং মাইলরোইনা হায়: নুমিৎ খরগী মতুংদা পার্টিগী মেম্বরশিং অমসুং গোবর্নমেন্ট মন্ত্রিশিংবু খ্বাইদগী লীরবা মমাংঙৈগী কম্বাদশিং হাৎপদা খর য়াওবিয়ু হায়। হাৎখিবশিংগী মনুংদা পাল্লিবা রিভোলুসন্নরী কম্মান্ড কাওনশিংলগী মেম্বর, মোহোম্মদ মাহজোব, ল্যবর ইউনিয়নগী মকোক মোহাম্মদ অয়েশ অমসুং মহাক্কী মখাদা লৈবা বিদেন ফাধেল, শিয়াটকী কাওসিল মেম্বর অমসুং ঘানিম, অবদুল জালিল অমসুং জোর্দান মচা টালিব অল-সুনভেলেহনি। মীতিন অদু জুলাই ২২ দা ফমখিবা মতুং ইন্না সাদ্দামগী খ্বাইদগী কল্লবা লম্বা অনি

লোইথোকখি । মথক্কী সিপাই ওফিসার অমসুং সাদ্দামগী য়েঙথিনবগী মরু, জেনরেল খালিদ মশা যৌড সিয়াটপু ওৎতুনা অমসুং মাগী মশা অদু মতুপ মতুপ কক্‌খি । সরকারগী থবক্তা সিরিয়াদা চৎখিবা মানা হল্লকপদা দীপুটি প্রধান মন্ত্রী আদনান হামদানিনা ইয়ার পোর্টতা হল্লকপদা মহাক্না খুদক্তা হাৎখি । কনানা হায়নৈ, মীশিং চামঙারোম সাদ্দামগী ছুরী অশাংবনা অহিংদা হাৎখি । অচুম্বা মশীংদি কৈদৌঙৈদা খঙলরোই । পৃথিবীগী মনুংদা ফারোহশিংগী অমসুং বাঘদাদকী মমাঙঙৈগী চাওখৎপা খমথেংবনি । অদুবু মতৌ করম্না হৌজিক্কী ফিবম অসিদা লাকলিবনো হায়বা  অদু অঙকপনি । চাওখৎপা হায়বদু মাংখিবা য়াই । দেবিদ ল্যাম্বনা হায়: ইদি অমিনগী অরোনবা পুলিসগী হেড ক্বাটর রিসরচ বুরো হায়না খঙনৈ । মদুদা উৎলগা হাৎতোকপা বন্দীশিং মরিফুতরা লৈরমই । মকিনদিয়ে জেলদা বন্দীশিং স্লেদজ হাম্মরশিং মখোয় মশেল ফুদুনা হাৎনখি । খাদের্নগী অফিস অদু মীওৎনবা খুৎলাইনা থল্লি । মহাক্না চহি নিপাল পাল্লিঙৈগী মতমদা উগান্দা  নাগরিকশিং অমসুং বিদেশী মচাশিং লাখ অহুম হাৎখি হায়না অমনেস্টী ইন্টরনেসনেলগী মরাল শিবদা য়াওখি । সাদ্দামগী কপবোর্ডতা ভিদিও কেসেট, 'গোড্ ফাদর' অমসুং অতৈ কেসেটশিং য়াওবগুম্না ইদি অমিনগী কপবর্দ তা "তোম অমসুং জেরী" কার্টুন্না পিক থল্লমই অমসুং মাগী ফম্মাং মখাদা হেন্দ গ্রেনেদশিংনা লৈরমই অমসুং মাগী ফম্মুংগী কাদা, অঙাং অমদৌনা নোংথক্তা পায়বা মিলিটরীগী  এরোপ্লেনশিংগী লাইশিংনা পিক থল্লমই ।

সাদ্দাম্না থবক পুন্নমক পাঙথোকপা ঙম্বগী জয় ওইনা উই । লাম্বা পুন্নমকপু খঙহৌদনা লাকথুরে । অদুগা মহাকপু দিক্টেটর অমা ওইনা ওইখরে । ইরাক্কী রাজনিতিদা পার্টীগী মশামক্না ষ্টেকী মহুৎ শিনখরে । লুই-১৪না লাওখিবা, ঐদি ষ্টের্টনি । পার্টী মহুৎতা সাদ্দাম হিংবা-শিবা পিবা ঙম্বা মহাক্তনি । মিলার অমসুং মাইলরোইনা হায়,

১৯৭১ দা সাদ্দামনা পার্টিগী পাম্বৈ অসিনা কনাগুম্বা অমনা ট্যাঙ্ক অনিতনা সরকার অমুক খঙহৌদনা লঙখাইবগী খুচোংচাবা অদু লৈরমলোই । ইরাকনা সরকার হোংদোক-হোংজিন তৌবা ১৯২০ দগী ১৯৭৯ ফাওবদা মশীং তরাহুমদোই শুখ্রবনি । অদুগা সাদ্দামগী মতমদা সরকার শেম্বা অদুনা অকোনবনি । "ইরাক্কী মীশিংগী লাখ কুম্ভ্রাবু কোটি অমগা লাখ তরা মীশিংনা য়েঙদুনা শংই, অসিগুম্বা ব্লাখল অমা লৈরি ।" মহাক্না অকিবা প্রজাশিংদা পিরকপা অদুনা প্রজাশিংবু অকিবা পোকহল্লি, থৌজালহৈবা উহনবনা মহাকপু থাগৎনবা ওইহল্লি ।

সামির অল-খালিলনা হায়: পুলিস অমসুং খোমগৎপা লাম্মীগী মশীং লৈবা পাকা লাম্মী মশীংদগী হেল্লি, অমসুং মপুং ফাবা মওংদা শরুক অনি ইরান্দা শাহগী মথক্তা হৌবা মতমদা চঙবা সিপাইশিং লৈরমই । ইরাক্কী মীকোক্তি ইরানগী শরুক অহুম থোকপগী অমতনি । পুলিসকী রাজ্য ফজনা চৎপনি । ১৯৮৪ দা বাথ পার্টিগী মপুং ফাবা মেম্বরশিংগী মশীং লিশিং কুনমঙানি অমসুং লাখ তরা মঙানা ইরাক্কী নুংশিনা য়েঙবা মীওইনি অমসং মীচঙ ওইনা লৈবনি । মিলার অমসুং মাইলরোইনা হায়: অহানবা অদুনা অয়াম্বা মতমদা পার্টীগী মওংদা কোনশিল্লবসু, অকোনবা অদুনা পার্টীগী মনুংদা লৈবা করিগুম্বা মরম অমগীদমক লৈগনি । মখোয়গী কর্ম্মচারী ওইবগীদমক পার্টী য়াওবা অসি দরকার য়াওদ্রবশু, মখোয় অয়াম্বনা পথাপ অদুগী শরুক অমা হৌজিক ফাওবা ওইবনা চয়োল খুদিংগী পার্টগী মীফম অদু য়াওগনি । মী অমবু মহাক্না থাকপা, মখা পোনবা মী মরী নত্রগা মঙানা পুরিদুনা থোকপা ফলদি, বাথ পার্টীগী মশীংদি মীশিং লোইনমক্তগী তংখাইগী মথক্তা হেল্লপ লৈ । চাদা হিং ৩০ না সরকার কর্ম্মচারী ওইবা তাই । লাম্মী অমসুং খোমগৎপা লাম্মী য়াওরবদি মশীং অদু সহরগী থবক তৌবা মশীং ওই, অদুগা হায়রিবা মশীং সহরগী মীকোক ৬৫ চাদা হিং ওই । থবক্কী মরম পূন্নমক্তি ষ্টেট অমসুং পার্টী অমতনি । তুলা অদুগী খরা হেন্না

লুম্বা অদু পুথোকই অমসুং মতৌ করম্না অপিকপা মশীংনা পুবা ঙমগদগে হায়বা তাক্লি ।

"ওৎপা-নৈবিরবা মীশিংদি মখোয়গী মরাইবক অদু মতম পুম্বদা মতিক চাজে; প্রজাশিং ওৎপা জাতি লোইনা য়াওবনি, কনাগুম্বা অমতনা পাংথোকপা থবক ওইদে ।" ৪ মার্ক্সিস ডি কস্টিন্না জারনা পানবা রুসিয়া শতাব্দী তরামাপলগী অহানবা শরুকতা কোইরুদুনা হায়খি মহাক্কী ব্রায়েন অদু ওইবমক কনমল্লি । পুন্নান-লান্দরবশু । সাদ্দামগী দেশতা চৎপা লৈবাক ঙাকলোন অদু লনথুম-মীশিংবু লৈবাক্কী য়াইফনবদা শীজিন্নবনি ; চিনা দেশকা হায়ফেৎ মান্ননা চৎলি । লাঞ্জদবা জাতি অমবু য়াম্না অপিকপা মীওৎপা কাংবুনা সাসন্দা থিনা ওৎ নৈবদি সাসন লঙখাইবা অসি লাইরপ তৌনা থোকপদি পঙলাই লাইরমদে ।

## পণ্ডুপ ২

# অনৌবা শীল্লমশিং

সাদ্দামনা প্রসিদেন্ট ওইরবা মতুংদা নুমিৎ তরুক্কি জুলাই ২২ দা বাথ পার্টিবু শেংদোক্লবা খ্বাইদগী তমথিরবা লমচৎ চৎতুনা মহাক্কী য়েঙথিবা, শিয়াটকী মতুংদা খুদোং থিরক্কদা কাওনসিলগী মেম্বর অমসুং মহাক্কা শাগোন্নদুনা তিন্নরম্বা ময়াম হাৎতোকখি। থৌদোক অদু দিক্টেক্তর চৎপা লৈবাক্তা ষ্টেলিন অমসুং কম্যুনিষ্ট সাসন চৎপা গনতন্ত্র চৎত্রবা আফ্রিকাগী লৈবাক ময়াম, চিনা, ইরাক অমসুং আফ্রিকাগী লৈবাকশিংদা তৌবাগুম্বনি।

ইরাক, সাদ্দামগী লন্নাই ঙাকশেন্দুনা থম্বা অমসুং পার্টীগী লৌচানি। মহাক্কী ওইরমদে। লৈবাক্কী থাওদি নেসনেল ওইল কম্পানীনা থাও থোকপা য়েঙনবা, পুথোকপা, শুংবা, পাইপ্ পুথোক-পুশিল অমসুং য়োনবগী থবকশিং তৌই। চাদা মঙাগী হিংদা সাদ্দামগী শেনফম লৌরমই। ইরাক, কুৱেট, ইরান, সাউদি আরবিয়া, দুবাই, কাটার, অবু ধাবি অমসুং ওমান দেশশিংদা থাও চাদা নিফু থোক্লমই। নোংপোক্কী ময়াই থংবগী লাঞ্জাওদি অচৌবা পাঙ্গলশিংনা থাওগী মপু ওইনবা হোৎনবনি। ইরাক দেশকী আয় ৯৫ % দি থাওদগী ফঙবনি।

১৯৭৮ দা ইরাক্কী লাখ অমা লিশিং য়াঙ্খে পুলিসকী থবক্তা তৌই। মিনিষ্ট্রী ইন্টরিওরদা লৈ। নোংপোক জর্মানী, পুন্দ্রিঙৈগী মমাংদা, ইরাকপু পুলিসগী মরমদা তাকপি তিকপিনবা হোৎনৈ। শীল্লাংবা অদু সোভিয়েট ইউনিয়নগী পৃথিবী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা লৌশিনবা

লৈবাক মচেৎনি । কে:জি:বি:না অরোনবা পুলিসগী মওংদা ইরাক্কী সাসনগী মরু ওইবা থবকশিং লোইনমক য়েঙদুনা লৈ ।

ইরাক্কী লৈবাক মনুংগী য়েখাইবা লৈতনবগী থল্লিবা অশীন-অরাংবগী থবকশিং পুবা কয়া লৈ । থবক অমনা পুবা অদু অমনা লামশিনবা, অমগা অমগা থবক তান্নবা, থবকশিং পায়বা, চয়েৎনদনা থবকশিং পুই । অদুবু মখোয় মখোয়গী কৈশুমশং থনমই । মখোয় মশেল য়েংশিন্ননবা অদুগা ইরাক্কী প্রজাশিংবু য়েঙনবগীদমক্তা শীল্লমই । মদুদি ময়ামগী পাও পিবা দীপার্টমেন্ট নত্রগা মুখাবারাট ওইরমই । ১৯৬০ দা সাদ্দাম্না লিংখৎপা বাথ পার্টীগী জিহোজ হানীন ওইখি । মদুনা মপান অমসুং মনুংগী থবকশিংগী মরমদনি । রাস্টগী মনুংগী সেক্যুরিটী নত্রগা অমন অল-অমন্না অয়াম্বা মনুংদা থোকপা থবকশিং পুই । করিগুম্বা মতমদা লংফৈ নত্রগা বিদেশকী মিসনশিংগী থবকশিং পুরমই । সাদ্দামগী খ্বাইদগী নহা ওইবা মচিন মনাও, ব্রাতবানা মকোক ওইনা পুই । মিলিটারীগী পাওপুবা দিপার্টমেন্ট নত্রগা ইস্টিখবারাটনা লাম্নীশিংগী য়েখাইবা, বিদেশগী লাম্নীশিংদা অরোনবা মীশক য়েঙবা অমসুং ইরাক্কী লংফৈদা লৈবা এম্বাসীশিংদা সিপাইশিং থমই । হায়রিবা বিভাগ অদুগী মীশিংনা ইরাক্কী য়ান্নদবা মীশকশিংগী মথক্তা মীহাৎ-মীপুনগী থবকশিং পাংথোকলমই ।

প্রসিদেন্টগী থবক পুবা বিভাগ নত্রগা অমন অল-খাশনা সাদ্দামনা পায়রিবা অফিসগা মরী লৈনরমই । বিদেশগী ব্যাঙ্কশিংগী একাওনটশিং, আইন্না য়াদবা পোৎশিংগী তৌশিন্নবা কম্পানীশিং য়েংশিন্নবা থমই । সাদ্দামগী মচিন-মনাও অমসুং মমাক হুসৈইন কামাল অল-মাজিদনা মদুগী শীল্লাংবগী থবক পুরমই ।

পার্টীগী সেক্যুরিতী নত্রগা অমন অল-হিজরনা পার্টগী মেম্বরশিংগী পাও পিরমই অমসুং পার্টীগী সেলশিং অমসুং আফিসশিং ইরাক্কী জিল্লাশিংদা থবকশিং পুরমই ।

অকোনবদা বোর্দর গ্যার্ডস মোবাইল পুলিস স্ট্রাইক ফোর্স জেনরেল দিপার্টমেন্ট নেসনলিটী অমসুং পুলিস দিপার্টমেন্টনি হায়রিবা বিভাগ ময়াম অসিনা প্রসিদেন্ট সাদ্দামগী সেক্যুউরিটীদা থবকশিং পুই ।

এম্নেস্টী ইন্টরনেস্নেল অমসুং মিদ্দল ইষ্ট ৱাটচনা সাদ্দামনা প্রসিদেন্ট ওইনা সাসন পুবগী মীওইবগী হকশিংবু মাংহনবগীদমক য়েঙশিল্লি । ময়াই ওইবা যুগকী সাসনগুম্বনি । বাথ পার্টীগী ইরাক্কগী পাও লোন্না পুবগী জাতিনি । পার্টী মেম্বরশিংবু ইরাক্কী ইম্মুং মনুং, মরুপ মপাংশিং অমসুং খঙন-চান্নবা মীশিং, অতোপ্পা পার্টী মেম্বরশিং য়াওনা পাও পিবা তাই । ওঝাশিংনা পরুৱাশিং অমসুং মখোয়গী মমা-মপাশিং মরমদা পাও হংই অদুনা মমা-মপাশিংনা মচাশিংগী মমাংদা ৱা অমদা ঙাংলমদে । মিদ্দল ইষ্ট ৱাটচনা, ১৯৯০ রিপোর্টতা ইরমই । অতোপ্পা ইন্দেকস ওন সেন্সরসিপনা রিপোর্ট অমা পিরমই । থাজবা য়াবা রিপোর্ট অমনা সাসন পুরিবা বাথ পার্টী মেম্বর অমা হান্নগী খর ফমগী লিবা হেল্লবা অমবু বাঘদাদতা ১৯৮৭ দা ফাখি । সরকারগী পাও পিবা কাংবুশিংনা সাদ্দামবু ফাগী জুগাই তৌবা মী খর পুনবা মফম ওইনা তৌই । পার্টি মেম্বর অদুবু পাও অদু পিদবদগী ইম্মুং অদুগী নুপাশিং মখৈ, মচাশিং অমসুং মমাক অমগা ফাখি । মচিন হংবদা মখোয়বু ওৎলি হায়রমই অদুগা মখোয় মঙা অদুগী মতুংদা ফাঁসি তৌখি অমসুং ইম্মুং অদুগী ময়ুম অদু বুল-দোজরনা তকখাইখি ।

সাদ্দাম হুইসেননা অঙাংশিংবু লুনা তৌবা শাশিনন্নে । ময়ামগী মীফম অমদা মহাক্না অঙাং অমা নুংশিবা শাশিন্নদুনা পমদুনা অমসুং চুপলদুনা য়াম্না লুনা তৌখি । অঙাং অদুনা সাদ্দাম্বু মখোয়গী মমা মপানদি য়াম্না ফত্তবা প্রসিদেন্ট ওইবশিংগী মরক্তা অমনি অদুবু মহাক্তি অসুক্কী মতিক ফবা ওইরম্লে হায়খি । অঙাংশিংদি অচুম্বা ৱা ঙাংবনি হায়বা সাদ্দামনা মুন্না খঙই । নুমিদাং লাকপদা মহাক্কী মপা অমসুং ইম্মুং

অদুদা লৈবা পূম্নমক হাৎতোকখি । অদুগা ময়ুম অদুনা বুলদোজরনা তকখাইখি । হৌজিক্কী মতমদা লৈবা ময়াইওইবা যুগকী ইরাক নত্রগা আরবগী দেশশিংদা পানবা নিংথৌশিংগা পাংখক্লি । মীওইবগী মান্নবা হকশিং অমসুং প্রজাশিংগী অফবা নুংঙাইবা ৱাখলশিং লৈতবা ৱায়েনবা মীনি । অরোনবা অমসুং তমথিবা অদুগী মতুংদা অঙাং ওলহনবা মহাক্কী শিনফমনি ।

প্রসিদেন্ট নত্রগা পার্টীগী নত্রগা ষ্টেটকী মকোক থঙবা মীওইবু ময়ামগী মমাঙদা ইকাইবা পিবনা পুন্সি চুপ্পা কৈশুশঙদা থম্বা নত্রগা ফাঁসি তৌরমই । শিবগী দণ্ডি পিনবা মরাল কুনমরীখক লৈরমই । মীয়াম অপুনববু দণ্ডি পিনবা ইরাক রুটিন নাইনা লৈরমই । মিদ্দল ইষ্ট ৱাটচনা অসুম্না ইরমই । কুর্দশিংগী জাগাশিংদা মীশিংবু হেক্তা কোইশিল্লি অমসুং ইরাক্কী লাম্মীশিং নত্রগা অফিসিয়েলশিংনা মখুৎ হান্না ওইনা নোংমৈ কাপখি । কনাগুম্বা মীশিংবু রাজনিতিগী নত্রগা সেক্যুরিটিগী মরালগীদমক ফঙদ্রবা , ময়ুমগী মীশিংবু অয়াম্বা মতমদা ফাদুনা ওৎনৈ অমসুং হাৎতোক্লমই । কুর্দগী মফমদি সুনী ধর্ম্ম চৎপা ইরাক্তা লৈবা জাৎনি হায়না খঙনৈ । হায়রিবা অদু চাম্মদা কুল মীশিং লৈ; সাদ্দাম্না রাজনিতিক্কী মরমদা য়ান্নদে । সুন্নীগী টর্কী অমসুং ইরান দেশশিংদা মরু ওইনা লৈবনি । পৃথিবী লাঞ্জাও অহানবদা ওট্রোমাল কাইরকপা মতমদা কুর্দগী ষ্টেট অমা শেম্বা মহৈ য়ানখিদে ।

খালিলনা মহাক্কী লাইরিক, অকিবগী প্রজাতন্ত্রাদা অসুম্না লিরমই । চয়োল কয়া নত্রগা থা খরগী তুংদা অশিবা ইরাকী অমখক পুরকই অমসুং ইরাক্কী য়ুম্বুরেল অদুদা চাজুম নম্বা উপু অমা উৎলম্মী । শিবগী সার্টফিকেট অমদি লৌরমই । খুদোংথিবা, মৈহৌ লাংপোক্লা চাক্তুনা, ঈশিংদা ইরাক্লদুনা শিখিবরা নত্রগা খুদোংথিবনা শিবনিদি তাকখি । কনাগুম্বা অমবু পুলিস অদুগা অমসুং উপু অদুগা হৌনবীগা মরী লৈবা কুম্মৈ তৌরমই , তৌইগুম্বসুং মহাকপু মী অশিবা

অদুবু উহল্লমদে । আইনগী হৌনবী তৌবা অদুগী হৌনবী শেল অদু পিরমই অমসুং পোৎ অদুগী লোইনমক থোংদা থিনবা অদুগী অহানবা পুংদা লৌরমই । অমনেস্টী ইন্টর্নেসনেলনা ১৯৭৮ দা তৌবা অমগা হায়রকই । নহা ওইরিবা পাওমী অমা সরকারনা ফাখি । অহানবা নুমিৎতা মহাকপু পুখি অমসুং খুদুমশিংনা, য়োৎচৈ অমসুং শাজৈনা ফুখি । কা অমদা মহাকপু পুথোক্লুনা ফুদ্রিঙৈদা, কাওদ্রিঙৈগী মমাংদা নুংশিনা কোল্লগা পাংদোনরমই । পুং অমা অনি খুদিংগী মহাকপু ওৎপা অদু পাথাপ নারমই । মাগী মকোক অদু শাজৈনা কল্লমই অমসুং ফুরমই । মদুদগী মহাক্কী জ্ঞান মাংখি । তাঞ্জা অমদা মহাক্লা জ্ঞান তারবা মতুংদা মহাক্লা মহাক্কী খোঙ্গাও লৌথোক্লুনা মহাকপু পাংদোংনখ্রবোই খলহলম্মী । অদুদগী মতুংদা তয়িং-তয়িং লাওবা লিক্লি মানবা পোৎ অমদা ফমহনখি, অদুগা মাগী শৌজ থোংদা চংহনখি । প্রসিদেন্ট সাদ্দামগী ইরাক্কী ওৎপা নৈবাগী অকিবা ৱারীশিং, অমনেষ্টী ইন্টরনেসনেলনা মরিক চুম্না ৱাকৎখি । মরাল লৈরবা মীশিংবু পুলিসনা ফাবা ঙমদবা ওইরবদি ইম্মুং মনুংগী মীশিং অমসুং মচামশুশিংবু ফারমই, অদুগা কৈশুমশঙদা থমদুনা ওৎলি অমসুং থনমই । অঙাংশিং মমা-মপাশিংনা তৌবা থবক্কীদমক মখোয় কৈশুমশংদা থম্লগা ওৎলমই । মণিপুরদশু বৃটিশনা লোইচনবা তোক্লবা মতুংদা মরাল লৈবা অমনা চেনখিবা থোক্লবদি চেনখিবা মহাক থোক্কনবা মমা-মপাশিং কৈশুমশঙদা দারোগাশিংনা ফাজিন্দুনা থম্লমই । ওৎপা-নৈবা য়াওবদি ইরাকতনি । চাওখৎতবা আরব লৈবাকশিং মরী মতাবু কৈশুমশঙদা ওৎনৈ । পোৎ খুদিংদি সাদ্দাম হুসেইনগী সাসন মরা চেৎনবা অমসুং য়ৈখাইবা লৈতনবা হোৎনখি । মীওইবগী অধিকার হায়বা করি অমতা য়েঙনদে । রীভোলুসন্নরী কম্মাণ্ডগী সাসনসি সাদ্দামনা পাল্লবা মতুংদা গনতন্ত্রগী ৱাখল মঙোন্দা লৈখিদে । সাসন হায়ববু সাদ্দামগী সাসন চেৎনা মরা তপ্না পান্নবনি । মরী মতা অমসুং ইম্মুং বারী-সম্বন্ধী কাংলুপ নাইদুনা চাওনা সাসন তৌনবা ইরাক ওইখি । ১৯৭৯

জুলাই ২২ দা সাদ্দাম হুসেইন্না প্রসিদেন্ট ওইরবা সাসন ফজনা চৎথবদা অকাইবা পিরক্কদবশিংদু লোইনা হাৎখি । মহাক্কী মথং ব্রাখলদি — কুর্দশিংবু মথংদা ইরাক্তগী তানথোকখিবা, হাৎপা, অঙাং নুপী পূম্নমক অদুগী মথংদা লাঞ্জাও তৌদুন কুর্দশিংগী মথক্তা ওইবা য়াই, ইরান লৈবাক্কী মথক্তা, মহাক্কী প্রজাশিংগী ব্রাখলশিং, নোংম-নোংমগী পুন্সি লাঞ্জাও অসিদসু চিংশিন্দুনা লৈবা, অতৈ ব্রাখল খনহন্দবনি । প্রজাশিংগী ব্রাখল অদু সাদ্দমগী প্রসিদেন্ট লৌথোক্লবা ব্রাখল লাকহন্দবা অদুনি । অচম্বা তর্ক অদুনা পাম্বৈ ওইদুনা মী অমগা অমগা চপ মান্ননা পুনশিনবা ঙম্মী । সাদ্দামগী য়েক্লবা মহাক্না প্রসিদেন্ট হেক ওইবা, হাৎপা কুর্দশিংবু ইরাক্তগী তাম্থোকনবা হোৎনবা ইরানগা চহি নিপাল লাঞ্জাও তৌবা, উপসাগরগী লাঞ্জাও অমসুং মথংদা কুর্দশিংবু টুর্কী অমসুং ইরান্দগী তানবনি । মমাংঙৈগী মোগোল অমসুং সুলতানশিংনা তৌবা অচৌবা প্রজাশিংগী তাৎতু ওইখি । সাদ্দাম্না ইরাক্কী প্রজাশিং অসুম্না তাৎ তৌই । মদুদা নত্তনা পৃথিবীগী খ্বাইদগী হেন্না পাঙ্গল কল্লবা ইউ:এস: ফাওবা তাৎ তৌই; অদুবু মহাক্না চাওখৎতবা লৈবাক্তা লৈবা তাৎ হৈনবা মীনি খঙবনিনা মঙোন্দা হেন্না চাওবা তাৎ তৌখি । মহাক্কী মমিং পৃথিবীদগী মুৎপা ঙম্নবা হোৎনরবশু, ইউ:এস: না থবক ওইনা পায়খৎতে, মহাকপু অদুম হিংদুনা লৈবা তাবনি । মরমদি মাগুম্বা কোঙ্গাইনি, প্রসিদেন্টশিং দিটেক্টরশিং হায়দুনা লৈবশিংনি । সাদ্দামবু অশুম হিংহন্দুনা লৈবা দরকারনি । মহাক মাংহল্লবদি আরবকী লৈবাক পুম্বনা ইউ:এস: য়েঙথিনবা তাবনি । অদুনা সাদ্দাম্বু প্রসিদেন্ট ওইনা অসুম হিংবা তাবনি । তৌবদদি, মহাক্না খুৎলাইশিং পায়বা অদুনা নিউক্লিয়ারগুম্বা য়াওহন্দনবা য়েঙই । নোস্টর্দামসগী পাঞ্জীদা শক ১৯৯৯ দা আরব লৈবাকশিংগী মরক্তা মরু ওইনা ইরাক ওইনা পৃথিবীদা অচৌবা লাঞ্জাও অমা থোক্কনি হায়রমই । সাদ্দামগী খুৎলাইশিংগী মরক্তা নিউক্লিয়ার য়াওবরা হায়দুনা য়েঙবা দরকারনি । অঙাংনা মৈ থারবদি য়ুম মৈ চাকপা য়াই । অহুমশুবা

লৈবাকশিংদা লৈবা কাংবু ইউ:এস: গী রাজনিতি খঙবা ব্রা থোকই । লাইনা শান্নরোই খল্লি ।

সাদ্দামনা কিহনববু মথং মনাও নাইনা চৎপা ষ্টেট অমগী লৈবাক ঙাক্লোন ওইনা শিন্নবদি সামাজগী ফি শাবগী লংলা-লংজিন কুপনা শাববু মাংহনগে খনবা, সমাজগী য়েৎনিংঙাই ওইবা মরুওইবা ময়োল কয়াবু চরম মেৎনবনি । লৈবাক অদুদা মীবু চিংনবা পোক্লবা হব্রা-নুংশিৎ পোকহন্দুনা মী অমগা অমগা থাজহনবদি মখোয় অপুনবা মঙোন্দা পুন্দনবনি । কনাগুম্বা অমতনসু হকশিং লৈতে; মখোয়না তাল্লকপা অদুগী মখা পোল্লি । মতৌ অসুম্না সাদ্দামগী মখা ষ্টেটনা পোল্লি । আরব লৈবাকশিংগী ময়ামগা মান্নদবা নাইতোম ঙমখৈ নাইদবা সাসননি । মহাক্কী অনৌবা দিক্টেটরশিবতা মহাক্কী সাসনবু য়ানিংবা মকোক হাইগৎপা খর লুনা থোক্কনি । মখা তাবদা মখোয়না হায়রি — সাদ্দামনা মহাক্লা তৌবা ঙম্বা অদু মহাক্কী লৈবাক্কী ব্রাংমদা ঙম্বনা মহাক্লা মরৈবাক্তা তৌবা ঙম্বগী মতেং পাংই । অতৈ ষ্টেটশিংবু ধমকা তৌবা অমসুং কিহনবতনা ময়ুমদা জয় তৌবা ঙমদ্রবগী মগুন পি । ইরাক্কী সিমানা ব্রাংমদা অকিবা খঙদবা থৌনা পুলিস ষ্টেট অমা পুরক্লবা নাতৈ চাবা য়ুমফম ওইহল্লি । মখোয়না প্রজাশিংবু পোত্থাদবা অমসুং শাওবা অমসুং পেন্দবা ওইহল্লি । মহাক্লা লিংখৎপা লাম্মী অদু মহাক্লা তৌবা ঙম্বা প্রজাশিংদা উৎলি । মীওৎপা সাসন পায়বা অমনা মতম পুম্বদা করিগুম্বা লাঞ্জাও অমা লাকপগুম্না প্রজাশিংনা লুচিংবা মী অমা দরকার ওইবদৌনা খলহল্লি । প্লুটোনা অসুম্না হায়, মীওৎপা সাসন পাইবা মীশিংনা মহাক্কী প্রজাশিংবু মতম পুম্বদা লাল তৌহন্নিংবা মী ওইহল্লগা লুচিংবা অমা দরকার ওইহল্লি । দিটেক্টরশিংগী হৌনশা অসি খৃষ্ট পোক্ক্রিঙৈদা প্লুটোনা হায়খি ।

সাদ্দাম্না মহাক্কী চাওরবা সিপাইশিং অদু মঙোন্দা 'ওনশিনদনবা হোৎনবা তাই, মরমদি য়াম্না মথৌনা ফবা জেনরেলশিংনা মহাক্কী মফম

লৌখিদনবা বুধি তৌই । মদুদি ইরাক্কী মনুং লাম্মীশিংনা সিপাইশিংবু লাকশিনবা মতৌ অদু চৎনরমই । মকোক থঙবা পার্টীগী মীশিংনা সিপাইশিংগী লিংখৎপা থম্নবা শেমই অদুগা লাম্মী মপৈ অমা, অনৌবা অমসুং থাজবা য়াবা অমা থম্মি । বাথ পার্টী রেঙ্কতগী মতম খরগী ওইনা ট্রেন্নিং চৎতুনা অফিসার চাম্মা চাম্মা শেম্মি । রাজনিতিগী কম্মিসনারশিংনা সিপাইশিংগী অফিসারশিংবু থবক য়েঙশিল্লমই, অদুগা কম্মিসনারশিংবু বাথকী মিলিটারী কম্মিটিনা য়েঙশিল্লমই । কনাগুম্বা অফিসার অমবু মহাক্কী ফম কাবা মতমদা সিপাইগী হায়বা ইনবা অমসুং ব্যবহার লৈবা তাই । মহাক্কী মখাদা সিপাই কনা অমতনা কন্না মপাঙ্গল লৈবা য়ারমদে । আফিসারশিংবু মহাক্কী মখাদা লৈদুনা য়াম্না থুনা হোংই । অদুগা মহাক্না য়াম্না খুদোংথিবা ওইরক্লবদি ফাঁসি তৌবা তাবনি । সাদ্দাম্না করম্না মহাক্কী লাম্মীবু লাক্কদগে হায়বা অদু বাথ পার্টীগী রাজনিতি কাংবুনা লাকশিন্নবা হোৎনখি । মিলার অমসুং মাইলরোইনা মহাক্কী মেছিন্না তৌবা মতাগুম ঙমখৈ নাইদবা নাইতোম মরন্নাই সাসন পুবা অমনা মরিমতা লাকশিনবা পার্টীনা সিপাইশিংগী শীল্লাংববু করম্না নমথগদগে হায়বা তাকলি । অদুগা মখোয় অনিনা ইরাক ইরানগী লাঞ্জাওদা ১৯৮২ নোংচুপ জর্মনী রীপোর্টর "স্টর্ন্না" উনদুনা অসুম্না হায়খি ।

ব্রাহং - নহাক্কী অচৌবা গুন লৈরবা ইরাক্কী মিলিটারি কম্মাণ্ডগা য়ান্নদে হায়বা খঙনরবা ব্রানি । হন্দক অসিদা য়াম্না চাওবা মিলিটারী আফিসার চহুমখক ফাঁসি তৌখরে হায়বা চুম্ব্রা?

সাদ্দাম - নত্তে । অদুমকপু, দিভিসনেলগী কম্মাণ্ডর অনিখক অমসুং মেকানিকেল ইউনিটকী কম্মাণ্ডর অনিখক্তনি । মসি লাঞ্জাওদদি করিগুম্বা সাধারন ওইবা থবক্নি ।

ব্রাহং - করি মরমগীনো ?

সাদ্দাম - খোররামশহরগী লান্দা মখোয়গী দায়িত্ব লৌদবগীনি ।৫

খোররামশহরগী লান্দা মীগী চবুল-চবুল ঈথক্না ইরানগী ময়ায় কারবা পাখংশিংনা হোৎচিল্লকপদা সাদ্দামনা ইরাক্কী অফিসার অদুবু চৈখি । খুদক্তা অমসুং রীভোলবরনা খংপাল পান্না কাপ্পুনা হাৎখি । ইরাক-ইরান লাঞ্জাওদা লাম্মীগী তৌবা ঙম্বা য়াম্না শাথিনা তাইশিন্নবা ওইনা তৌখি । লাম্মীদা মহাক্না মনিংমখা তৌবা খর পিখি । অদুগা লাঞ্জাও লোইরবা মতুংদা ইরাক্কী জেনরেলশিংনা নাম্থোকপা য়াদনা প্রজাগী মরু ওইবা ফিরেপ লৌখি । সাদ্দামনা কন্না হোৎনদুনা য়েক্লবশিং লাকশিনখি । জেনরেল মহের অবদুল রাশিদবু মাংহনখি । লাঞ্জাও লোইবা মতমদা মিলিটারী অফিসারশিং চাম্মবু ফাদুনা অঙাং ওনহনখি । সাদ্দামগী লমচৎ শাজৎ অসি মরুওইবা পোৎকী মরী লৈনবা অমা লৈরমই । অমনা হেক নাইতোম সাসন পুবা অমা য়াওন অমা ঙাক্লবা য়াবা ওইরমদে । অমনা য়াওন লিংখৎনবা নাইতোম সাসন অদু পুরকনবা হোৎনৈ । মীওৎপগী পন্থুংফম মীওৎপনি । পাঙ্গল ফঙনবগী পান্দমদি পাঙ্গল ওইরমই । সাদ্দামগী সাসনগী মঙ্গল ওইবদি মহাক্কী মথক্তা ইরাক্কী প্রজাশিংনা মহাকপু লৌথোকপা ঙমদরি । মিলটারী কম্মাণ্ড তত্তনা হোংনবা, বাথ পার্টীগী মহাক্কী নক্লবা মরী-মতানা খ্বাইদগী হেন্না মঙ্গল ওইবা লন্নাইগী সাসন পুরকই ।

ইরাক অসি সাদ্দাম অমসুং মনুং মাগী নাইতোম কাংবুগী লন্নাই ঙাকশেন্দুনা থম্বা পোৎনি । মহাক্না লন অদু মাগী ইম্মুংদা অমসুং অতৈ মাগা তিন্নবা কাংবুদা পিথোকই । মাগী মচিন মনাও মচা অমসুং মমাক, হুসেইন কামেল অল- মাজিদ মিলিটারীগী পোৎ-চৈ লৈনবগীদমক শীজীন্নৈ । ১৯৮৭ তা চিনাগী স্কুদ মৈকাপ্পী লৈবদা দোল্লার কোটি তরুক মাগী কম্মিসন পিথোকই । মহাক্কী নক্লা-চান্নবা মরী মতাদা ইরাক্কী সরকারগী মিলিটারীগী পোৎচৈ লৈনবা পিথোকই । অদুগা কম্মিসনদি চাওনা চাওনা পিথোকই । সাদ্দামগী মচানুপা উদয় হুসেইন্না লল্লোন

ইতিক্তা য়াম্না চাওখৎপা অমা ওইরি । মহাক্কী সুপর চিকন, চিঙ্গাক মখল পুথোক্লবা অমা শেম্মি । অসিদা নত্তনা লল্লোনবগী থবক কয়া তৌই । ব্যাঙ্কী শেল লৌদুনা শেল করবার তৌদুনা শেল চাওথোকই ।

উদয় হুসেইন্না সেন্ট্রেল ব্যাঙ্কগী গবর্নর, সুভি ফ্রানগৌলদা মহাক্কী মমিংদা দোল্লার কোটি অমা সরকারদা পুথোকপগী দর দিনার অমদা দোল্লার অহুমদা ইরাক্কী লৈবাক্তগী পুথোক্লবা হায়জখি । লৈবাক অদুগী হার্দ করেন্সী ম্বাৎপগদি হায়জবা অদু কাহেল্লি । সাদ্দাম্মা সুভিদা মহাক্কী শেলনি. মানা তৌনিংবা তৌসনু হায়খি । মহাক্লা দোল্লার অমগী সরকারগী দরদা শরুক মাপল ফঙই ।

সাদ্দামনা আরবকী লৈবাকশিংনা চৎপা মতমদা মহাক্লা চাবা পোৎকী মহাও তংবা লোইনৈ । অদুগা মহাক্কী য়েক্লবনা হু পকপা অপিকপা য়োৎপিনা নত্রগা য়েৎতুন্না মোস্তেক থাবা অদুদা হাপকনি কিবনা চৌকি পুদুনা চৎলি । সভাদা ফমলিঙৈদা মৈ করিগুম্বা মুৎখিবা য়াওরবদি, মহাক্লা টেবিল মখাদা পাকথদুনা লোৎলি । প্রসিদেন্ট হোসনি মুবারকনা মহাকপু মিহুন চোইবা থোল্লি । অদুগা সাউদিশিংনা পেং-চোইবা লায়নানা নাবা মীনি খল্লি । এসিয়াগী দিটেক্টরশিংগী নাইতোম তাবা ময়ামগী মরক্তা চৎনদবা পুল্লি ।

সাদ্দাম্মা মী উনবা লাকপা খুদিংবু চিংনবা পোকখি । আরবনা বিজিনেসমেন খরগা বাঘদাদতা ১৯৮৬ দা মহাক্কা উন্নবা প্রেসিদেন্টকী কোনুংদা লাকখি । সেক্যুরিটিগী সিপাইশিং মখোয়বু থোঙ্গালদা মফিশিং লৌথোক্তুনা মশাশিংদা থিহুমখি । মফি-মরোলদা খুৎলাইশিং অমসুং দাইনামিতনচিংবা লোত্তুনা পুরমগদ্রা হায়দুনা য়েঙবা অদু অসুক্কী মতিক তুক্কৎচরনমই । মদুদি মহাকপু উনবা লাকপা ইরাকী নুপী অমনা মহাকপু মপোকশিমগী উনবা লাকচররোই হায় ।

বাঘদাদকী চৎনরোন অমসুং লম্মিৎ-তুম্মিৎ অদু টাক্রিটগী খুঙ্গংদগী পোক্লকপা ওইবনা মহাক্কী লোইনবা (টাক্রিটীদগী লাকপা মীশিং) খ্বাইদগী হেন্না চোকশিনখি। শক ১৯৫২ দগী ১৯৭৮ ফাওবদা ইরাক্কী সরকার খঙহৌদনা মেছিনগনশিং পায়দুনা মুন্নবা থৌরাঙলকপা অরায়বা নাটকশিংগুম্না ইবা ওইরমদে অমসুং মখোয়দগী সাদ্দাম্না দিক্টেটর খঙফং ফঙবা মহাক্কী লৈজবা অপুন্বা কৎথোকপা চঙই, পৃথিবীগী সাধারনগী চাং অমসুং ইকাইবা খঙবগী চাংদগী ওন্না-তৈনবা ওইরবসু। মসিগীদমক নত্তবদি অশোনবা ইরাকী অমবু ব্যবহার তৌবা সাদ্দামগী মিং চোংথোক্লম্মোইদবনি। মপাঙ্গল, মশা-মরেঙ চাওরাকপগা মহাক্কী ফঙফম থোকপা মশা-মরেঙ কাহেন্না ফল্লকই।

এডোল্ফ হিটলরগী নাজি জর্মানীনা নোর্ডিক জাতিগী খ্বাইদগী অশেংবা জাতিনি, অদুনা য়িওনিষ্টশিংগী জাতিবু পৃথিবীদগী মাংহন্নবা মীশিং লাখ হুম্ফুবু গ্যাস চেম্বরশিংদা পুশিন্দুনা মাংহনখি। দিক্টেটর অনৌবা ওইরকপদা অহানবা খুৎপাইদি মশা-মশাগী ধর্ম্ম অমসুং জাতিনা খ্বাইদগী ব্রাংবনি হায়জিলগল্লি। মদুনা হৌনশানি। অসুম্না সাদ্দাম্না হায়, আরবশিংগী চাওথোকচনিংঙাই ওইবা ইরাক্কী অচৌবা অমসুং ইনাক কৈরাক খুন্না পান্দুনা লাকই, অদুনা আরব জাতি ওইবনি। অদুনা ঐখোয়না ইরাক অচৌবা অকিবা মশক ওইবা ঙম্বা অমসুং চাওখৎপনি।

ইরাক অসি চাওথোক্লা সাদ্দাম্না হায়বা তাই। অসিগী মথক্তা সাদ্দাম্না আরবকী লাইনা থারকপা মোহম্মদকা পুরোন-পারোন অমতনি হায়না শাগৎলকই। মহাক্লা লাইনা থারকপা মোহম্মদকী পারি-পুরি তিন্নবগী ব্রা শাগৎলকপা অসিদি গনতন্ত্রগী মায়য়োক্তা চৎপনি। সাদ্দাম্না ১৯৭৯ দগী ১৯৯৬ ইরাক্কী প্রসিদেন্ট ওইনা মীয়াম মীখল নিংথিনা পাংথোক্কুনা অমসুং ১৯৮০-৮৮ ইরান-ইরাক লাঞ্জাও তৌবনা মমাংঙৈগী গ্রীসকী প্লুটোনা দিক্টেটর অমা ওইবগী মগুন পুম্নমক চেনবা ব্রায়েন

মকোক্তি ।

শতাব্দী তরেৎশুরবা রাজ্যপাল অল-হাওজাউজগী লৌথুপ লৌকোই লৈতনা অকিবগী সাসন কৌনরিবশিনি: ঐগী মাংদা তারিবা মীকোকশিংসে মহৈ চুম্নবা হেক্রবা থৌরাঙ লোইবা উ, অমসুং ঐতলি মখোয় অদু হেক্কদৌবা অমসুং কোইয়েৎশিং অমসুং মকোইশিংগী মরক্তা ঈনা তৈবা মচুদু উরে ।

শেম্নবা নমথাক্লা গনতন্ত্রবু করেম্নবা অমসুং, মীওইবগী অধিকারশিং মাংহন্দুনা ইরাক্কী চাওখৎপগা লোইননা সাদ্দাম্না লেঙদবা ললগী মপু ওইদুনা পৃথিবীগী অহানবা শক্তি ওইরিবগা অমসুং মরু ওইবা লৈবাকশিংগা শীংনৈ । মমাংঙৈদা চাওখৎলম্বা বেবিলোন অমসুং এসিরিয়াগী খোঙ্গুলশিংদুনা হৌজিক্কী মতমগী অচৌবা লৈবাকশিংনা শক্তি মুন্নবদা হামেং ব্রাইনবগী ব্রারীশিংনা থল্লবা মজাতিগী হোংবা য়াদ্রবা অদু ফোংদোক্লকই ।

## পণ্ডুপ ৩

# বাথ পাটীনা ইরাক্তা পানবা

ইরাক্কী শেংলবা রামদান থাদা, ১৯৬৩ ফ্রেবুৱারী ৮ দা বাথ পার্টীগী অনৌবা প্রসিদেন্ট ওইনা কলনেল অহমদ হসসন অল-ব্রেকর ওইখরে । অদুগা ইরাক্কী মনুংগী রাজনিতিদা ঈনা লৌখোং চেনবগী সাসন অমুক্কা হৌরক্লমই । ব্রেকরনা মতম খর পাল্লবা মতুংদা সাদ্দামনা অমুক পান্দুনা, ঈগী লৌখোং অদুম ইরাক্তা চেল্লমই । কবিগী ঈচেল, থাইনবৈঁদগী হৌরদুনা, ইরাক্কী ৱায়েন থৌদাবদি অকিবা অমসুং তমথিবনা মপুং ফানা পানবা অমুক হন্না হৌরক্লে ।

বাথ পার্টীনা পানবা হৌবদগী, ইরাক্তা 'নেসনেল কাওসিল ফোর রীভোলুসনরী কম্মাণ্ড' না পানখি অমসুং মখোয়গী পার্টী মেম্বরশিং কয়া য়াম্না লৈবগে হায়বা অদুদি ইরাক্কি লৈবাক-ঙাকপগী অথুপ্পা, পুকচেল শেংদনা হৌরকপগী ফিভম লোৎপা ওইখি । লান্মীগী সাসন হোংবা ওইজরবসু কর্নেল অবদুল সালাম অরিফনা অচৌবা, শিংথানবা য়াবা লানহৌবগী 'কম্মাণ্ড' ওইখি । বার্থ পার্টীগী মেম্বরশিংগী মশীং ইয়াম য়াল্লমদে, শুপ্নতগী ১,০০০ গী মখা ওইরমই, চহি কুন্থ্রাগী ময়াঙাক্তা ওইরমই । অদুবু অনৌবা ইরাকী সাসন অসিনা নহা ওইবা গ্যার্দকী লিশিং কয়া মরুম লৌবা তাখি । অদুবু বাথ পার্টিবু কম্মুনিষ্টশিং অমসুং লল্লোন ইতিক্কি সমাজনা য়ানিংখিদে । অদুগা সুন্নী আরবশিং, মদুগী মরক্তা কর্নেল অরিফ য়াওখি ।

কর্নেল গামাল অবদেল নাসসরগী অয়াবা য়াওনা ইরাকী বাথ পার্টী

অমসুং সীরিয়াগী বাথ পার্টীনা ১৯৬৩ মার্চ্চদা দামসকসদা পার্লিয়ামেন্টগী সাসন অদু কাওথোক্লগা আরব জাতিশিং অপুনবা ব্রাখললোন হেনগৎনবা হোৎনখিরমই ।

কর্নেল গামাল অবদেল নাসসরগী অয়াবা য়াওনা ইরাকী বাথ পার্টী অমসুং সীরিয়াগী বাথ পার্টীনা ১৯৬৩ মার্চ্চদা দামসকসদা পার্লিয়ামেন্টগী সাসন অদু কাওথোক্লগা আরব জাতিশিং অপুনবা ব্রাখলোন হেনগৎনবা হোৎনখিরমই ।

আরব জাতিশিং পুন্বা পুন্না লাক্লবা মথং মথং লাকলমই, সীরিয়া অমসুং ইরাক পুনশিনবগী ব্রাখল কয়া অমুক লাকখি, অদুবু ১৯৬১ দা 'ইউনাইটেদ আরব রীপ্লবিক' হায়না ফিরাল অমতগী মখাদা সীরিয়া অমসুং ইরাক্লা তিন্নবদগী অহানবা (সীরিয়া) অদুনা বাথ পার্টীগী সাসন মখা কাইনথঙদা য়াখিদে । কর্নেল নাসসরনা ইরাক্কী বাথকী ব্রাখল লোনবু য়ানিংলমদে । ইজিপনা সীরীয়া অমসুং ইরাক্তা পুনশিনবা অদুগী ব্রা ঙাংনবা অদু কাইরো রেডিওদা লাওথোক্লুনা লৈরমই । লৈবাক অহুম তিনশিনবা য়ানরক্তদুনা ইরাক্কী বাথপু করিগুম্বা ব্রাখল লুবা, অচৌবা লৈবাক্কী হিরম পায়খৎপা ঙমদনা হায়নরমই । অদুগা ইরাক্তা লাম্মীগা অমসুং বাথকী পার্টিগা কন্না থৌরী চিংনরমই । অদুগা বাথকী ইরাকীশিংনা য়াবা অদু 'ন্যাস্নেল গ্যার্দ' না বাঘদাদ অমসুং অতৈ সহরশিংদা হক করেম্নবা অদুনা হন্থুখিরমই । গ্যার্দকী মেম্বরশিং খুৎলাইশিং পায়দুনা য়ুমশিং নমদুনা চঙদুনা য়ুম্নুশিংবু কিহল্লমই, অদুগা মরল-মথুমশিং হুরাল্লমই । ইরাক্কী সাসন অকিবগী ফিভমদা লাকখি । চিংনবা প্রজাশিংবু 'অরোইবগী কোনুং'দা ব্রাশিং হঙনবা পুশিল্লমই । মদুদা 'নম্বর অনি' সাদ্দাম হুসেইনগী মনাক্তা, মহাক্লা মীশিং অদুবু ফু-চৈদুনা মীওৎপা অমা ওইরমই । সাদ্দাম্না মাইকেল অফ্লেক্কী মীচঙদা লেপ্লম্বনা, মহাক্লা (সাদ্দাম্না) বাথকী ইরাক্কী কম্মাণ্ডগী খ্বাইদগী ব্রাংবা ফিরেপ লেপ্পা অমা

ওইরম্মী । মসিদা হাপখিবা অসিনা মহাক্না (সাদ্দামনা) পার্টিগী মনুংদা অল-ব্রেকরগী মখাদা "নম্বর-অনি" গী মীশক ওইরকই । মহাক্না ইরাক্কী বাথ পার্টীগী মনুংদা অচৌবা ফম্নাইবা মীশক অমা ওইরকপা হায়বসি প্রসিদেন্ট অল-ব্রেকর, লাম্মীগী খ্বাইদগী থাজরবা অমসুং বাথ পার্টীগী হৌদোকপা সাদ্দামগী মামনা পোকপগী মচা নুপাগী মতেংননি । অদুগী মথক্তা মরী-মতা লুহোংবগী থবকশিংনা মবানি অসি য়াম্না নুংশিবা মরি-মতা ওইখি । ব্রেকরগী মচা নুপানা সাদ্দামগী নুপীনা মনাও অমসুং ব্রেকরগী মচানুপী অনিনা মাগী (সাদ্দামগী নুপী) মচিন-মনাওদা লুহোংখি । পার্টীগী থবকশিং অদু য়ুমগী মওইরে । ১৯৬৫ দা ব্রেকরনা বাথ পার্টীগী সেক্রেটরী-জেনরেল ওইবা মতমদা মহাক্না (সাদ্দাম্না) ডীপুতি সেক্রেটরি জেনরেল ওইখি ।

পনবা য়াই, হায় স্কুলশিংগী ওঝাশিং, দামসকসতা ওইরম্বা মাইকেল অফ্রেগ অমসুং সালাহ্ বিটারনা ১৯২৮ অমসুং ১৯৩২ দা প্যারিসগী সোর্বোন্দ মহৈ তম্নম্নগা ১৯৩০ দা বাথ, আরবি লোন্দা, অনৌবা য়াওন হায়বনি, আরবশিংগী রাজনিতি খ্বাখললোন অমা পুথোকখিবনি । রাজনিতি দল ওইনা সীরিয়াদা হৌখিবনি । মাদি দল অসিগী মরুওইবা খ্বাখল পুথোকপনি, ইরাক্কী বাথকী সাসনগা কুপ্না ফননবা য়েঙবা মীওইনি । বাথকী জাতিগী দলগী হেদক্বাটরদা বাঘদাদ সহরদা কবর চনখি । মহাক অমসুং মাগী নিতিগা অশুক নকশিন্নখি ।

প্যারিসকী ছাত্র অমা ওইনা, জর্মানী ফেসিষ্টগী অনৌবা চৎনরকপা মতম অদু পামজরম্মী । জাতিগী সোসিয়েল্লিজম্সু, মহাক্না নমুনা অমা ওইনা 'নাজি জর্মনী' শাগৎনিংখি । অদুনা ১৯৪১ জর্মানীগী মীচঙ চঙবা রসিদ অলিনা সরকার খুদক্তা হোংগে স্নেৎনবদা অফ্রেগ অমসুং বিটারনা বাথ দলগী মরূ ওইবা 'ইরাকপু মতেং পাংনবা সমাজ' হায়দুনা শেমখি ।

"আরব জাতি অমা মুৎলরদৌবা পন্থুংফম", হায়বা বাথকী খোল্লাও হায়দুনা মাইকেল অফ্লেগনা জাতি ওইনা হৌরকপা আরবশিংগী গুন ময়াম থাংগৎপা পান্বা মীওইনি । দলগী ওইবা, ঙাহৈশিংদি চুন্নগী ঙাহৈ অহুমতনা ফোঙদোকই । মদুদি "অপুনবা, নিংখা তম্বা, সমাজিক" ।

ইউরোপকী রাজনিতিগী মিৎনা উরিবা অতিয়াগী মখোংদা কম্যুনিষ্ট রাজনিতি দলনা অনৌবা শকওং অমা লৌরকপা বাথ দলদি মসিগী (কম্যুনিষ্টকী) ফিরেপতগী ইতোং-তোঙাল্লি, অদুবু ভ্লামিদির লেনিনগী রাজনিতি দলগী মওংদা অরোনবা ওইবা রাজনিতিগী দলনি । নহা মরীগা লুচিংবা অমা থারগা দলগী চঙদবা য়াদ্রবদি অনুকোষ, অপিকপা মখুলনা হৌরকফম্নি । আরবকী রাজ্য খুদিংদা অনুকোষ, অপিকপদগী হৌরকপা লুচিংবশিং অদুনা লম-লমগী দলদা অচৌ-পিশক নাইনা শীল-লাংখি অমসুং লম, লৈবাক অমগী শীল্লাংবা অদু আরবকী অপুনবা জাতিগা তিন্নরমই । লম-লমগী হুক্কুম্না লৈবাক অমগী বাথকী দলনা হিরম খুদিং শীল্লাংলমই, অদুগা বাথনা শক্তি পায়রবা মতমদা জাতিগী হুক্কুম্দি সাসন পুরিবা লম-লমগী হুক্কুম্না হেন্না কনখি ।

১৯৬৩ দা বাথকী সাসন লাকপদদি ইরাকপু নেসনেল কাওনসিল রীভোলুসনরী কম্মাণ্ডনা সাসন পুখি । কর্নেল অবদুল সলাম অরিফনা সাসন অদুগী খ্বাইদগী চাওবা ওফিসার ওইরমই । অদুগা বাথ রীভোলুসনারী কম্যাণ্ডবুসু খুদুম চল্লমই ।

কাওসিলগী মেম্বর ওইবদি অরোনবা ওইরমই । বাথকী মেম্বরশিংনা ঙারেপশিং তারমই, অরিফনা পামজদ্রবসু, মেম্বরশিং অদুনা তারমদে । বাথকী মেম্বরশিং ১,০০০ গী মশীং তারমই । দলগী লমগী হুক্কুম পুবা, চহি কুন্থ্রা শুবা ঙাক্তা ওইনা তৌরমই । ন্যাসনেল গ্যার্দনা শক্তি পায়বগা বাথনা শক্তি মখুৎতা লৈনবা হোৎনরমই ।

১৯৬৩ মার্চ দা বাথনা ইরাক্তা মায়পাকপা অদুগুম্বা সীরিয়াগী বাথনা দামসকসনা সরকার অমা প্রসিদেন্ট নাসসরনা য়াদুনা মাগী ওফিসারশিংগী মতেংনা লিংলমই । সীরিয়া অমসুং ইরাক্কী বাথনা আরবকী লৈবাকশিং পুনবগী ফজবা ৱাখল অদু লৈনরমই । ইজিপনা আরবকী দেশশিং হেন্না পুনশিন্নবগী মাইকৈদা পুরক্লবা হোৎনবদা সীরিয়া অমসুং ইরাক্লা পুন্না 'ইউনাইটেদ আরব রীপব্লিক' ওইগে তৌরম্লগা সীরিয়ানা ১৯৬১ দা থোকখরে মরমদি বাথনা ৱায়েন থৌদাবা য়ানিংদবনা । অদুমকপু নাসসরনা হন্না হন্না দরবার তৌজরবসু তিনবগী ৱারেমশিং কয়া উরমদে, অদুনা বাথ দলবু আরবকী লৈবাকশিংবু পুনশিনবগী কয়া মায়পুনদে খনখি । আরব লৈবাক অহুম পুনশিনবা খুদক্তা সাদ্দামগী মিষ্টর দীপুটী, নং: ২ ওইরম্বদগী অহুমশুবদা হম্বরক্লি হায়দুনা আরব লৈবাকশিং লুচিংবনসু মখোয়-মখোয়গী লন্নাইগী ৱারমশিং লৈনরমই । মদুনা আরব লৈবাক ময়াম পুনশিনবা অরুবা অমা ওইরমই অমসুং লৈবাক খুদিংমক্লা মরন্নাই-মরন্নাইগী ৱা ময়াম অদুনা পুনশিনবা য়ানখিদে । লৈবাক অহুম তিনশিন্নবা য়াদবগী মরম লাকপগা, ইজিপনা ইরাক্কী বাথপু হম্বুবা মিৎয়েংনা য়েঙবগা ইরাক্তা লাম্মীগী অমসুং বাথকা মরী ফৎচিন্নরক্তবগা ন্যাসনেল গ্যার্দগী অচৌবা সহরশিং ইরাকী ধমকা তৌবা অমসুং মতাং চাদনা নাগরিকশিংবু কিহনবগী পরেং নাইবা থবকশিং চৎথরকপনা বাথকী প্রজাশিংগী মিৎতা হম্বুনা য়েঙলমই । ন্যাসনেল গ্যার্দগী মেম্বরশিংনা য়ুমশিং নমখাইদুনা য়ুমশিংবু কিহন্দুনা সনা-লুপা অমসুং মমল য়াম্বা পোৎশিং লৌরমই । ৱারেন্টশিং য়াওদনা মেম্বরশিং সহরশিংদা লৈবা নাগরিকপু ফারমই অদুগা 'অয়োইবগী কোনুং' দা ওৎলমই । অদুবু অমগা অমগা য়ান্নদবা হেনগৎলকপগা কলনেল অরিফকী রাজনিতি ফিবম ফরকপগা ১৯৬৩ গী চহি হৌগৎপগা বাথকী মরক্তা রাজনিতিগী শক্তি মুন্নবা চুম্নগী মীচমগা মিলিটারী খৎনবা অমসুং রাজনিতিগী চয়েৎনবা লৈবগী মহাক্লা তুমিন্না য়েঙলমই । ন্যাসনেল

পার্টীগী মীফমদা, অলি সলেহ্ অল-সাদি অমসুং মহাক্কী কাংবুনা পার্টীগী প্রাইমারীদা য়ান্নরম্বদা বাথনা অনৌবা মীখল অমা পাল্লমই । মাদি নহা ওইরিবা অমসুং রাজনিতিগী অনৌবা মত ৱাখলশিং পুথোকপা নুপানি, অদুবু মহাকপু নম্বো ওইনা নমদুনা হল্লকপা য়াদবা পাসপোর্ট অমগা য়াওরগা মাদ্রিদতা নমদুনা এরোপ্লেনদা থাদোকখিবদা ন্যাসনেল গ্যার্দনা মিহুল থক্কৎতুনা নুমিৎ কয়ামরুম লৈখি । উপায় লৈতদুনা সীরিয়াদগী লুচিংবা মাইকেল অফ্লেগ অমসুং পার্টীগী মেম্বরশিং বাঘদাদতা লাক্তুনা মখোয়গী রাজনিতি চক্রি থাংবা অদু তেমথোক্লবা লাক্তুনা খন্নরমই । অফ্লেগতি মশানগা খৃষ্টান ওইবগা মহাক্লা লাক্লগা ৱারক-ৱাতেমই, অদুবু ইরাক্কী ময়াম্না বিদেশদগী লাকপা অমনি হায়নখি । ১৯৬৩ নবেম্বর ১৮ দা সিপাই কাংবু বাঘদাদ মখুৎ চন্দুনা বাথকী লুচিংবা ময়াম ফাজিনখি । অরিফনা প্রসিদেন্ট ওইরগা ইরাক্কী ৱায়েল থৌদাবা পুরমই । অদুগা টাক্রিটিগী লাম্মীগী ওফিসারশিং খরনদি বাথগী মীচঙদা লৈরম্লগা অরিফক্কী গবর্নমেন্ট অমুক থুগ্তুনা লৈখি, অদুবু ব্রেকর অমসুং সাদ্দাম হুসেইন্নদি থরুম তৌদুনা লৈখি । মতৌ অসুম্না থা মাপল্লোম লৈখি ।

ইরাক্কী প্রজাশিংনা বাথনা হন্দোকখিবদা নিংদোন চোংবা তপথরকই । অনৌবা সাসন অদুনা ইরাক্কী অদু হন্না ৱা ঙাংবগী মনিং তম্বা অমসুং থবক-ইনখাং তৌবদা মনিংতম্বা অমসুং বাথকী মীহুৎ থাগৎপা তোকখি । অরিফনা সাসন পুবদা কুর্দশিংগী মনিং তম্বগী মকোক কাংবা হৌরক্লমই । অদুবু খুৎলাই লেপ্পগী ৱা হৌদোক্লরমই । অদুগী মথক্তা নাসসরগী দলনা আরব লৈবাক ময়াম পুনশিনবগী তৎতনা কাইহৌবগা লোয়ননা ইরাক্তা ইজিপকী সরকারগী ওইবা অমসুং সমাজবাদী পুরক্লবা তক্লবদা ১৯৬৪ জুলাইদা ইরাকী অর্থনিতিদা সরকারনা লৌশিনবা চৎথরকপদা ইরাকী লুচিংবশিং অমসুং লল্লোনবা কাংবুগী স্বার্থ শোক্তুনা অরিফনা ইচঙ-চঙশিনবা ঙম্লমদে । অদুবু প্রসিদেন্ট নাসসর অমসুং

মহাকপু শৌগৎপা কাংবু না খর হেন্না সরকারগী ওইননবা তকশিনখি । মথংদা মখোয়না পেল্লক্রদুনা ১৯৬৫ গী লোইরমদাইদা মখোয়না অরিফকী মথক্তা 'কু দে টেট' অমা তৌনবা হোৎনখি, অদুবু ওমখিদবনা মহাক্না (অরিফ) প্রধান মন্ত্রি অবদুল রাহমান অল-বাজ্জাজনা খর কোমখোকপা পোলিসী চৎথখি ।

নাসসরাইটশিংনা সরকার মুনগে হোৎনবদা ওমদদুনা বাথকী মকোক খর কাংখৎখি । অদুগা অরিফকী বাথপু নমথদুনা কন্না থম্বা নত্তে । বাথকী স্বার্থ টাক্রিটিগী কাংলুপনা য়েঙদুনা লৈরম্মী ।

১৯৬৬ এপ্রিলদা, প্রসিদেন্ট আরিফনা হেলিকোপটর তোংবদগী কাইদুনা শিরবদা, মহাক্কী ময়াম্বা অবদুল রাহমান্না প্রসিদেন্ট হাপ্লম্মী অমসুং বজ্জাজনা প্রধান মন্ত্রী ওইদুনা পানবা মতমদা কুর্দশিংনা ইরাকী সরকারগা 'খুৎলাই লেপ্পবা' সন্ধী তৌনবদা ইরাকী অৱাং থংবা লমদা ফজনা শান্তি পুরকখি । অদুগা অনিশুবা অরিফনা পানবা মতমদা সরকার অথিংবা খর কোমখোকখি অমসুং মীওইবগী হকশিংবু নমথনা থম্বগী ফিবম খর ফগৎখি । অদুবু ইরাকী রাজনিতি অসি য়াম্না তপথবদি লৈরমদে । নাসসরগী অমুক হন্না ১৯৬৬ জুন্দা মহৈ য়ান্দনা সরকার শেম্নবা লাক্লখি । মদুদা প্রসিদেন্ট অবদুল রহমন অরিফনা লালহৌবা মীশিং অদুবু নমথনবা হোৎনবদা বাথনা ঙম্বা মখৈ মতেং পিখি । অদুনা বাথকী রাজনিতিগী থবক্তা কয়া থিংলমদ্রে । অসুম অসুম ৱায়েল-সাসন মতেং পাংদুনা ব্রেকরনা সাদ্দাম্বু অরোনবা পুলিসনা পার্টীবু মতেং ফজনা পাংখিবনা মহাক্কী বাথনা শক্তি পায়বা হৌরক্লে ।

১৯৬৮ জুলাই ১৭ বাথনা ইরাক্কী সরকার চহি মঙা মনুংদা পায়বা ঙম্নবসু, পুন্না সরকার শেম্নবগী দলশিং খর চঙনা শেম্বা তাখি । মরমদি অনৌবা সরকার ওইবনা বাথকী মপাঙ্গল খর শোনবা ওইবনা, দীপুটি দিরেক্টর মিলিটারী ইন্টলিজেনসগী অবদ অল-রজ্জদ অল-নায়িনা বাথ

পাটীদা চঙলগা রীপ্লবিকান গ্যার্দকী ফম অচৌবা থিবা কাংবু য়াওনা বাথতা চঙখি । মসিদা নত্তনা হান্নগী প্রধান মন্ত্রী টাহির য়াহ্য়া অমসুং ইরাকী অৱাং থংবা উপজাতি, শাম্মরগী সৈখনি ।

বাথকী মমাংগী সরকার শেম্বদা অৱাবা নংবা অদুনা খোংথাং থাংবদা য়েঙদুনা থাংখি । অদুবু বাথনা ইরাকী সরকার শেম্বদা সরকার শেম্বা তারবদি মপান্দা য়াশিন্নরগা কোলিসন (অপুনবা সরকার) শেম্বদা অয়াওবা কাংবুবু য়াম্না থুনা লৌথোকপা ৱাখল অমা ফুমদুনা লৈরমই ।

ইরাকী অনৌবা প্রসিদেন্ট ব্রেকরনা ওইখরে, অদুগা বাথকী অপুনবা সরকার পায়মিন্নবা কর্নেল অবদ অল-বজ্জাগী অল-পরিফনা প্রধান মন্ত্রী অমসুং ফাওদনা ঙাকশেনবগী মন্ত্রী ওইরে । জুলাই ৩০ দা ব্রেকরনা ৱারী অমা চিক্না শাসি হায়না নায়িফবু মতোমতা কা অমদা চঙলগা ব্রেকরদি নাম্থোকখরে, অদুগা সাদ্দাম হুসেইন্না খুৎ পিষ্টোল শীংলদুনা মহাকপু "লমচৎনাইদবীগী মচা" নচিংবা অতৈনা মচিন থিরদুনা কিহনখি অমসুং মহাকপু (নায়িফ) ইয়ার পোর্টতা তলথিল-থিন্দুনা প্লেন্না মোরোকোদা থাদোকখি । মথংদা মহাক্কী মীচং পূম্নমক কেবিনেটতগী লোইনা পুম্না তাম্থোকখি । দিফেন্স মন্ত্রী দাওদনা ইরাকী ৱাংমদা জিলাখর্চ তৌদুনা থমখি । চহি ১০ গী মতুংদা বাথকী দলনা শক্তি পায়রবা তুংদা নায়িফপু লণ্ডন্দা লৈবা য়ুম অমদা হাংখি । ইরাকী তমথিবা অমসুং কিহনবগী ৱায়েন-সাসন্না গনতন্ত্রগী মমিং কয়া লৌদুনসু চৎনবা হৌখি ।

১৯৬৮ জুলাই ৩০ দা বাথকী সরকার পায়বগী 'রীভোলুসনরী কম্মাণ্ড কাওন্সিল'না মরু ওইবা প্রসিদেন্ট ব্রেকরনা ফীল্ড-মার্শেল, জেনরেল, হরদান তাল-টাক্রিটিনা দীপুটী প্রাইম মিনিষ্টর অমসুং দীফেন্স মিনিষ্টর জেনরেল সলেহ মাহদি অম্মাশনা দীপুটি প্রাইম মিনিষ্টর অমসুং ইন্টরিয়র মিনিষ্টর, জেনরেল সাদুন ঘায়দাননা রীপ্লবিকান গ্যার্দকী কম্মাণ্ডর অমসুং জেনরেল থমড শিহাবনা চীফ ওফ ষ্টাফনি । অকোনবা অদুদি

প্রসিদেন্টগী মামাগী মচানুপানা ওইখি । অদুগা সাদ্দামদি সিভিলিয়ানগী বিভাক্তা পুরমই । মহাক্না পুবা মখৈদি নহা ওইবা ঙাক্তা ওইনা তৌরমই । অদুবু রীভোলুসনরী কম্মাণ্ড কাওনসিলগী দীপুটি সেক্রেটরী জেনরেল ওইজরবসু সাদ্দাম্না বাথকী অনৌবা চহিদা মহাক্কী মিং অদু কয়া য়াম্না মকা লাংঙমদে । মরমদি বাথনা অমুক সরকার কায়বা মতমদা মাগী মিং ইখঙ-খঙনদনা অসুম লৈবনা ফরমই । চিংনবা অমসুং তুংগী ফিবম য়েঙবা হায়বা অসি সাদ্দামগী চেকশিন্নবা অমসুং কৈরাক মথং-মথং কানবা উপায়শিং শীজিন্নবদা তুংদগী খ্বাইদগী চাওবা লম্বীনি । মহাক্কী মাতুল ব্রেকরগী প্রসিদেন্টসী মনুংদা অরোনবা পুবগী খুৎলাইগী পাঙ্গলনা মহাক্কী চঙজফমনি । সাদ্দাম্না বাথকী লুচিংবশিংগী খ্বাইদগী শেংনা উবা ফঙই ।

সাদ্দামদি বাথকী লুচিংবা খুদিংমক্কী ফিরেপশিং লোন্না মহাক্কী ব্রাখলদা পাদুনতা ছতরঞ্জ শান্নদুনা লৈখি । অদুগী মথক্তা মহাক্কী মাতুল ব্রেকরনা প্রসিদেন্ট ওইবনা মহাক্কী উপায় য়াম্না লৈরমই । নত্রবদি, ইরাক্কী রাজনিতিগী নুংশিৎ অসিদা সাদ্দামগী মপোক তরা হেন্না পোক্লম্বা য়াবনি । হান্নগী জিহাজ হানীন বিভাগকী অকিবা অমসুং অকি-অখঙ লৈদুনা মথৌ তপথহনবা হায়বা অদুগী শীনবা লাংবনা 'মুখবরৎ' কুম্না শীল্লাংবা ওইনা চৎথরে, অদুগা বিভাগ অদুগী মথক থোঙবদা লোইনা অরোনবা পাওশিংগী অকুপ্পা লৌখৎকদবা ব্রারোলশিং অদু পিশিল্লমই । অদুবু বাথকী দলনা ইরাক্তা হাই-হুমদুনা পাল্লে প্রজাশিংনা খঙলকপদা বাথকী দলনা লগাম থাবা শগোলগুম্না "ঐখোয়না লৈরিবশি" হায়দুনা বাথ দলগী স্লোগালনা বাঘদাদ অমসুং মরুওইবা সহরশিংদা ব্রাই চাইরম্মী । ইরাক্কীশিংনা চমমনদুনা ঈকআ হায়দুনা য়েঙলম্মী । প্রজাশিংনা বাথ অমসুং মসিগী থবকশিং অমসুং মসিগা তৌগদৌবা পোরমশিং করি অমতা উরমদে ।

## সাদ্দাম হুসেইন

খৃষ্টগী মমাংদা নিনেভাদা পাল্লম্বা (মোসল সহরগী মনাক্তা) টিগ্লাথ-পিলেসর-৩ না হৌরম্বা অমসুং এসবানিপালগী খোংগুলসিদা ইরাক্কী মমাংঙৈদগী চৎনরক্লবা ৱায়েন হৌখি। কাসিমগী ৱায়েন-থৌদাবগী মতমদা ৱায়েনবগী লোইশঙ 'মাহদাৱি' না মতম অয়াম্বদা নুংশিবা খঙবা, ঈ তাদনা ৱায়েন-বিচার চৎনবা হৌরমই। অদুবু সাদ্দাম হুসেইনগী বিচারদি অয়াম্বনা মী পাখৎনিংঙাই ওইবা দলগী মরমদনি অমসুং অয়াম্বা ঈমু-নাইমু তাবা ঙাক্তা ওইরমই।

প্রসিদেন্ট ব্রেকরনা বাথকী সরকার পায়বা হৌরকপগা বাঘদাদকী 'লিবরেসন স্কয়ার' দা ইরাকী যিহুদী পুন্না তরামরীবু যিহুদীশিংগী অরোনবা পাও পুবা মীশকশিংনি মরাল শাজিন্নদুনা ইরাক্কী কুম্মৈ-ফিয়োংগী নুমিৎ অমদা মী লাখ অনি তিনবা নুমিৎতা ফাশি তৌদুনা ইরাকী প্রজাশিং পূন্নমক্তা অকিবগী অনৌবা সরকারগী খুদোল হৌখি। হান্নগী প্রধান মন্ত্রী ওইরম্বা কর্নেল অবদ অল-রাজ্জথ অল-নায়িফপুসু অতৈ য়াইতোং ফমদোংবা তরানিথোই ব্রেকরগী সরকারনা ফাজিনখি।

সাদ্দামনা মহাক্কী মাতুল প্রসিদেন্ট ব্রেকরগী য়াইফনবা, সরকারগী মরক্তা করম্বা ইরাকীনা তুংদা অপনবা পিরক্কদবা পূন্নমক মহাক্কী অরোনবা পাও পিবা মীশিংদগী লৌশিল্লগা সরকার ওইনা মদু ফিরেপ লৌরমই। পাল্লিবা বাথ সরকারগী মরুওইবা আরবকী য়েক্লবা ওইনা লৌখৎপা য়াবদি যিওনিজমগী মাইয়োক্তা অমসুং সমাজবাদীগী মাইয়োক্তা লৌখৎপনি। অদুগা ইরাক্তা বাথ দলনা করম্না খ্বাইদগী পাঙ্গল কনবা অমসুং সরকার অদু করম্বা মতমদা অমসুং মফমদা শোইদনবা হায়বগীদমক্তা শেন্নরমই। অদুনা ইরাকী সমাজগী মনুংদা য়াইতোং ফমদোংবা কাংবুশিংগী অরোনবা জন্ম কুঠি পায়দুনা সাদ্দামনা অহিং-মিশেল খাংদুনা লৈরমই। সাদ্দাম্না কর্ম্মচারী অমদা অরোনবা নক্সাশিং নম্বা উপগ্রহশিংগী মরমদা ৱারী শারমই, উপগ্রহশিং অসি অশুক্কী মতিক মপাঙ্গল লৈখরে, মদুদি খুৎতগী চিঠি ফাওবা পাবা ঙমই।

"অদু ওইরবদি করিগী", লোইশঙ পুবা নুপা অদুনা হঙলমই, "ঐখোয়না যিহুদীশিংসু ফাঁসি তৌরিবনো ?"

"প্রজাশিংবু পারা অমা তাকপিনবা হায়দুনা", সাদ্দামা তপ্না চিংলেম্না হায়খি । ১

বাথকী দলগী ইরাকশিংনা মখোয়না চিংনবা মতমদা প্রজাশিংদা ওনশিল্লক্কনি হায়বা খঙলমই । ঋা হায়দোকলমদে তুমিন-তুমিন লৈনরমই । সাদ্দাম্মা রুটিনগী ওইনা মরম লৈতনা চিংনবা নত্রগা ময়ামগী মমাংদা শা-ঙাগুম্না অঙাং ওলহনখি । পুন্সি অসি য়াম্না মফম মরাং খঙলমদে । শাগুম্বা লমচৎ চৎতুনা অনৌবা ইতিহাসগী তমথিবা অমসুং শাহিং-ঙাহিং চৎপদা লোইননা ইরাকী প্রজাশিংগী মরক্তা চৎতুনা অঙাং ওলহল্লমই ।

বাথনা বাঘদাদকী সহর মনাক্তা লৈবা নুংঙাইবা ইম্মুংশিংদা, মতম মতমগী ওইনা অকিবা নিংশিংনবা, শিংজং পায়বা মীহাৎপনা ইম্মুং মনুংগী পরিবার তুম্না তুম্না হাৎতোক্লমই । শিংজং পায়বা মীহাৎপা নুপা অদু ফারবা মতুংদা নুপা অদুনা অরোনবা রেডিও ফ্রেকুওনসীশিং পুলিসতগী নাম্থোক্লবা খঙলমই । শিংজং পায়বা নুপা অদু বাথ সরকারগী অরোনবা পাও পুবা নত্তনা কনাসু ওইরমদে । মহাক্কী মথৌদি লোন্না মীহাৎপগী থবক তৌবা ।

সাদ্দাম্মা বাথকী দল মনুংদা মহাক্কা মতুংদা মুক্ররক্কদৌবা অমসুং তুংগী রাজনিতিগী লম্বীদা কাইরক্কদৌবা অদু মহাক্কী অরোনবা পাও পুবা মীশিংনা 'কারগী এক্সিদেন্টতগী শিরে হায়দুনা ময়ুমদা পাও পীরমই । অসুম্না শিখিবা অবদুল করিম অল-শৈখলিনি । মহাক বাথ দলগী মেম্বর, অদুগী মথক্তা ইরাকী মমাংদা ওইরম্বা মীরৈবাক্কী মন্ত্রীনি । মরাইবক থিবদি, মহাক্না সাদ্দাম হুসেইনগা ইরাকী রাজনিতিদা লাম্বা ওইখি ।

১৯৬৮ নবেম্বরদা, ইরাকী বিদেশ মন্ত্রী ওইরম্বা নাসসার অল-হানিবু বাথকী দলগী ইরাক মচা খরনা প্রসিদেন্ট অল-ব্রেকরনা কোনুংদা উন্নশি হায়দুনা চঙলমই । য়ুমদা মহাক অমুক হল্লকখিদ্রে । নুমিৎ খরগী মনুংদা মহাক্কী মশা অদু বাঘদাদগী ব্রাংমদা গাড়ী এক্সিদেন্টদা শিবনি হায়রমই । হানিগী মরি-মখোং য়াওদবা খুৎশি অসি সাদ্দাম্না অহানবা ওইনা হৈনবা মীহাৎনি ।

নাজি এদোল্ফ হিটলরগী স্টোর্ম ষ্টোপ্পর বোদী গ্যাদশিংগী মীহাৎনি। অচুম-চুমদা লৈতনা ব্রাখল লৈরমদবা লুচিংবা অদুগী হুক্কুম্নি । ফীল্দ-মার্শেল রোম্মেলবু ময়ুমদা হর হিটলরনা ষ্টেটকী থবক অমা লৈ, অরুবা ব্রাঙাংনবা লাক্কদবনি হায়দুনা এস:এস: ষ্টোমটুপরশিংনা ময়ুমদগী কৌথ্রগা অমঙ-য়াইথোং কুমখীবগুম্না ষ্টেটকী মরুওইবা পাঙথোকপগুম্না মসিগী মতৌ সাদ্দামগী মুখবরটনা অনৌবা পাড়া তম্লকপনি । গনতন্ত্র হৈনদবা, ব্রায়েল সাসন অনৌবা শেমগৎলক্লিবা নাজি জর্মননী, রীপব্লিক চিনা অমসুং ফেষ্টিস ইটালী ওইরবসু ইরাক্কী বাথনা অনৌবা সাসন পায়বা হৌরকপগী চাংদম্নিংঙাইনি ।

নাজি জর্মনী, সোভিয়েট ইউনিয়ন অমসুং রীপ্লবীক চিনানা হৌরকপদা খৃষ্টান, বুদ্ধিজম অমসুং সিন্টোইজমবু অনৌবা সরকারশিংগা লোইনরকপদা ধর্ম্মগী মনিং তম্বা থম্লমদবা অদুগুম্বনি । লাখ অমদগী হেন্না গির্জ্জাশিং, সোভিয়েট ইউনিয়নদা মুথৎখি । অমসুং নাজি জর্মনীদা করিশু খৃষ্টানগী তোপ-তোপ্পা মগুন লৈতবগুম্নি । বাথনা হৌরকপা চহিদসু শিয়াটকী অথোইবা সেম্মিদ মুহসিন অল-হাকিমনা ১৯৬৯ সেপ্টেম্বরদা বাঘদাদতা লাকপদা ধর্ম্ম চৎপা ইরাকশিংনা মঙোন্দা লৈশি-লৈথুম্বা অমসুং ব্যবহার তৌবা ইরাক্কীশিংনা উৎপা অদু বাথকী সরকারনা য়েঙবা ঙমদদুনা মহাকপু মাগী খোংলোই য়াওদনা তির্থ মফমদা ইকাইবা পিদুনা নমদুনা হলহনখি । বাথ দলনা অল-হাকিমদা তৌবা অদুগুম্বা ব্যবহার বাথ

নত্তবা অতোপ্পা মীদা তৌবা থিংলমই, — শিয়াট ধর্ম্ম ওইজরবসু । অল-হাকিমগী মচা মহদিবু মহাক য়াওদনা ফাঁসিগী হুকুম অমা থোকখি । অদুবু বাথদুগী মাইয়োক্তা মহাক্না লৈবদগী মহাকপু খার্টুমদা লৈবা হিল্টোল হোটেলদা ১৯৮৮ দা ফমদুনা লৈরিঙেদা হাৎখি । মসিনা তাকপদি ইরাকী অমনা সম্মান তৌবা অসি ইরাকনি, ইরাক্তগী হেনবা লৈতে ।

'কু ডে টেদ' হায়বা অসি ইরাক্কী বাথকী নৌনা হৌরকপা সাসন পায়খৎলকপা মতমদদি য়াম্না কুংই । মশামকসু ইরাকী সরকার পায়রকপনি । সরকার হোংগদৌবা মাম্না হৌবা অতোপ্পা কাংবুনা তৌরকপা য়াই, অদুবু শক্তি পায়বা সাদ্দামগী চিংনবদগী নাম্থোকপা, নত্রবদি য়াম্না শাথিবা হিংসাগা লোইননা নমথরমই । গনতন্ত্র চৎতবা এসিয়াগী রাজ্য অসিদা সরকার শেম্নবা মুম্নবা অসি য়াম্না কুংলমই।

বাথ দলগী মেম্বর মশিং চহি হৌখিবগা লোইননা য়াম্না হেনগৎলমই । অদুগী মথক্তা সাদ্দাম্না প্রসিদেন্ট ব্রেকরগী মরুমদা থুপ্তুনা লৈবনা, অদুনা 'সিভিল্লিয়ানগী অরোনবা পাওশিং পুবগী থবকশিংদা' শীন্নবনা মহাক্কী লোৎতুনা লৈরিবা শিক্ষম্না মহাকপু চিংনবা কয়া য়াওখিদে । সাদ্দামগা ব্রেকরগা মরি মতাগী নকশিন্নবা লৈখিবনা মহাক্না, লাল্লবসু নত্রগা চুম্লবসু বাথকী সাসন চেকশিনবা অমসুং মশাগী লম্বী ফাওবা য়াৎচখি ।

১৯৭০ জানুৱারী ২১ দা ইরান্না মতেং পাংদুনা ইরাকী সরকারবু লংখাইনবা নায়িফনা বাথকী সরকারগী মথক্তা হোৎনরক্লমই । অদুবু লোম্না শীনবা খুৎশিল অদু হেক খণ্ডবগা 'রীভোলুসনরী কোর্ট' অমা খুদকতা লিংখৎতুনা ইরাকী নিফু-মরীবু পুং কুন্থ্রাতরক্কী মনুংদা শিবগী দণ্ডী পিখি, অদুগা মখোয়বু আইন লোইশঙ অদুগী মপান্দা নোংমৈশিংনা কাপ্তুনা সিপাইশিংনা হাৎখি । অদুবু হাৎপ্রিবশিংগী মরক্তা ইরাকী অমা

লান্না হাংখরে । লাল্লে হায়বা অদু খওলক্লবা তুংদা মহাক্কী মপাদা দিনার ৫,০০০ মচা অদু শিবগী ক্ষেতিপুরন পিখি । ইরাক সরকারদা কর্ম্মচারী ওইবা মপা অদুনা ৱাদি ঙাংবা ঙল্লমদে, মদু লৌবা তাখি । অসুক ওন্নতৈনবা অমসুং মফম মরাঙ খওদবগা লোইনবা বাথকী সরকার ওইরমই ।

ইরাকী সরকারগী 'নম্বর - ২' ওইরবসু রীভোলুসনরী কম্মাণ্ড কাওনসিলদা মহাক্কী লাম্বা লৈরমদবা নত্তে । অদুবু তুমিন্না মখোয়বু মথং মথং লৌথোক্লবা হোংনখি । সাদ্দাম্না জেনরেল হার্দান অল-টাক্রিটী ঙাকপা-শেনবগী মন্ত্রীগা খৌমুক-খৌমুক তৌনরমই । মহাক্না(সাদ্দাম) হায়জবদগী ১৯৭০ এপ্রিলদা ভাই-প্রসিদেন্ট পিরগা ওক্টোবরদা মফম লৌথোক্লুনা মহাকপু ইরাকী ৱাংমদা থারমই । মথং ফেব্রুৱারীদা ইরাকী রাজদুত অমা য়াওনা হর্দানবু মীহাৎপশিংনা হাংখি । অতোপ্পা অমনা ইরাকী জেনরেল সালিহ্ মহদি অম্মাশবু ১৯৭০ এপ্রিলদা 'ইন্টরিয়র মিনিষ্ট্রী' দা মন্ত্রী ওইবদগী ভাইস-প্রসিদেন্ট ওইরগা সোভিয়েট ইউনিয়ন্দা রাজদুত ওইনা মোস্কোদা থাদোকখি ।

ইরাকী সরকার অসি রীভোলুসনরী কমাণ্ড কাওনসিলগী মকোক ওইবা সিপাইগী জেনরেলশিং অমসুং সিভিলিয়ান বিভাগকী মচিল তোংবা ইরাকী সরকারগী মায়য়োক্তা লাল হৌবগী থৌরাঙ তৌরে অমসুং তৌনিংলে হায়বা ৱারেং অমা সাদ্দাম্না শাগৎলদুনা ব্রেকরবু মহাক্কী অরোনবা অমসুং অথুপ্পা ৱা- তান্নফম কুফাদা লোন্না লোন্না য়াথং লৌখি । সাদ্দাম্না সিভিলিয়ান বিভাগতা অরোনবা পাওশিং লোইশঙদা থবকশিং তৌরগা, মশামক্কী থবকশিংদি, মশাদি 'অরোইবগী কোনুং' বিভাগতগী হৌরকপনিনা মহাক্কী মখুৎতা ইরাক্কী প্রসিদেন্ট ব্রেকরগী মখাদা লৈবা লোইশঙ ইরাকী পূম্নমক খুবাক্তা হাপতুনা মহাক্কী মঙোন্দা মতুংদা কান্নগদৌবা নত্রগা মতুংদা লাম্বা ওইনা তৌগদৌবা ইরাকী খুদিংমকপু দুরবিন থালদুনা

য়েঙলমই । মহাক্কী খুঙ্গং, টাক্রিটীদগী লাকপা ইরাকীশিংনা মনুংগী মী ওইখি; সুনী ধর্ম্মদা মহাক্কী য়াম্না চাওবা অপুনবগী অরোনবা ওইখি ।

সাদ্দাম মিলিটারী ট্রেনিং য়াওখিদে; মহাক্তি কম্মিসন ওফিসর ওইনা খনবদা চঙবা ঙমখিদে । অদুবু মহাক্না 'মিলিটারী সর্ভিস' দা চঙবগী আশা লোন্না তৌখি । খুদোংচাবা হেক ফঙবদা মিলিটরীগী মকোক থোংবা মী অমা ওইগে খনখি । অদুগা সাদ্দাম্না মিলিটরীগী ফমনাইবশিংবু কি তুক্কচখী । অদুগা মহাক্না খুদোংচাবা লৌদুনা মখোয়গী, অচাও-অরম কাজদ্রবসু, মহাক্না মথং মথং করিগুম্বা ব্রাকৎ অমা পুথোক্তুনা মহাক্কী প্রসিদেন্টদা লোন্না তাক্তুনা নৌনা শেম্বা হৌরিবা বাথ দলগী য়ৈখাইবশিং লৈতনবা প্রসিদেন্টগী অরোনবা কাদা তান্নরমই । ইরাক্কী সাসন মুন্নবা তোইনা থোক্কল্লবা বাঘদাদতা সাদ্দাম্না মহাক্কী প্রসিদেন্ট নত্রগা মঙোন্দা থোক্লক্কদৌবা য়ৈখাইবশিং অদু মহাক্কী ইরাকী অরোনবা থবকশিং পায়বা মীশিংদা শীন্নখী ।

ইন্টর্নেল সেক্যুরিটীগী দিরেক্টর জেনরেল নাধিম জারনা প্রসিদেন্ট ব্রেকরনা বাঘদাদকী ইয়ারপোর্টতা ইউরোপ্তগী থুংলবা মতমদা হাৎতুনা ইরাকী সরকার হোংদোক্নবা লোন্না তৌরমই । ১৯৭৩ জুন ৩০ দা মহাক্কী লালহৌবগী থবক অসি পাংনবা হোৎনবদা মহৈ য়ানখিদে । মরমদি প্রসিদেন্টগী প্লেন অদু অকক্নবা থুংলগদবা মতমদগী পুং ২ থেংনা থুংলবা অদুনা জারগী খুজিল থৌরাঙ পূম্নমক কাইদুনা মহাক্না ইরানগী সিমানারোমদা জামিন য়ান্নবা ইরাকী অনি কোন্নরগা চেনশিনখি । সাদ্দাম্না খুৎলাই পায়বা খরগা লোইনদুনা মখোয়বু ফঙননবা তান্নখিবদা জারগী শৌগৎপা ইরাকী খর জেনরেল সেক্যুরিটী লাম্মী থম্নবা শঙশিংদা ফাজিন্দুনা থল্লগা নোংমৈশিংনা কাপ্তুনা হাৎখি । জেনরেল জারসু মহাক্না লোইনবা সেক্যুরিটী ওফিসারশিং তরেৎকা, অমসুং লাম্মীগী ওফিসার তরাহুমদোইু

বিচার তৌবদা মরাল লৈরদুনা হাংখি । মথং নুমিৎতা সিভিল্লিয়ান কুম্ভাতরুক বিচার তৌবদা তরাহুমদোই শিবগী দণ্ড পিখি । রীভোলুসনরী কম্মাণ্ড কাওনসিলগী মেম্বর অবদুল খলিগ অল-সামারাইসু চিংনখী; অদুবু সাদ্দাম্মা, মণোল্দা তুংদা য়েখাইবা পিরক্তনবা নোংমৈ কাপ্তুনা হাংখি ।

ইরাকশিংনা ঙাংনরমই, সাদ্দাম্মা খৌদোক অদুনা শক্তি লৈরবা মহাক্কী লাম্বাশিং পুম্নমকপু লোইনা নমথবা ঙমখি । ১৯৭৩ গী মতুংদা মিলিটারী ওইজবা তানবা কাংলুপ খর বাথকী দলগী মরক্তা লৈরম্বা অদু লোইনা লোইশিল্লমই, অদুগা প্রসিদেন্ট ব্রেকর নত্তনা মরুওইবা থবক্তা লৈরমদে । সাদ্দাম্মা বাথ সাসনগী মনুংদা লৈবা ইরাকীশিং মনুংদা প্রসিদেন্ট ব্রেকরগী হেক ঙমথংদা লৈবা মীশক ওইবা ঙল্লমই । সাদ্দাম্মা ইরাকী সরকারদা মনিং-তম্লম্মি । রীভোলুসনরী কম্মাণ্ড কাওন্সিলগী অরিবা জেনরেলশিং অমতা লৈরমদে । মিলীটারীগী ওইজবা তানবা কাংলুপ, সাদ্দাম্বু কাবু য়েঙদুনা লৈরম্বা পুম্নমক মথং মথং মশানা ওইরবসু নত্রগা অপাননা য়েঙশিনবা ওইরবসু মশীং য়াম্না হন্থখী ।

হৌজিক্তি সাদ্দামগী মরি-মতানা প্রসিদেন্ট ওইরি, অদুগা মানা মথংদা ওইরমই । ইম্মুং মনুংগী রীপব্লিক সাসন ওইনা চৎথরক্লমই । ব্রেকল-সাদ্দাম-উদয় পরিং নাইনা ইম্মুং মনুংগী রীপব্লিক ওইনা, ইরাকী প্রজাশিংগী য়াইফনবা কৌগেরা, মীয়ামগী সাসন, গনতন্ত্র রাজ্য হায়না কৌগেরা, কুনশুবা শতাব্দী লোইরমদাই খ্বাইদগী চৎনবা অদুগী মমিংদা কৌবা তাবনি ।

রাজ্য অমগী ইম্মুং মনুংগী তাশিল-খোমজিনবা লোইরবগী তুংদা মীরৈপাকশিংগী মরি নিংথিনা শেমজিনবা হৌনশানি । পৃথিবী লাঞ্জাও অনিশুবগী মতুংদা শক্তি পায়বা লৈবাকশিং অনি চোংথোক্লকলমই ইউ:এস: অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়ন্নি ।

বাথকী সাসনগী অহানবা হৌরকপদা ইরাক্তি সোভিয়েট ইউনিয়নগা মরী নক্করমই। জেকোস্লোভাকিয়া ১৯৬৮ আগষ্টদা লান্দা লান্দবা ইরাক্না শৌগৎখি। মরমদি ইরাক্কী ইমুং মনুংগী অমসুং মীরৈপাক্কী ঈরাঙ নেম্নবনি। সাদ্দাম্না ১৯৭২ ফেব্রুৱারীদা "ফ্রেণ্ডশিপ সন্ধী" ইরাক্না অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়নগা তৌনখি। ইরাক্কী লৈবাক্কী ঈরাঙ মীরৈবাক্তগী অমসুং মনুংদা নেম্নবনি। মথংদা সোভিয়েটনা "ন্যাসনেল প্রোগ্রেসিভ ফ্রন্ট" কম্যুনিষ্ট দল য়াওহল্লগা বাথ দলগা পুন্না শেম্না হায়না লেপ্পমই। ১৯৭৪ দা ফ্রন্ট অদু শেম্লে অদুগা ১৯৭৮ দা বাথ দলনা কম্যুনিষ্ট দলবু শাথিবা শাফুগা লোইননা নৈখি। সাদ্দাম্না দল অমতংগী সাসনগী মাইকৈদা চঙশিল্লক্না উবনি।

আরবকী কাংলুপগী মনুংদা কুর্দশিংগী মতোমতা সাসন পুনবগী কুর্দশিংগী লুচিংবা মুষ্টাফা বার্জ্জানিগী মখাদা লেপ্তুনা ঈরাঙ হৌখি। বাথনা সাসন পায়দ্রিঙৈদা ১৯৬৬ ঈরাঙ অসি অমুক খর লৈরমই অমসুং ১৯৬৯ গী কুর্দশিং লাঞ্জাও ইরাকী শিয়াটশিং কয়াবু ইরান লৈবাক্তা নমদুনা থৈদোক্লম্মী।

সোভিয়েট ইউনিয়ন্না কুর্দশিংগী লুচিংবা মুষ্টাফা বার্জ্জানিবু ইরাকী সাসনগা সন্ধী তৌননবা হায়খি। ১৯৭০ দা সাদ্দাম্না কুর্দিষ্টান্দা চৎতুনা সন্ধীগী সহী তৌনখি। অদুবু মহাক্না সন্ধীগী মতুংইন্না চৎপা ঙমখিদে। ১৯৭০ সেপ্টেম্বরদা বার্জ্জানিগী মচানুপা, ইন্দ্রিসপু বাঘদাদতা মেছিনগন্না কাপ্তুনা হাৎনখি। মতুং চহি অমা লৈরগা বার্জ্জানিবু হাৎনবা হাজ্জি ওম্রান্দা মী থাদুনা খুজিল থৌরাঙ হোৎনবদা ঙমখিদে।

সোভিয়েট ইরাক্কী সন্ধীবু শীংনবা ওইনা ইউ:এস: অমসুং ইরান্না কুর্দিষ্টানগী বার্জ্জানিবু, কুর্দশিংগী মতেং পাংলগনি হায়বগী থাজবা পিরম্মী। ১৯৭৩ অমসুং ১৯৭৪ কী অঙনবা কুর্দিষ্টান্দা লাল য়াম্না কনখৎলমই। সাদ্দাম্না মশামক্না লাম্হোং অদু শীল্লমই। কালা দিজেহ

সকুরদা কুর্দশিং চনি অমুক বোম্ভা থাদদুনা হাৎলমই । মহাক্কী লাম্মী য়াম্না শিবা অমসুং লাম্ফমদা চংশিনবা ঙমদবগা মতুং তাবা ঙমখিদে ।

অদুবু মতুং তাবদদি, সাদ্দাম্না ইজিপকী প্রসিদেন্ট অনবার ইল-সাদাট অমসুং আলজরিয়াগী প্রসিদেন্ট হোৱারি বোমেদৈন অমসুং ইরানগী শাহ্ পহলবীগী মতেং লৌবা অদু ও:পি: ই: সি:গী আলজিরিয়াদা ১৯৭৫ মার্চ ৫দা সন্ধী তৌনখি । শাহ্না কুর্দশিংগী মতেং অমুক পিবা য়ানখিদে, অদুগা শাট অল-আরবকী ঈশিংগী লম্বী অদুগী তংখাই লৌখি ।

ইরাক্না কুর্দশিংগী মথক্তা য়াম্না কনবা অমসুং মতুংদদি অঙম্বা য়াওনা তকশিনখি । বার্জানিনা নিংবা কাইদুনা ইরাক্তগী চৎথোকখিরমই । মহাক্না হায়রমই, শাহ্গী মৱাহে লৌবা অরেম্বা তাহল্লে, অদুনা ইউ:এস:নদি অশুক নমথাক তৌরম্লোই । অলজিরিয়াগী সন্ধীগী ইরাক্কী ফিভম খর চাওনা হোংবা অমা পিখি । অদুনা মহাক্কী (ইরাক্কী) মরিং-মরাঙবা, নাইতোম তাবা ষ্টেটকী পোলিসীদা খঙয়াক-খঙথিল তৌবা খর হন্থরমই ।

কুর্দিষ্টানগী লুচিংবা বার্জনিনা ইরাক্কী ৱাংমদা লৈখিবনা কুর্দশিংগী লালহৌবা অদু মতম খরগীদমক পোত্থারমই । অদুনা ইস্মুং মনুংদগী য়েক্লবশিংনা শান্তি থুগাইরগী খুদোংথিবা থুগাইবগী শক্তি ৱাংমদা লৈরমই । অদুগা ১৯৭৫ দা ইরাক্না আরবকী রাজ্যশিং ইজিপ, সাওদি আরাবিয়া অমসুং জোর্দানগী মরক্তা লৈনবা ফিবমশিং ফগৎহল্লমই । অদুগী মথক্তা, ১৯৭৩ গী আরব ইস্রাইল লাঞ্জাওগী মতুংদা ইরাক্কী ষ্টেটকী আয় থাওগী মমল শরুক মরী হেনগৎপনা সাদ্দামগী রাজনিতিদা অহোংবা অমা লাকখি । সমাজবাদী রাজ্যশিংনা ইস্রাইলী লাঞ্জাওদা মতেং পাংবা মখৈবু ইরাক্কী থাওগী পোৎথোক থিংজিল্লমই ।

১৯৭৪ দা ইরাক্কী ষ্টেটকী আয়দি থাওগী মমল কাখৎপদগী মমাংঙৈদা লৈরম্বা ফিবমদগী শরুক তরারোম হেনখৎনখি, অদুনা ইরাক্কী য়ুমলৈ-কৈরৈ, খুৎশা কলশিং, লম্বী-থোংনচিংবা অমসুং শীজিন্নবা পোৎশিং অয়াম্বা চাওখৎপা লৈবাকশিংদগী লল্লোল-ইতিক অমসুং,মপালদগী পুশিনবা হৌখি। মরুওইনা ইউ:এস:তগী লল্লোনবা হৌখি। তৌইগুমসু সোভিয়েট ইউনিয়দগী অসুম অসুম লাকপা হৌখি । সোভিয়েটনা আফগানিষ্টান লানদাবদা আরব লৈবাকশিংগী মমাং থাদুনা য়ানিংদবা ফোঙদোকখি । ১৯৭৮ গী কেম্প দেভিদ সন্ধী মতুং ইন্না, সাদ্দাম্না নোংপোক্কী ময়াই এসিয়াদা মহাক্না য়াম্না মরুওইবা ফিরেপ লৌবা হৌরক্লে অমসুং ইরাক কনাগসু পুনদনা মতোমতা লেপখি ।

## পণ্ডপ ৪

# ঐতিহাসিক ইরাক

করি অমতা নিংজিং-মাংজিংবা লৈতনা য়ৌনা কিবা মকি শীন্নদুনা সাদ্দামগী সাসন অদু চুমহন-চুমহনবা ইরাক্কী মমাংঙৈগী ইতিহাসদা লুনা মরা তাখিবনি । গনতন্ত্রগী সাসন অসি ইংলেণ্ড অমসুং ইউরোপকী লৈবাকশিং অমসুং ইউ:এস:দগী থোক্লককপনি । ভারতনা স্বাধীন ফঙলবা মতুংদা ১৯৪৭ আগষ্ট ১৫ দগী পার্লিয়ামেন্ট গনতন্ত্র চৎপা তম্লকই । লিচ্ছবী লৈবাক অমসুং অতৈ মফম খরদা গনতন্ত্র চৎলম্বগী খুদম পন্নে । মদু শাস্ত্রশিংগী ব্রা ওইনা তৌনৈ । শক ২০০০ য়ৌরবা ফাওবা ভারত ইনৌ-নৌরি । মতৌ তম্বনি ।

জাতি অমবু আরব জাতিগী অপুনবা (পান আরব) কী শেম্বা তারবশু জাতিশিংগী সিমানাশিং পুনশিবা ঙমদে । মরৈপাক নুংশিবদা লোইলম চৎনদ্রিঙৈদগী ইরাক্তি লৈতে । সাদ্দাম খৃষ্ট পোক্ত্রিঙৈগী তরুকশুবা সতাব্দীগী সাসন পুবা মেসোপোতেমিয়াগী নেবুচাদনেজরনি হায়নৈ । মহাক্কী নিংশিংনবদি অরিবা বাইবলদা জেরুসালেমবু খুদম চনখি, অদুগা হিব্রুশিংবুনা ফাদুনা পুখি । নেবুচাদনেজ্জরগা মান্নবা সাদ্দাম হুসেইনগা খন্নাংনা নুমিদাংদা লেজর মঙানগী ঈথক্লা কাপ্পুনা আতিয়া অন্নাংবদগী থেৎলি ।

সোভিয়েট ইউনিয়ন অমসুং রুমানিয়াদি দিটেক্টরগী কাইদোংফম্নি । মমাংঙৈগী গ্রীসনা ইরাকপু মোসোপোতেমিয়া কৌনৈ, হায়বদি তুরেলশিংগী মরক্তা লৈবা কৌনৈ, হৌজিক্কী ইরাক টাইগ্রিস

অমসুং ইউফ্রেটিস তুরেলশিংনা মরুওইবা শরুক ওই । তুরেলশিং অদুনা বস্রা সহরগী মনাক্তা উনৈ, অদুগা ঈশিংগী লম্বী শট্ট অল-আরাব আরবকী তুরেল কৌনৈ ।

ইরাক্কী মীকোক্তি কোটি অমা লাখ হুম্ফু তরানি । তোংঙাল-তোংঙালবা লমশিং অমা অমসুং মীশিংনা হৌজিক্কী মতমগী ইরাক শাবনি । সুন্নি ধর্ম্ম চৎপনা চাদা ৫৫% ওই । মীশিং অয়াম্বা কাংবু হায়বা অদু ওই । অদুগা আরব জাতিদগী তোংঙানবা অমসুং অয়াম্বনা সুন্নি মুস্লিম চৎপা ওই, মীশিংদা চাদা কুন্দি ওই । মীশিং চরা-চরানা তাবা বেদুইন জাতিনা নোংচুপ থঙবা ইরাক্তা তাই । মদু অচৌবা সীরিয়াগী মরুভূমিগী শরুক অমনি । টাইগ্রিস অমসুং ইউফেট্রিস অনিদুনা ইরাক্কী ময়োন ওইজরবশু, মখোয়নদি মপানথংবা সিমানা ঙমখৈ নাইহনদে, মরমদি অয়াম্বা শরুক্তা ইতিহাসগী য়ুম্ফমদি ওইদে । ১৯১৬ কি সীকস পিকোটকী মীংচৎ থিবা য়ানবা করার অদুদগী হৌজিক্কী মতমগী ওইবা ইরাক পুরকখি, মদুদা ইংলেণ্ড অমসুং ফরাসীনা পৃথিবী অহানবা লাঞ্জাওদা ওট্রোমান সম্রাজ্যবু মখোয় অনিগী মরক্তা য়েন্থোক্লখি । লাঞ্জাও লোইরবা মতুংদা মমাংঙৈদা ওইরম্বা ওট্রোমানগী প্রদেশশিং, বাঘদাদ, বস্রা অমসুং মোসুল সহরশিংদা অনৌবা ময়োল ওইদুনা ইরাক রাজ্য ওইখি । ইরানগা ইরাক্কা মরক্তা লৈবা সিমানাদি চহি ২৫০ শুরবা ওট্রোমান রাজ্যগী ওইনা লৈখি । অদুগা কুৱেট অমসুং সাউদি আরাবিয়ানা মখাথংবা মাইকৈদা অমসুং জোর্দান অমসুং সিরিয়ানা নোংজুপ থংবা মাইকৈদা লৈবা বৃটশনা লৈঙোই মথক্তা চিংবা অচুম্বা পংতি অদুনি । মমাংঙৈগী মোসুল প্রদেশগী, ওট্রোমানগী সাসনগী ইরাক্কা টুর্কিগী মরক্তা লৈবা সিমানা অদুনি । কুর্দশিংগী মীশিংবু পংতি অদুনা ইরাক অমসুং টুর্কিগী সিমানাদা লৈববু খাইদোকপিখি ।

ইরাক খাইদোকপা অদুনা ইউফ্রেটিস অমসুং টাইগ্রিস তুরেলশিংগী মরক্তা লৈজরবশু মেসোপোটেমিয়াগী লম থংনবা লৈবাকশিংগী লাল

লাকপদগী ইকন-কনবা মফম নত্তে । জর্মানী লৈবাক্নুম খণ্ডনবা পাঙ্গল লৈবা লৈবাকশিংদগী ঙাকথোকপা খুদোং চাদে । ইরাক্কী খ্বাইদগী চাওবা সহর অনি য়াম্না শোকপা-খোৎপা লৈ । বাঘদাদ সহরনা ইরানগী সিমানাদগী মাইল হুম্ফুতরা লাপনা লৈ, অদুগা বস্রা সহরনা তরাহুমদোই তমক লৈ । অদুগা ইরাকতি পাকথোকনিংঙাই ওইনা লমশিংগী মরক্তা লৈবনি । ইরানগী উপসাগর সমুদ্রদগী মাইল কুনতরুকতমক লাপনা মরৈ । অদুগা শাট্ৰ অল আরবনা ইরাক্কী মনুংদা চংনবা সমুদ্রগী লম্বী ওই । ১৯৮০-৮৮ গী ইরান-ইরাক লাণ্ডাও উপসাগর লাণ্ডাও অদুনা ইরাক্কী উপসাগরগী বন্দরশিংবু থিংখি । অদুগা উপায় লৈরক্তদুনা জোর্দান্দা ইরাক্কী সমুদ্রগী পোৎশিং হায়জদুনা পুই ।

সুমেরিয়াশিংনা খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈঙগী চহি লিশিং অহুম মমাংদা হৌজিক্কী বাঘদাদ সহরগী মখাদা মেসোপোটেমিয়াগী লৈতেম মান্নবা লম অদুনা অহানবা ইবা অমসুং খ্বাইদগী হানবা সহর নৈনবা অমসুং সাসনগী পথাপ নাইবা লৈঙাকলোন হৌখি । মতুং চহি লিশিং অমগী মতুংদা মেসোপোটেমিয়া, বেবিলোন অমসুং এসিরিয়া লৈবাকশিং হায়না থোকখি,বেবিলোন্না মেসোপোটেমিয়াগী মখা থংবা মফমদা লৈখি । সংস্কৃতি অমসুং বিজ্ঞানগী নৈনবগী মমিং লৈ । ১৭৯২-১৭৫০ খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈঙগী মমাংদা য়াম্না চাওরবা নিংথৌ হাম্মুরাবিনা ইহান-হান্না সমাজগী আইন অমা শেমদুনা ইদুনা পিখি । গনিত-জ্যোতিষ কাংবুনা মতমবু হৌজিক শীজিন্নরিবা পুং হায়না মিনিট হুম্ফু খাইদোক্তুনা মিনিটপু সেকেণ্ড খাইদোক্তুনা চৎহনখি । বেবিলোনগী ময়েক্কী পাথাপকী চৎনবী ওইনা লৌখি ।

এসিরিয়ানা মেসোপেটেমিয়াগী অৱাংথংবা তঙ্খাইগী শরুক্তা, মোসুল সহরগী মনাক্তা কোনুং নিনেভাহদা ওইখি । এসিরিয়া দেশনা পৃথিবীগী অহানবা লানগী বিদ্যা সংস্কৃতি হৌখি । খ্বাইদগী জয় তৌবা ঙম্বা, ৭৪৪-৭২৯ খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈদা, টিগ্লাথ-পিলেসের -৩ না লানগী

সিপাইশিংবু মতম চুপ্পা লৈবা রাজনিতিগী অশুম্বশিংবু খুদুম চন্নবা পাঙ্গল লৈরমই । মখোয় য়াম্না তমথিবগীদমক মমিং লৈনরমই, অদুগা য়াম্না তোইনা মখোয়গী প্রজাশিংনা লানহৌবগী চৎনবা অসি লৈদুনা মখোয়গী সম্রাজ্য অদু মচেৎ-মচেৎ তাগল্লি । মখোয়গী মতম অদুগী লৈবাক ঙাক্লোন য়াম্না কষ্থানরমই । অদুগুম্বা তমথিনবগী লমচৎ চৎপা এসিরিয়া লৈবাক ঙাকলোন অদুনা প্রসিদেন্ট সাদ্দাম হুসেইনগী কুনশুবা সতাব্দী লোইরমদাইদা গনতন্ত্রগী ওন্নবা অমসুং অকনবা সাসন অমা শেম্বা তাখি । এসরবনিপালনা উদগী য়াম্বা য়েক্লবা অমগী মকোক্তা লেপ্লগা অশিবা মশাশিং মহাক্কী অকোইবদা পৈখৎতুনা লেপতুনা উৎলি । হৌজিক্কী মতমদা সাদ্দাম্না ৱায়েনবা নুপা অমগী পাঙ্গল, অমসুং শাগী লমচৎ চৎপনা মহাক্কী তৌবা ঙম্বা শিংনবা ঙমদনবনি । এসীরিয়াগী লেপ্পা লৈতনা লৈবাক জয় তৌবা অমসুং লমশন্দোকপা অসি পথাপ অদুগী অশোনবতনা ওই । অসিগুম্বা লৈবাক ঙাকলোনগী চৎনরকপা অসিনা হৌজিক্কী মতমগী ইরাক্কী ৱায়েনবদা য়াম্না মতেং পাংই । হৌজিক্কী মতমগী গনতন্ত্রগী ৱাখল প্রসিদেন্ট সাদ্দাম্না লৈববুদি মহাক্না নিংথৌ নেবু চাদনিজর অমসুং নিংথৌ এসরবানিপালগী মহাক্কী প্রজাশিংগী মশাদা য়াওজরবা মগুনশিং অদু খঙনা চৎপনা লৈবাক ঙাকলোন শাস্ত্রনি । ইংলেণ্ড, ইউ:এস: অমসুং ইউরোপকী দেশশিংদা গনতন্ত্র চৎনবা য়াই, ইরাক্কী লৈঙাকলোন্না এসীরিয়াগী য়াম্না মরৈ থাংবা প্রজাশিংদা থেঙনখিবা সাসন্নি ।

খৃষ্ট পোক্ত্রিঙৈগী চহি চাম্মঙাৱাইদা মেসোপোটেমিয়াগী আইনগী চাওখৎপা লোইখি । অথোইবা নিংথৌ সাইরসকী মখুৎতা বেবীলোন অমসুং এসীরিয়া তাখি । মথংদা তরামাথোই শুবা শতাব্দী ফাওবা গ্রীস অমসুং পার্সী নিংথৌশিংনা মেসেপোটিমিয়াবু লাকশিনখি । মতুংদা তরেৎশুবা শতাব্দীদা আরবগী ইস্লাম ধর্ম্ম চৎপশিংনা মেসোপোটেমিয়াবু অনৌবা ফিবমদা পুরকখি । মুস্লিমশিংনা হৌজিক্কী দেশকী মমিং ইরাক কৌদুনা ইস্লাম ধর্ম্ম লমদম অসিদা পুরকপা নত্তনা খুদুমশু চনখি ।

অহানবা ইস্লামনা পানবা শতাব্দী অদুদা ইরাক্তা সুন্নী শিয়াট হায়না ধর্ম্ম অনি মচেৎ-মচেৎ তাখি । লাইনা থারকপা মোহাম্মদকী খুবম ফঙহৌনবগী খঙনচৈনবদগী য়ান্ননদবা অদু থোকখি । কাংলুপ অমবু শিয়াট নত্রগা লাইনা থারকপা মহাক্কী শাগৈ মচিন-মনাও অমসুং মম্মাক অলিবু মোহাম্মদকী খুবম শীলহৌবা মীনি হায়বা কাংবু খরনা য়াখি । অনিশুবা কাংলুপনা সুন্নী হায়দুনা মেক্কাগী কুইরবা অচৌ-অশাংশিং, খ্বাইদগী শেংলবা মফম কয়া অমসুং ইস্লামগী পোকফম মফম য়ানবনি । সুন্নীশিংনা মথক থোঙ্গৎপা হৌদুনা মখোয়না খনবা মী অহুম্না মথং-মথং ওইদুনা ধর্ম্ম শন্দোকনবা তৌখি । অদুবু খৃষ্টগী মতুংদা ৬৫৬ তা লালহৌবা আরবকী সিপাইশিংনা অহুমশুবা কালিফা ওথমানবু হাৎতুনা কালিফা অলি হায়না লাওথোকখি । প্রজাশিংগী লাঞ্জাও থোক্তুনা কলিফা অলিনা ইরাক্কী রাজধানি কুফাহ, হৌজিক্কি বাঘদাদকী খা-নোংচুপ থংবা সহরদা চংজফম থিখি । সীরিয়াগী রাজপাল অমসুং ওথমানগী শাগৈগী মচিন-মনাল অমনা লমন খুম্নবা লাওরকখি । কালিফা অলিনা মহাক্কী লাম্মীশিং পুদুনা মহাক্তা থেনবা চৎখি । অদুবু সন্ধী তৌনবা অদু মহাক্কী লোইনবা কাংলুপ খরনা য়াখিদে অমসুং মহাকপু হাৎতোকপিখি । মুব্রায়হনা মদুগী মতুংদা কালিফা ওইদুনা উমায়াদ শাগৈ হায়না মুস্লিমগী সাসন দামাসকস সহর ওইখি । নাজাফ হায়বা লমদমদা কালিফা অলি নোঙ্গারগা কবর চনখি অদুদগী শিয়াটশিংগী য়াম্না মরুওইবা মফম ওইখি । তির্থ চৎফম্নি । কালিফা অলিগী মচা নুপা হুসেইন, মোহম্মদকী মশু ইবুংঙোনা কলিফা মুব্রায়াহগী মথক্তা লাল হৌরক্লমই । মহাক্না মাগী মপু শিরবা মতুংদা কালিফা ওইখি । খৃষ্টাব্দ ৬৮০ দা কুফাহগী মীশিংনা হুসেইনবু লালহৌবা অদুবু লুচিংবিনবা হায়জখি । অদুবু হুসেইন লাক্লিঙৈগী মমাংদা কাফাহগী লানহৌবা মীশিং উমায়াদকী পাঙ্গল পায়রিবা শক্তিনা থৌনা ফনা মখোয়গী লানহৌবা অদু য়ৈথখিদুনা মতেং পাংখিদে । কার্বেলাগী লমহাংদা হুসেইন অমসুং মহাক্কী লোইনবা লাম্মী খর অদু মায়থিবা

পিখি। মহাক্কী শিফম অদু শিয়াটকী পাওতাক্কী মরুওইবা অমসুং শিরগদৌবা নাস্থোকপা য়াদ্রবা তাবগী অৱাবা লাইশোলগী নিংশিংফম ওইখি ।

খৃষ্টাব্দ ৬৯৪ ফাওবা চহিদি ইরাক্তা তপথবা লৈরমদে । অদুবু রাজপাল অল-হাদিজাদজনা পানবা মতমদদি লল্লোন ইতিক লৌউবা অমসুং শান্তি পুরকখি । মহাক্কী সাসন অসি শা-ঙাগুম্না চৎখি । অদুবু মতিক চাবা রাজপাল ওইরমই ।

অনৌবা মুস্লিমগী লুচিংবশিংনা বাঘদাদ সহর শেমদুনা মখোয়গী কোনুং ওইনখি । খৃষ্টাব্দ ৭৫০ দগী ১২৫৮ ফাওবদা ইস্লামগী সংস্কৃতি চাওখৎপগী পন্দোম লোমখি । হায়রিবা মতম অদুগী মনুংদা কালিফা অব্বাসিদনা পানখি । মহাক্লা হৌজিক্কী আফগানিষ্টান্দগী অৱাংথংবা আফ্রিকা ফাওবা পানখি । মখোয়না পার্সী, গ্রীক অমসুং আরবকি বিদ্যা পুনশিনবা পাম্নখি। হায়রিবা মতম অদুদা তম্বিবা মতম্বি রসায়ন, জ্যোতিষ, হীদাক-লাওথক, অঙ্ক, ভুগোল অমসুং সাহিত্য য়াম্না চাওখৎপা ওইখি । ইন্দ্রিসিদা পৃথিবীগী অহানবা নক্সাশিং য়েকপা হৌখি । অঙ্ক হৈরবা অল-কাৱারিজমিনা 'অলগোরিথম' অমসুং 'লোগারিথম', পুনশিল্লগা 'অলজেব্রা' শীজিন্নবা হৌখি । মতম অদৃদা পার্সীশিংনা অসীরিয়াগী নিংথৌশিংগা লোইনরদুনা মীরোল মথং মথং চৎনরকপা ওইনা কন্থানবা অমসুং মনিং মখা ঙর্মখৈ নাইদনা নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইখি । আরব জাতি ওইদুনা অব্বাসিদশিংনা পার্সীগী ৱায়েনবা অসি পুক্রিং চিংশিনখি । উমায়দ শাগৈবু জয় তৌবা মতুংদা অহানবা কালিফা, অল-সাফ্‌পাহনা (৭৫০-৭৫৪) মহাক্কী মতুংইন্না ময়াম নুংশিহৈতা লোইননবা ঙস্বা মখৈ হাৎখি । মখোয়গী য়াম্না কনবা সাসনগী মখা অব্বাসিদশিংগী মীচংশিংনা ফাওবা ৱায়েন অদু খাঙবা ঙম্লমদে । শিয়াটশিংনা লানহৌবগী পাঙ্গল খর লৈরমই । অদুবু অল-সাফ্‌ফাহগী মহুৎশিলহৌবা কালিফা অল-মানসুরনা মখোয়গী লুচিংবা অদুবু হাৎতোকখি ।

কালিফা অল-মানসুরনা লোইশঙ পুবা য়াম্না পাক্লা চাওবা অমা প্রদেশ খুদিংমকপু মিনিট খুদিংমকপু য়েঙনবা থমখি । অদুগা মহাক্লা অরোনবা মীশিংবু মহাক্লা য়াম্না পাকনা থমদুনা লানহৌবগী থবকশিং পায়খৎতনবা হোৎনখি ।

ইংশোক ১২৫৮ দা মোগল লুচিংবা চেংখিজখান মশু নুপা হুলাগুনা ইরাকপু মাংহন-তাকহন্দুনা বাঘদাদ সহর লুটপাট তৌরমই । অচম্বা ইরাক্কীশিংবু মফম মরাঙ খংদনা হাৎখি । ইতিহাস ইবা কাংবুনা চাওরাক্লা ইরাক্কী লাখ অমা হাৎখি । বাঘদাদতা লুট তৌখরে অদুগা অবসিদকী মতমদা থনমবা থিনজিনবা অমসুং মহৈ পুম্নমক মাংহনখি । মতুং তাবা রাজনিতিগী চরাংনবা, শেল থুমগী মাংনবা অমসুং সমাজ কাইনবা অমম্বা মতম হায়বদু চঙখি । মীরৈপাক্কী লাম্মীগী মাংতাকহনবা হায়বা অদু ওইখি ।

কুনশুবা শতাব্দীদা সাদ্দাম্না মমাংঙৈগী মানশুরগী মতমদা বৃত্তকার ওইনা শেমলম্বা শহর বাঘদাদপু নৌহৌনা মহাক্কী রাজনিতিগী মৈনা কোয়শিনবা প্রসিদেন্টকী কোনুং শেমলম্মী । ইরাক্কী হৌরকপা ফিবমশিং অদু চহি কয়াগী মমাংদগী পৃথিবীগী য়াম্না চাওখৎলম্বা, মোহম্মদকী খুবম শিনবগী তান্নবা, কালিফাশিংগী তমথিনা ৱায়েনবা, মোগল লুচিংবা হুলাগুনা ইরাক্কীশিংবু অঙাং ওনহনখিবা থৌদোক কয়ামরুম থোকখি । অদুদগী সতাব্দী খর ইরাক দেশদা মাংতকনা লৈরমই । ওট্টোমান টর্কশিংনা খৃষ্টাব্দ ১৫৩৪ দা ইরাকপু অহানবা ওইনা খুদুম চনখি । ওট্টোমানদি সুন্নী মীশিংনি । মখোয়না পানবা মতমদা সুন্নীগী মীশিংনা ইস্লাম ধর্ম্ম খুদুম চল্লমই । পার্সীশিংনা বাঘদাদ খুদুম চনবা মতমদা মখোয়না সুন্নীগী মীশিংদা লমন খুমখি । ওট্টোমান্না খুদুম চল্লবা মতুংদা সুন্নীগী মীশিংনা শিয়াটশিংদা লমন খুম্নবা হায়রমই । অট্টোমান কাংবু শিয়াটশিংবু হঙ্গোইনরমই । অদুনা সুলটানগী থবক্তুদি আরব নত্তবা সুন্নীগী মীশিংদগী দেৱানী অমসুং লাম্মী লোইশঙপুবা ময়াম ওইখি ।

হৌজিক্কী মতমগী সহরদা লৈবা সুন্নীগী অচৌ-অশাং পুন্না মখোয়গী মচা-মশুনি । ইরাক্কী মখাথংবা ওট্টোমানগী মতমদা তমথিরবা অমসুং মনিং তৌবা শিয়াট আরব জাতিগী মীশিংনা লৈরমই । ওট্টোমানগী মতমদা মখাথংবা ইরাক্তগী আরব জাতিগী মপা-মপুশিংনা অৱাংথংবা ইরাক্তা চংখিদুনা মখোয়না নাজাফ অমসুং কার্বেলা মোংফমশিংনা ইথিন চঙহনখিদুনা শিয়াট ওইখি ।

ইরাক্তা ওট্টোমান সাসন, ১৯১৭ তা লোইখি । জর্মনী অমসুং অস্ট্রিয়া-হনগেরী মিচংদা ইস্টানবুলনা পৃথিবী অহানবা লাঞ্জাও চঙলকখি । লাঞ্জাও লোইবা মতমদা বৃটেন্না টর্কীবু ইরাক্কী ৱায়েনবা লৌথোক্লম্মী । ১৯২০ দা ইটালীগী সান রেমোদা পুনশিনবা পাঙ্গলশিংগী সভা অমদা ইরাকপু বৃটিশগী য়াথং মখাদা থম্না মতমদা ইরাক্তা লানহৌবগী মওংদা লাকখি । মখোয়না বৃটেনগী সাসন পাল্লমদে মরমদি মুস্লিমশিংবু মুস্লিম নত্তবশিংনা সাসন তৌবা পামখিদে । মখাথংবা ইরাক্কী শিয়াটশিংনা অয়াম্বা লানহৌবা অদু লানশোক্লজরবশু, সুন্নীগী খুদম চন্দুনা লৈখি । আরবকী সাসন পান্নবদা বৃটেন্না ইমির ফাইসালবু ইরাক নিংথৌ ওইহনখি । পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাওগী মতুংদা ওট্টোমান, সম্রাজ্যগী আরব প্রদেশশিংবু বৃটিশ নত্রগা ফারসীগী খুদম চনবা মখা সীক্স-পিকোট করার মতুংইন্না থনমই । বৃটেন্না ইরাক্তা সংবিধনগী নিংথৌ পানবা পার্লিয়ামেন্ট অমা চংহল্লি । ইউরোপ্তা চংনবা পার্লিয়ামেন্টগী গনতন্ত্র নত্রগা নিংথৌ পানবা মতম অতৈ চংনরমদে । মখোয়গী মফমদা য়াথং পিনবা ওইবনা, বৃটিশশিংনা খুদম চনবা ঙাক্নুনা থনমই । বৃটিশগী থৌদৌ অদু ইরাক অমসুং অতৈ আরবশিংগী মফমদা লম অমগী মীশিংদা চংনরমদে ।

প্রধান মন্ত্রী নুরী সাইদনা বৃটিশগী মীচংদা লৈরমই । ১৯৩২ দা ইরাকনা বৃটিশগী অয়াবা য়াথংদগী নাম্থোক্নুনা মনিং মখা তমখি অমসুং অহানবা ওইনা লীগ ওফ নেসন্সদা চঙখি । ইরাক্কী মনিংতম্বা চহি অমগী

মতুংদা নিংথৌ ফাইসাল খঙহৌদনা শিখি । অদুগা নহা ওইরিবা মচা ফাইসাল-২ না নিংথৌ ওইখি । ইরাক্কী রাজনিতি পুনশিদা লাম্মীগী থবক্তা ফাইসালগী মপানা পাল্লিঙৈদা য়াম্না থবক পায়খি । অসীরিয়ানশিংগী ইরাক্কী অৱাংথংবা শরুক্তা লানহৌবা অদু ইম্মু-নাইমু তানা অমসুং শা-ঙাগুম্না চৎপা অদু ঈংহনখি । পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাওগী মমাংদা লানহৌদ্রিঙৈগী মমাংদা এসীরিয়ানশিং টুর্কীগী খুর্দিস্টান্দা লৈবা থাইনগী খৃষ্টান সমাজ অমনি । ময়ুম লংশেক্তুনা , মখোয়না বৃটিশশিংনা মখোয়বু অৱাংথংবা ইরাক্তা লৈহনখি ।

ইরাক্তী মতম অদুদা জর্মানীনা য়াম্না কনথৎলকতুনা তৌবা ফিবম অদুদা য়াম্না পাম্নখি । সুন্নী আরবকী মজাতি নুংশিবা মীশিংনা ইরাকপু আরবকী প্রুসিয়াগুমনা লৌখি । আরবশিংবু মহাক্কী হান্ননা মনিংতম্বা অমসুং লাম্মীগী পাম্বৈশিংনা পুনশিলহনগনি হায়না লৌনখি । নাজিশিংনা ইরাকপু মখোয়গী মতুং ইনবা মরুপ ওইনা লৌখি । জর্মানী অমসুং জাপান্না পৃথিবীগী লল্লোনবদা বৃটিশকা কন্না তান্নবদা য়েঙথিনবা পোকখিবদা নত্তনা লমন খুম্নবা হোৎনরমই । য়াম্না থুনা চাওখৎপগা লোইননা থাইনগী সমাজগী চৎনবিনা লাম্মীনা জর্মানী অমসুং জাপান্দা অনৌবা লান তৌনিংবা পুরকখি । হায়রিবা মরমশিং অদু শেমগৎলক্লিবা ইরাক্তা লৈরমই । মতম অদুদা আরবকী সংসার অসিদা মুসোলিনি অমসুং হিটলরগী ফ্যাসিজম পাম্নখি । পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও ,লোইরবা মতুংদা কম্যুনিষ্টশিংনা ইরাক্তা শিয়াটশিং, কুর্দশিং অমসুং অতৈ অপিকপা কাংবুশিং লৌনখি । পৃথিবী অনিশুবা লাঞ্জাওদা আরবকী জাতি নিংবা কাংবুশিংগা বৃট্রিশগা মপান থোকনা য়ান্নখিদে । ১৯৪১ এপ্রিলদা ইরাক্কী লাম্মী ওফিসারশিং প্রধান মন্ত্রী নুরী সাইদবু বাঘদাদ থাদোক্তুনা চৎখরো হায়খি । অদুবু লাঞ্জাও লোইরবা মতুংদা নুরী সাইদপু প্রজাশিংনা য়ান্নখি । অদুগা ১৯৪৮ দা ইজ্রাইল লৈবাক পিদুনা মনিংতম্বা লৈবাক অমা ওইখি । ইরাক অমসুং ইজিপনা ইজ্রাইল লাঞ্জাও শোকনবা হোৎনখি । অদুবু ইজ্রাইলনা ইরাই-লাইনা ঙমখি । নিংথৌ কাংবু লাম্মীনা মখা পোন্না থম্লিংবদগী যিহুদিগী লাম্মীনা ঙম্বনি হায়নখি ।

প্রসিদেন্ট গামাল অবদেল নাসরদি আরব-জাতিবু নুংশিবা মীনি। অদুগা ইরাক্তি আন্টর জাতিগী রাজনিতিদা বৃটেন অমসুং ইউ:এস: নক্লা লৈখি। ময়াইথংবা নোংপোক্তা ইরাক্লা নোংচুপকী পাঙ্গলশিংনা লমগী য়েখাইথিংগাইবা থম্লিংখি। হায়রিবা ৱাফম অদু নাসরনা য়ানিংখিদে। নাসর অমসুং নুরী কন্না য়ান্নদবা পোকখি। ১৯৫৫ গী চহি খরগী মনুংদা আরবকী মীশিংগী মনুংদা মহাক্কী ফাওবা খমথেঙখি। আরবকী লুচিংবা মরক্তা সোভিয়েটকী খুৎলাইশিং ফঙবা হানখি। আরবকী মীশিংনা মহাক্লা নোংচুপ্পু থৌওইদবা অদুনা পেন্নখি। অদুগা খুৎলাইশিং অদু পালেস্টাইনবু মনিংতম্নবা শীজিন্নগনি হায়নখি। ইউ: এস: না অস্বানগী অৱাংবা পল শানবা শেল পিবা থিংখি। নাসরনা সুৱেজ ঈশিংখোং ‘নেসনেলাইজ’ তৌদুনা পল শান্নবগী শেল পিখি। বৃটেন অমসুং ফরাসিদি নোংচুপ পাঙ্গলশিংনা ময়াই থংবা নোংচুপতা লৈবনা প্রসিদেন্ট নাসর য়াওদনা ইজিপ থমগনি হায়দুনা খন্নখি। হায়রিবা ফিবম অদু নুরী সাইদশু মখোয়গী মিচংদা লেপখি। বৃটেন, ফারাসি অমসুং ইজ্রাইলনা ইজিপতা খঙহৌদনা লাল তাখি। প্রসিদেন্ট ইজেনহোৱরনা বৃটেন অমসুং ফরাসিবু খুদক্তা ইজিপতগী মরম পিদনা হন্দোক্কদনি হায়দুনা হন্দোকপা তাখি। অদুগা প্রসিদেন্ট নাসরবু য়াম্না অথোইবা মথৌনা ফবনি হায়না আরবকী মীশিংনা খন্নখি। ইজ্রাইলগী লাশ্মীনা সিনাইদা তকশিন্দুনা খুদুম চনখি। অদুগা আরবকী জাতি নুংশিবা অকিবগী মশক ওইনা জয় তৌখি। কুইদবদা ইজিপ অমসুং সীরিয়া অনি পুন্না ইউনাইটেদ আরব রীপব্লীক, নিংথৌ পান্দবা লৈবাক শেমখি।

১৯৫৮ জুলাই ১৪ দা জেনরেল অবদুল করিম কসিম্না নিংথৌ ফাইজাল-২ গী কোনুং সিপাই চাম্মনা কোইশিন্দুনা মহাক অমসুং মহাক্কী ইম্মুং মনুংবু মেছিনগন্না কাপশিনখিদুনা হাৎখি। প্রধান মন্ত্রী নুরী সাইদসু নুপী ফিজেৎ শেৎতুনা চেপ্থোক্লে হায়দুনা হোৎনরম্বা ফঙদুনা নোংমৈনা

কাপ্তুনা হাৎখি । অদুগা অনৌবা প্রজাতন্ত্র নত্রগা রীপব্লিক অমা লিখৎখি । অদুবু য়াম্না থুনা লৈবাক ঙাকপা মীনা হায়বতা চৎনিংবা ওইখি । মহাক মথন্তা লৈবাক্কী লুচিংবা ওইখি । অদুগা আরবকী জাতি নুংশিবা মীশিং কাসিমগা শীংনখি । নাসারনা ইরাক্কী অনৌবা সাসন পুবা কাসিমগা নুংশিনদনবা শিনখি ।

কর্নেল অবদুল-সালাম অরিফনা কাসিমগী লালহৌবা মরুপনি । অদুবু মহাক্না গামাল নাসারগী মখুৎ পায়দুনা ইরাকপু ইউনাইটেদ আরব রীপুবিক য়াওগনি হায়রমই । কাসিমনা অরেপকা য়ান্নরোইদবনি খঙলদুনা নোংজুপ জর্মনীদা রাষ্ট্রদুত ওইনা চৎলো হায়খি । অরেপনা য়ানিংলমদে । কাসিমগী ওফিসদা সভা অমা ফম্বদা অরেপনা খুদক্তা মহাক্কী রিভোলভর অদু পায়গে হোৎনবদা কাসিমনা নোংমৈ অদু মুনবা ঙমখি । অদুবু অরিপ্পু হাৎখিদে । মহাকপু ইরাক্কু থাদোক্কুনা চৎপিখরো হায়খি । অরেপনা অসুম য়ারমদদুনা মহাকপু কৈশুমশঙদা থমখি । কাইরোদা জিলখরচ তৌরম্লবা প্রধান মন্ত্রী ওইরম্বা রাশিদ অলিনা বাঘদাদতা হল্লকপদা কাসিমনা তরাম্না জাতিগী মথৌনা ফবা ওইনা ওকখি । অদুবু মহাক্না কাসিমগী মথকতা লৌতুনবা য়াওখি । অলিবু ফাদুনা ফাঁশি তৌ হায়না হুক্কুম থোক্লমই । অদুবু ঈরাং অদুনা মহাকপু ফাঁশি তৌখিদে । অদুগা সাদ্দাম হুসেসইনগী মাতুল, খাইরাল্লাহবুশু ইরাক্কী অহানবা মতোমতনা হায়জবা লানহৌবগী সাসন্না জেলদা থনমই ।

আরব অপুনবগী অথিংবা রাজনিতি কাংবুনা কাসিমনা মহাক্কী ৱায়েনবদা মতেং ওইনবা কুর্দকী লুচিংবা মস্টাফা বার্জ্জানিবু মোস্কোদগী লোইথাবদগী ইরাক্তা কৌথোক্লমই । অদুগা জাতি নুংশিবা কাংবুগা তুলা তৌনবা খনখি । মহাকপু নুরী সাইদকী মচানা লৈরম্বা কোনুংদা লৈফম পিরদুনা, মহাক্কী কার অমগা অমসুং এল্লাওয়েন্স পিদুনা মহাকপু নিংথৌগুম্না তৌরদুনা থনমই । অদুবু কুদশিংগী মনিং তম্বদি কাসিমনা পিরোই হায়না উরকখি । কুর্দশিংগা বাঘদাদকা মরী অসুম ফৎলমদে অমসুং ১৯৬১

সেপ্টেম্বরদা ইরাক্কী প্রজাশিংগী মরক্তা লাঞ্জাও অমা থোক্লমই। কাসিমগী সাসনদি, অহৌবদা ইরাক্কী কম্মুনিষ্ট পার্টিনি। ময়াইথংবা নোংপোক্তা লৈবা কম্মুনিষ্টতি গামাল অবদুল নাসারনা ইজিপ অমসুং সীরিয়া নমথখি। কাসিমগী মীচংদা শিয়াট, কুর্দ অমসুং অতৈ অপিকপা কাংবুশিংনি। নাসরনা মতেং পাংদুনা সুন্নী আরব ওফিসারশিং অমসুং অৱাংথংবা ইরাক্কী শিয়াটশিংনা কাসিমগী মথক্তা লানহৌখি। মোসুল সহরদা কম্মুনিষ্টশিংনা য়াম্না চাওবা মীয়ামগী সভা অমা পাংথোকখি। ইরাক্কী মফম কয়ামরুমদগী মীশিং লাখ অনি লাকখি। লানহৌবশিংনা মখোয়বু আক্রমন তৌখি। অদুদা কম্মুনিষ্ট কাংবুনা লানহৌবা অদু নমথবা ঙমখি। মী হাৎতোকপা অমসুং লুটপাত কম্মুনিষ্টশিংনা মোসুল সহরদা চৎথখি। মী হাৎনবা অদুদা লিশিং অনি মথৱাই মাংখি। কাসিম্না হৌজিক্তি কম্মুনিষ্টশিং য়াম্না কনখৎলে হায়দুনা মহাক্না মখোয়গী পাঙ্গল তপ্না কক্থখি।

ইরাক্কী কম্মুনিষ্টশিংগী মপাঙ্গল কনখৎপা মতম অদুদা বার্থ পার্টীনা অপিকপা অমসুং অর্থ য়াওদবা অমা ওইরম্বদগী অহানবা মপাঙ্গল লৈবা ওইখি। ১৯৫৯ ওক্টোবর দা চহি কুন্নিথোই শুবা সাদ্দাম্না কাসিমবু হাৎকে হায়না হোৎনখি। নাসরগী অরোনবা মতেং য়াওদুনা বাথশিংনা জাতিবু নুংশিবা ওফিসারশিংগী মতেং য়াওদুনা থবক অদু পাংথোক্কে হোৎনখি। মীহাৎনবা থৌরাঙ অদুদা মহাক্কী হৱা গাড়ী থৌবা নুপা অদু হাৎখি অমসুং মহাক নোংমৈনা পানখি। সাদ্দাম্না ইরাক্তগী চেনখি। অদুগা অতৈ ইরাকী হুম্ফুনিপাল ফাদুনা বিচার তৌখি। খরনা কৈশুম শঙদা থমখি, মশীং য়ামদবা খরনা ফাঁশিগী হুক্কুম ফঙখি। অদুবু কনা অমতা ফাঁশি তৌখিবা লৈতে। কাসিমদি ইকাইখুম্নিংঙাই ওইবা অমসুং হিংসা তৌবা পামদবা ওইখি। মহাক্কী খ্বাইদগী পামজবা থবক্তি প্রজাশিংগীদমক অপিকপা য়ুমশিং শাবিবনি। চহিগী বজদতা চাওরাক্লা ২৫% দি প্রজাশিংগী য়ুমশিং শাবদা খরচ তৌখি। ইরাক্কী

মমাংঙৈগী অমসুং হৌজিক্কী চৎনবিগা হায়রুরবদি মহাক্না রাজনিতিগী য়েক্লবা ইরাক্কী ময়াম্বু হাৎপা হৌনশানি । অদুবু মহাক্না মীহাৎপগী থবকশিংদা থৱাই য়াওরমদে ।

কাসিমদি লৌউবগী থবক্তা কয়া মুন্না খঙলমদে । মহাক্কী মতমদা লৌউশিংউবগী থবক য়াম্না তানা থোক্লমই । ১৯৬১ দা ইরাক্না অমুক হন্না যবকী পোৎথোক হুম্দুনা দেশগী মপান্দা থাদোকপা ঙমখিদে । অদুগা গেহ্ অমসুং চেং শরুক তঙ্খাই মপান্দগী পুশিনখি । মিলার অমসুং মাইলরোয়না কাসিমনা ইরাক্কী সাসন পুবগী মরমদা হায়, কাসিমগী য়াম্না মরুওইবা সমস্যাদি লৌথুপ-লৌকোই লৈরমদে । মহাক অমসুং কেবিনেটকী মন্ত্রীশিংনা ইরাকপু ৱায়েনবগী চাওরবা থবকশিংদু উরমদে । অচন্বা ৱাখন্দি লিংখৎতুনা লৈরবা নিংথৌপানববু তঙাইফদনা লঙশেক্লুনা থৌজান হৈবা অমসুং তুংগী ওইবা লৈবাক ঙাক্লোন অমা লাকচবা হায়বা অমসুং মহাক্কী ঙাকপিবা য়াদ্রবা মরালনি ।

কাসিমগী বিচারগী লোইশংদি অদুক কন্থানবা ওইরমদে । ফাদিল অব্বাস অল-মাহদাৱি, কাসিমগী শাগৈগী মচিন-মনাওশিংনা সভাপতি ওইদুনা মহাক্না মমাংগী সাসন পুবা লুচিংবশিংবু বিচার তৌখি । লোইশঙ্গা থোক্লিবা অদূ টেলিভিজন্দা ইরাক্কী জাতি পূম্নমক্তা উৎখি । ভাবোক্না কেশ চৎথরক্লিবা অদু য়াওখি । সোভিয়েট ইউনিয়ন্না মাহদাৱিবু লেনিন প্রাইজ ওফ জষ্টিস পিখি । আগষ্ট ১৯৫৯ অমসুং সেপ্টেম্বরদা মাহদাৱি কোর্টনা মী তরাখক ফাঁসিগী হুকুম পিখি । কম্যুনিষ্টশিংগী মপাঙ্গল অসি ককথৎনবা কাসিমনা হোৎনবদা মহাক্না মাগী মতেং খজিক্তমক ফঙলমই । মহাক্না রাজনিতিগী মীচংগা কাংলুপ কায়রনমই । অদুবু মহাক্না অশুম খাঙখি । ইরাকীশিংনা হায়নখি, মহাক্তি স্টৈলিনদি নত্তে ।

১৯৬৩ ফেব্রুৱারী ৮ দা কাসিমবু বাথকী পার্টী অমসুং আরবকী জাতি ওফিসারশিংনা মফম লৌথোকখি। কলনেল অহমদ হাসন অল-ব্রেকরনা, বাথকী লুচিংবা ওফিসার ওইনা প্রধান মন্ত্রী ওইরে। লানহৌবা অদু ইমু-নাইবু তাবা অমসুং নাটক কুপ্পা থৌদোক্লা থনখি। মিনিষ্ট্রী ওফ দিফেন্সগী কাসিমগী ওফিসতা লানহৌবা অদুবু নুংশিবা এরোপ্লেন থৌবশিংনা বোমশিং থাদখি। বাঘদাদ সহর তম্না লাপ্মীগী বৃগেদনা লাক্কুনা মিনিষ্ট্রী অদুবু কোইশনখি। বাথগী প্রজাশিংগী কাংবুনা পম্বুং-পম্বুংদা আক্রমন তৌখি। অদুগা লুচিংবা কাংবু ফাজিনখি। কাসিমনা নোংমৈ মখোল তাবগা সহরগী অকোইবদা হৱা-গাড়ী থৌদুনা ইরাক্কী প্রজাশিং হৌগৎনবা অমসুং মখোয়গা থেঙননবা লাওখি। মতুংদা মহাক্লা মিনিস্ট্রী ওফ দিফেন্সতগী সড়ক্তা লম্বী থৎননবা হৱা-গাড়ীশিং, চৌকি, বেঞ্চ অমসুং নুংদুম্না পল মনুংদা লৈদুনা মখোয়না থেঙননবা লৈখি। মহাকপু মতেং পাংবা লাকপা প্রজাশিংগা মহাক্কা উনবা ফংখিদে। লাপ্মীনা লানহৌবা অদু থিংনবা হোৎনখি। লানমীগী মরক্তা সুন্নী আরবশিংনা শীনবনা বাথিস্টশিংনা অমসুং নাসারগী মতুংইনবা কাংবু য়াম্না চৎলমই। কাসিমবু মতেং পাংবা প্রজাশিংনা ঙমখিদে। মহাক অমসুং মহাকপু শৌগৎপা মীশিংবু ফারমই। মহাক্লা বাঘদাদকী টেলিভিজন ষ্টেসন্দা পুরক্কুনা অৱাংবা রাষ্ট্রাদ্রোহীগী মরাল শক্লাইবা ৱায়েনশীং অমা শেমদুনা হায়খি। অথুবদা মহাক্কী শিবগী দণ্ডি পিখি। মহাক্লা অরেপ্পা মথৱাই কনবিনবা, ১৯৫৮ দা কনবিখিবা অদুম হায়না কনবিয়ু হায়জখি। অদুবু অরেপ্পা থৌদোক অদু মহাক্কী মখুৎতা লৈতে হায়খি। টেলিভিজন ষ্টেসনগী ঈশৈগী কা অদুদা-কাসিমবু নোংমৈ কাপ্পা স্কুয়াদ অমনা চৎনবী য়েঙদনা হাৎখি। কাসিমগা লোইনবা ওফিসিয়েল কয়াগা মদুদা মাহদাৱিবু বাথ পার্টীগী সেক্রেটারী জেনরেল অমসুং অনৌবা দীপুটি প্রধান মন্ত্রীগী হুক্কুম্না মখোংনা কাওদুনা হাৎখি। বাথ পার্টীগী

সেক্রেটারী জেনরেল অমসুং দীপুটী প্রধান মন্ত্রী অলি সলেহ্ অল-সাদিনা খোংউপ্পা কাওদুনা হাৎতোকখি ।

অদুবু কাসিম বাথকী অনৌবা য়াওল লাকপদা মফম মরাঙ খঙদনা হাৎপনা মসিগী (বাথকী) ইরাক্তা অনৌবা থুনা ব্রায়েনবদি উরমদে । বাঘদাদ রাজধানিগী মফম খুদিংদা কাসিমগী মতুংইনবা কয়া লাল নুমিৎ নিনিদি শোক্লখি । সরকারগী লাম্মীগী সহর অদুগী সড়কশিংদা মেছিনগলগী মরুশিংনা কাপ্লুনা ইরাক্কী লিশিং অমদগী হেন্না শিনরমই । অমসুং লিশিংদগী হেনবদা শোক্ল-পন্নবা য়াওখি । ইরাকী লিশিং কয়া বাথ পার্টীগী লালহৌবা কাংবুনা ময়ুম-ময়ুমদা কোইশিনখি । মখোয়গী মরক্তা কম্যুনিষ্ট পার্টীগী ঙাক্তা ওইরমই । ইরাক্কী কয়াবু অকিবগী পান্থে লৌদুনা ব্রা হঙলম্মী অদুগা কয়ানা শাথিনা ওৎতুনা হাৎখি ।

ইরাকীশিংনা লৈবাক অদু খুদক্তা পাও ফাওনদবনা অমসুং প্রজাশিংনা মহাকপু থাজবগী মীংচৎ লৈতরবসু, মহাকপু বাথ পার্টীনা হৌরক্লুনা হাৎতোকখরে হায়বা খঙলমদনা চমমনবা অমা লৈখি । চৈরক অসিদা কাসিমগী অশিবা হকচাং অদু চৌকি অমদা ফমহল্লগা সড়ক্তা সিপাই অমদা মশম পায়দুনা শিরে খঙনবা মকোক অদু হঞ্জিন-হঞ্জিন থাদরদুনা ময়াম মরক্তা চৎলি ।

ইরাক্কী ব্রায়েনবদা নমদুনা মুনবা হোংদোকপা, লৈবাক্কী য়াইফননি হায়জিনবা য়াই । নত্রগা অচুম্বা ওইবা য়াই, মথব্রাই কয়া মাংনবা য়াই । তমথিবদি শোইদনা চেন্নবা য়াওই । সাদ্দাম্না তহ্-তহ্দনা অকি-অখং মহাক্কী সাসন তৌববু মরাচেৎনবা ওইনা শীজিন্নে । ইরাক লৈত্রিঙৈগী মমাংদগী হৌনা, মরৈবাক্কী নুংশিবা, লোইলম লৈত্রিঙৈগী মমাংদা, মরৈপাকপু নুংশিনবা কৌদুনা শীজিন্নে ।

সাদ্দাম্বু খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈ মমাংদা তরুকশুবা সতাব্দীদা বেবিলোন্দা পানখিবা নেবুচাদনেজ্জরনা জেরুসালেম খুদুম চন্দুনা হিব্রুউশিংবু ফাদুনা

পুখিবা অদুগা চাংদম্নরমই । লৈতানদগী মৈ ইক্লবা চেকশিং 'বেবিলোনগী নেবুচাদনেজ্জর সাদ্দামগী কুমদা অমুক হন্না শেমগৎলে' হায়না থারমই । নুমিংদাংৱাইরমদা লোইশঙ পুবশিং, কুটনিতি তৌবশিং অমসুং মরুওইবা বার্তোন ফঙবা ময়াম্না অথুম-অহাউ, চান-থক্লবা চাদুনা নেবুচাদনেজর অমসুং মহাক্কী খন্নাং ৱাংনা থেৎপা লাইশিং লেজর মৈঙান্না ঙালহল্লমই ।

এসীরিয়াগী খ্বাইদগী অচৌবা লানঙম ফিরাল থেৎলম্বা খৃষ্টগী মমাং শতাব্দী নিপালদা লৈরম্বা টিগ্লাথ-পিলেজর-৩ না মতম চুপ্পা লাম্মীবু লাক্লবা মতম চুপ্পা রাজনিতি য়েঙশিন্নবা লোইশঙ পুবা কাংবু লৈরমই । অদুনা পান্নদবা লান তৌনিংবগী ফিবমদতা লৈরমই । অদুনা এসীরিয়াগী সম্রাজ্য অদু কাইনি-কাইনিংবা ময়াদা লৈরমই । তরেৎশুবা খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈগী কালিফাগী ৱায়েন সাসনদি য়াম্না তমথিরমই, ৱায়েনবা পাম্বশিং কৈদৌনুংদা পান্নগনু, চঙলক্কনু হায়বগী মতাগুম্না তৌরমই । অদুনা সাদ্দামগী শেঞ্জেংগী মুর্ত্তিনা অশিবা ইরানগী সিপাইশিংগী শেগাইরবা য়োৎকী তুপীশিং মথক্তা বাঘদাদ সহরদা উৎনবা লৈরিবশি । মদুগুম্না এসর্বনিপালনা মহাক্কী য়েক্লবশিংগী মকোকশিংনা উদগী য়াম্থদুনা, মশাশিং মহাক্কী অকোইবদা লৈদুনা অকুৎ-অতোং নাইবা চিত্রদা য়েক্কুনা লৈ ।

এসীরিয়াগী কালিফাশিং অসুক তমথিরিবসি মখোয়গা প্রজাশিং তৎতনা লাল হৌবনদি, অদুনা তমথিনা নুংগী মুর্ত্তিশিং উৎলম্বনি । সাদ্দামগী নিংলিবা আশা ফোংদোকপদি মহাক্না লৈবাকশিং মথং-মথং লৌবগীনি । হায়রিবা অসি এসীরিয়ানশিংনা তৎতনা লৈবাক জয় তৌবা অমসুং মশাগী শোনবা অদুগুম্না সাদ্দাম্না ইরাকপু চরাঙনবা ইরান-ইরাক লাঞ্জাও (১৯৮০-৮৮) তৌদুনতা লাকপা মথংদা চহি লেপ্তুনা কুর্দশিংবু

হুচেনবা মনিললনা হাংপা মথংদা ১৯৯০ দা কুৱেটপু লাঞ্জাও থোক্কনি তাক্কনা লৌশিনবা, অমসুং মথং-মথং লাঞ্জাও লাকপা পূম্নমক অসি মহাক্কী খুরকশিদবা অসিনি । তৎতনা মহাক্কী মথক্তা লৈরিবনি ।

রাম রাজ্যগুম্বা প্রজাশিংগী ৱা লৌবিবা নৎলমদে । থাইনগী কালিফানা মশাগী ওইবা সাসন অমসুং লেঙদবা লোইশঙ পুবা রাজনিতিগী সিপাইশিংগী লেং লৈবনা সাসন অসুপ্পা অদুম ওই । অদুনা কুনশুবা অমসুং কুনমাথোই শুবা শতাব্দীগী চঙশিল্লকপা সাদ্দাম্না গনতন্ত্র নত্রগা মীয়ামগী সাসন শাসিন্নদুনা মমাংঙৈগী কলিফানা প্রসিদেন্ট মমিং লৌদুনা ইরাক্তা নমথাক্কী সাসন পুরকই । হায়রিবা অসি আরবকী জগৎ ওইনা তৌই । সাউদি আরাবিয়াগী মহারাজ ফাওদ, সীরিয়াগী প্রসিদেন্ট জোর্দানগী মহারাজ হুসেইন, লেবানোনগী অমসুং নাইজরিয়াগী কর্নেল গদ্দাফী খুদম পিদুনা য়েঙশি । অরুবদি ইরাক্কী হৈনজবী নমথাক্তি তৌই । হৈনজবা মথেল অমতা নত্তে, আরব অমনা চাবা থকপদা শোইদনা য়াওরনা মথেন্নি ।

পৃথিবীগী খুৎলাইশিংগী কৈথেলশিং কাদুনা, ইউ:এস:,ইউ:কে: নোংপোক থঙবা ইউরোপ, জার্মনী, ফরাসী অমসুং রুসিয়াগী লমশিং, সাদ্দাম্না থাইনগী শাহৌনা তমথিবনা মাংদা থা, পৃথিবীগী শক্তিশিংগা চাইনবা গল্প লাঞ্জাওদা নৌনা লম্বা পাগদৌরি । ইউ:এস:, আরবনদি অমগী মশীংদা খল্লমই ।

শতাব্দী তরুক শুবগী লোইরমদাইদা অল-হাডগডজনা কুফাউগী আরবশিংদা হায়: "ও ইরাক্কী প্রজাশিং, ও (নখোয়দি) য়ানদবা অমসুং তৌশিন্নবা প্রজাশিং ... নখোয়দি (কালিফাগী মথক্তা) লালহৌনিংলবদি, নখোয়দি অরানবগী শা মকোন্দা হিপ্লে অমসুং লমহেনবগী নিয়ম অমা শেম্লে । ঈশ্বরনা শাক্ষী নহাকপু উকুগুম্না নপু হুদোক্কনি, অনৌবা উশাগী

মপুনগুম পুনগনি, শঙ্গুদগী চোইথোকপা উটশিংগুম ঐনা ফুগনি ... ঈশ্বরদা শাক্ষী ঐনা ৱাশকপা, ঐনা পাংথোকপা তাবনি; ঐনা তৌগনি হায়বা ঐনা পাংথোকপা তাবনি, ঐনা ওনবা, ঐনা কক্থৎকনি ।"

ইরাক য়েঙবা কাংবুনা হায়: "ইজিপকী মনুংগী পুন্সিদি চাংপুবা, সীরিয়াগীনা পুক্লিংদা লাকুবা অমসুং ইরাক্কী পান্দম লোইবনি । ইরাকী অমগী মীশক অমা ওইবদা অনি লোংঙি ।" মহাকসি নহাক্কী ৱা ঙাংবা অমসুং লাইরিক ইবদা হেন্না অতৈদগী নুংশিজবা তৌইগুম্বসুং মখোয়গী মরক্তনা ফিদমনফম ওইবশিংদগী শেরান্না পুই । ধর্ম্মদা খ্বাইদগী হেন্না পুক্লিং চঙদে, তৌইগুম্বসুং কাংলুপ নাইবা খৎন-চৈনবদা মনুং খ্বাইদগী হঞ্জিনবা মমলদগী অনি থোক্লা লৈ । অমনা পাঙ্গল, থৌনা অমসুং লমকেৎ-লমহাইবা, জয় তৌবা থৌনা ফবা অমগী মগুন পূম্নমকনি, অদুনা খম্ৱাংনা লৈবা থবক্তা অমসুং খাংবা কনবদা অতোপ্পা মমল লেপ্পনি... ইরাক্কী প্রজাশিংদি য়ান্নদবা তৌশিননবনি... অদুবু ইরাক্কীদি অতৈ মীশিংদগী থাঙ্গৈশেংনমক খেন্নদে । খেন্নবদি মহাক্কী ফিদম্নফমগী মরমদা খনবনি । মহাক্লা তৌবা ঙমলোইদবা ৱাগী মরু খল্লি অমসুং মহাক্লা খক ফঙবা ঙম্লোয়দবা পস্তুংফম তান্নে ।

## পন্দুপ ৫

# ইরাক-ইরান লাঞ্জাও

অল ব্রেকরনা মশা ঙমদে হায়দুনা প্রসিদেন্টতগী হেক কুম্বগা সাদ্দাম্না ইরাক্কী প্রসিদেন্ট ওকপা ওইরে । মহাক্না হেক ইরাক্কী লুচিংবা মী ওইবা মতমদা ইরানগী অয়াটোল্লাহ খোমৈনিনা ১৯৭৯ ফেব্রুৱারী ১, চহি তরামঙা ইরানগী মপান্না জিলাখরচ তৌরবা মতুংদা জয় ওইদুনা হল্লকখি । আরবকী সংসারদা সাদ্দাম্না লুংচিংবা অমা ওইনিংদুনা ইরানবু নমথনবা ৱাখল তৌখি । ধর্ম্মদা মখুৎ থিংজন্দবা কাংবু অহানবা রীভোলুসনারী সরকার অনিখক অদু পুমহোং হোংদোক্লিংবা পুরোহিত শংজারোয়শিংগা থবক লেপ্তুনা মুন্নরমই । অদুনা য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংগা মরী কায়দনা চৎলমই্ । অদুবু খোমৈনিনা পানবা মতম অদুদদি ইরানগী ইস্লাম রীভোলুসন অদুনা উপসাগরদা লৈবা খুদোংচাদনা লৈবা শিয়াটশিংগী হকশিং অদু শেমদোক্লিংখি । ইরাকনশু ইরানদা লৈবা পারাসী নত্তবা জাতিবু মতেং লোন্না পাংবা হৌখি । অৱাংথংবদা লৈবা কুর্দশিংগী লানহৌবা কাংবু অমসুং খুজিস্টান্দা লৈবা আরবশিং শেল অমসুং খুৎলাই পিবা হৌখি । মহাক্না খুজিস্টান্দা অমসুং ইরানগী শাট্ত অল-আরব বন্দরদা শেল অমসুং খুৎলাই থাবা হৌখি । ইরানগী পুরোহিত শংজারোয়শিংনা ইরাক্কী শিয়াটশিংবু সাদ্দামগী সাসন লঙখাইনবা হোৎনবা অমসুং অৱাংথংবা ইরাক্তা কুর্দশিংগী লালহৌনবা হোৎনখি । মতম অদুদা খোমৈনিনা মতেং পাংদুনা ১৯৭৯ নবেম্বর ৪, ইরানগী রাজনিতিদা পুমহোং-হোংদোক্লিংবা কাংবুনা ইউ:এস: গী এম্বেসীগী মী য়াংখৈবু 'হোস্টেজ' ওইনা থমখি । অদুগা উপসাগরদী আরবকী লৈবাক পুম্বা কিহনখি । আন্টর

জাতিগী চৎনবী পূন্নমক ইরান্না থুগাইখি । অনৌবা য়াওন পুরক্লবা মতুংদা ইরানশিংনা মফম মরাং খঙলমদে । অচৌবা ঈরাং অমা ইউ:এস: গী এম্বেসীগী মী য়াঙ্খৈ ফাজিনবা অদুনা ওইখি ।

সাদ্দাম্না উপসাগরগী লৈবাকশিংদা লৈবা অশোনবা আরবকী নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংবু ঙাকপিগনি হায়খি । অদুবু মঙোন্দা উপসাগরগী লৈবাক অমতনা মহাক্না ঙাকপিবা অদু য়ানিংখিদে । সাদ্দাম্না পাম্বদি আরব লৈবাক পুম্বগী লুচিংবা অদু পান্নম্মী । অদুবু ইউনাইটেদ ষ্টেটস্না উপসাগরদা মকোক থঙবা লৌরকপগা সাদ্দাম্না খল্লম্বা ৱাখলগা ওন-তৈনবা ওইখি । আফগানিস্টান্দা সোভিয়েট ইউনিয়ন্না মতুংদা প্রসিদেন্ট জিম্মী কার্টরনা ইউ:এস:না সাউদি আরাবিয়া অমসুং উপসাগরগী লৈবাকশিং বিদেশগী লাল তারকপা ঙাক্কনি হায়খি । 'কার্টর দোক্ত্রিন' অদুগী মতুংদা সাদ্দাম্না 'পান-আরব দলিল' নত্রগা 'হুসেইন দোক্ত্রিন'শু হায়না খঙনবা অমা অপুনবা আরব লৈবাকশিংগী ঙাক্কবা অমা শেমখি । মদুনা আরব লৈবাক অমনা অতৈ আরব লৈবাক অমগী মথক্তা খুৎলাই পায়বা য়াদে হায়খি ।

১৯৮০ এপ্রিল ১ দা লালহৌবা শিয়াট ইস্লামিক পার্টী, অল-দাৱানা দিপূটী প্রধান মন্ত্রী তারিখ অজিজবু হাৎনবা শীনখি । মদুগী মতুংদা সাদ্দাম্না দাৱা পার্টীদা মমিং চনবা হাৎকনি হায়না থিংখি । শিয়াট কুর্দশিং ১৫,০০০ খক ইরাক্তগী তানথোকখি । মদুগী মতুং তাবদা আরব শিয়াটশিং ৩৫,০০০ তানথোকখি ।

সাদ্দাম্না এম্বেসীগী কর্ম্মচারীশিং হোস্টেজ ওইনা টেহরান্দা ফাখিবনা অন্টরজাতিগী কাংলুপশিং ইরানবু য়েঙশিনবা অসিদা লাল তৌনবা খনখি । অদু মথক্তা ইরান্দগী সাহ পহলেবী সাসন কায়দুনা মহাক্কী জেনরেলশিংনা লাল তৌনবা ইনশিল্লমই । সাদ্দামগী পম্বুংফমদি ইরাকনা নোংপোক থঙবা শাট্ট অল-আরব লৌবনি । অদুগা খুজিস্টান লৌরগা

ইরান মনুংদা পারাসী নত্তবা জাতি খরবু হৌহনগে খনখি । অদুগী মথক্তা ইরাক্তা ইরানগী য়াওন অসি মরু ফঙনা মাংহন্দুনা মহাক্তা আরব লৈবাকশিংগী মরক্তা লুচিংবা ওইনা লৈবা পামখি । অদুগা মহাক্তা শাট্ট অল-আরবকী ১৯৭৫ গী য়ানবা দলিল অদু শেগাইরমই । মথংদা ইরানবু লাল তাখি ।

সাদ্দাম্না য়াম্না য়াংনা ইরানগী নোংথক্কী লাম্মী মায়থিবা পিনবা হোৎনখি । অদুবু ইরানগী নোংথক্কী লাম্মীশিং লাকশিনবা ঙমখিদে । মহাক্কী নোংথক্কী ঙাকথোকনবা লাম্মী অমসুং এরোপ্লেনশিং খ্বাৎনা থোকখি । অদুনা ফারাসীদগী মতেং নিজবা তাখি । খোররামশর লোমদা লাল কয়া শোক্লদুনা ইরাক্তা লৌশিনখি । অদুগা আবাদান সহর অমুক লৌনবা হোৎনখি । অদুবু হঞ্জিন-হঞ্জিন লাল তারবগু ঙমঙ্লরোই হায়না উখি ।

সাদ্দাম্না লাল্লোংগী অরুবা ইরানগুম্বা লৈবাক লৈ হায়বা খঙখি । মাগী লমগী শরুক্তা ইরাক্তগী অহুম মুক চাওবা হেল্লি । অদুনা ইরাক্কী নোংথক্কী লাম্মীশিং ইরান মরুওইবা সহরশিং বোম্না থাদবা মতমদা মাইল চাম্মগী মথক্তা চংবা তাই । অদুগা ইরানগী নোংথক্কী লাম্মীশিংনা মাইল চাম্মা ফাদনা ইরাক্কী অচৌ-অচৌবা সহরশিং লোইনা মখোয়গী পম্বুংফম ফঙই । ইরানগী পার্সী উপসাগর অমসুং ভারত মহাসাগরদা সমুদ্রগী খোংবান পুন্না মাইল লিশিংগী মথক ওই । অদুগা ইরাক্তী মরুওইনা কংফালগী লম ঙাক্তনি । অদুগা সমুদ্রদা থোক্লবা লম্বী লাল হৌরকপা মতমদা ককখ্রবনি । বস্রা বন্দরদি মাইল য়াষ্খোদা তুরেন্না চৎলগা লৈ অমসুং শাট্ট অল-আরবতি জহাজ চঙবা য়াদনবা লৈখি । ইরাক অমসুং কুৱেটগী প্রনালী ওইরিবা খোর অবদুলাহদা ইরাক্কী মশীং য়ামদবা জহাজশিং লৈরমই । অদুগা ইরাক্কী সিপাই বন্দর উম্ম কাস্রদি খোর অবদুলাহদা ৱার্বা অমসুং বুবিয়ান ঈথৎকী মরক্তা ইরাক্তা জহাজ চৎপা অদু ইরানবু কিনবনা কুৱেটনা য়ারমদে । অদুগী মথক্তা

ইরানগী জহাজ মশীং হেনবনা চৎথোক-চংশিলদশু ইরাক্কী অবাবা ওইরমই ।

ইরাক্কী থাও মপান্দা থাদোক্লবা পাইপ ওইনা টুর্কী অমসুং সীরিয়াদা পুরমই । মদুনা মতিক চাদদুনা অনিশুবা পাইপকী পরিঙ টুর্কী অমসুং সাউদি আরবিয়াদা শারমই । কংফালগী লম্বীদশু জোর্দান, টুর্কী অমসুং কুয়েটনা মরুওইবা লৈবাক ওইরমই ।

সোভিয়েট ইউনিয়ন্না ইরাক্তা খুৎশু খুৎলাই পিবনা ইরাক্না ইরানবু লাল জৌবা মতমদা থিংখি । মহাক্না খুৎশু-খুৎলাইশিং অনৌবা ফঙননবা নোংপোকথংবা ইউরোপ, চিনা অমসুং ইজিপতগী লৈনবা হোৎনখি । ইস্রাইলগী খুৎলাই লৈগে হোৎনখি । অদুবু ইরাক্না ফিবম ফত্তনা লৈবা অদুদা ১৯৮১ জুন ৭ তা ইস্রাইলগী লালগী এরোপ্লেনশিংনা বাঘদাদকী মনাক্তা লৈবা ওসিরাক নিউক্লিয়ার রিয়েক্তর অয়ুক অঙনবদা থুগাইখি । প্রসিদেন্ট মিট্টরেন্দনদি খঙহল্লকখি, অদুদগী সাদ্দামগী এটোম বোম্ব শাবগী মং অদু থুগাইখি । অমসুং মতুংদা ১৯৯০-৯১ লাঞ্জাওদা মদু শীজিন্নবা য়াদ্দা ফাওবা লৈখিদে ।

১৯৮১ হেমন্ত ঋতুদা ইরান্না ইরাক্কী লাম্মী খুজিস্টান্দগী তাম্থোক্লবা হোৎনখি । মথং হোৎনবদা ইরাক্না অনৌবা লানগী শরৌশিনবা ওইনা কয়া মপুং ফানা তম্বিবা রাংপা অমসুং তয়াংনা খুৎলাই পায়বা রীভোলুসন্নরী গ্যার্দশিংবু ধর্ম্মগী মিংদা সিপাই লাখ-লাখ থাজিনখি । অদুগা পুরোহিতশিংনা আক্রমন অদুগী মমাংথানা চঙখি । হায়রিবা ইরানগী থোংজং অদুনা ইরাক্কী লাম্মীদা অকিবগী মশক ফংনা শাফু অমা পিখি । ইরাক্না রীভোলুসন্নরীগী রাখল অসি মাংহন্নবা হোৎনবা অদু মখোই ময়াম্না থোইনা হেন্না পুনশিনবা হেনখি । ইরাক্কী মখা থংবা শরুক্কী মরুওইবা লম্বী মখোয়না লৌশিনখি । ইরান্না মাইল কুপ্পামুক তকশিন্দুনা ইরাক্কী বন্দী মীশিং ১৫,০০০ ফাখি । লাল অসিদা সীরিয়ানা ইরানগী মীচং চংদুনা

ইরাক্কী ভুমধ্য সাগরদা পাইপ অমা পুবা লুপা কোটি মাপল খাজনা ওইনা লাকপা অদু মাংহনখি ।

ইরানগী লাম্মী ইরাক্‌কী লাম্মীবু মায়থিবা পিদুনা খোররমশর অমুক হন্না লাম্মী ২২,০০০ ফাদুনা লৌখি । সাদ্দাম্না ইরাক্তগী পূম্নমক হন্দোক্তুনা ইরানগী সন্ধী তৌবগী ৱা পুখোক্লমই । লেবানোনবু ইজ্রাইলনা লান্দারমই । মরমদি ইজ্রাইলনা পেলেস্টিন লিবরেসন ওর্গানিজেসন লেবানোন্দগী তাম্থোকনিংলমই । খোমৈনিনা সাদ্দামগী খুৎলাই লেপ্পবা অদু য়ারমদে । ইরান্না ইরাকপু য়াম্না কন্না লান্দাখি অদুবু ইরাক্না লাল ইঙম-ঙন্নমদে । অদুগা ইরাক্তা শিয়াটশিং লানশু হৌরমদে ।

১৯৮২ গী মতুংদা লাঞ্জাও অদু য়াম্না কুইবকী মওংদা অসুম অসুম চৎথরমই । ইরানগুম্বা লৈবাক হেন্না চাওবা অমদা লাল হৌরুবা অদুনা অৱাবা ইরাক্তা থোকপনি খন্নরমই । লাঞ্জাও অদুদি লোইবগী আশা ময়াম্না উরমদে । শিয়াটকী মীশিংবু সাদ্দাম কিবনা থাগৎলকই । অদুগা শিয়াট মীশিং লাখ অহুমবু ১৯৭৯ অমসুং মতুং চহিশিংদা ইরাক্তগী তাম্থোক্তুনা, ইরান্দা থাজিল্লমই । ইরাকী মীচেন কয়া অৱাবা নংখি । লৈফম খঙখিদে ।

লাঞ্জাও অদুগী য়ানিংবা লম্বী অসুম লাকপদগী সাদ্দামবু হাৎপগী থৌরাং অদু অসুম অসুম হেল্লকলমই । ১৯৮২ জুলাই মহাক্কী হৱা-গাড়ীশিংবু মেছিনগন্না কাপখি । মফম অদু সুন্নী-শিয়াট তাবা ইরাক্কী লৌৱাইদনি । সাদ্দামগী কার অদু নোংমৈ কাপ্পশিংনা পানবা ঙমখিদে । হেলিকোপটর কৌদুনা খুঙ্গং অদুদা নাপাম বোম্মশিং তাহনখি । বুলদোজরশিংনা খুঙ্গং অদুগী য়ুমশিং অদু তকখাইদুনা লৌউনবা মফম শেমখি । টাক্রিটদা কার অমা পোকখাইনবা পিক থন্না য়াওদুনা সাদ্দামগী হৱা-গাড়ী ময়ামগী লম্বী অদুদা থনমই । মহাক্না সহর অদু চণ্ডিগ্রিঙৈদা পোকখাইখি । তুংদসু মহাকপু হাৎনবা অনিরক

হোৎনখি । মহাকপু হাৎকে তৌবা অদু ইরাক-ইরান লাঞ্জাওগী মনুংদনা খিৎ হেল্লমই । ১৯৮২ কী মমাংদা মহাক্লা ইরাক্কী মফম অয়াম্বদা তত্তনা চৎলম্বা তোকখি । মহাক লাক্লম্বগী চহিগী নিংশিংবা ওইনা মহাক য়াওদনা তৌনখি । মহাক্কী মপোক নুমিৎ রাস্ট্রগী ছুত্তি ওইখি । থৌদোক অদুদা টাইগ্রিস তুরেলদা মোমবতী লিশিং কুনমঙা থানদুনা থৌদোক অদু পাংথোকখি ।

১৯৮২ জুনদা ইরাক-ইরান লাঞ্জাও পাটীগী ভাব-বিঞ্জান হোংখি । সাদ্দামনা ইরানগী লমদমদগী হন্দোক্লমই । সোসিয়েল্লিজমদা মায়য়োং য়াবা হন্থরমই । অদুগা ইরাক্কী জাতি ওইবা আরবকী জাতি নুংশিবদগী তারমই । অদুগা পেলেস্টিনবু মনিং তমহন্নিংবা অদু পল্লমদে । হোংলক্লিবা পূন্নমক চমন্নরমই । লাঞ্জাও তৌরিবা মখে ইরাক্কী অহোংবা অসি লাক্লমই ।

ইরাক্লা ইজিপকা অহানবা মরী লৈনবা হৌখি । ১৯৮৩ জানুৱারী দিপুটি প্রধান মন্ত্রী তারিখ অজিজবু কাইরোদা থাদুনা মরী লৈননবা হোৎনখি । মদু ১৯৭৮ দা বাঘদাদকী খ্বাইদগী অৱাংবা সভাদা ইজিপকী প্রসিদেন্ট অনৱার সাদাটপু ইস্রাইলগা ইজিপকা সন্ধি তৌনবা অদুগী মতুংদনি । সাদ্দামগা জোর্দানগী নিংথৌ হুইসেনগা নুংশিননা লৈবা হৌখি । মরমদি ইরাক্লা মোরোকোদগী সাউদি আরাবিয়া ফাওবা ইরাকনা কুটনিতিগী থোংদা ফজনা থম্বা হৌখি । ইউ:এস: গা ইরাক্কা মরী অদুদগী লৈখি ।

১৯৮৩ দগী হৌনা ইরান্না চহি খুদিংগী নিংথমথা অমসুং বসন্তদা য়াম্না চাওনা লাল তৌবা হৌরকখি । অদুবু ইরাকনা চুম্না ঙাকপদা ওইখি । মরমদি লানদা শোকপা শিবা থোক্তনবা য়েংদুনা লৈরমই । ইরাক্লা লাঞ্জাওগী অশোক-অনাবা মশীং তাক্তনবা ছাপা খানাদ নল্লমদে । উপসাগরগী রাজ্যশিংনা মতেং দোল্লার কোটি ১০০ পিরক্তুনা

ইরাক্লা লানগী খুৎশু-খুৎলাই অমসুং চানথক্লবা লৈরমই । লান্দা শিব-নাবা থোকপশিংগী অৱাবা য়েংখি । মপান লৈবাক্তগী পুশিল্লকপা শীজিন্নবা পোৎচৈশিং পুশিল্লমই । অশিবা মীশিংগী হৱা-গাড়ী অমগা, দোল্লার লিশিং কুনমাথোই পিদুনা, লম অমসুং শেল পিরমই । মীরৈবাক্তা ইরাক্কীশিংনা লমকোইবা হনথখি । মচি মচিদা চান থক্লবা চিঞ্জাক ফঙলমদে । শেল মমল হন্থদুনা আয় হম্বরমই । ইরাক্কী প্রজাশিংনা ৱা ঙাংবদি ঙল্লমদে । তুমিন্না মখোয়গী অৱাবা খাংনখি । ইরাক্কীশিংগী অৱাবশিং নমশিন্দুনা থম্মী ।

ইরাক্কীশিংনা চহি খুদিংগী ইরানগী মশীং য়াম্না হেনবা লাম্মীনা লান্দারকপা অদু খাঙবা ঙল্লমদে । ১৯৮৩ গী লোইরমদাইদা সাদ্দাম্না অথুপ্পা হৌজিক্কী মতমগী খুৎলাই অমা লৈ হায়না ইরান্না খঙহনখি । মদুদা ইরাক্কী মখা-থংবা লমদা মীগী ঈথক্কী লান্দরমই । ইরানগী সিপাইশিং চাওরাক্লা লিশিং কুনলোম শিখি । অদুগা মখোয়না থাও য়াম্না ফঙবা মাজনুন ঈথকশিংবু ফঙখি । অদুগা মরুওইবা লম্বী বাঘদাদ-বস্রবু মফম কয়াদা ককথৎখি । সাদ্দাম্না রসায়ন খুৎলাইশিং শিজিনন্নবা হুকুম পিরমই । ইরাক্লা ১৯৮৫ মার্চদা ইরাক্কী মখা-থংবা মফমদা অমুক আক্রমন তৌখি । ইরাক্কী লাম্মীশিংবু য়াম্না খুদোং থিহনখি । ইরানগী লাম্মীনা বাঘদাদ -বস্র লমজাও য়াম্না খুদোং থিহল্লে । মতম অদুদা মখোয়না লমজাও অদু ককপা ঙমখিদে । ইজিপতগী এরোপ্লেনশিংনা ইরাক্তা খুৎশু-খুৎলাই হোন্দুনা অৱাৎপা অদু মেল্লমই । জোর্দানগী নিংথৌ হুসেইন অমসুং ইজিপকী প্রসিদেন্ট হোসনি মুবারকনা কন্না শোকনবা মতম অদুদা পুশিন্নবা উৎপা ওইনা বাঘদাদতা লাকখি । হায়রিবা মতম অদুদা ইরাক্লা রাসায়ন খুৎলাইশিং শীজিন্নবা হৌখি ।

১৯৮৬ ফেব্রুৱারী ৯ দা ইরানগী লাম্মী লাখ অমনা ইরাক্কী মখাথংবা লমদা কন্না লান্দাখি । ফাও উপসাগরবু মখোয়না লায়না লৌখি ।

অদুবু ইরাক্কী সিপাইশিংনা য়াম্না হোৎনদুনা ইরানগী লাম্মী উপসাগর মনুংদা থমখি। হায়রিবা উপসাগর অদু উম্ম কাস্র হায়বা ইরাক্কী সিপাইগী বন্দরদগী ইথাপ-থাপলমদে। ইরাক্কী সিপাই লিশিং তরা অমসুং তরামঙাগী মরক্তনি। সাদ্দামগী লাম্মীশিং রীপব্লিকান গ্যার্দকী অথোইবা সিপাইশিং য়াওরবমক্তদা ফাও উপসাগর হন্দোকপা ঙমদরি।

ফাও উপসাগর লৌশিনবা ইরাক্না মায়পাকপা ঙমদদুনা ইরানগী ময়াইথংবা শরুক্তা লৈবা সহর অমা লৌশিনগে হোৎনখি। অদুবু মহৈ য়ানখিদে। ১৯৮৬ তা ইরাক্কী অমসুং ইস্রাইলনা ইজিপতা লোন্না উনখি। ইরাক্কী তোপ্পা খোংথাং অমা হোংলকপদদি ইরানগী উপসাগরদা লৈবা জহাজশিংবু আক্রমন তৌবনি। ইরাক্কী জহাজশিং মফম অদুদা লৈরমদে। ইরাক্না ইরাক্কী অনৌবা পাম্বৈদি ইরাক্কী মরুপ ওইরিবা কুৱেটকী জহাজশিংবু আক্রমন তৌবা তাখি। ইরাকপু কুৱেটনা মতেং পিরবদি প্রজাশিংনা য়ানরক্লোই হায়না খনখি।

১৯৮৬ নবেম্বরদা ইউ:এস:অমসুং ইস্রাইলনা ইরান্দা লোন্না খুৎশু-খুৎলাই তুমিন্না য়োনবা হৌরে খঙখি। মদুদগী লাকপা শেন্দোংনা নিকারগুয়াগী লালহৌবা কাংবুবু নমথনবা তৌরমই। অদুবু ইরাকনা যিওনিজমগা ইউ: এস: এ: কাংবুগা মরী লৈনরে হায়দুনা হায়খি। ইরান্না বাস্র সহরদা অকনবা খোংজং চংলক্তুনা বস্র সহরগী নাগরিকশিং চেনবা হৌখি।

কুৱেটনা সুপর পৱারশিংবু থাও পুদুনা জহাজশিং উপসগরদা ঙাক্নবা মতেং নিজখি। সোভিয়েট ইউনিয়নগী য়াকা খরা য়েঙলমলগা রীয়াগান সাসন্না কুৱেটকী টেঙ্করশিং অসি মতেং পাংগে হায়খি। ১৯৮৫ জুলাই ২০ দা উপসাগরদা কুৱেটকী টেঙ্ক পুদুনা চৎপা ইউ: এস: গী জহাশিংনা ঙাকপা হৌখি। আগষ্টতা ইউ:এন: সেক্যুরিটীনা রীজোলুসন ৫৯৪ গী মতুংইন্না ইরান-ইরাক অনিবু খুৎলাই লেপ্পরো হায়খি। অদুগা

খুৎলাইশিং থিংজিনগনি হায়নখি । অদুবু ইরাক্না য়াদুনা লৌখি, ইরান্না য়াখিদে । লাল অসুম শোকনবা চৎথখি । অন্টরজাতিগী নমশিল্লকপা অমনা ইরান অদু হেন্না হেন্না নাইতোম তাবা হেল্লকলম্মী । ৱাশিংটোন্না ইরান্না লাল ঙম্বা কয়া পামখিদে । ইরান্না খুর্দিস্টান লৌনবা হোৎনখি । অদুগা কিরকুক থাওগী মফমদা লান্দাবা পামখি । কুর্দশিংগী লুচিংবশিংগা তান্নদুনা খোংথাং অদু তৌবনি । ইরাকনা রসায়নগী খুৎলাইশিং শিজিন্নবা হৌদুনা ইরান্না চঙলকপা থিংখি । ইরাক্কী লাম্মীগা খঙহৌদনা লান্দাদুনা ফাও উপসাগর অমসুং সালেমজহ অমুক হঞ্জিনবা ঙমখি ।

১৯৮৬ তা ইরাক্না ইজ্রাইলগা মরী তৎনখি । অমুক হন্না ইজিপনা মখোয় অনি মরী ফন্নবা হোৎনখি । সাদ্দাম্না হায়খি, “ ঐনা থাজে জিওনিস্টশিংগা অমসুং ইজ্রাইলগা লাঞ্জাও অসি অশুম চৎথরকপনা তারবদি মখোয়গী মথৌ অদুগী অৱাবা ফোঙদোকচরক্কনি ।” হায়রিবা ৱা অসি ইজ্রাইলদা পিবা খুদম ওইনা ফংবা পাও ওইরমই । দিফেন্স মন্ত্রী য়িটজাক রাবিন্না হায়খি, “ ঐ পুকচেল হোংলে । ইরান-ইরাক লাঞ্জাওনা ইজ্রাইলগী ওইজবা করি অমতা থোকহনদে, মরমদি খুৎলাই লমজেল মসিনা লাকহল্লি ।”

ইউ:এস:না সাদ্দামদা উপগ্রহগী তশবীরশিংদা ইরানগী লাম্মী পৈফমশিং উৎখি । মরমদি ইরাক্না লাঞ্জাও জয় ওইবা হেন্না পামলমখি ।

চহি নিপাল চুপ্পা ইরাক্না ইরানবু নমথবা ঙমখিদে । সাদ্দামনা অনৌবা য়াওন ওল্লিবা লৈবাকপু নমথদুনা আরব জাতিশিং মরক্তা লুচিংবা অমা ওইনবা হোৎনবা মহৈ য়ানখিদে । ১৯৮৮ জুলাই ১৮ দা আয়াটোল্লাহ খোমৈনিনা ইউনাইটেদ নেসনগী ‘সিজ ফায়ার’ লৌখি । লাঞ্জাও অসি নাপাক অনিনা মাংশু-মাংদে, অফংবসু লৈতে হায়নখি । আরব-ইজ্রাইলগী

লাঞ্জাও পূম্নমক্কী অপুনবা মী শিবা ইরান-ইরাক লাঞ্জাওনা হেল্লমই । ইরাক্না ইরানগা খুৎলাই লেপ্পবা য়াবগী সহী তৌরমই । টেহরানদি নুংশুক-নুংজান্নবা উরগা, বাঘদাদতি লম্বীদা অহিং-নুথিল ঈশিং চাইদুনা, জগোই শাদুনা অমসুং ঈশৈ শক্তুনা নাগরিক লাখ লাখনা হরাওনখি । মখোয়না মৈ থানদুনা, নোংথক্তা নোংমৈ কাপ্পুনা, লম্বী চৎপশিংদা ঈশিং চাইনদুনা হরাওনরমই । ইরাক-ইরানগী লাঞ্জাও অদু কনানা জয় তৌবগে, কনানা মায়থিবগে হায়বা অদু খঙনদনা লোইখি । সাদ্দামনা ইরান্না আয়াটেল্লাহ খোমৈনিগী প্রসিদেন্ট ওইবা মনুংদা আরব উপসাগর লৈবাকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মীথোই-মীহেনবা লৈবাক অমা ওইবদগী ইরান মতোমতা জাতিশিংদগী তোংঙান্না লৈখি । অদুগা সাদ্দামনা ইরানগী মমু থুদেকপা ঙমদ্রদুনা, ইরান-ইরান লাঞ্জাওদা তন্নকপা পারাশিং কুৱেটকী য়াল্লবা থাও পুকৈ, শাট্ট অল-আরবকী সমুদ্র বন্দর লৌশিনবগী কান্নবা মপুক্তা হক্তুনা থমখি । অদুগা সাদ্দামগী ইজ্রাইল-আরবকী সমস্যা অদু খনবা হৌখি । মহাক্কী ৱাখল্দা পেলেস্টাইনশিংবু মনিং তম্বা পিগে হায়বা ৱাখল লাকখি ।

ইউরোপশিংগী সম্রাজ্য লিংখৎনখিবা কাংবু ইরাক্কী মরাইবক্তা তমদুনা নক্সাদা চিংশিনখিবা কলম অদুগী মথক্তা অনৌবা হৌরকপা ইরাকী মচাশিংনা করি পাম্মিবা হায়বা অদু তাকপনি ।

ইরাক-ইরান লাঞ্জাও হেক লোইবদা ইরাক্কী প্রজাশিংনা য়াম্না হরাওবনা থনখি । অদুগা মখোয়না য়াম্না থুনা লাক্কদরা খনরমই । তৌইগুম্বশুং লাঞ্জাওদা ইরাক্না দোল্লার বিল্লিয়ন হুম্ফুতরা, মদুগী তঙ্খাইনা আরবকী লৈবাকশিংদা অমসুং তঙ্খাইনা নোংচুপক্কী লৈবাকশিংদা তোল্লমই । দিনারগী মমল অসি য়াম্না হন্থরমই । প্রজাশিংনা য়াম্না ৱানরমই । অদুগা লাঞ্জাও লোইবগী অৱাবা পোৎলুম অমনা অশিবা সিপাইশিংগী মথক্তা ইরাক্কী লান্দা ফাখিবা লানগী বন্দিশিং ৬৫,০০০ খক ইরান্দা লৈখিবা অদু ওইরমই । ইরাক্কী সিপাই ১,২০,০০০ লাল

মনুংদা শিখিবা অমসুং ৩,০০,০০০ না লান্দা অশোকপা লৈরমই। অদুগা ইরাক্তা লান্দা লৌশিনবা ইরানগী লম লৈরমদে।

সাদ্দাম্না লাল লোইবা মতুংদা ইরাক্তা অনৌবা খুজিল থৌরাঙ বা ঙাংবগী মনিংতম্বা সমবিধান শেমদোকপা অমসুং বাথ পার্টী নত্তবা পার্টী লিংখৎকনি হায়খি। ইরাক্তা গনতন্ত্র লাকপা হায়বা অদুনা সরকারনা শন্দোকপা অচৌবা থৌরাঙ ওইরমই। খবরশিংগী লমাইগী মথক্তা মহাক্না হায়, "অকিবা লৈতনা নহাকনা পাম্বা অদু ইয়ু।" প্রসিদেন্ট হাফেজ অল-অসাদনা সীরিয়াগী খবরশিংদা অদুগুম্বা হুক্কুম অমা য়াওরমই। গনতন্ত্রগী চাংয়েং অদু ইরাক্তা তৌরমই। ইরাক্কী মখল-মখা অয়াম্বগী হিরমদা চিঠিশিং থারক্লমই। চহি নিপাল লান্দা মায় পাক্লুরবা মতুংদা থম্মোইদা কোমথোকপা পাম্লখি। হায়রিবা ফিবম অসিমক ইজিপকী ১৯৭৩ গী লাঞ্জাওগী মতুংদা থেংনখি। গনতন্ত্রগী লাঞ্জং চঙলিবা মতম অদুগী ইরাক্কী নেসনেল এসেমব্লীগী মীখল ১৯৮৯ এপ্রিলদা তৌরমই। মীখল লেপ্পা মীশিংবু সাদ্দামগী মীরা হায়বদি য়েঙথোক্লমই। বৃটিশগী এম:পি:শিংবু ইরাক্তা কৌদুনা মীখল অসিবু ফজনা তৌবরা য়েঙহলখি। এসেমব্লী ফমফম চাদা ৪০ ফঙদুনা মীখল অদু বাথ পার্টীনা কাখি। মদু মখোয়না ১৯৮৪ গী ময়ামগী মীখল চাদা ৭৫ ফঙবগীদা ওইখি।

মরু ওইবা বাথকী পার্টী মেম্বরশিং খর মীখল অদুদা তুখি। নেসনেল এসেমব্লী থা অনি খক চহি অমদা মীফম ফমই। অদুবু ময়ামগা মান্নদবা মীখল ফল অদু উবদা রাজনিতিগী শেমদোকপা ঙকচাননা য়েঙখি। নেসনেল এসেমব্লীদা সাদ্দামনা অনৌবা সমবিধান অদু শেমদোক্কদ্রা খন্নখি। অদুবু হেন্না কোমথোকপা সাসনগী অনৌবা মীখল তৌগনি হায়না এসেমব্লী অদু মুখৎখি। মেম্বরশিংনসু আইন সভা এসেমব্লীগী অকক্লবা মতম অদুদা লোইশঙ লৈগনি হায়বা খঙখিদে। মীখলশু হায়নখি, মতুং ইন্না তৌশু তৌরমদে। অনৌবা সমবিধানশু শেমদোকলমদে।

অদুগা সাদ্দামগী সরকারনা পব্লিক সেক্টরগী কর্ম্মচারীশিংগী দিনার কুনমঙা হেনগৎলে হায়খি। চহিদা চাদা পব্লিক সেক্টরগী তলব চাদা কুল হেনগৎতুনা চহিগী ইফ্লেসনগী দরগী তথ্বাইতমক ওইবনা ইরাক্কীশিংনা ব্রাবা অদুম হেল্লমই । সাদ্দামগী সরকারনা গনতন্ত্রগী প্রজাশিংনা তৌনিংবা থবকশিং তুং তাদবগী ওইবা মওং তৌখি ।

ইরাক্কী লাম্মী দিভিজন মঙা থবক্তগী পোখাহনখি । আয়াটোল্লাহ খোমৈনি শিরবা মতুংদা ইরান্দগী খুদোং থিবা পোক্লরোই খঙখি । খুৎলাই লেপ্পবা মতুংদা সিপাইশিং লাক অহুম থবক্তগী পোখাহনখি । অদুবু মখোয়গী থবক পিনবা পাম্বে লৈরমদে । মীরৈবাক্তগী শেল থাদদুনা মখোয়বু থবক পিবগু ঙম্লমদে । মরমদি ইরাক শেল য়াম্না মীরৈবাক্কী তোল্লমই । ১৯৮৯ কী লোইরমদাইদা থবক ফঙদবা থবক্তগী তোক্লবা সিপাইশিংনা থবক তৌনিংঙাই লৈতদুনা লৈরমই ।

১৯৮৯ আগষ্ট ১৭ দা অঙকপা পোকখাইবা অমা বাঘদাদগী মখা-থংবা শরুক মাইল কুম্ভ্রা লাপ্পা লৈবা অলকাকাগী খুৎলাই শাফমদা থোকখি । মী ৭০০ শিখি । পোকখাইবগী মরম তাক্লমদে, তুমিন্না লৈখি । ইরাক্কী বিদেশগী মন্ত্রীনা নুমিৎ অদুদা শামনবনা অদু থোকখিবনি হায়খি । তৌইগুম্বশুং পোকখাইবা অদুগী মরম ইতাক তাকলমদে । খুৎলাই অমুক শাবা হৌরব্রা, মীনা থুগাইবরা হায়বা অমতা খঙলমদে ।

হায়রিবা ব্রাহংশিং থিজিনবা বৃটেন্দা লৈবা খবরগী মী ফার্জদা বাজোফ্ট ইরাক্তা মহাকপু ফাদুনা থা তরুক্কী মতুংদা ফাঁসি তৌখি । অওইবমক ইরাক্কী খুৎলাই পৈখৎপা হৌব্রবনি হায়না চিংনফম থোকই । ইরাক-ইরান লাঞ্জাও মতুংদা গনতন্ত্রগী অনৌবা থৌরাঙ নত্রগা সিপাই মশীং হন্থবা লাকপাগী অতোপ্পা থবক মহুৎ পিবগী ব্রাখল ইতৌ তৌদনা খুৎলাই পৈখৎপগী অমসুং মীরৈবাক্তগী লৈবগী থবক্তা মহাক্কী পূক্নিং চিংশিনখি ।

১৯৯০ জানুৱারী জোর্দানগী নিংথৌ হুসেইন ইরাক্তা লাকপদা সাদ্দামবু বাঘদাদ সহরদা মহাকপু য়ানিংদবা কাংবুনা মেছিনগনশিং অসুং রোকেটশিং শীজিন্নদুনা মহাক্কী মথৱাই লৌগে হোৎনখি । ঙম্বদি ঙমখিদে । চহিগী লাম্নীগী নুমিৎ পেরেদ জয়গী কাল্লো ভিক্টোরী আর্ককী মখাদা পাংথোকখি । মদুদা চেকশিনবা ওইনা লাকপা ঙমখি । বার্ত্তন পুম্বদি ককথৎখি ।

নোংপোক থংবা ইউরোপতা ১৯৮৯ ওক্টোবরদা কম্যুনিষ্ট সরকারশিং হঙ্গেরী অমসুং রুমানিয়া তুবা বাঘদাদতা খন্নরমই । রুমানিয়াগী নিকোলে কীওসেস্কু মফমদগী লংখায়দুনা নোংমৈ কাপ্তুনা হাৎখি । অতৈ কম্যুনিষ্টগী সাসন অহুম কিন্থখিমই । রুমানিয়াগুম্না ইরাক হায়বা অসি পুলিস রাজ্যনি । সাদ্দামবু খবরগী মীশিংনা হঙবা মতমদা মহাক্না তরাইনা শেন্নবা পাওখুম পিরকখি ।

"ঐদি কীওসেস্কু নত্তে," মহাক্না খুমখি । ১

অদুগা বাথ পার্টীগী মীশিংবু কীওসেস্কু লংশেকপগী ৱাফম অদু ভিদিও টেপশিং য়েঙদুনা কদাইদা শোইরবগে য়েঙলমই ।

সাদ্দামনা হায়খি, নোংপোক থংবা ইউরোপ্তা গনতন্ত্র হায়বশি খ্বাইদগী অফবা নত্তে । করিগুম্বা খুজিল থৌরাঙ শেমদোকপা ইরাই লাইনা খুৎতগী নাম্থোকপা য়াই অমসুং সরকারশিং লৈখা তাবা য়াই । মহাক্না ইরাক্তা গনতন্ত্রগী মরমদা সাদ্দামনা করি অমতা তৌনিংখিদে । ইরাক-ইরান লাঞ্জাওগী মতুংদা পোৎশিংগী ৱাৎপা থেঙনখি । অদুগা শেলগী মমল য়াম্না তাবা থেংনখি । মীরৈপাক্কী পোৎশিং য়াম্না পুশল্লকখি । অদুবু শেল য়াম্না ৱাৎলমই । খুৎলাই লৈরবগী মতুংদা শেল-থুমগী অবস্থা অসুম্না ফৎতবা হেঞ্জিনখি । দিনারগী মমল খর হেন্না তারমই । অদুগা ইরাক্কী প্রজাশিংগী শেন্দান দোল্যার বিল্লিয়ন তরাদা কাখৎখি । শেল-থুম ফিবম ফত্তবা অদুনে সাদ্দামনা খুৎলাই অমুক

লৈনবা হোৎনবনে, ইরাক্কী ফিবম অসি মওং অমা ওইখি । ইরাক জাতিনা মহাক্কী থৌরাঙনা খুৎলাইশিং আমেরিকা, নোংপোক ইউরোপ, চিনা, বৃটেন অমসুং ফরাসী লৈবাকশিংদা অচানবা নহা, 'ব্লু বোয়' শারদুনা কৈথেলশিং কারমই । মতম অদুদা মহাক্কী মপুক্লিংদা লৈবা থরুম অদু কনা অমতা খঙখিদে ।

## পন্দুপ ৬

# আমেরিকাগী মীরৈবাক্কী রাজনিতি

ইউ: এস: গী মীরৈবাক রাজনিতিদি পৃথিবী অনিশুবা লাঞ্জাও মতুংদা য়াম্না মনিংতম্বা অমসুং মতোমতা তৌনিংবতা তৌই । অদুবু দেশ অদুবু মাগী ফিরেপ অদু মতেং পাংনবা নোর্থ এটালান্টিক ওর্গানাইজেসন (নাটো), সেন্টো অমসুং বাঘদাদ পেক্ট লৈরমই । অদুগী মথক্তা ইউনাটেদ নেসন্না দেশ ময়াম্না অরাকপা সমাস্য অমা খঙ্নে । পেন্টাগোন্দা নেসনেল সেক্যুরিটি কাওনসিলদা আমেরিকাগী রাজনিতি তৌবশিং সাদ্দাম্না তৌবা থবক খুদিংমক য়েঙদুনতা লৈ । পৃথিবীগী মকোক ওইরিবা পাঙ্গল ওইবনা মশা ঙাকচনবা মহাক্কী মীরৈবাক রাজনিতি অমা লৈবা তাই । প্রসিদেন্ট আয়াটোল্লাহ খোমৈনীগী খেন্নবা, সাদ্দাম্না লৈবাক্কী রাজনিতিদা তমথিবা ওইজরবশু আমেরিকানা খাংবা ঙমগনি খঙ্লে । ইরাক্কী লুচিংবা ইউ: এস: না পামদ্রবশু ইরাক-ইরান লাঞ্জাও ১৯৮০-৮৮ দা ঙমহন্নিংই । অদুনা য়াম্না অঙকপা মরী লৈবা মরী লৈনবদা ইউ: এস: গী কুটনীতি অমা পোকখি । "ইউ: এস:, ইরাক্কী য়েঙথিবা, শৌগৎপা হৌরকপা, পুকচেল খোইজেল তিন্নবা, নিংবা কায়বা, শৌগৎপা, অমসুং মাইকৈ অনিদা থোকপা য়াদবা ঙাইনবা মতমশিং লৈখি।" ১৯৮০ গী অঙনবদা ইরাক-ইরান লাঞ্জাওদা ইরাক্কী ফিবম শাথিনা ফৎতবা অদুদা, ইউ:এস: না ইরাক্কী মীচংদা লেপ্পুনা - মায়থিবদগী কনবিদুনা লেপখি । অদুগা ময়াইথংবা নোংপোক্কী পাঙ্গল অসি নক্লবা মরী লৈনখি । নোংপোক ময়াই থংবদা আমেরিকানা আরবকী রাজ্যশিংগী মরক্তা থেমদুনা, খঙশিন-উশিন্নদনা মাগী চৎথরক্লিবা রাজনিতিনি ।

১৯৩০-৩৯ দা অসিগুম্বা মরী অদু ইউ:এস: সাসনগী মীরৈবাক রাজনিতি ময়াইথংবা নোংপোক্তা লৈবা তৌরমদে । বৃটিশ অমসুং ফারাসী দেশশিং মমাংঙৈদগী খোংদাবা হৌখিবনি । অদুগী মথক্তা ওট্টোমান সম্রাজ্য লৈরমই । পৃথিবী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা ইউ:এস: না মপুক্লিং বাঘদাদকা মরী থম্বগী আশা তৌবা হৌখি ।

মরমদি ইরাক্তি থাও য়াম্না থোকপা মরমনা আমেরিকাগী কান্নবা য়েঙদুনা থাওগী কম্পানিশিংগা মরী লৈনবনি । ইরাক-ইরান লাঞ্জাওনা নত্তে আমেরিকানা ময়াইথংবা নোংপোকপু য়েঙদুনা লাকপনি । লৈবাক অদুনা য়েঙদুনা লাকপা ১৯৫০ দগীনি । চৌবর হুল্লে, কনানা ঙম্বা য়েঙবু তাবনি । লাঞ্জাও মতুং চহিশিংদা লাঞ্জাও ঙম্বগী মথোয়না কাবনে অমসুং ইউরোপনা পৃথিবীগী পাঙ্গলগী ময়াই ওইনা লৈবা কাইরক্তুনা ইউ:এস: না পাখৎখি । ইউরোপ লাঞ্জাওদা অমুক হন্না শেমগৎনবা "মার্সেল প্লান্না" হোৎনরিঙৈদা ঈংনা তৌবা লাঞ্জাও কম্যুনিজম লাঞ্জাও নোংপোক মাইকৈদা থেংনখি । মতম অসিদা আরবকী লমদমদা আমেরিকাগী রাজনিতিদি চুম্না মায়াবাদ অমসুং কম্যুনিজমগী থিংনবা ওইখি । আরব লৈবাকশিংদা নিংথৌ পানবা জয়গীর লৌচা ওইবগী হকশিং পিনবা মশানা মনিং তমজবা তাল্লক্লম্মি । মখোয়শিং অসিনা কম্যুনিজমগী মথক্তা আরবকী নোংপোক্কী ময়াইদা থিংনবনি । আরবকী নহা ওইবা লাশ্মীগী ওফিসারশিংনা প্রজাশিংনা লালহৌদুনা সরকার অমা চাওখৎতবা সমাজদা ময়াইওইবা সমাজগী কাংলুপ্পা পুরকপা অদু সমাজ অমা পুরক্লবনি । অদুবু ইউ:এস:গী সাসনদি নিংথৌ পানবা লৈবাক্কী সরকারনা হেন্না পাম্মি । নিংথৌ পানবা লৈবাক্তি নোংচুপ্পা য়াম্না চেৎনা থাজরম্মী । অদুননি ইউ: এস: না সাসন অদুবু শৌগৎতুনা লৈবা তাবনি । গনতন্ত্র চৎপা হায়বা লৈতনা, নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংবু দিক্টেটর অমসুং মতৌতা মানবা গনতন্ত্র চৎপদগী হেন্না পাম্মি । আমেরিকাগী ফরবসু ফৎত্রসু কান্নবা য়েঙবা তাবনি ।

১৯৫৪ দা নিংথৌ ফাইজালনা ইউ:এস:গী খুৎলাই মতেং লৌখি । অদুগা ১৯৫৫ ফেব্রুৱারীদা বাঘদাদ পেক্ট লৌখি । ১৯৫৮ দা নিংথৌ পানবা লৈবাক অদু ইরাক্তা মরু ফুক্লা মাংহন্দুনা জেনরেল অবদুল করিম কাসিমনা নিংথৌ ফাইজালবু মফম লৌথোকখি । অদুগা সোভিয়েট ইউনিয়নগী খুৎশু-খুৎলাই সরকার অনৌবা অদুনা লৌখি । বাঘদাদ পেক্টতগী তোকখরে । কাসিসমনা ইরাক্কী লুচিংবা ওইরকপা অদু ইউ:এস: না য়ানিংখিদে । মহাকপু সি:আই:এ: না হাৎকে হায়না থৌরাংখি । ১৯৭২ দা বাঘদাদনা মোস্কো সহী তৌনখি । অদুবু ইরাক্কী লাম্নীনা কুর্দশিংগী মথক্তা তৌবা নমথনবা হোৎনবা অদু সোভিয়েট ইউনিয়না য়ানিংখিদে । অদুনা মোস্কোনা খুৎশু-খুৎলাইশিং জহাজশিংদা থারকপা অদু থিংখি । হায়রিবা মতম অদুদা ইউ:এস:গা ইরাক্কা মরী অমুক লৈনবা হৌখি ।

১৯৭৯ দা ইরানদা আয়াটোল্লাহ রুহোল্লাহ খোমৈনীনা শাহ রেজা পহলেবীবু মফম লৌথোক্কুনা অনৌবা সাসন লৌবা ওইরমই । অদুগা টেহরান্দা ইউ:এস: এম্বেসীগী হোস্টেজ য়াম্খেলোম ইরানগী ছাত্রশিংনা ফাদুনা থমখি । ইজ্রাইলনা ১৯৮১ জুনদা ইরাক্কী নিউক্লিয়ার রিওএকটরশিং ইউ: এস: গী এরোপ্লেনশিংদা খুৎলাইশিং শীজিন্নদুনা থুগাইশ্রবশু ইরাক্কা ইউ: এস:গা রাজনিতিগী মরী লৈনবা অমুক হৌখি । রাজনিতিদা মখোয় অনি মরী লৈনবা অদু মখোয় অনিগী মরক্তা ১৯৮০ দা লাঞ্জাও থোক্লুবা মতুংদনি । চহি অনি-অহুম ফাওবা ইরাক্কী ফিবম য়াম্না ফৎলমদে । ফাও উপসাগরগী মরু ওইবা থাও থোকফম পুম্নমক থুগাইখি । অদুগা বস্র বন্দর ইরান্না কোইশিন্দুনা থমখি । সীরিয়াদা থাওগী পাইপ পুবা দামাসক্সনা ককথৎখি । হায়রিৱা মতম অসিদা রীয়াগান্না পানবা মতমদা ইউ: এস: গী মীরৈবাক্কী রাজনিতিনা ইরাকনা লাঞ্জাও ঙম্বা পাম্বা নত্তে মখোয়না ইরাক্লা মাংদবা অদু পাম্বননি । মরমদি ইরাক্কী মরুপ ওইনবা ইউ: এস:গী দরকার ওইরমই । ময়াম্না খঙই,

সোভিয়েট ইউনিয়ন নত্রগা ইউ:এস: অনি মরক্তা ইরাক্লা রাজনিতিগী মরী লৈনবা পামই ।

ইউ: এস: না সাদ্দাম্বু মতেং পিনিংলমই । অদুবু অচৌবা পল অমনা থিংলমই । ১৯৮৫ গী রোম অমসুং ভিয়েটনামগী এয়ারপোর্টশিংদা আক্রমন তৌখিবা টেরোরিষ্ট অবু নিদালগী লৈফম বাঘদাদতনি । আমেরিকাগী আইনগী মতুংইন্না টেরোরিষ্টগী মমিংদা লৈবা ইরাক্কী লম্লোন ইতিক অমসুং শেলগী মরী লৈনবা থিংই । অদুগা অবু নিদালবু মহাক্কী হেডক্বাটরশিং দামস্কসতা থৈদুনা লৈখি । আমেরিকাগী কঙ্গ্রেশনা ১৯৮২ মার্চ্চদা ইরাকপু টেরোরিজম লিষ্টতগী লৌথোক্লমই । মরমদি মখোয়বু মতেং পাংদুনা ইরানগী মাইয়োক্তা লাঞ্জাও অদু ওম্নবনি । অদুবু পি:এল:ও: গী কাংবু অমা লেবানন্দগী ইথ্লোক্নুনা বাঘদাতনা লৈফম ১৯৮০ দা পিখি । অদুগা ইরাকনা অবুল অব্বাসবু অচিল লাওরো জহাজ লোন্না পুরুবগী মহাকপু ফাজিনবা অমসুং দন্দি তৌদনবা বাঘদাতা চংজফম পিখি । টেরোরিজমগী লিষ্ট অদুদগী বাঘদাদ লৌথোক্নুনা সাদ্দাম্না ১৯৮২ দা ইউ:এস:গী দিপর্টেমেন্ট ওফ এগ্রিকলচরস কম্মোদিটী ক্রেদিট কর্পোরেসন (সি:সি:সি:) দগী দোল্লার কোটি ৩০ বাকীদা ইরাক্তা পিদুনা বাঘদাদতা চেং অমসুং গেহু য়োনখি । অদুগা সাদ্দাম্না ইস্রাইলনা হিংজবগী হক অদুগী মরুওইবা ব্রা অদু য়াখি ।

নেসনেল সেক্যুরিটী কাওন্সিলনা ১৯৮৩, ওক্তোবরদা থিজিনবদা আমেরিকাগী লম্দম্ অদুগী মাংবা ইরাক্না তুরবদি হেন্গনি খনখি । অদুগা ইউ: এস: না ইরাক্পু ইফোং- ফোংনা মতেং পিবসু য়ারমদে মরমদি খংনবা অদুদা ইউ: এস: না খংনরিবা লৈবাক অসিগী মীচঙ কনা অমতা চঙ্ লমদে । অদুবু অকোইবা পাম্বৈদা তৌবদি ময়াই । রীয়াগানগী সাসন্দা উপসাগরগী রাজ্যশিংনা ইরাক্তা মতেং পিখি । ১৯৮৪ নবেম্বর, রীয়াগান্না অনিশুবা মীখলদা কারবা মতুংদা ইন্টলিজেন্স সর্ভিস অমসুং মতেং পাংবা য়াম্না হেন্খি । ১৯৮৬ তা ইরাক্পু ইরান্গী লাম্মীগী

মকমশিং উপগ্রহগী তশবির উৎতুনা তাক্খি অমসুং মদুগী মতুং ইন্না লাল্ তৌবা ঙম্খি। ১৯৮৬ তা ইরাকনা সাউদি আরাবিয়া ফাওদুনা থাওগী পাইপ অমা পুখি। অদুগা শেল্ থুমগী ফিবম ফংলমদে। মীঁরেবাক্কী অমসুং আমেরিকাগী বেঙ্কশিংনা ইরাক্তা শেলগী মশীং অকক্নবা মশীংদগী হেন্না পিরমদে। ১৯৮৭ তা ইরাক্না সি: সি: সি: গী শীল্লাংবা দোল্লার কোটি ৫৬.৭, দোল্লার কোটি ২১.৫ ওইরম্বদগী হেন্গৎলম্ই। অদুগা ১৯৮৩ দগী ১৯৯০ ফাওবদা শেল্ অপুবা ওইনা দোল্লার কোটি ৩০০ ওইরমই। অদুগা অনি থোকনা লৈবা য়াবা শেন্থুং ওইনা শীজিন্নবা য়াবা ওইখি। হায়রিবা অদু মিলিটারীগী পোৎ লৈনবা ওইরমই। মতম অদুদা ইউ: এস: না লোন্না ইরান্দা খুৎশু- খুৎলাই য়োলম্বদা সাদ্দাম হুসেইন্না য়াম্না নুংঙাইখিদে। সাদ্দামনা ইউ: এস: না কুয়েটকী থাও পুবা জহাজশিং অমেরিকাকী ফিরাল থেৎতুনা চৎলি হায়না শাওনিংখি। ১৯৮৭ তা ফরাসীনা শাবা ইসোকেট মিসাইলশিং ইরাক্না জেট্ মথক্তগী কাপ্নুনা ইউ: এস: এস: স্টার্ক্কী জাহাজ থৌবা মী কুন্থ্রা-তরেৎ শোইদুনা শিখি। সাদ্দাম্না কন্না চেন্দুনা মাইকৈ অনি য়ান্নবা পুরক্নুনা থৌদোক্ অদুদা ক্ষেতিপুরন দোল্লার কোটি ২°৭ পিদুনা ঈংথনখি। হায়রিবা থৌদোক অসিগুম্বা অসিদা ইউ: এস: অমসুং ইরাক্কী মরী কাইবা য়াবগী থৌদোক্ থোকখি। ১৯৮৮ আগষ্টদা ইরাক-ইরান লাঞ্জাও নাপাক অনি মরক্তা খুৎলাই লেপনখি। ইরাক্না লাঞ্জাও অদু ঙম্বা ওইনা লৌনৈ। ইরান্না সাদ্দামবু মফম্ লৌথোক্নিবা মখৈ লাল্ তৌগনি হায়না শাওবনা হায়খি। সাদ্দামবু ইরাক্কী মচেৎ তারবা শেল্ থুমগী ফিবম্ শেমগৎহন্নিংলম্মী। অদুবু ইরাক্না কুর্দশিংগী মশীং য়াম্দবা কাংলুপ্না হুগী মনিলনা আক্রমন তৌবদা অপিকপা জাতি অদুগী মী ৫,০০০ শিখি।

সেক্রেটারী ওফ্ ষ্টেট শুলজনা সাদ্দামনা মাগী অপিকপা জাতি কুর্দশিংদা হুগী মনিল্ শীজিন্নবা অদুদা শাওবনা বাঘ্দাদ্তগী খুৎলাই অদু

অমুক হন্না মহাক্কী অপিক্পা জাতিদা শীজিন্নজরোই হায়না ৱাশক্ অমা লৌখি । অদুবু ইরাক্ - ইরান্ লাঞ্জাও লোইরবা মতুংদা রাজনিতিগী অথিংবা কঙ্গ্রেশনা সাদ্দাম হুসেইনগুম্বা সাসন্দা মনিং তৌবা অমদা চিক্থনা ৱারী শাবা অসিগুম্বা মতাংদা মতিক্ চাদে হায়খি । ইরাক্কী কুর্দশিংগী লম্দা খুঙ্গং মথং মথং লোইনা মাংহলখি । মী লাখ কুন্ লৈরম্বা মফম্ অদু পুম্মাং মাংনা খুদক্তা লৈখি । কুর্দশিংগী খুঙ্গংশিংদু মতম্না হৌরক্পদগী লোইনা চংখি । অচৌবা সহরশিংগী অকোইবা মফম্শিংদা হাথু- হাথুনা শাবা পুন্না থম্বা শংশিংদা মখোয় লোইনা থনম্মী । ১৯৮৮ গী প্রিভেন্সন্ ওফ্ গীনোসিদ এক্ট বিল অদুনা ইরাক্কী মথক্তা লল্লোনবগী অথিংবা অমা থম্বা হায়দুনা পুখৎখি । ইরাক্না অমুক হন্না তৌজরোই হায়দুনা ৱাশকখি । রীয়াগান সাসন্না বিল অদু য়াখিদে । রীয়াগান সাসনবু প্রসিদেন্টগী মীখন্না ঙানু খোংতেকপশিংগী মনুংদা ৱাইদগী হেন্না লৌদুনা জীওর্জ বুশনা প্রসিদেন্ট ওইনা লাক্লবা মতুংদা উপসাগরগী খুজিল থৌরাঙদা পুক্লিং চংলমদে । ১৯৮৯ দা ইউ: এস: না উপসাগরদা তৌখিবা সরকারগী থবক্শিং লোইনা য়েংবা মতমদা লৈবাক ঙাক্লোন থবক্তি মরু ওইনা মান্নখি । " ইরাক্কীশিংবু নিউক্লিয়ার অমসুং রসায়ন মশীং হেন্গৎপদগী তোকহন্নবা লাকনৌ; ইউ: এস: অমসুং নোংচুপকী সংসারদা শেল্-থুম্গী মরমদা পুনশিন্দুনা থম্মু; মখোয়গী লম্চৎ চুমথোকপদা চৈশিংগী মহুৎতা কারোটশিং শীজিন্নবা অসিনি । " ৱাশিংটোনগী মচা তানা খাইবা কাংবুনা বাঘদাদপু ইরান্না লৌশ্লগনি হায়বদা খৎনবা লৈরম্দে । বুশনা লাকপা মতমদা মহাক্না লৌবা রাজনিতিদি অনৌবা ওইরমদে । অদুবু উপসাগরদি চুম্নগী বুশগী সাসনদা অথুবা তৌগদবা মথৌ ওইরমদে । সোভিয়েট ইউনিয়নগী ঈরাঙ থোক্লকপা অমসুং নোংপোক থঙবা ইউরোপ্তা কম্মুনিজম রুমানিয়াদা তুরকপা অদুনি । অদুগা নোংপোক্কী ময়াইদা ইজ্রাইল অমসুং পালেষ্টিয়েনশিংনা মতৌ করম্না মখোয়গী মরক্তা শান্তি করম্না পুরক্কদগে হায়বা অদু খনখি ।

ইরাক্না য়াম্না থুনা থবকশিং মথং মথং তৌরমই । ১৯৮৯ গী ময়াই অমসুং ১৯৯০ গী অহৌবদা ইরাক্না বৃটিশ খবরগী মী অমা ফাঁসি তৌবা, সুপর- গনগী মচাকশিং বৃটেন্না ফাজিনবা, নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিংগী তিংখলশিং ফাজিনবা, এট্রানটা সহরগী লাভোরো ব্যাঙ্কতা শেল থুম চাবগী ঈরাঙ লাকপা অমসুং সাদ্দাম হুসেইনগী মথক্তা শেল থুমগী অয়াবা থম্নবগী খন্নখি । ইউ: এস: গী সাসন্না অসিগুম্বা আইনদি থিংলমই । ১

১৯৯০ দা দোল্লার ৭৭গী লাইসেন্স ৪৮৬ ইউ: এস: না ইরাক্তা পিখি । অদুগা লল্লোনবদা লৈথ্রিবা পোৎশিং অসি মিলিটারীগী ওইনা শীজিন্নবদি য়ারমদে । ইরাক্কী সি: সি: সি: দগী পুবা শেলথংদি দোল্লার কোটি ১০৪ অদু ওইরমই । ইউ: এস: না মতম্ অদুদা ইরাক্তগী দোল্লার কোটি ৫৫০ গী থাও লৈরমই ।

ইরাক্না ইরাক-ইরান লাঞ্জাওগী মতুংদা চাং তম্না চৎপা, আমেরিকাবু হেন্না শৌগৎপা অমা ওইবা অমসুং, নোংচুপকী মীচঙ্ চঙ্বা মাল্লম্মী । ইজিপ, জোর্দান্ অমসুং য়েমেনগুম্বা আমেরিকাগা মরুপ্ ওইবা পুন্না থবক তৌমিন্নবা য়ানবা অমা ওইনা খল্লমই । খুৎশু- খুৎলাইদি ইউ: এস: না ইরাক্তা য়োল্লমদে । অনি থোক্না শীজিন্নবা লল্লোনপোৎশিং খরা য়াওরবশু । ইরাক্না ইউ: এস: অমসুং কুৱেটকা লৌতুনদুনা বাঘদাদপু মাংনবা ইরাক্কী থাওবু ঙাকচনবা কুৱেটকী জাহাজশিংবু ফিরালশিং ইউ: এস: না থেৎতুনা চৎপনি । ইউনাইটেদ আরব্ অমিরেটস অমসুং কুৱেটপু ইরাকনা ধমকি তৌখি । কারোত্না চাদা কুম্বা, চৈনা চাদা হুম্ফুতরা, সাদ্দামগী ইঙ্গিৎ য়েঙদুনা ইউ: এস: সাসন্না শারমই । ইরাক্না লাঞ্জাও চঙদ্রিঙৈ নোংমগী মমাংদা ইউ: এস: গী সাসন্না কন্না ইরাক্কী মথক্তা লল্লোন-ইতিক্কী অয়াবা থম্নবা হোৎনখি । মিলার অমসুং মাইলরোইনা হায়খি, ইউনাইটেদ স্টেটস, নোংচুপ থংবা ইউরোপ লৈবাকশিং অমসুং

চাং নাইবা আরবশিংনা ইরান মথক্তা লাঞ্জাও তৌবদা মতেং পাংলবগু অমসুং মতুংদা মাগী শিংনা শিংনা কাঙ্গৈরবা রাজ্য অমা শেমখিবদা মতেং পাংই । তৌইগুম্বসুং লাঞ্জাওগী ময়াইদা, মহাক্না তপ্পা অতোপ্পা খন্নবা হিরম তান্নরমই ।

## পন্দুপ ৭

# ইরাক্কী লাঞ্জাও খুৎশু-খুৎলাইশিং পৈখৎপা

থাও ফংলবা মতুংদা ইরাকনা লাঞ্জাওগী খুৎশু-খুৎলাইশিং নোংপোক ইউরোপকী লৈবাকশিং, চিনা, ফারাসী অমসুং ব্রাজিলনচিংবা লৈবাক্তগী খুৎশু-খুৎলাইশিং লৈদুনা পৈখৎলমই । অদুগা সোভিয়েট ইউনিয়নদগী স্কুদ মিসাইলশিং লৈরমই । ইউ:এস: অমসুং বৃটেন্দগী খুৎলাই ওইবা য়াবা পোৎচংশিং হুরান্দুনা লৈরমই । অনিথোকনা শীজিন্নবা য়াবা, হায়বদি লৌউবগী শীনফমদি শীজিন্নবশু ময়াবা, মিলিটারিগী মওংদা শিজিন্নবা য়াবা পোৎথোকশু লৈরমই । ইরাক্তম্বা অপিকপা লমদম অমদা মী কোটি অমা লাখ হুস্ফুতরা লৈবা লমদম অমনা মনিংতম্বা সাসন অমা পুরক্তুনা পৃথিবীগী খলদা থুগাইবা ঙম্বগী ব্বাংমদা লৈ । অদু ওইরবশু উপসাগরগী রাজনিতি অসিদা সাদ্দাম্না মনিং তম্না শান্নবা পামই । ১৯৭৫ গী ইউ: এস:না ইরাকপু মখুৎতা তান্নবদগী লৈথোক্তুনা লৈখি । সাদ্দামনা উপসাগর অসিদা খ্বাইদগী অকনবা ওইবা, ইউ:এস: অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়নগী মরক্তা পাখং অনিগী মরক্তা সতিতা উৎপা ফজবী লৈশাবী শাবী, আরবকী পৃথিবী মনুংদা খ্বাইদগী মপাঙ্গল লৈবা, মহাক্কী পুক্লুংদা থম্বা পেলেস্টাইন অমসুং ইজ্রাইলগী ব্বা লেপ্পবনি । অদুনা আর্ন্তজাতিগী রাজনিতিদা হামেং ব্বাইনবা, আরবকী লৈবাক ময়াম্না খুবাক য়াম্না কন্না খুবা অদুননি । ইরাক-ইরানগী লাঞ্জাওদা কুৱেটনা তুমিন্না অচৌবা শরুক অমা ইউ:এস: পুন্দুনা পুখি । অদুনা ইতিহাস য়েঙলুরবদি কুৱেট লৈবাক অদু ইরাক্কী সিমানা মনুংচনবা প্রদেশনি । ডুবাই, কাটার, ইউনাইটেদ আরব ইমিরেট অমসুং বাহ্রাইন লৈবাকশিং ইরাক্কী ধমকাদা চৎপা লৈবাক

লোইনমক্লি। আমেরিকাদি চেদা য়েকপা কৈনি। কিনিংঙাই থোইনা ওইদে হায়না খনখি। অপুনবা আরবকী পাঙ্গল অদু থেঙনজবা তাবনি। সোভিয়েট ইউনিয়ন হায়বরা মতাং অদুদা ব্রা ঙাংলক্লকরোই। ইরান লৈবাক মরু তেংলবা মতুং পেলেস্টাইন-ইস্রাইলগী ব্রাহং অদুদা খন্না লেপখি। অদুবু ইরাক-ইরান লাঞ্জাও ১৯৮০-৮৮ দা কুৱেটনা খুরৌ চেনবা থবক ইউ: এস:গা ইরাক্কী য়াম্না মাংজবা থবক পিখি। অদুনা ইতিহাসগী ব্রা য়েঙলুরবদি কুৱেট হায়বা লৈবাক মচাসি ইরাক্কী প্রদেশ অমনি। থাও থোকপা দেশ ওইবদগী মহাক্কী ঙমখৈ নাইদ্রবা লল্ লৈ। অহানবা কুৱেটপু ইরাকগী প্রদেশ অমা ওইবা অদুগী মতুং তাবনা পেলেস্টান ইস্রাইলগী ব্রাহংনি। মদুনা সাদ্দামগী ব্রাখলদা খনবা পরেঙ ওইনা লৈবনি। মদু মথং মথং পাংথোক্কদৌবনি।

ইরাক্কী স্কুদশিং সোভিয়েট ইউনিয়ন্দগী লৈদুনা থমখি। ইরাক্না মখোয় অদুগী চৎপা ঙম্বগী চাং অদু হেনহন্দুনা মিসাইল, মৈকাপ্পী মঙা খক কাপ্পুনা য়েংখি। মখোয় অনৌবা অদুগী মরক্তা অল-অব্বাস, স্কুদতগী খর হোংদোকনি। মাইল ৫৩০ চৎপা ঙম্বা ওইনা শেমদোকখি। ১৯৮৮ দা চাং য়েঙখি। অল-হুসেইনগী চাওরাকপা মাইল ৪০০ চৎপা ঙমই। ইরাক্কী নোংচুপ থংবা সীমনাদগী ইস্রাইল কোনুং টেলঅভিভ ফাওবা য়ৌবা ঙমই। ইরাক-ইরান লাঞ্জাও মিসাইল চনিদগী হেন্না শীজিন্নখ্রবনি।

১৯৮৯ অল-অবিদ হায়না মমিংথোনবা মৈকাপ্পী অনৌবা অমা জহাজ মাইল ১৫০০ চৎপা অমা চাং য়েংখি। অদুগা নুমিৎ খরগী মতুংদা টামুজ-১ কৌবা টন ৪৮ লুম্বা অনৌবা মিসাইল অমা, ইজিপ অমসুং অর্জেন্টিনা মতেং লৌদুনা কোন্দোর মিসাইল অমা শারমই। ইস্রাইলনা ইরাকনা লোন্না মিসাইল অনৌবা শাবা অদু খঙদুনা

চেকশিল্লমই । জোর্দান অমসুং ইরাক শম্নবা মকমদা মিসাইল কাপ্নবা তরুক্লা ইস্রাইল নত্রগা সীরিয়া তম্না যুগুলমই । উপগ্রহশিংনা লোন্না ইস্রাইলগী মথক্তা লাঞ্জাও অমা হৌগদ্রা হায়বা অদু তশবির লৌদুনা খণ্ডবা য়াই হায়বগী রাখল তৌরমদে । অদুবু ইস্রাইলগী ঙাকপা শেনবগী মন্ত্রী মোশে অরেনসনা ইউ:এস: ঙাকপা-শেনবগী সেক্রেটারী সীমানাদা ইরাকনা লাঞ্জাও হৌরকপগী য়া তান্নখি । অদুগা কুবেটকুম্বা লৈবাক মচা অমদা লাঞ্জাও তৌবগী ধমকিদি খণ্ডনরমদে ।

ইরাক-ইরান লাঞ্জাও লোইরকপা মতমদা ইরাক্না খুৎশু-খুৎলাইশিং নোংচুপ পৃথিবীদগী লৈশিনবা খুম্মাং য়ামনা চাওশিনখরে, নোংথক্কী ঙাকথোক্লবা অমসুং এরোপ্লেনশিং য়াওনা; মোসল সহরগী মনাক্তা সাদ -১৬ হায়না খণ্ডনবা মিসাইলশিং, মৈকাপ্পীশিং হোংদোক-হোংজিন তৌনবা মফম ওইরম্মী । রসায়নগী খুৎলাইশিং শেমদোক-হোংদোক্নুনা য়েঙবা মফম ওইরম্মী অমসুং নিউক্লিয়ার বোম্না চাংয়েঙনবা হোৎনরম্মী । মকোক ওইবা থিকা লৌবদি স্বিজরলেণ্ড গী কোনসেন কাংবুনা ওইরম্মী । হায়রিবা পুম্নমক অদুগী মচাকশিং নোংচুপ অর্জেন্টিনা, মোনাকো, স্বিজরলেণ্ড অমসং নোংচুপ জর্মনী ওইরম্মী । মতুংদা স্বিজরলেণ্ড ভুফভাল টরন, অমসুং ফিনানসিয়ারুং এজি (ভুফাগ) ওইখি ।

সাদ্দাম হুসেইনগী লোন্না লোন্না হায়রিবা লৈবাকশিং অদুদগী খুৎলাইশিং পৈশিনবা হৌখি । রাজনিতিগা খুৎলাই পৈশিনবগী অমসুং গনতন্ত্রগী মচু অতোপ্পা থোক্লবা খুজিল থৌরাঙ তৌরম্মী ।

সাদ্দাম্না থোইদোক-হেন্দোকপা তোপশিং থম্নবগী মঙ-মঙলম্মী । কানাদা মচা, বিজ বেলজিয়মদা লৈবা পৃথিবীদা মমিং লৈরবা জেরাল বুল্লনা মাগী লাঞ্জাও তৌরক্লবা তোপ ফুট ৪০০ শাংবা, নোলীনা ফুট ৩ দগী হেন্না হেন্না চাওবা, মাইল ৬০০ চৎনা কাপ্পা ঙম্বা অমসুং

নিউক্লিয়ার, রসায়ন নত্রগা মহীক মচা, বাইওলোজিকেল খুৎলাইশিং কাপ্পবা ওইরমই । মদুদা হৈশিংলবশিংনা অসুমনা হায়: সুপর গনশিং অদুনা উপগৃহদা পৃথিবীগী অকোইবদা থম্না ফাওবা ঙমই । মদু কৈদৌঙৈদসু শাবা লোইশিনখিদে অমসুং লাঙ্লাও থোক্লমদাইদা 'আর-দি' গী থৌরাঙতমক ওইকি । সুপর গনশিংগী শানবা মচাকশিং অদু বৃটেন, ফরাসী, জর্মানী, ইটালী, স্পেন, স্বিজরলেণ্ড অমসুং বেলজিয়মদগী পুশিল্লমই । উপসাগরগী লালদু থোক্ত্রিঙৈগী মমাংদা জেরাল্দ বুল্ল মখুৎতা দোল্লর ২৫,০০০ য়াওনা ব্রুসেলদা লৈরিঙৈদা  ১৯৯০, মার্চ ২২ দা লোম্না ইস্রাইলগী অরোনবা পুলিসনা হাৎখি থাজনৈ । সাদ্দামগী অচৌবা  তোপশিংগী মঙ অদু মাঙখি ।

বৃটেন্দগী বন্দরশিংদগী ১৯৯০ এপ্রিলদা অনৌবা শাবা তোপকী নোলীশিং মশক তোপ্পা 'হিরম অনিথোক্না শীজিন্নবা' শাদুনা ইরাকনা জহাজশিংদা  পুরকপা থিংখি । অদুবু সুপর-গনদি চাংয়েঙবগী থবক বৃটেন্দগী চৎথখি ।

হায়রিবা খুৎলাইশিং অদু লৈবাকশিং অদুদগী সাদ্দাম হুসেইন্না ইরাক লাল-নত্তবা মওংদা শীজিন্নবদা দরকার ওইবনি হায়খি । বৃটিশতা লৈবায়োনবগী কাংবুনা ইস্পাতকী কনশিল্লবা নোনী নিপাল ফাদুনা থমখি । সুপরগনবু শাবা শিফীল্দ ফোর্জেস্টরসনা পেট্রোল-রসায়নগী পোৎ শাবদা চংবা মচাকনি অমসুং অথাপ্পদা কাপ্পবা খুৎলাই নত্তে হায়রমই ।

ইরাক্কী সুপরা গনগী নোলী ২৬ খক লৈরমই । বাঘদাদগী অৱাংথাবা,কিলোমিটর ১৭০ চৎলগা লৈবা হামরীন চীংশাংদা থনমই, অনিশুবা থনম্বা সুপরগন্না চাং য়েঙলমদে অমসুং বাঘদাদকী কিলোমিটর ৭০ খানোংচুপ্তা অমসুং অলেজান্দ্রিয়াদা লৈরম্বা অদুদি বৃটেন্না ফাজিনপ্রবা শরুক য়াওবা সুপরগন অদুনি । বাঘদাদতগী মখারোমদা মাইল ৩০

লোম থাপ্না লৈবা ইস্কনদারিয়াহদসু মেছিনগী পুনশিনবা মফম ওইরমই । চিনানা শাবা য়াওই হায়না লৌনখি । অদু মখোয়না য়াখিদে ।

সাদ-১৬ অসি ইরাক্কী অচৌবা মিসাইল, মৈকাপ্লীশিং কাপ্লবগী থিজিন্নবা অমসুং হেনগৎনবা থিবা মফম ওইরমই । মসিদা নত্তনা ফাল্লুজা কৌবা মফমদা ইঞ্জিনীয়ার ৱর্কসোপ অমা, অমসুং মিসাইল কাপনবা শাবা মহ্যুদিয়াদা লৈরমই । অদুগা মিসাইল কাপ্লবা য়েঙনবা কার বেলাদা লৈরমই । বাগদাদতগী মাইল কুন্থ্রা লাপ্পা অল-হিল্লাল কৌবা রসায়ন অমসুং শীংচাক য়াংহনবা অদু ১৯৮৮ দা কারখানা পোখাইদুনা শীন্মীশিং ৭০০ শিবদুনা কারখানা অদু পোৎথোক পুথোকপা লেপহনখিদে । ওসিরাক্কী খেন্নবা মওংদা সাদ-১৬ ঙাকথোকপা পাথাপ ঙাক্নুনা থনমই উপগ্রহগী অরোনবা অতিয়া তশবির লৌবা ঙমদনবা শাশিনবা য়ুমকৈশিং মোইথেম তৌদুনা লান্দারকপা মতমদা নমথাক তৌনবা থমই । লাঞ্জাওগী খুৎলাই তুমিন্না, মনা মনিল নাইদনা ইরাকনা পৈশিল্লমই ।

১৯৮৯ মার্চ্চদা সেন্ট্রেল ইন্টলিজেন্সগী দাইরেক্টর ৱিলিয়ম এচ: ৱেস্টরনা লংনদুনা কাপ্লবা মিসাইলশিং অমসুং রসায়নগী খুশু খুৎলাইশিং লৈবাক তরা মঙানা পুথোকপা হোৎনবা চহি ১০০০ গী পুক্রিংগী মায়ওন অকানবনি । হায়রিবা অসিনা নিউক্লিয়ার, রসায়ন অমসুং মহীক মচাশিংগী খুৎলাই অহুমশুবা পৃথিবীগী লৈবাকশিং য়াম্না হেন্না পুথোকপনি । মহাক্না থোইদোকপা লৈবাকশিংগী মমিং পল্লমদ্রবশু-সাসন পায়বা মীশিংনা কুৱেটগী মথক্তা লাঞ্জাও তৌদ্রিঙৈগী ইরাক পনবা তাবনি । লৈবাক কুনলোয়া রসায়ন খুৎশু-খুৎলাইশিং পুথোক্লবা হোৎনদুনা অমসুং মহীক মচাগী লাঞ্জাওদা শীজিন্ননবা পুথোক্নুনা অচুম-অরানগী পম্থিংবা থুগাইরে ।

## সাদ্দাম হুসেইন

ইরাকনা হৌজিক খ্বাইদগী চাওবা অমসুং অশেংবদু মাংহনবা রসায়নগী খুৎশু-খুৎলাইশিংগী শেম শাবী অহুমশুবা পৃথিবী লৈ। মরুওইনা ইরাক্না রসায়নগী খুৎশু খুলাইশিং য়াম্না হেন্না ১৯৮০-৮৮ গী ইরাক- ইরান লাঞ্জাওগী মতুংদা শাখি। ১৯২৫ গী জেনেভা প্রোটোকোল মখাদা ইরাক্না সহী তৌরবা মতুংদা, বাঘদাদনা ১৯৮৩ অমসুং ১৯৮৪ দা লাঞ্জাও মনুংদা কুর্দশিংগী ঈরাঙদা রসায়নগী খুৎলাইশিং শীজিন্নখি। সাদ্দাম্না প্রসিদেন্ট ওইদ্রিঁঙৈ মমাং ১৯৬০ দা ইরাক্না রসায়ন খুৎলাই শাবা হৌখি। মহীক হাৎনবা শানবা ১৯৭৫ দা নিউ য়োর্ক রোচেষ্টরগী ফাউদ্লর কমপানী নেকখি। কা হেন্দনা পোৎথোক্ ওইননবা লাক্লবদগী য়ান্নরক্লুদুনা বৃটিশগী ইম্পরিয়েল কেমিকেল, রসায়ন ইন্দ্রষ্টিদা চংজখি। অদুবু কম্পানী অদুনশু য়াবিরক্লে। অদুদগী নোংচুপ জর্ম্মানী, স্বিস, ফরাসী, দটচ, বেল্জিয়ম অমসুং ইটালীগী কম্পানীশিংদা চংখি। অদুদগী মখোয়না পাম্বা অদু শাবা য়াখি। ১৯৮৫ দা হঙ্গাম মরুগী মনিল্ অমসুং শিংলিগী পোৎচং; তাবুন্ অমসুং সারিন্ খুৎলাই শাখি। টন্ ৩,৩০০ দগী ১৩,২০০ চহি অমদা শাবা ঙমখি। অদুগা ইরাক্কী মফম্ কয়াদা চাইথোক্লুনা থমই। মিনিষ্ট্রী ওফ ইন্দষ্ট্রী এন্দ মিলিটারী ইন্দষ্ট্রী (এম: আই: এম: আই:) পুবা সাদ্দাম্গী মমাক হুসেইন কমালনা হায়রিবা মিলিটারীগী রসায়ন খুৎলাইগী য়েঙশিনবা মীনি। পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাওগী মতুংদা শীজিন্নদ্রবা খুৎশু-খুৎলাই অদু সাদ্দাম হুসেইনগী মতমদা অমুক হন্না শীজিন্নখি। বাঘদাদকী অৱাং-নোংচুপতা লৈবা সমরিয়া সহরদা অমসুং অতৈ মফম খরদা ফোসজীন, ক্ষেমজী অমসুং সিনাড পুবা রসায়নগী খুৎলাই শাই। ইজ্রাইলগী মিলিটারীগী হৈশিংলবা মীনা অসুম্না হিসাব পানরমই। চুম্নগী মরু হাপ্পা পোকখাইবশিংনা টেল অভিভ তম্না কাপ্পবদি লালগী মচিন্দা হাপ্পা অমনা প্রজা মঙাদগী তরা ফাওবা শিবা ঙম্মী। অদুগা রসায়ন হাপ্পা মিসাইল অমনা প্রজা য়াঙ্খে ঙমগনি। অদুগা প্রজা মীশিংনা গ্যাস মাক্স হাপ্পা খর তম্বিরগা শীজিন্নবা

হৈগনি অমসুং মদুদগী ঙাকথোকচবা ঙমগনি । অদুবু অঙ্ক হোৎপা কাংবুনা রাসায়নগী খুৎলাই হায়বা অসি কিহন্নবা খুৎলাইনি । অমুক হেন্না কিহনবা থৌরম পরেংদি ইরাক্কী মহীক মচাগী মরমদা থিজিনবা অমসুং চাওখৎহনবনি । সালমান পার্ক হায়বা মফমদা মহীক মচা থিজিন্নবা মফমদা তাইফোইদ,খোংহাম্বা, ষন-য়াওগী লাঙ্গনা, তুলারেমিয়া অমসুং শগোলগী থোপকী লাঙ্গনা লাইনা পুথোক্লনবা লাক্লে । অদুবু ইরাকনা মহীক মচাগী খুৎলাই অদু য়াম্না পুথোক্নুনা য়েকনবশিংগী মথক্তা শীজিন্নবা লৈরবনি চিংনবা লৈতনা থাজনৈ ।

ইউ:এস: অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়ন য়াওনা লৈবাক ১১০ না ১৯৭২ গী তিন্নবা অমগী মেম্বর ওইরদুনা মহীক মচাগী খুৎশু-খুৎলাইশিং চাওথোকহনবা অমসুং পৈশিনবা য়ান্নখি । ময়াম্না য়ান্নবা অদু লৈবাক অনিনা সহী তৌদুনা য়ান্নখি । অদুবু ইরাকতি ময়াম্না য়ান্নবা অদু য়াওরবসু সহী তৌদুনা য়ারে হায়খিদে । অদুনা হৌজিক ফাওবা আইনগী থোংদা পুনবা নত্তে । ইরাক্কী সন্ধী অমসুং আইনগী চৎনবী ময়ামবু থোইনা হেন্না য়াগন্দবা অদুনা পৃথিবীগী লৈবাকশিংনা থাজবা পোকলোই ।

১৯৮১ জুন ৭ নুমিদাংবাইরমদা ইজ্রাইলগী এফ-১৬ ফাইটরশিং নিপাল অমসুং এফ-১৫ তরুকনা ইরাক্কী ফারাসীনা শাবিবা নিউক্লিয়ার রিএক্টর ওসিরাক থুগাইদুনা পুম্মুং মুথৎখি । ইজ্রাইলনা ওসিরাক থুগাইদ্রিঙৈগী মমাংদা ফরাসী প্রসিদেন্ট মিটটরাণ্ড নত্তনা মীরৈবাক্কী লুচিংবা কনা অমতবু তাকখিদরে । নিউক্লিয়ার রিএক্টর অদু ঙাক্লনবা বাঘদাদকী মনাক্তা লৈবা ফরাসীনা শাবা মিসাইলশিংনা ঙাক্লমই । অদুবু ইরাক্কী সিপাইশিংনা লৈবাক্তগী শুকাপ-কাপখিদে । ঙাকথোক্লবা হায়ববু এরোপ্লেনশিংদা কাপ্পবা অপিকপা তোপকী খুৎলাই ঙাক্তনা মায়পুনরমই । লৈবাক মনুংদা ফুমদুনা লৈবা নিউক্লিয়ার রিএক্টরশিং অদু এরোপ্লেনশিং অদুনা হঞ্জিন-হঞ্জিন বোম্মাশিংনা চোঙাবোনশিংদুগী মথোংদা

থাদখি । ওসিরাক মিনিট অমগী মনুংদা থুগাইদুনা ইজ্রাইলগী ইরাক্কী নিউক্লিয়ার রিএক্টর থুগাইবা মথৈদি য়ানখি ।

প্রধান মন্ত্রী মেনাচেন বিগিনবু মদুদা হায়নখি, "স্বিস ঘড়ী অমগুম্না মসি লোইখি ।" ইউ:এস:না ইরাক্তা লোইননা রাষ্ট্রসংঘগী রিজোলুসনশিং কয়ানা ইজ্রাইলবু ওসিরাক নিউক্লিয়ার রিএক্টর থুগাইবা পুমলাল লানবনি হায়খি ফারাসী লৈবাক্তগী মহাক্কী ইঞ্জিনিয়ার শিবগী কষ্থোক্লা ইজ্রাইলবু শাওখি । অদুবু শাওশিন্নরমই । প্রসিদেন্ট মিট্টরান্দ ওসিরাক থুগাইরমদাইদা মঙোন্দা তাক্লমই । নিউক্লিয়ার রিএক্টর অদু থুগাইবদা লৈবাক কয়ানা হরাওনখি । অদুগা নিউক্লিয়ারগী হৈশিংলবা কাংবু কয়া অব্রাবা হন্দোকনখি । ফরাসীনা ইরাক্তা শেমগৎলম্বা নিউক্লিয়ারগী খোংথাং অনৌবা অদু থোইনা হেন্না মহাক্কী ফিবমদা লুবা ওইনা থোকই । ইরাকনা নিউক্লিয়ারবু বোম্না শাবা তারবদি অরুবা ফিবম লাক্কনি হায়বা অদু নোংচুপলোমগী রাজধানিশিংদা খন্নরমই । ইরাক্তি অদুগুম্বা বোম্না অসি লৈজদবা, অদুগা নিউক্লিয়ার নন্-প্রোলিফেরেসন ট্রিটীগী সহী তৌবা লৈবাক ওইরমই । ১৯৭০ গী ময়াইদা ইরাক্কী খুৎশু-খুৎলাইগী তৌবা ঙম্বা তানশিনবনি । সাদ্দাম হুসেইন্না ১৯৭৬ দা ফরাসী লৈবাক চৎতুনা ফরাসীগী রিএক্টর অমা লৈনবা হোৎনরমই । মহাকনা আরবকী অহানবা নিউক্লিয়ারগী খুৎলাই পায়বা হৌরক্কদবনি নিংখি । মহাক্কী আশাদা আরব লৈবাকশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হান্না নিউক্লিয়ার পায়বা ওইদুনা খ্বাইদগী ধমকি তৌবা ঙম্বা অমসুং মব্রা চৎপা লৈবাক ওইগে খল্লম্বনি ।

১৯৭৯ দগী প্রসিদেন্ট ওইদুনা সাদ্দাম হুসেইন্না ইজ্রাইলগী মশীং লাকঙমদ্রবা লাম্গী অমসুং নিউক্লিয়ারগী তৌবা ঙম্বা অদুদগী ইরাকপু পৃথিবীগী লৈবাকশিংনা কনবিগদবনি হায়খি । শান্তি পাম্বা জাতিশিংনা হৌজিক আরব জাতিশিংবু এটোম বোমশিং পিদুনা ইজ্রাইলগী হান্ননা লৈরবশিং অদু মান্ননা লুমহনগদবনি হায়জরবসু জাতি কনাসু তাখিদরে । ফরাসীনা সাউদি আরবনা শেল পুথোক্নুনা শাগে হায়না

তৌরমই । অদুবু ওসিরাক অমুক হন্না শেমগৎখিদ্রে । অদুবু সাদ্দাম হুসেইন্না ফঙনবা হোৎনবদি লেপখিদে । ওসিরাক থুগাইবগী মতুংদদি কনাগুম্বা লৈবাক অমদা হাইদনা ইরাকনা রসায়ন, মহীক মচাশিংগী অমসুং নিউক্লিয়ারগী খুৎশু-খুৎলাইশিং মতেং লৌগে খনখিদরে । মরমদি মীরৈবাক্কী য়েক্লবা মীশিংনা ইরাই লাইনা থুগাইখিবা ঙমদনবা তৌবা তাই খল্লমই । অদুনা শাশিনবা কোর্পোরেসনশিং অমসুং লল্লোনবগী এজেন্টশিংগী মমিং লৌদুনা ইউরোপকী কম্পানিশিংগী মমিং লোন্না লৌরমই । মখোয়না দরকার ওইবা পোৎচৈশিং অমসুং পোৎকী মচাকশিং লৈদুনা খোমজিল্লমই । সাদ্দাম হুসেইনগী প্রতিভা লৈবা অদুদা পুথোক্লমই । ইরাক-ইরান লাঞ্জাও, ১৯৮০-৮৮ গী মনুংদা ইরাক্কী খুৎশু-খুৎলাইশিং অসুক য়াম্না খোমজিল্লমই মদুদি মথংগী লাঞ্জাও অতোপ্পা অমা তৌবা য়ান্নবা শীল্লমই । শিংথান্নবা য়াবা লৈবাক অচৌবশিংগী মমাঙদা ইরাক্লা অমুক্কা ওসিরাক্কুম্না হোৎনজবা পূন্নমক মাংনবা কনা অমতা তাকখিদরে ।

ইরাক্লা দোল্লার কোটি ১৪০ গী খুৎশু-খুৎলাই ১৯৮৪ দা, লৈবাক্কী চহি আয়গী তথ্বাই চঙনা ১৯৮২,১৯৮৫ অমসুং ১৯৮৯ দা দোল্লার কোটি ৪২৮, কোটি ২৭৩, অদুগা ১৯৮৬ অমসুং ১৯৮৯ দা দোল্লার কোটি ১৫৫ গী খুৎশু-খুৎলাই মীরৈবাক্তগী লৈশিনখি । মিলিটারীগী ইনফ্রাস্টকচরদি সিভিলিয়নগী বজদতগী ওইনা শীজিন্নখি । ইরাক্লা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী মীরৈবাক্তগী খুৎশু-খুৎলাইশিং লৈবা চাদা মাপল ওইখি । সোভিয়েট ইউনিয়ন্দগী চাদা ৪৭, চিনাদগী ১৩ অমসুং নোংচুপ ইউরোপকী লৈবাকশিংদগী ১৫ নি । অদুগা ফরাসী লৈবাক্তগী ১৯৮১ অমসুং ১৯৮৮ দা দোল্লার কোতি ১২০ দা লৈদুনা ইরাক-ইরান লাঞ্জালদা শীজিন্নখি । মীরৈবাক্তগী খুৎশু-খুৎলাইশিং লৈবা অসি ইউ: এস: না লোন্না য়ারমই মরমদি ইরাকনা ইরানগা তৌনবা লাঞ্জাওদগী মায়থিবা পিদনবা হায়দুনা তৌরমই । অদুগা লাঞ্জাও অদু লোইরবা মতুংদা ইরাকনা

উপসাগরগী শীংথানবা য়াবা খুৎশু-খুৎলাইশিং পৈশিল্লবা লৈবাক অমা ওইরক্লে ।

ইরাক্লা হেনগৎনা ময়াক থাংলবা ইউরানিয়ম নিউক্লিয়ারগী খুৎলাই শাননবা অতোম-অরাওনা ওইনা মীরৈবাক ময়াম্না য়ান্নদুনা লৈ । অদুগা ফরাসীনা পিবা ওসিরাক্কী রিয়েক্টরদা শীজিন্নবা কিলোগ্রাম তরাহুমদোই মখায় লৈ । অদুগা অতোপ্পা পাম্বৈনা মেছিন অমা শাদুনা মহাক্কী ইউরানিয়মবু বোম্মা ওইনা শান্নবা পোৎচংশিং অদু থিজিনবা অদুনি । পিক্লবা ইজ্রাইল লৈবাক্তি নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিং চনিদগী হেন্না শাদুনা থম্বগী পাও লোন্না ফঙই । অদুনা ইরাকনা ব্রাজিল, পোর্টুগাল, নাইজর অমসুং ইটালীদগী চুমনগী ইউরানিয়ম মপৈ ওইনা লৈশিনখি । ইউরানিয়মবু ময়াক থাংনবা চিংনবা মেছিন তোপতোপ্পা পুমহাং-হাংবা পম্প অমসুং ওবা মেছিন্না ইউনিয়ম ময়াক থাংনবগী শীজিন্নে । সামারিয়ম, কোবাল্ট ধাতু অমসুং নিউরক্লিয়ার তিঙ্খল ক্যাপাশিটর পেট্রোকেমিকেল নত্রগা লৌউবগী খুৎলাই ওইনা শীজিন্নবা ওইনা ইরাক্কী মনুংদা পুশিন্নবা হোৎনবদা ১৯৯০ মার্চ্চদা লণ্ডনগী হীথরোও এয়ারপোর্টতা ফাজিনখি ।

ইউ: এস: রাস্ট্রদুত এপ্রিল গ্লাস্পীনা মহাক্লা বাঘদাদ কালেন ছুটিদা ইরাক থাদোকপা নুমিৎতা ইরাক-ইরান লাঞ্জাওদা সড়ক্তা মখোং নাম্মা, মখুৎ য়াওদবা সিপাইশিংনা শোইনাইরবশিং থাদোকখি । মহাক উনবনি । মখোয়গী মখোঙ শেমনবা 'স্কল ফর্নেস' ইরাকনা য়াম্না দরকার ওই । হায়রিবা পোৎ অসি লৈবা ইরাক্কী দরকার ওইবনি । মিনিষ্ট্রী ওফ ইন্দস্ট্রী অমসুং মিলিটারী ইন্দষ্ট্রিজগী হুসেইন কামালনা ইরাকনা 'স্কল ফর্নেস' লৈগদৌরিবনি । হায়রিবা অদু ইউরানিয়ম ময়াক থাংহনবদা দরকার য়াম্না ওইবনি ।



অপ্রিল গাস্পী
ইউ: এস: রাজদূত



হোস্নি মুবারক
ইজিপকী প্রসিদেন্ট

"মহাক নত্তে পোৎ লৈবগী য়াথং পিরম্লিবা", মহাক্না হায়রমই, "তৌইগুম্বসুং হান্না ওইরম্বা মিনিস্ট্রী ওফ ইন্দস্ট্রী অদুননি । 'হোই, মখোয়দি শান্তিগী মরমদা শীজিন্নবনি ।"

এপ্রিল গাস্পী ইউ:এস: রাজদূতনা তিংঙক্লা য়েংঙি ।

"নহাক্না উরিবা অদুনি কনাগুম্বা নহারোল কয়ানা সড়ক্তা হকচাং কয়াৎ য়াওদনা চৎলিবা অসে," মহাক্না হায়রমই ।

মহাক্না পোৎ অদু ইরাক্তা য়োন্নবা তক্লরমই ।

"মী পূম্নমক্কগী নহাক্না খঙলিবা অদুনি ঐখোয়না প্রোস্থেসিস দরকার য়াম্না ওই," মহাক্না হায়খি । ১

মখোয় অদু শিজিন্নবা য়াবদি সিপাইশিংগীনি । অদুনা য়োনবা অদু য়ারমদে । সাদ্দাম্না মখোং য়াওদবা সিপাইশিং লাম্নীশিং উৎপনা করিশু কান্নদবা ওইখি ।

সাদ্দাম হুসেইন্না অৰাংবা ভোলটেজগী ক্যাপসিটর তাল্লকপনা নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিং পৈশিনবগী খোংথাং অমা চৎথরকই । অকনবা মীরৈবাকশিংবু কিবনা অশাবা পোৎকী মচাকশিং অমমম ওইনা, পেট্রো-কেমিকেল নত্রগা লৌউবগী অমসুং পলথিংনবা নত্রগা সাধারন পোৎকী অনিথোকনা শীজিন্নবা ওইনা লৈরমই । ১৯৮৮ সেপ্টেম্বর অঙনবদা কেলিফোর্নিয়া ইলেকট্রোনিক কোম্পানি অমগী প্রসিদেন্ট জেররী কোৱালস্কীনা ফেক্স অমা লণ্ডন্দগী পোৎ য়োন্নবা মীহুৎ অদুদগী পাবা মতমদা লুখমদা শম চপ য়ুংখৎলমই । মদুনা মমল অরেপ্পা অমা অমসুং ভোল্টেজ অৰাংবা, লো-ইন্দকসন কাপসিটর পিয়ু হায়রমই । পোৎ থিরিবা অদু ইউরোপিয়ান ম্যানুফেকচর সেন্টর হায়বা ইরাক্কী মহুৎ শিনবা মীশিংনা থাবনি ।

চহি য়াঙ্খেমঙা শুরবা ইঞ্জিনিয়ার অদুনা ইউ:এস: কস্টমস সর্ভিসগী অতোপ্পা মীহুৎ য়াম্না থুনা ফোন তৌরমই । মহাক আইন্না য়াদবা আমেরিকানা শাবা পুথোকপা থিংবদা য়াম্না হৈরমই । কাপাসিটরশিংদি এলুমিনিয়মগী উতোং মওং, প্লাস্টিক অমসুং চেনা কন্না য়োম্বনি । অনিথোক্লা শীজিন্নবদা কেমেরাগী মৈঙালশিংদা শীজিন্নে । দরকার ওইবা মতমদা বেট্রারীদগী ইলেক্ট্রিক লৌদুনা থম্মি, অদুগা পোকখাইবা মতমদা থাদোকই । শীজিন্নবা মৈশানা -৪০° দগী +৭৫° দিগ্রি সিনি । পোৎ অসি অমুক্তা শীজিন্নবা বোম্মাগী মৈ হৌনবনি । কাপাসিটরশিং অদু এটোম বোম্মাগী তিঙ্খলগী শরুক অমনি ।

আরবকী ইহান হানবা এটোম বোম্মা অমা শাগনি হায়বা অদুগী লোন্না-থুপ্পা তৌবা খুজিল থৌরাঙ ওইরমাল্লে । অদুবু স্যাগুরসনা ইঙ্গিৎ উৎপা ওইনা হায়, "ঐখোয়না নিংথিনা লাওথোক্লবা মমল পিখিসি অমসুং মদুনা করম তৌবগে য়েঙশি ।"

সেপ্টেম্বর ২০ দা কোৱালস্কীনা টেলেক্ষনা ইউরামেক্কী পোৎ-

লৈবগী দাইরেক্টরদা ফেক্স তৌরমই । থা অমগী মতুংদা লণ্ডন্দা উন্নরমই । মিকেল হেগুদি ইরাক্লা ইরাক-ইরান লাঞ্জাওদা দোল্লার কোটি লিশিং লিশিং পোৎ য়োনবগী ফণ্ড্খ্রবনি হায়বা খঙলমই । অদুগা অলি দাঘির হায়বা অসি ইরাক্কী গোর্ভনমেন্টকা য়াম্না নক্লবা নুপানি । মহাক্লা ইউরোমেক্কী কোমপানী অমা ইউ: এস: দগী লৈ । মখোয় লোইনমক ইরাক্কীনি । মার্চ ৩০ দা মিকেল হান্দনা দাঘির বাঘদাদতা লৈ হায়রমই । ইরাক্লা নিউক্লিয়ার খুৎলাই শান্নবা থৌরাঙলমই হায়দুনা ৱাশিংটোন পোষ্টতা য়াওখি । মতুংদা হেগুনা ইউরোমেক্তুগী তোকখি ।

সেগুরসনা কোৱালস্কীবু ইউরোমেক কোম্পানীগী মরী অসুম লৈনবা শারমই । জীনিন মেক্সমেন্না সি:এস: আইদা হৌজিক্তি অল-কাকা কৌবা অদুগা অমুক পোৎশিং অদু লৈবা পাল্লমই । কোম্পানি অদুগী ওর্দরদি ক্যাপাসিটর ১০০ গী মমল দোল্লার ১০,৫০০ ওইরমই । কোৱালস্কীনা মহাক্কী পোৎ লৈবা মীশিংগা উন্নদুনা অদু লেপথোক্লবা দরকারনি । লণ্ডন্দা থুংদুনা কেভেনদিশ হোটেলগী মনাক্তা হোলিদে ইন্নদা সেপ্টেম্বর ১০ দা স্যাগুর অমসুং কোৱালস্কীন্না অরুবা ফিজেৎ শেৎপা, মকোক তাংবা, মকোই অমুবা পানবা দাঘিরগা উন্নখি । অল কাকা কোম্পানীদগী কার্রিম তাইদাস ওগ্রান অমসুং ৱাল্লিদ ইসা অহমদ কৌবা ইঞ্জিনিয়ার অনি সোফা তম্না চঙশিল্লকমই । পুং অনি ৱারী শাব অদুদা দাঘির অরোনবা পাওমীনি খঙলমই । মহাক্লা অওক-অথোং, তৌবা পাও খুম্বা ঙল্লমই । অহমদনা আমেরিকাগী মীশিং অল-কাকানা সি:সি:আই:গী কেতলোগকী ক্যাপসিটরশিং অদু পাম্বনি হায়খি ।

“অসিগুম্বরা”, ইঞ্জিনিয়ার অদুনা খুম্মি, “তৌইগুম্বশুং সিপাইগী ওইনা শাবনি ।”

“অদুদগী খর হেন্না পিকপনি”, অতোপ্পা ইঞ্জিনিয়ার অদুনা হায়রমই ।

"মি: অহ্মদ ঐখোয়না কাটালোগকী মরম কাওথোকপা দরকাররনি," স্যাণ্ডরসনা হায় । "করম্বনো নখোয়না থাঙ্গৈশেংনা পান্নিবদো ?"

অহ্মদনা মখোয়দা তাংদাংবা অহ্মদনা মখোয়দা তাংদাংবা পাম্বা অদু ইংগ্রেজী কয়া হৈতনা হায়রম্মী ।

"মি: অহ্মদ, নখোয়না কেপাসিটরশিং অসি করিদা শীজিন্নগদৌবা ?" স্যাণ্ডিরসনা হংলমই ।

"মি: স্যাণ্ডরস, লেজরনা শীজিন্নবা চাওরাকপা অদুনি", মহাক্না খুন্নকই ।

"মি: অহ্মদ, ঐহাক্না করিগুম্বা খরা খঙবা পাম্মি," স্যাণ্ডরসনা খুমই । "সি:এস: আই:দা ঐখোয়গী পোৎ শাবগীদমক য়াম্না পোংনিংঙাইনি । লেজরগীদমক্তা নহাক্না খর পান্নবদি, ঐখোয়না লেজরগীদমক শাগনি । অদুগা মদুতনা নহাক হরাওগনি । তৌইগুম্বশুং অতৈদি মদু থবক ওইনা তৌবা নত্তে ।"

"মি: স্যাণ্ডরস, ইউরো-স্পেসগী শীজিন্নবনি," অহ্মদনা হায়রমই ।

"মি: অহ্মদ, কয়া য়াম্না ৱাংবদা মসি শীজিন্নগদৌরিবা", স্যাণ্ডরসনা হংলমই ।

"মি: স্যাণ্ডরস, সমুদ্র লৈমায়দদি ফজরে," পাওখুম পিরম্মী ।

সমুদ্র লৈমায়দা সেন্টিমিটর ৩০ দা থবক ওইনা তৌবা ঙম্নমদে ।

"মি: স্যাণ্ডরস, কিলোমিটর তরুক্তগী তরা ৱাংবা মফমদা শীজিন্নগদবনি," মহাক্না খুমই ।

অদুগী মতুংদা ইঞ্জিনিয়ারশিংনা আরাবিদা খন্নরবা মতুংদা মখোয়না

অদু খণ্ডলবা মতুংদা মখোয়না মদু করি হায়বনো খণ্ডজরনি ।

"মি: স্যাণ্ডরস, জি-কুনমঙানি," অকোনবদা অহমদনা খুল্লমই ।

মখোয়না ৱারী শারিবা অদু স্যাণ্ডরসগী মফুরিৎ মখাদা টেপ রিকোর্দর অমা থনম্বা অদুনা ৱারী লোইনা লৌরমই । অৱাংবা অদুদা নুংশিৎতা পোকখাইনবনি । অপিকপা মওংগী লালগী মিসাইল পুন্নবনি । অদুগা মিসাইলগী হেন্না হেনগৎলকপা জিগী পাঙ্গল অদু খাংবা ঙম্নবনি । মতুংদদি ইউ:এস:গী স্টেট দিপার্টমেন্ট কেপাসিটরশিং অদু নিউক্লিয়ার তিংখলশিংগী থৌরাংনি হায়দুনা সরকারগী অয়াবা য়াদনবা মপান্দা থাদোকপা থিংলমই ।

ইরাক্কী ইঞ্জিনিয়ারশিং অদুনা তশেংনমক কেপাসিটরশিং অদু য়াম্না থুনা পান্নমই । এম:আই:এন: আই:গী কাংবুনা উপগ্রহদা কোইনা চৎপা ঙম্বা মৈকাপ্পী অমা থাদুনা চাং য়েঙনবা লাওথোক্লমই । ইরাক্তা কেপাসিটরশিং অদু থাবা ইউ:এস: সরকারনা য়ারক্লোই । অদুবু স্যাণ্ডরসনা ইয়ার-কোন্দিসনশিংগীদমক্তগী কেপাসিটরশিংনী হায়খি ।

দাঘিরদানা অমেরিকাগী মীশিং অদুদা মহাক্কী কন্মিসন লৌররোই হায়খি "ঐখোয়না দোল্লার অমখক নখোয়না হাপ্পা পামদে । ঐহাক ইংলিশ কোম্পানী অমগীনি, তৌগুম্বসুং ইরাকী অমগীনি । ইশাগী লৈবাক্লা শেন্দোং ফঙবা তারবদি, ঐহাক্কী শেন্দোং লৈরবনি ।"

দাঘিরনা ইয়ারকোন্দিসন্নিংগী পোৎনি হায়না মীরৈবাক্তগী থাদোকপা অমসুং ইরাক তান্নবা হোৎনরমই । থা মখাই-অমগী মতুংদা অল-কাকা কোম্পানীদগী স্যাণ্ডরসনা হাকথেংননা তাখি । অদুগা বানান ইরাল-লানবা ইংলিশ লোনগী টেলেক্সতা কপাসিটরশিং অদুদি বাঘদাদতা লৈবা টেক্নোলোজীগী বিশ্ববিদালয়গী শীজিন্নবা লেজরনি হায়দোক্লক্লে ।

স্যাণ্ডরসনা স্পেকমেনবু ফোন্দা শাওনা হায়খি । মহাক্লা তুরেল ময়াই য়ৌরবা মতমদা অকোনবদা করি ওইনা শীজিন্নগদৌবা অদু হোংবা য়াদে । ময়েক্লা তাবনি ।

"ঐখোয়গী ফাইল লোইনমক মখোয় অদুদি ইয়ার কোন্দিসন্নিংগীনি," মহাক্লা হায়খি । পোৎ লৈবগী দিপার্টমেন্টনা চিংনবা তাবনি ।

স্পেকমন্না অদুদা খণ্ডলমই ।

"ঐহাক্লা নণ্ডোন্দা ব্রা অমা হায়গে," স্যাণ্ডরসনা হায়রমই । "মসিগী লম্বী য়াদনবা, ঐসু জেলদা চংগনি, অমসুং নহাকশু জেলদা চংগনি, অমসুং অলিনা বাঘদাদতা মেদল অমা ফণ্ডগনি ।"

কাইনথংদা স্যাণ্ডরসনা স্পেকমেনবু কাপাসিটরশিং অদু ইয়ার কোন্দিসন্নিংগী খুৎলাইনি হায়না থারমই । মার্চ্চ ১৪ দা মহাক্লা পাও অদু ফেক্স তৌরমই । মি: দাঘিরনা হোই হায়রমই, "নহাক্লা পোৎচৈশিং অদু পুদুনা ইংলেণ্ডদা জহাজ চৎপা য়ারনি ।" ২

স্যাণ্ডরনা লোস এনজেলিস ইন্টরনেসনেল ইয়ারপোর্টতা লৈবা টি:ডবলিড: এ: পোৎ ওইনা অপাইবদা পুন্না কেপসিটরশিং অদু থাখি । হীথরোও এয়ারপোর্টতা ১৯৯০, মার্চ্চ ২০ দা থুংলবা মতমদা বৃটিশকী এজেন্টশিংনা জহাজদা পুরকপবু নাকল অমা শীজিন্নবা য়াদবা অমা হাপম্মী । অদুদগী মখোয়না কেপাসিটরশিংনি হায়না উপাকনা শাবা উপু অদু ণ্ডাইরম্মী । মথৎ অয়ুক্তা, মার্চ্চ ২৭ তা ইউরোমেক্কী অফিসশিংদা মদু থিনখি । অদুগা কেপাসিটরশিং অদুনা ইরাক্কী ইয়ারবেজদা থিলমই । জেট-লাইনর মথক্তা কাপসিটরশিং অদু হাপ্লগা সীপ্রিটগী অদুগা, অমাইয়নি, দাঘির, লেটিফ অমসুং স্পেকমেনবু ইউরোমেক্কী অফিসশিংগী মনুংদা ফাজিল্লমই । দান স্যাণ্ডরসপু নুমিৎ য়ুংবা মতুংগী পুং ১.২০ দা ফাজিল্লমই । অদুবু দাঘিরনা ইরাক্কী নাগরিক হায়বদা নুংণ্ডাইরমদে । মখোয়না বৃটিশ পাসপোর্ট অমা ফণ্ডখি । হৌজিক দাঘির,

অমাইরনি, অমসুং স্পেকমেন জামিন্দা লৈরমই । মখোয় বৃটিশগী লৈবাক মপান্দা থাদোকপা আইন থুগাইবগী কেশ তৌরনি । সাদ্দামনা রসায়নগী খুৎলাই মহাক্কী প্রজাশিংদা শীজিন্নবা ঙম্বগুম্না মহাক্না নিউক্লিয়ার থুৎলাইশু শীজিন্নবা ঙমগনি হায়না থাজনি । চহি অনি অহুমগী মনুংদা সাদ্দাম্না এটোমগী বোম্মা অমা শাবা শোয়দনা ঙমগনি হায়না থাজখি ।

ইরাক্না জর্মানী নত্রগা চিনানা ময়াক থাংলবা ইউরানিয়ম ফঙননবা হোৎনবদা জর্মানীগী কম্পানী ঐচ: ঐচ: মেটেলফোর্মনা মতেং লোন্না পাংব্রা হায়দুনা চিংনখি । জর্মানী আইন্না ঈরাঙ থোকপা লমদমদা, হায়বদি নোংচুপ এসিয়াদা চহি কুম্লা অদু য়োনবা য়াখিদে । অদুবু কম্পানী কয়া অমুক সোভিয়েটকী স্কুদ মিসাইলশিং শেমদোক্নুনা অথাপ্পদা কাপ্পবা শীজিন্নবা হৌবা অদু থিংখি । ইরাক্কী ময়াক থাংলবা ইউরানিয়ম খর লৈরে হায়বা অদু ইরাক্না নিউক্লিয়ারগী তিঙ্খল কাপ্পবা কেপাসিটরশিং লৈননবা হোৎনবা অদুদগী খঙবা ঙম্মি । ইরাক-ইরান লাঞ্জাও, ১৯৮০-৮৮ শোক্লবদগী মহাক্কী খুৎলাই খোমজিনবা হোৎনবদা মতুংদা লাঞ্জাও অমা থোক্লকপা ফাওবা শীজিন্নবা খুৎশু-খুৎলাই পৈদুনা লৈখি । ইরাক-ইরান লাঞ্জাওদা আমেরিকাগী মতেং খরা লোন্না ফংদুনা লাঞ্জাওদা জয় ওইজখি । অদুবু কুৱেটনা পিরিবা খুরৌ অদুদি সাদ্দাম হুসেইন্না খাংবা ঙমখিদে । অদুগী মথক্তা মমাংঙৈগী ইতিহাসদা কুৱেটনা ইরাক্কী প্রদেশ অমা ওইরমই । করিগী কুৱেটনা ইরাক্কী খুরৌ চেনবা লৈবাক ওইগদৌরিবা ? অদুগী মথক্তা কুৱেট, সাউদি আরবিয়া, অমসুং ইরাকনা পৃথিবীদা লৈবা থাও অপুনবগী চাদা ৪০ দি লৈ হায়নৈ । অদুগা ইউ:এস:গী মরুওইবা মরুপশিংনা উপসাগর থাওদা মখা পোনবা অদু ৱাংনা লৈরমই । ১৯৮৯ দা ফরাসীনা চাদা ৩৫ হিংদা, ইটালীনা চাদা ৩২, অমসুং জাপান্না চাদা ৬৪ কি হিংদা দরকার ওইখি । ইরাক্না কুৱেট

---

*G- force; জি-মধ্যাকর্ষন; gravitation force



**অলি ডাঘির (ইরাক্কী অরোনবা পাওমী)**

অমসুং সাউদি আরবিয়া খুদম চনশিল্লক্কুনা পৃথিবী মনুংদা থাও পুন্নমক মপু ওইদুনা শরাশিন্না পৃথিবীগী শেল-থুমগী লোইনা পায়শিনখিবদা হায়বগী চিংনবা অমা লৈরমই । অদুগা অপিকপা লৈবাকশিং হায়বদি ইউনাইটেদ আরব ইমিরেটস অমসুং কুৱেট মথং মথং ওইনা ইরাক্না অথিংবা নত্রগা খুদুম চনবা লৈবাকশিং ওইবা চারকলবদি হায়দুনা কিনরমই ।

পৃথিবীদা কুনশুবা শতাব্দী লোইরমদাইদা ঙমখৈ নাইদবা থাওগী মপু ওইবা নত্রগা থাও থোকপা লৈবাক্না মরুপ শান্নবনা অচৌবা লৈবাক্কী রাজনিতি অমা ওইরক্লে । খ্বাইদগী কনবা লৈবাকশিংদা, মরু ওইনা ইউ:এস: না হায়রিবা থাও পৈদুনা লৈবা লৈবাকশিং অদুগী চাওয়েঙ য়েঙদুনা লৈরমই । থাও, হৌজিক্কি পৃথিবীগী পাঙ্গলনি । হায়রিবা তাল্লক অসিদা ময়াক থাংলবা ইউরানিয়ম লৌদুনা নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিং শান্নবা হোৎনবা হৌনশানি । মতৌ অসুম্না ভারত, ইজ্রাইল, পাকিস্টান, নাইজেরিয়া, ব্রাজিল অমসুং জাপান্না পৃথিবীগী রাজধানিশিংগী অরোনবা সরকারশিংগী কর্ম্মচারীশিংগা লোন্না উনদুনা নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিং শান্নবা হোৎনরি ।

সাওদি আরিয়াদা ইরাকী এন-থৌরাঙদা শেল য়াম্না থাদখি হায়না লণ্ডন্দা ফোঙবা "সন্দে টাইমস" ফোঙদোকখি। উপসাগরগী লাঞ্জাও থোক্লিন্নৈদা এটোম বোম্মাগী চাংয়েঙ তৌদুনা খুৎশু-খুৎলাইশিং শান্নবা অরোনবা থৌরাঙ ওইনা হোৎনখি। সাওদিগী কুটনিতি তৌবা ভদ্রলোক অদুনা (১৯৯৬ জুলাই ২৪ দা ফোঙবা চয়োলগী খবর) দা হায়খি, ইরাকী প্রসিদেন্ট, সাদ্দামবু খুৎলাই ওইবা শান্নবা 'উরানিয়ম' শাগৎনবা ইউ:এস: না বৃন্দ মঙানা পিখি। রিয়াধতা নিউক্লিয়ার টেক্নোলোজি হোৎনবা করার অদুনা খুশিল-থৌরাঙ অদুনা ইরাকী নিক্লিয়ার খুৎলাইশিং শাবগী অরোনবা অমা ওইরম্মী। বাঘদাদ রিয়াধ করারগী মতুংইন্না ইরাকী নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিং শাগৎনবা খুশিল-থৌরাঙ অদুদি মগুন হন্থবা উরানিয়মদগী এটোম বোম্মশিং শান্নবা মচাকনি। মদুগী খুলং-লমন শীংবা ওইনা ইরাক্লা সাওদি এটোমগী খুৎলাই খর পিবিগনি হায়বা থৌরাঙ তৌরম্মী।

সাওদিগী ইউনাইটেদ নেসনস (নিউ য়োর্ক) তা লৈবা মি: মোহম্মদ খিলেৱি হায়বা নং: অনি থাবা অদুনা হায়রক্লম্মী। খিলেৱিদি নিউক্লিয়ার নন্-প্রোলিফরেসন ট্রীটী (এন:পি:তি) গী সাওদি ৱা ঙাংনবা কর্ম্মচারীনি। মহাক্না অরোনবা মীফম অমদা ইরাকী তরা-মথোইগা অমসুং সাওদি অতৈ-অশিনবা মাপলগা এটোম বোম্মা শাবগী অরোনবা ৱা তান্নখি। সাওদিশিং অদুনা ইরাকনা ফঙবা ঙমদবা পোৎচঙশিং অদু উপু ময়াম পুরকখি। থৌরাঙ অদুদা চঙবা শেল সাওদিনা হেন্না থাদবা হায়নরম্মী।

১৯৮৯ দা অরোনবা মরুভূমিদা সাওদি অমসুং ইরাকী মিলিটরী কাংবুনা ফম্না মীফম সাওদি অমসুং নিক্লিয়ার থৌরাঙ অদু শেল ইরাকপু পিদুনা, অদুগী মথক্তা মহাক্না ফঙদবা পোৎচঙ পিদুনা চাঙয়েঙ অদু মখা কন্না চৎথখি। রুশতগী দোল্লার কোটি ১.৫ পিরগা অঙকপা 'অঙাংবা সনা হীদাক' লৈরদুনা শেল চঙদবা এটোম বোম্মা শানবা

হোৎনরম্মী । পাকিস্টানগা সাওদিগা মরী লোন্না লৈনবা পাওদি নোংচুপ ইউরোপনা নিংফু-নিংফুং তানখি, অদুগা ইরাক্তা মরী লৈবদি তাখিদে । ৩

জর্মনীনা ইরাক্কী এটোম বোম্মা শাবা হোৎনবদা লোন্না মতেং পি হায়নৈ । জর্মনীগী বৈলেফেল্ড (Bielefeld) সহরদা মেছিন শাবা কম্পানী অমনা ইরাকিন খুৎলাশিং শাবদা মতৈং পাংই হায়দুনা মাজিষ্ট্রেটকী আফিসগী ব্রা অমনা হায়খি । ময়াক থাংলবা ইউরানিয়ম শেম্বদা ইচ: ইচ: মেটেলফোর্মনা আইনগী ব্রাংমদা ইরাকপু মতেং লোন্না মেনেজরশিং, মি: ডিয়েটন মেটেলফোর্মগী (Peter Huetten) অমসুং মি: ডিয়েট্রিক হিঞ্জ (Dietrich Hinze)নদি মপাওথোক অদু য়ারমদে । ইউরানিয়ম ২৩৫ হায়বা এটোম বোম্মাশিং শাবদা চঙবা সেন্টি ফুজেলগী মেছিনশিং অদু ইরাক্তা পিখিদে মহাইরমই । “ঐখোয় কম্পানীদি মেছিনগী খুৎলাই শাবগী থবক্তা মায়ওল্লি, লালগী খুৎলাইদা নত্তে ।”

জর্মানীগী আইন্না নোংচুপ এসিয়াদা ঈরাঙ তৌবা হেনগনি হায়বগীদমক্তা লালগী খুৎশু-খুৎলাইশিং লল্লোনবা থিংনৈ । মদু চহি কুপ্পারোম শুরবা ব্রানি । জর্মনীগী কম্পানীশিংনা ইরাক্তা লোন্না লালগী খুৎশু-খুৎলাইশিং পিবগী দন্দি ফঙনরম্মী । ইউ:এন: ইন্টর্নেসনেল এটোমমিক ইনর্জি এজেন্সীগী বোর্ড অফ গবর্নরশিং, ভীয়েনা মীফমদা ইরাক্লা লোন্না অফবা নত্রগা ময়াক থাঙবা ইউরানিয়ম শুংবগী মরাল শীরক্লম্মী । জর্মানীগী কম্পানী খর অদুনা রাসায়নগী খুৎলাইশিং অমসুং সোভিয়েটনা ইরাক্কীদমক শারিবা স্কুড মৈকাপ্পীশিং শাবিবগী দণ্ডি ফঙলম্মী । ৪

ইরাক্লা এটোম বোম্মা পোকখাইবা ঙমগদৌবা উপসাগর লাঞ্চাও থোক্লিবা মমাং থা অহুমদা ঙাইবা অদুমক ইরাকী প্রসিদেন্ট সাদ্দাম হুসেইনগী মমাক নুপা, মি: হুসেইনা কামাল হাসন্না মতুংদা মহাক্লা জোর্ডান্দা চেল্লক্লবা মতুং হায়দোকখি । ৫

## পতুপ ৮

# কুরেট

ইং শোক ১৫৩৪ ওট্রোমান টুর্কীশিংনা সুলৈমান মেগনিফিসেন্টকী হাক্তক্তা বাঘদাদ জয় তৌখি । ১৯১৭ দা ওট্রোমানশিংনা বাঘদাদ থাদোক্তুনা বৃটিশ সম্রাজ্যদা শিন্নখি । ইরাকপু বৃটিশ মান্দেটকী মখাদা থমখি । অদুগা ১৯৩১ দা ইরাক মনিং তম্বা লৈবাক অমা ওই । অদুগা লীগ ওফ নেসন্দা য়াওখি । ১৯২২ দা বৃটেন্না উপসাগরগী বন্দর উকাইরদা ইরাক, সাউদি আরাবিয়া অমসুং কুরেট সভা অমা ফমখি । সভা অসিদা বৃটিশ হাই কম্মিসনার সার পাসী কক্সনা লৈবাক অহুমদা মাগী মাগী সীমানা জরিপ তৌখি । সাউদি আরাবিয়া লৈবাক ইরাক্তা লম খর পিরমই । অদুগা সমুদ্র মপানগী ১৯১৩ গী সীমানা অদু ককথৎতুনা লম অদু 'নিউট্রেল জোন' ওইনা লৈবাক অনিগী উপজাতিশিংনা শীজিন্নবা য়ারমই । ইরাক্কী সীমানা কুরেটকা লৈনবা অদু সার পসীগী কলম্না পংচিং চিংবা অদুনা লেপলমই । লাইবক থিবদি ইরাক্কী সমুদ্রগা থঙনবা লৈবাক ওইনা মাইল ২৫ দি লৈরমই, অদুগা কুরেটকী মাইল ১২০ লৈরমই । মতুংদদি ইরাক্কী মরাইবক্তা কংফান্না কোইশিনবা লৈবাক অমা ওইনা সার পসী কক্স থারম্বা কলম মতুংইন্না ওইখি । সমুদ্রগী লম হায়ববু শট্ট আল আরব ঈশিংগী লম্বী ওইনা মাইল ২৬ থুংলমই । অদুগা বৃটিশগী সম্রাজ্যনা ইরাক্কী মশাগী ওইবা লমচৎ ওইনা মহাক্কী মখাদা থমখি । কুরেটকী সমুদ্র খোংবানদি মাইল ১২০ শাংবা অমা থুংই । অদুগা লোইনবা মফম অদুগী খ্বাইদগী চাওবা বন্দর লৈবা অদুদা ইরাকনা মিহৌখি ।

ইরাকনা চহি ৫,০০০ গী মমাংদ মমাংঙৈগী মেসোপোটেমিয়া হৌখিবনি। কুৱেটতি তরানিপাল শতাব্দী হৌরকমদাইদা উটুব শাগৈগী সাবাহ ইমুংনা ময়াই থংবা আরবগী নাজদ হায়বা মফম অদুদগী থকুবা ঈশিং থিবা ওইনা লাক্লমই। মখোয়না কুৱেট সহরগী মফম অসিদা তুংলমই। লানবনবু খঙনবা 'কুট' লোন অদুদগী লম অদু কুৱেট হায়না খঙনখি। সহর অদু লানবন অদুগী মনাক্তা অশুম চাওথোকখিদুনা কুৱেট সহর ওইখি। মফম অদুগী মীশিংনা ঙা ফাবা সমুদ্রগী মুক্তা খুনবা অমসুং লল্লোন-ইতিক তৌরমই। মাগী 'ধাও' কৌবা সমুদ্রদা হোন্নবা অপিকপা জহাজশিংনা নোংপোক থংবা আফ্রিকা মহাদেশগী মফমশিংদা মমল য়াম্বা লল্লোনপোৎশিং য়োনবা চৎলমই। পৃথিবী লাঞ্জাও অহানবা ফাওবা কুৱেট ওট্টোমান সম্রাজগী ওইরমই। বাস্র জিল্লাগী 'ৱিলায়া' গী ৱায়েনবা শরুক ওইরমই। ১৭৫৬ তগী সাবাহশিংনা টুর্কীশিং ৱাহাবিশিংগা অমসুং বৃটিশশিংগা মহৈ মহৈ শান্নদুনা কুৱেট মশা ওইনা মনিং-মখা খর তমজরম্মী।

১৮৯৭ শৈখ মুবারক অল-সাবাহ ওট্টোমনাগী রাজপালনা টুর্কীশিংনা কুৱেটপু মখোয়গী মখাদা থম্নবা লাক্লবা অদুদগী নাহ্মোক্লবা বৃটিশনা ঙাকথোকপিনবা হায়জখি। বৃটিশনা নিংজিং-মাংজিংনা তৌবা অদুনা কক্সবু কোয়লাগী স্টেসন অমা কুৱেটতা পিরমই। কক্সনা য়েঙশিনবগী ফিবম চিংনরক্লুনা বৃটিশশিংনা হায়রিবা ফিবম অদু হোংখি। ১৮৯৯ দা মুবারকনা দলিল অমা ইদুনা বৃটিশগী অয়াবা য়াওদনদি মহাক মশামক অমসুং খুবম ফঙহৌগদবশিংনা মীরৈবাক্কী মীশিংদা নত্রগা মহুৎ শিনবা কাংবুদা লম পিবা নত্রগা লৌবা য়াদে হায়বা থিংলমই। অদুগা বৃটিশ ভারতকী শেল লুপা লিশিং তরা মঙা বৃটিশনা মুবারকপু ওন্নদুনা অমসুং মদুগা লোইনবা চে অমা পিদুনা কুৱেটপু ঙাকপিনবা হৌনবা য়াওদনা য়ানখি। কুৱেটকী বর্গ মাইল ৬,১৭৮ তা ঙাইবা অমিরগী লৈবাক অদু য়াম্না কনবা মহাকপু ঙাকপিনবা পাঙ্গল লৈবা লৈবাক অমা লৈতনদি



অরৈবী টাৱার, কুৱেট

হিংজবা ঙমদে । ১৮৯৯ গী মতুং লাকপদদি কুৱেটকী মপানগী রাজনিতি পুম্নমক বৃটেন্না শীন্নদুনা লেপখি । ১৯১৩ জুলাই ১৩ গী মতুংদা পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাওগী ঈরাং তৌনরকপদা বৃটিশ অমসুং ওট্টোমানশিং য়ান্নদুনা কুৱেট অসি ওট্টোমান সম্রাজগী মনুংদা মতোমতা ৱায়েঙ্বা প্রদেশ অমা ওইরমই । অদুগা কুৱেটকী সীমানা অদু তংতানা খঙনবা তৌরমই । পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও হৌরকপা মতমদা ওট্টোমানশিংনা জমানীগী মীচং চঙলমই । অদুনা য়ান্নবা অদু মতম য়ৈথোকনবা হোৎনরমই । লাঞ্জাও হৌরকপগী তাঞ্জা অদুদা কুৱেটপু ওট্টোমানশিংগী মখুৎতগী মনিং মখা তন্বা ওইনা য়ান্নখি। অদুগা মুবারক্না বৃটেনগা ইরাক্তা লৈবা ওট্টোমানশিংগী মথক্তা পুনশিল্লমই । মতম অদুদা কুৱেটগী শেল থুমগী ফিবম য়াম্না ফৎলমদে ।

১৯৩২ দা ইরাকনা মনিং মখা তন্নবা মতুংদা ১৯২২ গী সার পাসী কক্সনা উকাইর বন্দরনা ফম্বা সভাগী মতুংদা কুৱেট অমসুং ইরাক্কী সীমানা ফজনা ফিবম তারমই । কুৱেটকী সমুদ্র তোর্ব্বান্দা ঈথৎশিং ইরাক্কা মপু ওইগদবনি হায়দুনা কন্না কুৱেটতা তকশিল্লমই । ১৯৩৩ দা নিংথৌ ফাইজল শিরবা মতুংদা বাঘদাদকা কুৱেটকা লৈনরিবা মরী অদু ফত্তবা হেনগৎলমই । মতম অদু থাওগী মিকানবা হৌবগী মমি লাক্লমই । ১৯৩৭ দা নিংথৌ ঘাজিনা কোনুংদা লৈবা লন্নাই রেদিও স্টেসন্দগী কুৱেটপু থিনা চৈবা খুৎচৈনা মহাকপু লক্করমই । ঘাজিনা সীরিয়াদা ফরাসীগী সাসন পেলেস্টাইনদা জিওনিস্টশিং লম মিকাবা অমসুং বৃটিশনা উপসাগর অদুদা খাবৈ খরা শাবা হুল্লমই । ১৯২২ দা সার পসী কক্সনা ইরাক্কী সীমানা কংফান্না কোইশিনবা শেল্লম্বা অমসুং কুৱেটপু ইরাক্তগী তোখাইনা থম্লবা হোৎনবা পূম্নমক অদু য়ারমদে । মহাক্না ইহান হানবা ওইনা ইরাক্তা তিনশিন্ননবা হায়বা হৌরক্লমই । ঘাজিনা 'কুৱেটকী অমিরদা চৎনদ্রবা লৌচা পথাপ নাইবা নিংথৌনি হায়না লৌরমই । বৃটিশতনা কুৱেটকী ফিবম অদু থম্বা পাম্বনি হায়খি । সাবাহশিংগা লল্লোল-ইতিক তৌবা ইম্মুংগা কন্না সাবাহগী পাঙ্গল হম্থনবা অমসুং মাংনবা শিল্লমই । হায়রিবা তাঞ্জা অদুদা বৃটিশনা খুৎ চঙলকপা অমসুং ১৯৩৯ এপ্রিলদা নিংথৌ ঘাজি কার এক্সিদেন্টদা থোকপা অদুনা কুৱেটকী লাইবক ফখি ।

১৯৬১ জুন ১৯ দা কুৱেট মনিং তমখি । অদুদগী মহাক্কী সাসন পায়বা, শৈখ অবদুল্লাহ অল-সাহবাহনা কুৱেটতা 'নেসনেল এসেম্বলী' অমা লিংদুনা সংবিধান অমা থম্লবা হোৎনখি '। অদুবু এমিরেট অদু ইরাক্কী মশা ওইরম্বগী শরুক অমা ওইনা লাকপনি । মরমদি ওট্টোমান সম্রাজগী মতমদা কুৱেট অসি বাস্র জিলাগী মনুং চল্লম্বা ওইনা ইরাক্কী মনুং চনবা লমনি । কুৱেটকী মনিং তম্বগী নুমিৎ তরুক্কি শুবা মতমদা ইরাক্কী অবদুল করিম কাসিমনা কুৱেটপু ইরাক্কী মশাগী শরুক অমনি

হায়না তাল্লকখি । প্রেস কনফরেন্স অমদা মহাক্না ওট্টোমান সম্রাজ্যগী মতমদা কুৱেট অসি বাস্র জিলাগী মনুংদা লৈরম্বনা ইরাক্কীনি হায়খি । মহাক্না মদু লৌশিন্নবা হোৎনবদা মহাকনা পাঙ্গল য়াওদ্রবশু মতুংদা মদু য়াওবগী ওইথোকপা লৈতবা নত্তে হায়খি । কুৱেটকী সীমানাদা ইরাক্কী লাম্মী চংদ্রশু, পাওনিনখোল লৈজরবশু ইরাক্কী লাম্মীদি কুর্দশিংগী লানহৌবা অমা ইরাক্কী অৱাংবা নমথনবা হোৎনবদা খাথংবা মাইকৈদা লাম্মী অমতা লৈরমদে । মদুনা কুৱেটকী সীমানাদা লাম্মী থনম্বা ঙমখিদে । ইরাক্কী লুচিংবা কাসিমগী প্রেস কনফরেনস অদুগী নোংমা মতুংদা কুৱেটকী ইমির অবদুল্লাহনা আরবকী নিংথৌ পূন্নমক অমসুং প্রসিদেন্টশিংদা মহাক্কী মনিংমখা তমজবদা ঙাইরিবা লৈবাক্তা ইরাক্না ধমকি পিরকপগী কেবলশিং থাজিল্লক্লে । সাউদি আরাবিয়াদি কুৱেট মতেং পিনবা য়ারক্লে । অদুগা বৃটিশ লাম্মী কুৱেট ঙাক্লবগীদমক চঙলক্লে । থা অদুগী মনুংদা আরব লীগনা কুৱেটপু মেম্বর অমা ওইহল্লে । ইরাক্না মদুদা কুৱেটপু শকথংবা জাতি পূন্নমকপু শাওদুনা আরব লীগতগী হন্দোকখি । আরব লীগকী মতেং পাংবা সিপাইশিং অমসুং জোর্দানগী নিংথৌ হুসেইন্না সিপাইশিং কুৱেট্টা থারকপা হৌনখি । কুৱেটকী ময়াশিল্লকপা মতমদা জোর্দানগী নিংথৌ অমসুং আরব লিগনা মতেং নিবদগী কুৱেট মখোংনা লেপহৌই । ১৯৬৩ দা লীগনা তোকখ্রবা মতুং কুৱেট মথন্তা ইরাক্কী শারাক থেংনবা তাবনি । অদুবু ইরাক্কী লুচিংবা কসিমগী হাক্তক্তগী কুৱেটতা মখা তানা ধমকি পিবা ঙন্নমদে ।

১৯৬৩ দা বাথ পার্টীনা ইরাকপু পায়শিনবা মতমদদি মদুগী সমাজবাদনা সরকারগী পোলিসী ওইবা ময়াই ওইবা মপান লৈবাক্কী পোলিসি চৎলমই । লৈবাক অদুগী মনুংদা তমথিনা চৎচবা হৌরবশু ১৯৬৩ ওক্টোবরদা ইরাক্না কুৱেটকী মনিং মখা তম্বা শকথংখ্রে । কাসিমনা কুৱেটকা লৈনবা মরী পূন্নমক হোংদোকখি । ইরাক্না কুৱেটকা লৈনবা সীমানাগী ব্র্যথোক পূন্নমক শেল য়াম্না লৌদুনা য়ান্নরমই । অদুগা শাট্ট

আল-অরব ঈশিংদগী নুমিৎ খুদিংগী গাল্লোন কোটি ১২ লৌবা হায়দুনা য়ানখি । অদুগা 'কস্তম দিউটী' লৈবাক অনিসিগী মরক্তা লৈবা লৌথোকখি । থা মাপনগী মতুংদা বাথ পার্টী সরকারদগী লৌথোকখি । অদুগা ১৯৬৮ দা বাথ পার্টীনা পাল্লিবা সরকার অদু লঙশেন্তুনা সরকার অমুক শেমখি । ১৯৭৩ দা কুৱেটকী অৱাং-নোংপোক থংবা আল-সমিটাহ্ হায়বা সীমানাদা লৈবা পোস্ট অমা ইরাকনা লৌশিনখি । অদুগী মতুংদা কুৱেটকী ঈথৎশিং বাবিয়ান অমসুং ৱার্বাহ ইরাক্না লৌশিনগে হোৎনখি । ইরাক্কী উপসাগর বন্দর উম্ম কাস্রগী লম্বীদা ঈথৎশিং অদু লৈদুনা চৎথোক-চৎশিন অপনবা পিরমই । ১৯৭৭ দা মাইকৈ অনিগী সিপাইশিং হন্দোক্লখি ।

অদুবু প্রসিদেন্ট সাদ্দাম্না ইরাক্তি ৱায়েনবা মতমদদি ইরানগা মরী লৈনবা অদু জুগোৎ চারমদে । নোংমা নোংমগী মরী ফত্তবা হেনগৎলমই । ১৯৮০ দগী ১৯৮৮ ফাওবদি ইরাক্না অর্থ লৈতবা লাঞ্জাও ইরানগা তৌনরমই । অদুবু মৈশাদি কুৱেটতা য়ৌদবা নত্তে । ইরাক্না তৌশিন্নবা কোর্পেরেসনশিং লিংখৎতুনা ইউরোপ অমসুং ইউ:এস: দগী লাঞ্জাওগী খুৎশু-খুৎলাইশিং, নিউক্লিয়ার অমসুং রসায়ন লৈগদবগী হোৎনবা মতম লাঞ্জাও হৌবদগী পুক্লিং চঙখি । অদুগা কুৱেটিশিংনদি মদু ওন্ন-তৈন্নবা, আরবকী পৃথিবীদা অহানবা স্টোক এক্সচেঞ্জ সুখ আল-মনাখ লিংখৎতুনা লল্লোনবগী খোংদা জাতি খুদিং মফম শেম্নবা হোৎনৈ । অদুগা পৃথিবীগী মমিং লৈরবা দিপার্টমেন্টেল স্টোর আল-খালীজিয়া লিংখৎলি । পৃথিবীগী লল্লোনবশিংদগী পোৎ লৈনবা কুৱেটনা হোৎনৈ । লাঞ্জাও লোইরবা মতুংদা আমেরিকাগী জহাজশিং পার্সী উপসাগরদগী তপ্পা-তপ্পা- হন্দোক্লখি ।

কুৱেটতা থবকশুবা মীওইশিং, পেলেস্টিনিয়ানশিং লাখ ৩.৫, ইজিপ মচাশিংগী মশীং লাখ ৩ অমসুং ভারত, পাকিস্টান অমসুং ফিলিপ্যান

মচাশিংনা থাও অমসুং মরী লৈনবা খুৎশা হৈবগী থবকশিং তৌরমই । অদুগা খুৎকী থবকশিং অয়াম্বা মপানগী মীশিং অদুনা তৌরমই । কুৱেটি নত্তবা মীঁরৈবাক মচা অমতা কুৱেটতা মতম হেন্না লৈবা, কন্টেক্টরশিংগী চোম্থনা লৈবা থিংই ।

গনতন্ত্রদি নোংচুপ লমদমগী থাবদা চানদবা উপাম্বীনি হায়নবগুম্না চিনা, ভারত অমসুং আরবকী লমদা য়াম্না চিংননিংঙাই ওইনা হৌরকপা থেঙনৈ । আরবকী সংসারদা কুৱেটকী জাতিগী বিধান সভানা গনতন্ত্র পুরক্লবগী পাম্বৈ অমা ওই । অদুবু ১৯৮৬ তা সভা অদু ৱারকপা য়াদবা অমসুং চরাঙনবা সভা ওইরবশু ইরাক্কী  আইন সভাগুম্না পাঙ্গল খোপচিনবা, লালহৌবা অমসুং আশা অচৌবা প্রসিদেন্টশিং নত্রগা জেনরেলশিংনা গনতন্ত্রবু চরম মেৎকে তৌবা য়াওরমদে ।

ইরাক-ইরান লাঞ্জাওনা, ১৯৮০ হৌরকপদা কুৱেটনা মী অমদশু অমদশু চঙদবা ওইনা লেপচরবা ওইরবশু মহাকনা শৌগৎপা তাবনি । উপসাগরদনা নৌনা থোক্লকপা লাঞ্জাওদা সাউদি আরবিয়া অমসুং লম অসিগী অপিকপা রাজ্যশিংনা ইরাক্কী মতেং পিরমই । কুৱেট অমসুং সাউদি আরবিয়ানা ইরাক্তা থাও বেরেল লাখ ৩.১ নুমিৎ খুদিংগী পিরমই । অদুগী মথক্তা ১৯৮৩ দা লাঞ্জাও অসুম চঙশিল্লকপদা আত্মাহত্যা বোম্মশিংগী আক্রমনশিং ইউ:এস:, ফারাসী এম্বেসীশিং, এরোপ্লেন তাফমশিং, অমসুং থাও থমফমশিংদা তৌখি । প্লেনশিং হাইজেক্কিং অমসুং সাবাদবু আত্মাহত্যা বোম্মাগী আক্রমন তৌবা হেনগৎলমই । মীকি-মীখংহন্নিংবগী, টেরোরিজমগী ফিবম অদু য়ৌরকপা অমসুং থাওগী মমল কুমথরকপা মতম অদুদা গনতন্ত্র হায়বা কুৱেটনা পুবা থাংবা ঙম্বা ওইরমদে । কুৱেটতা লৈবা ইদিটরশিং অমসুং খবরগী মীওই কয়া লৈবাক্কী ৱাংমদা তাম্থোক্লবা হোৎনরমই । মরুওইবা পেলেস্টাইন মচাশিং, ময়ুম লৈতবা ইদিটরশিং নিফুমাপল অমসুং খবরগী মীওইশিংবু মখোয়না প্রেসগী মনিংতম্বা খোম্থোক পাম্বা কুৱেটতগী তাম্থোকখি । গনতন্ত্র হায়বদু তনিক

তনিক্লে । পার্লিয়ামেন্ট অদু মতম ঙাইহাক্তি থিংখি । কুৱেট সমাজবু মচেৎ-মচেৎ তাহনবা অমসুং চাইখাইবা অসি ৱা ঙাংবগী মনিং তম্বা কাহেন্না লাকপননি । কুৱেটিশিংদি গনতন্ত্রদগী শেলনা হেন্না পামই । বোম্মা পোকখাইহনবা তৎতনা থোক্লমই । মী কিহন্নিংঙাই ওইবা আক্রমন কয়া থোকখি । কুৱেটি পুলিস ওফিসিয়লশিংনা মীওই ২৬,৮৯৮ ইরাং থোক্তনবা লৈবাক মচা অদুদগী তাম্থোক্তুনা প্রজাশিংগী ঈংনবা হোৎনখি ।

শিয়াটশিংনা ইরানগী মরুওইবা ধর্ম্ম চৎপা লৈবাক্তি: অদুগা কুৱেটকী শিয়াটশিংনা সুন্নীনা মীশিং হেনবা ইমিরেট অদু মীশিং মরীথোকপগী অমনি । অদুনা শিয়াটশিংবু কুৱেটকী ঈরাং হৌগনবা সিপাইশিং অমসুং সেক্যুরিটিগী থবক্তগী থাপ্পা থমনবা হোৎনৈ । মরমদি মখোয়না ইরানগী শিয়াটকী সাসন তৌবগী মীচং অমসুং রাজভক্তি থমখিগদ্রা হায়দুনা চিংনদুনা য়াম্না চেকশিল্লি ।

উপসাগরগী লাঞ্জাও অদুগা মীরৈবাক্কী লৈবাক-ঙাক্লোনদি কুৱেটনা আমেরিকাগী লল্লোনপোৎ খ্বাইদগী য়াম্না লৈজরবশু পালেস্টানশিং ইজ্রাইল নুংশিদবা অমসুং আমেরিকা নুংশিদবা আরবকী সংসারনি । ১৯৬৭ কি আরব-ইজ্রাইল লাঞ্জাওগী মতুংদা কুৱেটকী থাও ইউ:এস:দা পিবা থিংখি । অদুগা লোইননা আরব অপুনবা ইজ্রাইলিগী লল্লোন-পোৎশিং লৌখিদে । ইজ্রাইলগী ওফিসপু কুৱেটনা ইম্থোকলমই । ১৯৮৮ ফাওবা হায়রিবা ইম্থোকপা অদু চৎনরমই । কুৱেটনা ইউ:এস: বু ১৯৮৪ দা, আরবকী পৃথিবী, অমসুং মরুওইবা উপসাগরগী অৱা-অনা তাবা খুদিং মরাল শীরমই । অদুবু কুৱেটকী জহাজশিং ইরান্না, আক্রমন তৌবা হৌরকপদা আমেরিকাগী সম্রাজাবু থিনা চৈবা খুৎচৈ অদু নেমথরমই । বৃটিশগী হৌনবী ওইনা কুৱেটপু ঙাকপি-শেনবিবা ওইনা তৌরকই । মসি ইউ:এস: না খঙবা তাৰনি । কুৱেটনা অচৌবা পাঙ্গলশিং অমগা অমগা শীংনহন্দুনা মীরৈবাক্কী লৈবাক ঙাক্লোন তৌবা

দরকারনি । ১৯৮৪ দা ইউ: এস:গী স্টিঙ্গর মিসাইলশিং অমসুং এফ-১৬ জেট প্লেনশিং লৈবা য়ারমদে । মতুংদা সোভিয়েট ইউনিয়নদগী দোল্লার কোটি ৩২.৭ লৈনবা ঙাংনবা হৌবা মতমদা ১৯৮৫ দা ইউ:এস: না দোল্লার বিল্লিয়ন ১.৫ গী লাম্মীগী খুৎশু-খুৎলাইশিং লৈবা য়াখি । মসিনা রীয়াগান্না কুৱেটকী টেঙ্কশিংবু উপসগার অসিদা ইউ: এস: গী প্লেনশিং ঙাকশেন্দুনা ইরানগী আক্রমন তৌরকপদগী নাম্থোকপা ঙমই । আমেরিকাগী প্লেনশিংনা ঙাক্তুনা আমেরিকাগী ফিরালশিং হোৎতুনা টেঙ্কর তরামাথোইনা উপসাগরদা ইরান্না আক্রমন তৌবদগী ঙাকথোকই । গল্ফ কোওপেরেসন কাওনসিলগী মরুপশিং সাউদি আরবিয়া, কুৱেট অমসুং উপসাগর লৈবাক মচা মঙা ইরানগী আক্রমনদগী নাম্থোক্তুনা পোখাবা ঙমই । হৌজিক্তি আল-সুলতান দিপার্টমেন্টল স্টোর থবক ফজনা তৌবা হৌরক্লে । অদুদগী প্রেস পূম্নমক থবক চিনবা হৌখি । ১৯৮৮ ইরাক-ইরান লাঞ্জাও মতুংদা ইরাক অমসুং ইরান লৈবাক অনি লাঞ্জাওদা শোকপা অশোক-অনাবশিং অদু সন্ধী তৌরগা মতুংদা অনাবা ফনবা মরৈনা লেকই । অদুগা গনতন্ত্রগী মরমদা ঙাংনগদৌবগী মখল্লমই ।

১৯৯০ মার্চ্চদা দিৱানিয়াশিংনা কুৱেটতা গনতন্ত্রগী মরমদা খন্নবগী উপায় ওইরমই । অদুগা সাবাহগী ইস্মুং আইন সভা অমুক হন্না হঞ্জিনবা অমসুং লাঞ্জাওগী মমিংদা অথিংবা পূম্নমক লৌথোক্লবা হোৎনরমই । রাজনিতিগী চবেং-চবেং ঙাংবা দিৱানিয়াদা হান্না ওইরম্বা এম:পি: অমনা কুৱেটতা মী অমগী সাসন চৎপা অমসুং মনিং তম্বা য়াওদবা পুনশিনি হায়নখি । "ঐখোয়দি ইনটিফাদানি," ঘাটিবনা পালেস্টিন মচা লালহৌবা' ৱেস্ট বেঙ্ক অমসুং গাজাদা লৈববু খঙনবা অদুম হায়না হায়রমই । কুৱেটকী গনতন্ত্রগী মহৌশাগী লৈরকপা চৎনবী লৈনা লৈনা, মখোয়গী মশাবু ৱায়েনজবগী হক লৈ হায়নখি । ১৯৯০ এপ্রিলদা আইন সভাগী অহানবা অধিবেসন ওইনা মীখলদা খনবা মেম্বর য়াম্খৈ খক, অদুগা সাবাহগী অহাপ্পা ওইনা কুনমঙা কৌখি ।

কুৱেটিশিংনা ইরাক-ইরান লাঞ্জাও, ১৯৮০-৮৮ গী মমাংদা ওইরম্বা আইন সভাগুম্মা গনতন্ত্রগী পাঙ্গল লৈবা নেসনেল এসেমব্লী অমগীদমক তক্করমই । অদুগা অতৈনা সাসন তৌবা ইস্মুং অদু সংবিধানগী পিবা নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইগদবনি । বৃটেন্দদি, মখোয়গী মনিংতম্বা পার্লিয়ামেন্ট অমা লৈরগা মখোয়দা প্রজাগীশিংগী অনিংবা অদু লাকশিনবা ঙম্মি, চৈবা, অমসুং মহুৎশিনবা ঙম্মি । অদুগা মখোয়না ইকাইখুম্নরবা নিংথৌ পানবা লৈবাক অমা লৈ । মখোয়গী অথোরিটী সাসন পায়বা অমতা চৈবা ঙমদে অমসুং চাওখৎপা পৃথিবী অমা পায়বা ঙম্মি । কুৱেটকী গনতন্ত্র ইকাই খুম্নবা পার্লিয়ামেন্টরী সরকার অমা চৎপা য়ারোইদরা ? কুৱেটতা হংনরিবা ৱাফমদি মপাঙ্গল কয়া য়াম্না লৈবা সাবাহশিংনা পায়গদৌরিব্রা ? সাবাহশিংনা লল্লোনবা কাংবুশিংগী মরক্তা য়ান্নবা অমা পুরক্তা সাসন পায়বনি, খুৎ থোক্লদুনা নত্তে । কুৱেটশিংগী অৱাবা অমা পুরক্নুনা সাসন অমা পায়নবা হোৎনবা অসি আরব পৃথিবীদা অতাংবনি ।

অদুবু কুৱেটকুম্বা লম মচানা বৃটিশ সম্রাজ্যনা ঙাকপিদুনা ১৯৬১ জুন ১৯ দা মনিং তম্বা লৈবাক ওইবদগী মতুং চহি লাকপদদি কুৱেটকী ঙাকপি-শেনবিনবা লৈখিদে । অদুবু খ্বাইদগী কন্না পাঙ্গল আমেরিকানা উপসাগরগী লাঞ্জাও লাক্কদৌবা অসিদা, অদুগা কুৱেটকী থাওগী মপান নাইদ্রবা পোৎথোক লৈবদগী তোপ তোপ্পা মহাক্কী পাঙ্গল তান্নবা লৈখি । হৌজিক কুৱেটনা থাও থোক্লমদ্রবদি মহাক্কী মরুপ মপিজা অমতা লৈরমলোইদৌবনি । থাওগী মপান নাইদ্রবা লল্ লৈবনা পৃথিবীগী মচিন তোংবা পণ্ডিতশিংনা কুৱেটপু থাগৎনখি । ১৯২২ দা সার পর্সী কক্সনা ইরাক্কী মায়য়োক্তা শেমদোক্লম্বা সীমানাগী ৱাথোক অমসুং কুৱেটপু মনিংতম্বা লৈবাক অমা ওইনবা শেমম্নবা অপৈবা মিৎয়েংনি । হেন্না চাওবা ইরাক্কী সীমানা মপুং ফাহনগেদি হায়দ্রগা বর্গমাইল ৬,১৭৮ তা ঙাইবা কুৱেটকী ফিবম চেৎনবা হোৎনৈ । মমাংঙৈদগী হৌনা পৃথিবী খল বৃটেনগী খুদোংচানবা তৌজনিংই, অমসুং পৃথিবীদা লাল

থোকহনবনি ।

কুৱেটকী ফৈলাকা ইথৎতা এসীরিয়া নিংথৌশিংগা মান্নবা লৈখোমগী মুর্ত্তি অমা খৃস্টনা পোক্ত্রিঙৈগী চহি লিশিং অনিগী মমাংদা ফংবনা ইরাক্না কুৱেটতা লৈরম্বগী প্রমান ফঙই । অদুগা অনিশুবা কুৱেট অদু নিপালশুবা শতাব্দী নক্সাশিংদা ইরাক্কী সহর বাস্রদা আরবকী লাম্নীগী হেদ ক্বাটর লৈরমই । তরানিপালশুবা শতাব্দীগী অঙনবা চহিদা সাবাহ ইস্মুংনা ঈশিং থিবা লাকপদা কুৱেট অসি শেমগৎখি । ১৮৯৭ দা শৈখ মুবারক অল-সাবাহনা বৃটিশনা ওট্টোমান সম্রাজদগী ঙাকপা ওইনা লৈখি ।

ইরাক্তা অৱাংপা অমা লৈবা অদু কুৱেট হায়দুনা চোংথোক্নুনা লৈবনা সুপর-পৱারশিংনা শাম্নদুনা লৈ । ইরাক্তগী খাইদোক্নুনা কুৱেট থম্বনা গনতন্ত্র রাজ ওইবা ঙম্মি হায়রবসু করিগুম্বা ইরাক্না পুনশিন্দুনা থল্লম্বদি পৃথিবীদা অঙকপা ফিবমগী লৈবাক ওইরমগনি । প্রসিদেন্ট সাদ্দাম হুসেইন্না য়াম্না থুবা মতমদা কুৱেটনা বৈরী অমা ওইরবা মতমদা কুৱেট লান্দাগে থল্লকপনি । অদুগা উপসাগরগী অপিক-অপিকপা লৈবাকশিং খাইদোক্লম্বা ইউনাইটেদ আরব ইমিরেট, ওমান, য়েমেন, কাটার, অবু ধাবি, আমান অমসুং সাউদি আরবিয়া মরক্তা অথোইবা লৈবাক ওইগে খনখি । মখোয়দগী খাইরকপা শেন্থংনা ইস্রাইল মায়থিবা পিগে থৌরাংনি । ইরাক্তি গনতন্ত্র রাজগী লম্বী চৎপা হৈনদে । অদুগা নোংচুপ লমগী হৌনবী খঙদে । অদুগা প্রসিদেন্ট নাসরনা নোংপোক্কী ময়াইদা লৈবা সমাস্যা লৈবা অদু সাদ্দামনা মশাগী ওইনা শেংদোক্নে খল্লি । অসিগী মথক্তা গনতন্ত্রগী রাজ্য হায়বা অদু ইরাক্নুম্বদা লৈবাক্তা মশক উহনিংদে । অদুদগী হেনবা করি লৈবগে ? ইরাক্তি শাসিন্নবা গনতন্ত্র চৎলি ।

থাপ্না উবা বৃটিশনা গনতন্ত্রগী সাসন আরবগী মাইকৈদা অপিকপা দেশ মদু খাইদোক্নুনা থাও মমি তম্বা লৈবাকশিং খঙলম্বা ? মথনতা লেপচবা ঙমগনি খন্না তৌরম্বা জাৎলা ? আরবকী লমদা নুপীশিংনা

ভোট থাদবা য়াদবা, হুরানবা মীশিংবু মখোং-মখুৎ কক্থৎপা অমসুং পাদোংনবা নুপা-নুপীশিংবু লম্বীদা নুংনা থাদুনা অঙাং ওলহনবা লমদম অমা ওইজরগু । থাওনা পৃথিবী মনুংদা চাদা নিফু থোক্লমদ্রবা মফম অদুদা আমেরিকান সিপাই অমা ফাওবা খোংদাবিরোই ?

মঙাল তারবা আমেরিকা অমসুং ইউরোপ মহাদেশশিংগা চাওখৎচরিবা এসিয়া অমসুং আরবকী দেশশিংগা খেন্নবদি করিগুম্বা অওইবা পোৎ অমবু, অঙাংবা মচুবু ওইরবসু অঙাংবনি হায়না মমাংদা লৈরিবা মহাদেশশিংনা হায়দ্রবগু খঙনরবরগু হন্ন-হন্না হায়বা তাবনি । করিগুম্বা সাদ্দাম হুসেইন্না মরৈবাক্কীদমক কংফান্না কোইশিনবা লম ওইরে, শাট-অল আরব ঈশিংগী খোংবান লৌশিনবা বুবিয়ান অমসুং ৱার্বাহ লৌশিনবা য়ারবদি ইরাক্কী লম মনুং চল্লম্বা কুৱের্ট লৌশিনবা য়ারবদি ইরাক্কী লম মনুং চল্লম্বা কুৱেট লৌশিনবা দরকারনি হায়বা অদুম ইরাক্তা নামুংবা ৱানি হান্ননা হায়বিরম্বা ? মখোয়গী জ্ঞান তাদে হায়না আরব জাতিশিংনা জ্ঞান তাবা অদু হায়না ইরাক্না ৱা হায়রকপা তাবনি । হায়দোক্তবা অমসুং ফোঙদোক্তবা ৱাখল শীজিন্নবা য়াদে । নত্রবদি সাদ্দাম্না আমেরিকাবু চেদা য়েকপা কৈনি হায়বা তাবনি । প্রসিদেন্ট বুশগী মতোমতা ৱাৱেঞ্জবা, লুনা তৌবা, আমেরিকাগী হৌনবী খঙবা অদু চৎনবা পোৎ ওইদে । হান্না মদু ওইরোই হন্না হন্না হায়বা তাবনি । সাদ্দামনা নিংবা অদু হায়দোক্তনা চাক পুখম মমাংদা নিংঙাই তৌদুনা লৈবনি । মহাক্না আমেরিকাদা ভিদিওদা নিউক্লিয়ার মিসাইলশিংনা ওর্সন ৱেলসনা থারকদৌরে হায়না কিগদৌবা মাংজৌননা তাকপনি । ইরাক্না মীরৈবাক কুননিপালগা থেঙনবা ঙমলে ইজ্জৎ লৌবনি । নোংপোক্কী ময়াইথংবা লৈঙোইলক্তা হামেং ৱাইননবা য়েঙবা নুংঙাই হায়বা অদুনি !

## পণ্ডুপ ৯

# নোংচুপকী পাঙ্গলশিংনা ইরাকপু শান্নরিবনি

নোংচুপ্তা লৈবা লৈবাকশিংনা ইরাকপু শান্নবিবনি । করি মরমগীদমক থাও ফঙনবগীদমক । সোভিয়েট ইউনিয়ন্না তোপশিং অমসুং নোংথক্কী ঙাকশেনবগী কা হেন্না পিবনি । রসায়নগী খুৎলাইশিংদগী মৈকাপ্পীশিং অমসুং নিউক্লিয়ার বোম্মা পিরে । ইউ:এস: অমসুং ইউরোপকী লৈবাক মখৈনা ডিক্টেটর অসিবু পৃথিবীগী ক্লাসগী ওইহল্লে । তৌবগীদি মহাক্তি বোরা উচি অমুক চাওবা লৈবাক্তি হায়বসি কাওহল্লে । পূন্নমক অনি নোংচুপ লৈবাকশিংনা অমসুং ইউ:এস: না খুৎশিংনা শেমজবনি ।

অনিথোক্লা শীজিন্নবা য়াবা পোৎচাকশিং লৌবদা ইরাক্লা য়াম্না হাকচিন্না থবাই য়াওখি । অদুগা ইউরোপ্তুগী সাদ্দামগী মখুৎতা তারবা মতমদদি পোৎশিং অদু লাকপদা কস্টমস ওফিসারশিংনা অদুম তুমশিন্নদুনা লৈথোকই । মরমদি মনা-মথুম পামই অদুগা পেট্রোলিয়ম থাও থোইনা হেন্না হেক্তা পাম্লবনা !

ইউ:এস: সরকারসু অদু মঙাই, মহাক্তি চপমান্না দায়য়ত্ব মরৈ । ইরাক্তা জ্ঞান তান্না লল্লোন ইতিক চৎথৈ মরমদি ইরাক্লা ইরানবু লাঞ্জাও থোক্লকপা অদুদগী ঙম্মনবা হোৎনৈ । অয়াতোল্লা খোমৈনিগী 'ফন্দামেন্টোল্লিস্ট' ইজ্রাইলগী সরকারনা নোংচুপ এসিয়াবু পালহল্লিংদে ।

মীচঙ চঙবা কৃষ্ণদা লাঞ্জাওগী বার্ত্তনশিং দুর্য্যোধন অমসুং অর্জ্জুনগা চপ মান্ননা লাকপবু ইবুংঙো মহাক্কী চেপলম্বদগী লোংনা হৌগৎলক্তুনা

মহাক্কী (অর্জ্জুনগী) বার্ত্তন অদুম লৌখি। অসুম্না আমেরিকানা ইরাক্কী মিৎচণ্ড চণ্ডনিংই, মতেং পাংনিংঙি। নাও চাওহল্লি। খল মান্নহনদে, অমগা অমগা।

অদুগী মথক্তা ইউ:এস:গী লল্লোনবগী মতাদি ইউরোপকী লৈবাকশিংনা মমিং থক্লবা তৌদুনা লৈ। আমেরিকাগী পোলিসি শোইবনা আরবকী নৈনবা এক্সপর্টশিং 'ময়াই ওইরপ তৌবা থবক চৎথবা য়াবা' ওইনা লৌনখি। মদুগী ফলনা 'বোরা উচি' ইরাক্তা পৃথিবীগা লাম্বা তৌনবা ঙম্বা ওইনা লৌখিবা অদুম তাকপনি।

চহি তরাদা তৌখিবা পৃক্লিং শোকপা থবক ময়াম ঃ

১৯৮০ সেতেম্বর ১৭ ইরাক্তা ইরান লৈবাক্তা লান তৌনবদা সোভিয়েটনা শাবা এম:আই: জি: শিংনা ইউ:এস: না শাবা ফান্টোম এফ-৪ ফাইটর বোম্মা পুবশিংবু ইরানগী সাহ পাহলবীগী মতমদা পিখিবা পংথু-থুগাইরে।

ফরাসীনা ইরাক্তা দোল্লার লাখ তরাগী খুৎশু-খুৎলাইশিং ইরাক্তা পিদুনা ইটালী অমসুং ফরাসিনা নিউক্লিয়ার রীএক্টর অমা থম্বিদুনা ইরাক হায়বা থাও থোকপা লম অদুবু ইকাইবা পিখি। মতিক চাদ্রবা মীদা ব্যবহার তৌবনা করি ওইরকপা য়াবা খলহৌরমদে। প্রসিদেন্ট মিট্টরণ্ডগী মতমদনি।

১৯৮১ দনি। মেদা ফরাসিগী বিজ্ঞান হৈবা কাংবুনা ওসিরাখ রীএক্টর অদুনা নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিং মতিক চাবা শাবা ঙম্মি হায়বা খঙখি। চয়োল অমগী মতুংদা ফরাসি প্রসিদেন্ট ইরাক্কী রীএক্টর অদুবু ইউরানিমগী শিংচাক পিগে হায়খি।

জুন ৭ তা ইরাক্কী ওসিরাখ প্লান্টদা ইস্রাইলী নোংথক্তা পায়বশিংনা মিট্টরাণ্ড অমসুং টুর্কিগী ওজালবু পাও লোন্না পিরক্লগা থুগাইখি। অদু

থুগাইবদা ভাইস প্রসিদেন্ট গিওর্জ বুসনা নোংচুপলোমগী লুচিংবশিংবু থরুম কাখি । অব্রাবনা বুশ মতোমতা ।

১৯৮২ কিনরবা টেরোরিষ্ট অবদুল অব্বাজবু বাঘদাদতগী লৌথোক্কুনা ইরাকপু 'টেরোরিষ্টগী লিষ্ট'গী লৌথোক্লগা ইউ:এস: ষ্টেট দিপামেন্টনা আমেরিকা গী কোমপুটরশিং, লন্নোন পোৎ পুনবা নোংথক্কা পায়বশিং অমসুং পোৎ, অতৈ লন্নোন পোৎশিং লৈবা য়াহল্লমই । অদুগা ইউ:এস: খাজনা থিবা নাগরিকশিংনা শেল পুবা জামিন য়াহল্লমই ।

ইরাক্কী এয়ারপোর্টশিং শেল য়াম্না তুবমখৈ চঙনা লৈনুংদা লৈনবা শাখি । মসি সাদ্দামগী মতমদনি । ১৯৮৩ দনি । ইরাক্কী এজেন্টশিংনা য়াম্না তুমিন্না ফরাসী অমসুং স্বিটজরলেণ্ডগী শেল শীজিন্নবা মীশিংগা লোন্না তান্নে । মখোয়না ইউরোপকী ফার্মশিংদগী মিলিটরীগী টেক্নোলোজীদা হৈনবা খুৎশু-খুৎশাশিং লৈবা য়ারমই । হায়রিবা অসিমক সাদ্দামগী মিনিষ্ট্রী ফোর ইনদস্ট্রী এণ্ড মিলিটারী ইন্দষ্ট্রিলাইজেসন্দা শীন্নবা বিভাগ ওইরমই । ১৯৮১ জর্মনগী লেবোরেটরী অমসুং মেদিকেল সপ্লাইয়র, কার্ল কোলব গম্বহনা 'প্লান্ট লেবোরেটরী অমসুং মেডিকেল সপ্লাইয়ার তরুক' ইরাক্কী সমারাদা 'মহিক হাৎনবা' শারমই অমসুং মতুংদনা রসায়ন খুৎলাইশিং শারে হায়বসি সাদ্দাম্না লাওথোক্লগা খণ্ডবনি ।

১৯৮৪ ইরাক্না দোল্লার বৃন্দা ১৪০ চহি অমগী ওইনা ইরানগা লাঞ্জাও পারমই । ইউরোপকী নেটৱার্ক 'টেক্নোমসীনারীজ' না ইরাক্কী খুৎলাইশিংগী থৌরাঙদা অরোনবা কারবার তৌদুনা চাওখৎহন্নিংলমই । ইউ:এস: ইন্টেলিজেন্সনা জর্মনগী মেসরচমিট্ট - বোলকোউ ব্রোম (মবব) অমসুং ইটালীগী স্নেয়াবপডদি থবক্তা মখাদা শীহন্দুনা থিবা হুম্বদগী নাম্ভোকখি । ইউ:এস: ইন্টেলিজেন্সনা অসিগুম্বা নেটৱার্ক 'কোন' হায়বসি জর্মনগী সরকারদা ইবদগী অরোনবা থবক তৌবা তোকখি ।

ফেব্রুৱারীদা আমেরিকানা সাদ্দাম্না লানফমদা ইরানগী মথক্তা হঙ্গাম থাওগী হু-চেনবা খুৎলাই শীন্নরে খঙখি । মদুদা ইউ:এস: না প্রোটেষ্ট তৌরকখি । অদুগা প্রসিদেন্ট রীগান আমেরিকাদা লাক্লবা মতমদা ইরাক্লা মপুংফানা রাজনিতিগী মরী লৈনরম্বা হৌরক্লি । ১৯৮৫ দনি । ইরাক্লা কোনসেন্দগী কোন্দোর-২ লৌদুনা নিউক্লিয়ার মৈকাপ্পী থন্নবগী থৌরাঙ চৎথরমই । সাদ্দামগী মতেং লৌদুনা ইউ:এস: - ইরাক বিজিনেস লল্লোন ইতিক ফার্মশিংনা, ব্রেষ্টিং হাওস অমসুং কেটরপিল্লারনচিংবনা ইরাক্ত' নৌনা শিল পায়খৎখি ।

ওক্টোবরগী মনুংদা লমকোইবা জহাজ 'অচিল লারো' না ভূমধ্য সাগরদা অবদুল অব্বাসগী লিউটেনেন্ট খরনা চৌকিদা ফমলগা চৎপা আমেরিকাগী লিয়ন ক্লেৎগো ফরবু হাৎতোকখি । অব্বাসনা ইরাকী পাস পোর্টতা লমকোইবা ওইনা য়াওলশিন্দুনা ইরাক্তা চঙজফম পিদুনা লৈরমই । অদুবু ইউ:এস: না ইরাকপু টেরোরিজমগী লিষ্টতা য়াওবশিংদা হেক্তা চলহনদে ।

১৯৮৬ ইউ: কে: না মরুভূমিগী অরূম্বা মিলিটারী ইউনিফোর্ম ইরাক্তা য়োনশিল্লী । চহি মরী লৈরগা ইরাকী সিপাইশিং ইউফোর্ম ফজনা চাকথুংবা মতমদনা বৃটিশ সিপাইশিংনা হুম্মাং লুপ্পা অনৌবা চপ চাবা ইউনিফোম ফঙদবা থেঙনখি ।

১৯৮৭ তনি । মে ১৭তা ফরাসীনা শাবা লাঞ্জাওগী অপাইবা অমনা ইউ:এস:এস: (U.S.S.) ষ্টার্কবু ইরাক্লা আক্রমন তৌদুনা আমেরিকান কুন্থ্রা তরেৎ হাৎখি । অদুবু ইরাক্লা লাল্লে হায়বদগী অশিবা অমসুং জহাজগী ক্ষেত্রিপুরন পিথোক্লুনা ব্রা নেমথখি । চহি অহুমগী মতুংদা ইরাক্লা কুৱেট লাল তাবদা যাওগুম্বা ষ্টেট ডিপার্টমেন্ট ওফিসারশিং শেল করিশু পিরক্তে মহায় । আমেরিকানা ইরাক্কা লল্লোন ইতিক্কী সহী তৌনৈ । "হৌ-হৌ চেংলা ব্রা লৈ, মদুদি ঐখোয়না শেন্দোং য়াম্না

ফংলে হায়রগা আগষ্টতদি ইরাক্লা লাওথোক্লকই ময়াই ওইরপ তৌবা মথক্তা চৎপা খুৎলাই মৈকাপ্পী থাগৎপা ঙমলে হায়না লাওথোকই ।

১৯৮৮ দা কুর্দশিংনা ইরাক্তগী মনিং-মখা তাল্লুবনা সাদ্দাম্মু শাওগৎহল্লমই । মার্চ্চ ১৬ অমসুং ১৭ তা হালাবজাহ সহরবু হুগী মনিলনা আক্রমন তৌবি । কুর্দশিং ৫,০০০ শিখি হায়বা মথক্তা পনখ্রে, অদুগা ৭০,০০০ গী মথক্তা টুর্কী দা মীচেন কয়া চেনখরে । কয়া অমনা অৱা-অনং নংখি অমসুং চরা হেন্দুনা মীচেন ওইদুনা চেন্নখি ।

আমেরিকাদা সেনেটরশিংনা ইরাক্কী মথক্তা অয়াবা শোইদনা পিগদবনি মহায়জে, এডমিনিষ্ট্রেবনা চঙ্শিল্লকপা দাবী অদু খর "নৌমল্লি" হায়দুনা তুমিন্না লৈথোকই । অদুগা ইউ: এস: এক্সপোর্ট ইম্পোর্ট ব্যাঙ্কনা ইরাক্লা আমেরিকাগী তিল হাৎনবা হীদাক মরৈহল্লি ।

জুলাই ১৭ তা ইরাক- ইরান লাঞ্জাও অঙম্বা য়াওবা অদু লেপ্পি । ১৯৮৯- ইটালী বেঙ্ক নেজিওনেল দেল লাভারোগী ব্রান্ট আট্লান্টনা দোল্লার কোটি ৩,০০০ গী অরোনবা-অথুপ্পা অমসুং চৎনদবা শেনবু ইরাক্তা পিখি অমসুং শেন্দোন অসি বৃটিশ, আমেরিকা অমসুং নোংচুপ জর্মনদা ইরাক্কী সেন্ট্রেল ব্যাঙ্কতা পিখি । কোমের্দিটী ক্রেদিট কোর্পোরেসন (সি:সি:সি:) দা দোল্লার কোটি ৭৫ আমেরিকাগী খাজনা পিবশিং আরাবীয়াবু পিখি । ইরাক্লা হৌখিবা চহি অনিদা সি:সি:সি: গী শেল লৌবা লাকখি, অদুদা দোল্লার কোটি. ১,০০০ পিখি । ওক্টোবরদা এজেন্সি অসিনা দোল্লার কোটি ৫০০ গ্যারান্টী শেন্দোন্দা পিখি ।

১৯৯০ দা হান্নগী প্রসিদেন্ট জিওর্জ বুশনা ইরাক্কী এক্সপোর্ট ব্যাঙ্কগী ফণ্ড কংগ্রেসনা থিংলম্বা কৎথৎখি, মরমদি "জাতিয়্য ওইজবা" য়েঙদুনা । ফেব্রুৱারিদা ভোইস ওফ আমেরিকা রেডিওনা ইরাকপু অসুম লাওথোকপদা 'পুলিশ ষ্টেটস' কি মনুং চন্দুনা ঙাংহল্লি । মদুদা ইরাক্কী

এম্বাসাদোর (ইউ:এস:) এপ্রিল গ্লাস্পীবু লাল্লে হায়জহন্বা সেক্রেটারী ওফ ষ্টেটস জ্যামস বেকরননি ।

থা অসিদা ইরাক্লা ষ্টেটস-ওফ-দি-আর্ট ইমেজিং অমসুং ইন্টরনেসনেল ইমেজিং সিষ্টেম, কার্লিফোনিয়াদা লৈহনখি ।

সাদ্দাম্মদি মদু 'উমঙগী হার নৈনবা অমসুং ম্যাপ য়েক্লবনি হায়জিল্লে । অদুগা কোম্পানী অদুনা জহাজদা আমেরিকাদগী পুবা য়াহনখি । সাদ্দাম্মা অমুক য়াম্না অকন - অরঙ শীংহল্লে, মদুদি কুৱেট অমসুং সাউদি আরাবিয়াবু, মহাক্না কিহন্দুনা মহাক্কী দোল্লার কোটি ৩০ লাঞ্জাওগী শেলদোল নমদুনা কোকহনখি । নত্রবদি লমন খুমগনি হায়দুনা কিহনখি ।

মার্চ্চ ২৮ দা বৃটিশ কষ্টমনা লন্দন্দা এলেক্ট্রিক কেপসিটরনা নিউক্লিয়ারবু পোকখাইবা য়াবা লৈগে হোৎনখি ।

জুলাই ২৫ দা সাদ্দাম্মা ইউ: এস: এম্বাসাদর এপ্রিল গ্লাস্পীনা লাম্মী পৈখৎপা সেটিলাইটগী ফোটোশিং উরদুনা মঙোন্দা হঙনিংখি । সাদ্দাম্মা টেরোরিষ্টশিংনা আমেরিকাদা ৱাই চাইহনগে হায়রক্লম্মী । অদুদা গ্লাস্পীনা "মীগা মান্দনা (মহাক্না) হোৎনমন্না" ইরাকপু শেমগৎলিবনি থাগৎশিন্নে । মহাক্না ইরাক্কী লাম্মী লিশিং কুন্থ্রা করিগী সিমানাদা পৈশিল্লিবনো হঙখি । মদু মানা "মরুপ অমগী মতৌগুম্না হঙবনি — খৎনবা ওইনা হঙবা নত্তে" হায়জিন্নে । ১

জুলাই ২৭ অমসুং ২৮দা ইউ: এস: ইন্টলিজেন্সনা জিওর্জ বুশগী সরকার অদুবু ইরাক্লা কুৱেট লান্দাগে খল্লে হায়খি । জুলাই ২৯ দা ইরাক্লা মাগী রেডরগী থবক কলহনখি — লাঞ্জাও থোকপগী খুদম ওইনা । জুলাই ৩০, ইরাক্লা লাম্মীনা কুৱেটকী সিমানা ময়াদা লাখ অমা পৈশিন্দুনা লৈরে । এম্বাসাদোর গ্লাস্পীনা সাদ্দামগী মৱা থাজে

হায়দুনা হায়রগা মতম কুইনগী ছুটি লোইনা ৱাশিংটোনগীদমক খোংশানখি । আগষ্ট ২ দা ইরাক্লা কুৱেট লাঞ্জাও তৌবা হৌখরে ।

## পন্দুপ ১০

# কুৱেট লৌশিনবা

চৌকিদা লৈতানা ফল্লদুনা সাদ্দাম্না মাগী চিফ ওফ ষ্টাফকা ১৯৯০ আগষ্ট ২ গী মমাংদা লাম্খী মপৈ অমা পৈশিন্দুনা পাসী উপসাগর লাঞ্জাও হৌনবা খুৎশিল থৌরাঙ পূম্নমক তান্নখি ।

"চীফ ওফ ষ্টাফ, নহাক্কী সিপাইশিংনা কুৱেট লৌশিনবদা মতম কয়া কুইনা চঙগদগে ?"

"সার, পুং তরুক্তনি," মহাক্না খুমই ।

"সাউদি আরাবিয়া লৌবা তারবদি," সাদ্দাম্না মথং হংই ।

"পুং তরানিথোই, সার," মহাক্না খুমই ।

"অদুগা ইউনাইটেদ আরব ইমিরেটতি ?"

"সার, পুং অহুমদং হৱাগাড়ীনা থৌবতনি ।"

"বাহ্রাইনদি কমদৌবা ?"

"ঐখোয়না ফেক্সনা লৌবা য়াগনি, সার ।" ১ মহাক্না নোকফেং তৌনা হায়রকই ।

সাদ্দাম্না তুমিন্না, এ ল তৌনা লৈরমই । মহাক্না ৱাখল তৌরিবা অসি পৃথিবীগী ফাওর জ্যোতিষ নোষ্টরদামসগী ৱাখল্লাংদা থুবনি, পৃথিবীগী অশুক চাওর লৈবাকশিংগী মরক্তা লাঞ্জাও পুরকপা ঙম্বা



কুয়েটকী কারখানা, ১৯৯০ আগষ্ট ৩



কুয়েট সহর, আগষ্ট ৩ ১৯৯০

অমসুং অর্মাগেদ্দোনগী লান্‌ফম অদু ইরাক্তা করিগী পুরকপা ঙমদনি । শক অদু ১৯৯৯ দনি, থোক্কদৌরিবা অদুনা ১৯৯১ দনি ।

পৃথিবীগী লাঞ্জাও হায়বদু করিনো ?

১৯৯০ মেদা আরব লীগকী খ্বাইদগী ৱাংবা সভাদা সাদ্দাম্না পালেষ্টিইনগী প্রজাশিংবু জেরুসালেম মনিং মখা তমদুনা আরব লৈবাকশিংদা হায়খি - ইউ: এস: গী লাম্নীনা ইজ্রাইলগী যিহুদীশিংবু শৌগৎপা তাবনি । ১৯৪৮ দা মনিং তমখিবা লৈবাক্নি । পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী খ্বাইদগী হেন্না শাথিনা শোকপা লৈবাক্নি । অদুবু ইজ্রাইল শেন্না মতমদা ৱাফমদি হঙবা মতমদা অচৌবা জাতিশিং, মরুওইনা ইউ: এস: অমসুং বৃটেন্না খুন্না ঙমদে ।

সাদ্দাম্না ইরাক - ইরান লাঞ্জাও, ১৯৮০ -৮৮ দা পুৎথবা শেন্দোন দোল্লার বিল্লিয়ন য়াম্থে পিয়ু হায়বা সাবাহ্‌দা তক্লখি । মদুদা মহাক্না খাংবা ঙমদ্রদুনা দোল্লার বিল্লিয়ন মঙা পিখি । জুলাই ১০ দা উপসাগরগী থাওগী মন্ত্রীশিংনা জিদ্দাদা ইরাক্কী শেল তাল্লকপা অসিগী মরমদা ৱারী শান্নবা সভা অমা ফমখি । ও: পি: ই: সি: গী চাকথুংদি, কুত্তটাদি কুৱেট অমসুং ইউনাইটেদ আরব আমিরেটনা থুগাইনা চৎপা মরমনা ইরাক, ইরান অমসুং সাউদি আরাবিয়ানা য়াখি । অদুগা মখোয়না কুত্তটা অসি মখোয় - মখোয়গী শরক্তগী লৌগনি হায়বা য়াখি ।

জুলাই ১৬ তা ইরাক্কী বিদেশ মন্ত্রী তারিখ আজিজনা চিঠি অমা আরব লীগকী সেক্রেটারী জেনেরেল চাদলী ক্লিবীদা পিখি । কুৱেটনা মখোয়গী কুত্তটা থুগাইখি । অদুগা রামালিয়া থাওগী খোনী, কুৱেট অমসুং ইরাক পুন্না লৌবা মফমদা হুরানদুনা থাও লৌখি । বিদেশ মন্ত্রী টারিখ আজিজনা আরব লৈবাকশিংগী মমাংদা খঙনবা টুনিসিয়াদা

ফম্বা আরবগী খ্বাইদগী ব্রাংবা সভাদা হায়খি ।

জুলাই ১৭ তা সাদ্দাম্না কুৱেট অমসুং ইউ: এ: ই: বু চাকথুং হেন্না, পোৎথোক হেন্না পুথোকপগী সিপাইগী ধমকি পিখি ।

জুলাই ১৮ দা সাদ্দাম্না পাম্বা মখৈ তাল্লক্পা অদু ককঙাওনবা ৱা অমা 'দি ফাইনানসিয়েল টাইমস' না ইখি । রুমাইলিয়া খোনীদগী থাও হুরানবা দোল্লার বিল্লিয়ন ২°৪ খক ইরাক্না তাল্লকখি । ১৯৮০ -৮৮ গী ইরাক - ইরান লাঞ্জাওদা কুৱেট, ইউ: এ: ই:, ওমান, কাটার, বাহ্রাইন অমসুং সাউদি আরাবিয়া পুনশিনখি । অদুগা সাদ্দাম্বু আরব লীগতা খুৎ খর থিংজিনবিদুনা থাওগী লম অদুদগী লম লোইনমত্তিং নত্তনা খৎনবা লম অদুগী শরুক খরতা লৌ হায়জরমই ।

ফেব্রুৱারী ১২ দা আমেরিকাগী নীয়ার ইষ্টর্ন এন্দ সাউথ এসিয়ান এফিয়ার্স জোন কেল্লী পার্সী উপসাগর লম পুম্নমক কোইদুনা বাঘদাদতা থুঙখি । মহাক্না বাঘদাদতা লাকপা অদু সাদ্দাম্না শেলগী অৱাবা উদুনা পুক্নিং শাওগৎপা নত্রগা উপসাগরদা লৈবা লৈবাকশিংদা অশাওবা উৎপা মহাক্না খঙদবা শাখি । অদুবু আমেরিকাগী ইরাক্তা লৈনবা ফিবম অদু চাং অমা ওইনা লৈনবা তৌনবনি । নুমিৎ নিনিগী মতুংদা, ভোইস ওফ আমেরিকানা সাদ্দাম য়াওনা পৃথিবীদা লৈবা দিটেক্টরশিং মতোমতগী সাসন তৌবা ময়াম লৌথোক্লবা লাওরকখি । ইউ: এস: রাজদুত এপ্রিল গ্লাস্পীনা রেদিওদা লাওরিবা অদু সরকারগী লোইশঙগী ওইবা পাও নত্তে হায়জিনখি । তৌবদি ৱাশিংটোন সাসন্না য়ারবা সরকারগী মতমদা রেদিওদা লাওবনি । হায়রিবা অদু চহি ময়াম অমা হৌখ্রবা মমাঙদা হায়বা ৱা ওইরমই ।

ইরাক্না সাদ্দামগী লাশ্মী লিশিং কুম্না পৈশিন্দুনা কুৱেটকী সীমানাদা পৈশিন্দুনা থনমই । রাজদুত এপ্রিল গ্লাস্পীনা সাদ্দামদা চুম্না হায়খি

- লাঙ্গাও তৌনবগী নত্তে, উপগ্রহগী তশবীরনা চুম্না উবতনি ।

জুলাই ২২ দা, বিদেশ মন্ত্রী টারিজ আজিকনা কুৱেট অমসুং ইউ: এস: বু শাথিনা ৱাঙাং অমা পিখি । কুৱেটনা য়ান্নখিবা ৱাফমশিং অদু তৌরিবা মখৈ কিনিংঙাই লৈতে হায়খি । জুলাই ২৪ দা ইউ: এ: ই: গা পুন্না লালগী জহাজ তরুক্কা 'নেভেল এক্সর্সাইজ' তৌবা উপসাগরদা তৌখি । ইউ: এস: না কনাগুম্বা লৈবাক অমগী অমসুং অপুনবা আমরিকাগী মরুপশিংগা শৌগৎপা উৎকনি । অদুগা কুৱেটকা সন্ধী অমা ঙাকথোক্লবগী ৱা লৈরমদে । মথং নুমিৎকা ইউ: এস: রাজদূত এপ্রিল গ্লস্পীগা উনখি । সাদ্দাম্না, মহাকপু ৱাশিংটোন্না খর লান্না লৌখি অমসুং ইরাক্লা শেল য়াম্না শাথিনা দরকার ওইখি । কুৱেটনা ইরাক্লা হায়বা অদু চৎপা তাবনি হায়খি । ইজিপকী প্রসিডেন্ট হোসনি মুবারক্লা সাদ্দাম্না কুৱেট লৌগদবগী মান্দে হায়খি । "ঐনসু খনদে অমসুং কনানসু খনখিদে - মদুদি ইরাক্কীশিংনা কুৱেট লোইনা লৌগনি ।"

জুলাই ২৬ তা ও: পি: ই: সি: না জেনেভাদা সভা অমা ফমখি । কুৱেটনা থাওগী পোৎথোক হন্থরগা থাওগী মমল কাবা য়াখি । অদুগা ইরাক্কী লাশ্মী লিশিং কুম্থ্রা কুৱেটতা চঙশিনবা হৌখি । জুলাই ২৮ দা ইরাক্লা মথঙগী চয়োলদদি ইরাক্লা কুৱেটপু ঙাক্কনি । সাদ্দাম্না উশিৎতনা হায়খি, "আমেরিকা মচাশিংদি চেদা য়েকপা কৈনি ।" "মখোয়দি ক॑শু তৌরক্লোইদবনি ।" ২ জুলাই ৩০ দা ইরাক্কী লাশ্মী লাখ অমা শুখরে । রাজদূত মরৈবাক্তা ছুটি চৎখি । আগষ্ট ১ দা সি: আই: এ: না অকুপ্পা ৱারোল কয়া খন্নখি । ইরাক্লা কুৱেটকী মথক্তা লাঙ্গাও তৌবা শোইদ্রবা ৱানি !

কুৱেট অমসুং জিদ্দাদা জুলাই ৩১ দা মহারাজ কুমার অমসুং প্রদান মন্ত্রী শৈদ সাদ আল - আবদুল্লাহ আল সাবাহ উন্নদুনা মখোয় অনিগী য়ান্নদবা পুন্নমক য়াননবা হোৎনরমই ।

ইরাক্কী লুচিংবনা সভা অদুদা থারকপা অদুনা কুরেটশিংবু খৎনরিবা লম অদু থাওগী অধিকার অমসুং বাঘদাদতা দোল্লার বৃন্দ তরা পিথোক্লবা তকশিনখি । ময়াম অসিনা য়ান্নদুনা পিবা ওইরমদে । হুক্কুমনি হায়রমই । নুমিদাংগী মনুংদা মখোয়না তানবা অদু খন্নৌ হায়খি । মহারাজ কুমার অবদুল্লাহনা ইরাক্কী মাইকৈ খর নমহৎনবা হোৎনখি । কুরেটীশিংনা করিগুম্বা দরকার ওইরবদি হায়দুনা পিগে খনখি । ইরাক্কী লমল অদু কোক্লবা অমসুং ঈথৎ অমা ইরাক্কী পিন্নবা য়াখি । অদুবু দিলিগেসনগী মীশিং অদুনা মতুং তাবা পাওতাক কুরেটতগী পামখি । মাইকৈ অনি অসিনা নুমিৎ খরগী মনুংদা বাঘদাদতগী ব্বারী অমুক শানবা য়াখি ।

মথং অয়ুক্কী পুং ২ তাবদা ইরাক্কী লাম্মীনা পুং ৬ কী মনুংদা লোইনা শীল্লমই । অদুগা কুরেটপু ইরাক্তা তিনশিল্লমই । টুর্কীগী প্রসিদেন্ট টর্গটি ওজালনা রাষ্ট্রপটি বুশদা আগষ্ট ২ দা নুমিদাং টেলিফোন্দা ইরাক্লা কুরেটপু লান্দাবা অসি পাও তমখি । ইরাক্কী থাও টুর্কী তান্না পুবা ককথৎতুনা লেপহনখি । ইরাক্কী য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংনা সিমানাদা লাম্মী পৈর-পৈরদুনা ঙক্লা য়েঙদুনা লৈখি ।

ইরাক্কী অখন্নরবা লাম্মী ১,০০,০০০ থাজিন্দুনা অরঙবা খুৎলাইশিং অমসুং রসায়নগী খুৎলাইশিং পুনা নোংথক্কি অপাইবা কয়াগা কুরেটপু ১৯৯০ আগষ্ট ২ দা লৌশিনখি । অদুগা নুমিৎ খরগী মনুংদা ইরাক্কী তরামাপল শুবা প্রদেশনি হায়না লাওথোকখি ।

সাদ্দাম্মা কুরেটপু ইরাক্কী প্রদেশ অমনি হায়বা নিংবা থুংখি । নুমিৎ খরদং ওইরবসু ! বৃটিশকী সার কল্পনা পংচিং - চিংশিনবা ম্যাপ অদু লাল্লে হায়বা প্রসিদেন্ট সাদ্দাম্মা পৃথিবীদা তাকখি । অদুবু ইউ: এস: নত্রগা ইউ: এন:গী জাতিশিং কুরেট থাও দরকার ওইবা কাংবুনা য়াবিগদ্রা নত্রগা য়াবিরোইদ্রা য়েঙবা তাই । খুৎতি চল্লে !

ইরাক্তা কুৱেট লৌরবদা ইউ: এস: গী পার্সী উপসাগরদা তৌরক্কদবা হিরমশিং অমসুং লাম্মী লাখ অমা মখায়না লমদম অসিগী করিগী থমগদৌরিবনো হায়বা চময়বা পোকখি । সাদ্দাম্বু লালফম অমদা, আমেরিকাগী প্রজাশিংনা অয়াবা মওংদা "য়াম্না শাথিনা নত্রগা মরু ফঙনা ইরাক মুথৎপা জিওর্জ বুশগী লোন্না থম্বা ৱাখলনি । মরম অসিদগী তান্নবা খোৎনবা পাম্নমদে অমসুং চাইনপুঙদা সাদ্দাম্বু উন্নবা পামখি । সাদ্দাম্বু হিটলারগী পাঙখক্লি মহাক্লা হায়খি । অদুগা বাঘদাদনা তৌরকপা ৱাহৈশিং বুশনা ককথৎখি । আমেরিকাগী নোংমগী পুনশিগী মওং ইরাক্লা কুৱেট লৌশিনবা অদুনা থোকহল্লে । থাঙ্গৈশেঙবদি থাওনি । অদুগা উপসাগরগী মতুং ফিবম থোক্লক্কবা অদুনি । থাওগী কান্নবা ঙাকথোক্লবা আমেরিকানা পাকশন্না য়াওরবনি ।" ৩

নোংপোক্কীময়াই থংবদা লমগী খংনদুনা লৈবা দেশশিংদি ইরাক, সিরিয়া অমসুং লেবানোন্নি । ইজিপতি ইস্রাইলগা আসাদকী মতমদা ১৯৭৩ দা সিনাই হন্দোক্তুনা নোংচুপলোমগী মীশক ফজনা ওইখরে । পালেষ্টাইন কাংবুবু ১৯৪৮ দগী ইস্রাইল শেম্বা মতমদা লৈবাক অমা ওইনা পিখিদরে । আরবশিংগী অপুনবা খোংথাং অমা থম্বা অমসুং থাওনা খুৎলাই ওইনা শীজিন্নবা অমসুং নোংচুপ লৈবাকশিং নত্তনা অপুনবা পৃথিবীগী লৈবাকশিংবু কান্নবা তৌবগী চঙশিল্লকপা খোংথাংনি । সাদ্দামগী ৱাখল্দা ইস্রাইলনা ৱেষ্ট বেঙ্ক , গাজা অমসুং গোলান হাইগাগী মতমদা কুৱেটতগী ইরাক হন্দোকপা তাবনি । অদুগা অন্তরজাতি সভা অমা নোংচুপ এসিয়াগী সমস্যাশিং অসি খন্নবা বুশনা বেরা তৌরমই । হৌজিক খন্নগদবা ৱাহৈশিং অসিগী মখা তাবা অতৈ সমস্যাশিং লোইনা ঙম্নমক পাঙথোকপা ওইথোক্লোইদবনি হায়না বুশনা হায়খি । ইস্রাইলগা থঙনবা লৈবাকশিংগা লৈনবা আরবকী রাজ্যশিং মরক্তা চহি অমগী আয়গী য়াম্না খেন্নবা লৈবা অসিনা ইরাক্তা কুৱেটপু লান্দাদুনা ৱাথোক ওইনবনি । কুৱেটকী চহি অমগী নাগরিক অমগী আয় দোল্লার ২৪,০০০ (লুপা

লাখ ৬°২৬) নি । অদুগা ভারতকী আয়না ১৯৯১ দা লুপা ৬,০০০ নি । সাউদি আরবতি লাইব্রবা লৈবাক্লি । "আয় চপ মান্ননা য়েঙ্খোক্লবদি, সাদ্দম্মা য়াম্মা কৌদুনা হায়বা য়ারোইদবনি," রিয়াদ অজামিনা হায়খি ।

ইউ: এস: না ইরাক - ইরান লাঞ্জাও, ১৯৮০ - ৮৮ দা ইরাক্কী মীচঙ চঙবিদুনা ঙমখিবনি । অদুগা আয়াটোল্লাহ খোমৈনিনা হেন্না চাওনা ইউ: এস: গী মতুংগী লম্বী ধমকী পিরক্কনি হায়না ইরান্না নাইতোম লাল শোক্লহনখি । ইউ: এস: গী আমেরিকা মচাশিং য়াঙ্খে মঙাবু টেহরান্দা ফাজিন্দুনা থমখিবা অদুননি । নোংচুপ জর্মানী অমসুং ফরাসীগী মতেংনা রসায়ন খুৎশু খুৎলাইশিং ইরাক্না শাবা ঙমখি । সাউদি আরাবিয়াগী নুপীশিংবু য়াম্মা হম্ববা মীয়েংগা লোইননা শীজিন্নৈ । অদুনা সাদ্দামগা শীংনবা অমদা লাল তৌরুনবা শেম-শাখি । সাউদিশিংগী রাজনিতি য়ান্নদবা অমসুং ৱাঙাংবগী ফোংদোক্লবা পুম্নমক ১৯৬০ দগী থিংলগা ইউ: এস: না মখোয়না হায়বা য়াই । য়েমেনিগী লুচিংবনা ইরাকপু শৌগৎনিংই মরমদি সাউদি আরাবিয়াগী মখা থঙবা সিমানাগী য়ান্নদবা লৈরমই ।

কুৱেটতি ইরাক্কী তরা- মাপল শুবা প্রদেশ ওইনা লৌশিনবগী ৱা অসি পুরক্লবদি নোংচুপ এসিয়াগী সমস্যাশিং পুম্নমক খনরোইদবা লৈতে হায়না সাদ্দাম্মা খনখি । মদু ইউ: এস: না সমস্যা অমতংমক খন্নগনি — মদুদি কুৱেটপু ইরাক্না লৌশিনবনি । মঙক কনবা, অন্টর জাতিগী ব্যাবহার য়াওদবা অমসুং ইউ: এস: উৎশিৎতবা উৎপা অমসুং থাওগী পোৎথোক য়োনবগী লাঞ্জাও তৌগদবনি হায়না উখি । ৪

নোংপোক্কী ময়াইথংবা উপসাগরগী লমশিংদা ১৯২২ দগী বৃটিশ সম্রাজ্যনা য়েক্লম্বা নক্সাশিংগী হৌজিক্তা তোকপা হৌরক্লি । চিংনগনবা, অপংবা, লাঙ্গৈরবা, ধর্ম্মনা মাংওইবা, মচেৎ মচেৎ তাবা আরবকী

লৈবাকশিংনা নোংচুপলোমগী পাঙ্গলদা ওইরবশু নত্রগা অপিকপা লৈবাক অমদং ওইরবশু মায়ওনশিনবা লৈবাকশিংনি । পিক্লবা ইস্রাইলবু ইরাক, ইজিপ, লেবানন, সীরিয়া অমসুং অপিকপা উপসাগরগী লৈবাকশিং তরুক্লা লাকশিনবা ঙমদদুনা লৈ । ১৯৪৮ দগী ১৯৯০ ফাওবা নোংপোক্কী ময়াইথংবা উপসাগরদা অথোইবা জাতি অমা ওইবা ঙম্মি । মখোয়দি মখোয় মশেল খৎনবগী মেন্নদুনা লৈ । নোংচুপলোমগী পাঙ্গলশিং ইউ: এস:, বৃটেন অমসুং ফরাসীনা লৈবাক মচা মচাশিং অসি মহৈ - মহৈ খৎনহন্দুনা থম্মি । মসিদগী ইজিপ লৈবাক্তনি মখোয় মশেল খৎনবা অমসুং শৌগৎনবা অসিদগী নাম্থোকপা ঙম্লিবদি ।

নোংচুপ এসিয়াদা থোক্লিবা সমস্যা অসি পৃথিবীগী অতৈ মফম থোকপগা খেন্নবা লৈ । লাল শোক্লবগী মঙতা অসি নোংচুপলোমগী হোষ্টেজ লিশিং কয়া ফাজিন্দুনা ইরাক্কী লেবেনস্রাউথ পুরক্লবা হোৎনখি । অদুগী মথক্তা সাদ্দাম্না 'ফিফথ কলম' শেম্নদুনা ইউরোপ অমসুং নোংচুপ এসিয়া মহাক্লা য়াথং তৌরক্কনি ঙাইদুনা লৈরি । আমেরিকাবু তকশিনবা ইউ: এস: না অন্তরজাতিগী অথিঙবা অমসুং ইরাকপু নাইতোম হিংহন্দুনা শেল থুমগী ফিভম পি ।

পেলেষ্টিইন টেরোরিষ্টশিংনা ইরাক্কী মনাক্তা মখোয়না থবক তৌন্নবা মফম শেমই । বাঘদাদতা থাইনগী মরুপশিং ওইনা উখি । ওক্টোবর ১৯৮৫ দা আবু আব্বাস হায়বা আচিল্লা লাউরো কৌবা ইটালীগী জহাজ অমবু লোন্না পুখিবা অদুসু আবু নিদেলনা হায়বা বোম অমসুং ভিয়েনাগী ইয়ারপোর্ট ১৯৮৫, দিসেম্বরদা পান আমেরিকা ফ্লিট ১০৩ দা বোম্বশিংনা ১৯৮ দিসেম্বরদা থম্বা টেরোরিষ্টশিংগা শীংনদুনা লৈখি । অদুগা অন্তরজাতি টেরোরিষ্টশিংনা ইরাক্লা লৈবা মশীং অসি শরুক অনি হেনগৎখি । অপুনবদা ১,৮০০ ওইরমই । ১৯৮৮ গী পান এম ১০৩ স্কোটল্যান্দ লোক্করবীদা আমেরিকাগী কায়খিবা এরোপ্লেন অদু কর্নেল গাদ্দাফিগী টেরোরিষ্টশিংনা থুগাইবনি । কনানা হায়নৈ অবু নিবেলনা থুগাইবনি !

১৯৯০ দা আব্বাসনা আমেরিকা পৃথিবীদা লৈবা কান্নবা পোৎশিং কয়া থুগাইবা অমসুং কাপখাইবা হৌনবা হায়খি । মরু ওইনা সাউদি আরাবিয়াদনি । পেলেষ্টাইনশিংনা টেরোরিষ্টশিংনা অমসুং ইরাক্তা তুমিন্না শাথিবা লাল অমা হৌখি । টেল অভিভতা ইজ্রাইল জহাজশিংনা আক্রমন অদু মতম চানা থিঙখি । আব্বাসগী টেরোরিষ্টশিংনা অয়াংবা হিনাওশিংদা লোন্না লান্দবা হোৎনখি । লিবিয়াশু লোন্না লান্দবা হোৎনখি । গাদ্দফিনা অন্টরজাতিগী টেরোরিষ্টশিংগী মকোক থঙবা মতেং পিখি । ফিফথ কলম শেন্নদুনা সাদ্দাম্না অন্টরজাতি অমসুং আমেরিকানা ইরাক্কী মথক্তা লাল তৌনবা হোৎনখি ।

“পেলেষ্টাইন হান্না লাকই অমসুং মসি শোইদনা মনিং তমহনগদবনি,” সাদ্দাম্না হায়খি । উপসাগরগী ঈরাঙ অসি শান্তি ওইনা করিগুম্বা য়ান্নবা পুরকপা তারবদি হায়খি । কুৱেট হায়বা রাজ্য অসি বাঘদাদকী সাসন্দগী লোইলমগী সাসন পুবা বৃটেন্না ইরাক্তগী খাইদোকলম্বনি ।

“পেলেষ্টাইনবু মনিং মখা ইহান হান্না তমহন্দুনা অন্টরজাতিগী আইন পাঙথোকনিংবা মখোয়দা ঐখোয়না হঙনিংঙি,” সাদ্দাম্না হায়রমই ।

“ইরাক্তা ঐখোয়গী প্রজাশিংদি য়াম্না ফজদ্রবা লাল অমা প্রসিদেন্ট বুশনা অন্টরজাতিগী জিওনিজম অমসুং অঙাংমচাশিংবু হীদাক অমসুং শঙ্গোম ফঙনবা অদুদগী তোক্তুনা শেল - থুমগী পোৎ - চৈ থিংবা চৎথে,” মহাক্না হায়রমই । ৫ বুশনা মখোয়গী সিমানাদা সিপাইশিং থমখরে, খুৎলাই ঙাক্তা টেকনোলোজী মীহাৎনবা, তুম্না মাঙহন্নবা অমসুং প্রজাশিংগী উইল অদু মায়থিবা পিদুনা তৌরকপনি ।

কুৱেট অমসুং উপসাগরগী মরুপশিংনা পি: এল: ও: বু মীহুৎশিংগী পালেষ্টাইনগী মনিংতম্নবগী হোৎনবনা চঙশিন্দুনা থোক্নদবনি । অদুগা চীয়ারমেন য়াসর আরাফাটনা ইরাক্না নমদুনা মহাক্কী কাহেনবা য়াম্বা সিপাইশিংগী পাঙ্গলনা কুৱেট হায়বা পিক্নবা লৈবাক অসি ইরাক্কী তরা মাপলশুবা প্রদেশ নমদুনা ওইহনবা অদুগী ঈরাঙ শৌগৎলি ।

# পন্দুপ ১১

## ম্যুনিক্কা ভিয়েটনামগা চাংদম্নবা

ইরাক অসি সোভিয়েটকা ইউ: এস: গী মরক্তা কাংলম্ চেন্দুনা লৈরম্বা অনিমক্না চান্না তৌবা নুপামচা ওইরমই । আমেরিকানা চাওনা শেন্নদুনা লৈবা নোংপোক্ ময়াইদা লমকেৎ - লমহাইবা লৈবাক্লি । ইরাক্লা নোংপোক ময়াইদা অথোইবা জাতি অমা আরবকী মরক্তা ওইনবা হোৎনবা, আমেরিকানা থোইনা ঋরৌবা তৌরোই, অদুগা মরাল্ লৈত্রবা কুৱেটপু খুদম্ চনবসি নুংঙাইবা ফিবম্ আমেরিকাদা পিরোই ।

ম্যুনিক্ অমসুং ভিয়েটনাম্‌গা চাংদম্নবা অদু ইরাক্লা কুৱেটপু খুদুম চম্বা অদুগা আলেকজান্দর হাইগনা চাংদম্নখি । অন্টর- জাতিগী য়েৎনবশিংনা ইতিহাসদা হায়ফেৎ মান্নবশিংনা থোইহীনা শয়োম্‌শিংবু চিংশিনগুম্বনি মরম্‌দি মান্নবা অদুদগী অদুগুম্বা মান্নবশিংনা হৌখ্রবা অরানবশিং ওইবদগী চুমথোক্নরমই । উপসাগরগী পোল্লেপ্পা ঙম্‌দবা অদু য়াওদবা নত্তে অমসুং হাইফেৎ মান্নবা ম্যুনিক্ অমসুং ভিয়েটনাম্না ওইবা আমেরিকা মচাশিংদা ম্যুনিক্কি হিটলরবু খুদোংথিবা শম্‌তাইনবা হোৎনবনি অমসুং মদুনা অকিবগী শক্ ওইরবা লাঞ্জাওদা পুন্‌শি মাংনখি । অনিশুবদা খর নহা ওইবা আমেরিকা মচাশিংদা ভি[illegible]টনামদা খুদোংথিবা আমেরিকা লাশ্মী চঙ্‌বনা শেল পিদুনা খরচ হ[illegible]পা ঙমদে । মরু ওইবা মগুনশিং- মনিং মখা তম্বা, খ্বাইদগী হেন্না [illegible]বা, খৎনবা শক্তি অদু অন্টরজাতিগী সমাজনা ঙমদবা মহুৎ ওইখি । ১[illegible]০-৩৯ দা জাপান, ইটালী অমসুং জর্মানিনা মগুন্ অদু য়েৎনিংঙাইনি [illegible]য়না মতোন লোম্না শীংনখি । অদুগা ১৯৩৪

অমসুং ১৯৩৯ দা মরুওইবা খেন্নবদি জপান, জর্মানী অমসুং ইটালীগী পাঙ্গল হেন্না কন্‌খৎলক্লি। লাঞ্জাও অমা তৌদুনা থিংবা তাখি। চৎথোকপা অদুনা মনিং মখা তম্বা অমসুং ঈগী খরচ তৌবা অমসুং জাতিগী লনগৈ নাটক্কী মরী লৈননা হেনগৎপা ঙম্‌দে। আলেকজান্দর হাইগকী মৎতা সাদ্দাম হুসেইন অমসুং ইরাক্লা কুৱেটপু লান্দাবা অদুদি কয়া শেঙ্‌দবা, শেল- থুম্‌গী মরম্ ওইবা অমসুং আরবকি জাতিবু খুম্মাং থাদুনা লৈনবা তৌবনি হায়খি। মখোয়না মহাক্কী অমুক হেন্না অঙম্- তানবা চুম্নবা ওই। অন্টরজাতি সমাজনা য়ারবদি হুসেইন্‌গী ইরাক্লা কুৱেট জয় তৌবা অদু য়াদুনা লান্‌ঙম্বগী কান্নবা ফঙগনি। লম্ তক্‌শিনবগী কান্নবা অদুনা খুৎলাই ওইরগা থাওনচিংবা য়াওরগা ইরাক্তি য়াম্না হেন্না কনখৎপা তাই। অদুগা মীয়াম্ মাংহন্নবা খুৎলাইশিং নোংচুপ ইউরোপতগী লৈদুনা অমসুং শেম্‌গৎতুনা মতুং ইন্নিংই। অন্টরজাতিনা তুমিন্না লৈথোক্তুনা নত্রগা লাঞ্জাও অমদা মায়থিদুনা চিরবা মতম্ অদুদা ইরাক্লা তৌবা ঙম্বা উৎলি।

ইরাক্লা জয় ওইরবা মতুংদা ইউ: এস: অমসুং ইজ্রাইলনা ইরাক্লা লুচিংবা আরব্ সংসারদা য়েক্লবা ওইনা লেপ্‌কনি। হুসেইন অমসুং আরব্‌কী অপুনবা লৈবাক্‌শিংগা ইজ্রাইলনা মরুওইনা চঙদ্রবা য়াদবা পোৎচঙ্ লৌদুনা ইরাক্ অমসুং আরবগী লৈবাকশিংগা পাঙ্গল্ চাংয়েংনবা লেপ্পবা মতা শম্না হায়রবদা থাঙ্গৈশেংবা ম্যুনিক্কী পাংখক্লি।

ভিয়েটনাম্‌গা চাংদমনবা অমনা অচুম অরান থিবা কাংবুনা হো চিন্ মিনহগী ভিয়েটনাম্ অদু সামাজবাদকী দশা তারবা মীগুম্না উবননি; আমেরিকা মচাশিং কঙ্গ্রেশ পার্টীনা অয়াবনি হায়খিদে। কনা অমতনা সাদ্দাম্ হুসেইম্বু মীনা খঙবিদনা দশা তারবা অমনি। মশানা য়াজনা আইন থুগাইবা অমনি হায়বা ব্রা পুথোক্তে। অচুম- অরানগী মফম চানা থমদবা নত্রগা মীনা খঙ্‌নদবা আইন্না য়াবা অদুনা খ্বাইদগী হেনবা তৌইগুম্বসুং য়াম্না হেন্না কম্বা ভিয়েটনাম্‌গী চাংদম্নবা মখল অদুনি হায়বদি

জয় তৌবা নত্রগা মায়থিবা হায়বা অদুনি । আমেরিকা মচাশিংনা খা-নোংপোক্ এসিয়াদা আমেরিকাগী লৈবাক্- ঙাক্লোলদি মশানা মায়থিজবনি । লাঞ্জাও অদু য়াম্না শেংবা রাজনিতি মরমদা নত্রগা মাইকৈ লেপ্পা লাম্মীগী পম্বুংফম ওইরমদে । প্রসিদেন্ট বুশনা ইরাক্লা স্বত অমতা য়াওদনা কুৱেটতগী হন্দোকপা, অদুগা কুৱেটকী সরকারবু অমুক্ হঞ্জিনবা অমসুং উপসাগরদা শান্তি অমসুং লৈবাক্ মরা চেৎনা থম্বনি ।

ম্যুনিক্কা মান্নবা হায়বদি হুসেইনসি হিটলর অমা হান্নবা ওইরে তৌইগুম্বসুং মহাক্পু মদু ওইহল্লোইদবনি । অদুগা ভিয়েটনামগী মান্নবা অদুনা ইউ:এস:বু করম্না তাকই হায়বদা মহাক্লা শক্তি শীজিন্নবা তোক্কদবনি । ইউ: এস: গী ওইহন্নিংবা অদু অচুম্বনি অমসুং তশেং-তশেংনা উরবোইদি মদু শীজিন্নবা তাবনি । ১

কুৱেটপু ইরাক্লা খুদম হেক চনবগা ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিলনা রীজোলুসন ৬৬০ আগষ্ট ২ দা লৌদুনা কুৱেটতা ইরাক্লা লান্দাদুনা খুদুম চনবগী নিন্দা তৌখি, অদুগা লৈবাক অদুদগী হন্দোক্কদবনি হায়না রীজোলুসন লৌখি । অদুগা আগষ্ট ৬ তা কাওনসিলনা রিজোলুসন্ ৬৬১ লৌদুনা লল্লোন্- ইতিক্কী পোৎশিং ইরাক্ লৈবাক্তা পুথোক্-পুশিন তৌবা থিংদুনা থম্বা য়ানখি । কুৱেটপু ইরাক্কী প্রদেশ অমা ওইনা তিন্শিন্বা য়ারোই হায়না ইউ: এস: না রীজোলুসন্ ৬৬৪ লৌখি, অদুগা রীজোলুসন্ ৬৬৫ কী মতুংইন্না আগষ্ট ২৫ দা ইউ: এস: না জাহাজশিংগী পাঙ্গলনা শেল্-থুম্গী অথিঙবগী অধিকার পিখি ।

প্রসিদেন্ট বুশনা প্রসিদেন্টগী পাঙ্গলদা মনুংদা সিপাইশিং অমসুং এফ-১৫৫ ফাইটরশিং সাউদি আরব্ লৈবাক্লোম্দা সাদ্দাম্ হুসেইন্না লান্দরকপা অহানবা ওইনা আগষ্ট ৭ তা থিংনবা থাখি । ইউ: এস: গী সিপাই ২,০০,০০০ রীজার্ব ওইনা লৌখৎনবা দীফেন্স সেক্রেটারী দিক্ চেনীদা শিনখি । ইরাক্কী মাইকৈদা প্রসিদেন্ট বুশ অমসুং প্রসিদেন্ট

গোর্বাচোফনা সেপ্টেম্বর ৯ দা হেলসিন্‌কি রাজধানিদা ইরাঙ্ অদুগী মরম্‌দা সভা অমা ফম্‌খি । অদুবু ব্রা ঙাংনবা মখা চৎথবা য়াদদুনা লোইশিন্‌খি ।

ইয়ার ফোর্স চীফ্ ওফ্ ষ্টাফ্ মাইকেল দুগান্না করিগুম্বা লাঞ্জাও অমা লাক্লবদি ইউ: এস: না এরোপ্লেনশিংনা বোম্বশিং সাদ্দাম হুসেইনগী মথক্তা হৈথবা তম্‌গদবনি হায়না অতম্লনা হায়দবা দীফেন্স সেক্রেটরী দিক চেনীনা অদুবু ব্রা ওইনা ফোংদোকপা হায়বা অদুদি মহাক্কী লাঙ্গৈরবা ব্রাখল্লি হায়না চৈখি । আমেরিকাগী মীঁরৈবাক্কী ব্রাখল্ লোন্দি সাদ্দাম হুসেইন্বু মফম লৌথোক্‌পা নত্রগা মহাকপু হাৎতোকপা নত্তে । মহাক্‌পু অসুম হিংনা থম্বনি । আরব লৈবাক্‌শিংগী মরক্তা য়াম্না খাবৈ খর শাবা নত্রগা হোংদোক-হোংজিন্ আরব লৈবাক্‌শিংনা তৌবা, খন্নরবা মতুংদা, ব্রাখল্ চংবা পান্নমদে । মরমদি লাঞ্জাও অদু আরবশিংগী তোপ- তোপ্না শীনবা তাবনি অমসুং আরবশিংনা আরব্‌গী মথক্তা তৌবা লাঞ্জাও ওইগনি । আমেরিকানা চুম্নগী কুবেটপু ইরাক্কী মখুৎতগী হন্দোকপা পামই অদুগা অতৈ হীরমশিংগা পুনশিন্নবা পামদে । মরমদি আমেরিকানা পার্সী উপসাগরদা খাবৈ- খর শাবা পামদে । অদুগী মথক্তা আমেরিকানা উপসাগরদা লৈবা আরব্ লৈবাকশিংনা হান্না চিংনদুনা লাকইবনি ।

নবেম্বর ৩০ দা প্রসিদেন্ট বুশনা সেক্রেটারী ওফ্ ষ্টেটস্ জ্যামস বেকরবু বাঘ্‌দাদতা বিদেশ মন্ত্রী টারিখ আজিজগা কুটনিতিগী য়ান্নবা অমা ইরাক- কুবেটগী মরীগী মরমদা খন্নবা থারমই । অদুবু খন্নবা অদু মহৈ য়ানবা ঙমখিদে । ইউ: এস: না সাদ্দাম হুসেইনগা উপসাগরগী সমস্যাশিং অদু কুটনিতিগী ওইবা পাম্বৈশিং লৌবা য়াম্না ব্রাংলমই । কক্‌চেংগুম্বা লৈবাক্ ইরাক্না লাম্বা ওইনা খন্দুনা আমেরিকানা চৎথখি, অদুনা আমেরিকানা অচৌবা লাঞ্জাও অমা থোকহন্দুনা লাল্ তৌবা পান্নমই । কুটনিতিগী সত্বাশিং ব্রা ইতৌ- তৌরমদনা লাঞ্জাও অমা থোক্‌পগী লৈবাকশিং মীচং খোম্বা অমসুং উপসাগরগী মফম্‌শিংনা লাম্মী য়াম্না

পৈখৎপদা উখি। উপসাগরগী লাঞ্জাও অদুদি ভিয়েটনাম্ লাঞ্জাওদা মাইথিবা অদুগী লমন্ খুম্নবনি। পৃথিবীদা খ্বাইদগী চাওবা সুপর পাৱার ওইরগা ইরাক্তুম্বা কক্চেংগুম্বা লৈবাক্কী লাম্বা তৌবদি, ঝঞ্জা ময়াম্ তৌবদি ফাগী ময়াম্ পৈখৎপনি।

## সোভিয়েট ইউনিয়নগী অনৌবা খোংজেল :

সাদ্দাম হুসেইন্না অচৌবা মাংহনবা, অদুগা চবেং চবেং ঙাংদুনা ইউ: এস: গী চৈফু ঙাইরমই। সোভিয়েট ইউনিয়ন্না 'পার্মেনেন্ট মেম্বর' অমা ওইনা সুপর পাৱার ওইনা ইউ: এন: সেক্যুরিটি কাওনসিলদা ভেতো পৱার অমতা শীজিন্নখরে। 'অঙৈংবা লাঞ্জাও' লোইখিবগা অমসুং নোংপোক অমসুং নোংচুপ জর্মানী পুনশিন্দুনা সোভিয়েট ইউনিয়নগী তুগদবা ফিবম অদু ১৯৮১ দগী অসুম অসুম চাওনা উরকই। মাগী ফিবম অদু অরুবা তাংফম অমা য়ৌশিল্লমই। সোভিয়েট ইউনিয়ন্না মহাক্কী খুৎশেমগী উপগ্রহ ক্যাবা অমসুং ইরাকপু নিউক্লিয়ার ছাতিন্না খনবদা য়াওরমদে। সোভিয়েট ইউনিয়নগী রাজ্য ময়াম পুনবদগী থোকপগী মনুংদা ঈরাং লাক্লমই। অদুগা শেল-থুমগী ফিবম মার্ক্সিজম-লেনিনিস্ট কম্মুনিজম দিক্টেটর হোংদোক্নুনা ময়ামগী ওইবা লন্নাইগী ওইবা শেল-থুম লল্লোনবগী ৱাখল লাক্লমই। সোভিয়েট ইউনিয়ন্না কাঙ্গবমক্তি হৌরক্ত্রি।

## আমেরিকাগী পাঙ্গল হন্থনা উবা :

অহমগুবা লৈবাকশিংদা লৈবা লুচিংবশিংনা হায়নৈ, "আমেরিকাদি চেদা য়েকপা কৈনি।" মাগী লাম্মীগী লাম্থোং ঙাকথোক্পা ঙমজদবা অমসুং তশেংনা তাক্তবনা অকিবা মশক্ ওইবা মমল্ পিখি। কোরিয়া লাঞ্জাওদা মদুনা তশেংনা ঙমদবা অমসুং ভিয়েটনাম লাঞ্জাওদা ঙাক্থোক্লবগী লাম্থোং শীনবগী নিংবা কাইবনা আমেরিকা মচাশিংবু লাঞ্জাও অদু মপুং ফানা থাদোক্পা তাখি। মহাক্কী লৈবাক্না "ইউনাইটেদ ষ্টেটসনা (লাঞ্জাও)

শোক্লবগী উইল ৱাংলি ।" ২ মদু পৃথিবীগী অচৌবা জাতিশিংনা খল্লমদে । ইউ: এস: না সোভিয়েটকা লাঞ্জাও থোক্লবদি লিবীয়াগী কর্নেল গাদ্দাফি নত্রগা পানামাগী হীদাক্ লল্লোনবা নোরিয়াগা নত্রগা গ্রেনাদা নত্রগা (মতুংদা হাইটিগী জেনরেল পাওল্ সেদ্রাসবু ওক্টোবর ১৯৯৪ দা) সোভিয়েট ইউনিয়ন মায়য়োক্লবা য়াওদ্রবদি মথৌনা ফবা ঙমই । হান্নগী প্রসিদেন্ট লীন্দোন জোন্সন্না আমেরিকাবু খঙলেপ - লেপ্পবা মথৌনা ফনা শিংনবা ঙমই । আমেরিকাগী লান্মী হায়বা ইলহনবগী শক্তি ঈশিং ঈচেল্ হন্থবগা লোইননা, মহাক্কী প্রজাশিংগী হক্ মীরৈবাক্ মপান্দা ঙাক্পা দরকার ওইখি ।

সোভিয়েট ইউনিয়নগী চঙজরকপা রাজ্য অমা ওইরবদি ৱারেপ লৌবা হেক্তা তোক্কুনা আমেরিকাগী পুক্লিং য়াম্বা তাক্লিংঙাই ওই । হান্নগী প্রসিদেন্ট জে: এফ: কেনেদীগী মতম্দা কুউবদা সোভিয়েট ইউনিয়ন্না এটোম্গী মৈকাপ্পী য়ুংদুনা পৃথিবী অহুম শুপা লাঞ্জাও থোক্পা তারবদা এট্রোর্নী জেনরেল রোবর্ট কেনেদীনা ক্রেমলিন্দা প্রসিদেন্ট খ্রুচোভ্তা লাঞ্জাও অমা থোক্তনবা চঙ্জদুনা হায়জখি ।

পার্সী উপসাগর লাঞ্জাও অমা থোক্লকপগী মরুশিংদি ইউ: এস: গী হান্নগী ফিবম, হনবা ওইনা ইউ: এস: রাজদুত ফ্রান্সিস সি: মেলোই হায়বা লেবেনোন্দা থারক্পা রাজদুত্ অদু রাজনিতিগী মীহাৎ অমা হাৎতুনা ১৯৭৬ জুন ১৬ তা শিখি । মীহাৎপা নুপা অদুগী মশক অমসুং মমিং খঙলবশু ইউ: এস: সরকারনা থাঙ্গৈ শেংবা অওইবা অদু ফুমদুনা আমেরিকাগী প্রজা নত্রগা ইউ: এস: কঙ্গ্রেসনা তক্শিল্লক্তুনা মীহাৎপা অদু কনা কনা দায়িত্ব ওইবগে হায়রক্তুনা কুপশিনখি । ইউ: এস: না মীহাৎপা অদু লমন্ খুম্বা ঙম্দনা ১৯৮০-৮৯ দা লেবেনোন্দা লৈবা আমেরিকাগী নাগরিকশিং শিবা মশীং হেল্লকপা অদু আমেরিকাগী কিথি- কিরুম্ তৌবা অদু মখোয়না মথৌনা ফরকপনা য়াম্না হেন্না খঙ্নবা হৌরকখি ।

ইরাকপু সোভিয়েট্ ইউনিয়ন্ নত্রগা চিনা মতাং চানা 'অঙ্গৈংবা লাঞ্জাও' লোইরগা মতুংদা, নোংপোক অমসুং নোংচুপ জর্মানী পুন্শিল্লবা মতুংদা ১৯৮৯ ওক্টোবর ৩ দা খুৎলাইশিং পায়হল্লবা মতুংদা মখোয়না ইউ: এন: দা আমেরিকা অমসুং মরুপশিংগী (এল্লাইড) মীচং চংশিনবনি । জর্মানীনা স্কুদ্ মৈকাপ্পীশিংগী কাপ্পা ঙম্বা অরোম্বা ওইনা হেন্দোক্লহন্না সাদ্দাম হুসেইনগীদমক্ অচৌবা থিকা অমা তৌদুনা পৃথিবীদা ঈরাং থোকহল্লি । অদুগী মথক্তা গোর্বাচোভকী পেরেস ট্রৈইকা য়েঙদুনা কম্মুনিজম্ মরাই চাইথবা মতম্ লোন্না সোভিয়েট ইউনিয়ন্দা লাক্লবা অমসুং মখোয়গী লৈবাক্কী শেল্- থুম্ অবস্থা নিংখাইরক্কদৌবগী মরুমদা মখোয়না সাদ্দাম হুসেইনবু ঈরাং অদু তৌহনবনি । মদুগী মনুংদা সোভিয়েট ইউনিয়নগী ভুটকা আমেরিকা লুচিংবা জাতি কুন্নিপান্না লাঞ্জাওগী পারা ওইরাইবনি ।

সাদ্দাম্ হুসেইন্না আমেরিকাগী ভিয়েটনাম্গী লাঞ্জাওদা ১৯৭৩ দা মায়থিরবা তুংদা অমসুং মাঙ্দা অৱাং কোরিয়াদা করি অমতা লাক্শিন্বা ঙমদনা (চিনা অমসুং সোভিয়েট্ তুংদা লেপ্তুনা) মায়থিখিবা অদুদা আমেরিকাগী শুৎশু- খুৎলাইশিং, লৈবাক্কী মরল্- মথুম, শেল্ অমসুং পোৎ-চৈ লৈন্ লৈনা পাংদবা জাতিনি হায়নবা মতম্ অদুদা ইউ: এস: গী মরিংজেল লৈবা তাংদাংবা খঙনবা ইরাক্কী সাদ্দাম হুসেইনবু সোভিয়েট্ ইউনিয়ন্না তান্নদুনা কক্চেংগুম্বা ইরাক্পা পাঙ্গল চাং য়েঙ্ববনি । চিনা অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়ন্না কম্মুনিষ্টগী লৈবাকশিংদি ইউ: এস: অমসুং মরুপ লৈবাক কুন্নিপাল লেঙদনা মরৈবা মশানা তাখি ।

কোরিয়া লাঞ্জাওদা লৈবাক্ অমগা অমগা ঙম্নদ্রবা অমসুং ভিয়েটনাম লাঞ্জাও মায়থিরবা মতুংদা আমেরিকা প্রসিদেন্টনা লন্নাই লাঞ্জাও মথং মথং মায়থিখিবনা ইউ: এস: না মশা মথন্তনা কঙ্গ্রেশনা হাওস ওফ্ রীপ্রজেন্টেটিভ য়াওদনা 'ৱার পাৱার' রীজোলুসন্গী মতুং ইন্না থা অহুমগী ৱাংমদা ইউ: এস: না লাঞ্জাও অমা তৌবগী সংবিধান্না পাঙ্গল্

পিদে খংদুনা পিক্লবা ইরাক্লা মশাগী য়াম্লা লান্‌গী শেমশারবা মতুংদা ইউ: এস: বু লক্লখি । আমেরিকা প্রসিদেন্টগী পাঙ্গল্ অচৌবা নত্রগা সুপর পাৱার সংবিধান্না লাক্‌থুনা থনমই । মরমদি ‘ওম্‌খৈ নাইবা লাঞ্জাও’ নত্রগা ‘লিমিটেদ্ ৱার’ হায়বা কোরিয়া অমসুং ভিয়েটনাম্ লাঞ্জাওশিংদগী লাঞ্জাও অশেংবগী খেন্নবা অমা নৌনা লৈবা হৌরকখি । ২

পি: এল: ও: গী মীকি- মীখঙ্‌হন্নিংবা টেরোরিষ্টশিং কাংবুনা আমেরিকাগী থৌনা য়াম্লা উবসিদা মথৌনা ফবা হেনগংখি । ইরাক্কী সাদ্দাম্না শোইদনা মীকি- মীখঙ্‌হন্নিংবা কাংবুনা ১৯৮৩ দা আমেরিকাগী সিপাইশিং ২৪১ হাৎপা মতম্‌দা ইউ: এস: না লোংনা হিপত্তুনা হন্দোক্‌খিবনা সীরিয়ানা সোভিয়েটকী উকিল্‌দা চংবা মীবু শাওখিগনি হায়বগী কিবনা হন্দোকখি । অমসুং সীরিয়ানা মতুংদা লেপ্পা মীকি- মীখঙহন্নিংবা কাংবুনা সোভিয়েটকী কে: জি: বি: গী য়াথং মতুং ইন্না সি: আই: এ: গী মকোক্ থঙ্‌বা থবক তৌবা ৱিল্লিয়ম বুক্লীবু ১৯৮৫ দা চেন্দুনা পুখি অমসুং মহাক্‌পু ওৎতুনা শিরে । ইউ: এস: না হৌনবী খঙ্‌না মাগী মমিৎশিংদু য়েঙ্‌দনা লৈখি । ৩

অমুক হন্না, ১৯৮৯ জুলাই ৩১ দা নোংপোক্কী ময়াই থঙবদা মীকি- মীখংহন্নিংবা মীশিংনা ইউ: এস: কী পাওলুম্বা ম্যারিন্ কর্নেল হিগ্গিনপু হাৎতোক্তুনা ভিদিও টেপতা থৌরী য়ান্দুনা মহাক্কী অশিবা মশা অদু চাওথোকচনিংঙাই ওইনা উৎখি ।

১৯৯০ জুলাই ২৫ ইউ: এস: রাজদূত এপ্রিল গ্লাস্পীনা সাদ্দাম্ হুসেইনবু ওফিসতা উন্নবা মতমদা কুৱেটকী সীমানাদা ইরাক্কী লাম্নী লিশিং কুথ্রা লৈবা খুৎশেম্‌গী উপগ্রহদা উরে হায়না কন্না প্রতিবাদ্ তৌবা ঙমজদে । “ঐখোয়না নখোয়গী সীমানা কুৱেটকা য়ান্নদবা অদু আরব- আরবকী খংনবশিং অদুগী মোং লৈজদে । মতুংদা প্রসিদেন্ট বুশনা তাইশিন্নবা ওইনা হায়খি, ঐখোয়না য়ান্নদবা অদু শান্তিগী পাম্বৈনা

ব্বারোইনবা খ্বাইদগী ফবনি অমসুং লাম্লীগী শক্তি নত্রগা খৎনবা য়াওবগী ধমকী নত্তে।" ৪ রাজদুত্ গ্লাস্পী অমসুং বুশনা অহুমশুবা লৈবাক্‌শিংদা লৈবা আরবকি লুচিংবা, দিক্তেটর অমদা ব্যবহারগা লোইননা অমেংবা ব্বাঙাং ঙাংলুবদি তায়োননা থোক্লমই। চাওখৎপা অমসুং ব্যবহার খঙ্‌বা পৃথিবীগী লোনচৎ য়াওদনা আরব মচাশিং ওইরয়ই। মখোয় অনিগী অমেংবা ব্বাহৈশিংনা ইরাক্লা কুৱেট লান্দানবগী চঙ্‌শিনবা ওইনা থোক্লমই। "আমেরিকাগী শোন্না হায়রিবা পাওশিং অসিনা সাদ্দাম্ হুসেইনবু খঙ্‌লে হায়না তাক্‌পা ওইরমদে। আমেরিকাগী অনিংবা অদুগী লমওঞ্জে অদু লৌবা কুইরে অমসুং মদুশু ব্বাৎনা খঙখি। প্রসিদেন্ট বুশনা নিউক্লিয়ারগী অরোইবা ব্বা পিরমগদৌবনি অমসুং মহাক্লা মতা চানা নোক্‌থোক্লমগনি। সোভিয়েট ইউনিয়ন্না ঙাক্লুনা অশুম লৈবনা, মহাক্লা ইউ: এস: গী কনখৎপা ব্বাঙাং অদু শান্তি কোক্‌পা ওইনা লৌবা ঙম্‌ই হায়না খনখি। অমসুং মতৌ মান্দবা থৌদোক অদুদা মসিনা মরক্তা য়েৎখি, ভিয়েটনাম লাঞ্জাওনা প্রমান্ পিরি, মদুদি ইউনাইটেদ ষ্টেটসনা জয় তৌবগী অনিংবা অদু ব্বাৎলি।" ৪

ভিয়েটনাম্ লাঞ্জাওগী মতুংদা পৃথিবীগী শক্তি অমগা অমগা লৈনবা মপুং ফারকপনা ইউ: এস: গা মায়য়োক্লনা লেপ্পদা সাদ্দাম হুসেইন্না হো চিন মিনহগুম্বা লুচিংবা অমগুম্না লেপ্পা নত্তে, মহাক্তি মখা থঙ্‌না ভিয়েটনামগী ভুয়েন্ ভান থীইউগুম্বতনি। মখা থংবা ভিয়েটনামদি ইউ: এস: গা চাংদম্নরুবদি বিন্দু অমতগুম্বনি। মদু মাংবদা আমেরিকানা নাচুংবা নত্তে মরম্‌দি মোস্কো অমসুং পেকিংগা লাম্থোং শীনবা অরুবনা হেল্লি।

অঙৌংবা লাঞ্জাও লোইরক্‌পদা, ইরাকশু নক্লাদা সোভিয়েট ইউনিয়ন্‌গা চাংদম্নবদা বিন্দু অমতগুম্বনি। মদু মাংবদা সোভিয়েট ইউনিয়ন্না নাচুংবা লৈরমদে মরম্‌দি লাম্থোং শীনবা আমেরিকা অমসুং নোংচুপকী লৈবাক্‌শিংগা

লৈরমই । অদুনা ১৯৯০ আগষ্ট ২, ইরাক্না কুৱেট লৌশিনবা মতম্দা ইউ: এস: সেক্যুরিটি কাওন্সিল্লী রীজোলুসন ৬৬০ গী মতুং ইন্না সোভিয়েটনা আইন থিংবগী মহুৎতা ইরাকপু নিন্দা তৌখি ।

ইউ: এস: গী লাশ্মী পৈখৎতুনা সাউদি আরাবিয়ালোমদা সাদ্দাম্ হুসেইন্না লান্দারক্তনবা টেলিগ্রাফ্ মরোন্দা 'ওপেরেসন্ দেজর্ট্ শীল্দ' কৌবা অমা থনম্ই । অহানবদা অপাবা চুঙ্গোই অমা ঙাক্লবা ওইরমই । প্রসিদেন্ট বুশনা ইরাক্কী মথক্তা লাল তৌনবা আমেরিকাগী লাশ্মী ১,৫০,০০০ গা অমুক ১৯৯০ নবেম্বর ৮ দা আর্মর দিভিজন্ অনি অমসুং আর্মর কেভেল্রী রেজিমেন্টগা ২৩,০০০ লৈবা অদুগী মথক্তা থনম্ই । মী খরনা খুদক্তা লাল তৌদুনা কুৱেটতগী ইরাক্কী লাশ্মী তাম্থোক্লবা হায়দুনা প্রসিদেন্ট বুশনা য়াম্না হৈশিংনা মতাং অমসুং মতম্ চাদনা লাল্ চঙ্বা য়াখিদে । মহাক্না হাথু- হাথুনা ইরাক্পু কুৱেটতগী তাম্থোক্লিংলমদে । ১৯৯০ আগষ্ট ৮ দা এয়ারবোর্ন দিভিজন্ ৮২ শুবা অমসুং ইউনাইটেদ্ ষ্টেটস্ ইয়ার ফোর্সনা সাউদি আরাবিয়াদা লান্দারক্পা থিংনবা য়াম্না থুনা নুমিৎ অদুদা থাখি । থারিবা অদুগী মরমদি ইউ: এস: লাশ্মীনা মশা মতোম্তা ঙাক্চনবা মপুং ফাবা ওইনবনি । অদুগা সাউদি আরাবিয়া অমসুং পার্সী উপসাগরদা লৈবা মরুপশিং ঙাক্লবা ওইরমই ।

অহানবদি ইয়ার ফোর্সগী অহানবা টেক্টিকেল্ ফাইটর ৱিং অমসুং নেভী কেরিয়ারশিংনা সাউদি আরাবিয়াগী নোংথক্কী লম্ ঙাকপা, অদুগা লান্দাবা ঙম্বগী শরুক্তি ঙম্খৈ য়াম্না নাইরম্মী । ইউ: এস: না ইরাকপু লমন্ খুম্বগী থবক্তি ৱাংলমই । ইয়ার বোর্ন দিভিজন্ ৮২ শুবা সাউদি আরাবিয়াগী অৱাংথংবা লম্দা থনমই । অদুবু কুৱেট অমসুং সাউদিগী সীমানা ইরাক্কী মচং ওইবা রীপ্লবিকান্ গ্যার্দস লৈবনিনা ইউ: এস: গী ফিবম্ থিনা অহোবদি লৈরমই । জেনরেল্ স্বার্জকোপনা প্রেস্ কন্ফরেন্স অমা উপসাগর লাঞ্জাও লোইবদা মদুগী মরম্ হায়খি, "থবক্ তৌবা

মতৌ অসিগী য়াম্না ঙনবা পোরেপ্‌ফম্‌ মতম্‌ অদুদা ঐখোয়না মফম্‌ অসিদা শাগৎতুনা লৈবা মতম্‌ অমসুং ঐখোয়না কংফান্দা কয়া লৈরমদে, নখোয়না ঐখোয়দা মফম্‌ অসিদা মপুং ফানা লৈবগী মিংচৎ পিখি অমসুং মদুগী ফল্‌না য়াম্না পুক্লিং লুম্বা থাজবা পিখি, মদুদি ঐখোয়বু অদুক্‌ হাক্লা থুনা আক্রমন্‌ তৌরক্লোই হায়না ঐহাক্লা খনখি ।"

ইউ: এস: দা লৈবা ইনফেন্ট্রী দিভিজন ২৪ শুবা, কেভেলরী দিভিজন্‌, অদুগা আর্মর দিভিজন ২ শুবা অমসুং আর্মর কেভেলরী রেজিমেন্ট ৩ শুবা সাউদি আরাবিয়াদা থুঙলখি । সাউদি আরাবিয়াবু খোংমীগী লান্দারকপদগী ঙাক্লবা সাউদি টাস্ক ফোর্স শেন্নমই। অহানবদদি উপসাগরদা লৈবা আমেরিকা লাস্মীনা লাম্হোং শীন্নবা, লাল তৌনবা অমসুং লালগী শীম্হোক- শীঞ্জিন্‌ থবক্‌শিংদা শীজিন্নখি ।

**ইউ: এন: গী অথিংবা থম্বশিং ঃ**

১৯৯০ আগষ্ট ৬ তা ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিল্‌না ভোট ১৩-০ ফংদুনা (ক্যুবা অমসুং য়েমেন্না নাথৈদুনা লৈরগা) রীজোলুসন্‌ ৬৬১ চৎতুনা ইরাক্কী মথক্তা লল্লোম্বা অমসুং শেল্‌ থাদোক্‌- থাজিন্দা থিংখি । মদুগা অহাম্বা ইউ: এস: গী য়ুম্‌গী যাত্রাদা থাবা, জাতিগী লাম্হোং শীনবগী ওইরমই । ১৯৯০ আগষ্ট ৮ দা প্রসিদেন্ট বুশনা হায়খি, "হৌজিক্‌ আন্টর জাতি আইন্দা কাগোক্‌ মনুংদা হাঞ্জিন্দুনা থম্বা য়াথংশিং অসিনা ইরাক্‌পু লান্দাবগী মহৈ তাদনবা ওইরকনিংঙাই ওইবা মগুন্‌ লৈরবশু মমিগী (লল্লোন্‌পোৎশিং) পুশিনবা নত্রগা থাদোকপগী তৌবা ঙমবগী থবক্‌ অদু তশেং- তশেংনা ঙমখৈ নাইদুনা করিগুম্বা অমগী মমল্‌ থোইদোক্লা থাওনি ।" ইরাক্কী অয়াম্বা রাজ্যগী আয়দি থাও মীরৈবাক্তা য়োনবা থাদোক্‌পননি । থাওবু থিংলবদি মাগী আয় লাক্লিংঙাই লৈরমদে । সিপাইগী থবক্তি চুম্না অহানবদদি ঙাক্তুনা য়েক্লবা চংবা ঙম্‌দনবা হোৎনবনি । জাহাজশিং

অমসুং সমুদ্র খোংবানগী শেন্নবা কর্ম্মচারীশিংনা ইরাক্কী মায়োক্তা থবকশিং তৌবা অমসুং লাম্থোং শীন্দুনা লান্দাদুনা জহাজশিং পুম্থিং থিংবনি । ১৯৯০ আগষ্ট ১৭ তা ইউ: এস: এস: জোন্ ১ হোলনা ইরাক্কী টেঙ্ক অল ফাও হায়বা অদু লোহিত সাগরদা থৎখি অমসুং ইউ: এস: অমসুং বৃটেন্না ইরাক্কী টেঙ্করশিং অল্ অবিদ অমসুং আল বাইয়া পার্সী উপসাগরদা থৎলমই । জাহাজ ২০০ না জাতি ১৩ দগী ঈশিংগী লম্বীদা ১০,০০০ রক শুনা থৎলমই । সাদ্দাম্ হুসেইন্গী ইরাক্কী সমুদ্র খোংবান্দা মীঁরৈবাক্তগী অমসুং ইরাক্তগী লম্লোন্- পোৎশিং অমতা য়োনখিদে ।

ইউ: এস: কী অয়াম্বা য়েঙনবগী মরৈদি শেল্- থুমগী অথিংবা অদুনা রাজনিতিগী পম্বুংফম্ উপসাগরদা পিবরা হায়বা অদু ওইরমই । অদুগুম্বা ফিবম্ জেনরেল কোলিন্ এল: পোৱেল্না, জোইন্ট চীফ্ ওফ ষ্টাফ্না শৌগৎখি । শীন্ফম্গী ওইবা সিপাই ওইবনা শক্তি শীজিন্নবা অয়াম্বা মতম্দা পাম্নদে । "ভিয়েটনাম্দা ময়াম্গী মরক্তা উপদ্রোপ" হায়বা অদু করিশু তৌনিংঙাই লৈরমদে । সিপাই খম্বা মীশিংনা চুম্না করি থোক্কনি খঙদবা, মীদা শাওগনবা, খৎনগনবা থবক্ পাম্নদে । লাঞ্জাওদি অরোইবা ব্রা নত্তনা মদু শীজিন্নবা ব্রায়োং চারমদি । সিপাই খম্বা মীনা পংনা লাঞ্জাওবু পাম্বা নত্তে । পার্সী উপসাগরগী লাঞ্জাও অদু তোংঙানবা অমা খক্ ওইরমদে । ১৯৯০ দা নবেম্বর ২৮ দা সীনেট্ আর্ম সর্ভিসেস কম্মিটীগী মমাংদা হান্নগী জোইন্ট চীফ্ ওফ্ ষ্টাফ্ অনিনা উপসাগরদা অথিংবা অয়াবা অদু থবক্ তৌবদা মতম্ খর চঙহন্গদবনি হায়খি ।

ম্যারিন্ কম্মান্দেন্ট জেনরেল অল্ফ্রেক্ গ্রেনা ১৯৯০ নবেম্বরদা ২১ দা হায়রমই, "ঐদি হায়দুনা লৈরিবা অসিনি, করিগী মফম্ অসিদা তহা তহাগনি ? মতম্দি ঐখোয়গীদমক মায়কৈদা লৈ ... সাদ্দামগীদা লৈবা নত্তে । ঐখোয়না (শেল থুম্গী থিংবা) অদু চৎনহন্গদবনি অমসুং মসিগী মতুংদা লৈগদবনি ।"

আমেরিকাদা অথিংবা অমসুং হলহনবা পুম্নমক উপসাগরগী লাঞ্জাও অদু তৌবদা লৈরমদে। উপসাগর লাঞ্জাও অদু তৌনবগী আইন সভাগী অয়াবা য়াওরে অমসুং ১৯৯০ আগষ্ট ২ দগী ১৯৯১ জানুৱারী ১৫ ফাওবা খুৎলাই পায়বা লাশ্মী অমসুং মীচং খোম্বগী, মদুগী মনুংদা সোভিয়েট ইউনিয়ন্‌গী মীচং য়াওদুনা লাম্বা লৈতনা লাঞ্জাও অদু চঙ্‌বা তারম্‌ই।

মমাংদা আমেরিকাবু চেদা য়েকপা কৈনি হায়নখিবা অদু, ক-না অমতা অপনবা অমসুং অপুনবা পিদুনা মদুনা কয়া য়াম্না তমথিবা ঙম্বগে হায়বা অদু লাঞ্জাও অদুনা তাক্লক্কনি। নোক্লিংবদি ইরাক্কী মীচং লৈতবা অমসুং নাইতোম তাবা কক্‌চেংগুম্বা লৈবাক্ ওইরমই। নুংঙাইবা আরবকী লাঞ্জাওনি, ঙাকপা ঙাক্তা য়াওবা ইরাক্লা লান্‌চংগনি অদুগা আমেরিকা অমসুং মরুপশিংগী অপুনবা লাশ্মীশিংনা ঙাক্‌পগী অমসুং তক্‌শিনবগী লাঞ্জাও শোইদনা শোক্লবা তাই। লাঞ্জাও অমা, অচৌবা, অঙক্‌পা অমসুং ড্রামাটিক্ ওইবা অমা নোংপোক- ময়াইগী লম্‌সিদা আরবকী রাজ্য মচাশিংনা উজহৌনবা, ইউ: এন: গী রীজোলুসনশিংগী মতুং ইন্না মতম চঙ্‌না খন্নরগা উৎকনি।

সাদ্দামগী নাটক নত্রগা উপন্যাসগী ৱারী কিশি থোকপা পৃথিবীগী জাতিশিংনা য়েঙলমই; লৈবাক্ অসিগী মশানা তৌগনবা ফাগী ওইবনা অশিংবা জাতিশিং আমেরিকা, ফরাসী, বৃটেন অমসুং ভারত ফাগীগী তাস্থা য়েঙ্‌দুনা উপসাগর লাঞ্জাও শেমদোক্লুনা অমসুং য়াৎতুনা তৌবা তারমই।

## পন্দুপ্ ১২

# লাম্ভোং শীনবা

আমেরিকাগী লাশ্মীনা হান্নগী কোরিয়া অমসুং ভিয়েটনাম লাঞ্জাও লাক্লবদি হায়দুনা শেম্শাদুনা লৈরমই । নুমিদাংবাইরমদা নোংজাবী উবদা শম্মোক্ মচাশিংনা লম্মে চাক্পা নঙ্লুরবা কাংবুনা খৌশাদুনা চেল্লি । ভিয়েটনাম্ লাঞ্জাওগী মতুংদা করম্বা লাঞ্জাও থোক্লক্তুনা ইউ: এস: অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়নগী করম্বা মফম্দা 'ওর্মখৈ নাইবা লাঞ্জাও নত্রগা লিমিটেদ্ বার' থোক্পা লাম্ভোং শীনবশিংনা হান্ননা অঙ্ক খোংশ্রবনি । অদুগা মিখাইল্ গোর্বাচোভ্কী মতম্দা 'অঙৈংবা লাঞ্জাও' লোইশ্রগনি অমসুং কম্মুনিজম নিংখাইগনি হায়বা অদুদি নোংচুপকী রাজনিতি তৌবা মীশিংনা লাম্ভোং শীনবদা য়াওরম্ব্রা ? লাইবক্ থিবদি পার্সী উপসাগরগী লাঞ্জাও মতম্দা থোক্কদৌরিব্রা ? রাজনিতিগী পথাপ্ পুন্নমক কাইগদৌরি । বর্লিন চেক্পল, কম্মুনিজম্ মচেৎ মচেৎ তাবা, কার্ল মার্ক্সকী মুর্ত্তিশিং, লেনিন্গী ব্যবহার তৌনরম্বা মুর্ত্তিশিং অমসুং কে: জি: বি: লিংখৎপগী মুর্ত্তি লোইনা নিংখাইখি । লাইবক থিবনা, উপসাগরগী লাঞ্জাও থোক্কদবা মতমদা থোক্কদৌরিব্রা ?

প্রসিদেন্ট সাদ্দাম্না নোংপোক্কী ময়াই এসিয়াগী সমস্যা অদু ইরাক্ মথন্তনা হান্না নহা ওইরিঙৈগী অকনবা নোংপোক্ ময়াইগী মুর্ত্তি কর্নেল গামেল্ নাজ্জারগুম্বা অমগী মতৌ তমদুনা নোংচুপকী লৈবাক্শিং থেংনবা, ইরাক্কী নিউক্লিয়ারশিং লৈ হায়না চিংনহনবা, মতুংদা নাওশেনবা ওইনা নিংখাইদ্রিবা সোভিয়েট ইউনিয়ন্নি । সোভিয়েট্ ইউনিয়ন্না ইউ: এন:

সেক্যুরিটী কাওন্সিলদা 'ভেটো' গী পাঙ্গল্ ফাওবা শীজিন্নদবা অদুগা কাওন্সিলদা ইরাক্কী মাইকৈগী মথক্তা ভোট থাদনবা য়াওগদবনি । মদু সোভিয়েট ইউনিয়নগী 'ভুটকী লাঞ্জাওনি' । মতম্ খর ঈরাং খর থোকপা অদুগী সোভিয়েট ইউনিয়ন্না ফিবম্ শেন্বা হোৎনরী । অদুবু ইউ: এস: অমসুং অপুনবা জাতি কুন্নিপাল্লী মনুংদা ইজ্রাইল্ য়াওদুনা অনৌবা লাঞ্জাও অদু হান্নগী নোংপোক ময়াই এসিয়াগী আরব- ইজ্রাইল্ লাঞ্জাও ওইহনবনি । পূন্নমক অদুগী মথক্তা ইরাক্না কুৱেটকী লৈবাক্ লৌশিন্দুনা বন্দরশিং লৌবা, কুৱেট্‌তা লৈবা পৃথিবী ৪০ % থাও রীর্জব লৌবা অমসুং নোংপোক্ ময়াই এসিয়াগী লুচিংবা লৈবাক্ ইরাক্না ওইননবা হোৎনবনি ।

পূন্নমক্কী মথক্তা, মমাংঙৈগী বাইবল্দা আর্মাগেদ্দোনগী লান্‌ফম্‌দা নোংপোক এসিয়াগী মফমদা পৃথিবীগী লাঞ্জাও থোক্কনি হায়বা অদুগী মথক্তা ফরাসীগী মধ্য- যুগকী পাঞ্জি নোষ্টরদামসনা মেসোপোটেমিয়াদা থোক্কনি হায়বা অদু পাঞ্জি য়েঙগনবা আরবকী লৈবাক্শিংদা য়াম্না শীংথানবা অমা ওইখি । হায়রিবা আমেরিকা অমসুং আরব্ লৈবাকশিং অমসুং খা- নোংপোক এসিয়াদা নোষ্টরদামসগী ভিদিও কেসেৎশিংনা ৱাই চাইরমই । অকিবা, মিপাইবা অমসুং পৃথিকীগী লাঞ্জাও থোক্কদৌবা মেডিয়াগী পৃথিবীদা পুম্‌থন্ থনখি । প্রসিদেন্ট বুশগী মীখল্ অনিশুবা থেংনবদা খুদোংখিবা অমা ওইরমই ।

১৯৯০ ওক্টোবরগী অঙন্বদা জেনরেল্ পোৱেলনা বুশতা মহাক্কী থবক্ চৎথরকপগী লম্বী অনিখক্ পিখি । লম্বী অমনা লান্দাবগী থবক্ পায়খৎনবা, অমনা থবক্কী অথিংবা মতম খর চংহনবা, পোৱেলনা লন্নাইগী ওইনা পাম্বা ওইরমই । (ইরাক্না ১৯৯৪ ওক্টোবরদা ইরাক্কী লাম্মী ৬০,০০০ না কুৱেটকী সীমানা তম্না চংশিল্লকপা অদু ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিল্ রীজোলুসন ৬৭৮ লৌথোক্লবা তৌবা ওইরমই । নুমিৎ নিনি ইউ: এস: লাম্মী পৈশিনবা হোৎনখি । অনৌবা ইউ: এস: না কুৱেটতা

পৈশিনখি ।) "থৌদোক্কী খুদম্ অমা অসিদা য়েক্লবগা তুংদা চান্নরকপা আশা লাংখৎপা থৌরাঙ নত্রগা চরম্- মেৎপগী লৈবাক ঙাক্লোল্ অমা লৈ," পাও পুবশিংদা পোমেল্না বা ঙাংখি । "চহি অমা চংবা য়াই, চহি অনি চংবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মসিনা করিগুম্বা নুমিৎ অমদদি থোক্কনি । প্রসিদেন্ট বুশনা চিন্দদি পুংথরমদে । "রাজনিতিগী ওইনা লাম্ফোংশিনবগী ওইনা মতম লৈ হায়বা অদু ঐনা খঙদে"; বুবার্দনা 'দি কম্মান্দর্স' তা ইখি ।

সেন্ট্রেল্ কম্মান্দ (সেন্টকোম) রিয়াখদা লৈবা অদুনা পুং ৪৮ গী মনুংদা প্রসিদেন্ট বুশনা লাঞ্জাও তৌনবা হৌনবা খুজিল্- থৌরাঙ অমা শিরকঊ হায়খি । প্রসিদেন্টনা লাইনিং ওইনা হন্দোকপা- ঙাকপা য়াবা মওংদা সেন্ট্রেল্ কম্মান্দনা লাশ্লী খুদোং চাবা মতুং ইন্না থম্খি ।

লাঞ্জাওগী খুজিল- থৌরাঙ অদু অক্ক নাইনা পাংথোক্লবা মরী থোক্লা খাইখি । অহানবা অক্ক্ অহম্দি 'অক্লবা লানগী' শরুক্তি,মদুনা ইরাকী মখক্তা মপুং ফাবা লাল্ ওইনা লৌখি ।

অহানবা অক্কা ইরাকী য়াখং শিবা, লাকশিনবা অমসুং ঈ- পাও ফাওনবা, বাবদাদজ লৈবা সাদ্দাম্ হুসেইনগা মহাকী লাশ্লী কুরেৎ অমসুং মখা খংবা ইরাক্তা লৈবগা পাও ফাওনদনবা নোংখক্কী লাল্ তৌবা । মতম অদুদা থোকমিন্নবা, নোংখক্কী পাজয়া ইরাকী ইয়ার ফোর্স অমসুং নোংখক্কি ঙাকথোক্লবা পথাপ অদুগা ইরাকী রসায়ন, মহীক্ মচা অমসুং নিউক্লিয়ার খুংলাইশিং শৌগৎপা মফমশিং থুগাইবা অাই ।

অনিশুবা অক্কনা, নোংখক্কগী চাওরবা লুল্লবা বোমশিংনা অতং- অথম নাইদনা ইরাক্তা থোকপা পোংথোক্‌শিং অমসুং লাশ্লীগী খুংগু- খুংলাইশিং, থমকম্শিং, কংফাদা নত্রগা ঈশিং লশ্লী খুদোংচাবা মফম্শিংদা অমসুং লম্জাওশিংদা ইরাকী লাশ্লীদমক হল্লকপা পোংশিংগী মশৈদগী কক্থৎকনি ।

অহুমশুবা তাঙ্কক্সা কোম্শিং তৌদুনা লৈবা ইরাক্কী কঙ্ফালগী লাশ্মী ৪,৩০,০০০ অমসুং রীপব্লিকান গ্যার্দকী মথক্তা নোংথক্কী আক্রমন্ তৌগনি ।

মরীশুবা তাঙ্কক্সা, কঙ্ফালগী আক্রমন্ নত্রগা নক্লবা লান্ফমগী শরুক্সা, কুবেটীগী সমুদ্র খোংবান্ ম্যারিনগী ঈশিং- কংফান্দা লান্দাবা অমসুং ইউ: এস: মরুপশিংগী লাশ্মীনা ইরাক্কী ঙাক্খোক্লবা মফম্দা লান্দাবনি । ময়াইদা হেক্তা লান্দাবনা অচংবা অদু মগুন্ চেনবা খুদক্তা ফংবা লাম্লোং ওই । ১

অহুমশুবা তাঙ্কক অদু কয়া চংনরোইদবা ওইনা খন্নখি । জে: পোবেলবু মশা চংতুনা উপসাগরগী লালজং অদু য়েঙননবা অদুগা ফল য়াম্না লৈবা কংফালগী লাল চঙনবা য়েংনবা হায়খি । প্রসিদেন্ট বুশনা ভিয়েটনামগী পারাশিংগী মনুং ওইনা লৌখি । "থবক্ অদু তৌনবা মতিক্ চাবা লাশ্মী, থাও অমসুং কম্মান্দরশিংগী মখুৎ অদু পুনশিনগনু ।"

১৯৯০ ওক্টোবর ৩০ দা প্রসিদেন্ট বুশনা অনৌবা খোংজং অদুগী মরম্দা তাক্খি অমসুং অদুগা মহাক্সা মরুওইবা ব্রারেপ্ অনিখক্ লৌখি । অহানবদা নিংথম থাগী ময়াইদা লাঞ্জাও অমা ইরাক্কী লাশ্মীদা মেছিন্ অমা শীজিন্নবা অমসুং অনিশুবদা, ইউ: এন: গী লাঞ্জাও অমা তৌবগী য়াথং অমা ফঙবা ওইরম্মী । আমেরিকাগী লাশ্মীনা লাম্লোং শীনবা লাঞ্জাও হৌগদবা অমা ওইদুনা থা অহুম্ চঙলক্পদা, ইউ: এস: লাশ্মীনা সাউদি আরাবিয়াদা লৈবা জাতি ময়াম্গী লাশ্মী 'ওপেরেসন দেজর্ট শীল্দ' দা সিপাইশিং ২,৩০,০০০ পিখি । জে: স্বার্জকোপনা ইউ: এস: গী লাশ্মী অমসুং অপুনবা লাশ্মীশিং পুল্লগা মতুংদা লাক্কদৌবা ইরাক্কী লালহৌবা অদু থিংবা ঙল্লনি হায়খি । অদুগা সাউদিগী নিংথৌ ফাউহ্দগা অতৈ মরুপশিংগা তান্নরবা মতুংদা সেক্রেটরী ওফ্ দিফেন্সনা

দরকার ওইবা ইউ: এস: গী লাশ্মী মশীং হেনগৎহন্দুনা দেজর্ট শীলদগী খোংজংদা পাঙ্গল ময়াম পুনশিন্দুনা মতিক্ চাবা লাশ্মীগী লান্দানবা অমা পুরক্নুনা ময়ামগী পম্বুংফম্ অদু ফঙ্নবা হোৎনগনি হায়খি। প্রসিদেন্ট বুশনা আমেরিকাগী লাশ্মীবু লাম্থোংশীনবা লান্দাবগী ফিবমদা পুরকখি ।

১৯৯০ নবেম্বর ২৯ দা বুশনা ইউ: এন: সেক্যুরিটী রীজোলুসন্ ৬৭৮ লৌদুনা লাঞ্জাও তৌবা ওম্বগী পাঙ্গল কুৱেটতগী ইরাক্পা হন্দোক্লবা য়াথং পিখি। ভোট ১২- ২ ফঙ্না সেক্যুরিটী কাওন্সিলনা ইউ: এন: মেম্বরশিংবু "অঙম্বা উপায় পূন্নমক" থিদুনা কাওন্সিল্লী রীজোলুসন মতুং ইন্না ইরাক্পা কুৱেটতগী ১৯৯১ জানুৱারী ২৫ দগী মনুংদা হন্দোক্লবদি লাঞ্জাও অমা ইউ: এস: অমসুং অপুনবা লাশ্মীশিংনা তৌগনি হায়খি। মদুদা ক্যুবা অমসুং য়েমেনদি ভোট মথোয়না য়াদনা থাদখি অদুগা চিনানা ভোট থাদবা য়াওখিদে। ১৯৯১ জানুৱারী ১২ দা ইউ: এস: কী কংগ্রেসনা ভোট ৫২- ৪৭ ফঙদুনা অমসুং হাওস ওফ রীপ্রজেনটেটিভনা ২৫০- ১৮৩ ফঙদুনা ইরাক্কী মথক্তা লাশ্মীগী খুৎলাই শীজিন্নবগী পাঙ্গল প্রসিদেন্ট বুশপু পিখি। মহাক্পা সভা অদুদা লৈবাক্কী অরুবা হীরম অদুগী ৱারেপ্পবা লৌবগী মতমদা হাজির ওইবা তাখি। কোদ্কী মমিংনা 'ওপেরেসন্ দেজর্ট ষ্টোর্ম' হায়না ওইদুনা ইরাক্কী লাশ্মীবু কুৱেটতগী ১৯৯১ জানুৱারী ১৫ গী মতুংদা তাম্থোকপা তাখি ।

মমাংঙৈদা সুপর পাৱার অনি লৈবা অদুদদি অঙ্গংবা লাঞ্জাওগী মতুংদা পাঙ্গলগী খল অদু হোংবগুম্না তৌখি। মদুনা সোভিয়েট ইউনিয়ন্গী লৈবাক্কী ফিবম য়াম্না ফৎচিল্লক্তবা অমসুং মার্ক্সিজম- লেনিনিজম্ কম্যুনিজম্ নিংখাইরক্কদবা মতম্ নক্শিল্লকপগী মমাংদা সাদ্দাম্বু মহাক্কী মংহাগী ফিবম্দা ইরাক্পা পৃথিবীগা পান্নগদবনি । সোভিয়েট ইউনিয়ন্ অমসুং চিনানা ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিল্লী লাশ্মী শীজিন্নবগী ভেটো তৌবা য়াওদনা

ইউ: এস: অমসুং অপুনবা মরুপশিংনা লেপ্পা ৱাফম্ অদু য়াখি ।

১৯৯০ আগষ্ট ৬ তা সোভিয়েট ইউনিয়ন্ অমসুং চিনানা ইউ: এন: সেক্যুরিটি কাওন্সিল রীজোলুসন্ ৬৬১ শৌগৎতুনা ইরাক্কী বন্দরশিংদগী জহাজশিং থাদোক্পা য়াদে হায়না থিংবা হুকুম্ অদু চংথখি । অকোয়বদা মৈরা পোৎ- ফিবমগী লাহোংশীনবা অদু ৱাখল য়াম্না চঙলবা অমুক হন্না মফম খঙনা পুনশিন্নবা শিন্বা ওইখি । ইরাক্কী খুৎলাইশিং, গাড়ী-শাঙোনশিং, তুংইনবা ময়াম্ পৃন্নমক লৈজরবসু সোভিয়েটকী নিউক্লিয়ার চুমোইনা মমাংঙৈনা ঙাক্থোকপিরম্বা অদু তোকখিরম্ই । আমেরিকাগী সিপাইগী পাঙ্গলগী চপ চানা পাম্বৈ শীজিন্নবগী অহানবা থিংনবা হোৎনবা অদু লৌথোক্রে । ২

কোরিয়া অমসুং ভিয়েটনাম্ লাঙ্গাওশিং তৌবগী মতম্দদি সোভিয়েট মরুপশিংগা অপাননা আক্রমন্ হেক্ তৌবদা নিউক্লিয়ার মৈজাও হৌরক্পা মাই হন্নদনা লৈবাক্শিং অয়াম্বনা কিনখি । অদুদগী "ঙমখৈ নাইবা লাঙ্গাও" গী মোৎ অনৌবা অমা চংনরক্রমই । মদু লাক্পদগী নিউক্লিয়ারগী লাঙ্গাওগী কিবা অরাবা লাক্রমদে । হায়রিবা অকিবা লৈবনা জে: ম্যাক অর্থুরনা চিনাগী এরোপ্লেন্ অকমশিং অমসুং শীন্কম শংসিদা অৱাং কোরিয়া আক্রমন্ তৌগদবনি হায়খি । জে: ৱেষ্টরমুরল্যান্দনা ইন্কোন্দা আক্রমন্ তৌবা অমসুং অৱাংথংবা ভিয়েটনাম্গী সমুদ্র খোংবান্দা লাক্লুনা মখা থংবা মাইকৈদা পোৎ- মপৈ হুন্নকপা থিংনবা অকিবা অদুনা থিংখিবনি । হায়রিবা অন্টরজাতিগী অনৌবা খোংথাংদি সুপর পাৱার অমখতন লৈবগী মওংদা চংথরমই । "মসি অনৌবা মতুম্ তাবা শান্নবা মখল্ অমনি, মফম্ অদুদা ৱাখৈনিংঙাই ওইবা খুদোং চাবা পি ।"৩ "আমেরিকাগী প্রসিদেন্ট বুশনা সেক্রেটারী ওফ্ দিফেন্সপু ইউ: এস: গী লাম্নী 'দেজর্ট শীলদ' গী লাম্নী মশীং হেনগৎতুনা পুনশিন্নবা কাংবু মতিক চাবা লাঙ্গংবগী সিপাইগী অপান্বা অদু লৌদুনা ঐখোয়না

ময়াম্গী ওইবা পন্থুংফম্শিং অদু চংদা য়াওবা ওইনা ফংগনি ।" ৪

অহোংবা মীরৈবাক্কী লৈবাক্- ঙাক্লোল অমা নৌনা লাক্পা অদু আফগান্গী লাঞ্জাওদগী সোভিয়েট ইউনিয়ন্না লাম্মী লৌথোকপা, বর্লিন্দগী চেক্পল লৌথোক্নুনা অঙৈংবা লাঞ্জাও থুপ্চিনখিবা অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়ন্না ইউ: এস: মরুপশিংগা ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিল্লী রীজোলুসন ৬৭৪ শৌগৎতুনা ইরাক্কী মথক্তা জানুৱারী ১৫ লাল্লবদি লাঞ্জাও অমা তৌবা য়াবনি । সাদ্দাম্না সোভিয়েট ইউনিয়ন্গী নিউক্লিয়ারগী ছাটিন্দগী খন্দবা শাশিন্নদুনা নাইতোম্ তাবা শাশিন্নবা ইরাক্না মীখংদনা চাং তারবা সোভিয়েট ইউনিয়নবু মতম্ খর চৎনবা কম্যুনিজম্ সাসন্ লৌথোক্পা অমসুং চহি হুম্ফুতরাগী মনুংদা চৎনরকপা সরকারগী লৈবাক্- ঙাক্লোল তোক্নুনা লল্লোল- ইতিক্কী চৎনরোলদা সোভিয়েট সরকারনা মখুৎ থিংজিন্দবা অমা পুরক্পা অদু ১৯৯১- ৯২ দা লাক্কদৌরি । অদুগা ইউ: এস: না পৃথিবীদা সুপর পাৱার অমতং ঙাইদুনা হন্দক্তা লৈরকপনি ।

**জাতি ময়াম পুন্না অমসুং আরব্ জাতিশিংনা পুনশিন্না ঃ**

ইউ: এস: অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়ন্গা মরুপ শান্নবা সাদ্দাম হুসেইন্না য়াম্না ওইথোক্তবদি আরব্ জাতিশিংনা পুনশিল্লগা মহাক্কী মায়োক্তা পরেং লেংহনবা অদুনি । "সাদ্দাম হুসেইন্না খঙ্খি অমসুং ইউনাইটেদ ষ্টেটসনা অহোইনদুম খঙলমই, অদুদি অসিগুম্না ওনশিন্দুনা পুন্শিনবা য়াওদনদি— লাম্মী অমসুং এরোপ্লেনশিং আরাবিয়ান উপসাগরদা থম্বগী অধিকার লৈরমদে — ইউনাইটেদ্ ষ্টেটসনা য়াম্না ফল্ লৈবা সিপাইগী থবক্ তৌবা ইরাক্কী কুৱেটকী লান্দাবা অদু ওইথোক্তগুম তৌরম্না য়ানা লৈ ।" ৫

প্রসিদেন্ট বুশনা অহানবা তৌবগদবা থবক্তি সাউদি আরাবিয়াগী

নিংথৌ ফাওহদ ইবন্ অবদুল অজিজ অমসুং মথং জোর্দানগী নিংথৌ হুসেইন্ অমসুং ইজিপ্‌কী প্রসিদেন্ট হোসনি মুবারাক্কা অলেকজেনদ্রিয়াদা মখোয় পুন্না উন্নদুনা আমেরিকাগী মীচঙ্‌দা ইরাক্কী মথক্কী মথক্তা লৈবা ওইরমই। আরবকা ইস্রাইলীগা তৌনবা লাঞ্জাও ওইরমদে, শমনা হায়রবদা আরবকা আরবকা তৌনবা লাঞ্জাও ওইরম্মী। মখোয়গী আমেরিকাগী খুৎ থিংজিনবা আরব্ লৈবাকশিংগী মরক্তা লৈবা শুকপাম পান্নমদ্রবশু ইরাক্কা শাথিবা আরব্ জাতিশিংগী মরক্তা মীথোই- মীহেন্‌বা পাম্বা মরম্না আমেরিকাগী মতেং লৌদুনা নম্‌থবা তাখি। ১৯৯০ আগষ্ট ৩, প্রসিদেন্ট বুশনা ইউ: এস: দা থাবা রাজদুত রাজকুমার বান্দার বিন্ সুল্টান্‌গা করিগুম্বা ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংনা কুৱেটতগী ইরাক তাম্থোক্‌পদা মখোয়গী মীচঙ্ চঙ্‌বিয়ু হায়জখি। ১৯৯০ আগষ্ট ৬ তা সেক্রেটরী ওফ্ দিফেন্স দিক্ চেনী অমসুং সেন্টকোম্ কম্মান্দর জে: এচ: নোমার্ন স্বার্জকোপ্না সাউদি আরাবিয়া এরোপ্লেন্না পাইরক্কুনা ইউ: এস: গী মমাংবা খঙ্‌বা সিপাইশিং থম্বা য়াখি। আগষ্ট ৮ দা প্রজা মীয়াম কৌদুনা হায়খি। সাউদি সরকারনা ইউ: এস: গী মতেং পিয়ু হায়না নিবদা প্রসিদেন্ট বুশনা ইউ: এস: কী নোংথক্ অমসুং খোংমী লাম্মীনা সাউদি আরাবিয়াদা পৈদুনা থমখি। ইউ: এস: গী লাম্মীনা সাউদি আরাবিয়া অমসুং অতৈ জাতিশিংনা সাউদি আরাবিয়াগী মনিং তম্বা ঙাক্লবা অমসুং ইরাক্কী লানফৌবা থিংনবা হোৎনগনি। সাউদি আরাবিয়াগী লৈবাক্তা আমেরিকা অয়াম্বা [illegible] ক্লবা সিপাইগী শক্তি লাকখি। মদুগী মথক্তা মোরোকোগী নিংথৌ হাস্‌সন্, প্রসিদেন্ট মুবারক, বাহ্রাইন, ওমান, কাটার, ইউনিটেদ্ আরব্ রীপ্লবিক, বাঙ্গলাদেশ, নিজর অমসুং সেনেগাল্ পুন্না ইউ: এস: গী মীচং চঙ্‌খি। আরাব লৈবাক্‌শিং অয়াম্বা ইউ: এস: গী মীচংদা য়াওখি, অদু নৎতবা ইস্লাম্‌গী জাতিশিংনা ইরাক্কী মথক্তা লাঞ্জাও তৌবা য়াখি। আফগানি মুজাহেদ্দিন্দি আরাবকী লৈবাকশিংগী মরক্তা চন্‌দে অদুবু মখোয়না ইরাক্কী মায়য়োক্তা লৈখি। জাপান্‌গী প্রধান্

মন্ত্রী টৌশিকি কাইখুনা লাশ্মীদি থারক্তনা লাঞ্জাওদা চঙগদবা দোল্লার বিল্লিয়ন ৯ চান্দা পুথোক্খি । সংবিধান্না য়াদবা মরম্না লাঞ্জাওদদি সিপাইশিং থাবা ঙম্দবগী অৱাবা ফোঙদোক্খি । প্রসিদেন্ট টুর্গুট ওজালনা আমেরিকাগী মরুপ্ ওইনা মীচং অসুম চংলমই । সীরিয়ানা সোভিয়েট্ ইউনিয়ন্গী য়াম্না নক্পা মরুপ ওইজরগু আরাবকী লৈবাক্শিংগী মরক্তা য়াওখি । সীরিয়ানা আমেরিকাগী অন্তরজাতিগী মীকি- মীখংহনবা কাংবুগী মনুং চঞ্জরবসু সীরিয়াগী ৯ শুবা অর্মর থারক্তুনা ইরাক্কী মায়য়োক্তা লাঞ্জাও য়াওনবা শেম্- শাখি । পাকিস্তান্দি আমেরিকাগী মরুপ্ অশুম ওইরকপনা ইউ: এস: গী মীচংদা ইরাক্কী মথক্তা চঙবা য়াখি ।

অদুগা জর্মানী, কানাদা, আষ্ট্রেলিয়া, ফরাসী অমসুং ইউরোপ্কী লৈবাক্শিং ইউ: এস: গী মীচঙ্দা ইরাক্কী মথক্তা য়াওখি । পাকিষ্টানগী প্রধান্ মন্ত্রী নৱাজ শরিফ্না সিপাই মশীং ৭,৫০০ রিয়াধ্দা থাদুনা উপসাগরগী লাঞ্জাওদা য়াওননবা শেম-শাদুনা লৈখি ।

ভারত্কী প্রধান মন্ত্রী ভি: পি: সিংহনা আমেরিকাগী লাঞ্জাওগী এরোপ্লেনশিং বোম্বেগী সাহারা ইয়ারপোর্টতা থাও হান্নবা য়ারমই । ফিলিপাইন্দগী পাইরকপা এরোপ্লেনশিং সাহারা ইয়ারপোর্টতা থাও হান্নবগী খুদোং চাবা পিখি । প্রধান মন্ত্রী চন্দ্রসেখরনা ওইবা মতম্দা শান্তিগী খুদোং চাবা খর খঙনবা অদুনা পিবিয়ু হায়না প্রসিদেন্ট বুশদা হায়বদা শান্তি পুরক্লবা মাইল্ অমগী লম্বী শাংনা চৎকে হায়রিবনি হায়খি । চন্দ্রসেখরগী মতম্দা 'শিবা য়াদবা' (নন্-লেথেল্) গী পোৎচৈশিং, অমসুং খুৎশু - খুৎলাইশিং পুবা আমেরিকা অমসুং অপুনবা লাশ্মীশিং পুবা য়াহনদে । মহাক্পু উপসাগর লাঞ্জাওদা মায়য়োং য়াবা ওইনা হায়রবা মতম্দা মহাক্লা হায়খি, হান্নগী প্রধান্ মন্ত্রী ভি: পি: সিংহনা আমেরিকাগী লাঞ্জাওগী এরোপ্লেনশিংনা সাহারা ইয়ারপোর্টতা থাও হান্নবগী হক্ অদু পিখিবনি । অওইবমক্, নন- এলাইন নত্রগা মীচং চুংশিন্দগী খোংচং অদুদা ভারতন্না করিগুম্বা ৱা অমতা পুরমদে । অদুনা মদুগী খোংজং অদু য়াম্না হন্থরমই ।

ভারতকী ইউ: এন: দা থাবা মীহুৎ (পার্মানেন্ট রীপ্রেজেন্টেটিভ) সি: এর: ঘারেখান্না জানুৱারী ১৮ দা নিউ য়োর্কতা রীপোর্টরশিংগা উন্নবা মতম্দা হায়খি, ভারতকী মপান্গী থবক্শিং পুবা মন্ত্রী ভি: সি: শুক্লানা হায়খি, ভারতনা পেলেষ্টাইন্গী ৱাথোক্ উপসাগরগী লাঞ্জাও অদুগা মরী লৈনদে । "মসিনা শান্তিগী সভা অমা পেলেষ্টাইনবু ওৎপা তিঙ্খং অরোইবা ওইবা দরকাররনি ।"

ভারত্তি মীচং- চুংশিন্নবা কাংবু হায়বদি 'নন্- এলাইমেন্ট' গী কাংবুদা য়াওবানিনা কনা অমতগী মীচঙদা য়াওরোই । অদুবু আমেরিকাগী এরোপ্লেনশিং থাও হানবগী হক্তি পিখি । নন্- এলাইন্ লৈবাক্শিংগী মশীং ১০২ শুরমই । জাতিশিং অদুনা জেকোস্লোবাকিয়াগী বেলগ্রেদ্তা মরু ওইবা মীচং- চুংশিন্নবগী সভা পাংথোকখি ।

হন্দক নন্- এলাইন লৈবাক্শিংনা ফৈগাক- ফৈনা উপসাগরগী লাঞ্জাও থোক্লমদাইগী শান্তি মরমদা ফম্বা সভাশিং ওন্লম্দে ।

**আরব- ইস্রাইলী লাঞ্জাও ঃ**

সাদ্দাম্ হুসেইন্না আরব- ইস্রাইলী মরীশুবা লাঞ্জাও হৌবা কিনা থোক্লগা কুৱেটকী মরল্- মথুম্বু মীহৌদুনা লৌশিল্লুবা অদুনা করাম্ চাওবা অমসুং লম্- চাওথোক্লিংবা অমসুং আরবকী সংসারগী মীকোক্ থোংনিংবা ওইবা ময়েক্লা তাবনি । হায়রিবা থবক্কী ফল্ অদুদা আমেরিকা অমসুং নোংচুপকী লৈবাক্শিংনা হায়রিবা ৱাফম্ অদুদা হন্না হায়দুনতা লৈ, অনৌবা হিটলর অমা পোক্লে, ম্যুনিক্কী ৱা অদুগা ৱা মান্নে ! ১৯৮১ দগী ১৯৯০ ফাওবদা সোভিয়েট ইউনিয়ন্গী নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিং চাওরাক্লা ৩৫,০০০ লোম্ লৈজরবশু মরুপশিং ক্যুবা অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়ন্গা পুনশিনবা লৈবাক্শিং তোখাই তানিংখি । অদুবু মপান্দদি থোক্লম্দে । সাদ্দাম্গী অরানবা ৱাখল্না ইউ: এস: অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়নবু কম্যুনিজমগী ৱাখলনা সোভিয়েট ইউয়িনবু কৈথেল্দা তম্বা শেল্গী মমল্ ওইবা

তোক্কদৌবগী মতম্দা উপসাগরগী লাঞ্জাওসিদা মরু ওইদবা য়াদবনি । আমেরিকানা কোরিয়া লাঞ্জাওদা থোইনবা লৈতনা অমসুং ভিয়েটনাম্ লাঞ্জাওদা ফঙখিবা মায়থিবগী ইউ: এস: না ময়া চিক্তনা অমুক হন্না মতিক্- মগুন্ ঙাক্কে নিংখি । মখোয়না 'ঙমখৈ নাইবা' লাঞ্জাওগী মায়থিবা ফঙবদগী করম্না পার্সী উপসাগর লাঞ্জাও অমা লাকপদা ইউ: এন: না জয় তৌবা ঙম্নবগীদমক্তা কন্না লাইনিং ওইদুনা খনবনি । মিখাইল্ গোর্বাচোভনা ইরাকপু থেম্বা য়াবা নত্তে । অদু নত্রগা আমেরিকাগী পাঙ্গলবু খোইজৈদা ইরাক্ হাপ্তুনা শারাক্ সোভিয়েট ইউনিয়ন্না য়েঙবরা ? অপিক্পা লৈবাক্ ওইজরবসু সোভিয়েট ইউনিয়নগী মতুংইন্দুনা অচৌবা পাব্বার ব্লোকশিংগী মরক্তা হিংননবা লাক্লজে ।

ইজ্রাইল্না ফনা কন্না ফম্মুংদা মমিৎ পাংনা পাংনা তুম্শিন্নবদা ইরাক্তা কাপ্লক্পা স্কুদ্ মৈকাপ্পীশিংনা হৌদোংনা য়ুম্থক্কী তিন্ মথক্তা থিল্লরোই । পৃথিবীগী খ্বাইদগী কনবা, চাওবা অমসুং শেল্ লৈবা লৈবাক্তা মায়য়োক্লদুনা ইরাক্তা অঙ্কগী ফল্ ফনা তাদুনা 'কক্চেংগুম্বা লৈবাক্তা' মনম্দা সোর্টী কয়াগী বোমশিং খিকথবা তাবনি ।

"সোভিয়েটকী মরুপ্ শান্নবা অমসুং আরব লৈবাক্শিংগী পুনশিন্নবনা লাঞ্জাও অদু তৌনবা রাজনিতি য়ুম্ফম্ অদু ওইরে । অমনা হেক্ নিংখাইবা মতম্দা ইউনাইটেদ ষ্টেটসনা করিশু তৌবা ঙম্লোই ।" ৬ মখোয়গী মফম্দা অপুনবা চুংশিন্নবা মরুপশিং ওইরমদে । আষ্ট্রেলিয়া অমসুং নিউ জীলন্দনা আমেরিকাদা কোরিয়া লাঞ্জাওদগী জহাজশিং অমসুং প্লেনশিং ইউ: এস: বু লান্ফম্দা মতেং পাংখি । মদুদা নত্তনা নোংচুপ ইউরোপকী মরুপশিংনা সিপাইগী লৈফম্শিং অমসুং লাম্মী মতিক চানা লান্ফম্ অদুদা পিখি।

টুর্কীনা মরু ওইবা এরোপ্লেন তাফমশিং ইউ: এস: না মখুৎ লাম্থোকখি । বৃটেন্, কানাদা অমসুং ইটালী এরোপ্লেনশিংনা উপসাগর

লাঞ্জাওগীদমক্ পিখি। ইউনাইটেদ্ কিংদম, কানাদা, ফবাসী, নোর্ৱে, দেম্মার্ক, নেদরল্যান্দ, বেল্জিয়ম্, ইটালী, স্পেন্ অমসুং গ্রীসনা উপসাগবগী সমুদ্রদা ইরাক্কী জহাজশিংনা হেন্দোরক্পা য়েঙদুনা লৈখি । অদুগা ইউ: এন: গী অথিংবা হুকুম্ অদু ইরাক্না চৎনবা য়েঙদুনা লৈখি । খোংম্নী লাম্মী ফরাসীনা ডাগুউট্ দিভিজন্, মরুওইনা ৬ শুবা লাইট, অর্মর দিভিজন্ অমুক্ হন্না থাজিন্দুনা কন্খৎহন্খি । ইউনাইটেদ্ কিংদম্না অহান্বা অর্মর দিভিজন্ পিখি । "ময়াম্ পুন্না মশীং খর ওইনা জাতি নিফু পুন্না সাদ্দাম্ হুসেইন্ মায়য়োক্নবা, হান্নগী ৱারসাও প্যাক্কী য়েক্নবা জেকোস্নোভাকিয়া, হঙ্গারী অমসুং কমানিয়া; মখোয়না রসায়নগী লাঞ্জাওগী হৈশিংলবা অহৈ- অশিং পিখি । মসিনা পৃথিবী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা খ্বাইদগী হেন্না চাওবা মীচং- পুনশিনবা ওইখি । উপসাগরদা (আরবকী মীচং- পুনশিনবা লাম্মী থারগা) ২০০,০০০ মরুপশিংগী লাম্মীনা ইউ: এন: গী কোরিয়াদা লৈবা লাম্মী ৩৯,০০০ দগী য়াম্না হেনখি অমসুং ফ্রী ৱার্দ মিলিটারী ফোর্সনা ভিয়েটনাম্দা মতেং পাংনবা থাখি ।" ৭

প্রসিদেন্ট বুশকী খ্বাইদগী হেন্না কন্না অমসুং চেক্শিন্না হোৎনদুনা জেনরেল স্বার্জকোপ্ অমসুং জে: মিকেল্ জে: দুগান্, ইউ: এস: চীফ্ ওফ্ ষ্টাফ্না হোৎনদুনা, অদুগী মথক্তা মরাইবক্ ফবনা, সোভিয়েট ইউনিয়ন্না আমেরিকাগী মীচং ওইনা সোভিয়েট ইউনিয়ন্ কাইরমদাইদা পৃথিবীদা সুপর পাৱার অমতা লৈবগুম্না এদোল্ফ হিটলরগী মতম্দা ইউ: এস:, ইউ: কে:, সোভিয়েট ইউনিয়ন অমসুং ফরাসী পুন্দুনা নাজিগী মপাঙ্গল্ থুদেকপগুম্না সাদ্দাম হুসেইনবু অপিকপা আরবকী হিটলর মীংথোল পিদুনা হামেং শাইনবগী আববকী মথক্তা আরবকী লাঞ্জাও অমা লাক্নবা খুকউ শেন্দুনা লৈখি । উপসাগর লাঞ্জাও অদু উপদ্রোপনি হায়না ময়াম্না উখি ।

## পন্দুপ্ ১৩

# লাঞ্জাওগী পাওনিলখোল্

আমেরিকানা ইরাক্তা কুৱেট্পু লৌশিন্বা অদু ঙক্তা থোক্লম্ই । অদুবু মদু ইরাক্কী মখুৎতগী লাল্ অমা নত্রগা লাল্গী মওং মানবা মওং অমা তৌদুনা হন্দোক্পা দরকার ওই হায়বা অদু খন্খি । তৌবদি কুৱেট্পু ইরাক্তা নম্দুনা লম্ লৌশিনবা অদুগা নোংপোক্ ময়াইদা থোক্লিবা সমাস্যাশিং অদুগা মরী লৈনহন্দবা হায়না লৌখি । ইরাক্তা মনিং তম্বা লৈবাক্ মচা অমা, থাওনা পৃথিবীদা লৈবা চাদা ৪০ হিং লৈবা অমবু লালগী মরম্দা লাওথোকপা য়াওদনা নম্দুনা লৌশিনবা অদু মতম খরগী মমাঙ্দা লৈরম্বা এডোল্ফ হিটলরগী পাংখক্লি হায়বা তশেংনা য়ারবা ৱাফম্ ওইরম্ই । আমেরিকানা ভিয়েটনাম্ লাঞ্জাওগী মতুংদা থোকপা উপদ্রোপ্নি !

ভিয়েটনাম্ লাঞ্জাওগী মায়থিবা ফঙ্লবা মতুংদা আমেরিকাগী মিংচৎ অদু হন্থখি । পৃথিবী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মমাংদা, আমেরিকানা য়াম্না নিংথিবা ময়াম্দগী তোখাইনা তাবা অমদা লৈজরমই অমসুং লাঞ্জাও য়াওবা পাম্দবা জাতি ওইনা লৌনখি । মতুংদা আমেরিকাদু চেদা য়েক্পা কৈ হায়দুনা হায়নখি । অদুবু অচুম্বদি ওইরমদে । পৃথিবী অনিশুবা লাঞ্জাও মতুংদা ইউ: এস: না সোভিয়েট ইউনিয়ন্গা সুপর পাৱার ওইদুনা চেনমিন্নরক্লিবনি । ইউ: এস: না নোংপোক ময়াইদা ৭ শুবা জহাজশিংনা শেন্নদুনা লাক্পা ঙসি ঙরাংদগী নত্তে, করিগুম্বা সমস্যা অমা থোক্কদ্রা হায়দুনা লৈরম্বনি । সোভিয়েট্ ইউনিয়ন্না থাও খোনীশিং লৌশিল্লকপরা নত্রগা নোংপোক্ ময়াইগী লৈবাক্শিংগী খৎনবা, আরব- ইস্রাইলী লাঞ্জাও

লাক্কদ্রা নত্রগা আরব্- আরব্ লাঞ্জাও লাক্কদ্রা হায়দুনা য়েঙননবা ইউ: এস: লৈরক্লি । অদুবু আরব- আরব লাঞ্জাও থোক্লক্লে । আরবকী লুচিংবা পাম্বা অমসুং কুৱেট্পু ফোংনা লান্দবা সাদ্দাম্ হুসেইন্না ওইরম্ই । মৈরিক্পীনা মৈজাও হৌবা, মদু থিংহৌদ্রবদি ওইখ্রগনি । আরব্- ইজ্রাইলী লাঞ্জাও মরীরক্ শুবা ওইনা থোক্পা, সাদ্দাম্না কুৱেটকী থাওগী লন্দগী চোক্থবা নাইদনা লাল্ তৌরক্পা অদুনি ।

"মসিগী মতম্ ফরিঙৈদা, বৃটিশ সম্রাজ্যনা ৱাখল্ অমা তৌরমই, মদুদি নহাক্না বৃটিশ নাগরিক্ অমা মফম্ অমদা মাঙ্নবা তৌরুবদি, ইকুই- কুইদনা নত্রগা থেংনা- ঙসি ওইদবা য়াই, হয়েং ওইদবা য়াই, নত্রগা মথং চয়োল্দা নত্রগা মথং থাদা ওইবা য়াই- করিগুম্বা ফত্তবা খর, শোইদনা নঙোন্দা থোক্কনি অমসুং বৃটিশশিংদা মতোম্তা ওইরমদে ।" ১ আমেরিকা মচাশিংশু মদু কাওবা ঙম্দনা লৈ অমসুং লমন্ শোইদনা খুন্নক্কনি ।

অদুগা "ইউ: এস: না লাঞ্জাও অমতা ইতিহাসতা মাইথিরক্ত্রি ।"২ আমেরিকাবু চেগী কৈনি হায়বা অদু ৱা কাহেন্না ঙাংবনি । পোৎ অমতা খঙ্দবা কাংবুনা হায়জিনবনি ।

ইরাক্না কুৱেট হেক্ লৌশিনবগা কুৱেটী মচাশিংনা মীকোক্ থিনবা রীজিষ্টার অদু ইউনাইটেদ্ নেসন্ সেক্যুরিটী কাওন্সিল্দা য়াম্না থুনা পিশিনখি অমসুং কাওন্সিল্না রীজোলুসন্ নং: ৬৬০ আগষ্ট ২ দা লৌদুনা কুৱেটতগী ইরাক্না হন্দোক্কদবনি হায়খি । রীজোলুসন্ নং: ১২ খক্ উপসাগরগী লাঞ্জাও অদু তৌন্নবা য়ান্নবা, "উপায় দরকার ওইবা ময়াম লৌদুনা কুৱেট্পু মনিং অমুক্ তমহন্নবা হায়না রীজো: নং: ৬৭৮ নবেম্বর ২৯ দা কাওন্সিলনা লৌখি । ইরাক্না লাল্ থেঙ্নবা ঙম্নবা শেম্- শাবা পূম্নমক্তি লাম্গী পৈখৎপা, এরোপ্লেনশিং, তোপ্শিং অমসুং জহাজশিং উপসাগরদা লাকপা ঙম্নবা আগষ্ট ২ দগী ১৯৯১ জানুৱারী ১২ দা

মনুংদা লাঞ্জাও তৌনবগী রীজোলুসন্ অমা হাওস ওফ্ রীপ্রেজেন্টেটিভনা শিবগী মতম্ লৌরমই । তহ্া- তহানদি লাঞ্জাওগী শেম্ব- শাবা অদু লৌখিবা নংলমদে । প্রসিদেন্ট বুশনা কন্ত্রেসতা মওং তানা লাঞ্জাও অমা লাওখোক্পগী ১৯৯১ জানুবারী ৭ তা হায়জখিদে, মহাক্না কন্ত্রেশতা "চঙ্গদবা উপাই পূল্লমক থিদুনা" ইরাক্পু জানুবারী ১৫ মনুংদা হন্দোক্লুবদি কুবেটতগী তাদ্বোক্লবা নিখি । আমেরিকা মচাশিং চাদা ৮৩ না লাঞ্জাও অদু শৌগৎখি, অদুম ওইনমক্ চাদা ৭১ না থুম্না প্রতিবাদ্ তৌবা য়াল্লখিদে । মমিং পন্ত্রবশু আমেরিকানা ইরাকী মথক্তা লাঞ্জাও তৌগে লেপখি ।

প্রসিদেন্ট বুশনা ১৯৯০, নবেম্বর ২৬ তা নিয়ুজবীকতা হায়খি— ঐখোয়গী পম্মুংকমশিং ঐনা অহানবদা আমেরিকা প্রজানা অকোনবা আগষ্টতা হায়খিবা অদুদগী হোংলমদে । অহানবদা, খুদক্তা অমসুং মপুং অমতা য়াওদনা ইরাকী লাম্মী কুবেটতগী হন্দোকদৌবনি । অনিশুবা, কুবেটকী আইন্না য়ারবা সাসন্ হল্লিনবনি । অহুমশুবা, তেক্তা কাইনা অমসুং মরা চেংনা উপসাগর — হাররী ব্রুমেন্গী মতম্দগী ইউনাইটেদ ষ্টেটস্ মরু ওইবা জাতি কান্নবা ওইবা অমসুং মরী শুবা, মীয়ৈবাক্তা লৈবা আমেরিকাগী নাগরিক্শিংগী শাক্থোক্পনি ।

কুবেটপু ইরাক্না লৌবদা, ইউ: এস: না ইরাকী মথক্তা মরুপশিং ২৮ গী লাম্মীশিংনা তৌবদি কুবেটকী থাওগী লম্ মিকানবা অমসুং ভিয়েটনাম্ লাঞ্জাওদা আমেরিকানা মায়থিবগী ইকাইবা হন্দোক্নুনা থিংচং অমা লৌবা অমসুং আমেরিকাগী সুপর পাৱার পাঙ্গল্ পৃথিবীগী লৈবাক্শিংদা উৎপা অদুনি । মরাইবক ফবনা, সোভিয়েট ইউনিয়নশু মার্ক্সিজম্- লেনিনিষ্ট কম্যুনিজম্ নিংখাইগদবা মতম্ ওইবনা ইউ: এস: গী মরুপ্ শাল্লবদা য়াওরমই । ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিল্লী ভেটো শীজিন্নবিদে । ইরাক্না নাইতোম্ তানা উপসাগরগী লাঞ্জাও অদু শোক্লবা তারমই । মদুনা উপসাগরগী লাঞ্জাও য়াম্না থুনা লোইন্নবগী মরম্ ওইরম্ই ।

পার্সী উপসাগরগী লাঙ্গাও অদু শীন্ফম ওইবা মিলিটারীনা ভিয়েৎনামগী লমন্ খুন্বনি । "শীংথানবা লাঙ্গাও অদু, অওইবমক নুংশিনা লমন্ খুন্বনি ।"

আমেরিকানা পার্সী উপসাগরগী বাথোক্তা কবি শক্ত লৈদুনা বায়েন্‌গদৌরিবনো নত্রগা শক্তিগী পাঙ্গল উৎতুনা ইবাকপু কুরেটতগী লাম্থোকদৌরিবা ? হিটলার মাম্বা সাদ্দাম্ হুসেইনবু নম্থনববা নত্রগা অপিকপা রাজ্য অমবু লাল্ ল্যাওথোকপা লৈতনা নমদুনা কুরেটপু থাওগী খোনিদগী থাও হেন্না লৌথোকপগী, বাম্লিয়া খোনিদগী লৌই হায়দুনা মবাল শিবগী লান্দববা ? নত্রগা মশাগী আয় পৃথিবীগী থাওগী বিজর্ব চাদা ৪০ গী হিংদা লৈবা ইনাক্ খুনবা লৈবাক্ মচানি হায়দুনা তৌববা ? কুরেট্ লৌশিল্লবদি সাদ্দাম্না নোংপোক্ ময়াইগী আবব লৈরাকশিংগী মরক্তা মীথোই- মীহেনবা ওন্নানি হায়বগী আশা তৌরবরা ? আমেরিকাগী মাইকৈদা পৃথিবীগী থাওগী বিজর্ব অদু ইবাকী মখুৎতা আমিনি হায়বগী চিংনবা অমা লৈবনি । কুরেট্ হেক্ লৌশিনবগা ইউ: এস: না মক্কোক্ চিংলদুনা ইরাকী মথক্তা ইউনাইটেদ্ নেসন্ সেক্যুরিটী কাওন্সিল্দা মাগী তুংইন্না লৈবাকশিংনা প্রসিদেন্ট বুশগী মতুং ইল্লিবশে ।

১৯৯০, আগষ্ট ২ দা থিল্লবা লৈতনা প্রসিদেন্ট বুশনা, ইরাক্না কুরেট্ লৌশিনবা নুমিৎ অদুদা, মহাক্না একজিক্যুটিভ ওর্দর নং: ১২৭২২ আমেরিকা জাতিগী লৈবাক্ মবা চেংপা অমসুং বিদেশ পোলিসীদা থম্কি পিরক্নে হায়দুনা লাওথোক্খি । অদুগা নুমিৎ অদুদা ইউনাইটেদ্ স্টেটসনা ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিল রীজোলুসন্ ৬৬০ বু ভোট্ পিদুনা ইবাকপু লানতাবা অদু নিন্দা তৌখি অমসুং বুদক্তা হন্দোক্কদবনি হায়খি ।

আগষ্ট ৬, ইবাকী লান্মী ১৪০,০০০ না কুরেটপু লৌরবা মতুংদা সাউদি আরাবিয়াগী মখা পাংলক্খি । সেক্রেটারী ওফ্ দীফেন্স দিক্

চেনীনা সাউদি নিংথৌ ফাওহদ্ উন্নদুনা ইউনাইটেদ ষ্টেটসনা মহাক্কী লৈবাকপু ঙাকপিয়ু হায়জখি । সাদ্দাম্গী লাম্মীনা সাউদিগী মখা থঙবা মাইকৈ তম্নক্পা অদু উদুনা প্রসিদেন্ট বুশনা আগষ্ট ৭ তা ইউ: এস: না লম্দম্ অদুনা লাম্মী শীজিন্নবা হৌখি । অহৌবা পূম্নমক্ অমসুং মতুং তাবা ইউ: এস: লাম্মী শীন্থোক্- শীনজিলদি প্রসিদেন্ট বুশনা জাতিগী য়ৈখাই- থিন্গাই পম্বুংফম্ য়েঙ্দুনা তৌরমই ।

পম্বুংফমশিং অদু ফঙ্নবা প্রসিদেন্ট বুশনা আমেরিকাগী প্রজাদা ১৯৯০ আগষ্ট ৮ ওনশিন্দুনা হায়খি । "ইচম্- চম্বা ব্রাগী মরু মরী খক্লা ঐখোয়গী লৈবাক্- ঙাক্লোল্ অসি লম্জিংই," মহাক্না হায়খি । "অহানবা, ঐখোয়না খুদক্তা, স্বত্ব য়াওদনা অমসুং ইরাক্কী লাম্মী কুৱেট্তগী মপুং ফানা হন্দোক্কদবনি । অনিশুবা, কুৱেটকী আইন্না য়াবা সাসন্, হং- সাসন্ মহুৎ শীন্দোক্কদবনি অমসুং অহুমশুবা, ঐগী সাসন্, প্রসিদেন্ট খুদিংমক্লা তৌবগুম্না, প্রসিদেন্ট রুজভেল্টতগী প্রসিদেন্ট রীয়াগান, পার্সী উপসাগরগী য়ৈখাই- থিংগাই লৈতনবা অমসুং মরা তপ্না লৈনবা হোৎনৈ । অমসুং মরীশুবা, মীরৈবাক্তা লৈবা আমেরিকাগী নাগরিকশিংগী থৱাইশিং ঙাক্লবা পুক্চেল্ লেপ্ই ।"

বুশনা ইরাক্কী লালতাবা অদুগী মতুংদা খুদক্তা, ইরাক্না লল্লোনবা পূম্নমক্ থিংনবা য়াথং পিখি অমসুং অতৈ জাতিশিংগা লোইননা অথিংবা পিরমই । সোভিয়েট্ ইউনিয়ন্ অমসুং চিনানা ইরাক্তা খুৎলাই য়োনবা তোকখি অমসুং অমসুং আগষ্ট ৮ দগী ইউনাইটেদ্ নেসন সেক্যুরিটী কাওন্সিলনা চহি ২৩ গী মনুংদা অহানবা ওইনা য়াথংগী ওইবা অয়াবা (i.e. রীজোলুসন্ ৬৬১) ইউনাইটেদ্ নেসন্স দলিল্ পন্দুপ্ ৭ মখাদা থম্খি ।

'অঈংবা লাঞ্জাও' অমসুং নোংপোক অমসুং নোংচুপ জর্মানী পুনশিল্লবা ১৯৮৯ ওক্টোবর ৩ মতুংদা আমেরিকানা য়াম্না শাংবা ছুটি অমা নুংঙাইনা

মতম লেখ্বা হৌরক্লমই। পৃথিবীদা ইউ: এস: অমসুং সোভিয়েট্ ইউনিয়ন্না সুপর- পবার ওইদুনা লৈরক্লি। অদুবু সোভিয়েট্ ইউনিয়ন্গী মার্ক্সিজম্-লেনিনিজম্গী দিক্টেটারশিপ্ নত্রগা কম্যুনিজম্ অদু ১৯১৭ দগী ১৯৯০ চহি ৭০ লৈরম্লবা লম্নাইগী থবক- ইন্থাং তৌবা ফিবম্ নত্রদি শেল-থুম্গী ফিবম্ নিংথাইবা তাখি। অদুগী মথক্তা ইরাক- কুবেট লাল্ থোক্লক্পনা সোভিয়েট্ ইউনিয়ন্না মাগী ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিলদা ইরাক্কী মথক্তা তৌরকপা, কুবেটতগী হন্দোক্লনি হায়বা পুন্নমক্ মিচঙ্ চঙদদুনা আমেরিকাগা মরুপ্ শান্নখি। মাগী ভেটোগী পাঙ্গল্ শুক্লশি-শীজিন্নরমদে। শীজিন্নরদি অনৌবা ভিয়েটনাম্ লাঙ্লাও অমা হৌগা তাবনি। ইরাক্না সোভিয়েট ইউনিয়নগী নিউক্লিয়ার ছাতিন্না থন্দুনা, মদু মমাঙ্দদি, লৈরম্বনি।

প্রসিদেন্ট বুশনা আমেরিকা জাতিদা লৈবাক্কী অথাবা অমা লাক্লে হায়দুনা কৌবদগী মাগী ওইজবা ঙাক্লবা লাশ্মী, ইয়ার নেসনেল্ গ্যার্দ, ইয়ার ফোর্স, নেভী, ম্যারিন্ কর্পস অমসুং কোস্ট গ্যার্দ পুন্নমক লাঙ্লাও লাক্লবদি ইরাক্কী মথক্তা লাল্ তৌবা ঙম্বগনি হায়খি। আমেরিকাগী প্রজা অমসুং লাশ্মী পুন্নমক অমত্তা ওইনা জাতিগী থুনোংথিবা লাক্লবদি খেঙনবা তাবনি হায়দুনা লোইনবক্ পুনশিন্নরম্লই।

অরুপ্প আরব্ লৈবাক্শিংগী মরক্তা আরব্ লৈবাক্ অমনা কাহেন্লবা, মতেংপাংনা পাঙ্গল শীজিন্নবা ইরাক্কী মথক্তা সাউদি আরাবিয়া, ইজিপ, কাটার, ওমান্, দুবাই, আবু দাবি অমসুং ইউনাইটেদ আরব ইমিরেট অপুনবা ওইনা লেপখি। ইংলেন্দ, ফরাসী, জর্মানী, ইটালী, জাপান অমসুং মরুওইবা লৈবাক্শিংনা ইরাক্কী মায়োক্তা লেপখি। শম্না হায়রবদা লৈবাক্ কুন্নিপাল্ পুন্না মীচঙ খোম্না অদুদা ইরাক্কী মথক্তা লাঙ্লাও তৌবা য়াখি। আমেরিকানা ইউনাইটেদ নেসন্গী ইরাকপু কুবেটতগী তাথোক্লবা অয়াবা নিখি। ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিল্ জেনরেল সেক্রেটারী দি কুয়েল্লারনা লাঙ্লাও অদু শোক্লদুনা কুবেটতগী ইরাকপু অথোকপগী

পাঙ্গলদমক্ পিখিবা হুক্কুম্ ওইরমই অমসুং ইউ: এন: গী লাঞ্জাও নত্তে । "প্রসিদেন্ট বুশনা কঙ্গ্রেশদা চৎনবী মওং ইল্লগা লাঞ্জাও অমা লাওথোকপা লৈখিদে, ১৯৯১, জানুৱারী ৭তা, মহাক্না অকোনবদা 'উপায় অচঙবা মখৈ' লোইননা কুৱেটতগী ইরাকপু তাম্থোক্কদবনি । য়াম্না য়েৎনরবা মতুংদা লাঞ্জাও শোক্লবগী রীজোলুসন্ ১৯৯১, জানুৱারী ১২ দা, লাঞ্জাও থোক্লৈঙেগী নুমিৎ মঙানিগী মমাঙদা থোকখি ।" ৩ জানুৱারী ১৫ গী মনুংদা ইরাক্ন কুৱেটতগী হন্দোক্কদবনি নত্রবদি অরোইবা পুংফম্ হেক্ লানবগা 'উপায় অচঙ্বা মখৈ' গা লোইননা কুৱেটতগী ইরাকপু তাম্থোক্কনি হায়বদি লাঞ্জাও অমা ইউ: এস: অমসুং মহাক্কী মরুপশিংনা তৌগনি । শেল্লিবা থৌরাঙ্ পূম্নমক্ লাঞ্জাও অমগী থাক্তা থোইদোক্ হেন্দোক্না শেল্লবনি । হায়রিবা ৱারেপ অদুদা আমেরিকাগী প্রজানা চাদা ৮৩ না লাঞ্জাও অদুদা শৌগৎখি । বুশনা হায়খি, ঈশ্বরনা শাক্নি, আমেরিকাগী প্রজানা ভিয়েটনাম্গী ময়াম্গী মরক্তা উপদ্রোপ অমা থোক্লে । "ঐখোয়গী অচেৎপা থাজবদি প্রসিদেন্টগী আইন্গী অধিকারী, করিগুম্বা মফম্দা কঙ্গ্রেশকী শীন্নথোকপা য়াওদনা আমেরিকাগী লাম্মী থাবা ঙম্দে ।" ইরাক্না কুৱেটপু লৌশিনবা নুমিত্তা বুশনা হকজিক্যুটিভ্ হুক্কুম নং: ১২৭২২ চৎনহন্দুনা ইরাক্না কুৱেটপু লান্দাবা অদুনা ইউনাইটেদ্ ষ্টেটস্ জাতিগী থোক্লক্কদবা ধম্কি অমা পিখি । মহাক্না ইউ: এস: গী সংবিধান্না য়াবা থা অহুম প্রসিদেন্টনা লাঞ্জাও তৌবা ঙম্বা পাঙ্গলদা হায়দনা নত্রগা ইউনাইটেদ্ ষ্টেটসকী কঙ্গ্রেশদা লাঞ্জাও অমা তৌনবসু হায়জবা লৈরমদে । সংবিধানগী সেক্সন ২ গী মতুং ইন্না হুক্কুম অদু লাকখিবনি । লাঞ্জাও অয়াম্বদি তাংদাংবা ওইনা কঙ্গ্রেশনা য়ারবা ইউ: এস: গী নাগরীক্শিং ঙাক্থোক্লবা জহাজদগী কংফান্দা কাখৎতুনা য়েক্লবা শক্তিশিং থেঙ্গাইনবা নত্রগা ঈমু- নাইমু তাবা নত্তবা নত্রগা ফাগী মানবা থবক্শিং জহাজগী আফিসার অমনা অথাপ্পা বন্দর অমদা মশাগী দায়িত্ব লৈবা থবক্ তৌবনি । কোরিয়া অমসুং ভিয়েটনাম্ লাঞ্জাও নত্তনদি

মখোয় অয়াম্বদি সমুদ্র ডাকুশিংবু আইন্ন নম্দুনা ইম্বনবা, আদিমবাসিশিংগী মথক্তা করিগুম্বা অমা খুম্বা, মখল্ মখা অয়াম্বা কারিব্বিয়া ঈথংতা ব্রায়েল্লকপা, পানামাগী প্রসিদেন্ট নোরিয়াগাবু হীদাক লোন্না লল্লোনবগী মফম লৌথোকপা অমসুং দিয়গো গ্রাসিয়াগী লুচিংবা মতুংদা ফম্ লৌথোক্খিবা অদুনি ।

আমেরিকা প্রজানা ব্রাখন্দা খম্বরগা মখা তাখি । "ইকাই- ইকি খঙ্দবা মতা নত্রগা অকি- অখঙ্ লৈত্রবা অদুতনা প্রসিদেন্ট শক্তি মুনবা অঙাকপা কাংবু অদুনা ইতিহাসনা (ইউ: এস:) প্রসিদেন্টগী লাঞ্জাও অমা তৌবগী থবক্ থোকপা অদু আইন্না য়াহল্লে ।" ৪ অদুগা পার্সী উপসাগরগী চিরবা মতম্ অদুদা আমেরিকাগী প্রসিদেন্টশিংনা শতাব্দী অনিগী মনুংদা মীরৈবাকশিংদা লাম্মী চনিরক্ থাদোকখি, অদুবু লাঞ্জাও মঙা লাওথোকখি । অদুবু পার্সী উপসাগরগী চিরবা মতম্দা "চহি- চনিগী" মচিন্ থিবা আমেরিকাগী অৱাংবা থাক্কি সাসন্ পুবা মরক্তা ঙাংনখি । প্রসিদেন্ট বুশনা লাঞ্জাও অমা মতোম্তগী পাঙ্গলদা থা অহুম তৌবা ঙমদ[illegible] হায়জদে নত্রগা কঙ্গ্রেশদা লাঞ্জাও অমা তৌবগী লাওথোকপা লৈত্রবদি ল[illegible] খংনবা নত্রগা লাঞ্জাওগুম্বা লাম্মী য়াওবা থবক্তা নুমিৎ মরিক্[illegible] হেন্না চঙ্বা য়াদে । বুশনা উপসাগরগী খংনবা অদুনা অতোপ্পা ভিয়েটনাম্গী লাঞ্জাওগুম্না আমেরিকাগী প্রজাদা ব্রাহনবা ওইরোই হায়খি ।

অদুবু প্রসিদেন্ট বুশনা পার্সী উপসাগরদা কঙ্গ্রেশতগী লাঞ্জাও অমা তৌগনি হায়বগী লাওথোক্পা লৈতনা নত্রগা কঙ্গ্রেশতগী মপুং ফানা তাক্পা অধিকার য়াওদনা 'ফেদরেল কোর্টতা' কেশ অমা থাঙ্গৎখি । খন্নরবা মতুংদা মখোয়গী দরখাস্ট অদু ১৯৯০ দিসেম্বর ১৩ দা ইউ: এস: দিস্ট্রিক্ট জজ্ হ্যারোল্দ গ্রীন্না লাঞ্জাও অমা থোকপগী তশেং- তশেংবা খঙবা লৈতে হায়দুনা কেশ অদু মচেৎ ওইনা

কক্থৎখি । "জজ্ গ্রীন্না তাংদাংবা কোর্টনা লাঞ্জাও অমরা নত্রগা মদু নত্তে হায়বা ঙস্বগী মপাঙ্গল লৈরম্মী । উপসাগর অসিদা লাল্গী থৌদোক্ ময়াম্না আমেরিকাগী সিপাই লাখ্ লাখ্না তৌরিবা অদু অচুম্বদি লাঞ্জাও অমা শোইদনা ওইবা তাখি অমসুং অসিগুম্বা ফিবম্দা কঙ্গ্রেশনা লাঞ্জাও অমা তৌরে হায়না ফোংদোক্পগী হক্ লৈ, অমসুং কোর্টনা প্রসিদেন্টপু অসিগুম্বা (লাঞ্জাও) লাওথোক্পগী য়াথং পিবা য়াই ।"৫

হায়রিবা কোর্টকী রায় অদুনা বুশদা মপাঙ্গল্ য়াম্না পিরমই । সেক্রেটারী ওফ্ দীফেন্স দিক্ চেনীনা প্রসিদেন্টনা কঙ্গ্রেশতগী অতোপ্পা অয়াবা অমা অমুক হন্না ইউ: এস: লাশ্মীনা উপসাগর অমা লৌনিংঙাই লৈ হায়খি ।

মথং নুমিৎতা হাওস দেমোক্রেটিক কাওকসনা ভোট ১৭৭- ৩৭ ফঙদুনা অপুন্নবা য়াওদনা গভর্নমেন্টনা তৌবা থৌওং (পোলিসী) অমা প্রসিদেন্ট বুশনা পার্সী উপসাগরদা কঙ্গ্রেশগী পথাপ্ নাইনা অয়াবা য়াওদনা আমেরিকাগী প্রজাগী মপুন্শিশিং খুদোংথিবা লৈরবদি লান্দাদুনা লাশ্মীগী থবক্ তৌবা য়াদে হায়খি । বুশগী সাসন্না তৌবা থৌওং লোইনা খুদোংথিবা তারমই । রীপ্রেজেনটেটিভ এসপিন্না, ১৯৯১ জানুৱারী ৮ দা হিয়ারিংগী হ্বাইট্ পেপরদা প্রসিদেন্টনা কুৱেটপু মনিং- মখা তৌবগী লাশ্মী শীজিন্নবা অচুম্বা ভোট্তি হোই হায়না য়াখি ।

প্রসিদেন্ট বুশনা পার্সী উপসাগরদা ইরাক্কী মথক্তা লাঞ্জাও অমা তৌবদা কঙ্গ্রেশনা ভোট লৌনগদরা হায়বা ১০২ শুবা কঙ্গ্রেশগী সভা অমা ১৯৯১ জানুৱারী ৩ দা কৌখি । কঙ্গ্রেশনা বুশগী লাঞ্জাও তৌবগী মপাঙ্গল্ অদু য়েৎনবা অমসুং ভোট পিগদ্রা ? নত্রগা বুশনা কঙ্গ্রেশতা লাঞ্জাও অমা উপসাগরদা তৌবগী হাওস রীপ্রেজেন্টেটিবকী মপাঙ্গল অমা পিয়ু হায়রক্কদ্রা চিংনখি । মতম্ অদু ফাওবদি কঙ্গ্রেশনা সংবিধান্গী লাঞ্জাও অমা তৌবগী মথৌ পাংথোক্লমদে । মদুদি চুম্দবা ওইনা

থোক্লমই । আরাবিয়া মরুভুমিদা আমেরিকা মচা লাখ্ লাখ্না ফিজি তাখৎতুনা আমেরিকা নাগরিগশিং কয়া কয়াগী মথৱাই, লল্- থুম্, ব্যবহার অমসুং থাওগী কান্নবা ফঙবা মাঙবা লাক্লবা মতম্দা মীখন্দা কাবা প্রজাগী মীহুৎনা নিংঙাইদনা লৈবা কয়া পন্নখি । হায়রিবা মতম্ অদুদা লাঞ্জাও অমা তৌগদবগী খন্নবদা মচেৎ- মচেৎ তাবগী খুদম উৎপা অফবা ওইরমদে । ১৯৯০ দিসেম্বর ২৯- ৩০, দা 'ইউ: এস: ঙসিগী মীখল্' অমা মদুগীদমক তৌবা মতম্দা আমেরিকা প্রজা তরাগী মনুংদা তরেৎনা বুশনা কঙ্গ্রেশগী অয়াবা ফঙদুনা ইরাক্কী মথক্তা অচৌবা লান্মীগী থবক্ পায়খৎপা য়াখি । আমেরিকা মচাশিংনা শিবা- চংবা খঙদনা কুৱেট্কী লানফম্দা চৎলিঁঙৈগী মতম্দা কঙ্গ্রেশনা লাল্ চঙবা য়াব্রা নত্রগা য়াদব্রা হায়দুনা য়েৎনবগী মতম্ মাংহল্লমই । মদু প্রজা খরনা নিন্দা তৌরকখি । মদুদি সংবিধান্না য়ারবা লাঞ্জাও অমা লাওথোকপগী অচৌবা য়াথং ওইরমই । ১৯৯০, নবেম্বর ২৯, গী ইউ: এন: রীজোলুসন, ৬৭৮ গী মতুং ইন্দুনা মেম্বর রাজ্য খুদিংমক্তা ইউ: এন:সেক্যুরিটী কাওন্সিলগী রীজোলুসনশিং পাংথোক্নুনা জানুৱারী ১৫, দা ইরাক্না কুৱেটতগী হন্দোকদবনি নত্রবদি দরকার ওইবা পাঙ্গৈ শীজিন্নদুনা হন্দোকহনবা দরকাররনি হায়রমই । হৌজিক্কী ফিবম্ অদুগা কোরিয়া লাঞ্জাওগা মান্নরমই । হান্না ওইরম্বা প্রসিদেন্ট ট্রুমেন্না কঙ্গ্রেশগী ভোটকী অয়াবা থিদনা ইউ: এন: গী রীজোলুসন্ মতুং ইন্না লাঞ্জাও অদু শোক্লিব্রিবনি ।

অদুবু বুশনা অকিবা ফঙনা অরানবা লাঞ্জাও তৌবগী থৌদৌ মতা অদু মীরোল্ হ চেন্দবা শিংনা অমুক্ হন্না য়াখি । ১৯৯১ জানুৱারী ১২, দা নুমিৎ হুম্নি য়েৎনরবা মতুংদা আমেরিকাগী কঙ্গ্রেশনা মহাক্না ইরাক্কী মথক্তা তৌবা লাঞ্জাও অমা য়াখি । নুমিৎ অদুদা ইরাক্কী মথক্তা সিপাইগী মপাঙ্গল্ শীজিন্নবা য়াবগী রীজোলুসন্ সেনেট্না ভোট ৫২- ৪৭ অমসুং হাওস ওফ্ রীপ্রেজেন্টেটিভতা ২৫০- ১৪৩

ফঙদুনা য়াখি । রীজোলুসন্ অদুনা লাঞ্জাও অমা লাওথোক্পগী হেনবা ওইজরশু ভিয়েটনাম্ লাঞ্জাওগী টোন্টিন রীজোলুসন্দগী অতোপ্পা ওইরমই । ইউ: এস: কঙ্গ্রেশনা মখোয়না উপসাগরগী ফিবম্ অদু য়াখি । সেক্যুরিটী কাওন্সিলগী রীজোলুসন্ নং: ৬৭৮ গী মতুং ইন্না অধিকারী পুম্নমক্ ইউ: এস: বু ইরাক্কী মথক্তা লাঞ্জাও তৌবগী পিখি । আমেরিকাগী প্রসিদেন্টপু পার্সী উপসাগরগী খৎনবা অদুদা কম্মান্দর- ইন্- চীফ্ ওইনা অমসুং মহাক্কী লুচিংবগী মখাদা কঙ্গ্রেশনা ১৯৯১, জানুবারী ১৮, দা সেনেটতা ভোট্ ৯৬- ৬ অমসুং হাওস ওফ্ রীপ্রেজেন্টেটিভ্কী ভোট ৩৯৯-৬ ফঙ্দুনা আমেরিকাগী খুৎলাই পায়বা পাঙ্গলগী নুপা- নুপীশিংনা মথৌ তৌবগী অথোইবা উৎপা, কৎথোক্লবা মরৈবাক্ নিংবা অমসুং খুদম্ ওইবা মথৌনা ফবগা লোইননা উৎপা হায়না ঙারেপ্ তাখি । অরোইবদা, আমেরিকাগী কঙ্গ্রেশনা ভিয়েট্নাম্গী উপদ্রোপ অমা থোকপনি খন্নখি ।

তশেংবা হায়রবদি আমেরিকানা হিরম্ অমগী মচা খাইনা খোমজিল্লবা মশীং মরোলদা, অঙাৎপা অমতশু লৈবা য়াওদনা ভিয়েটনাম্ লাঞ্জাও অমা আমেরিকানা মায়থিনিংঙাই লৈরমদে । লাঞ্জাওদদি, নেপোলিয়ন্ বোনাপার্টিনা হায়খি, অচুম্- অরানগা পোৎকা অহুমগা অমগনি । লাঞ্জাওদা মায়থিবগী মরম্ পোৎ- চৈ ঙাৎপনা ওইখিদে । প্রসিদেন্ট নিক্সন্না ১৯৬৯ জানুবারীদা ফম্ লৌবা মতম্দা পেন্টাগোন্গী কম্প্যুটর অমদা- মীশিং মচাও- মরাক্, জাতিগী পোৎথোক্শিং, ইস্পাত পোৎথোক, জহাজশিংগী মশীং, টেঙ্কশিং, এরোপ্লেনশিং অমসুং অতৈ হাপ্পুনা য়েঙখি । অদুদগী ঙাহং অসি হঙখি, "করম্বা মতম্দা ঐখোয়না (ইউ: এস: না ) জয় ওইগনি ? পাওখম্ অদু মিৎকুপ্ অমগী মনুংদা থোকখি : "নখোয়না ১৯৬৪ দা জয় ওইখি !" ৬

হিরম্ অমগী মচা খাইনা খোমজিল্লবা মশীংগী মরোল্দদি ইউনাইটেদ ষ্টেটসনা ভিয়েটনাম্দা লাঞ্জাও অমদা মায়থিবা ফঙলোইদবনি। তৌইগুম্বসুং নেপোলিয়ন্না হায়বগুম্না লাঞ্জাও অমদগী য়াম্না হেন্না মশীং থানিংঙাই লৈরি। ভিয়েটনাম্দা মায়থিবা অদু অচুম- অরান্নি, পোৎ- চৈশিংগী ওইদে। অচুম্- অরানগী ঙম্খৈ অমুক্ হন্না পুথোকপা তারবদি আমেরিকাগী সিপাইশিংনা ভিয়েটনাম্গী লাঞ্জাওদা অচেৎপা খুৎপাই অমা থম্মোইদা শোকপা মশানা খঙনা লৈজবনি। অদুবু পার্সী উপসাগর লাঞ্জাও অদুদদি অরুবা মতাং অমা লাক্খি। "লিচৎ- শাজৎকী মায়য়োক্তা শান্নবা য়েঙলগনি। আমেরিকাগী জেনরেল্শিংনা অকোনবা লাঞ্জাও অদুদা অমুক হন্না লাল্ শোক্লৌ হায়বা য়াখিদে ... পার্সী উপসাগরগী চিরবা মতম্ অসিদা সিপাইশিংগী মশীন্- মথৌ ভিয়েটনাম্গী লমন্ খুম্না উৎপা ওই ...।" ৭ "য়েঙবা য়াবা লাঞ্জাও," মদুনা খোইথুম্নবা লমন্খুম্বা থাঙ্গে শেংবা ওইখি।

১৯৯০ নবেম্বর মমাংদা ভিয়েটনাম লাঞ্জাও থোক্খিবা অদুগা পার্সী উপসাগরদা থোক্কদৌরিবা লাঞ্জাও অদুগা য়াম্না লুবা খেন্নবা অমদি বুশ সাসন্না পুক্চেল্ তিংবা অমসুং ইহাং- হাংদোক্পা ওইনা চাংদম্নবদা জ্যান্সন্না হ্বাইট হাওসনা প্রজাগী অশাওবা অদু থোকহন্দনা লাঞ্জাও অদু তৌনিংখি। বুশতি আমেরিকাগী প্রজা হৌদোক্লবা হোৎনবগী অখন্নবা লৈরম্দে। জেনরেল্শিংনা আমেরিকাগী নহারোল্শিং লাম্নী ওইনা 'ড্রাফ' লৌবা মতম্দা খঙবা ঙম্খি। অদুগা পার্সী উপসাগরগী অনৌবা লাম্নী লোইনমক্তি 'রীজার্ব ইউনিট্শিং' খাক্কুনা লৈবা লাঞ্জাওগী থবক্তা লংলৈ থাবা য়াখি। অদুগা হান্না ওইরম্বা প্রসিদেন্ট জ্যান্সন্দি রাজনিতিগী খুদোংথিবা খঙনবা কঙ্গ্রেশকী জিল্লা খুদিংদা 'রীজার্বশিং' কৌখৎপা ওইনা থোকপদুনা কৌ হায়বা য়াখিদে। মতুংদা লাক্খিবা প্রসিদেন্টশিংনা মদুগী খম্বা পাম্খিদে। তপ্না অমসুং নাকোইননা জেনরেলশিংনা প্রসিদেন্টগী মপাঙ্গল হান্ননা শগোল্ য়াচল্ লাক্খিদুনা ইউ: এস: কঙ্গ্রেশগী থবক্

তৌবা লাঞ্জাওগী সমালোচনা তৌবদগী হেন্না মতিক- চানা তৌখি ।

**পার্সী উপসাগর লাঞ্জাওদা নোংথক্কী অনৌবা পাঙ্গল শীজিন্নবা হৌবাঃ**

মমাংঙৈদা চৎনরম্বা লাঞ্জাও অমদা খোংমী লাম্মীদা পাঙ্গল্ অদুক্ য়াম্না পিরম্বা পার্সী উপসাগর লাঞ্জাও অদু হোংদোক্নুনা নোংথক্কী পাঙ্গলদা পিবা হৌখি । অদুবু খোংমীনা কুৱেট লৌনবদি দরকার ওইখি । "তৌইগুম্বসুং নোংথক্কী পাঙ্গল্না য়েক্নবগী থিংবা অদু অসুম্না মচেৎ তানা থুগাইখি মদুদি সিপাইশিংনা খোংনা চৎতুনা অমসুং অকম্বা লানফম্ শোক্লরোই ।" মদুনা জহাজগী লাম্মী অমসুং খোংমীনা তৌবা ঙম্বদগী তাহম্বা নৎলম্দে । মখোয় অনিগী লাঞ্জাও অমদা তৌবসু য়াম্না দরকার ওইরমই । অদুবু মমাংঙৈদা চৎনরম্বা মখোয়গী কান্নবা মতম্গী মতুংইন্না অমসুং লাঞ্জাওদা চংলিবা লৈবাক্শিংগী অচৌবগী মতুং ইল্লমই । অনৌবা লাম্ভোং অদু ভিয়েটনাম্ লাঞ্জাওদা য়েক্নবগা থেঙ্নবদা খঙ্খি ।

১৯৯০, সেপ্টেম্বর দা ইয়ার ফোর্স চীফ ওফ্ ষ্টাফ জে: মাইকেল্ জে: ডুগান্না থবক্তগী হোংদোক্নুনা পার্সী উপসাগরগী নোংথক্কী পাঙ্গল থোইদোক্না মায়পুনখি । মহাক্না কুৱেটপু অমুক্ হন্না লৌশিনবদা খোংমী দরকার ওইরবা হায়খি । সেক্রেটারী ওফ দিফেন্স ডিক্ চেনীনা হায়খি, "অমসুং লৈবাক্ ঙাক্লোনগী ময়াম্গী হিরম্ ওইনা ঐখোয়না অতৈ খোংমী লাম্মী- জহাজগী থবক্ পুমিন্নবা শরুক্ তানা ঐনা খল্দে ।" অদুগা নোংথক্কী পাঙ্গলগী লাম্ভোংগী মরম্দা হংনবা ৱাহং লৈরমদে । পৃথিবী অনিশুবা লাঞ্জাওদা, কোরিয়াদা অমসুং ভিয়েটনামদা (অমসুং উপসাগরদশু উদুম্মঙাই), বোম্বরশিং অমসুং ফাইটর- বোম্বরশিংনা লাম্ভেংনবা, পান্দমফম্ ওইরিবা য়েক্নগী ময়ুম্- লমদা, মহাক্কী খুদম্ চম্বা অমসুং লাকশিনবা খুদোংচাবা মফম কয়াদা অমসুং অঙম্বা থুগাইদুনা লাঞ্জাও তৌবা ঙম্বা অদু অমসুং য়েক্নবগী নিংবা থিংনবগী মাংহন্নবা য়াম্না মরু ওইবা অমা ওইরমই । অদুবু নোংথক্কী পাঙ্গল্ মীচংশিংবু মপুক্ পেন্নবা মতিক্ চানা লৈরমদে । মখোয়গীদমক্তা থাঙ্গে শেংবা ৱাথোক্ অদুদি ওর্বেলগী মরৈ

ময়েৎ অদুনি । খুৎলাই পায়বা লাম্মীশিংদি চপ্ মান্নে, খরনা অতৈদগী হেন্না মান্নে । খোংমী লাম্মী অমসুং সমুদ্র লাম্মী মপৈনা (ম্যারিন্ কোর) পুনবা লালগী জহাজশিংগী মথৌ, মী ময়াম্ ওইরবশু মখোয়না ফঙ্গদবা জাতিগী সিপাইশিংগী পস্থুংফম্ ওইরমই । নোংথক্কী পাঙ্গল্না লাঞ্জাও অয়াম্বদি জয় তৌবা ঙমই ।

নোংথক্তা পায়বশিংনা এসিয়াগী খা- নোংপোক্তা টন্ ৬,১৬২,০০০, পৃথিবী অনিশুবা লাঞ্জাওদা চাওরাক্লা টন্ ২,১৫০,০০০ গী শরুক্ অহুম অমসুং টন্ ৪,৫৪,০০০ দগী য়াম্না হেন্না কোরিয়াগী লাঞ্জাওদা থাদখি । অদুব অচুম্বদি অয়াম্বা বোম্মাশিংনা অৱাং ভিয়েটনাম্ লাঞ্জাওদা উমঙ্শিংদা কান্নদনা টন্ ১,০০০,০০০ থাদখি । অদুবু লাঞ্জাও অদু তৌবগী পুক্লিংদি অৱাং ভিয়েটনাম প্রজাশিংনা অমুক্ হনবা কৌবা লৈরম্দে ।

পার্সী উপসাগরদা লাঞ্জাও লাক্পা অদুদা নোংথক্কী পাঙ্গল্ অদুনা ফিবম্ অদুদা চংগদবা পাওখুম্ ওইরমই । ইরাক্পু কঙ্ফালগী মাংতাক্পা তানা য়ৈখাইবা তাবনা কুৱেটপু অমুক্ হন্না হিংনবা মাংহনবা তাবনি । নোংথক্কী পাঙ্গল্ শীজিন্নবনা ইরাক্কী প্রজাবু সাদ্দাম্ হুসেইন্ অমসুং মাগী সাসন্না ঙাকপা ঙম্মরোইদবনি । জাতি অমনা মহাক্কী প্রজাবু মীরৈবাক্ মচাশিংনা লাঞ্জাও লাকইবা — মখোয়গী লম্বী - থোংশিং, মখোয়গী পোৎথোক্ লম্বীশিং, মখোয়গী সহরশিং ঙাকবা ঙমদ্রবোইদি - মদুনা মখোয়গী লুচিংবশিংদা অচৌবা অৱাবা অমা পি । নোংথক্কী পাঙ্গল্না শান্তি অমসুং লাঞ্জাওদা তোপ- তোপ্পা মনবিজ্ঞানগী চৈথেং পি । জেনরেল মাইকেল ডুগান, ইউ: এস: ইয়ার ফোর্স, চীফ্ ওফ্ ষ্টাফকী অনৌবা থাজবা ৱাখন্নি । নোংথক্কী পাঙ্গলনা ইরাক্কী থিংনবগী পাঙ্গল মাংহল্লবা মতুংদা ইউ: এস: অমসুং অপুনবা লাম্মীনা চুম্না চৎতুনা অমসুং মায়য়োক্লা লাল্ শোক্লদবা য়াগনি । মদুনা অতৈ কঙফাল লাম্মী অমসুং জহাজগী লাম্মীবু লাইথোকপা ওইরমদে ।

জেনরেল ডুগান্না ওপরেসন্ দেজর্ট ষ্টোর্মগী অরোনবা ব্রাহৈশিং পাংথোক্লবা ইয়ার ফোর্সনা নোংথক্কী লাঞ্জাও ইরাক্কী মথক্তা তৌনবা অরোইবা তারিখ্ ঙাইখি। অদুগা জেনরেল্ ঐচ: নোমের্ন স্বার্জকোপনা ইউ: ষ্টেটস: খোংমীগী লুচিংবা, জোইন্ট কম্মান্দনি, অমসুং জেনরেল্ কোলিন, এল: পোৱেলনা জোইন্ট ষ্টাফকী চীয়ারমেন্ ওইরমই ।

অদুগা ইরাক্কী মথক্তা লল্লোন - ইতিক্কী অমসুং চুম্না হিংনবগী মপাল লৈবাক্শিংগা ঈশিং লম্বীশিংদা পুথোক্ - পুশিল্ থিংবগী ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিলগী রীজোলুসন মতুং ইন্না ইউ: এস: অমসুং অপুম্বা লাম্মীশিংনা (জাতি ১৩ গী) জহাজ ২০০ না ইরাক্কী ঈশিং লম্বী পূম্নমক ছিদ্র লৈবনা ১০,০০০ লক্ থৎতুনা ইস্পাতকী চেকপলগুম্ কোইশিন্দুনা থমখি । জহাজগী পুবা পোৎ নত্রগা লিগী থুমুক্লা চনবা, নত্রগা চফু শাবগী খাবৈ অমা ফাওবা সমুদ্রদা আইন্ কাইবা পোৎ অমতা সাদ্দাম্ হুসেইনগী ইরাক্তা পুথোক - পুশিন তৌবা থিংলমই । চাদা ৯০ হিংদা মীরৈবাক্তগী জহাজশিংদা পুশিনবা মাংলে, মপান্দা লল্লোন পোৎশিং, থাওগী মপানগী লৈবাক্তা য়োম্বা চাদা ১০০ মাংখিরমই । ইরাক্কী থাওগী মপান্দা থাদোকপদগী লৈবাক্কী অয়াম্বা আয় লাক্লম্বা অদু জাতিগী শুপ্লপ্লা তংখাই তাখি ।

**ইউ: এস: না অথুবদা সিপাই কাংবু অমা উপসাগরদা থাবা ঃ**

১৯৯০ নবেম্বর ৮ দা প্রসিদেন্ট বুশনা ইরাক্তা লান্দাবা আমেরিকাগী লাম্মী ১,৫০,০০০, ৭ শুবা কর অমসুং কাভালরী রেজিমেন্ট অমা উপসাগরদা হান্না ইউ: এস: সিপাইশিং ২৩০,০০০ থাজিনখি। উপসাগরগী লাঞ্জাও অদুদা য়াওবা ইউ: এস: আর্মীগী VII কর ওইরমই । মদু সোভিয়েট্না আক্রমন্ নাটোদা তৌরক্কদবা অদুগী শেম্শাদুনা থনম্বনি । লাম্মী অয়াম্বদি ইউ: এস: অহুমশুবা আর্মী VII অমসুং XVIII কর ওইরমই; মখোয়গী মরক্তা ফার্ষ্ট অর্মদ, ফার্ষ্ট কাভালরী, অমসুং ফার্ষ্ট ইনফেন্ট্রী; অদুগা অনিশুবা অর্মর, ২৪ শুবা দিভিজন্,

৮২ শুবা ইয়ারবোর্ন, ১০১ শুবা ইয়ার এসোল্ট দিভিজন্শিং, ৩ শুবা কর আর্টিল্লরী, অমসুং ২ শুবা অমসুং ৩ শুবা অর্মর কাভালরী রেজিমেন্ট ওইরমই ।

মথংদা ইউ: এস: তরেৎশুবা ফ্লীট, জহাজনি, লাঞ্জাওগী জহাজ ১২০ য়াওরমই, মদুগী মনুংদা লৈমায় অমসুং কেরীয়ার মচা - মচানি অমসুং এয়ারক্রাফট্ ৪০০ য়াওরমই । ম্যারিন কর উপসাগরদা শীজিন্নবদা ১ ম্যারিন্ ইস্পেদিসনরী ফোর্স ১ অমসুং ২ শুবা ম্যারিন্ দিভিজন্শিং অমসুং ৩ শুবা ম্যারিন ইস্পেদিসনরী বৃগেদ য়াওখি ।

ইউ: এস: মাপলশুবা ইয়ার ফোর্সনা ইয়ারক্রাফ্ট ১,২০০, মদুগী মনুংদা টেঙ্ক থুগাইনবা ফাইটরশিং স্কুয়াদ্রোন্শিং, এ - ১০, এফ - ১৫, এফ - ১৬, এফ - ১১১ফ, অমসুং এফ - ১৭৭এ ষ্টিল্থ ফাইটর বোম্বরশিং ওইরমই । অদুগা বি - ৫২ জি বোম্বরশিং, এফ্ - ১১১এ ইলেক্ট্রোনিক্ কন্টরমীজর ইয়ারক্রেফ্টশিং; আর এফ্ - ৪ সি, টি আর - ১ এ অমসুং ইউ - ২ আর লাঞ্জাবা প্লেনশিং ওইরমই ।

## ইরাক্কী পৈখৎলবা লাম্মী ঃ

ইরাক্কী লাম্মী দিভিজন্ ৫৫, চুম্মগী লাম্মী ৫,৫৫,০০০ অমসুং রীজর্ব ৪,৮০,০০০ নন্ অমর্মী মিলিসিয়া লাখ্ য়াঙ্খেদগী মরীফু ওইরমই । বৃটিশ - আমেরিকান সেক্যুরিটী ইনফোর্মেসন্ কাওন্সিল্ (বি: এ: এস: ই: সি:) হায়খি । ইরাক্লা লাম্মী ২,৫০,০০০ হেন্না হাপ্কৎলগা মিলিসিয়া কাংবুদগী কুৱেটতা থাগনি । অদুগা আল্জরিয়াগী লাখ্ তরা অমসুং য়েমেন্গী লাখ্ অমা অমসুং জোর্দানশিং ইরাক্ ঙাকপদা য়াওগনি ।

কুৱেটকী মনুং অমসুং মপান্দা লাম্মী ৪,৬০,০০০ থনম্ই, টেঙ্ক ৩,৭০০, আর্মর গাড়ী ২,৩০০০ অমসুং তোপকী মশীং ২,২০০ দগী

২,৪০০ ওইরমই । কুৱেটকী খা থংবা অমসুং সমুদ্র মপান্দা দিভিজন্ ১৬, সিপাই ২,০০,০০০ অহানবা, অহুমশুবা, মরীশুবা অমসুং নিপালশুবা কর য়াওরমই ।

সাউদি সীমানা অমসুং সমুদ্র মপান্দা ইরাক্কী ইনফেন্ট্রী দিভিজন ১০, জহাজ ইনফেন্ট্রী দিভিজন্, ১০,০০০ না বুবিয়ান ঈশ্বংতা অমসুং দিভিজন্ অমনা কুৱেট সহর ঙাক্লবা থম্লমই । তোপকী মশীংনা ৮৬০ শুখি । অদুগা কুৱেটী থাও শুংদোক্লবা ১,০০০ গী মনুংদা খোনী ৪০০ না থুগাইনবা পোকখাইগনবা বোম্মাশিংনা তারানা লোইনমক্ তিংদুনা থনমই ।

অৱাংথংবা অমসুং মখা থংবা ইরাক্তা দিভিজন ১৫ গী সিপাই ২,১০,০০০ না 'মোবাইল্ রীজর্ব' ওইনা লৈখি । মখোয়না গ্যার্দ দিভিজন মরীগা মখোয়গী মনুংদা টি: - ৭২ মেকানাইজ্ ইনফেন্ট্রী য়াওরমই, আর্মর দিভিজন্ অনি অমসুং ইনফেন্ট্রী দিভিজন্ মাপল্থক্ য়াওরমই । ১০ শুবা সালাদিন্, আর্মর দিভিজন্দি টি: -৭২ য়াওনা নোংচুপ এসিয়াদা খ্বাইদগী ফবা ওইরমই ।

ইরাক্কী এয়ার ফোর্সগী বোম্বর স্কাড্রোন অনি, ফাইটর অমসুং লৈমায়দা আক্রমন্ তৌনবা স্কাড্রোন ১৭, ইন্টরসেপ্টর স্কাড্রোন্ ১৬, লাঞ্জানবা স্কাড্রোন অমা, পোৎহোন্নবা স্কাড্রোন্ অমা অমসুং এয়ার দিফেন্স স্কাড্রোন্ অনি লৈমরই ।

ইরাক্কী ময়াই ওইবা টেঙ্ক ১,০০০ অমসুং অরুম্বা টেঙ্ক ২০০ না ম্যারিন্ এম: - ১৬০,১০০ না আর্মী এম: - ৬০ অমসুং এম: এল: অমসুং এম: ১ - এ১ না ৭০০ অমসুং আর্মর গাড়ী ১,১৫০ (মদুগী মনুংদা আর্মী ব্রাদলি ৬১৫) য়াওরমই ।

**ইরাক্কী লান্মীগী মপাঙ্গল ঃ**

| | | |
|---|---|---|
| সিপাইশিং | ... | ৫১০,০০০ |
| রীজর্ব | ... | ৪৩০,০০০ |
| প্রজাগী মিলিসিয়া | ... | ৮৫০,০০০ |
| জহাজ | ... | ১৫ |
| টেঙ্ক | ... | ৫,৫০০ |

**সিপাইশিং**

| | | |
|---|---|---|
| ইউ: এস: | ... | ৪৩০,০০০ |
| গল্ফ কাওন্সিল | ... | ১৫০,০০০ |
| বৃটেন | ... | ৩৫,০০০ |
| ইজিপ | ... | ২০,০০০ |
| সীবিয়া | ... | ১৯,০০০ |
| ফ্রবাসী | ... | ১০,০০০ |
| প্যাকিস্টান | ... | ৭,০০০ |
| বঙ্গালাদেশ | ... | ২,০০০ |
| মোবোকো | ... | ১,৭০০ |
| সেনেগাল্ | ... | ৫০০ |
| নাইজব | ... | ৪৮০ |
| জেকোস্লোভাকিয়া | ... | ২০০ |
| হোন্দুবাস | ... | ১৫০ |
| আর্জেনটিনা | ... | ১০০ |

---

**অপুনবা মশীং** ৬৭৬,১৩০

জহাজ মশীং ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ইউ: এস: | ... | ৫৫ |
| বৃটেন | ... | ৩৬ |
| গল্ফ কাওন্সিল | ... | ১৬ |
| ফরাসী | ... | ১৪ |
| ইটালী | ... | ৬ |
| বেলজিয়ম্ | ... | ৩ |
| কানাদা | ... | ৩ |
| নেদরল্যান্দ | ... | ৩ |
| স্পেন্ | ... | ৩ |
| আষ্ট্রেলিয়া | ... | ২ |
| আর্জিন্টিয়া | ... | ২ |
| সোভিয়েট ইউনিয়ন্ | ... | ২ |
| দেনমার্ক | ... | ১ |
| গ্রীস | ... | ১ |
| নোর্ৱে | ... | ১ |
| পোর্টুগাল | ... | ১ |
| অপুনবা মশীং | | ১৪৯ |

এরোপ্লেনশিং ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ইউ: এস: | ... | ১,৩০০ |
| গল্ফ কাওন্সিল | ... | ৩৩০ |
| বৃটেন্ | ... | ৫৪ |
| ফরাসী | ... | ৩৬ |

| | | |
|---|---|---|
| কানাদা | ... | ১৮ |
| ইটালী | ... | ৮ |
| অপুনবা মশীং | | ৩,৬৭৩ |

টেঙ্কশিং ঃ

| | | |
|---|---|---|
| ইউ: এস: | ... | ২,০০০ |
| গল্ফ কাওন্সিল | ... | ৮০০ |
| ইজিপ | ... | ৪০০ |
| সীরিয়া | ... | ২৭০ |
| বৃটেন্ | ... | ১৬৩ |
| ফরাসী | ... | ৪০ |
| অপুনবা মশীং | | ১,৭৪৬ |

৮

ইউ: এস: না নোংমদা লাঞ্জাও শোক্লবদা দোল্লার বিল্লিয়ন অমা চংগনি, পুং অমা পাইবদা থন্দরবোল্টকী খরচ্ দোল্লার ১,৩০৫, বি - ৫২ বোম্বরনা দোল্লার ৭,৭৩০ চংই । অদুগা স্মার্ট বোম্মা (জি: বি: ইউ: - ১৫) না দোল্লার ১০০, ১২৯, পেট্রিয়ট মৈকাপীনা দোল্লার ১১০০,০০০ অমসুং টোমাহারক্ ক্রুইজ মৈক্কাপীনা দোল্লার ১,৩০০,০০০ চঙই ।

জেটকী পাইনবা থাওদি সাউদি আরাবিয়ানা পুখি । আমেরিকাগী কঙ্গ্রেশনা বাঘদাত্তা পুথোকপদা চাওরাক্লা দোল্লার বিল্লিয়ন্ ২৮ দগী ৮৬ ফাওবা চঙবা য়াই লেপখি । ৯

জাপানদি লৈবাক্কী লল্ - থুমদি সুপর - পাব্বারগী ফিবম্ য়ৌরবনি । প্রধান্ মন্ত্রী টোসিকি কাইফুনা জপান্দি সংবিধান্না লাঞ্জাও য়াওবা থিংই, অদুনা জাপানগী নহারোলশিংনা লাঞ্জাও অদুদা য়াওবা ঙমদবগী য়াম্না নিংবা কাইবা উৎখি । জাপানগী শেন্থং দোল্লার বিল্লিয়ন মাপল খক্ ইউ: এস: অমসুং অপুনবা মরুপশিংগী লাশ্মীদা পিখি ।

খা কোরিয়ানা ইউ: এস: দা দোল্লার মিল্লিয়ন ১০ লাঞ্জাওগীদমক্ পিখি । অদুগা সি - ১৩০ হর্কুলেস পোৎ হোন্নবা এরোপ্লেন মঙ্গা খক্ পিখি ।

ফরাসীনা অহানবদি কঙ্ফালগীসিপাই 'দেজর্ট শীল্দ' দা ৬,০০০ পিকি, অমসুং মশীং অদু ১০,০০০ হেনগৎখি, ইউ: এস: গা চাংদম্নবদা ৪৩০,০০০ হেনগৎলমই নত্রগা বৃটেনগীনা ৩০,০০০ ওইরমই । বৃটেনগী ৭ শুবা আর্মর (দেজর্ট রেটস) বৃগেদ ফরাসী লাশ্মীদি ইউ: এস: গী ইউনিটকা পুল্লমদে । সাউদি আরাবিয়াদা থুংলবা মিলিটারী ওফিসারশিংনা ফরাসীগী মথন্তা চৎচগে হায়বা কায়দা অদু রাজনিতিগী অথিংবা কাঙবু শাওগৎহনবা অদুগী ওইরমই । ফরাসী অমসুং মরুপগী ইউনিটশিংগী মরক্তা তুমিন্না ময়াম্ পুনশিনখি । লাঞ্জাও করিগুম্বা থোক্লবদি লেজিওন্ অদুগা মী অমগা মীগা খন্নরবা খ্বাইদগী লাশ্মীশিংনা লাল্ শোক্লবা ঙম্বা ওইনা মথৌ তৌবা ওইগনি । পিক্লম্বা য়াই, অদুবু লেজিওন্গী লালগী থবক্লি শোইদনা অর্থ লৈবা ওইগনি ।

লেজিন্নাইরসগী 'দেজর্ট শীল্দ' দা পাংথোক্কদবা থবক্শিংদি, মখোয়গী অরুম্বা আর্মর ব্রাৎচরবশু ইরাক্কী য়েক্লবা লাশ্মীদা য়াম্না শাথিনা মাংবা - তাকনবা থবকশিং তৌবা ঙমগনি । অয়াংবা এ: এম: এক্স: টেঙ্কশিং খর য়াংবা ভি: এ: বি: এস: অর্মর গাড়ীশিং অমসুং কিলোমিটর পুংদা ৯০ থৌবা মশাবু কন্না থৌদুনা য়েক্লবগী মরুশিংনা পানবা ঙমহনদে । অদুগা অর্মর গাড়ীশিং অদু টেঙ্ক কাপখাইনবা মৈকাপ্পী য়াওই

অমসুং ১২০ - এম: এম: মোর্টারশিং কাপ্পা ঙম্বা আর্মর গাড়ীশিংনা পুবা লৌ পরী অনি তুম্না মাংহনবা ঙম্বা মোর্টারশিং য়াওই ।

ফরাসী প্রসিদেন্ট মিটটরান্দনা তৌবা ৱাখলদি কুইনা, হোইশাংশিংনা অশুম্ লাঞ্জাও তৌনবগী ৱাখলনি । মহাক্না ইউ: এস: গী লাঞ্জাও অমা তৌবদা কোরিয়াগী লাঞ্জাও অমসুং ভিয়েটনাম্ লাঞ্জাওগী মায়থিবগী অমুক্ হন্না ইউ: এস: গী পাঙ্গল উৎপা অমা লাক্লবনি হায়বা অদু খঙদবগুম্না তৌরমই অমসুং খোংমী লাম্মী য়াওদনা ইরাক্কী মথক্তা কুৱেটতগী তাম্থোকপগী লাঞ্জাও অমা তৌগদৌরিবা অদুনা পৃথিবীদা অহানবা ওইরমই ।

**ইজ্রাইল লাঞ্জাও অদুদা য়াওহন্দুনা ইজ্রাইল - আরবকী লাঞ্জাও ওইহন্দবাঃ**

চহি লিশিং অনি চুপ্না য়িহুদীশিংবু ময়ুমশিং লৈজদবা অমসুং মীচেনশিং ওইনা জেরুসালেমগী লম্ অদুদগী জর্মানী, রুশিয়া অমসুং নোংচুপ ইউরোপকী লৈবাকশিং শিনবা থুংনা ব্যাঙ্কশিং অমসুং লল্লোন - ইতিক্কী থবকশিং তৌবা জাতিনি । পৃথিবী অনিশুবা লাঞ্জাওদা য়িহুদী লাখ হুম্ফু জর্মানীদা নাজি সাসন্না মনীলগী কাশিং গ্যাস চেম্বরশিং অমসুং মখল - মখা অয়াম্বগী ওৎপা - নৈদুনা হাৎপিরমই । মখোয়বু নাজি সাসন্না করিশু তৌরক্লোই হায়না ৱাখল অদুনা মখোয়বু তুম্না হাৎপদা ঙাকপিদনবা ওইখি । ওৎপি - নৈবিবা অদুনা মরম ওইদুনা মখোয়গী লমদম্ জেরুসালেম্ অমসুং পেলেষ্টাইন্গী লম অমা শেল্লদুনা ১৯৪৮ ইজ্রাইল হায়বা লৈবাক অদু পেলেষ্টাইনশিংবু য়ুমফমশিং অমা পিবা লৈতনা ভুমধ্য সাগরগী মপান্দা আরবকী লমদমদা পৃথিবী অনি শুবা লাঞ্জাওগী মতুংদা য়াম্না ওৎ-নৈরবা মতুংদা মনিং তম্বা লৈবাক্ অমা শেমখি । মদুদা পেলেষ্টাইনশিং লৈফমদি তরাইথোক্তুনা য়িহুদীশিংগী মনিং তম্বা লৈবাক শেম্বদা আরব লৈবাকশিংগী মৱা করি অমতা তাদনা ইউনাইটেদ ষ্টেটসনা শেমখি । মমিং অদুমক

'অরিবা উইলগী' খণ্ডনবা ইতিহাসগী মমাঙদা পুকোক্ তরানিথোইনা পুনবা অমসুং মশাগী ইতিহাস লৈজবা জাৎ অমনি । মমিং অদু অরিবা উইলদা ইহান্-হানবদা য়াওরমই । মদুনা ইতিহাসগী মমাঙদা ইজ্রাইলগী মী ওইনা থাবদা য়াবা, পা - পু তরানিথোইগী মপা অমসুং মথৌনা ফবা অমগী মমিং লৌদুনা ইজ্রাইল থোল্লি । ১০ জেরুসালেম্ হায়বা সহর অদুদা লৈবা 'চেক্‌পল্ তেংথাবা' হায়বা অদু ইজ্রাসলী শিংগী মরু ওইবা তির্থ মফম্‌নি । অদুবু ইজ্রাইল লৈবাক্ শেম্বা মতম্‌দা লেবানোন্দা লৈখি । অদুবু ইজ্রাইলগা খণ্ডনবা লৈবাকশিং ১৯৪৮ গী লৈবাক্ অদু শেম্বগা লেবানোন, সীরিয়া, ইরাক অমসুং ইজিপ পুন্না লাঞ্জাওশিং ১৯৪৮ - ৫০, ১৯৬৭ অমসুং ১৯৭৩ দা শোক্লখি । প্রসিদেন্ট আনৱার সাদাতনা ইজ্রাইলগা ১৯৭৯ মার্চ্চ ২৬ তা ক্যাম্প দেভিদতা সন্ধী তৌনখি । লাঞ্জাওশিং অদুদা গ্যাজা ষ্ট্রিপ, গোলান্ হৈট্ অমসুং ইজ্রাইলগী মখুৎতা লৈখি । আরব লৈবাকশিংগী মনুংদা ইজ্রাইল লৈবাকপু ১৯৪৮ তগী ১৯৯০, আগষ্ট ১ পাওবা য়াম্না য়েঙথিনবা লৈবাক হায়বা অদু ওইদুনা লাক্লমই । হায়রিবা সমস্যা অদু ইরাক হায়বা লৈবাক অদুনা কুৱেট্‌পু নমজা - নমথেক্লনা লান্দাদুনা খুদুম চনবা মতম্‌দা আরব - ইজ্রাইলী লাঞ্জাও ১৯৪৮ তগী শোক্লরকপা অদু পুনশিন্নিংলমদে ।

ইজ্রাইলদি ইরাক্কুম্বা উপসাগরগী আরব লৈবাক্লা তৌরকপা লাঞ্জাও অমা হেক্তা তৌরকপগী মতিক্ চাবা পাওখুম পিনবা শেম - শাদুনা লৈরমই । ইজ্রাইলনা নিউক্লিয়ার অমসুং রসায়নগী খুৎলাইশিংনা ইরাক্লা লান্দারকপা শেম - শাদুনা লৈরমই । ইকুই - কুইদনা গ্যাস মাক্সশিং ইজ্রাইলগী নাগরিক্তা য়েম্থোক্তুনা ইরাক্লা শাথিবা খুৎলাইশিং অদু থারক্কনি হায়বগী কিবনা থিংনবা হোৎনরমই ।

ইজ্রাইলগী অপুনবা লান্মী মশীং ১৪১,০০০ অদুগা ৫০৪,০০০ না রীজার্বনি, এরোপ্লেন মশীং ৫৫৩, টেঙ্ক ৪,২৮৮ অমসুং লৈমায়দগী লৈমায় তাবা মৈকাপ্পীশিং, জেরিকো অমসুং ল্যান্সেসশিংনা ১১২

ওইরমই । লৈবাক্ পিকচরবশু, নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিং লৈবা লৈবাক্ ওইরমই । ১১

ইজ্রাইলবু কাইহৌবা ওইনা ইরাক্লা আরব্ লৈবাক পূন্নমকপু শাওগৎহন্নবা তৌরক্কনি । শেম শাদুনা মশা মতিক চানা লৈজরবশু, ইজ্রাইলনা ইরাক্লা কাইহৌবা লাঞ্জাও অদুদা য়াওবা য়ারমদে । ইরাক্লা কুৱেটপু লান্দবগী লাঞ্জাও অমা তৌবা দরকার অদু আমেরিকা অমসুং অপুনবা লৈবাকশিংনা খনবা পামখি । সাদ্দাম হুসেইন্না ৱাশকচরবশু ইজ্রাইলনা মখুৎ পুন্দুনা লৈবা তাবা ওইরমই । আরব - ইজ্রাইলী লাঞ্জাও মরীশুবা ওইনা থোক্লক্তনবা ইজ্রাইলনা ইউ: এস: গী য়াথং ইন্দুনা মখুৎ পুন্দুনা লৈবা তাবনি ।

"ঐহাক্লা প্রমান পিবা ঙমদে," ফ্রেদ বার্নসনা হায়খি, "তৌইগুম্বসুং ঐগী ওইরে হায়না লৌবদি সাদ্দাম্না পুনশিনবা অদু থুগাইবা ইরাই লাইনা লৌগনি । ইজ্রাইলবু আক্রমন্ তৌবা খুদক্তা লমন্ খুন্নক্কনি, অমসুং বুশনা আরবকী লৈবাকশিং মরুপশিং ওইনা ঙম্মরোই ।' সাদ্দাম হুসেইন্না ইজ্রাইলদা স্কুদ মৈকাপ্পী থাবা মতমদা বুশনা মহাক্কী লাঞ্জাও অমগী খুজিল্ থৌরাঙশিং অদু ইজ্রাইলনা লমন খুম্বদগী হোংদোক্লমই ... আমেরিকাগী লাঞ্জাওগী প্লেনশিং অতৈ মফমশিংদা স্কুদশিং কাপখৎনবা মফমশিং য়ৈথুনবা, মঙ্গল খর ফঙখি । বুশনা ফোন্না অহুন্নক কৌদুনা য়িটজাক শামিরবু থেম্‌খি অমসুং ইজ্রাইলনা লমন অদু ইরাক্তা খুন্নমদে ।

ইউ: এস: দগী দোল্লার বিল্লিয়ন অহুমগী মতেং পিদুনা য়িটজাক শামিরতগী মপুক নেমখি । ইজ্রাইলনা লাঞ্জাও অদুদা শোক্লবা য়াবা তারবদি অরুবা অমনা আরব - ইজ্রাইলী লাঞ্জাও অমুক হন্না শোক্লবা তারমই । মরমদি সাদ্দাম্ হুসেইন্না কুৱেটকুম্বা য়াও মচা অমবু হান্ননা খুদুম চল্লুবা অদুননি । মহাকপু অপিকপা হিট্লরগী পাংখক্লি হায়না নোংচুপলোমগী লৈবাকশিংনা হায়নরি ।

## পন্দুপ ১৪

# সাদ্দামগী শাগৎলকপা ধমকি

প্রসিদেন্ট সাদ্দামগী লৈবা লল্ অদু ময়াম্না অঙকপা ফঙনা ইরাক সরকারগী লল্-থুম্ লোন্না-থুপ্পা মরন্নাইগীদমক খোমজিল্লি হায়না পাও শন্দোক্ই । অওইবমক ইরাক্কী থাওগী রীসীপতা দোল্লার বিল্লিয়ন ৫·৭ তুমিন্না লৌথোক্লমই । মহাক্না অরোৎপা শেল্ মীরৈবাক্তা দোল্লার বিল্লিয়ন ১৯ লল্লোনবদগী পুথোক্লমই । মার্চ্চ ২৯, ১৯৯৩ লন্দনগী পাউমী অমনা হাইখি, হান্নগী ইরাক্কী থৌরাঙগী মন্ত্রী ওইখিবদুগা, মহাক্না চহি তরামাথোই পুন্না নক্না থবক্ তৌমিন্নখি । সাদ্দামগী নুপীনা দোল্লার মিল্লিয়ন ৩২০ শেল্ ওইনা পিদুনা লৈখিদ্রবা শাহ রেজা পাহ্লেবীগী নুপীনা সুটকেশ অমদা জেনেভাগী লল্লোলবা নুপা অমদা পিখি । মি: হাশিমনা শেল্ পিথোক-পিশিন, শেল চাবা, ইরাক্কী সরকারনা ১৯৮০ -৮৮ দগী ইরাক - ইরান, লাঞ্জাওদা খুৎলাইশিং মীরৈবাক্তগী লৈবগী কম্মিসন্ ইরাক্কী লুচিংবা অমসুং মাগী ইস্মুং-মনুংনা অঙকপা ফঙনা শেল খোমজিনখি । সাদ্দাম্গী মরন্নাইগীদমক্তা দোল্লার বিল্লিয়ন ৩৩ লৈ হায়না থাজনৈ, শেন্দোই য়াওদনা ।

মাদুগী মথক্তা, ইরাকী ট্রেজরীদগী ১৯৬৫ অমসুং ১৯৮৯ গী মনুংদা দোল্লার বিল্লিয়ন ৬০ মাঙখি । সাদ্দাম্না ইরাকী থাওগী খাজনা লাকপদগী চামদা মঙাগী হিংদা লৌখি । "মরমদি মহাক্না নত্রগা বাথ পার্টীনা করিগুম্বা ইরাক্কী সাসন্দগী তাম্থোকপা তারবা মতমদা মীরৈবাক্তা মখোয়না শক্তি অমুক পায়নবা হোৎনবগী শেল লৈবা তাবনি ।"

সাদ্দামগী অরোনবা লল্ অদু মহাক্কী দিফেন্স মন্ত্রী এদনান্ খাইরাল্লাহ অমসুং বাথগী ওফিসিয়েল, মি: এদনান্ত হামদানিদা শীনখি । ১৯৭৯ দা মি: হামদানি ফাঁশি তৌদুনা হাৎখি অমসুং মি: খাইরাল্লাহনা দোল্লার বিল্লিয়ন ৩ লণ্ডশেক্কস্নগা মফম মরাঙ খণ্ডদনা শিখি । সাদ্দামগী মমাক মি: হুসেইন কামাল, মতুংদা ইরাকী খুৎশা হৈবগী মন্ত্রীদা থবক্ তৌরগা দোল্লার মিল্লিয়ন ১২০ চণ্ডনা লৈখি । ইরাক-ইরান লাঞ্জাও লাকপা মতমদা মখোয় অদু লন্নাই ওইনা তৌখরে । অদুদগী রীভোলুসনরী কম্মাণ্ড কাওনসিল, মি: হুসেইন কামালগীদমক্তা "মিলিটারী শিন্ফম চাওখৎপগী হুসেইন কামালগী থাগৎপা ওইনা", ইরাকী সরকারনা থা তরুক্কী মনুংদা শেল লোইনা কোকপিখি ।

ক্লোল্ এসোসিয়েটনা সাদ্দামগী নোংপোক ইউরোপ্তা অমসুং মরু ওইনা জেকোস্লোভাকিয়াদা মহাক্কী লল্লোনবগী পৃথিবীগী মফম্শিং লোন্না তৌবা ময়াম থিজিনখি । ১

লাঞ্জাও মথং মথং তৌদুনা লৈরবা মতম্দা ইরাক্ লৈরবদি সাদ্দাম্না মহাক্ অমসুং ইস্মুং মনুং নক্লবা ময়াম্না সরকারগী লল্ - থুমশিং অদু হালেংদনা পোৎ লৈবগী কম্মিসন, হিসাব খণ্ডদনা লৌবা য়াই খণ্ডখি । অদুগী মথক্তা ইরাকী প্রজাশিংনা গনতন্ত্র রাজ্য অদু ইরাক্তা লৈবরা নত্রগা লৈতবরা হায়বা অদু কয়া কন্না খণ্ডদে । মহাক্না পানবা ১৯৮৯ দগী ১৯৯০ মনুং চহি অনিতংদি ইরাক্ শান্তিগী ফিবম্ লৈখি । ১৯৯০ দগী ১৯৯১ ফাওবদি উপসাগরগী লাঞ্জাও লৈবগ্ম, অদুগা ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিলগী অথিংবা হুকুম্ লৈবনা ইরাক্তা চাননবা পোৎ-চৈগী মমল্ ৬০০% হিংদা হেনগৎখি ।

সাদ্দাম্না উপসাগরগী লাঞ্জাও তৌরমদাইদা ইরাকী লাম্মী ৫,৫৫,০০০ অমসুং রীজর্বতা ৪,৮০,০০০ থক্ ওইখি । মহাক্কী লাঞ্জাওদা শীজিন্নবা এরোপ্লেনশিংনা ৬৮৯, টেঙ্ক ৫,৪০০, স্কুদশিং অমসুং ফ্রোগ মৈকাপ্পীশিংনা

৮৬ ওইরমই । অয়াম্বা মৈকাপ্পীশিংদি জর্মানী অমসুং চিনাগী মতেংনা কিলোমিটর ২৫০ দগী ৫০০ গী মথক্তা চৎপা ওইনা ওম্থোকখ্রবনি ।

১৯৯০, আগষ্ট ২ দা মীথোই-মীহেল্লবা রীপব্লিকান গ্যার্দনা কুৱেটকী থাও থোকফমগী খনিশিং পুম্নমক খুদুম চল্লকইবা ইরাক্কী লাম্মীনা দাইনামাইদ্ বোম্মাশিংনা তারবা মফম্ ৬৬০ দা থুগাইনবগীদমক্ হোৎনখি । রীপব্লিকান্ গ্যার্দসপু ইউ: এস: মরুপশিংগী লাম্মীনা কুৱেটতগী তাম্থোক্কে হোৎনরবদি পৃথিবীগী থাওগী রীজর্ব ৩০% লৈবা কুৱেটকী থাও থোকপা মফম্শিং লোইনা মাং-তাকহনগে শীংনখি । অদুগা লোইননা কুৱেটকী লল্লোল্-ইতিক অমসুং ষ্টোক্ এক্সচেঞ্জ পুম্নমক লোইনা খুদুম চনবদা মাংহনখি । আগষ্ট ৯ দা কুৱেটপু ইরাক্কী তরামাপলশুবা ওইনা লাওথোক্লকখিবদুনি । ইরাক্না কুৱেটপু অসুপকী মতিক হঞ্জন্নিংখি ।

কুৱেট-সাউদিগী সীমানা নোংচুপ্তা রীপব্লিকান্ গ্যার্দসকী লাম্মীনা অঙম্বা খোংবানদি নত্রগা ৱাদিশিংদা রেজরগুম্না থৌবা বার্ব ৱাইয়ারনা শৌ শাদুনা টেঙ্কশিং লোৎতুনা চঙশিল্লকপা আমেরিকাগী এম-১ অব্রামস টেঙ্কশিং থৎতুনা লৈরমই । অদুগা লান্দারক্লিবা টেঙ্কশিং অদু মিটর ৭ লুবা খোংবান্দা থাও অমসুং মৈ হৌগনবা মহিনা মৈনা ইকোই - কোইনা চাক্লবা শেম্লমই । রেজরগী বার্ব- ৱাইয়ারশিংনা শেম্বা লোইরগা মাইন-বোম্মাশিংনা শরৌ-শীন্দুনা লৈরগা মিটর ৪ রোম শাংনা খোংবানশিংদা ইরাকী টেঙ্ক টি-৫৫, টি-৬২ অমসুং টি-৭২ পৈদুনা থনমই । হায়রিবা মফম্ অদু কিলোমিটর ০°৮ দগী ৩ লুবা মফমশিং ওইরমই ।

ইরাকী মমাংথংবা টেঙ্ককী লাল ঙাক্লবা রীপব্লিকান গ্যার্দসনা শেম্ - শাদুনা লৈরমই । সোভিয়েটনা শাবা টি-৭২ টেঙ্কশিংনা ইউ: এস: - মরুপশিংগী লাম্মীনা এম-১ অব্রামসশিংনা লান্দাগদগী তৌখি । ইরাকী লাম্মী ৫,৫৫,০০০ না কুৱেটকী মনুংদা লৈবা সাওদিগী সীমানাদা মরুপশিংগী খোংমীগী খোংচং ঙাইদুনা শেম শাদুনা

লৈখি । পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওদা ফীল্দ মার্শেল ইর্বিন রোম্মেলগী টেঙ্কশিংনি । আফ্রিকা করগা মরুপশিংগী টেঙ্কশিংগী অৱাংথংবা আফ্রিকাগী বল্জ লান্ফমদা শোক্লখিবা নত্রগা সোভিয়েটকী টেঙ্ক ৩,০০০ গা জর্মানী থেঙনখিবা অদুগুম্না ইরাকী টেঙ্ক ৪,০০০ গা ইউ: এস: গী টেঙ্ক ২,২০০ গা অমসুং মরুপশিংগী ১,২০০ গা থেঙনগনি । জে: স্বার্জকোপদি রোম্মেলগী পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও লোইরবা মতুংদা মহাক্লা থনম্বা ফোঙদ্রিবা লাইরিক্কী চেনা চবুল অমা টেঙ্কগী লাঞ্জাওদা শীজিন্নবা লোন্না ইবা অদু ফঙখি, অদুগা মহাক্লা রোম্মেলনা ইবশিং শীজিন্ননবা হোৎনখি । অদুগা মথক্তা কুৱেটকী লাঞ্জাওদা নোংথক্কী আক্রমন্না লৈবাক্ খুদম চন্নবগী খ্বাইদগী চাওরবা শরুক্ য়াগনি ।

ইরাকী টেঙ্ক টি - ৭২ গী মওংদা ৫০০ খক্ সোভিয়েট ইউনিয়ন্না পিদুনা লৈরমই । মি: মি: ১২৫ গী তোপশিং য়াওই, অদুগা মি: মি: ২০০ থাবা অর্মর কুয়োম্ অহুম য়াওরমই । 'বেবীলোন নোংশা' হায়না ইরাক-ইরান্ লাঞ্জালদা ফাওরমই । "টেঙ্কশিং অসি থুগাইবদা ইরাই-লাইনা ঙমদনবা শাই," চীয়ারমেন, জোইন্ট ওফ ষ্টাফ কোলিন পোৱেলনা হায়খি ।

আমেরিকাগী এম-১, দোল্লার লাখ ৩০ চংবা অদুনা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না ফবা টেঙ্কশিংনি হায়নৈ । ইউরানিয়ম, কেরামিক অমসুং ইস্পাতনা শরুক ১°৫ পাঙ্গল লৈবনা য়োমশিল্লি । অদুগা টেঙ্কশিংগী থুগাইনবা কাপ্লকপা ময়াম্ অমতা চংদে । মেজর কীচিংনা হায়খি, নুমিদাং উবা ঙম্বা ইঞ্জিন থৌবা মরীনা মৈখু, উফুল অমসুং অমম্বদা মখোল অমতা থোক্তবা ঙমই । ইরাকী টেঙ্কশিংনা ইনফ্রারেদ্ মঙাল্ অমা থোকহল্লি । মদুবু আমেরিকানশিংনা লাইনা খংবা ঙম্মি । মদুদা মখোয়না ইরাই-লাইনা খুৎলাইশিংনা তম্বা ঙম্মি । ইরাকী টেঙ্কশিংনা থৌরম্বদগী লেপ্লগা তোপশিংনা কাপ্পা ঙম্মি । অদুবু ইউ: এস: গী টেঙ্কশিংনা পুংদা কিলোমিটর ৫৫ দগী ৬৫ থৌরগা কাপ্পা ঙমই । এম-১ গী

তোপশিংনা টংষ্টেন নত্রগা ইউরানিয়মগী মচৈশিংনা কাপ্পুনা ধাতুগী টেঙ্কগী কুয়োম অদু চাকথেকপা ঙমই । মখোয়গী ৫০-কেলিবরগী মেছিন গন অমসুং মি: মি: ৭°৬২ গী মেছিন গন্ য়াওই । ২

অদুগী মথক্তা, ১৯৮০-৮৮ ইরাক-ইরান লাঞ্জাওদা ইরাকী লানমীনা মরুভুমিদা টেঙ্কশিং লাল্ তৌবগী হান্না থেঙনখ্রবা মশামক্লা খঙবা লৈখি । ইস্রাইলীশিংনা ১৯৬৭ অমসুং ১৯৭৩ দা টি-৫৫ অমসুং টি-৬২ শীজিন্নবা মরুভুমিদা অথৌবা মনুংদা তোংবা সিপাইশিং গ্যান মাংলক্নুনা, অশাবা অমসুং নুংশিৎ-নুংশা ফঙদনা লৈবা উই । অদুগা এম-১ এ ১ দি নিউক্লিয়ার, রসায়ন নত্রগা মহীক মচাগী আক্রমকন্ তৌবা ঙমদনবা য়াওরমই । ইরাকীশিংদি নোংথক্কী ঙাকথোকপা কয়া য়াওখিদে অমসুং ইউ: এস: গী এরোপ্লেনশিং এ-১০ আক্রমন্ তৌবদা মাভরিক মৈকাপ্পীশিং অর্মর হুৎপা তোপশিংনা অমসুং অপাচি হেলিকোপ্টরশিংনা হেল্ ফাইয়ার মৈকাপ্পী কাপ্পা থেঙনবা তাখি । ৩

অথন্নরবা রীপব্লিকান গ্যার্দস শীংনবা ঃ

প্রসিদেন্ট সাদ্দাম্না ইরাক্কী চাওথোক্চনিংঙাই ওইরবা রীপব্লিকান্ গ্যার্দনা নোংচুপকী অচৌবা পাঙ্গলশিংগী মরক্তা চাংয়েঙনবা য়াবা খনগৎলবা সিপাই কাংবুনি । লাম্মী অদু দিভিজন্ তরানা সিপাই ১,৩০,০০০ না শাবা কাংলুপকী মপৈনি । বাত্র সহরগী মখা-নোংচুপ্তা দিভিজন মঙাখক্ ঙাক্লমই । রীপব্লিকান্ গ্যার্দস হায়বা অদু ইরাকী মীথোই-মীহেনবা লানমীনি । ১৯৮৭ দা অর্মর দিভিজন্ অহুম, অমনা খোমীগী দিভিজন অমসুং কম্যান্দোগী খনগৎনরবা বৃগেদনি । ১৯৯০ দা খোংমী দিভিজন অহুম অমসুং খনগৎনরবা দিভিজন অমা অমুক হাপই । গ্যার্দ দিভিজনশিংনা কুৱেট খুদুম চনবদা শীজিন্নখি । অদুবু ইরাক্তা অমুক থুনা পুশিনখি । টেঙ্ক ৪,২০০ না লাল শোক্লগদবা মফমশিংদা থমখি । বি-৫২ বোম্বরশিংনা চাম্মা+৪৫০ কিলোগ্রাম লুম্বা বোম্মা থাদদুনা মিটর

১০ পাক্পা অমসুং মরুভুমিদা মিটর ১০ লুনা লৈবাক্তা হুৎতুনা তাই । অদুগা বোম্মা মচেৎশিং অদুনা মিটর ১০০ থাপ্পা লংশেক্তুনা কোম্ তৌদুনা লৈবা সিপাইশিংদদি ইশোক - শোক্রোই । ইউ: এস: মরুপশিংগী এরোপ্লেনশিং টন্ ৩০০,০০০ গী মনুংদা ৪০,০০০ চাদা ১৩ দমক চয়োল্ অহুম য়াম্না কন্না আক্রমন তৌরগা থুগাইখি । চাদা ৪০ য়ৌনা মাং - তাকহনবা চয়োল তরা মুক ওইগনি । খোংমীনা লান্দবনা খুদোংচানা অনুপাত্ ৩:১ নি ।

বসন্ত হৌবা মতমদদি য়াম্না কনবা উফুলগী নুংশিৎনা শিৎপা, নোংথক্কী থবক লেপহনবা চাং হেলহনবা, নুংশা শাবা হেনগৎকনি । কালেন থা চংলবদি ইউ: এস: ইউরোপকী লাম্মীনা আরবশিংগা য়েঙনবদা লানশোক্লবা ঙস্বা চাং য়াম্না হন্থগনি । রামজান চরা হেনবা মার্চ্চ ১৬-১৭ তগী হৌগনি । অদু ওইরবদি রাজনিতিগী পোৎচং ময়াম্ থোক্লক্তুনা আরব লৈবাকশিং মীচং - চুংশিন্নবা অদু খুদোংথিনিংঙাই লাকপা য়ানা লৈ । খোংমীগী লাঞ্জংবা মতম খর য়ৈথোকপা য়ানা লৈ । থামস্বা মতমদা খোংমীগী লানথেংনবা চংবা য়াই । ইরাকী এন্টি-ইয়ার ক্রেপ্ট নোংমৈশিংনা ৬,০০০ তগী ৮,০০০ দা লাকই । ইরাকী লাম্মীগী লাম্মী ফনা লৈরি । ৪

ইরাক্কী লাঞ্জাও লাকপা মতমদা রসায়নগী শিংলিগী মনিলগীদমক ইউ: এন: না থিংথ্রবা খুৎলাইশিং মখল্ মখলগীদমক য়াম্না থিবা মমিং লৈরমই । ইরাক-ইরান লাঞ্জাওদা ইরানগী মথক্তা সাদ্দাম্না হুম্বী মনিল শীজিন্নখিবদা সিপাই য়াম্না শিনখি । অদুদা নত্তনা ইরাক্কী মনুংদা লানহৌরকপা প্রজাশিংগী মথক্তা রসায়নগী খুৎলাইশিং অদু শীজিন্নবদা ইরাকী ৫,০০০ শিখি ।

ইরাক্কী অকোইবা থঙনবদা লৈরিবা ইজ্রাইল, টুর্কী, ইরান, সীরিয়া, লেবানোন্, সাওদি আরাবিয়া, কুৱেট অমসুং আরবকী অপিকপা

লৈবাকশিংনা গ্যাস মাক্সশিং থমদুনা মশাগী ঙাকথোকচনবা পান্বে থিখি । হন্দক্কী উপসাগরগী লাঞ্জাও লাকপা মতম অদুদা মথক্তা পনলিবা লৈবাকশিংনা সাদ্দামগী রসায়নগী হীদাক শীজিন্নরক্কনি কিবনা হায়রিবা লৈবাকশিংগী প্রজাশিংনা মশাবু ঙাকথোকচনবা খুৎলাইশিং থনমই । আমেরিকা অমসুং মরুপকী লাম্মীশিং মমাংঙৈগী পৃথিবী অহানবা লাঞ্জাওদা শীজিন্নখিবা রসায়নগী হুগী মনিলগী অকিবা অমুক লাক্লমই অমসুং গ্যাস মাক্সশিং নৌহৌনা অমুক শীজিন্নবা হৌখি ।

চাওরাক্লা রসায়ন খুৎলাইশিং অদুগী পাঙ্গলগী মরমদা হীরম খর ফোঙদোক্লমই ।

শিংলীগী মনিল : স্বরনা হোল্লবশু নত্রগা উন্‌শাদা চুপশিল্লবশু ওনিংঙি, মিৎ তাংবা, তিল্‌ চোবা অমসুং শাথিনা নিকই । VX শিংলী মনিলসু য়াম্না য়াওই ।

হঙ্গাম মনিলগী হু : ওনিংবা, উন্‌শা নুংঙাইতবা অমসুং মথা মথা পোম্বা, মিৎ চাফৎপা অমসুং মতম খরগী মিৎ তাংবা থোকই । য়াম্না তোইনা থেঙনরবদি শিবা ফাওবা য়াই ।

ক্লোরিন অমসুং ফোসগিন : থবোম্বীগী মতুং থংবা শরুক্তা শোকপা ফাওই । অশোকপা মীনা মশাগী হকচাংদগী থোকপা মহীদা ইরাক্লে । ফোসগিন অমসুং হঙ্গামগী মনিলগী হুনা পৃথিবী অহানবা লাঞ্জাওদা শীজিন্নখি । ইরাক্লা পৃথিবী অহুমশুবা লাঞ্জাওগী শরুক তম্লি । ৫

ইরাক্কী রসায়ন হুগী হীদাক্কী মপৈ টন্‌ কয়া পৈদুনা থনম্মি । উপসাগরগী লাক্কদৌরিবা লাঞ্জাওদা শীজিন্নগদ্রা হায়না ইউ: এস: মরুপশিংগী লাম্মী ঙাকথোক্লবা গ্যাস মাক্স লোইনা চেকশিন্নবা ওইনা শীজিন্নে ।

মশক্‌ খঙদবা হুগী মনিল কয়া ইরাকী লাঞ্জালগী খুৎলাইশিংগী পাকশিদা য়াওই হায়না আমেরিকা অমসুং বৃটেন্না চিংনরমই ।

## পন্দুপ ১৫

# ইউরোপকী কম্মুনিটীনা কুব্রেটকী মরমদা সভা ফম্বা

১৯৯১ জানুৱারী ১০ দা লক্ষেম্বর্গদা ইরাক্না উপসাগরগী চিরবা মতম অদুদা ইউরোপকী কম্মুনিটীগা অনৌবা ৱা পুথোক্তুনা ৱা লেপ্পবা য়াওনবা হায়খি । ইরাক্কী বিদেশ মন্ত্রী টারিখ্ আজিজনা লক্ষেম্বর্গকী বিদেশ মন্ত্রী অমসুং ই: সি: গী প্রসিদেন্ট জ্যাক্স পুশদা মখোয়না হায়বা অদু ইরাক্না য়াবা ঙম্লরোই হায়খি । ই: সি: না হায়বা ৱাশিংদি ইউ: এস: না ঙম্না হায়বা ঙাক্তনি । অদুনা মখোয়না করিগুম্বা উপসাগরগী হীরমশিং হায়নিংবা ৱা লৈরবদি বাযদাদতা লাকপনা ফৈ হায়খি । প্রসিদেন্ট বুশ অমসুং ইউ: এন: সেক্রেটারী জেনরেল পেরেজ দি কুয়েল্লারনা ক্যাম্প দেভিদতা পুং অহুম উনদুনা তান্নখি । জ্যামস বেকরনা জেনেভাদা চৎতুনা উপসাগরগী অরুবা ৱাফম অদু অরোইবা ৱা ওইনা তান্নদুনা য়েঙগনি হায়খি।

প্রসিদেন্ট সাদ্দামদি মমাংঙৈ ইতিহাসকী সুলটানগুম্না মহাক্কী লাম্নীগী চাকথোংফমদা চাক থোংবা য়াওবা শাদুনা লাঞ্জাওদা সিপাইশিংগী পুক্লিং চংবা মতৌ 'সিপাইগী নুমিৎ' পালন্ তৌদুনা সিপাইশিংগী পুক্লিং থৌগৎখি । ইরাকীশিংগী থাইনগী চৎনবীশিং পুক্লিং চিংশিন্দুনা পুকনিং থৌগৎখি ।

জানুৱারী অহানবা চয়োলদদি পাখৎনবা অৱাংবা থাক্কী সভাশিং, মী অনি মায়য়োক্লদুনা ৱারীদা চিকথনবা অমসুং চাংয়েংবা বেল্লুনশিং পূম্নমক অদুনা লাঞ্জাও অমা কুব্রেটগী মরমদা থোক্তনবা তৌবা লান্ননা

থোক্কদৌরিবোই খন্নখি । জোর্দানগী নিংথৌ হুসেইন্না ইউরোপ্ শীনবা থুংনা চৎতুনা শান্তি পুরক্নবা হোৎনখি । ফরাসীগী প্রসিদেন্ট মিটটরান্দগী য়াথং পাংথোকপা ঙম্বনসু বাঘদাদতা করি ঙম্বগে য়েঙদুনা হোৎনখি । লিবিয়াগী মুয়ম্মার গাদাফিনশু আরবকী সভা অমা ফম্নবা হোৎনখি । ইউ: এস: অমসুং ইরাক্না আগষ্ট ২, ১৯৯০ দগী হৌনা চয়োল কয়া অমুক মমল্ তিক্লরবদা জেনেভাদা জানুৱারী ৯ দা সভা ফম্বা য়ানখি । ইরাকীশিংনা কুৱেট অদু মখোয়গী মতম পুম্বা ওইরবনি, মতা চারবদি ইজ্রাইলনা খুদম চনবা লৈবাকশিং অদু নত্তনা অমসুং সীরিয়ানা লেবানোন্ থাদোক্লিবা মতম ফাওবা ওইগনি ।

"ঐহাক্না থাঙ্গেশেংনা শান্তি ওইনা অমসুং রাজনিতিগী ফল অমা তানা পুরক্কনি আশা তৌই," জ্যামস বেকরনা টি: ভি: গী উনবা অমদা চয়োল অদুদা হায়খি । "ঐদি পুকচেল তিংনা মদু থোকপা য়াবগী নুংঙাইথোকপা ঙমদ্রবশু হৌজিক ঐনা খৃষ্টমাস থোক্লিঙৈদা মদু থোকপা য়াবা লৈ ।"

সাউদি আরাবিয়াগী মরুভূমীগী লমদা লৈবা প্রজাশিংদা গ্যাস মাক্সশিং অমসুং চৎথোক্লবা মফমশিংগী নক্সা পিরমই । ইরাক্কী অৱাংথংবা লমদা টুর্কী লৈবাকলোমদা কিলোমিটর ৩২০ গী সীমানা লোন্নবা মফমলোম্দা অনিশুবা লানথেংনফম অমা শেম্লমই । এন: এ: টি: ও: না জেৎ ৪২ খক ইটালী, বেলজিয়ম অমসুং জর্মানীদগী টুর্কীদা শীন্নরক্লে । অন্ফ জেট ফাইটরশিং ১৮ নোংচুপ জর্মানীদগী পিরক্লমই ।

**প্রসিদেন্ট বুশগী অঙম্বা তানিংঙাই ওইবা লাম্লোংদি পোৎ অহুম লৌরমই:**

১। সাদ্দাম্না হিংহৌবা পামই ;

২। মহাক্না মাগী পুক্লিং হোংবনা হিংহৌবগী মখা পোল্লি; অমসুং

৩। মহাক্কা থবক অদু তৌবা ঙম্লোইদবনি ।

নোংমৈনা মহাক্কী মকোক্তা থম্মগা, নুংথং হাইগৎলগা অমসুং নোংমৈ তিংখল হান্ননা পায়শিল্লগা শিংনদুনা লৈবা নত্তবনি ।

প্রসিদেন্ট বুশনা ইরাকী বিদেশ মন্ত্রী টারিখ আজিজগা ৱাশিংটোন্দা উনবা, অদুগা মতুংদা সেক্রেটারী ওফ ষ্টেটস বেকরগা সাদ্দামগা অমুক উনবা লেপ্লখি । অদুগা সাদ্দাম্না বেকরবু জানুৱারী ১২ দা, নুমিৎ অহুম ইউ: এন: না ইরাকপু কুৱেটতগী হন্দোকউ হায়বগী মমাংদা উনগে হায়খি। প্রসিদেন্ট বুশনা সাদ্দাম্না মতম য়ৈথোকপা অদু পাল্লদুনা জানুৱারী ৩ দা সভা ফমশি হায়খি । বাঘদাদ্না য়েঙলম্বদি সাদ্দাম্না জ্যামস বেকরদগী হনবনিনা সভাগী মতম লেপ্পবা হায়খি মরমদি সাদ্দাম্না বেকরগী মকোক থঙবা মী ওইরমই । সভা ফম্বগী তারিখতা য়ান্নদবা মরৈ লৈবনা বেকর - আজিজগা জেনেভাদা উনবা পামখি । বিদেশ মন্ত্রী টারিক আজিজগা উন্নবা য়াখি ।

"নহাক্তি য়োং অমদা ঙাংনরে, নহাক্তি কায়াৎ শাবদি নশামক্লা হায়দরে," হাওস্ অমর্দ সার্ভিসেস্ কম্মিটীগী চীয়ারমেন লীজ অসপিন্না তেংথাখি । বেকরবু আজিজগা বাঘদাদ্তা সভা ফম্বা ৱাশিংটোন্না য়াদবা ঙম্মোইদবনি ।

হৌখিবা চয়োলদা টারিক আজিজনা হায়খিবদি মহাক্কা পালেষ্টাসনশিংগী ৱাথোক অদুবু বিষয় অমা ওইনা ইউ: এস: না পথাপ নাইবা ওইনা উপসাগরগী চিরবা মতম অদুগা মরী লৈহন্নিংলমদে । অদুনা বেকরনা আজিজবু ৱা অরোইবা ওইনা পিহন্নিংখি । ইউরোপকী কম্যুনিটী বিদেশ মন্ত্রী শিংনশু ইরাক্কা উপসাগরগী ৱাথোক অদুগী মরমদা ৱারী শানিংখি । জর্মানী অমসুং ফরাসীনা য়াজরবশু অনিমক্লা শান্তিগী অপাম্না খনবশিংদি ইউ: এস: না লাঞ্জাও তৌনিংবা উখি । ইউ: এস: না ভিয়েটনাম্ লাঞ্জাওদা মায়থিখিবা অদুগী লাল্ ঙম্নবা লাল তৌনিংবগী

ৱাখন্না ঙাওরমই । আরবকা অতৈ চাওখৎপা লমগা মান্নদে হায়বা ইউ: এস: না লৌবিখিদে ।

"উপসাগরগী লাঞ্জাওদি," জর্মানী বিদেশ মন্ত্রী হান্স - দিয়ট্রিক জেনসচরনা হায়খি, "উপায় লৈতনা থোক্তবা য়াদ্রবনি ।"

ই: সি: না উপসাগরগী চিরবা মতমদা খৎনবা তাইশিন্নবা য়াওরমদে হায়দুনা চোংথোক্লকপা অদু সাদ্দামগী মায়য়োক্তা লৈবা লৈবাকশিংগীমরক্তা চিংনবা পোকখি । নাপাক্ - নাপাক্ তাবা অদুদা আমেরিকা অমসুং ইউ: কে: গী ফিরেপ অমা লৌবা মদুনা ই: সি: গী তুংওইদবা মওংদা চৎথরকপা ফিরেপশিংদা অথিংবা অমা পিবদুনা মায়কৈ অমা অমসুং জর্মানী অমসুং ফরাসীনা ইরাকপু কুৱেটগী পুরা হন্দোকপা অদুন্ম অমনি । ইউ: এস: অমসুং ই: সি: না মান্নদবা লৈরমদে অমসুং মীচং- চুংশিন্নবা অদুনা পুন্না লৈরমই । প্রসিদেন্ট জ্যাক্স পুসনা ই: সি: না পায়খৎকদবা থবক্তা অপুনবা শরুক য়ারম্মী । মপুং ফাদবা পস্থুংদি ওইরমদে । অদুগা ইরাক্পা হন্দোকপদি অতৈ সমস্যাগা মরী লৈনরমই। মদুদি ইজ্রাইলনা খুদুম চনবা লৈবাকশিং অমসুং লেবানোন্ য়াওরমই । ফরাসীগী ইতোং-তোংঙানবা ই: সি: গী উপসাগরগী ৱারম অমা পুথোকপা দরকার ওইখি । ফরাসী পার্লিয়ামেন্টগী বিদেশ থবকশিংগী কম্মিটীগী মকোক মিকেল ভাউজেল্লনা প্রসিদেন্ট মিটটরান্দনা য়াবা মতুংইন্না বাঘদাদ্তা লাকখি । প্রসিদেন্টগী ৱাঙাংবা মীশক্ অমা ওইরমই । অদুবু মহাক্না ৱা ঙাংনবা অরেম্বা তাখি ।

ফরাসীগী শান্তিগী খুজিল্ থৌরাঙ অমা লক্ষেমর্বগতা পুথোকপদি ইউ: এস: বু শাওহনবা অনিখক লৈখি । ১) সাদ্দাম্না কুৱেটতগী হন্দোক্কদবনি হায়বা ইউ: এস: মরুপশিংনা লাঞ্জাও তৌদনবা ৱাশকপা অমা অমসুং ২) কুৱেটতগী ইরাকী লাম্মী পুম্নমক লৌথোক্লবা মতুংদা অন্টর - জাতি ৱায়েনশঙ অমদা উপাসাগরগী ৱাথোক হায়জবনি ।

অদুবু তশেংনা ইরাক্লা মদুদা করিগুম্বা অতোপ্পা অনিথোকপা ব্রাখল অমা থোকপা য়াবা অদু উখিদে । ইরাক্কী বিদেশ মন্ত্রী টারিখ আজিজনা ই: সি: দা অতোপ্পা সভা অমা তৌররোই খঙহল্লকখি ।

নিংথৌ হুসেইন্না ইউরোপতা চৎতুনা মহাক্লা মায়ঙাক্লবা থৌরাঙ অমা পুথোকখি । মদুদি সাদ্দাম্না বুবিয়ান অমসুং ব্রার্বহ ঈথৎশিংবু অদুগা রুমালিয়া থাও থোকপা মফম কুৱেটলোমদা খর ঙমথবা অদুবু ইরাক্কী মখুৎতা থম্নবা হায়খি । ইউ: এস: না ইরাক্লা লাম্মী কুৱেটতগী হন্দোক্লবা মতুংদা ওইরবদি তৌবা য়াই অদুগা ইরাক্কী লান্দা কুৱেটতগী লাম্মী পুথোক্ত্রিঙৈগী মমাংদা ইরাকপু লান্দাবগী মহৈ ওইনা থোক্কনি হায়না (ইউ: এস:) না কন্না থিংখি । প্রসিদেন্ট বুশনা জ্যামস বেকর অমসুং টারিক আজিজ জেনেভাদা উনবা পামখি । অদুবু ইরাক্তি বুশনা খুৎলাই থাবা পামখি । অদুগা মহাক্লা অশোনবা ফিবমদশু লৈতে হায়বা খঙখি । অদুনা বেকর - আজিজগী সভা অদুদা জেনেভাদা ফমগদবা অদু ফজনা চৎথবা ঙল্লমমোই । ১

লিবিয়াগী কর্নেল গাদ্দাফিনা অহুমশুবা পৃথিবী লাঞ্জাও অমা থোক্কদরা হায়না মীপাইবা পোকখি । অদুনা ইজিপকী প্রসিদেন্ট হোস্নি মুবারক্ অমসুং সীরিয়াগী প্রসিদেন্ট হাফেজ আসাদ ওমর হাসান্ বাশিয়না লিবিয়াগী মিসুরাটাগা উনখি । ইজিপ অমসুং সীরিয়াদি ইরাক্কী মায়য়োক্তা লৈরমই । অদুগা লিবিয়া অমসুং সুদানদি ইরাক্কী মায়কৈদা লৈরমই । মিসুরাটাদা হোস্নি মুবারক্কী মীশিংনা করি ব্রারেপ্পা তাবা ঙল্লমদে অদুগা ইজিপ অমসুং সীরিয়াগী প্রসিদেন্টশিংনা মখোয়গী মান্নবা পোৎশিংনা ইরাক্কী কুৱেটতা তৌবা লমচৎ খর হেন্না খুদোংথিবা লোইননা তাখি ।

জানুৱারী ৯ দা জেনেভাদা জ্যামস বেকরগা টারিখ আজিজগা সভা পুং তরুক ফাওবা ফম্লবগী মতুংদা উপসাগরগী চিরবা মতম অদুদা



জ্যামস বেকর
ইউ: এস: সেক্রেটারী ষ্টেট



টারিখ অজিজ
ইরাকী বিদেশ মন্ত্রি

কুবেটতগী লাম্মী হন্দোকউ হায়বা য়াখিদে । "নুংঙাইতনা ... ঐনা করিগুম্বা অমতা ইরাক্কী হোংদোক - হোংজিলগী মরমদা তারমদে, " বেকরনা পুক্লিং নুংঙাইতনা হায়খি । অদুগা বেকরনা প্রসিদেন্ট বুশনা সাদ্দামদা পিরকপা চিঠি অদু ফাওবদা লৌ হায়বা য়াখিদে । ইউ: এন: গী অরোইবা পুংফম করিগুম্বা য়ারবদি, ইরাক্না কুবেটতগী হন্দোকপা তাবনি, অদু নত্রবদি হন্দোক্নবা ইউ: এস: - অপুনবা মরুপশিংগী লাম্মীনা শক্তি শীজিন্নবা ময়েক্লা তাবনি । ইউ: এস: গী কুতনিতিগী থবক তৌবা অকোনবা ওইনা জানুৱারী ১১ গী মনুংদা ইরাক থাদোকপা তাখি । ইরাক্লা লাম্মীগী লম্বী অমা খনবনা জয় তৌবদি ঙম্নরোই অমসুং ইরাক্তা মাংতাকনবগী থবক ফল্ ওইনা ফঙবা অমা খনখি ।

বাঘদাদতা প্রসিদেন্ট সাদ্দাম হুসেসইন্না উপসাগরগী লাঙ্গাও অসিদা আমেরিকা মচাশিংনা মশাগী ঈদা ঈরোইজগনি হায়খি ।"ঐহাক্তি শান্তি অসি শুকথা থাদোকলোই," বুশনা হায়খি । "ঐখোয়না ইউনাইটেদ ষ্টেটসনা ইরাক্কা উনবা হায়বা অসিগী খর হেনবা খোংথাং লৌই ... হৌজিক্তি মসি নিংবা কাইনিংঙাইনি মরমদি মখোয়না (ইউ: এন:)

রীজোলুসনশিং অদু য়াবা ঙম্বা উৎপা পাঙ্গল্ লৈতে, মখোয় শুক্লৈ লৈতে ।" বুশনা অনি পুন্না য়েৎনবগী শান্তিগী অকোনবা খোঙথাং চৎলবনি । "পালেষ্টাইনশিংবু মতেং পাঙনবা ইরাক্না কুৱেটপু লান্দাবনি হায়না মী ময়াম্না থাজৈ ঐনা খনবা ঙমদে, " জ্যামস বেকরনা হায়খি । "ঐখোয়না মসি শান্তি ওইনা অমসুং রাজনিতিগী ওইনা ৱারোইবা পাম্মি ।" অদুবু ইউ: এন: সেক্রেটারী জেনরেল কুয়েল্লারনা বাঘদাদতা চৎতুনা সাদ্দামগা উনদুনা তান্নরবা য়াই অমসুং খবরগী পাও পিবা মীশিংনা "শেল পিজদুনা কুটনিতিগা মানহন্নবদি তৌররোই । ১৯৩০ - ৩৯দা ঐখোয়না অরানবা থবক অদু তৌখি ।" ১৯৩০ - ৩৯ গী অরানবা অদু অমুক হল্লরোই । ২

জানুৱারী ১২ দা সেক্রেটারী জেনরেল কুয়েল্লারনা সাদ্দামগা উনদুনা ইউ: এন: গী অরোইবা পুংফম পিরক্তুনা ইরাক্না কুৱেটতগী হন্দোকপা নত্রগা লাম্মীদা মায়য়োং য়াবা ঙমগদরা হংখি। কুয়েল্লারনা নোংচুপ এসিয়াদা ইউ: এন: গী শান্তি থম্বা শক্তিনা মখোয়গী লাম্মী পুথোক্নবা হোৎনশি হায়খি । মহাক্না জেনেভাদা ফম্বা জাতি ১২ গী ইউরোপকী কম্মুনিতিগী ৱাখল লৌদুনা সাদ্দামগা অরোইবা ওইনা উনদুনা সভা অদুদা উপসাগরদা শান্তি পুরকপা লাকপনি হায়খি ।

"সেক্রেটারী - জেনরেল, চা খর য়াম্না থকউ," সাদ্দাম্না নোক্রেম - হাগ্রেম্নবা মাবু উনবদা আফিসদা হায়রম্মী । উপসাগরদা লাঞ্জাও অমা ইউ: এস: না তৌনিংবনা য়াম্না চাওনা শেমশারবা অদুদা মহাক্না করিশু নিংহন্নবা লৈতনা করেম্নখি । সেক্রেটারী - জেনরেলনা ইউ: এন: না লাঞ্জাও তৌবা নত্তে, চুম্নগী ইউ: এস: অমসুং অপুনবা মরুকশিংনা লাঞ্জাও তৌবগী অয়াবা লৌবতা ওইরমই, । মহাক্না য়াম্না নুংঙাইতনা হায়খি । লাঞ্জাও শোইদনা লাক্লনি খনবদা । ইরাক্না পৃথিবীগা ! য়েঙবদা নুংঙাইবা !

কুয়েল্লারনা বাঘদাদতা করিগুম্বা মাংথানা চঙশিনবা অমসুং চাওখৎপগী থৌরাঙ অমা লৈতে হায়খি । প্রসিদেন্ট বুশনা মহাক্কী য়েঙথিনবা মীশিংনা অকিবগী মশক্ ওইনা অরানবা শীংনরে হায়খি । ইউ: এন: গী লুচিংবা অদুনা মহাক্না বাঘদাদতা চৎতুনা জানুৱারী ১৩ দা সাদ্দামগা উনবদা মঙ্গল ওইদবা অদুদা লাঞ্জাও থৈদোকপা ঙমদরে হায়না আশা মাংখি । "ঐনা তৌগদবা ঐদি তৌরবনি," কুয়েল্লারনা মায়থোং অদু মকা হন্থনা হায়খি। "করিগুম্বা মওং অমদা, হোই," মহাক্না হায়খি । মহাক্না প্যারিসতা ফরাসী প্রসিদেন্ট মিট্টরান্দ উনরবা মতুংদা নিউয়োর্ক্কী লম্বীদা জ্যোন এফ: কেনেদী ইয়ারপোর্টতা খবরশিংগী মীশিংদা হায়খি । নিংবা কায়না মহাক্না ইউ: এন: আফিসদা পায়খি । জানুৱারী ১৬ তদি উপসাগরগী লাঞ্জাও হৌবা হায়বদু ওইরম্মী ।

সাদ্দাম্না পুং ৪৮ খক অরোইবা পুংজা য়ৌদ্রিঙৈদা হায়খি ঃ "কুৱেট, নখোয়গী ওইরবনি অমসুং নখোয়না (মসিগীদমক) শিবদি তাই ... নখোয়না মসি পায়বা তাবনি ... মরমদি থোক্লকপা ৱা অদু প্রদেশ অমা ওইবতা নত্তনা মসি ইরাক্কী শরুক অমনি ... আরব জাতিগী অপুনবা মহুৎ ওইবা খুদম্নি ।"

ইউ: এন: সেক্রেটারী - জেনরেল কুয়েল্লারগী বাঘদাদতা সভা ফম্বদা সাদ্দাম্না আমেরিকা মচাশিংনা শান্তিগী উপু হাংননবা শো হায়বা অদু উপসাগর অদুদা ওইখি । "মখোয়না লাঞ্জাও অদু পান্নবদি অতৈ শক্তিগী থিংবা পোৎ নত্তে," মহাক্না হায়খি, "অকোনবা মিনিটকী থবক হৌবদা আমেরিকা মচাশিংগী মনিংনি মরমদি মখোয়না লাঞ্জাওগী খোল্লাও অদু হৌহনবতনি ।" সাদ্দাম্না প্রসিদেন্ট বুশদা শান্তিগী মরমদা করিগুম্বা ৱা অমতা ঙাংখিদরে । "মহাক্না মখা পোনবগী মরমদা হায়, আরবপু মখা পোনবা, ইরাকপু মখা পোনবনি । মীখা পোনবগী মতম পুম্বগী ওইনা চৎথ্রবনি ... ইরাক্কী ৱাহৈগী লোনগৈদা য়াওদে," মহাক্না অয়ুক্কী প্রজা ময়ামদা হায়খি । লাঞ্জাও লাক্লবদি ইরাকী লাঞ্জাওগী এরোপ্লেনশিংনা

অমসুং মৈকাপ্পীশিংনা নোংচুপ এসিয়া য়ৌনা থাবা ওমগনি । "ঐখোয়গী প্লেনশিংনা য়াম্না থাপ্লা মফমশিংদগী থুগাইবা ওমই, অমসুং মখোয়গী পম্বুংফম য়ৌনা থাবা ওমই ।" "মসি পোকপদগী য়াওরক্লুবা অচুম্বা ৱারোইবা পালেষ্টাইনগী ৱাফম অমনি, পালেষ্টাইনবু মাগী প্রজা অমসুং অন্টর জাতিগী আইন্না য়াবা নত্রগা অন্টর জাতিগী আইন্দা পংতি অমদা চৎপা অদুনা ৱারোইবগী য়ুমফম্নি," মহাক্না হায়খি ।

"করিগুম্বা লাঞ্জাও থোক্লবদি ঈশ্বরগী উইল মতুং ইন্না, (ইরাক্কী) জয়না তুং ইনগনি ... কুৱেটতা নত্তনা তৌইগুম্বসুং পালেষ্টাইনসু, গোলান্ হাইটস অমসুং লেবানোন তুং ইনগনি," মহাকনা হায়খি । "মসি নহাক্কী কুৱেটনি, অমসুং নখোয়না হিংলিবনি অমসুং মসিগীদমক্ শিবা তাবনি," সাদ্দাম্না হায়খি ।

কুয়েল্লারনা প্যারিসতা হায়খি, "ঐহাক কুতনিতি তৌবা অমনি তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না পুকচেল তিংখি অমসুং চুমদ্রিং চুমই অমসুং ঐহাক্না বাঘদাদতা তৌবদা ঐনা করি অমতা চঙখিদরে ।" মতম্ অদুদা সোভিয়েট ইউনিয়নগী প্রসিদেন্ট গোর্বাচোভনা শান্তি পুরক্লুবা ৱা অরুবা খন্নখি । অদুবু পূম্নমক অরেম্বদা তাখি । ইউ: এস: গী মীচংদা সোভিয়েট ইউনিয়ন্না মমিং ওইনা লেপ্লমই । সাদ্দাম্না ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংগী অরোইবা পুংজা য়ৌদুনা নোংথক্কী লাঞ্জাও পৃথিবীগী মমাংঙৈদা তৌখিবা লাঞ্জাও পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী হেন্না চাওবা অমা তৌবা ঙাইদুনা লৈখি ।

ইরাকী আইন সভাগী মেম্বর ২৫০ না রীজোলুসন অদু পুকচেল তিন্ননা উপসাগরগী তৌবা থৌওং, পূম্নমক্ শৌগৎখি । আইন সভাগী অধ্যক্ষ সাদ্দি মেহদি সালেহনা আইন সভাগী দীপুটীশিং সাদ্দাম্না তৌবা পূম্নমক শৌগৎখি, অদুগা মহাকপু "আরব্ জাতিগী নাইট্" কৌনরমই । "ঐখোয়গী ঈ, ঐখোয়গী থৱাইশিং, ঐখোয়না সাদ্দামগীদমক থৱাই থাদোক্কনি," দীপুটীশিংনা লাওখি । "অফবগী শক্তি অমসুং ফত্তবগী শক্তিগা ইতিহাসগী ওইবা মপাঙ্গল চাইনবনি," মহাক্না হায়খি ।

পালেষ্টাইন মচাশিংগীদমক উপসাগরগী লাঞ্জাও অমা থোকপা তারবদি সাদ্দাম্মা কুৱেটতা লান্দাদুনা লৌশিনবা মরাল অমা লৈরমই । আমেরিকা অমসুং ইউ: কে: না পালেষ্টাইনশিংগী ৱাফমদি মরী অমতা শুক্লে লৈনদে হায়খি । সাদ্দামদি পালেষ্টাইনশিংগী লৈফম পিদবা অমসুং ইজ্রাইলনা গাজা, ৱেষ্ট ষ্ট্রিপ অমসুং গোলান হাইট লৌশিনবগা মরী য়াম্না লৈ হায়রম্বনি । অদুনা ইউ: এস: না ইজ্রাইলবু দোল্লার বিল্লিয়ন অহুমগী শেল পিদুনা হন্দক্কি লাঞ্জাও থোক্কদবা অদুদা য়াওহল্লমদে । নত্রগা মিকুপ্তা ইজ্রাইলগী লাম্মী ইরাক্তা থারমগনি । অদুবু ইজ্রাইলগা ইরাক্কা থঙনবা লৈবাক ওইরমদে । জোর্দানগী মীচং চঙদবা অদু থুগাইদুনা লাঞ্জাও তৌনবা তারম্বনি । কঙ্‌ফালনা কোইশিল্লপা তৌবা ইরাক্লা জোর্দান ৱাংমদা লৈবা ইজ্রাইলগা লাঞ্জাও তৌনবা মঙনি ।

ইউ: এস: না হন্দক্কী নোংপোক ময়াইগী এসিয়াদা তৌরক্কদবা লাঞ্জাও অদুদা য়াম্না কাহেন্না ইউনিয়নগী ভেটোগী পাঙ্গল ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিলদা তৌরক্তবা অদুনা খ্বাইদগী চাওবা উপায় ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংগী উপায় অমা ওইরমই । অদুগা ফরাসী অমসুং জর্মানীনা সাদ্দাম্না পালেষ্টাইনশিংগী ৱাথোকশিং অদু লেপ্পবা পাম্মি হায়বা খঙলমই । অদুবু সাদ্দামনা ইজ্রাইলগী খুদম চনবা লৈবাকশিং অমসুং পালেষ্টাইনশিংগী ৱাফমশিং ইউনাইটেদ ষ্টেটস অমসুং ইউ: কে: না ৱায়েনবা পামখি । অদু নত্রবদি পূম্নমক য়াদবনি হায়না বিদেশ মন্ত্রী টারিখ আজিজ অমসুং সাদ্দাম্মা য়াক্তুবা মরৈখি । অদু ওইরবদি, ইজ্রাইলনা গাজা, ৱেষ্ট ষ্ট্রিপ অমসুং গোলান্ হাইটবু ১৯৬৭ অমসুং ১৯৭৩ দগী লৌবা য়াবগুম্না ইরাক্লা কুৱেটপু লৌবা য়াদ্রা হায়দুনা য়েঙখি । মদু উরু - উরু লৈশিনবা মরৈ ওইরমই ।

সোভিয়েট ইউনিয়ন্না ইবাক্কা নৌনা তৌবা নমজা - নমথেক্তা মতুং ইনবা ঙল্লমদে । অদুগা সোভিয়েট ইউনিয়ন্না 'অঙাংবা লাঞ্জাও' তোক্লগা

মতম খরগী মনুংদা কুউবা অমসুং মখোয়গী ইউনিয়ন্দগী মপান থোকপা লৈবাকশিংনা লোন্না কম্যুনিজমনা লৈবাক্কী মরু ওইবা অচুম্বা অমরা হায়না থিনা লোইদুনা লৈবাক কাইগদবগী তৌবা মতম ওইখি । নত্রবদি আরবকী লৈবাকশিংগী লুচিংবা অমা লৈবা য়ানরমগদবনি । থাওগী রাজনিতিদা অয়াম্বা লৈবাকশিংনা কুৱেটপু লাঞ্জাওদগী ইরাকপু তাহ্‌ঙোক্লবদা পুম্নমক ইউ: এস: গী মীচং চংখি । থাওগী রাজনিতি অমসুং পৃথিবীগী অমতা ঙাইশিল্লক্লবা সুপর পৱারগী মতুংদা লেপ্পা তারম্বনি ।

অদুগা ভিয়েটনাম লাঞ্জাওদা ১৯৭৩ দা ইউ: এস: না লাম্মী ৪৫,০০০ শিদুনা মায়থিখি । অদুগী মথক্তা ইরাকপু খ্বাইদগী চাওবা লালগী শেম শাবনা সাদ্দামগী সুপর - নাসরগী মঙলানগী ৱাখল অমা শাগৎচবা কুৱেটপু নমথুদুনা আরবকী লৈবাক অয়াম্বনা শৌগৎত্রবা অদুদা মহাক্না সিপাইগী ফিজেৎ শেৎতুনা ফীল্দ মার্শেল শাজদুনা ডোন কুইজোটনা নুংশিৎকী চক্রি তকফমদা তা অশাংবা অমা পায়রদুনা শগোল তোংদুনা থৌজিল্লকপনি । আরবকী মরুভূমীদা তৌবা মঙলান লৈবা অদু ১৯৫৬ কী অঙাং ওইবা সাদ্দামগী নোংপোক ময়াই এসিয়াগী শুপ্না কুৱেটপু নমথুনা লুট তৌবা ৱাখল ওইরমই । অদুগী মথক্তা ইউ: এস: গী ভিয়েটনামগী লাঞ্জাওদা মায়থিরুবা অদুনা সোভিয়েট ইউনিয়ন্না ইউ: এস: গী মায়য়োক্তা লেপ্তুবা তাঞ্জা অদুনা সাদ্দাম্না মহাক্কী প্রজা কোটি ১·৭ না নাইতোম লেপ্তুনা অমসুং য়েক্লবা লৈবাকশিংনা উপসাগরগী অকোইবদা লৈদুনা ঙাকশেনবা লাম্মী য়াওদনা য়েক্লবগা থেঙনজবা তাবনি ।

ইস্রাইলনা সীমানাদা লাম্মী পৈশিন্দুনা অমসুং এরোপ্লেন জেটশিং কোকপিৎদা ইয়ারযেনশিংনা ফমদুনা ইরাক্না লাঞ্জাও হৌরকপা ঙাইখি । মমিংতা ওইনা উপসাগরগী লাঞ্জাওদা, য়াওদবগী ৱা ওইরমই । অদুগা ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংগী নোংথক্কি আক্রমন অদুদা ইস্রাইলগী এরোপ্লেনশিং য়াওখি । মমিংতা ওইনা ইউ: এস:

না ইজ্রাইলবু নোংপোক ময়াইগী লাঞ্জাও ওইদবা হায়দুনা মহাকপু ইরাক্না মৈকাপ্লীশিং তারকপা অদু খাংদুনা লৈখি । মরমদি ইউ: এস: অমসুং ইউ: কে: না লময়াম্বা থবকশিংদুনা লোইশিনবা তাখি ।

# পন্দুপ ১৬

## উপসাগর লাঞ্জাও

নুংথিল মতুং ৯ঃ০৯, ১৯৯১ জানুৱারী ১৬ প্রসিদেন্ট বুশনা আমেরিকাগী প্রজাশিং, উপসাগর লাঞ্জাওগী মরমদা তানিংবনা হৌ-হৌ চোংলবশিংদা লাওথোকখি, "পুং অনিগী হেক মতুংদা (উপসাগর লাঞ্জাওগী) মরুপশিংগী নোংথক লাম্মীশিংনা ইরাক অমসুং কুৱেট মফমশিংদা লৈবা মিলিটারী টার্গেটশিংদা লাল তৌবা হৌরে। আক্রমন অসি ঐনা ঙাংবগা অসুম চৎথরি। কংফালগী লাম্মীশিংদি শীজিন্নদে।" ১

বুশনা জানুৱারী ১২ দা সেনেটতা ভোট ৫২-৪৭ ফঙদুনা অমসুং ইউ: এস: হাওসদা ভোট ২৫০-১৮৩ ফঙদুনা মিলিটারী ফোর্সনা ইরাকী মায়য়োক্তা ইরাকীনা কুৱেটপু নমদুনা খুদুম চনবগী লান্দাবা হৌখি।

লান্দাবা হৌবগা নোংথক্কী আক্রমন স্বিসগী ঘড়ীগুম্না থবক চৎথখি। নোংমদা (এরোপ্লেন অমা পায়বা অমসুং বোম্বা থাদবা) সোর্টী ২,৫০০ অমসুং বোম্বশিং হৈথবা টন ১৮,০০০ খক কুৱেট অমসুং ইরাক্কী লাম্মী অমসুং টেঙ্ক অমসুং খুৎশু-খুৎলাইশিং পৈবা মফমশিংদা বোম্বশিং হৈথবা হৌরে। ইরাক্কী প্রজাশিংনা মরাং কাইনা লৈবা, ইরাক - ইরান লাঞ্জাও, ১৯৮০-৮৮ দা শাবা বক্করশিং, কোমশিংদা লোৎলমই। ২

উপসাগর লাঞ্জাও থোকপা হৌবদা ৱাশিংটোন, নিউ য়োর্ক অমসং কার্লিফোর্নিয়া সহরশিংদা শান্তিগী সভাশিংনা থম্মোই শোক্লা ঈশ্বরদা

প্রার্থনা তৌদুনা লিশিং-লিশিংনা প্রতিবাদ তৌখি । সান ফ্রান্সিস্কো - ওকল্যান্দ উপসাগর থোংদা নুমিৎ নিনিদা পুং অমমম অহুল্লক অপনবা পিখি ।

"ঐখোয়না লাঞ্জাওসিবু তরাই - তরাইনা লৌবা য়াদে । শান্তি ওইনা ঐখোয়দি চৎলি," লাইশোনবা অদুনা ঈশৈ শক্কুনা চৎলমই । "জিওর্জ বুশ ফাদুনা থমগদৌবনি ।" আমেরিকা মচাশিংনা থম্মোই শোক্লা লাওখি ।

মখোয়না হ্বাইট হাওসগী কোম্বোংশিংদা লাওদুনা প্রতিবাদ তৌদুনা চৎখি । ৱাশিংটোন্দসুং প্রতিবাদ তৌবা আমেরিকা মচাশিংনা মোম বর্টিশিং চুখৎতুনা নুমিদাংদা পরেং-পরেং অহিংগী মতম ফাওবা চৎনরম্মী ।

ইউনাইটেদ নেসনগী ইসাইয়াহ্ ফক্লাংগী মমাংদা মৈ থাল্লদুনা ফক্লাংদা ইরিবা ৱাশিং অদু য়েঙদুনা পেঞ্জখি । "অমসুং মখোয়না থাংশাংশিংনা লাঙ্গোল লোঙখুম উন্নবা অমসুং মখোয়গী তাবাকশিংনা শম্বল্লৈ কাচি - কারোংশিং ওইনা শেম্ললনি ।" ৩

আমেরিকাগী সহরশিংদা ঈরাং তৌবতা নৎলমদে, ইউরোপকী রাজধানি সহরশিংদসু মী কিহনবা কাংবু-কাংবু বোম্বশিংনা রাজদুতশিং লৈফমশিংদা পোকখাইহনখি, কয়া শোক্লখি ।

"ঐখোয়না আমেরিকা প্রজাশিং অমসুং মরুপ ময়ামগী লাম্মীশিংবু পারা অমা তম্বিগনি," সাদ্দাম্না মহাক্কী প্রজাশিংদা হায়খি । লাঞ্জাও হৌবা তাবদা মহাক্লা ইরাকী প্রজাশিংদা থম্মোই শোক্লা হায়খি । "... ও, ইরাকী প্রজাশিং চাওরবা, ঐখোয়না অচৌবা মীশিংগী মচাশিং, ঐখোয়গী প্রজাশিং চাওরবা, ঐখোয়না অচৌবা মীশিংগী মচাশিং, ঐখোয়গী প্রজাশিং নখোয়না ফত্তবা অমসুং ফত্তবা মীশিং, লাই নিংদবশিং অমসুং

(মখোয়বু) মতেং পাংবশিং অমসুং মরুপশিং পুং ২ঃ৩০ নোংয়াই মতুংদা, বিশ্বাসঘাতোকশিংনা মখোয়গী লৌনম অদু হৌরবা, শয়তানগী মতুং ইল্লিবা বুশ, মহাক অমসুং আইন কায়না তৌবা জিওনিষ্টশিং লৌনম্বা থবক তৌবনি ।" ৪

উপসাগর লাঞ্জাও হৌগদবা পুং অমা ৱাংলিঙৈদা সাদ্দামদা ৱারী শারদুনা লাঞ্জাও থোক্তনবা তক্লখি । অদুবু ৱাহৈগী ৱা হায়বদু ওইনা তৌখি । মরমদি ইউ: এস: না মতোমতা ঙাইরবা ইরাকপু শান্তি পিনিংবনা লেং - লেং চংখি । গোর্বাচোভনা মীয়াম প্রজা মমাংদা টেলিভিজন্দা সোভিয়েট লুচিংবনা উপসাগর লাঞ্জাও অদু থোক্তনবা হোৎনখি । মহাক্লা ফরাসী, বৃটেন, জর্মানী, ভারত অমসুং আরব লৈবাকশিংগী মকোক ওইবা মীশিংগা ৱারী লুনা শান্নখি । সোভিয়েটনা মরুপশিংগী মীচঙদা লাঞ্জাও য়াওবা শাখি । অদুবু ইরাকী ৱা ঙাংলমই ।

প্রসিদেন্ট বুশনা আমেরিকাগী প্রজাশিংদা মরু ওইনা ইরাক্তা লাঞ্জাওগী আক্রমন তৌবদি কুৱেটপু য়াবা মখৈ থুনা মনিং তম্নবা হোৎনরম্মী । ইরাকপু খুদুম চনবা নত্তে । অদুবু মহাক্লা মরম চানা হোৎনদুনা শান্তি ওইনা পুরক্লবা হোৎনদুনা য়েঙখি । "সাদ্দামগী নিউক্লিয়ার শাবা ঙম্বগী পাঙ্গল থুদেক্লবা ঐখোয়না হোৎনবনি । ঐখোয়না মহাক্কী রসায়নগী খুৎলাইশিংগী শাফম্মু মাংহনবা তাবনি । সাদ্দামগী টেঙ্কশিং অমসুং তোপশিংসু থুগাইরগনি," বুশনা হায়রম্মী ।

ইউনাইটেদ নেসনগী অরোইবা পুংজা, বাঘদাদকী মতমদা অয়ুক্কী ১২ঃ৩০ তাবগী মতুং ইরাক অমসুং কুৱেটকী লম্বী - থোংশিং, মিসাইলশিং, নোংথক্কী মৈকাপ্পীশিং থাগৎনবা মফমশিং ১০০ দা অপুনবা মরুপশিংগী এরোপ্লেনশিংনা লান্দাখি । ইরাকী রসায়ন খুৎলাইশিং শাফমশিং অমসুং থম্ফমশিং, নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিংগী থম্ফম্নি হায়না চিংনবা মফম কয়া, দিফেন্স মিনিষ্ট্রীগী য়ুমশিং, সাসন পুরিবা বাথ পার্টীগী

হেদ ক্বাটর অমসুং কম্যুনিকেসনগী য়ুম্বী, ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংগী অপুনবা অপায়বশিংনা থুগাইখরে ।

পেন্টাগোনগী চেরোল অমনা হায়খি, নুমিৎ অদুদা দিফেন্স মিনিষ্ট্রী অমসুং পোষ্ট ওফিস হেদ ক্বাটর উফুল ওনখি । সাদ্দামগী কোনুং সিপাই থম্নবা শঙশিং, পেট্রোলিয়ম থাও শুংদোক্লবা কারখানাশিং, বাঘদাদ ইন্টরনেসনেল ইয়ারপোর্ট অমসুং ধর্ম্মগী মফম, মসজিদ অমা কাইহনখি । নোংমদা লান্দাবা সোর্টী ৪০০ খক্লা নোংথক্কী আক্রমন্দা পাইদুনা ইরাকী নোংমৈ - খুৎশু খুৎলাইশিং, থমফমশিং অমসুং রসায়ন খুৎলাইশিং থমফমশিংনি হায়দুনা চিংনবা মফমশিং থুগাইখি । ইউ: এস:, বৃটেন, সাওদি আরাবিয়া অমসুং অতৈ দেশশিংগী এরোপ্লেনশিংনা সোর্টী ২,৫০০ অমসুং টন ১৮,০০০ গী বোম্বশিংনা ইরাক্কী মরুওইবা মফমশিংদা বোম্বশিং হৈথখি । পার্সী উপসাগরদগী ক্রুইজ মৈকাপ্পীশিং ১০০, কুবেট অমসুং ইরাক্কী থাও শুদোক্লবা মফমশিং মথক্তা তাদুনা থুগাইখি ।

অহানবা লাঞ্জাও হৌরকপদা ইউ: এস: গী নোংথক্কী ফাইটর প্লেন অনিখক কাইখি, বৃটিশ টোর্নাদো জেট অমা মাঙখি অমসুং ফরাসী জাগুওর মঙা অতেক অকাই য়াওখি । ইরাক্লা য়েক্লবগী প্লেন হুম্ফু - তরা কাপথখি হায়জখি ।

ইরাক্তা সাদ্দাম্না "লানফমশিংগী মমা" ওইবা হায়দুনা চুম্নগী অঙাং অমা লেমহৌবা ফাওবা লাঞ্জাও শোক্লগনি হায়খি । হান্নগী ইরাকী মন্ত্রীশিংনা অপুম্বা মরুপশিংগী নোংথক্তা পাইবা য়াদবশিং ফাবা থোক্লবদি অফং - অফংবা বিচার তৌদনা হাৎতোক্কনি হায়বনা লাঞ্জাওগী ফিবম য়াম্না অরুবা ফিবমদা য়ৌরে তাক্লমই । সাদ্দাম্না ইতিহাসদা তমথিবা কয়া আরবকী লাঞ্জাওদা উৎখিবা পুথোক্লমই । ইরাক্লা স্কুদ মৈকাপ্পীশিং ইজ্রাইল অমসুং সাউদি আরাবিয়াদা ধমকি পিবা ওইনা কাপ্লম্মী । আমেরিকাগী পেট্রিয়ট মিসাইলশিং ইজ্রাইলবু ঙাক্লমই তৌইগুম্বসুং মখোয়গী কান্নবা

কয়াদি উখিদে । আমেরিকা সেটিলাইটকী ষ্টেসন আষ্ট্রেলিয়াগী নোংচুপ থংবা মফমদা থনমই । অদুগা য়াম্না থাপ্না মহাদেশতগী মোনিটর তৌরকই । ইজ্রাইলনা উপসাগরগী লাঞ্জাও য়াওরমদে, অদুগা এরোপ্লেনশিংগী পাইলোটশিংনদি লোন্না য়াওরমই । সাদ্দাম্না ইজ্রাইলদদি লাঞ্জাও তৌবা য়াওরমই । লৈবাক অনি মরক্তদি জোর্দান্না থংলমই । আরব - ইজ্রাল্লী লাঞ্জাও খুদিংমক, ১৯৪৮ ইজ্রাইল শিংখৎপা হৌবদগী, লান্দা আরবকী লৈবাকশিং শাথিনা মায়থিবা পিবনা, ইজ্রাইলনা হন্দক থোক্লিবা লাঞ্জাওদগী, আমেরিকানা হায়বা মতুং ইন্না য়াওশিন্নদবা তাখি । অদুনদি আরব সংসারদা থোকপা থবক অসি আরব মরুভূমিদা মংবা মংনি হায়না উনৈ ।

নুমিৎ খর মনুংদা ইউ: এস: অমসুং অপুনবা মরুপশিংগী স্ট্রাইক ঘড়ী মাপ্পবা নোংথক্কী আক্রমন্না হেনমনবনা থাও শুংদোক্লবা মফম খাজজি সহর থুগাইখি । মতম অসিদা ইরাক্না নোংথক্তা আক্রমন্দা অপুনবা লাম্নীশিংগী এরোপ্লেনশিং মশীং ৫৫ কাপথে হায়না হায়জখি । অপুনবা শক্তি কমান্দর জেন: স্বাজকোপগী কাংবুনা স্কুদ মৈকাপ্পী কাপফমশিং তরুক থুগাইখি ।

নুমিৎ মঙানি চনবদা কার্বালা অমসুং নাজাফকী শেংলবা ইস্লাম ধর্ম্ম খুবমশিংদা বোম্ব থুগাইবগী বাঘদাদকী সুপ্রীম ওফ ইস্লামিক রীভোলুসনগী মকোক থোংবশিংনা নিন্দা তৌখি ।

থায়নগী লাঞ্জাওগী মওংদা চংনরকপা পাম্বৈ ওইনা অপুনবা মরুপশিংগী লাঞ্জাও বন্দি কুনবু ‘চুঙ্গোই ওইনা’ ইরাক্কী বিঞ্জানশিংগী মফমশিং অমসুং শেল - থুমগী মফমশিং নোংথক্কী আক্রমন খুরৌ চেন্নবা থমখি । অদুগী মথক্তা ইরাকী প্রজাশিংগী মরু ওইবা মফমশিংদা অপান্নবা বোম্বশিংগা ঙাক্লবা বন্দিশিং অদু ফৌদুনা থমখি ।

ইরাক্না রিয়াধ অমসুং ধাহ্রান তম্না স্কুদ মিসাইল তরাগী মনুংদা মাপল য়ৌনা কাপখি । মীশি মীনা থোকপগী পাও ফঙখিদে ।



কুয়েটকী থাও থোনীশিং মৈ চাকপা

খাকজিদা সাদ্দামগী টেঙ্কশিংনা আক্রমন তৌখিবদি অপুনবা মরুপশিংগী নোংথক্কি আক্রমন তৌবা খাঙবা ঙমদদুনা তৌখিবনি । অদুবু মহাক্না (সাদ্দাম্না) "লানফমশিংগী মমাগী" অহানবা মঙ্গল অপুনবা মরুপশিংগী মথক্তা ঙম্লে হায়না ফোংদোকখি । অপুনবা মরুপশিংগী নোংথক্কী আক্রমন ঙাকপা ঙমদদুনা কংফালগী লাঞ্জং হৌবা মতম খর হোৎনখি । অদুগা সাদ্দামগী লাম্মীনা কুরেটকী থাওগী খোনীশিং বোম্বনা পোকখাইহন্দুনা মৈ থাবা হৌখি । ইচম চম্না হায়বদা থাওগী খোনি; মৈখুগী মখাদা ইরাকী খোংমী থুপ্তুনা লৈনবা হোৎনবা ওইরমগনি । ইরাকী নোংতক্তা পায়বসু ইচঙ চঙশিনবা ঙমলমদে, অদুগা লাম্মীসু নোংথক্তা পায়বগী নোংমগী সোটীদগী লোৎপা ঙম্লমদে । অদুগা ইস্রাইলবু ঙাক্লবা পেট্রিওয়ট মিসাইলশিং আমেরিকানা থম্বিবসু ইরাকী মিসাইলশিংগী মথক্তা কান্নবা ঙমখিদে । অদুবু আমেরিকাগী ঙাক্লবা ছাতিন মখাদা লৈখি ।

**নামগী অপুনবা সভা জানুৱারী ২২ দা ফম্বা ঃ**

নন - এলাইনমেন্ট লৈবাকশিং বেলগ্রেডতা পার্সী উপসাগর লাঞ্জাও লেপ্পবা চীয়ারমেন, জুগোস্লোভিয়াগী বিদেশ মন্ত্রী বি: লোন্কারগী মখাদা ফমখি । ভারতকী বিদেশ মন্ত্রী ভি: সি: শুক্লানা ভারতনা উপসাগরদা খুৎলাই পায়বা লেপ্পবা অমসুং ইরাকী লাম্মী কুরেটতগী হন্দোক্কদবনি হায়বা ৱাফম থাংগৎখি । ভারতকী প্রধান মন্ত্রী চন্দ্র শেখরনা প্রসিডেন্ট গোর্বাচোভ অমসুং প্রসিডেন্ট বুশতা শান্তি ওইনা উপসাগর লাঞ্জাও অসি লোইশিনগদৌবনি হায়না পুখৎখি । সাদ্দাম্না কুরেটতগী হন্দোক্কদৌবনি অমসুং খুৎলাই পাইবা লেপ্পগদৌবনি হায়না প্রস্তাব পুখৎখি ।

নুমিৎ ১৩ শুবদা ইউ: এস: অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়ন সুপর পৱার অনিনা কুরেটতগী ইরাকী সিপাইশিং হন্দোক্লগা খুৎলাইশিং ইরাক্লা থাদোকপা, খুৎলাই লেপ্পবা, সিজ ফাইয়ার তৌ হায়না প্রস্তাব থাঙ্গৎনরক্লমই । সেক্রেটারী ওফ ষ্টেট জ্যামস বেকর অমসুং সোভিয়েট

বিদেশ মন্ত্রী আলেকজান্দর বেসামর্ট নীখনা অপুনবা ব্বারোলনা ইরাক্কী লাশ্মীনা কুৱেটতগী হন্দোক্লগা শান্তিগী ব্বারম পুথোকখি। অদুবু সাদ্দাম্নদি মসি ব্বাসি য়ারমদে ।

ইরাকী জেটশিংনা য়েক্লবা লম্বা পাবা ঙমদদুনা ইরান্দা চঙজখি । লাঞ্জাও লোইদ্রিবা ফাওবা ইরানগী সরকার ফাজিন্দুনা থমখি । উপসাগর লাঞ্জাও পাবা ঙমদবা মাইকৈ খুদিংদা লাকখি ।

অপুনবা ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংগী লাশ্মীশিংনা ইরাকী খোংমী, রীপ্লবিকান গ্যার্দ য়াওনা বোম্বশিংনা থাদদুনা ইতাক - তাকশিল্লকপা অমসুং নোংথক্কী পাঙ্গল ইরে - লৈশিঙ্খবা, অমসুং য়েক্লবশিংগা লাম্বা নত্রগা চেনখিবনা পাঙ্গল থোক্লমদে। কুন মরীশুবা নুমিৎ চনবদা অপুনবা লাশ্মীশিংগী এরোপ্লেনশিংগী সোর্টী ৫৩,০০০ রোম পায়খি। বস্রা সহরগী অৱাং - নোংচুপ থংবা কুৱেটতা রীপ্লবিকান গ্যার্দকী দিভিজন মঙাখক্লা কঙ্ফালগী লাঞ্জাও তৌগদৌবগী ঙাইরমই । ইউ:এস: ইয়ার ফোর্সনা ইরাক্কী লাশ্মী অহানবা হৌবদা চয়োলদা চাদা ৫০ গী হিংদা হন্থগনি পান্নরমই । টেঙ্কশিং ৪,২০০ গী মনুংদা মশীং ৩০০ - ৪০০ রোমদি লাল থেংনবা মফমশিংদা কায়খি । ইরাকী টেঙ্কশিং মপুং ফানা অপুনবা লাশ্মীশিংগী অপাইবা এরোপ্লেনশিংগী মমাংদা লেপ্পা ঙমখিদে ।

লাঞ্জাও শোক্লরিঙৈ মনুংদ ফেব্রুৱারী ৯ দা সোভিয়েট ইউনিয়ন্না সেক্যুরিটী কাওন্সিলগী য়াথংগী মতুং ইন্দুনা ইরাকপু কুৱেটতগী হন্দোক্লবা তৌবা লাঞ্জাওদা অপুনবা মরুপশিংনা নোংথক্কী আক্রেমন কা হেন্না তৌমল্লি হায়না ব্বাকৎখি । গোর্বাচোভনা অপুনবা মরুপশিংনা ইরাক্কী মথক্তা তৌবা লাল অদু য়ানিংখিদে । গোর্বাচোভনা এসিয়াগী ময়াই থংবা নোংপোক্কী অখন্নবা স্পেসিয়েল ইনভোয় য়েভগেনী এম: প্রিমাকোপবু বাঘদাদতা লাঞ্জাও মনুংদা স্পেসিয়েল প্লেনদা থারক্লুনা সাদ্দামগা লোন্না উনদুনা 'সিজ ফাইয়ার,' খুৎলাই লেপ্নবগী ব্বা তানরমই । সাদ্দাম্না সত্ব



পারসি উপসাগর




কালুট্রোন থমখ্বা য়াবা ইরাকী মফমশিং

য়াওদনা 'সিজ ফাইয়ার' দি ফিবম অদু য়ৌরবফাও মতমদা পাল্লমদে ।

মথংদা ফেব্রুবারী ২১ দা বিদেশ মন্ত্রী তারিখ আজিজনা লোন্না থুনা য়াংনা য়েক্লবা নোংথক্কি আক্রমনশিংগী মরক্তা মোস্কোদা চৎতুনা সাদ্দাম্না অয়াবা 'সিজ ফাইয়ার' গী ওইবা য়াবা ৱারমশিং তান্নখি । '(মী) খরনা মদু মং ঙাক্লবা নাটক্কী অকুপ্পা মরোলনি' হায়খি । সোভিয়েট ইউনিয়নগা ইউ:এস:মরুপ শান্নবা অদু খুদোংথিবা লৈবতা নত্তনা লাঞ্জাওগী অকিবা অমা লৈবা তাখি । সোভিয়েট ইউনিয়ন্না ইরাক্কীদমক 'সিজ ফাইয়ার' অদু ব্যবহারগা লোইননা পুরক্পা পামখি ।

অপুনবা মরুপশিংগী নোংথক্কী আক্রমন অদু ইরাকী ফিবম য়াম্না হাকচিন্না শোকহল্লবশু পাকথদুনা লাম্থোং শিনবগী থবকশিং পায়বা ঙমগনি হায়না জেন: পোয়েলনা খনখি । ফেব্রুবারী ১৮ দা বিদেশ মন্ত্রী টারিখ আজিজনা 'শান্তিগী থৌরাঙ' অমা পামখি । মদুনা সোভিয়েট ইউনিয়ন্না কুৱেটতগী ইরাক্না চয়োল অহুমগী মনুংদা হন্দোকপা, অদুগা অপুনবা মরুপশিংদা চঙজবগী ইকাইবা অদু তোকপা য়াবা পিখি । নুমিৎ য়ুংবা মতুং ফেব্রুবারী ২২ দা প্রসিদেন্ট বুশনা কুৱেটতগী হন্দোকনবা পুং

কুনমরী অরোইবা ৱা পিখি । য়াম্না থুনা ইরাক্না কুৱেটতগী হন্দোক্লবদি বাঘদাদগীদমক ইকাইবা মায়থিবা ওইবনা, অদুগী মথক্তা সাদ্দামবু প্রসিদেন্ট লৌথোকপা য়াবা অমা লৈখি । অদুগী মথক্তা পুং কুনমরী মনুংদা লান্মী দিভিজন মরী - মঙানা লেমহৌবা আর্টিল্লরীশিং, খুৎশু - খুৎলাইশিং অমসুং টেঙ্কশিং কুৱেটতগী অশুক তেল্লবা মতমসিদা হন্দোকপগী খুদোং চাবা লৈখি । থাঙ্গৈশেংনমক ওইরোইদবা ৱাফম ওইরমই । অদুনা অরোইবা ৱা অদু য়াখিদরে । ফেব্রুৱারী ২৪ অয়ুক পুং ৪:০০ দা কঙফালগী লাঞ্জাওশু ইউ: এস: অপুনবা মরুপশিং লান্মীশিং তঙাই ফদবা থোকপা ঙাইরম্বনা হৌখি । পুং চাম্মা চঙদুনা কঙফাল লাঞ্জাও অদু হাথু-হাথু তৌখি ।

থা তরেৎকী মমাংদা আমেরিকা অমসুং পৃথিবী, অদুনা পংতি অমা লৈঙোই মথক্তা চিংখি, বুশনা হায়খি । ইউ: এস: অমসুং বৃটিশ আর্মর লান্মীনা পৃথিবী লাঞ্জাও অনিশুবগী মতম রীপ্লবিকান গ্যার্দকী দিভিজনশিংনা ... লাখ মঙাগী ইরাকী লান্মীনা খুদুম চনবা লোইদুনা প্রসিদেন্টগী লাওথোকপা অদু লাকখি ।'

ইরাক্কী লান্মীনা ইউ:এস: অপুনবা মরুপশিংগী লান্মীশিংনা নুমিৎ নিফু - হুমদোই নোংথক অমসুং কঙফালগী লাঞ্জাও শুপনগী নুমিৎ খরদং পাংথোক্লগা সোভিয়েট ইউনিয়ন্না সম্ধী তৌনবা হায়রগা মতুংদা খুৎলাই লেপ্পবা পুরকখি । উপসাগর লাঞ্জাওদা সোর্টী ১,১০,০০০ পাইদুনা নোংথক্কী আক্রমন পাংথোকখি । কুনশুবা শতাব্দী লোইরমদাইগী মনুংদা খ্বাইদগী নোক্লিংঙাই ওইবা আরবকী লাঞ্জং কৌবা, অমসুং খ্বাইদগী ইরাকী মাংতাক্লিংঙাই ওইবা লাঞ্জাও অমা থোকখি । নোংথক্কী খোংজংনা মপুং ওইনা ইহান - হান্না চংবা লাঞ্জাও ওইখি । লাঞ্জাও অদুদা ইরাকী লান্মী লাখ মঙারোম, অদুগী মনুংদা রীপ্লবিকান গ্যার্দ দিভিজন মঙা, অপুনবা মরুপশিংগী লান্মীদা লাম্বা মতিক চানা পাবা ঙমখিদে । ইউ: এস: — অপুনবা মরুপশিংগী লান্মীশিংগী উপসাগর লাঞ্জাও অদুদা

সিপাই ১৪৩ তমক শিখি। অদুগা ইরাকী লাঞ্জাওদা শিখিবা সিপাইশিংগী মশীং চাকথোক্লমদে অমসুং ইরাকী লাশ্মী লিশিং হুম্ফু হুমদোই লালগী বন্দী ওইনা ফাখি। থাজবা য়াবা পাওদি ইরাকী সিপাই মশীং লাখ অমা মখাইরোম শিবগী পাওনিন খোল ফগুখি। ফেব্রুবারী ২৪ দগী অয়ুক্কী পুং ৪ঃ০০ কগুফালগী লাঞ্জাও হৌরগা ২৮ গী অয়ুক পুং ৮ঃ০০ তাবদা লোইশিনখি। ৫

উপাসাগর লাঞ্জাও, ইরাকী সিপাইশিং তুম্না হাৎপগা অমসুং কুৱেটকী থাওগী খোনী ৬৬০ মৈখুগী মরক্তা জেন: স্বাজকোপনা ইরাক অমসুং অপুনবা মরুপশিংগী মরক্তা চৎথরকপা লাঞ্জাও অদু লেপখি। "ঐখোয়না বাঘদাদতগী মাইল ১৫০ লাপ্না লৈ অমসুং কনা অমতনা ঐখোয়গী অমসুং বাঘদাদগী মরক্তা (সিপাইশিং) লৈরমদে। ঐখোয়না ইরাক লৌগে অমসুং মাংহনগে খল্লম্লবদি নিংবা অদুনা লৈবাক অদু লৌগে খল্লম্বদি ঐখোয়না মদু অথিংবা অমত্তা য়াওদনা, ময়াম্না নিংনবা অমসুং ওইহন্নিংবা মতুংইন্না, মতম অসিদা য়ারমগনি। ঐখোয়না তৌনিংবদি তশেংনা ইরাকীশিংবু কুৱেটতগী ইন্থোকপনি অমসুং মিলিটারী পাঙ্গল, মফম অসিদা লাকপনি। "মতম অসিদা ঐখোয়না দিভিজন কুনমাথোই মাংহনখি নত্তগা মপুং ফানা থবক্তা কান্নহনদে।" টেঙ্ক লিশিং অহুম্না অপুনবা মরুপশিংগী লাশ্মীশিংনা থুগাইরে নত্রগা ফাজিল্লে। "ইউনিটশিং অসিদা অশিবা মশীং য়াম্না লৈঃ য়াম্না য়াম্না অশিবগী মশীং।" চাদা কুন্থ্রাগী হিংদা লান্‌ফমদা চেনখিবা ইরাকী সিপাইশিংগী মশীং ওইখি।

প্রসিদেন্ট বুশনা, উপসাগর লাঞ্জাও, মতাং অসিদা লোইবগা হায়খি, "আমেরিকা প্রজাশিংগী লাইবক ফবা নুমিৎ অমনি অমসুং ঈশ্বরনা সাক্ষী, ঐখোয়না ভিয়েটনাম ময়ামগী উপদ্রোপ অমুক হন্না লাক্লরোই।" ৬

প্রসিদেন্ট বুশনা উপসাগর লাঞ্জাও তারবদি সাদ্দামগা লোইননা সন্ধী তৌখিদে। পৃথিবী অনিশুবা অচৌবা লাঞ্জাও লোইবদা ইউ: এস:



মিখাইল গোর্বাচোভ

এস: মিসোরি জহাজ মথক্তা ইউ: এস: জেন: ইজিনহেৱরনা জাপানগী মকোক থংবা ফম পায়বা অঙম্বগা সন্ধী তৌনবা অদু পৃথিবীগী মমাংদনি । অদুবু সাদ্দামগা তৌনবা মায়থিবগী সন্ধী অদু লৈরমদে । অদুনা নোংপোক ময়াই আরব লৈবাকশিংগী মমাংদা ঈকাইবা অদুদগী মহাকপু কনবিরমই ।

অদুবু লাঞ্জাও লোইরবা মতুংদসু ইউ: এস: সেক্যুরিটী কাওন্সিল রীজোলুসন ৬৭৮ গী মতুং ইল্লদুনা ইরাকা মীরৈবাক অতৈ লৈবাকশিংগা লল্লোনপোৎশিং তিকপা য়ারমদে । অদুগা অপুনবা মরুপশিং জহাজশিংনা সমুদ্রগী ঈরম পূম্নমক থৎতুনা থমখি ।

কুৱেটকী লাঞ্জাওদা মাংখিবা পোৎ - চৈ মাংখিবা তেকপা কাইবশিং অমসুং নাগরিক ময়াম শিখিবা অদু ক্ষেতিপূরন দোল্লার বিল্লিয়ন চাম্মা ইরাক্না পিগদৌবনি হায়না হুকুম থোকখি । অদুবু সাদ্দামগী প্রসিদেন্টগী ফম মাংগদৌবা অদুদগী উচিন - নাচিন্না কলহৌখি ।

ইউ: এস: না মমাংঙৈদা চৎনবা (নিউক্লিয়ার) লাঞ্জাও ভিয়েটনামগা শোক্লবদা মায়থিখিবা অদুগী ইজ্জৎ অমুক প্রসিদেন্ট বুশনা হঞ্জিনখরে,

অদুগা আরব লৈবাকশিংবু ইরাক মফমদা লাঞ্জাও মায়থিদুনা হঞ্জিহনখি । অদুবু ইরাক্তি মতম পুন্বা ইউ: এন: গী সেংসন নং: ৬৭৮ না পুন্দুনা লৈখি । সাদ্দামগী ৱাহৈদা লাঞ্জাওদি ইরাক্না ঙম্মি হায়না শন্দোকচরমই ।

অসিনি ইরাকী ১৯৯১ গী জানুৱারী ১৬, ফেব্রুৱারী ২৮ গী লাঞ্জাও অদু আমেরিকা - মরুপশিংগা তৌনবদা পৃথিবীগী অহানবা নোংথক্কি অপাইবশিংনা তৌখিবনি অমসুং মদু ময়ামগী চৎনবা মতকা খেন্নবা ৱাঙাং ওইরমই । লাঞ্জাওদা মায়থিরবা সাদ্দাম্না করিগুম্বা সন্ধীগী সয় তৌনবা লৈখি । অদুবু লেটিচুড ৩২° (অমসুং মতুংদা ৩৬° তা) লাঞ্জালগী এরোপ্লেনশিং পাইবদি অদুম থিংই, অদুগা ইউ: এন: সেংসন নং: ৬৭৮ থম্বনা ইরাকী থাওগী পোৎ - চৈদি থাদোকহনখিদে ।

অকোনবদা প্রসিদেন্ট সাদ্দামবু সি: আই: এ: না লোন্না মতেং পাংবা কুর্দশিং মাগী মথক্তা লানহৌবদি তৎতনা মতেং পাংলমই । ময়াই থংবা নোংপোক্কী ঈরাঙদি অদুম আমেরিকাগী মখুৎ চন্না লৈহল্লমই ।

## পন্দুপ ১৭

# অনৌবা পৃথিবী মরা তপ্পা পানবা

আমেরিকানা 'অঙাংবা লাঞ্জাওদা' মায়পাক্কুনা, অমসুং অদুগী মতুং তাবদা সোভিয়েট ইউনিয়ন্না অমতা ওইরদুনা পৃথিবীগী হীরম কয়া পাংথোকপা ঙম্লবা হৌই। অদুগী মথক্তা, ইউ: এস: অমসুং অপুনবা মরুপশিংনা পুন্না খোংজং অমতা ওইনা হোৎনমিন্নদুনা পার্সী উপসাগরদা ১৯৯১ ফেব্রুৱারী ২৪ দা লাঞ্জাও ঙস্বা অদুনা পৃথিবীদা লাকপা অরুবা হীরম আমেরিকানা লুচিংলদুনা ব্বারেপ্পবা য়াবগী ওইথোকপা অমা লাকই। সোভিয়েট ইউনিয়ন্না 'অঙাংবা লাঞ্জাওগী' উঙখৎনবা অদু চহি নিফু মঙা চুপ্পা হোৎনরবা মতুংদা চোকথরদুনা হন্দোকখি। ১৯৯০, ওক্টোবর ৩ দা নোংপোক অমসুং নোংচুপ জর্মানী লৈবাকশিং পুনশিনখি। মসিগী মমাংদা খুৎলাই লমজেল তান্নবদা সোভিয়েট ইউনিয়ন্না জি: দি: পি: গী চাদা তরা তরেৎ চংখিবা য়ৌনখি। সোভিয়েট ইউনিয়নগী খুৎলাই পাঙ্গলদি ১৯৭৫ গী হেলসিনকি ফাইনেল এক্টতা ইউরোপ্পু রাজনিতিগী খাইদোকপা অদু পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাও মতুং হন্না পুনবা য়াদবননি। অদুগী মতুং তাবদা ১৯৮১ দা ব্বিল্লি ব্রান্দটনা পোলশিংদা হায়খি, "নহাক্তি নোংপোক্তগী নোংচুপ্তা লাঞ্জাও অমা থোক্তবা য়ারোই অমসুং নহাক্কীদমক কনানশু লাঞ্জাও অমা শোক্লশি য়ারক্লোই।" অদুম ওইনমক প্রসিদেন্ট গোর্বাচোভনা, অওইবমক নুংগী ওইবা ব্বাখল ওইনা সোভিয়েটনা তৌবা ঙস্বা অদু খজিক্তা ওইরোইদবা ওইনা উখি অমসুং মদু শোইবা লাকপদগী ঙাকপা ঙমদবনি। খুৎলাই লমজেন তান্নবা অদুনা সোভিয়েটকী লনথুম, কুইথনা ঈরেং লেঙদনা লৈবা অদু ক্রেমলিন

শং অদু মপাঙ্গল চোকথহনবা ওইরমই । সোসিয়েল্লিষ্ট, সমাজবাদিগী শেল - থুমদি অহানবা শেল য়ামখৎলকপা মতমদা কান্নখি অমসুং মথং অমুক লৈবাক্কী চাওখৎনবা মতমদা ঙম্লমদে । পুক্সিগী তৌনিংবা থবক অদু মহাক্কী লৈবগী চাং অদু হেনগৎতুনা অনৌবা শীজিন্নবা য়াবা হেনগৎত্রবদি মাংই ।

পুক্সিগী হৈনিংবা পুম্বা সমাজবাদী হিংনবা পূম্নমক ওনশিনখ্রবদি ১৯২০ দগী ১৯৯০ ফাওবা চহি হুম্ফুতরা অমুক লৈরগা শেল থুমগী ফিবম ইখুই - খুইজিল্লকপা থোকপা তাবনি । সোভিয়েট ইউনিয়নগী ফিবম অদু ১৯৮০ দগী লৈবাক্কী শেল - থুমগী ফিবম অশুম - অশুম ফৎচিল্লক্তবা হেঞ্জিনখি । চুম্নগী শেল - থুমগী ফিবমদা শোকপা ওইরমদে । কম্মুনিজম হায়বা অদু সোভিয়েট ইউনিয়নগী শেল - থুম অমসুং মমল লেপ্পা পূম্নমক হোংদোক্তুনা গন তন্ত্রগী মওংদা চৎপা তাখি । অদুবু কম্মুনিজম চৎনিংবা কাংবুগা নাকপাক-নাকপাক তাখি অমসুং মখোয়না খুৎলাইগী লালহৌ অমা চৎথবা অদুদা মায়থিখি । অদুগা য়ানিংদবগী পিরকপা অদুনা ১৯৮০ দগী হৌখি । অদুবু সোভিয়েটকী খুৎলাইশিংগী পাঙ্গন্না আমেরিকা লৈবাকশিং মনুংদা মকোক ওইবা হায়বা ফিবমদু থিংখি অমসুং অহুমশুবা পৃথিবী থোক্লকপা অমসুং পৃথিবী মরা তপহনবা অদুনা গনতন্ত্র পুরক্লবা হোৎনবা ঙমখি । ৱাশিংটোন্দা ১৯৯১, ফেব্রুৱারী ৫ দা অতোপ্পা লাঞ্জাও অমা শোক্লবগী দরকার লৈতরে মরমদি অনৌবা পৃথিবীগী মরা তপ্পা লৈরকপনা ।" "মসিনা ঐখোয়গী অকোনবা লাঞ্জাওনি ।"

পার্সী উপসাগর লাঞ্জাও হৌবা মতমদা প্রসিদেন্ট বুশনা হায়খি, "অমসুং ঐখোয় (উপসাগর লাঞ্জাও ঙম্বা) পৃথিবীনা খুদোং চাবা অসি লৌদুনা অনৌবা পৃথিবী মরা তপ্পবগী মতম কুইরবা ৱাশক অদু শাগুম্না চৎপা মনা - মথুম পিদবা অমসুং লাল শোক্লববু ময়াম অপুনবনা অথিংবা ওইরক্কনি ।"

"হোই, ইউনাইটেদ ষ্টেটসনা হোৎনবা অসিদা লুচিংবগী অচৌবা শরুক অমা পুগনি । পৃথিবীগী জাতিশিংগী মরক্তা, ইউনাইটেদ ষ্টেটস ওফ আমেরিকানা অচুম - অরানগী অরেপ্পা অমসুং মসি মতেং পাংনবা পুন্না পাম্বে লৈ । ঐখোয়দি পৃথিবী অসিগী মনুংদা শান্তিগী শক্তি পুনশিনবা ঙমগনি ।" ১

মদুবু, প্রসিদেন্ট বুশনা 'অনৌবা পৃথিবী মরা তপ্পা পানবা সাসন' হায়না খঙনরমই । মদুনা ইউ: এস: অমসুং অপুনবা মরুপশিংগী লান্মীনা পার্সী উপসাগরদা লাঞ্জাও অদু জয় ওইরম্বনি । নোংচুপ লৈবাকশিং অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়নগী মরক্তা 'অঙৈংবা লাঞ্জাও' লুপখিবগা, নোংচুপ অমসুং নোংপোক জর্মানী পুনশিল্লে । সোভিয়েট ইউনিয়নগী শেল - থুমগী অবস্থা, খুৎলাই পৈখৎপা, মদুগী ফিবম অমদা থম্বগী ৱাবা, কাংলুপ অমতনা মরন্নাই ৱায়েঞ্জবা অমা পুরকপা অমসুং কম্যুনিষ্টগী শেল - থুমগী ফিবম অদু ময়ামগী ওইবা য়াদবা, মতোমতা ওইবগী ৱাখন্না শেল - থুমগী মরমদা পাম্বে ওইনা শীজিন্নবা চংই । অদুগী মথক্তা 'থৱানমিচাক্কী লাঞ্জাওনা' মমাংঙৈগী লাঞ্জাও মহুৎ শিনবা তাবা মতম য়ৌশিল্লকপা । অদুগা পৃথিবী অসিদা সুপর পাৱার অমতমক লৈশিল্লকপা মতম অদুদা আমেরিকানা অনৌবা খল অমা থম্বা তাবনি ।

আমেরিকাগী প্রশান্ত অমসুং আটলান্টিক মহাসাগরশিংনা কোইশিন্দুনা লৈবা নাইতোম ওইনা ৱাখল খল্লকপনা মহাক্কী বিদেশগী পোলিসীদশু অদুম লৈ । হান্না ওইরম্বা প্রসিদেন্ট রুদ্রো ৱিল্সন্না পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাও লোইরবা মতুংদা পৃথিবী মরা তপ্পা পুরক্লবা 'লীগ ওফ নেসন্স' শেম্বা মতমদা অনৌবা পৃথিবীগী মরা চেৎপা অমা থম্নবা ৱাখল খনখি । অনৌবা পৃথিবীগী মরা তপ্পা অমা পুথোক্লবা হোৎনবা মতমদা সোভিয়েট ইউনিয়ন্দা মার্ক্সিজম - লেন্নিনিজম হায়বা অদুনা ১৯২১ দা শক্তি পায়খি । অদুগা ১৯৩৩ দগী ১৯৪৫ দা জর্মানীগী এদোল্ফ

হিট্‌লরগী নেসনেল সোসিয়েল্লিষ্ট (নাজি) হায়না নৌনা পানবা হৌগৎলমই । ১৯২১ দগী জোসেপ ষ্টেলিন্না ১৯৫৩ দা শিবা মতম ফাওবা সোভিয়েটকী নাগরিক কোটি অনিরোম শিখি । অদুগা হিট্‌লরগী প্রলয়দা প্রজা কোটি অমা, মদুগী মনুংদা ইউরোপ্তা লৈবা য়িহুদী লাখ হুম্ফু লোম তুম্না হাৎখি । সোভিয়েট ইউনিয়নগী অশিবগী মশীংদি কম্মুনিষ্টনা জয় তৌবা লৈবাকশিং, এনগোলা, কম্বোদিয়া, ক্যুবা, নোংপোক ইউরোপ, ইথিওপিয়া, লাওজ, মোঙ্গোলিয়া, অৱাং কোরিয়া অমসুং ভিয়েটনামদা কোঙ্গাইনি । অদুগী মথক্তা চিনাদা ১৯৪৯ দা মাওজেদুংনা লুচিংবা ওইনা সাসন পুবা মতুংদা প্রজা লাখ তরাদগী হেন্না শিখি । অদুগী তুংদা লি পেংগী মতমদা বৈজিংগী টিয়নানমেল স্কুয়ারদা ১৯৮৯ জুন্দা গন তন্ত্র পাম্বা ছাত্রশিংনা প্রতিবাদ তৌবদা ছাত্রশিং অমসুং প্রজা লিশিং মঙা হাৎখি অমসুং অশোকপা মশীংনা ১০,০০০ ওইখি ।

"তৌইগুম্বসুং এসিয়াগী মীওৎপা সাসন হৌজিক্তি নিয়ম কাইবা ওইরে । অতোপ্পা লমদদি চহি হুম্ফুতরা শুরবা পৃথিবী লাঞ্জাও অহানবগী তুংদা ঙমখৈ নাইদবা যুগ লোইরবনি । মাক্সিজম-লেনিন্নিজম শিরবনি । ঐখোয়না মসি করি মিং কৌগদগে খনবগী কান্নবা লৈতে, অনৌবা পৃথিবী মরা তপ্পা অমা লৈরবনি । তৌইগুম্বশুং কান্নহন্নিংবা নত্রগা ফত্তনবা শিনবা পৃথিবীরা হায়বা অদু য়েঙবা তারে । ৱুদ্রো ৱিলসনগী মতমদগী হেনবা, আমেরিকানা মসিগী শক্তিনা মতুংদগী শেম্নবা লৈরে ।" ২ আমেরিকানা তৌবা থবক খুদিংবু অনৌবা পৃথিবী মরা তপ্পা পুরক্লবা ওইনা খল্লি । সোভিয়েটকী খুৎলাইশিংগী শক্তিনা লৈবাকশিংগী মনুংদা মকোক থোংবা থিংননবা ওইখি মদুনা অহুমশুবা পৃথিবী থোক্লক্তুনা পৃথিবী মরা তপ্পা অমা পুরকপা অমসুং গন তন্ত্র চৎহন্নবগী মতেং পাংনবা থোকপগী থবকশিং তৌনবগী খুদোং চাবা ফঙই । আমেরিকানা পামজদবা অমনা ভারতনা নোংপোক পাকিষ্টান্দগী বাঙ্গলাদেশ ওইনা লৈবাক মনিং

তমহনবা ঙল্লমই । আরব জাতিশিংগী খ্বাইদগী হেন্না নুংশিবা অদুদি সুয়েজ ৱাথোক ওইরমই । মতম অদুদা মোস্কোনা কন্না ইজিপ্তু মতেং পাংখি অমসুং এঙলো - ফরাসী - ইজ্রাইলী লান্দাবা অদু মায়থিবা পিখিবনি । ইউ: এস: গী অথিংবা লাঞ্জাও য়াওনা ভিয়েটনাম্না মনিং - মখা তমজহৌবা ঙমজে । মীচং চুঙশিন্নবা (নন-এলাইন মুভমেন্ট) ঈহৌনা চাওথোক্লা থবক তৌরক্নুনা অমসুং কান্নবা মচল পৃথিবীগী থবক ইনখাংদা তৌবা ঙমই । মদু অহানবা ওইনা মীচং - চুঙশিন্নবা ইহৌগী ইথিন্না নামিবিয়া মনিং তমজহৌবা ঙমখি অমসুং নেলসন মন্দেলানা হৌজিক্তি মখা থংবা আফ্রিকাদা জাতি তংখাই খাইদোকপা মায়য়োক্লবা ঙল্লমই । ইউ: এস: না খ্বাইদগী তৌনিংদবা ওইনা চৎলি । অদুম ওইনমক পৃথিবী শক্তি অমুক খংহৌদনা হোংখি মদুদি অয়েংবা কোঙ্গাইনা খঙহল্লিবা অদু কোনশিনবা ঙমদে ।” ৩ মীচং - চুঙশিন্নবা জাতিশিংনা পৃথিবীদা থোক্লকপা ঈহৌশিং শেমদুনা আমেরিকা, বৃটিশ অমসুং ফরাসী য়েৎতরবদি শেমদোক্লবা অমসুং চুমথোক্লিংঙাই ওইবা সমস্যা কয়া লৈ । অহুম শুবা পৃথিবীনা ইউ: এস: না অনৌবা পৃথিবী মরা তপ্পা পুরক্লবা হোৎনবদা তৌনিংঙাই মথৌ লৈ অমসুং উপসাগর লাঞ্জাও থোক্তনবা মীচং-চুঙশিন্নবশিংগী সভা পাংথোক্তুনা থবক্কী ওইনা পাংথোক্কদবনি । মরমদি করিগুম্বা মথোং হুক্তবা অহুম শুবা লৈবাক অমদা আমেরিকাগী মখুৎতা তারবদি য়াম্না লুবা ৱাফম্নি । কোরিয়া লাঞ্জাওদা ঙম্নখিদবগা অমসুং ভিয়েটনাম লাঞ্জাওদা ইউ: এস: না মায়থিবা ফঙখিবা অদুনা মরম ওইরদুনা উপসাগর লাঞ্জাও লাকপদা ওইনি - য়েৎনি হায়বা খঙখিদরে । লাঞ্জাও অদুদা ইরাক্লা চাওখৎলবা লৈবাকশিংগী লাম্মীশিংগা মায়য়োক্লরুবদা চাওরাক্লা লাখ অমা মখাই তুম্না শিখি হায়নৈ । লাঞ্জাও অদু লোইরবা মতুংদা ইউ: এস: গা সোভিয়েট ইউনিয়ন্না শিংনবা লাঞ্জাওদগী খর খর লাপথোক্লখি । অদুগী মতুংদা সোভিয়েট ইউনিয়ন মচেৎ মচেৎ তানা লৈবাক কয়া মরুম থোকখি । সোভিয়েট ইউনিয়ন

কাইখিবগা মার্ক্সিজম - লেনিননিজম লৈবাক্কী পোলিসী ওইনা চৎনবা লেপখি। সোভিয়েট ইউনিয়ন্দগী খাইদোকখিবা নিংথৌ পান্দবা ইউক্রাইন লৈবাক্না আমেরিকাদা নিউক্লিয়ার খুৎলাই মশীং ১,৬০০ নভেম্বর ১৯৯৪দা লৌথোক্নুনা নন-প্রোলিফিকেসন ট্রিটী সহি তৌনবা য়াম্নখি। অদুগা দোল্লার বিলিয়ন অহুম পিবা য়ানদুনা সহি তৌনখি। মথংদা কাজাখষ্টানসু মাইকৈ অশোমদা চংশিল্লক্কমই।

বৃটিশ সম্রাজ্যনা কুনশুবা সতাব্দী ময়াই লোইশ্রবা মতুংদা আমেরিকা অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়ন্না সুপর পাৱার ওইদুনা ১৯৯০ ফাওবা লৈরম্লগা আমেরিকা মতোমতা সুপর পাৱার ওইদুনা থনমই। আন্টরজাতিগী লৈবাক মরা তপ্পা হায়দুনা ইউ: এস: না আমেরিকা সমাজগী মহুৎতা শীজিন্নখি। অদুবু পৃথিবীগী লল্লোনবগী শীনবা - লাংবা লাকপদগী অনৌবা পৃথিবীগী মরা তপ্পা থিবগী ৱাহং অদু থাদোক্লুরক্লে। ৱাহৈ ফজবনা মহুৎ শীন্দুনা আমেরিকাগী সুপর পাৱার অদু মতম অপুম্বগী ওইনা উদুনা প্রসিদেন্ট জিওর্জ বুশনা পার্সী উপসাগর লাঞ্জাও হৌবদা হায়খি।

চহি খর অদুগী মনুংদা শাথিনা পৃথিবী মওং অমদা হোংখি। সমাজবাদীগী পৃথিবী মাংখিবগা লোইননা সোভিয়েট ইউনিয়ন কায়খরে। হান্নগী প্রসিদেন্ট মিখাইয়ল গোর্বাচোভকী থৌনা ফবা 'পেরেষ্টোইকা' অমসুং 'গ্লাস্নোষ্ট' ৱাঙাং গ্রোজনীদা নাগরিকশিংগী মথক্তা তাবা তোপশিংগী মখোলনা হোংখরে। অঙৈংবা লাঞ্জাও লোইখিবগা, মীচং - চুংশিন্নদবা কাংবুগী ঈহৌ লৈবগী কান্নবা লৈরম্বা হংনরকই। পৃথিবীগী লল্লোন-ইতিক্কী শীনবা-লাংবা, ৱার্লদ ট্রেদিং ওর্গানিজেসন্দা ১৯৯৪ দা হান্নগী আয় মান্নদবগী চাওনা উবা লৈরকপনা অনৌবা আন্টর্জাতি শেল থুমগী মরা তপ্পগী থিবা অদু লোইখিরমই। অনৌবা পুকচেল চাওথোক্লরকপা ভাব-বিঞ্জান্না ভাবনদা শাবা তুংহন্নবদা চংশিনমরই য়াম্না কুপ্না য়েৎনরবা মতুংদা শেল-থুমগী

চাওখোকপা হায়বা অদু ময়ামদা য়েনথোকপনা পম্ভুংফম্মি । শেল-থুম চাওখৎপা হায়বা অদুনা ইনাকখুনবা কাংবু লন চাওখৎনবা তৌবরা নত্রগা লাইরবা কাংবু মায়য়োক্তরা য়েংগদৌবনি অমতনা শীনবা পৃথিবী হায়বদি ইউনাইটেদ ষ্টেটসনা অনৌবা পৃথিবীগী মরা তপ্পা খুদুম চনবনি । ১৯৯১ দা চারলস ক্রাউথাম্মরনা হায়খি, অঙ্গংবা লাঞ্জাল মতুংদদি পৃথিবী অদু মেরু অমতগী ইউ: এস: না পৃথিবী পাঙ্গলগী ময়াইদা লৈবনি । ৱিল্লিয়ম পফাফনা পৃথিবীদা সুপর পাৱার হায়বা লৈতে হায়দুনা তর্ক তৌখি । জবিগানিইৱ প্রাজজিনস্কি হান্না ওইরম্বা ইউ: এস: জাতিগী সেক্যুরিটী এদ্ভাইজরনা হায়খি, “ৱাঙাং (অনৌবা পৃথিবী মরা চেৎপা) অদু লন্নাই ওইবা খোল্লাও লন্নাই লেপচবা অর্থ তাকপা তাবনি ।” আমেরিকানা পৃথিবী অদুদা অনৌবা মরা চেৎপা অমা পুরক্কনি হায়বা অদু নোক্করমই । হ্বাইট হাওসগী মপান্দা লৈবশিং অনৌবা পৃথিবী মরা চেৎপা হায়বা ৱা অমা ফাওবা ঙাংনবা তোকখিরমই; ফাগী ওইনা ফাওবা । ৪ মাগী সড়কশিংদা নত্রগা মাগী রাজধানিদা ফাওবা, পৃথিবীগী অতৈ মফমদা খরতা ওইবা য়াই, ইউনাইটেদ ষ্টেটসনা মরা তপ্পা অদু ফংবা ঙম্লোই । জাতি পুম্বা ভোট থাদদুনা ইউ: এস: গী শেল থুমগী ফিবম্না ১৯৮৭ তা খ্বাইদগী কনবা ওইনা খনখি, ১৯৯১ মখোয়না জাপানগী শেল - থুম খল্লমই । অদুগা জি: কে: গোলব্রাইথনা ১৯৯১ ময়াইদা তর্ক তৌবগুম্না অনৌবা পৃথিবী মরা তপ্পা পুরক্লবদি লাইরবা লৌথোক্লবা অহানবা পাম্বৈদি অশুম লেঙদনা, অমসুং য়াম্না চাওবা শেল - থুম্না ইনাক খুনবা লৈবাকশিংদগী লাইরবদা লাকপনি ।

পৃথিবী অসিদা আমেরিকানা অমতা ঙাইবা সুপর পাৱার ওইরে অমসুং বৃটিশ সত্রাজ্যগুম্না মসিনা কুনশুবা সতাব্দীগী লোইরমদাইদা পৃথিবীদা লৈবাক মরা চেৎপা পুরক্লবগী লম্বীদা মাং থারি হায়বনা বৃটিশ সম্রাজ্যদা নুমিৎ তাবা লৈতে হায়বগী ওইনা শিজিন্নখি । কৈদৌঙৈদশু ইংলেন্দনা মশাগী কান্নবা য়েংদুনা লৈবাক খুদম চনখিদে, মখোয়না

হায়জে । সাসনশিং কাহেন্বা ফৎচিল্লক্তবনা অফবা মওংদা পুরক্লবা বৃটিশ সম্রাজ্যগী মনুংদা চনবনি ।

অনৌবা পৃথিবী মরা চেৎপা হায়বা অসিনা মরুওইবা রাজনিতিগী কান্নবা মরম খর পুরক্লমই । ইউ: এস: অমসুং মসিগী মরুপশিংবু খুদুম চনবা ওইনা লৌই অমসুং মসিনা শীনবা - লাংববু লৌনৈ । অৱাংথংবা পৃথিবীদা লৈবা মী মচং ওইবা কাংবুনা খা থংবা মাইকৈদা লৈবা কাংবুগা ভাব- বিঞ্জান অমবু লৌই অমসুং মদুনা ই: এম: এফ: - ৱার্লদ বেঙ্কনা হায়বা ৱারম ময়ামদু য়াই । মখা থংবা মেরুদা লৈবা কাংবুনা ইউ: এস: অমসুং অৱাংথংবা মাইকৈদা লৈবা সমাজ শেমদোকপা কাংবুনা লৌই ।

ইউ: এস: অমসুং নোংচুপ ইউরোপকী শেল-থুমগী ফিবমশিংনা হৌখিবা চহি কুনগী মনুংদা খ্বাইদগী শাথিবা লল্লোনপোৎ লৌবদগী হন্দোকপা ঙল্লমদে । মসিনা তাকপদি ফিবম অসি যুগকী ওইবা পোৎ-চৈ লল্লোনপোৎকী চাং তাবনি । নোংচুপকী শেল-থুম তান্নবশিংনা চাওখৎপা লৈবাকশিংদা পোৎথোক লৈবদি হৌখিবা চহি কুনগী মনুংদা চহিদা চাদা ২°৬ চহিগী গড়দগী হেনবা তাবনি । মরমদি থবক তৌবা মীশিংগী চাং য়াম্না হন্থবা তাবনি । তৌইগুম্বশুং দরকার ওইবা চাওখৎপগী চাং অদুনা শেল - থুমগী ফিবম অদু পুবা লুনা থোকই ।

অদুগা, অথুবা অমসুং হম-হম হেনগৎলিবা নোংপোক এসিয়াগী শেল-থুমগী পোৎথোক হেনবনা পৃথিবী শেল-থুম ফিবম হোংলক্লে । ১৯৬০ দা নোংপোক এসিয়ানা পৃথিবীগী পোৎথোক্কী চাদা ৪ তমক থোক্লমই । হৌজিক্তি মসিগী শরুক্লা চাদা ২৫ নি । ১৯৯২ অমসুং ২০০০ মফম অসিদা অনৌবা পোৎ লৈবা ঙম্বগী পাঙ্গলনা চাদা ৪০ নি । নোংপোক এসিয়া সেন্ট্রেল বেঙ্কশিং ফোরেন এক্সচেঞ্জগী রিজর্ব চাদা ৪০ পায়রি অদুগা ইউ: এস: অমসুং নোংচুপ ইউরোপ লৈবাকশিংনা

বিদেশী শেল পুবা পৈখৎলি । অদুগা জাপান, হোং কোং, টাইৱান অমসুং শিঙ্গাপুরদি শিংথাননবা করিশু লৈরমদে ।

পৃথিবী অসি শেল - থুমগী ফিবমদা হায়রবদি নোংচুপ ইউরোপ, অৱাং আমেরিকা অমসুং নোংপোক এসিয়া থোক্লা খাই । হৌজিক্কী ফিবম অসি অসুম চৎনরম্লবদি নোংপোক এসিয়া শেল-থুম্না শতাব্দী অসি লাম্দ্রিঙৈদা মরু ওইগনি । খংহেন-হেনগৎপা চিনাগী শেল-থুম ফিবম য়াওরবদি ফিবম অসি লুনা থোকই । মরুওইবা পাঙ্গলশিং রুশিয়া, ভারত, ব্রাজিল, ইজিপ অমসুং নাইজরিয়া য়াওবা তারবদি পাঙ্গল খল, শেল - থুম অমসুং রাজনিদিগী ফিবমদা য়েংলুরদি কয়া থোকপা মেরুশিংনি । অদুনা ইউ: এস: না খুদুম চনবা পৃথিবীগী মরা তপ্পাগী থবকশিংনা ইউ: এস: না পানবা মনুং অমসুং মখোয়গী মরুপশিংবু কনখৎহনগনি । মসি জি: এ: ট: ট: কী উরুগাইদা ফমখিবা সভাশিংনা তাক্লি । অদুনা ৱর্লদ ট্রেদ ওর্গানাইজেসন, ১৯৯৪ দা ফমখিবগা লোইননা অৱাং থংবা পৃথিবীগী শরুক্লা মখা থংবা শেল-থুম ফিবমশিং অমসুং খুৎশু-খুৎলাইশিং পায়রে । হৌজিক্তি মখা থংবা সাসনশিংনা মিসাইল টেকনোলোজি কন্ট্রোল রেজিম অমসুং অতৈ আন্টরজাতিগী করারশিং সহী তৌনবা লাকই । মখোয়না ইউ: এস: গী তকশিল্লকপা অসি ঙাকপা ঙম্লমদে । অদুনা মখোয়না ইউ: এস: বু কিবা তাবনি । ৫

অনৌবা শক্তিগী খল ঃ

ইউ: এস: অমসুং সোভিয়েট ইউনিয়নগী মরক্তা লৈরম্বা 'অঙৗংবগী লাঞ্জাও' লোইবগা পৃথিবী রাজনিতিগী ফিবম হোংলকখি । উপসাগরগী লাঞ্জাওনা মদু থোক্লিবা মরীক চুম্না উৎপা ঙম্লমই । সোভিয়েট ইউনিয়ন্না মনুংদা মার্ক্সিজম-লেনিননিজমগী অপুনবা মতোমতা ৱায়েঞ্জবা লোইদুনা গন তন্ত্রগী সাসন চঙলকপা অমসুং রাজ্যগী শিন্ফমশিং পুম্নমক লন্নাইশিংগী মখুৎতা শিন্নবা লাকপা হৌখি । অদুগা ইউনিয়ন অঁদুদগী ইউক্রাইন,

কাজাকষ্টান, উজবেকিষ্টান, টাজিক অমসুং চেচেনা হায়না রুসিয়াদগী মচেৎ তাখিদুনা পৃথিবীদা শক্তি মুন্নবা মতম খর চমম্লবা থোক্লম্বদগী ইউ: এস: না সুপর পাৱার মতোমতনা ওইহৌখি । অরুবা অমনা লৈবাকশিং অদুগী অনৌবা শেল-থুম খোংচৎ লোইনা হৌবা তাবনি । পার্সী উপসাগর লাঞ্জাও থোক্লমদাইদা সোভিয়েট ইউনিয়ন্না কাঙ্গৈরক্তুনা ইউ: এস: না অমুক হন্না মিলিটারীগী মায়য়োক্তা নুংঙাইথোকপা অমসুং ১৯২০ অমসুং ১৯৩০ গী নাইতোম তানা লৈবা অদুনা ইউ: এস: না হান্না লৈরম্বা 'অনৌবা পৃথিবী মরা তল্লা' গী থাজবা মাংদুনা চঙগদ্রা খনখি ।

ইউ: এস: গী ঙাকপা শেনবগী, দিফেন্স বজদ চাদা হিং ৩°৬ দা হন্থবা অমসুং খুৎলাই পায়বা লাম্মী মশীং শরুক মরীগী অমদা হন্থনবা পেন্টাগোন অমসুং কঙ্গ্রেশনা খন্নখি । ১৯৯৫ গী দিফেন্স বজদতি ১৯৩১ দগী খ্বাইদগী নেম্লবনি । উপসাগর লাঞ্জাও থোক্লকপনা ময়াম্না খন্নরক্লে । উপসাগর লাঞ্জাও লোইবা অমসুং কম্যুনিজম শিরবা মতুংদা খুদোংথিবা অদু পৃথিবী অদুদা অশুম লৈখি । মিলিটারী হায়বা অদুনা ইউ: এস: গী জাতিগী অশোই - অঙাম য়াওদবগীদমক্তা য়াম্না লুনা পিখি, মদুদা নত্তুনা অতৈ পৃথিবী লৈবাকশিংদা শান্তি অমসুং অশোই-অঙাম য়াওদবা পিবা ঙমখি । সোভিয়েট ইউনিয়ন্না নিংখাইবগা লৈবাক মহুৎ শীনবিনবা লৈরক্তবনা ইউ: এস: না নাইতোম, তাবা পৃথিবীগী নাইতোম তাবা সুপর পাৱার ওইরে । চিনা অমসুং ভারতনা সোভিয়েট ইউনিয়নগী মহুৎ শিনবা হায়ববু পৃথিবীগী মীশিং হেল্লকপগী পোকখাইনিংঙাই ওইবা মফমশিং ওইরি । রুসিয়ানা অমুক হান্নগী ফিবম অদু লাকপা মতম কুইনা চঙবা হায়না অঙ্ক খোৎনরি । চিনা অমসুং ভারততি চরাহেনবা অমসুং লাঙ্গৈরবগী ফিবমশিংনা অমসুং নাগরিক্কী লাঞ্জাওশিং অমসুং ধর্ম্ম খেন্নবা হেনগৎলকপনা ৱাবা অমসুং মীশিং পোকখাইগদৌবনা ৱানা থোক্কনি । মশা মতোমতা হিংনবা হোৎনবদা

মওং তাগনি । ভারতগী চহিদা চাদা আয় মীকোক্তা ১৯৯২-৯৩ দা লুপা ৬,২৪৯ মফংলবশু শীংথানবা য়াবা এসিয়াগী লৈবাক অমনি । ভারতনা পৃথিবীগী লৈবাকশিং মনুংদা তরুকশুবা, ফরাসীগী মথংদা লৈবা লৈবাক্কি লাইরবা অমসুং ময়ুমশিং লৈজদবা য়ুমশিং থন্না লৈজরবশু ।

ইং শোক ১৯৯৩ দগী ২০০৩ ফাওবগী মনুংদা পেন্টাগোন্না চহি তরাগী মনুংদা ভারতকী মৈকাপ্লীশিংনা ইউ: এস: দা থাবা ঙমগনি হায় । ভারত, ব্রাজিল, ইটালী, ইজ্রাইল, জর্মানী, জাপান অমসুং স্বুইদেন্না য়াম্না অথাপ্পা লমদমশিংদা চৎপা ঙম্বা মৈকাপ্লীশিং শাদুনা ইউ: এস: গী লৈমায়দা তাবা ঙমগনি হায়না 'থৱানমিচাক লাঞ্জাও শীনবা - লাংবা' অমনা হায় । অদুবু চিনা নত্রগা মতম খরগী মমাংদা লৈরম্বা সোভিয়েট ইউনিয়ন্না মৈকাপ্লী শাবগী টেক্নোলোজী মতুং ইন্না লৈরে । ইউ: এস: দি হান্নবা অদুম ক্রাইওজিনিক রুসিয়াদগী ভারত লৌবা থিংনিংঙি । অহুমশুবা পৃথিবীনা মৈকাপ্লীশিং কাপ্লকপদগী চুঙ্গোই অমা শেমখ্রবনি । হৌজিক্কি চিনা, রুসিয়া, বৃটিন অমসুং ফরাসীনা ইউ: এস: দা থাপ্পা চৎপা কাপ্লবা মৈকাপ্লীশিংনা য়ৌরকপা ঙমই অদুগা বেলারুস, কাজাখষ্টান অমসুং ইউক্রাইন্না কাপ্লকপা ঙম্বা য়াই । ৬ অদুনদি আমেরিকানা রুসিয়া অমসুং ভারতকী লল্লোনবগী য়ান্নদুনা মৈকাপ্লী শান্নবা ক্রাইওজেনিক ১৯৯৪ দা থিংখিবা অশুম্না শক্তিগী খল অদু মতম মতমগী হোংলকপা য়াই । ইউ: এস: না চহি খরগীদমক্তা খ্বাইদগী কনবা, লাম্বা য়াওদনা সুপর পাৱার মতোমতা পায়রম্বা য়াই অদুবু অতৈ লৈবাকশিং অচৌবা অমদি ময়াই ওইনা চাওবা লৈবাকশিং পুনশিন্দুনা ওইবা য়াই, মাগী থেংনবা পাঙ্গল লৈরক্কনি । ব্রাজিল, ভারত, চিনা অমসুং অহুমশুবা লৈবাকশিং পুন্দুনা অকনবা শক্তি ওইবা য়াই । অদুগী মথক্তা রুসিয়া, জর্মানী, জাপান, কোরিয়া, টাইৱানশু শক্তিগী লেঙদা লৈরি । শক্তি শীন্দোকপা, খল শেম্বা লেপ্পা লৈতে । ৭

আমেরিকানা আশা তৌজরিবা পৃথিবী মরা তপ্পা লৈবা হৌরনি হায়বা অদু আশা তৌমল্লি । পৃথিবীগী খুৎলাইশিং পায়বা শক্তিশিংগী মনুংদা ১৯৩৯ দা পৃথিবী অনিশুবা লাঞ্জাও থোক্লবা মতমদা তরাতরেৎশুবা লেঙদা লৈরম্বদগী ইউনাইটেদ ষ্টেটসনা লাঞ্জাও মনুংদা মহৌশাগী নাইতোম তোক্কুনা পৃথিবী শক্তি পায়বা অমনি হায়না শীংথানখি । অদুবু শক্তিগী খলদা ইউ: এস: গা সোভিয়েট ইউনিয়নগা শতাব্দী অমগী শরুক মরী থোকপগী অমা অনিথোক্লা লম্বা ওইখি । অদুদগী ইউ: এস:-সোভিয়েট ইউনিয়নগী অনি থোকপা মেরুগী পৃথিবীনা মতৌ মান্না অৱাং মেরুগী পৃথিবীদা চিনা, জপান অমসুং নোংচুপ ইউরোপনা য়াম্না কনবা ইথিন পিহনখি ।

চহি তরেৎকী মনুংদা ১৯৯৮ মেদা ভারত অমসুং পাকিষ্টান্না নিউক্লিয়ার পোকহন্দুনা অনৌবা শক্তিগী অমা পুরক্লবা তৌখি, মদুনা শক্তিগী খলদা মতুং ৱাদা ওইরকপা য়ানা লৈ । অদুবু ঘোরী অমসুং অগ্নি মিসাইলশিংদি কিলোমিটর ১,৫০০ হেন্না চৎপা ঙমদুনা, মদুসু চাংয়েঙ ওইনা তৌই । মদুনা তাকপদি পেন্টাগোন্না ভারতপু হিসাব তৌদুনা হায়বা শোক ২০০৩ দা ইউ: এস: য়ৌজবা ঙম্বা য়াই । অদুসু চাংয়েং ওইনা তৌই, রুসিয়াবু অশিবা খোঙ্গাওনরবা ওইনা লৌরবদা । মরমদি মাগী (রুসিয়াগী) শেল-থুমগী ফিবম, কম্মুনিজমদগী 'ফ্রী-এনটপ্রাইজদা' হোংবনা, গনতন্ত্রদা লাকপনা, খুৎলাই থাদুনা লৈই । ইউ: এস: গা অহুমশুবা শক্তিশিংগা 'অঙৗংবা লাঞ্জাও' হৌবা তাবনি । আমেরিকাগী অনৌবা পৃথিবী মরা তপ্পা সাসন মখোয়না পুগনি হায়বা অদু খর নোক্লিংই । ভারত অমসুং পাকিষ্টান্না চাংয়েঙ ওইনা নিউক্লিয়ার অমসুং মিসাইলশিং কিলোমিটর ১,৫০০ চৎপনা চাংয়েঙ ওইনা তৌদুনা চহি ১০ অমদি ২০ রোম লৈগনি । শক্তিগী খলদা লৈজবতনি ।

পন্দুপ ১৮

## সান্দাম্মা পায়রম্নবা নিউক্লিয়ার বোম্বশিং

পৃথিবীগী দেশশিংদা পুক্লিং য়াম্না চিংনবা অমা লৈ, উপসাগর লাঞ্জাওগী মতুংদা ইরাক্লা নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিং শারবরা হায়বা ? করিগী ইরাক্ লৈবাক মথন্তগা পৃথিবী শোক্লনবা আশা করিগী হাপ্লিবনো ? বেবিলোন সহরদা নত্রগা নেবুজচেদনেজরগী মওংদা মহাক্কী তশবীর ইরাক্কী নুমিদাং অতিয়া য়ানখৎতুনা থম্বা নত্রগা ফরাসী পাঞ্জি নোষ্ট্রাদামসনা পৃথিবীগী লাঞ্জাও খৃষ্টাব্দ ১৯৯৯ গী থা ৯ নমিৎ ৯ দা থোক্কনি হায়বা অদু কন্না থাজবা সান্দাম্নি !

অদুবু হন্দক্কী উপসাগর লাঞ্জাও লোইরবা ১৯৯১ ফেব্রুৱারী ২৮ গী মতুংদা করিগী লাঞ্জাওগী মমি করিগী কিহনবগে ? ইউ: এস: গী লন্নাই য়ুম অমদা চৎতুনা হঙয়ু — ওর্সন ৱেলসগী নোষ্টাদামসগী পৃথিবীগী অহুমশুবা লাঞ্জাওগী মরমদনা উপসাগর লাঞ্জাও, ১৯৯১ দগী কিবা হেল্লি । এডোল্ফ হিট্লার নত্রগা প্রসিদেন্ট হান্না ওইরম্বা জিওর্জ বুশ নত্রগা বিল ক্লিটন অসি প্রজাশিংবু কিবনা পাঞ্জিকা থাজবা ওইনা চৎথরিবতা ? পৃথিবীগী থৌৱানমিচাক্কী লাঞ্জাওদা লাকদ্রা পাঞ্জিকাদা হঙদুনা কান্নবা ফঙলিবা !

পৃথিবীগী লাঞ্জাও অমা নোষ্ট্রাদামসগী লাঞ্জাও অসি থোকদ্রা ? সান্দাম্মা অশুক থাজবগা ইউ: এস: অদুমক্ কিরি ।

অদুবু ইউনাইটেদ নেসনশিংগী নিউক্লিয়ার ইন্সপেক্টর তরানা ইরাক্তা থিবা - হম্বা ওইনা উপসাগর লাঞ্জাও লৌরবগী তুংদা চৎথরক্লি ।

থাইনগী বেবিলোন সহবগী মন্থরবা, অতেক্ - অকাই মাল্লবা বিল্দীংশিংদগী মরুভূমীগী মরক্তা ইয়ার কন্দিসন হবাগাড়ীশিংদা ছুটি থারকপা মতম্দা তোংখৎনৈ । মী কনা অমুতা লৈতবোই নিংনরুরে । অদুবু অঈংবা, অমম্বা মনুং কাদা, তোর্চ - লাইতশিংনা কাপদা অঙকপা কয়া উরমই । হায়রিবা মফমশিং অসিদা নিউক্লিয়ার সেন্টিফুজ, ময়াক থাংলবা নিউক্লিয়ার বোম্বশিংগী ইউরানিয়ম শানবা লৈরমই ।

ইউ: এন: ইন্সপেক্টর টীম লুচিংবা (ইন্টরনেসনেল এতোমিক ইনরজী এজেন্সী (আই: এ: ই: এ:), আন্ডি কে না হায়খি, "অমসুং কয়া অমতা খণ্ডদনা লৈবমই ।" সাদ্দাম হুসেসইন্না অকিবগী মশক ওইরবা এতোম্ব বোম্বশিং পায়গদবা মতম খক্তিক্তুং ঙাইরমই ।

উপসাগব লাঞ্জাও হেক লোইবগা ইউ: এন: ইন্সপেক্টর ডেভিদ কে না কুন্না, থবাই য়াওনা থিজবতা নত্তে, টর্কীগী সিমানা মথম ইফা - ফাবা ১৯৯১ ফেব্রুবাবী অহিং অমদা হুসেইন শাহ্রিষ্টানিনা রাষদ্দাদকী কৈশুম শঙদগী উপসাগর লাঞ্জাও মনুংদা নাম্থোক্লদুনা ইউ: এস: গী সিপাইশিং কেম্পতা চঙজরক্লমই । হায়বা য়াই, পৃথিবী অসি নিউক্লিয়ার লাঞ্জাওদগী নাম্থোক্তুনা মরাইবক ফনা হিংহৌরে হায়বা য়াই । সাদ্দাম্না ১৯৯১ জানুবাবীদা ইকোন - কোনবদা নিউক্লিযাব বোম্বশিং শাবে হায়না লাওথোকখি । মেছিনশিং শাবে লাঞ্জাও থোক্লমদ্রবদি চহি অমগী অহুম নত্রগা মবী শাবা ঙমগনি ।

সাদ্দামগী লন্নাই নিউক্লিয়ারগী মরমদা পাওতাক পিবা, বিঞ্জানিক হুসেইন শাত্রিষ্টানি অসি নোংচুপ লৈবাক্তা লাইরিক তম্বা নুপানি । ১৯৭০ দা ইটালী লৈবাক্তগী সাদ্দাম্না প্লুটোনিয়ম শুংননবা খুৎলাইশিং লোন্না লৈবা মতমদা শান্তিগী নিউক্লিয়ার প্রোগ্রামগী মতাংদদি করিশু কান্নবা ফঙলোই হায়না মঙোন্দা তাক্লমই । সাদ্দাম্না মহাক্না হায়বা তারমদে । অদুবু আই: এ: ই: এ: ইন্সপেক্সন অসি উপসাগর লাঞ্জাও

পায়খৎপা পোৎশিং শাবা কারখানাশিং ওহ্লক্লে । শাত্রিষ্টানিনা মতুংদা অসুম্না হায়খি, "প্রোজেক্ট অসি মহাক্কী শাম্নপোৎনি ।"

মতুংদা শাত্রিষ্টানি, ১৯৭৯ দিসেম্বরদা প্লুটোনিয়ম বোম্বশিং শাবগী মায়য়োক্তা থবকশিং পায়খৎলকপা উবদা মহাকপু খুদক্তা মাপী ওফিসতগী ফাদুনা থমখি । অদুগা মহাক্কা বিজ্ঞানিকশিংগা কনা কনা অন্নবগে হায়না হঙবা মতমদা তাকখিদে । তাকথোকউ হায়বা য়াম্রবা মতমদা শাত্রিষ্টানিগী নুপী মহাক্কী মমাংদা নুপা অমগা পাদোংনগনি অদুগা অঙাংশিংগী মথোং - মথুংশিং কক্থৎকনি তাকপিখি ।

১৯৮১ জুন্দা ওসিরাক থুগাইরবা মতুংদা কৈগুমশঙদা সাদ্দামগী মনাও নুপা বার্জান তাক্রিটিনা শত্রিষ্টানি লাকখি অমসুং মহাক্না হায়রমই, "ঐখোয়না নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিং প্রোগ্রাম চাওখৎনবা নংগী মতেং পামই । মসিনা নোংপোক ময়াইগী ম্যাপ অমা অমুক হন্না য়েকথোক্রবা ঐখোয়দা খুৎ অমা শাংনা পিগনি ।" ১

অদুদা শাত্রিষ্টানিনা য়াম্রবদা মহাকপু মতোমতা কৈগুম শঙদা থমজিল্লে । সাদ্দাম্না প্রসিদেন্ট ওইরবা মতমদা ইউরানিয়মগী বোম্বশিং অমা শানিংখি। রিএক্টরশিংদি দরকার ওইদবনা সাদ্দাম্না ইউ: এন: ইন্সপেক্টরশিং অমসুং ইস্রাইলীগী অরোনবা মীশিংদগী লোৎপা য়াম্না খুদোং চারমই।

বিজ্ঞানিক জাফার ডিয়া জাফারদি শাত্রিষ্টানিগী মহুৎতা নিউক্লিয়ার প্রোগ্রমগী থবক পুহনখি । হন্দক্কী নিউক্লিয়ার প্রোগ্রাম অসি পৃথিবী খাইদগী চাওবা আমেরিকাগী মানহাটান প্রোগ্রামদগী চাওনা শিল্লাংখি । মঙ্গল ওইনবা জাফারনা ইউরানিয়মগী ময়াক থাংনবা পাম্বৈ মরী শীজিন্নরি । কেগী টীম্না হায়কি — "টেনিসিগী ওক রিদজগী বিল্দিং মদুদা আমেরিকাগী এতোম বোম্বগী প্রোগ্রামগী নাওশুমফম্নি ।" ২

সাদ্দাম্না করি অমুক হায়গনি । জ্ফারনা দরকার ওইবা খুদিং পিরমই । জুগোলস্লেভিয়াদগী টরমিয়াদুদা বৃটিশ ইঞ্জিনিয়ার কোমপানীগী ব্রুস ট্রান্সফোমর লটডনা করম্বা পোৎ শাবগীনো হায়বা খঙদনা অয়াবা পিখি । অদুগা ফিনলেন্দনা য়াম্না ফবা তারা চবুন সপ্লাই তৌরমই । অদুগা স্বিজরলান্দনা সেনটিফুজগী পোৎশি সপ্লাই তৌরমই । মখোয়না পোৎশিং অসি অনি থোক্লা শীজিন্নবা য়াবনিনা করিগীদমক্তা শীজিন্নবা খঙদনা ইরাক্কীদমক শাবিখি । অদুগা জাফারগী বিঞ্জানিকশিংনা হেন্না ফবা ময়াক থাংলবা ইউনিরায়ম শাই, টীম অমনা য়াম্না পোকখাইগনবা ডেটোনিটর, অমসুং নিউক্লিয়ার বোম্বগী পোৎশিং শারমই । পূম্নমক অসি মরুভূমি য়াম্না থাপ্লবা অল - কাকা হায়বা বাঘদাদগী নোংচুপতা শারম্বনি । ইজ্রালীদমক্তা ফর্জাদ বাজোফট্না ওবজরভরগীদমক্তা খৃষ্টাব্দ ১৯৮৯ দা আল কাকাদা পোকখাইবা অমদা ইরাদী চান্মঙা শিবগী খবরগী থিজল - হুমজনবা চৎপদা মহাক্কী ইজ্রালীগী সিপাই হায়দুনা ফাঁসি তৌখিবনি হান্নবা হায়খরে ।

মথংদা বৃটেন্দা ক্লাস এক্সরে পোটোগ্রাফীগী নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিং শান্নবা হোৎনরুবদা ১৯৯০ নবেম্বরদা বৃটিশগী বন্দরদগী পোৎশিং অদু জহাজদা পুবা থিংখিবনি ।

দাভিদ কেনা সাদ্দামগী মতম চাদবা কুব্রেটপু লাঞ্জাও থোক্লবা হোৎনবসি এডোল্ফ হিট্লারনা পৃথিবী অচৌবা লাঞ্জাও থোক্লবা মহাক্কী সবম্যারিনগী জহাজগী কাংবু শাবা লোইদ্রিঁৈদা হোৎনবগুম্বনি । করিগুম্বা হিট্লারনা চহি খর লোন্না - থুপ্না চৎথরম্লদি, মহাকপু থিংবা ঙমলরোইদৌবনি । অদুম্না সাদ্দাম্না এতোম বোম্ব শাবা ঙাইরম্লবা উপসাগর লাঞ্জাও শম্না হায়রদা ইতোপ - তোপ্না লোইরমগদবনি । ৩

পন্দুপ - ১৯

# সাদ্দামবু হাৎনবা থৌরাঙশিং

১৯৯১ জুলাইদা সাদ্দাম হুসেইন, উপসাগর লাঞ্জাওগী মতুংদা ইরাক্তা মহাকপু য়াদবা কাংবুনা কর্বালা হায়বা অশেংবা শিয়াট মুস্লিম সহরদা হাৎকে হায়না হোৎনখি । কর্বালা সাসন পায়রিবা আরব বাথ সোসিয়েলিষ্ট পার্টী মীহুৎ অলি মাজেদ, সহর অদুগী অরোনবা ব্রা পুবগী মকোক, অহমদ হস্‌ন অমসুং সেক্যুরিটি ওফিসার সালাহ্ অলি অল - খায়েতপু হোৎনবা অদুদা মহৈ য়ান্দদুনা হাৎখি অমসুং অশোকপগী মনুংদা কর্বালাগী রাজপাল জেনরেল অবদেল খালেগ অল - সামেরাই অমসুং মহাক্কী ঙমথং বৃগেদিয়ার ফেক জালাল অল - ওবেইদি য়াওখি । হোৎনবা অদুদা মায়পাকপা ঙমখিদে ।

ইরাকী সিপাইশিংনা কুবেটতগী ফ্রেবুৱারী, ১৯৯১ দা ইম্থোক্লবা মতুংদা সাদ্দাম হুসেইনবু ১৯৯১ এপ্রিল অমসুং দিসেম্বরদা হাৎকে হোৎনবদা ঙমখিদে । নবেম্বর, ১৯৯২ দা অথোইবা ইস্ত্রাইলগী সিপাই মঙাখক মহাকপু হাৎনবা মিসাইল অমনা শোইদুনা কাপ্লদা শিখি । কাইনথংদা ইরাকী ইয়ার ফোর্স ওফিসারশিংনা সাদ্দামগী বাঘদাদগী অল - রায়াদি কোনুং ময়াদা নোংমৈ কাপ্লকখি । অদুবু ঙমখিদে । ইয়ার ফোর্স ওফিসার তরামরী খক ফাখি অমসুং জেনরেল মোহম্মদা মাজলৌম অলদা - ইমিয়িবু তমথিনা হাৎখি । অকুপ্পা তোকখিবগী তারীখ খঙদিদে । ১৯৯৫ জানুৱারীদা থোকখি ।

অমরোমদনা, হান্নগী প্রসিদেন্ট জিওর্জ বুশনা কুব্বেটতা ১৯৯৩ জুলাই দা লমকোইবা লাকপদা ইরাকী মচাশিং ১১ অমসুং কুব্বেটী মচা ৩ না মহাকপু হাৎকি তৌরম্বগীদমক কুব্বেটতা ফাদুনা থমখি । অদুগা আইনগী বিচার তৌখি ।

ইরাকী মিলিটারী ইন্টলিজেন্সগী মকোক পেন্সন ফংলবা মেজর - জেনরেল ৱাফিগ সামারাইনা সাদ্দামগী মথক্তা বামপন্থি কাংবু লাল (কু) তৌখি । মদু মহৈ য়ানখিদে । মদু মার্চ্চ, ১৯৯৫ দা ওইরমই ।

উপসাগর লাঞ্জাও লোইরবদা সেক্যুরিটী কাওন্সিলনা ইরাকপু থাজবা য়াদবনা ৩২ সমান্তরালগী মখাদা নোংথক্কী অপাইবশিং চংবা য়ারমদে । অদুগা ইউ: এন: গী নিউক্লিয়ার ইন্সপেক্তরশিংনা খুদক্তা ইরাক্কী মিলিটারী মফমশিংদা চংবা য়ারমদে । অদুদা কাওন্সিলনা অসিগুম্বা চংবা য়াদবা অসিগী খুদোং থিবা লাক্কনি হায়খি । ইউ: এন: নিউক্লিয়ার ইন্সপেক্তরশিং বাঘদাদকী খা - নোংচুপতা লৈবা ফাল্লজাহ চংবা থিংবদগী ওইরমই । অদুগা বাঘদাদকী অবু ঘারীবীগী লাম্মী মফম চংবা থিংখি । ইউনাইটেদ ষ্টেটসনা উপগ্রহ টশবিরগী অরোনবা পাওনা ইরাকনা নিউক্লিয়ার বোম্ব শান্নবগী ইরাকনা খুৎশু - খুৎলাইশিং লৈবাক মনুংদা ফুমজিন্নবা অমসুং পুদুনা চৎন্নবা হোৎনরি । কাওন্সিলগী মেম্বরশিংনা ইরাকপু আই: এ: ই: এ: (ইন্টরনেসনেল এটোমিক ইনর্জী এজেন্সী) স্পেসিয়েল কম্মিসন নিউক্লিয়ার ইস্পেক্সন কাংবু জুন ২৮ , ১৯৯১ দা ইরাক্কী মফম খরদা দরকার লৈদুনা য়েংগে হায়বা চংবদা য়ৈখাইবা পিরোইদবনি । সেক্যুরিটী কাওন্সিল (খুৎলাই লেপ্পবা) রিজোলুসন ৬৮৭ গী মতুংইন্না গবর্নমেন্টনা য়াম্না ৱাংবা থাক্কি কাংবু অদুবু সম্ব য়াওদনা মখোয়না ইরাক্কী মফমশিংদা থিবা - হুম্বগী থবকশিং তৌবদা য়ৈখাইবা পিরোইদবনি ।

প্রসিদেন্ট বুশনা ইরাক্কা উপসাগর লাঞ্জাও খুৎলাই - লেপ্পবা করার অদু থুগাইবনা ইরাক্কী মথক্তা মিলিটারীগী থবক নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিং শাবা অদু মাংহন্নবা তৌরক্কনি হায়বগী থাজবা লৈখি । ইরাক্কী সিপাইশিংনা নোংথক্তা নোংমৈ কাপ্তুনা ইউ: এন: ইন্সপেক্টরশিংবু চংহনখিদে । "নুপা অসিগী ইকাইবা লৈতে," বুশনা হায়খি । "থৌদোক অসিগী মরমদা পৃথিবীগী তাজবা মঙোন্দদি লৈররোই ।"

সাদ্দাম্না ইউ: এন: ইন্সপেক্টরশিংগা লোইন্না ইরাকীশিংগা মখোয়গা থবকশিং পূন্নমক পুমিন্নগদৌবনি হায়খি । ইউ: এন: দা মতম পুম্বা মীহুৎ মি: আলেজেন্দর ব্রাটসন্না হায়খি, সেক্যুরিটী কাওন্সিলনা ইরাকপু ইউ: এন: রীজোলুসন ৬৮৭ কী মতুংইন্না নিউক্লিয়ার, রসায়ন, মহীক মচাগী খুৎলাইশিং অমসুং মিসাইলশিংদগী খুদোংথিবা লাকহল্লোইদৌবনি । অদুগা আমেরিকানা শাবা খুৎশু - খুৎলাইশিংনা নোংচুপ এসিয়াদা আমেরিকা মথক্তা শীজিন্নখি ।

প্রসিদেন্ট বুশনা ইরাক্তা লেমহৌরিবা নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিং শাবা থুগাইনবা মিলিটারীগী থিবা - হুম্বা চৎথনবা হায়খি । অরোনবা উপগ্রহ টশবিরনা মফমশিং ১০০ দা নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিং উপসাগর লাঞ্জাওদা ফুম্বা থেংনখি ।

ইউ: এন: ইন্সপেক্টরশিংবু ফাল্লুজাহনচিংবা মিলিটারী থম্ফমশিংদা কিহন্দুনা অমসুং নমথাক তৌদুনা ইরাক্কী নিউক্লিয়ার, রসায়ন, মহীক মচা অমসুং মিসাইলশিংগী খুৎলাইশিংনা খর কলহৌখি । খরনা ইউ: এন: ইন্সপেক্টরশিংনা থুগাইখি । অদুবু মহীক মচা এনথ্রাক্স বোম্বশিং ২০০ অমসুং স্কুদ ৮০ অমসুং স্কুদ - হুসেইন মৈকাপ্পীশিং সালাহ এদ ডিন, টাক্রিটিদা লোৎতুনা থমহৌখি । উপগ্রহনা থিবা ঙমদদুনা মখল মখা অয়াম্বা লৌউবা পোৎশিংগী থমদুনা কলহৌখি । সিপাই অরোনবগী লুচিংবা, জেনরেল ব্রাফিদ আল - সামরাইল অরাংথংবা

ইরাক্কী, কুর্দ কেম্পদা চেনখি । সাদ্দাম হুসেসইন্না তৌগে হায়না তৌদুনা ইউ: এন: বু নমথাক তৌবদা পুখি । আমেরিকানা খল্লম্বা নিউক্লিয়ার, রসায়ন, মহীক মচা খুৎলাইশিং অমসুং স্কুদ মিসাইলশিং ইরাকপু ১৯৯১ দা উপসাগর লাঞ্জাওদগী মতুংদা মী ময়ামগী তুম্না মাংহনবা খুৎলাইশিং থুগাইনবা হায়বা অদুগী মায়য়োক্তা তৌখি। ১

ইরাকী প্রসিদেন্ট সাদ্দামনা বস্রা সহরদা প্রজা মীয়াম মমাংদা উখি অমসুং মহাক্কী লৈবাকপু ইউনাইটেদ ষ্টেটস অমসুং মরুপশিংগী মথক্তা লাঞ্জাও অমা তৌনবা শেমশারে হায়রক্নে । বস্রাগী মনাক্তা পৈরিবা জাতিশিংগী লাম্মীগী মফম মাইল খরগী মনুংদা, মহাক্না হায়খি, "ইউনাইটেদ, ষ্টেটসনা ইরাকপু অমুক লাঞ্জাও অমা হৌরগনি ।" "ইরাক্না চেকশিল থৌরাঙ পূম্নমক লৌবা তারি ।"

প্রসিদেন্ট বুশনা ইরাকপু মাগী নিউক্লিয়ার শাফমশিং ইউনাইটেদ নেসনগী ইন্সপেক্সনশিং তৌগদবা অদু থিংলবদি লাঞ্জাও অমা তৌবা ধমকি পিখি । "অনৌবা ইরাক্কী মথক্তা লাঞ্জং অমা খুজিল থৌরাঙ তৌরে", সাদ্দামনা হায়খি । ইউ: এস: না ইরাক্কী পান্দমফম ২০ থুগাইনবা লৌতুনরে । "ইরাকী প্রসিদেন্টনা ইরাকী নিউক্লিয়ার শাফমশিংবু অন্টরজাতিগী য়েংবা য়াদরে, লালতৌনিংবা কাংবুনা খুৎলাই লেপ্পবা রিজোলুসন লোন্দা ইস্লোকপগা ঐখোয়গীগা খেন্নরে । ইরাক্না ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংনা নিংজবদা মায়থিবা পিরোই ।" ২

প্রসিদেন্ট বুশনা ইরাকী নিউক্লিয়ার শাফমশিং থুগাইনবা খন্নবা মতমদা সাদ্দাম্না ইউ: এস: অহুম শুবা লৈবাকশিংবু অন্টরজাতি ব্যবহার থম্বিদবা ওইনা লৌখি । ইউ: এস: না অরোনবা উপগ্রহ তশবির পান্দমফমশিং ১০০ য়েংদুনা উপসাগর লাঞ্জাওদা লৈবাক মনুংদা ফুম্বা নিউক্লিয়ার খুৎলাইশিং উদুনা ধমকি অদু পিবনি । মখা থংবা টর্কীদা জাতি ময়ামগী অথুবা লাম্মী ৫০০ থমদুনা কুর্দশিংবু সাদ্দাম্না আক্রমন তৌরক্তনবা হোৎনখি ।

সাদ্দাম্না নিউক্লিয়ার শাফমশিংদা ইউ: এন: ইন্সপেক্টরশিং চংহন্দদুনা লৌউশিংবগী পোৎচৈশিংগী মরক্তা লোৎতুনা মতম খর চংহনখিদে। নোংথক্তা সিপাইশিংনা ফাল্লুজাহ খুৎলাইশিং থম্বা মফমদা চংহনখিদে। ১৯৯১ জুলাই ২৬ তা ইরাকী ইউ: এন: রাজদুত অবদুল অমির অল - অনবারিনা ইউ: এন: রাজদুত (ইনভোই) মি: রোল্ফ ইকুউজগা নিউক্লিয়ার শাফমশিং য়েংবা য়ান্নখি। মি: ইকুউজগা লোইননা ইউ: এন: ইন্সপেক্টরশিংনা লৌউশিংবগী মন্ত্রালয়দা চংদুনা ইরাকী নিউক্লিয়ার মচাকশিং য়েংবা য়ারে। হায়রিবা টীম অদুগী মনুংদা জর্মান, স্বিস, রুসিয়া অমসুং স্বিদস য়াওখি।

চিরবা মতম অদুদা ইউ: এস: প্রসিদেন্ট গিওর্জ বুশনা মহাক্কী মকোক থংবা পাওতাক পিবা ময়ামগী মিলিটারীগী থবক চৎথনবা খন্নবা মতমদা ইরাকপু ইউ: এন: রিজোলুসনশিং অদুগী মতুং ইন্না চৎকদৌবনি হায়খি। ইউ: এস: না মরুপশিং তান্নদুনা পুং ৪৮ গী মনুংদা অরোইবা পাও হায়খি। ঙাকপা শেনবগী সেক্রেটারী দিক চেনীনা চেকশিন্নবা ৱাহৈ হায়খি "করিগুম্বা য়েঙথিনবা হৌরবদি, প্রসিদেন্ট সাদ্দামনা মরন্নাই ওইনা আইনগী ওইবা মিলিটারী পান্দমফম ওইগনি।"

মহাক্না ইরাকী প্রসিদেন্টবু আইনগী ৱাংমদা কৌরমই। অদুবু মহাকপু ফান্নবা ইউ: এস: না বাঘদাদতা সিপাইশিং থাখিদে। "উপসাগর লাঞ্জাও অদুগী পম্মুংফমদি মি: হুসেইনবু লৌথোকপনা পম্মুংফম ওইরমদে। ঐখোয়না তৌবদা তোকপা থবক ওইবা তারে। ঐখোয়না তৌগে নিংবদি ইরাক্না ইউ: এন: রিজোলুসনশিং য়াদুনা চৎপনি। (তৌইগুম্বসুং) মহাক্না আইন্না য়াবা পান্দমফমনি মদুদি মহাক্না য়াথংগী পরেং ওইবা শরুকনি।" প্রসিদেন্ট সাদ্দাম্না উপসার লাঞ্জাওদা 'লান্‌ফমশিং অপুম্বগী মমা' লোইবা লৈতরি হায়খি। ৩

সাদ্দাম্না নিউক্লিয়ার মচাকশিং পুম্বা মফম চানা থৈদোকপা য়ারবা মতুংদা ইউ: এন: ইন্সপেক্টরশিংনা বাঘদাদগী অকোইবা মফমশিং য়েংবা য়াখি।

ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিল রীজোলুসন ৬৮৭ গী মতুংইন্না উপসাগর লাঞ্জাও থোক্লিবঁদা লৌখিবদগী ইরাক্কী লল্লোল - ইতিক ফিবমশিং ওম্থোকনা শোকখি । মরু ওইনা থাও থোকপা ইরাকনি । মদু থাদোকপনা ইরাক্কী আয় লাকই । ইরাক্কী প্রসিদেন্ট সাদ্দাম্না লাম্মী লিশিং হুম্ফুনা কুৱেটকী সিমানা ওক্টোবর, ১৯৯৪ দা লানশিন্দুনা উপসাগর লাঞ্জাও অমুক হৌগে হায়দুনা ধমকি পিখিদা ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংনা থিংগদৌবগী হোৎনখি । হোৎনবদা মহৈ য়াল্লক্লদুনা ইরাক্না কুৱেটকী রাজ্য অদু শক খণ্ডখি । অদুবু ইরাক্কী মথক্তা থিংবা সেক্যুরিটী কাওন্সিল রিজোলুসন ৬৮৭ লৌথোকপা ইউ: এস:, বৃটেন, ফরাসী অমসুং অতৈ মরুপশিংগী জহাজশিংনা 'এম্বার্গো,' মীরৈবাক্তগী ইরাক্তা জহাজশিংনা চংলকপা থিংবা অদু উপসাগর লাঞ্জাও থোক্লিবঁদা থিংবা হৌখি । ইরাক্কী লল্লোনবগী ফিবম অদু ১৯৯০ লোইরমদাইদগী ১৯৯৪ লোইরমদাই ফাওবা লেপলকপনা লৈবাক্কী আয় অমসুং থাওগী লল্লোনবা য়াম্না থিনা শোক্লমই । ইরাক্তি থাও মপান লৈবাক্তা থাদোকপদগী অয়াম্বা শেল থুমগী ফিবম ফরিবনি । অদুবু কুৱেটপু শক খণ্ডলবা মতুংদা এম্বার্গো অদু হাংদোকপা লৈতরি ।

**ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিলগী এম্বার্গো ঃ**

উপসাগর লাঞ্জাও অদু হৌরকপা মতমদা সোভিয়েট ইউনিয়ন অমসুং ফরাসী লৈপাকশিংগা নোংপোক ময়াইগী ঈরাং অদু ইউ: এস: অমসুং মহাক্কী মরুকশিংগা চৎমিন্নবা খোংথাং পুম্বা খেন্নবগুম্না তৌখি । অদুবু ইউ: এস: গা মরুপতি ওইনা অপুনবা ওইনা অন্টরজাতিগী ফিরেপ লৌখি । অদুবু জানুৱারী, ১৯৯৪ দা ফরাসীনা ইরাক্কী 'এম্বার্গো' না লৈবাক ৱা থোকহল্লবা ফিবম অদু য়েংদুনা ইউরোপকী মরুপশিং ৱা তান্নদনা কুটনিতিগী মরী লৈনবা হৌখি । বৃটেন্না ইউরোপকী লৈবাকশিং তান্নদনা ইরাক্কী কুটনিতিগী মরী লৈনবা ফরাসীবু চৈখি । ইরাক্কী লাম্মী লিশিং হুম্ফুনা কুৱেটকী সিমানা ময়াদা কুৱেইতা ধমকি পিবা অমসুং

সাদ্দামগী থাজবা ব্রাৎনা লৈরকপা চিংনবনা ইরাকপু ওইনা ফারাসীনা পিবা লান্না বৃটেন্না উখি । ফরাসী বিদেশ মন্ত্রী, অলাইন জুপেনা ইরাকী দিপুটী প্রধান মন্ত্রী টারিখ অজিজ উনদুনা লৈবাক অনিসিগী মরক্তা কুটনিতিগী মরী লৈনবা হৌখি । "মসি য়াম্না অর্থ লৈবা খোংথাংনি অমসুং ঐখোয়না মতম চারে হায়বা থাজদে," বৃটিশ বিদেশ অফিসতা ব্রা ঙাংবা অমনা হায়খি । "ইরাকী সাসনবু হৌখিবা ওক্টোবরগী থৌদোকশিং থোক্লকপা য়াম্না চিংনদবা ঙমদে । ইরাক্তা (ইউনাইটেদ নেসন্স) পোৎচংশিং পুম্নমক লোইনা চংবা তাবা মতমদা শাফু অসি কোমথোকপা মিকুপ ওইরমদে ।" ইউ: এস: নসু ফরাসীগী ব্রারেপ অদু পান্নমদে ।

ফরাসী অমসুং রুসিয়াগা পুনশিন্নদুনা ইরাক্কী থাও মপান লৈবাকশিংদা থাদোকপা য়াদুনা ইরাক্কী থাওগী লল্লোন ইতিক্কী ফিবমদা লাকপা তাখি । মদুগা মমাং 'এম্বার্গো' লৈন - লৈনা ইরাক্তা তংনবা লৈবাকশিংগা থাও অমসুং লল্লোল ইতিক তৌদুনা লাকপনি ।

## নোংচুপ এসিয়াগী শান্তি ঃ

উপসাগর লাঞ্জাও লোইবগা ইউনাইটেদ ষ্টেটসনা হায়নখিবা মতুং ইন্না আরব - ইজ্রাইলী শান্তিগী থবকশিং ১৯৯১ গী হৌবদগী পায়খৎখি । ওক্টোবর ৩১ দগী নম্বেবর ৩, ১৯৯১ দা চহি ৪৩ গী মনুংদা অহানবা ওইনা মাদ্রিদতা ইজ্রাইল অমসুং সীরিয়া উনখি । ইজ্রাইলনা অহানবা ওইনা জোর্দান - পালেষ্টাইনগী মীহুৎকা লাবানিজগী মীহুৎকা উনখি ।

অনিশুবা খোংচৎতা দিসেম্বর ১০ দগী ১৮, ১৯৯১ ইউ: এস: না ইজ্রাইল, পালেষ্টাইন অমসুং জোর্দানগী মীহুৎশিংগা উন্নদুনা ব্রারেপ পুরক্লবা হোৎনখি । অদুবু সীরিয়া অমদুং ইজ্রাইলনা হোৎনবদা ইচাও-চাওশিল্লমদে ।

অহুমশুবা সভাদা জানুৱারী ১৩ দগী ১৬, ১৯৯২ সভা অদু ইচং - চম্নিনবা ওয়খিদে ।

জানুৱারী ২৮ অমসুং ২৯, ১৯৯২, অহানবা মরীশুবা লম - লমগী ৱাখোকশিং, খুৎলাই - লাকশিনবা অমসুং মীচেনশিং অমসুং লমতুমী মরমদা ৱোস্কোদা ওাংনখি । অদুবু পালেষ্টাইন, সীরিয়া অমসুং লেবানোন ইস্থোকুনা য়াওখিদে ।

মরীশুবা সভাদা ফেব্রুৱারী ২৪ দগী মার্চ ৫, ১৯৯২ পালেষ্টাইনশিংনা ৱেষ্ট বেঙ্ক, গাজা অমসুং আরবকী নোংপোক জেরুসালেমদা মীখল তৌনবা হায়নরমই । অদুবু ইজ্রাইলনা য়াদদুনা সভা অদু লোইশিনখি ।

মঙাশুবদা, এপ্রিল ২৭ দগী ৩০, ১৯৯২ দা ইজ্রাইলনা ৱেষ্ট বেঙ্ক অমসুং গাজাদা ম্যুনিসিপালগী মীখল তৌনবগী হৌদোক্লরমই । পালেষ্টাইনশিংনা মশাগী সাসন খনবা মীখল অদু পামখি । অদুবু জাতি অনিনা য়াব্রা হায়বগী য়েঙদা কক্থৎপগী তৌখি ।

তরুকশুবা সভাদা, আগষ্ট ২৪ দগী সেপটেম্বর ১৪, ১৯৯২ , অহানবা ওইনা গোলান হৈটস্তগী ইজ্রাইলনা হন্দোকপা য়াখি । অদুগা, তরেৎশুবা সভাদা ইজ্রাইলনা গোলামদগী হন্দোকপা য়াবদি য়ারগা লাম্হোং শীনবা য়াবা তম্পাক অদুদগী মফম লোইনবগী হন্দোকপা য়াখিদে । [illegible] ৱেষ্ট বেঙ্ক, গাজা অমসুং জেরুসালেমদা ইজ্রাইলনা লমশিং অদুদা মতৌ অগুন্না থম্না য়াখি ।

নিপালশুবদা ১৯৯২ দিসেম্বর ৭ দা পালেষ্টাইনশিংনা ইজ্রাইল পুথোকপা লন্নাই সাসন পুজবগী ৱাদু মতিক চাদে হায়খি । ইউ: এস: গী ইজ্রাইলদা তকশিল্লমই ।

মাপলশুবা সভাদা, ১৯৯৩ এপ্রিল ২৭ তগী মে ১৩ দা ওাংনবা

অদু অমা খরা লোকখি। অমরিকশিংবু হল্লা জ্ঞাক্রবা ইজ্রাইলনা দেলিগেসন মকোক চিংবা ওইনা, নোংপোক জেরুসালেম পি: এল: ও: গী দেলিগেসনগী মকোক ওইনা ফাইজল হুসেইনিবু য়ারমদবা অদু য়াখি। পালেষ্টাইনশিংগী মশাগী সাসন তৌবা হায়বা অদু ইউ: এস: না য়াদুনা অহন্নবা ওইনা পি: এল: ও: না য়ারমদবা অদু ৱাশিংটোন্না লংদাই অদু শম্বা য়াখি। সীরিয়াদি করিগুম্বা থবক অমতা চংশিংল্লমদে।

তরাশুবা সভাদা, জুন ১৫ দগী ১৯৯৩ জুলাই ১ দা ইউ: এস: না ইজ্রাইলী পালেষ্টাইনগী মত তিন্নদবা অদুগী দলিল অনৌবা অমা তৌনিংনা খুৎ তিংথোক্কনি য়াখি। নাকল অনিমক্কা মদুদা থম্মোই নুংঙাইখিদে। হান্নগী প্রসিদেন্ট গিওর্জ বুশপু মহাক্কা কুৱেটতা কোইরকপা মতমদা মহাকপু হাৎনবগী খুজিল - থৌরাঙ ইরাকী তরানিথোইনা হোৎনখিদবনি য়াখি অমসুং মদুগী তদন্ত তৌদুনা য়েংখি।

তরামাথোইশুবা মতমদা, ১৯৯৩ আগষ্ট ৩১ দা ইজ্রাইলীশিংনা পি: এল: ও: শিংগা লোন্না ঙাংনরমই অমসুং গাজা ষ্ট্রিপ অমসুং জেরিকোদা পালেষ্টাইনশিংনা শাসন তৌনবা য়াখি।

সেপটেম্বর ৯, ১৯৯৩ দা পি: এল: ও: শিংগা অমসুং ইজ্রাইলগা অমগা অমগা য়ানখি।

সেপটেম্বর ১৩, ১৯৯৩ দা ৱাশিংটোন্দা ইজ্রাইলগী য়িটজাক রাবিন অমসুং পি: এল: ও: গী লুচিংবা য়াসর অরাফাটকা য়ান্নদুনা সন্ধী তৌনখি। গাজা ষ্ট্রিপ অমসুং ৱেস্ট বেঙ্ককী জেরিকো য়াওনা মশাগী সাসন অমা লিংবা য়াখি। হায়রিবা সন্ধী তৌনবা অদুদা প্রসিদেন্ট বিল ক্লিনটন হান্না প্রসিদেন্ট ওইরম্বশিং জিম্মী কার্টর অমসুং গিওর্জ বুশ য়াওখি। মদুগী লোইননা সেক্রেটারী ওফ ষ্টেট, ৱারেন খ্রিষ্টোপর, অমসুং রুসিয়াগী বিদেশ মন্ত্রী অন্দ্রেই কোজিরেভ। অকোনবা অদুনা

নোংচুপ এসিয়াগী শান্তীগী ৱা ঙাংনবা ওক্টোবর ১৯৯১ দা মাদ্রিদতা হৌরকপনি। জেরিকো অমসুং গাজা ষ্ট্রিপ মতেং পাংনবগীদমক ইউরোপিয়ান কম্মুনিটী দোল্লার কোটি অনি মতেং পাংখি ।

ওক্টোবর ২৫, ১৯৯৪ জোর্দান অমসুং ইজ্রাইলগী সীমানা, অকাবাহ দা মথংদা জোর্দানগী নিংথৌ হুসেসইনগী ইজ্রাইলগী প্রধান মন্ত্রী য়িটজাক রাবিনগা আমেরিকাগী প্রসিদেন্ট ক্লিটোনগী মমাংদা পালেষ্টাইনবু মশানা ৱায়েঞ্জবা লৈবাক্লি হায়বা য়াখি ।

ওক্টোবর ২৭, প্রসিদেন্ট বিল ক্লিটোন্না সীরিয়াগী প্রসিদেন্ট হাফিজ অসাদকা গোলান হৈটতগী ১৯৬৭ ইজ্রাইলনা খুদম চনখিবা হন্দোক্লবা ইজ্রাইলগা সন্ধী তৌবা য়ানখি। মদুগা লোইননা মখা থংবা লেবানোনগী লৌশিনখ্রবা লম হন্দোক্লরমই । 'টেরোরিষ্ট লিষ্ট তা সীরিয়ানা ইউ: এস: না লৈরিবা অদু আসাদনা লৌথোকপিয়ু হায়খি । আসাদনা ইজ্রাইলনা গোলান্দগী হান্নবা হন্দোক্লবদি সন্ধী অদু ইকাই খুম্নবগী দরকার ওইদে হায়খি ।

ইউনাইটেদ ষ্টেটস অমসুং বৃটেন্না ইউ: এন: গী ইরাক্কী মথক্তা অথিংবা অমা ১৯৯০ দগী থম্বা অদু সাদ্দাম্না ইউ: এন: গী মরুওইবা তাল্লকপা, কুৱেটপু মনিং তম্বা লৈবাক্লি হায়দুনা য়াবা অদুনি । রুশনা ৱা পাংশিন্দুনা অমিরেট অদুবু ইরাক্কী তরামাপলশুবা প্রদেশনি হায়রম্বা কুৱেটপু মনিং তম্বা লৈবাক্লি য়াখি। ইউ: এন: সাসন অদু লৌথোক্ত্রিঙৈগী মমাংদা ইরাক্না পাংথোক্কদবা হীরম কয়া অমুকসু লৈখি । মদুদি কুৱেটপু শকখংনবতা নত্তনা, রাজনিতি বন্দীশিংবু থাদোকপা পোৎ - চৈশিং (কুৱেটতা) হল্লকপা অমসুং খুৎশু - খুৎলাইশিং লৌথোকপগী শীল্লাংবনি । "আশাশিং অদু মসিগা চান্নবনা মসি মাংদা চংশিনবনি," বিদেশ ওফিস মী অমনা হায়খি । "তৌইগুম্বসুং মসিনা পোৎশিংগী মরক্তা সাদ্দামবু তৌনবা য়েংলি । নহাক্কী য়ুমলোন্নবা অমবু খঙনবতনা নহাকপু সাধু অমা শেম্বা ঙমদে ।"

কুটনিতিশিংনা ইরাক্কী শান্তি ওইবা ৱাখলশিং লৈরা হায়না য়েংদুনা লৈখি। ইউ: এস: অমসুং বৃটেন্না ১৯৯৪, ওক্টেবর দা ইরাকী লাশ্মী লিশিং হুম্ফু কুৱেটকী সীমানা পুশিল্লকপনা ইরাকপু মহাক্কী তমথিবা ৱাখল অদুম লৈখি। অদুনা ইউ: এন: সাশনশিং লৌথোকপগী আশা লৈরমদে। মরমদি ইরাকী লুচিংবনা তুংদা ধমকি অমুক পিরক্কনি হায়গী কিনবা লৈ। মতম অসিদনা, রুশনা লাইশাবা - মপা ওইনা, মাইবীমক নত্তবদি, ইরাক্কী কুৱেটপু শকখংবা অদুনা পৃথিবীগী অনৌবা শরুক য়াবা অদু ওইরমই। "রুশনা, ৱাখলগী ওইবা খজিক্তা, য়াম্না লুবা, মমাংঙৈগী পাঙ্গল শান্নবগী খল শান্নবা তাই," প্রোফেসর য়ুরি ফাইয়োদোভনা হায়খি। (মোস্কোগী ইন্টর নেসনেল রিলেসন ইন্সটিটুটকী মীওইনি)। ৪

ইউ: এস: সেক্যুরিটী কাওন্সিলনা ১৯৯৫ মার্চ্চ ১৪ দিপুটী প্রধান মন্ত্রী টারিক আজিজনা ইউ: এন: সাসনশিং ইরাক্কী মথক্তা লৌথোক্লবা হায়জখি। বৃটেনগী রাজদুত স্যার দেভিদ হান্নে অমসুং ইউ: এম: রাজদুত শ্রীমতি মেদেলীন অলব্রাইটনা মার্চ্চ ১৪, ১৯৯৫ দা ইরাক্কা কাওন্সিল রিজোলুসনশিং পূম্নমক য়াবনা সাসনশিং কোমথোক্ত্রিবগী মমাংদা খন্নগনি হায়খি। ৫ সাসনশিং অদু অদুম চৎথবা তাখি।

ইরাক্কা অন্টরজাতিশিং ফজনা ব্যবহারদা লৈবা ঙমদ্রবা অমসুং অপিকপা য়ুম লোন্নবা কুৱেটকী মনিংতম্বা মাংহনবা ঙম্বা শক্তি অদু লংশেকপা ঙমদ্রিবা মখে সাদ্দাম আরবকী লৈবাকশিংগা খোং থাংমিন্ননা চৎমিন্নবা ঙমলোই। কুনশুবা শতাব্দী লোইরমদাইদা অপিকপা লৈবাক অমবু অন্টরজাতিশিংগী ব্যবহার থম্বা হৈতবা ইরাক্কা এডোল্ফ হিট্লারগুম্না ১৯৩০ - ৪৫ দা তৌরম্বা লীচৎ মতৌ সাদ্দাম্না মতৌ তমদুনা দিক্টেটর, মশানা ৱায়েঞ্জবা শাদুনা তৌরকপা লাঞ্জাও কয়া অদু মহাক্কী হাৎনবা কয়া থোক্লক্কনি। বৃটিশ সম্রাজ্যগী রাজদুত স্যার পর্সী কোক্সনা ১৯২০

দা খোরী শানা চিংলম্বা খোর্জে অদু ১৯৯০ দগী অচুম্বা লৈই ওইবা তাবনি । প্রধান মন্ত্রী জন মেজরনা পালেষ্টাইনগী কোনুংদা চীয়ারমেন য়াসর আরাফাটকা মার্চ্চ, ১৯৯৫ দা উন্নবা লাক্কুনা পালেষ্টাইন হৌরে হায়দুনা ওক্কুনা চগুম্বা য়াওবা লাকখি ।

ইরাকপু ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংগী লল্লোন - ইতিক্কী অথিংবনা ১৯৯৫ ওক্টোবরদা ফাওবা থনম্বনা মহাক্কী লল্লোল - ইতিক অমসুং চুম্না হিংন্নবগী লম্বীদি অশুক্কী মতিক মহাকপু অপনবা পিদুনা চৎথরমই । সাদ্দাম্না মহাক্কী প্রজাশিংবু খর হরাওজনবা কুৱেটপু লান্দাগে হায়না কুৱেট অমসুং ইরাক্কী মরক্তা লৈবা ‘সিজ ফাইয়ার’ গী সিমানাগী ময়া ফাওনা সিপাইশিংনা চঙশিনগে থৌরাঙলম্মী । ইউ: এস: না লান্মী ৪,০০০ অমসুং পেট্রিওট মিসাইল অনিখক্কা কুৱেটতা অয়াংবা মতমদা পুরকখি । কুৱেটকী সিমানাদা পৈশিনবা ইরাকী লান্মী লিশিং ৪০ না সিমানাগী মাইল ১২ দা লৈরে হায়নখি ।

ইরাকী মীশিং ১°৮ কোটিগী লল্লোন - ইতিক তৌবা অশুক্কী মতিক শোকহনখি । ইরাকী শেলগী মমল হন্থবা অদু ১,০০০ গী হিংদগী হেন্না নেমথরমই । ইরাকী শেলগী তশেংনমক মমল য়াম্না হন্থখি ।

ইরাক্না কুৱেটতা লাঞ্জাও অনিশুবা অমা হৌগে তৌরম্বনা ইউ: এস: না ডেসর্ট ষ্টোর্ম-২ হৌগে হায়দুনা তৌরমই । অদুবু রুসগী এম্বাসাদর এন্দ্রে কোজিরেভনা হোৎনবদগী তুমিন্না ইউ: এস: না নেমথখি ।

হান্না ওইরম্বা ইউ: এস: প্রসিদেন্ট গিওর্জ বুশনা জানুৱারী ১৫, ১৯৯৬ দা হায়খি : “ঐ লান্না অক্ক খোৎলমই । ঐনা খল্লি, মহাক চৎথ্রবনি ।” সাদ্দাম হুসেইনগী প্রসিদেন্ট ওইবা ঙম্বা অদু ঐনা লান্না লৌরম্লে । বুশনা হৌজিকশু খল্লি, মহাকপু মহাক্কী মীশিংনা লৌথোকপ্রগনি । ১৯৯১ গী উপসাগর লাঞ্জাওদা মপুং ফানা মহাকপু

মাইথিবা পিবনা মহাকপু শোইদনা কুম্নবা মচাক ওই হায়না খনখি ।

ইরাকী অৱাংদা কুর্দশিংনা অমসুং শিয়াটশিংনা মখাদা লাম্চৌরকপা অদুদি, বুশনা হায়খিরমই, "ঐনা খল্লি মহাক্না ঐখোয়বু ঙকহনলমই ।"

১৯৯১, মার্চ ৩ দা সফৱান, ইরাক্তা আর্মিষ্টিসগী সভাদা অরানবা খর য়াওখরে হায়দুনা তাকই । সভা অদুদা জেনরেল নোর্মান স্বার্জকোপফ, ইউ: এস: না লমজিংবা পুনশিনবা লাশ্মীদা ইরাকী হায়জবা অমদি খুৎলাই পায়বা হেলিকোপ্টরনা ইরাক্কী মনুংদা, ইউ: এস: গী লাশ্মীগী মনাক্তা পাইদ্রবদি পাইবা য়াগনি হায়না য়ারমই । সাদ্দাম্না নোংথক্তা পাইবা ঙম্বগী পাঙ্গল অদু টেঙ্কশিং অমসুং অতৈ অরুম্বা কঙ্ফালগী খুৎলাইশিং লাঞ্জাও অদুদগী লেমহৌবা লালহৌবা কর্দশিং অমসুং শিয়াটশিংবু হাৎনবা শীজিন্নে । "ঐখোয়না হেলিকোপ্টরশিংবু পাইবদা অতোপ্পা অমদা শীজিন্নবা য়াই," মি: বুশনা হায়রমই । "মরম অদুনা ঐনা খল্লি মীনা ঙাংনবগী শরুক খর লৈ ।"

সাদ্দাম হুসেইনবু মশা য়াওদনা সন্ধী সফৱান্দা অদুম তৌহনবনা মশাগী ইকাইবা অদু হেন্নবা অমসুং মহাক্কী পাঙ্গল হম্থনবা ওইরমই । মি: বুশনা খনখি, মতুং তাবদদি মখোয়না অসুম্না তৌবা য়ারমই । সাদ্দাম্না সফৱানদা লাকউ হায়বা লাশ্মীশিংনা বাঘদাদতা চঙদুনা মহাকপু ফান্নবা তৌরম্বা য়াবনি । শা - ঙাগুম্বা ডিক্টেটর অদু থিদোকপনা পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী ফরবা য়ৈখাই থিংগাইগদবা ওইরক্কনি ।

"ঐখোয়না পাংথোক্লিংবা নিয়ম অদুদি ওইরমদে, অমসুং ঐনা খল্লি ইতিহাসনা ঐখোয়না অচুম্বা থবক তৌখি ।"

মি: বুশনা মহাক্না থম্মোইদা লাঞ্জাও অদু করম্না লোইশিনগদবগে অমসুং সাদ্দামগী করম্না লেপকদগে হায়না ৱাখি । "অঙাওবা নুপা

অদু চৎচখিবা হায়বা ঐনা খল্লি," মহাক্না হায়রম্মী । মি: বুশপু উন্নবা ১৯৯১, মার্চ ৯ দা কেম্প ডাভিদ, মেরীলেন্দদা হায়খি । লাঞ্জাও লোইরবা মতুংদা সাদ্দাম্না প্রসিদেন্ট ওইদুনা লৈবা অদু উবদা নুংঙাইখিদে । জাপানগী লুচিংবশিংগা টোকিয়ো বন্দরদা ইউ: এস: এস: মিসৌরী লালগী জহাজ মথক্তা লান্দা মায়থিবগী সহী তৌখি । সম্যজগী থাংশাং অদু দেস্ক মথক্তা থম্বা অমসুং পৃথিবীগী মীয়াম্না মদু উখি । "উপসাগরগী লাঞ্জাওদদি অদুক শেংনা উৎলমদে মদুদি সাদ্দাম্না দম্বুর অদুদা লাক্লমদে, মহাক্কী পোৎতু থন্নমদে অমসুং ওইবা য়ারম্বনি অফিস অদুদগী চৎখি," মি: বুশনা হায়খি । ৭

ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিলনা ইরাকপু পেট্রোলিয়ম ডোল্লার বিল্লিয়ন অমা য়োন্দুনা হীদাক, চানবা অমসুং অতৈ চঙদবা য়াদ্রবা লৈনবা হায়খি । হায়রিবা খুজিল থৌরাঙ অসি বাঘদাদনা লৌবা পামদ্রবদি, ইউ: এস: গী অথোইবা ডেলেগেট, মেদোলন কে: অলব্রাইটনা হায়খি : " ইরাক সরকারনা করম্না পাওখুম অমগী হোই হায়বা হৈনদবনি ।"

থৌরাঙ অসিগী মখাদা, মদুদি চৎথবা য়াবা, ইরাক্না থাও ওইনা নুমিৎ ১৮০ দা ডোল্লার বিল্লিয়ন অনি য়োনবা য়াবা, সেক্রেটারী - জেনরেলনা নুমিৎ ৯০ গী মতৌ করম্না অয়োনবা শেল অদু করম্না য়েনথোকপগে হায়বা খঙলবা মতমদনি । ১৯৯৫ এপ্রিল ১৫, ইরাক্তা অশুম হায়না খঙহনখি । অদুবু বাঘদাদতা য়াম্না চাওবা এন্টি - আমেরিকাগী সভা যাত্রা চৎতুনা ইউ: এন: গী ডোল্লার বিল্লিয়ন অনি য়োনবা অদু য়াখিদে । ৮

হান্নগী সিপাইগী মকোক, লেপ্তেনেন্ট জেনরেল হুসেইন কমাল হসান, সাদ্দামগী মমাক্নি অমসুং অরোনবা ৱা তান্ননিংঙাই ওইবা মহাক্না সাদ্দাম্বু তাম্থোক্তুনা ইরাক্কী মকোক থঙবা নুপা অদু ওইনিংঙি । মহাক্না জোর্ডান্দা চেনখিরমই । "ঐখোয়না ইরাক্কী মনুংদা থবকশিং তৌগদবনি

অমসুং সাদ্দামগী সাসন লঙখাইগদৌবনি," মহাক্না হায়খি ।

অরোনবা সিপাইশিংনা কমাল হসানবু জোর্ডান্দা লোন্না হাৎখি ।

ইকুই কুইদনা, ১৯৯৬ দিসেম্বর ১৪ দা সাদ্দামগী মচা উদয় হুসেইনবু ইরাকী ওপোজিসন কাংবু, ইস্লামিক ডাৱা পার্টীনা মাগী হাৎনবগী থৌরাঙ তৌই হায়খি । ওর্গানিজেসন অদুনা বৈরুটতা হায়খি, "ঐখোয়গী থৌনা ফরবা শীল্লাংবা কাংবুনা ঈশ্বর অমসুং প্রজা ময়ামগী মরমদা লাল্লে - চুমই হায়না ঈশ্বর অমসুং প্রজা উদয় সাদ্দামগী মথক্তা হায়বা ঙম্ববনি ।" নুপা অসিনা (উদয়না) ঐখোয়গী লৈবাক শীনবা থুংনা লৈখা তাবা অমসুং পাপশিংগী মপাগুম্না তৌরে ।"

উদয় ১৯৯২ দগী মাগী নোংমৈ পায়বশিংনা মখুদাংদা নোংমৈনা কাপ্তুনা শোকহনখিবনি । কনানা হায়খি, গেনগ্রীন উদয় থিনা শোক্তুনা সাদ্দামগী মহুৎ শীনবা ঙম্লোইদৌরি । ৯

ইরাক হায়বদি থাইনগী মেসোপোটেমিয়া লৈবাক হায়বসি পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী অরিবা নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইরমই । "সাদ্দাম্না চিংনবা লৈতনা অকিবা শীজিন্নদুনা কন্নবা অমসুং মাগী সাসনবু চুমই হায়বা ইতিহাসদা মরী - মখোং পুন্না লৈরে ।" অসিগুম্না অপুনবা অমসুং আরবগী জাতিগুম্না পুনশিনবা অচেৎপা ইজিপকী লৈবাক্কুম্না ইরাক হায়বা লৈবাক অসি মীঁরৈবাক্কী পাঙ্গলশিং অসি মচেৎ মচেৎ তাবা, পুকোক অমতগী হৌরকপা চাওখৎত্তবা কাংলুপ অমসুং মীওইশিংদগী হৌরকপা মীওইশিং ওইরমই । "নেবুচাদনেজরগী বেবিলোন অমুক হন্না সাদ্দামগী যুগতা শেম্লে," হায়না চোক ইক্তুনা লাখ লাখ থনমই । অদুগা থাইনগী বেবিলোন শান্নবা হোৎরমই । তরুকশুবা শতাব্দীগী ৱায়েনবা মী ওই । নেবুচাদনেজরনা অরিবা উইলগী মতুংইন্না জুরুসালেমগী জয় তৌবা ৱায়েনবা ওইনা হিব্রুশিংবা কৈশুমশঙদা ফাদুনা থনমই । নুমিদাং অমগী পালন তৌবদা কুটনিতিশিংবু বার্ত্তন তৌরক্লদুনা মখোয়গী

মমিৎশিং অমম্বা মরুভুমিদা মথক্তা য়েঙননবা তৌরমই । সাদ্দাম অমসুং নেবুচাদনেজর অনি তশবিরশিং লেজরনা ঙান্দুনা থনমই । সাদ্দামগী মমায় মওংদা থাইনগী নুংদা হক্লগা শাবা নেবুচাদনেজরগী শকওং চপ মান্না শারমই ।

ইরাক্কী মরাইবকশি লাংদগী থোরকহনবা য়াদ্রবা অমগুম্না মেসোপোতেমিয়াগী পুরানগুম্না লিরবা ব্বারীগা চয়েৎনৈ । গ্রীকশিংনা মেসোপোতিমিয়া, তুরেলশিংগী মরক্তা লৈবা লৈবাক হায়না খঙনরমই । মমাংঙৈগী ব্বারীশিংদা বেবিলোন সহরগী ব্বারী, পুং ২৪ না নোংমা ওইবগী ব্বা অমসুং এলজেব্রা হৌদোকপা ইহান হানবা লৈবাক্নি । লমদমশিংগী তমথিবা সরকার শেম্বগী খ্বাইদগী ব্বাংবা ব্বারী ওইবনা সাদ্দাম্না মমাংঙৈগী সাসন শেম্বগী মচাক ওইখি । মাইকেভেল্লীগী "প্রিন্স" গুম্না সাদ্দামগী ব্বাংলবা অদর্শনি । সাদ্দাম্না লৈবাক পিকচরবসু, নেবুচাদনেজ্জরগী স্বপ্ন ফঙবনা সন্ধী অমসুং লাঞ্জাও লাকপা মতমদা অতৈ লাইবাক্কী লুচিংবা কয়াগা মান্নদবা হেক্তা য়াওরকই । অদুনা ইরাক্কী লাম্বা লৈবাক কুন্নিপালগী মায়য়োক্তা উপসাগরগী মায়য়োক্তা লেপ্পা ঙম্বনি ।

ইরাক-ইরান (১৯৮০-৮৮) নত্রগা ইরাক-কুয়েট (১৯৯০ - ৯১) ওইবা য়াই কর্দশিংবু নত্রগা শিয়াটশিংবু তানবা ওইরবসু পোত্থাবা খঙদনা মখোয়গী মথক্তা লাল তৌরমই ।

যিশুশিংগী মথক্তা লাল তৌবনা আরব লৈবাক্কীশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী চাওবা পিবা ঙমগনি হায়বা সাদ্দাম্না খঙখি । অদুনা ইস্রাইলদা জেরাল্দ বুল্লনা শাবা পৃথিবীগী মনুংদা ফুট ৪০০ শাংবা, লৈবাক অমা, সিরিয়া লান্না তোপ কাপ্পবা শারমই ।

উপসাগর লাঞ্জাও কনানা ঙমখি হায়না হঙবদা, মীপুম তিংনা লাওনরকই — সাদ্দাম হুসেইন ! উপসাগরগী লাঞ্জাওশিংগী মনুংদা

সাদ্দামগী লাঞ্জাওনা পেলেষ্টাইনগী লৈবাক শেমলে, গাজা ষ্ট্রিপ, ৱেষ্টর্ন বেঙ্ক অমসুং গোলান হৈটপু ইউ: এস: প্রসিদেন্ট বিল ক্লিন্টন, লেবানোন লৈবাক্কী হুসেইন, সীরিয়া লৈবাক্কী নিংথৌ আসাড অমসুং পেলেষ্টাইনগী চীয়ারমেন, য়াসর আরাফাটকা লোইননা লৈবাকশিং অদু মাগী মাগী লৈবাক্তা হল্লিবগী সন্ধি তৌনখি। মমাংঙৈগী ১৯২২ গী বৃটিশ এম্বাসাদোর সার পর্সি কোক্সনা য়াখল তৌদনা মাগী কলম্না চিংলম্বা নক্সা অদুগী ফল উপসাগর লাঞ্জাওদতা মরোল থোক্লমই। ইরাক্না ইজ্রাইলদা জেরান্দ বুল্লগী ফুট ৪০০ শাংবা নিসান তৌদুনা অমসুং স্কুড মিসাইলশিং ইজ্রাইলদা ধমকী পিবদি নাথৈদুনা লৈখি। অদুবু উপসাগর লাঞ্জাও লোইরবা তুংদা সাদ্দাম্না পান্নম্বা পূম্নমক ইজ্রাইল, সীরিয়া, জোর্দান অমসুং ইরাক্কী লম অমুক য়েঙ্খোকখি ।

পন্দুপ ২০

# ইরাক্তা কুর্দশিংগী মরাইবক

সাদ্দাম্না ১৯৮০-৮৮ গী ইরান - ইরাক লাঞ্জাওদা কুর্দশিংনা ইরানবু লান্দা লোন্না তেংবাংবগী দন্দি ওইনা হুচেনবা গ্যাসনা হালাবজা সহরদা কুর্দ ৫,০০০ হাৎখি অমসুং খুঙ্গংশিং লিশিং কয়া মাংহনখি । ১৯৭৫ দগী কুর্দশিংগী খুঙ্গংশিং মঙাগী মনুংদা মরী চিংথেকখি । কুর্দশিংগী মরন্নাই রাজ্য অমা শেম্নবা হোৎনবদা অহানবা ওইবা নত্তে । ইরাক্তা সাদ্দাম্না চহি কয়া মখোয়বু হাৎতোক্লবা অমসুং ইরাক্তগী তাম্থোক্লবা হোৎনদুনা লাকইবনি ।

কুর্দশিংগী পারী - পুরীদি মেসোপোটামিয়াগী চহি লিশিং কয়াদগী য়াওরক্লবনি । মখোয়বু তরেৎশুবা সতাব্দীদা কুর্দশিং কৌরমদে অমসুং মখোয় পুম্নমক ইস্লাম ধর্ম্মদা ওম্থোক্লমই । মীকোক্তি কোটি ১°৪ অমসুং ২°৮, সুন্নী মুস্লিমনি অমসুং মরোন্না নোংচুপ ইরানগী পার্সিনি । মখোয়গী লৈফমশিংদি ইরানগী জাগ্রো ইরাক, সীরিয়া অমসুং নোংপোক থঙবা টুর্কি য়ৌই । টুর্কশিংনা কুর্দশিং উপজাতি খরবু তরামাপনশুবা শতাব্দীদা অর্মেনিয়ানশিংবু হাৎনবা হৌখি । কুর্দশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী ইতিহাসদা ফাওবদি ৱারী লিনরবা লুচিংবা সালাদিন্নি; মহাক্না রিচার্দ, নোংশাগী থম্মোই চেনবা হায়বা অদুগা লানথেংনরমই অমসুং ইস্লামবু লান্দারক্লিবা ক্রুসেদরশিংদগী কনখি ।

অহানবা পৃথিবী লাঞ্জাওগী মমাংদা কুর্দশিংসি অট্রোমান অমসুং পার্সী সমাজগা মচেৎ মচেৎ তারমই, সেভ্রেসগী সন্ধীগী মতুংদা মখোয়না



COURTESY : THE TELEGRAPH

মফটী ফিজ্জেৎতা সাদ্দাম



COURTESY · THE TIMES

ইউ: এন: টীম্না মিসাইল বুলদোজরনা থুগাইবা

কুর্দশিংগী অপুনবা রাজ্য শেমগনি হায়রমই । মদু তৌবিখিদে । মসি ১৯২০ দনি ।

কুর্দশিংনা ১৯২৫ দা টুর্কিগী মায়য়োক্তা লান হৌখিবদা লানহৌবা অদু নমথখি ।

১৯৪৬ দা কুর্দশিংগীদমক সোভিয়েটনা "মহাবদ" কৌবা ইরান্দা রীপব্লিক অমা শেমখি । সোভিয়েটনা হন্দোকখিবদা রীবব্লিক অদু ইরানগী লাশ্মীনা লঙখাইখি ।

১৯৬১ দা ইরাক্কী সাসনগী মথক্তা খুৎলাই পায়বা কাংবু অমা মুষ্টাফা বার্জানিনা শেমখি ।

১৯৭০ দা ইরাক্কী বাথ পার্টীনা লান হৌবা কুর্দশিংদা মশাগী সাসন পিনবা হোৎনখি । তৌইগুম্বসুং মদু কাইখি । ১৯৭৪ - ৭৫ দা ইরানগী শাহগী মতেংনা কুর্দশিংনা ইরাক্কা খৎনবা অদু চৎথরমই তৌইগুম্বসুং শাহ অমসুং সাদ্দাম্না করার অমা তৌনবা অদুদা ইরাক্না শাট্ট অল-অরাব ঈশিংগী লম্বী পিবা য়ানবা মতুংইন্না কুর্দশিংদা ইরান্না মতেং পিবা লেপলমই ।

১৯৮৮ দা কুর্দশিংনা ইরানবু ১৯৮০-৮৮ ইরান - ইরাক লাঞ্জাওদা মতেং লোন্না পাংবগী হলাবজা সহরদা মনিলগী হুনা কুর্দশিং ৫,০০০ অমসুং খুঙ্গংশিং লিশিং-লিশিং মাংহনখি । ১

সাদ্দাম্না উপসাগরগী লাঞ্জাওদা জানুৱারী ১৬ তগী ফেব্রুৱারী ২৮, ১৯৯১ দা ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংগী মফমদা মায়থিরদুনা পোখাবা লৈতনা ইরাকী প্রজাশিংবু করিগুম্বা অরুবা থবক অমদা মায় পুনহনখি । অদুগী মথক্তা উপসাগর লাঞ্জাও অদুদা কুর্দশিংনা সাদ্দাম্না ইজ্জৎ লোইনা মাংলবা মতম অদুদা মনিং তম্নবা হোৎনখি । মদুদা ইরাক্কী লৈবাক মনুংদা মার্চ/এপ্রিল, ১৯৯১ দা সাদ্দামগী লাশ্মীনা কুর্দশিং,

টুর্কী, অমসুং ইরান্দা লাখ্ কুন্থ্রারোম মথক্তা উন্না কুপ্লবা চীংশাংশিং অমসুং চরাম্নবনা থল্লবা খোং লম্বীশিংদা টুর্কী, ইরান অমসুং আরবকী রাজ্যশিংদা চেন্নখি। মীচেনশিং, রীফ্যুজীশিং অদুগী মতেং পাংবিনবা জাতি অমতা লৈরমদে। সাদ্দাম্না উপসাগর লাঞ্জাওদা মায়থিবা মতম অদুদা কুর্দশিংনা এর্বিল, কির্কক অমসুং সুলাইমানিয়াহ্ সহরবু ইরাক্কী সাসন্দগী মনিং তমহনখি। মখোয়না হাজি গিওর্জ বুশ কৌরদুনা আশিব্বার্দ তৌরম্মী অমসুং মেক্কাদা কুর্দশিং খর ঈশ্বর খুরুম্বা চৎনরম্মী। লাইবক থিবদি ইউ: এস: প্রসিদেন্ট বুশনা মখা তানা মখোয়বু মতেং পিরমদরে। মার্চ্চগী অরোইবদা সাদ্দামগী হায়বা ইনবা সিপাইশিংনা কুর্দশিংবু লান হৌবা অদু শুদৎখি। হান্নগী কুর্দশিংগী মায়থিবা পরেংশিং অদুগী মশীং হেনগৎহনখি। মার্গরেট থেটচরনা এপ্রিল ৩ দা হায়খি, "কুর্দশিংদি ব্বা ঙাংদে, মখোয়না দরকার ওইবদি থবক ওইনা তৌবা য়াবনি। প্লেনশিং মদুদা দম্বুরশিং, চানবা অমসুং লুম্বু লুম্বু শাবা কমপোরশিং ফঙবা মীগী লৌশিংগী ব্বাংমদা নত্তে। মসিদা আইনগী ফজবশিংদা লেপ্পগী ব্বাহং নত্তে। ঐখোয়দি হৌজিক চৎপা তারে।" অদুবু কনাগুম্বা লৈবাক অমদা লালহৌবা ফোংনা পাংবা অদুদি কনাগুম্বা রাজ্য অমনা খুৎ থাঙ্গৎপা লুনা থোকই। তিংঙক্সা খঞ্জানদুনা প্রসিদেন্ট বুশ নত্রগা প্রধান মন্ত্রী থেটচর নত্রগা প্রধান মন্ত্রী মিট্টরান্দ লৈরম্মী। উপসাগর লাঞ্জাও, অদুগী ফিবম য়ৌরবদি কুর্দশিংদা মশানা থাদোকপা দরকারনি। মনিংতম্বা ফঙজহৌরগা ফরে নত্রগা অওইবা হায়বা অদুনি। কুর্দশিং অমসুং শিয়াইটশিংবু ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংনদি সাদ্দামবু ইরাকী প্রসিদেন্টতগী লৌথোক্কদ্রা হায়বা কেপিটোল হিলদা নত্রগা ১০, ডাব্বনিংদা চিপক চিপক তান্নখি। অদুবু থোক্লিবা পোলিসী অদু থোকপগা পংঙাং ঙাংনবা অদু কান্নদে। মরমদি লাঞ্জাওগী খৎনবা অদু ফেব্রুব্বারী ২৮ দা উপসাগর লাঞ্জাও অদু লোইখি। অদুগা ব্বারেপনবদি ইরাকপু অমুক হন্না প্রজাশিংনা (ইরাক্কী) লৈবাক মনুংগী লান অমুক থোকপা পান্নমদে। সাদ্দাম্না কুর্দ

লানহৌবশিংদু সাদ্দাম্না মহাক্কী হায়বা ইনবা সিপাইশিংনা শাথিনা নমথরম্মী । রীফ্যুজি লাখ কুম্ব্রানা টুর্কী, ইরান অমসুং আরব রাজ্যশিংদা অঙাং - নুবী অমসুং মশা চেনশিন্নখি । প্রসিদেন্ট বুশগী মথক্তা নোংচুপ ইউরোপ রাজ্যশিংনা করিশু থবক পায়নিংদবা অরুম্বা অদু মথক্তা তাখি । ২

হান্না ওইরম্বা প্রসিদেন্ট বুশনা ইরাকী লুচিংবা সাদ্দামগী রাজনিতি অসুম লৈহৌনবা মপাঙ্গল অদু হম্থনা পার্সী উপসাগর লাঞ্জাওগী মতুংদা লৌখি অমসুং সাদ্দামগী তৌবা ঙম্বা মরুপশিংনা মখা তানা ককথৎনবা তৌবা ঙমখিদরে হায়না অহ্নাবা ফোংদোক্লি । "ঐনা মশীংথিবা শোইরে," মি: বুশনা হায়খি । "ঐনা খল্লম্মী, মহাক্তি চৎচম্ব্রনি ।"

মি: বুশনা জানুৱারী ১৫, ১৯৯৬ দা উন্নবদা বি: বি: সি: গী ইন্টর্ভিউদা হায়খি, সাদ্দামবু শাথিবাগুম্না মহাকপু বাঘদাদতা থিবা অসি অরানবা ওইগনি অমসুং ইরাকী লম লৌশিনবা লাম্মী কুৱেটতগী তাম্থোকপ্রগা লাঞ্জাও অসি লোইবগা মসিনা মচুম্বা রায় ওইগনি । মার্চ্চ ৩ দা, ইরাক্কী সাফৱান্দা, উপসাগর লাঞ্জাওগী ইউ: এস: না লমজিংবা ময়াম পুনবগী কম্মান্দরনা জেনরেল নোর্মান সৱার্জকোপনা ইরাক্কী হায়জবা অমদা ইউ: এস: গী লাম্মী মনাক নৎত্রবদি ইরাক্কী খুৎলাই পুবা হেলিকোপ্টরশিং পাইবা য়াখি । সাদ্দাম্না নোংথক্কী পাঙ্গল অদু টেঙ্কশিংনা অমসুং লাঞ্জাওদগী লেমহৌবা কংফালগী খুৎলাইশিং পায়দুনা লানহৌবা কুর্দশিং অমসুং শিয়াট লিশিং-লিশিং হাৎনবা শীজিন্নখি । "ঐখোয়না হেলিকোপ্টরশিংনা পায়বা অদু তোংঙান্না লৌবা য়াই," মি: বুশনা হায়খি । "অদুনা ঐনা খল্লি, মসিদা ঙাংননবগী মফম খর লৈ ।"

সাদ্দামবু সাফৱান্দা কৌবা থাজদবা অদুগা পাম্বসু পামদবা ফল ফংলম্বা য়াই, অদুবু ইরাকী লুচিংবনা থিংদুনা ইউ: এস: লাম্মীবু মহাকপু ফানবা বাঘদাদ চৎহনবা তাই । "শাগুম্বা দিক্টেটর অসিগী পৃথিবীগী

মনুংদা চংজফম খ্বাইদগী ফবা, সহরগী লান মচা য়াওনা,” মি: বুশনা হায়খি । “মসিনা নিয়ম নত্তে মদুদি ঐনা ৱাখল খন্নিংলিবা অমসুং ঐনা খল্লি, ইতিহাসনা হায়গনি ঐখোয়না অচুম্বদি তৌরম্বনি ।”

“আশা তৌই, অঙাওবা নুপা অসি অদুম চৎচগ্রনি,” মি: বুশনা ইরম্মী । ৩

সাদ্দাম্না ইচুম - চুম্না ময়ামগী অশাওবা অমসুং য়ানিংদবগী পান্দমফম ওইবদি, জিওর্জ বুশতি নোংচুপকী থবক পাংথোক্তবগী য়ানিংদবগী ময়াম্না চৈথেং পিনরক্লম্মী । হান্নগী প্রসিদেন্টনা করিগীদমক লানহৌবা (কুর্দশিংবু) মতেং পিনিংদ্রিবনো হঙনরম্মী, মহাক্না (সাদ্দাম্না) রাজবিদ্রোহী অদু মায়থিদুনা চেনবা ওইখি । “মরাইবক থিরবা আত্মাশিংদুনা টুকীদা চেনশিঞ্জনবা ... বুশনা লঙশেকপিরবা ফ্লোরিদা গোল্ফগী লম্বীদা ১৮ শুবা মখুন্দা লৈবনা, নহাকপু মসিদা শান্তিনি লাঞ্জাওনি, মদুদি নরক্লি ।” ৪

ফরাসীনা হায়খি, খুৎলাই লেপ্পা মওং নাইনা চৎনগদৌবনি । ফরাসী প্রসিদেন্ট ফ্রানকোইস মিট্টরান্দনা মীনুংশি খঙবা উৎকদৌবনি । বৃটিন্না দোল্লার কোটি মরী প্রধান মন্ত্রী জোন মেজরনা পিখি । জর্মনীনা চান্ন - থক্লবা প্লেন মরী অমসুং ফরাসীনা অনি পিখি । প্রসিদেন্ট বুশনা কাইনথংদা, দোল্লার কোটি অমা কুর্দশিংগীদবক পিখি । ইউ: এস: না উপসাগর লাঞ্জাও লান - নাবদা থাও হান্ননা উরবা খুদোংথিবদগী কন্নবা শাজেল তৌবদা নত্তনা, শরুক খর ওইনা মরুপশিংবু ঙাকথোকপা অমসুং ফি শেৎতবা থবক্কী খৎনবা হৌবা কাংবু দন্দি পিবতনি । বুশনা আশা থাদোক্তনা সাদ্দাম্না মশাগী সিপাইশিংনা মায়থিহনবা ঙাইবদা পাক ৱানা মতম অমসুং শেল চঙই, রাজনিতিগী ইজ্জৎ য়াওনা ।

রাজ্য অমগী লুচিংবা, গনতন্ত্র ওইবা য়াই নত্রগা ডিক্তেটর ওইবা

য়াই, ইউরোপ লৈবাক এসিয়া ওইবা য়াই, সাদ্দাম্না উপসাগর লাঞ্জাওদা মায়থিরবা মতুংদা মহাক্কী খুৎলাইশিং অমসুং আশাশিং পুন্না লৈননবা হোৎনবা মশীন্নি। মহাক্না শিয়াটশিংবু, থমকী পিদুনা নত্রগা সরকারগী থবকশিং মরুওইনা পিদবা নত্রগা শিয়াট মচা লিশিং হাৎতুনা মমাংঙৈদা তৌখিবা অদুম্না ১৯৯১ গী মতুংদসু ইরাক্তগী তাম্বোক্লবা হোৎনৈ।

আগষ্ট ২৭, ১৯৯২ দা শিয়াটশিংবু সাদ্দমগী মখা থংবা অমসুং অৱাং থংবা ইরাক্তগী হাৎতোকপা নত্রগা তাম্বোকপদগী ঙাকন্নবা ইউ: এস: নো - ফ্লাই - জোন হায়রিবা ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংগী লাশ্মীশিংনা থমখি। মরু ওইনা খ্বাইদগী পাঙ্গল কনবা ওইবনা ইউ: এস: না মরু ওইনা থৱাই য়াওনা শীনখি।

সাদ্দাম্না উপসাগর লাঞ্জাওগী তুংদা বস্রা সহরদা ইহান হান্না মহাক্কী মশক উৎপদা লাঞ্জাও অতোপ্পা অমা ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংগা দরকার ওই। জুলাই ১৩, ১৯৯১ দা হায়খি। মরমদি "ইউনাইটেদ ষ্টেটনা ইরাকপু আক্রমন অমুক তৌরি।" ইরাক, প্রসিদেন্ট হুসেইন্না হায়খি, "মশাবু, ঙাকচনবা অচঙবা খোংথাং লৌবা তাই।"

প্রসিদেন্ট বুশনা অন্তরজাতিগী ইউ: এন: চীফ ইন্সপেক্টর রোল্ফ ইকুইজ অমসুং মহাক্কী খোংবুনা খুৎশু-খুৎলাইশিং থিবদা সাদ্দাম্না অপনবা পিবগীদমক লাঞ্জাও অমা দরকার ওইরে হায়রম্মী। সাদ্দাম্না হায়রম্মী, ৱাশিংটোন্না পান্দমফম কুনখক্কী মফম য়েঙগে হায়বদা য়াখিদে। ইরাক্না ইউ: এস: অমসুং মাগী মরুপশিংনা নিংজবশিং য়াররোই শিখাং খাংলম্মী। বুশনসু নিউক্লিয়ার থিবা কাংবু য়েঙহন্দবদি মিলিটারীগী থবক পায়খৎকনি হায়না কিহনখি। ৫

জোর্দান্দা চংজফম নিখিবা লেফ: - জেন: হুসেইন কমেল হসন্না সাদ্দামগী থাক ৱাংবা খুৎলাইশিং শীন্নরমই। মহাক্না হায়খি, সাদ্দাম্না এটোম বোম্ব চাং য়েঙগদৌবা ১৯৯১ গী গল্ফ লাঞ্জাও থোক্লমদাইগী

থা অহুমদা মঙাইরে তাকথোকখি। মস্মাক অমসুং মাগী মনাও, প্রসিদেন্টগী গ্যার্দ সাদ্দমগা য়ানদদুনা আগষ্ট, ১৯৯৫ দা জোর্দানগী নিংথৌ হুসেইনগী মফমদা চেনশিল্লবসু মহাক্কী অরোনবা মীশিংনা হাৎখি ।

ইউ: এন: চীফ ইন্সপেক্টর, রোল্ফ ইকুইজ অমসুং মহাক্কী কাংবুনা বাঘদাদ অমসুং ইরাক্কী মফম কয়াদ খুৎলাইশিং, মিসাইলশিং, স্কুদশিং অমসুং খুম্মাং চাওশিনবা খুৎলাইশিং থিখিবদা মরুওইনা নিউক্লিয়ার মচাকশিং থিখি ।

জানুৱারী ১৩, ১৯৯৩ দা ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংগী সিপাইশিংনা ইরাক্তা ধমকি পিখি । জানুৱারী ১৭ তা ইউ: এস: তোমাহাৱক মিসাইলশিংনা বাঘদাদকী মনাক্তা লৈবা নিউক্লিয়ার শাফমদা কাপশিনখি । জানুৱারী ১৯ দা ইরাক্না মতোমতা য়ানা 'নো - ফ্লাই - জোন' হায়বা লমশিং মরুপশিংগী সিপাইশিংনা ঙাক্লিবা অদু য়াজখিবা তারমই ।

জানুৱারী ২৬ তা ইউ: এস: এরোপ্লেন অনিনা ইরাকী রেদরগী মফমশিং থুগাইখি ।

জুন ২৭ তা ইউ: এস: না মিসাইলনা আক্রমন ইরাক্তা তৌরমই । প্রসিদেন্ট বিল ক্লিন্টোন্না হান্নগী প্রসিদেন্ট গিওর্জ বুশপু কুৱেটতা সাদ্দামগী অরোনবা ইরাক্কীশিংনা হাৎকে তৌরম্বগী ফাগৎখি । কাংবু তরামরি, তরামথোইনা ইরাকী অমসুং কুৱেটনা অহুম্না হাৎকে তৌরম্বদুগী ফাগৎখি । শাওদুনা মিসাইলশিং কাপশিনখি । জুন ২৮ দা ইরাক্না মথোং হুক্তবগী ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিলনা ইউ: এস: বু ইরাক্কী মথক্তা আক্রমন তৌনবা হায়খি । মদু কাওন্সিলনা ইবাক্কী ইউ: এন: গী সি[illegible]না য়াদবগীনি । জুলাই ২৩ দা ইউ: এস:গী জেট ফাইটরশিংনা [illegible]ক্কী মিসাইলশিংগী মফমদা কাপশিন্দুনা থুগাইখি । কিহনবা, অদু[illegible]থক্তা সাদ্দাম্না ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংনা

ইরাকপু উপসাগর লাঞ্জাও থোক্লবগী মতুংদা লল্লোন - ইতিক্কী অথিংবা অমসুং ইরাক্কী মনিং তম্বা মপুং ফাদবা অমসুং লাঞ্জাওদা মায়থিবা লৌথোক্লবা খোইরাঙ-খোইশাওনবা লৈবননি । মদুদগী নাম্থোক্লবা সাদ্দাম্না হোৎনদুনতা লৈরম্মী । অমরোমদা সাদ্দাম্না পিকচরবসু ইরাক্তা অথিংবা পিবা পাল্লমদে ।

সাদ্দামবু তৎতনা হাৎননবা অরোনবা সিপাইগী অচৌবা ওফিসারশিংনা হোৎনরমই । মদুদা ইউ: এস: গী সি: আই: এ: না কয়া য়াম্না অরোনবা খুশিল-থৌরাঙদা য়াওবগে হায়বদুদি খঙবা ঙমদে । ইউ: এস: গী সি: আই: এ: না খাবৈ-খরা শাবা হায়বা অদুদি স্বত সিদ্ধনি । সাদ্দামগী প্রসিদেন্ট গ্যার্দ তৌবা ওইনা টাক্রিটী খুঙ্গং, মহাক্কী পোকফম ইরাক্কী মীশিংগী খ্বাইদগী থাজবা মীশিংদা শিন্নে । সাদ্দামবু লৌথোক্লবা ১৯৯২ নবেম্বরদা ইজ্রালী সিপাই মঙানা সাদ্দাম তম্না মিসাইল কাপ্পদা থব্রাই মাংখি অমসুং ১৯৯৫ দা চহিগী হৌগৎলকপদা জেনরেল মহম্মদ মাজলোম অলদা-ইমিয়ানা সাদ্দামবু লোন্না হাৎকে খুজিল থৌরাঙবা অদুদা ঙমদদুনা মহাকপু লালহৌবগীদমক ফার্সি তৌখি ।

মরক মরক্তা সাদ্দামবু হাৎকে হোৎনবা ইরাকীশিংনা মহাকপু য়ানিংদবা লৈ হায়বসি ইরাক্কী মরু ওইবা গন তন্ত্র চৎপা রাজ্য চৎনিংদবা অমসুং জাগীরদারগী থাইনগী সাসন পাম্বা লৈবাক্লি হায়বা তাক্লি । আরব রাজ্যশিংগী মরক্তা অয়াম্বনা গন তন্ত্র চৎপা পামদবা লৈবাক ওইনা তৌই ।

**ইজ্রাইল অমসুং পেলেষ্টাইনগা স্বত্ব - শাসন পিবা য়ান্নবগী সন্ধী তৌবাঃ**

প্রসিদেন্ট সাদ্দামগী কালেন ময়াই চল্লকপা মঙদা পৃথিবী অহানবা পাঙ্গল ওইরিবা ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংবু ১৯৯১ জানুৱারী ১৬ দা লাঞ্জাও তৌবা হৌবদি ডোন কুইজোৎনা অশাংবা তা পায়দুনা নুংশিংকী

চক্রীদা লাল তৌগে থৌরাঙবগুম্বনি ! জেরাল্দ বুল্লনা শাবা ফুট ৪০০ শাংবা তোপনা সাদ্দাম্না জোর্দান রাজ্য লান্না কাপ্পুনা অমসুং স্কুদ মিসাইল নিপাল খক ইজ্রাইলদা কাপ্পুনা নোংচুপ এসিয়াদা লাঞ্জাও তৌবদি নোংচুপ জেনরেলশিংনা সিপাইশিং য়াওদনা খ্বাইদগী মাংবা-তাকপা লাল হৌদোকখি । অসিগুম্বা উপদ্রোপকী লাঞ্জাও অমসুং ময়াই ওইবা যুগকী ৱাখল খনবা ইরাক্কা শান্তি ওইনা লৈনবা হায়দুনা ইজ্রাইল প্রধান মন্ত্রী যিজটেক রাবিন্না মশানা য়ানা ১৯৬৭ অমসুং ১৯৭১ গী লালফমদা লৌশিল্লকপা ৱেষ্ট বেঙ্ক, গাজা ষ্ট্রিপ অমসুং গোলান হৈতপু পেলেষ্টাইন লিবরেসন ওর্গানাইসনগী যাসর আরাফাটতা হন্দোক্নুনা স্বায়ত্ত-সাসন পিবা ১৯৯৩ সেপ্টেম্বর ১৩ দা ৱাশিংটোন্দা পি: এল: ও: বু জেরুসালেমদা শকখঙনবগী সন্ধী তৌখি । জোর্দানগী মহারাজ হুসেইন্না আরাফাটকা লোইননা জোর্দানগী ৱেষ্ট বেঙ্ক অমসুং গাজা ষ্ট্রিপ ইজ্রাইলদগী হন্দোকপা য়াখি । মথংদা সিরিয়াগী প্রসিদেন্ট হাফেজ অসাদনা ১৯৬৭ তা ইজ্রাইলনা লৌশিনখিবা গোলান হৈতপু হন্দোক্লবা হায়নখি । অদুবু শান্তি পাম্বা যিজটেগ রাবিনবু ১৯৯৫ নবেম্বর ৪ দা য়িগাল অমিরনা য়ানিংদবা ওইনা হাৎখি । আরব রাজ্যশিংনা ক্রক - ক্রক ইন্নদুনা লৈবা লমদা ইজ্রাইলনা মতম পুম্বা লাঞ্জাও থোক্কদৌবা ফিবমদা লৈবা প্রদান মন্ত্রী রাবিন্না হায়খি, "পেলেষ্টাইনশিংগা ইজ্রাইলগা মরীতা নত্তনা অহোংবা পুরক্লবগী খুদোংচাবা য়াম্না লৈ হায়না ঐনা খল্লি, তৌগুম্বসুং মসিনা ইজ্রাইল অমসুং অতৈ আরব লৈবাকশিংগা অমসুং প্রজাশিংগা খৎনবা তাইশিন্নবা ঙমগনি ।" অদুবু শান্তিগী লম্বীদা পুরকপদি চৎনবা লম্বী অদু তিংখংশিংনা থল্লবনি অমসুং ৱানা চৎনগনি । শান্তিগী লম্বীদা পুরকপদি থাদোকপা হায়বা দরকারনি ।

সীরিয়াগী প্রসিদেন্ট হাফেজ অসাদনা ইউ: এস: প্রসিদেন্ট বিল ক্লিন্টোন্দা হায়খি, ১৯৬৭ তা ইজ্রাইলদা খুদুম চনখিবা গোলান হৈতগী মপুং ফানা হন্দোকস্লবা মতুংদা অমসুং লেবানোনগী মথাথংবা মাইকৈদগী

হনদোকখ্রগা মপুং ফানা শান্তিগী ব্বারী শাবা য়াগনি । সীরিয়া অমসুং লেবানোনদি ইজ্রাইলগা লাল তৌনরিবা লৈবাকশিংনি অদুনা নৌনা সীরিয়ানা য়ান্নবা দরকার ওইরমই । সীরিয়াদী ইউ: এস: গী রাজ্য দিপার্টমেন্টগী খন্দোক্তুনা থম্লবা "টেরোরিজম" শৌগৎপা লৈবাক্লি । অদুবু ইউ: এস: প্রসিদেন্ট বিল ক্লিন্টোন্না দামাসকসতা ১৯৯৪ ওক্টোবর ২৭ তা লাক্তুনা ইজ্রাইলগা সীরিয়াগী মরক্তা শান্তি পুরক্লবা হায়খি । মহাক্লসু গোলান হৈত হন্দোক্তুনা শান্তি পুরক্লবদি আরবশিংগা অমসুং ইজ্রাইলশিংগা শান্তি, মরা চেৎপা অমসুং নুংঙাই-য়াইফবা পুরকপা ঙমগনি হায়খি ।

অদুম ওইনমক ইস্লাম ধর্ম্ম চৎপা পেলেষ্টাইনশিংগা অমসুং যিশুদিশিংগী মরক্তা জেরুসালেম সহরদি পি: এল: ও: গী কোনুং ওইবদি জাতি অনি অসিগী ধর্ম্মগী হৌরকফম অশুক্কী মতিক পিক্লবা লম অসিদা নক্লনা লৈ 'তেংথাবা চেকপলগা' যিহুদীশিংগী ধর্ম্মগী মফম ওইনবা মফমনি, অহুশুবা শেংলবা অল অগসা মসজিদ মনাক্তা ইজ্রাইলনা তৌবনা মুস্লিমশিংগী অশেংবা লাইখুরুম্বা মফম শোকপনা অমসুং হেব্রোনগী ৱেষ্ট বেঙ্কতগী ইজ্রাইলনা কায়দনা হন্দোকউ নিংঙাই তৌনখি । অদুবু শান্তি লৈবনা সন্ধীদা য়ান্নখ্রবা য়াবা তাবনি ।

অদুনা শান্তিগী থৌদৌ মতা অদু য়াম্না কান্নদবা লৌনমশিংনা পিক থল্লি, অদুবু শোইদনা খৎন - খৎননা লোইগনি ।

ইউ: এন: না থাওগী থিংবা লৌথোকপা ঃ

১৯৯০ আগষ্টতগী ইরাক্কী মথক্তা থম্বা থাওগী অথিংবা অদু চহি তরুকলোম শুরক্লবা মতুংদা ইউ: এন: না ১৯৯৬ দা লৌথোকখি । সাদ্দামদি রাজনিতিদা তৌশিন্নবা অমসুং লৌনমগী মপুনি । ১৯৯৫ দা সাদ্দাম্না ইউ: এস: অমসুং মরুপশিংগী মথক্তা লাম্মী ৪০,০০০ না কুৱেটপু লান্দাগে মতৌ মান্না মাগী সিমানা ময়াদা লাম্মী অদু

চৎশিন্নে । আমেরিকানা সেতিলাইটকী তশবীরশিংনা সাদ্দামগী লাম্মীগী কুবেটকী সিমানাদা লাম্মী পৈশিনবা অদুনা লালগী শেম - শারে হায়দুনা উপসাগর লাঞ্জাও অনিশুবা থোক্কদ্ররা হায়না মীপায়নখি ।

রাজ্য অমগী তৌশিন্নবা তাংনা কুটনিতিগী অহানবা পারানি । অদুগী মথক্তা সাদ্দাম্মা তৌবা তাংশিংদি তোইনা থোকপনা মদুগী মমল হস্থনা উই ।

পেন্তাগোন্না সাদ্দামগী লাম্মী কুবেটকী মাইকৈরোমদা " মতৌ মান্দনা চৎপা" অদু ইউ:এস: লাম্মীনা ইরাকী মথক্তা শীজিন্ননবা লৈবা অদু মিকুপ - নাহুম শিংনা লৈ হায়না লাওথোকখি । ১৯৯৫ আগষ্ট ১৮ দা খুৎশু - খুৎলাইশিং, টেঙ্ক, এমুনিসন, মেরাইনশিং আমেরিকানা কুবেটলোমদা পুরকলমই । অদুগা সাদ্দামবু কুবেটকী মাইকৈদা, সিমানা য়াম্না নক্না লালগী শেম - শারিবা করি মরমগীনো হায়বদা মহাক্না ইরাক্কী সিমানা মনুংদা মাগী লাম্মী চৎচবা য়াদ্রা হায়না মরৈ - মরা তৌনা খুমদোক্লকই ।

অদুবু ইরাক্কী মথক্তা থম্বা থাও থাদোক্লবগী অয়াবা অদু ১৯৯৬ আগষ্ট ৯ দা দোল্লার কোটি ২০ গী হিসাব পিবা য়াখি । মরু ওইনা শুংদোক্লিবা থাওনি । ইরাক্তা থম্বা জহাজশিং য়েঙননবা মোনিটর তৌবা ২০০ দগী অকুপ্পা পাওশিং লৌরবা মতুংদা, সাদ্দাম্মা লৌনম তৌদে খঙলগা উপসাগর লাঞ্জাওদা মায়থিবগী খ্বাইদগী চাওনা পৈখৎলবা ইকাইবা অদু লৌথোকখি । ৬

থাওগী অথিংবা ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিলনা লৌথোক্লবা মতুংদা সাদ্দাম্মা করম্বা সত্রংগী খোংচৎ চৎকদৌবগী খোংথাং পায়রবগে হায়বা পেন্টাগোন্না বাখল খল্লি । ১৯৯৬ নবেম্বরদা ইউ: এস:মীখল লাকপদা সেনেটর বোব ডোল নত্রগা বিল ক্লিন্টোনগী মরক্তা করম্বনা হেন্না ইরাক্কা য়াম্নবা ? নত্রগা মখোয় অনি অমহান্না ?

কুর্ডশিংবু সাদ্দামা্না ময়ামবু এমনেষ্টী পিবা এর্বিল সহরবু অমুক হন্না খুদুমচনবা মতুংদা পিরে অদুগ মহাক্না মাগী 'নো - ফ্লাই - জোন' অনিগী মরক্তা লৈব উপুদগী নাম্থোকপা ঙম্না য়েঙলি ।

**প্রসিদেন্ট ক্লিন্টোন্না মীখলগী পুংলোন্দা জগোই শাবা ঃ**

১৯৯৬, সেপ্টেম্বরগী অহানবা চয়োলদা ইউ: এস: গী সাদ্দামবু শেন্নবা এর্বিল সহরদগী ইরাক্কী কুর্দিষ্টান্দগী পেট্রিওটিক ইউনিয়ন ওফ কুর্দিং ষ্টোন (কে: ইউ: পি:) গী লুচিংবা জলাল টালাবানিবু সি: আই: এ: মীচং য়াওদুনা পাল্লম্বা কুর্দিষ্টান ডেমোক্রেটিক পার্টী (কে: ডি: পি:) গী লুচিংবা মাসাওদ বর্জানিনা সাদ্দামগী মতেং লোন্না লৌদুনা লান খর শোক্লদুনা কুর্দশিংগী মীচেনশিং লাখ অমরোম থংনবা ইরান অমসুং অতৈ লমদা অঙম্বা খোংনা নত্রগা গাড়ীশিংনা চেন্নখি । অদুগা সাদ্দামগী লাশ্মী মফম অদুদা মতেং পিরগা কে: ডি: পি: বু এর্বিল সহরদা বাঘদাদতা থুনা য়াংনা হনখি । চৈরকশিদা ১৯৯৬ কী প্রসিদেন্টগী মীরেপ বোব ডোলনা বিল ক্লিন্টোন্দা আমেরিকা লুচিংবগী অশোইবা লৈবনা পূম্নমক থোকপনি হায়না মীখলগী পংহায় হায়নরম্মী । ক্লিন্টোন্না য়াম্না থুনা নৌহৌনা ক্রুইজ মিসাইলশিং ৭ বাঘদাদতা কাপ্লুনা ইউ: এস: না নুপা থোক্না প্রসিদেন্টগী মীখলগী ভোট খোম্বা কাংবু মমাংদা মমাংগী জিওর্জ বুশবু কুব্রেটতা ১৯৯৩ হাৎকে থৌরাঙলম্বদা ক্রুইজ মিসাইলশিং কাপ্পা অদুমগুম্না তৌবা হৌরক্লে । বিল ক্লিন্টোনবু ভিয়েটনামগী লাঞ্জাওদা ড্রাফ, লান্দা চৎপা য়াখিদে, অদুগা মহাক্কী প্রসিদেন্ট ওইবা মতমদা নুপা - নহাগী ঈরাঙ লৈখিবগী পাও ফঙনখি । "ক্লিন্টোননা অচুম্বা শাজৎ কী নিতিগী মীনি হায়রগা অদুগা মখল মখলগী মীনি হায়রে । মহাক্তি ওক্সফোর্দতা তম্লিঁউদা মারিজ্যুনা থকপনি হায়নবদা মহাক্না মনম অদু নমখিদে হায়খি । প্রসিদেন্ট ওইনা মহাক্না খাজনা - ককপরা হায়রগা খাজনা হেলহল্লে ।" ৭

লাণ্ড্রাওগীদমক ইউ: এস: না ধমকী পিবসিদা রাজ্য অমতনা মাগী মীচঙ বৃটিন নত্তনা ফঙখিদে । রুসিয়া, ফরাসী অমসুং চিনানা ইউ: এস:গী মথক্তা, ইউ: এন: গী সেক্যুরিটী কাওন্সিলদা ভেটো তৌগনি হায়খি । চিনানা ইউ: এস: না বাঘদাদকী মথক্তা পায়খৎপদা ইরাক্কী মনিংমখা তন্বা অমসুং রাজ্যবু মচেৎ তাদনবা ব্যবহার তৌগদৌবনি হায়খি । "নাইতোম তাবা লৈবাক অমতনা পৃথিবীগী লৈবাক মরা তপ্পদি থুগাইরোইদবনি । ইউ: এন: সেক্যুরিটী কাওন্সিল লৈরি অমসুং মসিতনা পাঙ্গল শীজিন্নবা য়াই ... কনা অমতনা পৃথিবীগী মরা তপ্পা থুগাইবা য়ারোই নত্রবদি আন্টরজাতিগী মরী লৈনবা লৈবাক সাসন লৈতনা লৈগনি," রুসিয়া বিদেশী মন্ত্রী য়েভগেনী প্রিমাকোভনা ইউ: এস: না অনিরক শুবা ক্রুইজ মিসাইলশিং কাপ্পদা হায়খি । সাওদি আরাবিয়ানা অনিরক ইউ: এস: গী কেম্প ময়াদা বোম্মা কাপখাইখ্রবা মতুংদা হন্দক ইরাক্কী মথক্তা লাল তাবা মতমদা সাওদি আরাবিয়াদগী এরোপ্লেনশিং পায়বিগনু হায়রম্মী । অদুনা বি:-৫২ বোম্বরশিং, ষ্টিলথ বোম্বরশিং এফ- ১১৭, ডিয়গো গ্রেসিয়া অমসুং পার্সী উপসাগরদা বোরা উচি ডিক্টেটর অসি সভাগী মমাংদা কুম্মৈ তৌগদৌরি ।

ইরাক্কী লুচিংবা অসিনা ১৯৯১ দগী মখল মখা অয়াম্বা কুম্মৈশিং তৌদুনা চহি তরুক শুরবা ফাওবা চাওয়েং য়েঙলি । ক্লিন্টোন্না মীখলগী মকোক ঙাওদুনা লাণ্ড্রাও অমুক হন্না ইরাক্তা তৌশিন্নবদি ভিয়েটনামগী লাণ্ড্রাও তারবদি, ক্লিন্টোন মশামক লাণ্ড্রাওগী সিপাইগী ভর্তি তৌবদগী চেন্দুনা লৈথোকখ্রবা মাদি লাণ্ড্রাওগী অকুপ্পা খঙলম্মোই । "নো-ফ্লাই-জোন," অয়াংথংবা ইরাক্তা নত্তনা মখা ওইশিল্লকপা মতমদা সাদ্দাম্না ইউ: এস: লাণ্ড্রাওগী এরোপ্লেনদা মিসাইলশিং সাদ্দাম্না কাপশিনখিদুনা ইউ: এস: বু অরুবা তাংফমদা তাননবা হোৎনরি । ইউ: এস:না খুদম চনবা পৃথিবীনি বিল ক্লিন্টোন্না হায়বা অসি খঙই। মহাক্না সাওদি আরাবিয়াদদি গনতন্ত্র চৎহনবা ঙমদে, পৃথিবীগী মনুংদা গনতন্ত্র পাম্বা

ওইনদি মতৌই । ইরাকপু ডিক্টেটর চৎপনি হায়রি । মতৌ করম্না অপিকপা লৈবাক হিংগদগে হায়বদি হোৎনবিদে । থাও পৃথিবীগী মনুংদা ৪০% থোকপা আরব লমদম অসিদা৫ শুবা ফ্লিটনা কুপয়েঙ য়েঙদুনা লৈরি । ইউ: এস: বু চৎলু হায়না তানবশি নোংপোক - ময়াই এসিয়াদা রাজ্য মশীং অসুম য়াম্লকই । মরাইবক থিবদি ইরাক্না উপসাগর লাঞ্জাওদা মায়থিব্রবা তুংদা, লিবিয়া, ইরান অমসুং সাওদি আরাবিয়া থোরকই । ইউ: এস:দা 'বার্লদ ট্রেদ ফায়ার,' ১৯৯৩ অমসুং নিউ য়োর্ক্কী লোঙ আইলেন্দ বোইয়িং অমা আগষ্ট ১৯৯৬ দা থুগাইবা অসিগুম্বনা য়াম্না থোক্লক্কনি ।

"ঐহাক্না সাদ্দামবু হন্থনা উক্করে," হান্নগী প্রসিদেন্ট জিওর্জ বুশনা ১৯৯৬, জানুৱারী ১৬ তা ৱাহৈদা তাখি ।

"সাদ্দামবু মাগী উপু মনুংদা থম্বিগদৌবনি," থবক্তগী পোখারবা নোংথক্কী লাম্মী জে: বষ্টর গ্লোসেন্না হায়রমই , "উপু মনুংদগী সাদ্দাম হুসেইন্না কাম্থোকলকপা মতমদা, ঐদি মহাক্না মতম কাইদনা তৌরক্কনি, ঐখোয়না মাবু মনুংদা অমুক হন্না থমগদৌবনি । তৌইগুম্বসুং থাঙ্গে শেংবা মদুদা মেংলবা ৱাহংদি ঐখোয়না পাওখুম মতম খুদিংগী খুমগদৌবা মহাকপু পংতি অদুদগী কাম্থোক্লপদা মনুংদা ইনশিনগদৌবনি অমসুং মদুনা মঙ্গল হায়বদু ওইরবনি ।" ৮ এরোপ্লেনশিংনা পাইবা য়াহল্লোইদবা মফমশিং, নো-ফ্লাই-জোনদি অৱাং-থংবা কুর্দ তাবা ইরাক্কী মফম অমসুং হন্দক মুক্না, খা থংবা মাইকৈদসু কুর্দশিংনা তাবা লম অদুনি ।

ইরাক্না ইউ: এস: গী প্লেনশিং, "নো - ফ্লাই - জোন্দা" পাইবদা মিসাইলশিংনা কাপশিনখি । অদুবু ইউ: এস: না সেপ্টেম্বর ১৪ দা সিপাই ৫,০০০ ইউ: এস: গী টেক্সাসগী ফোর্ট হুডতগী থারকপগা লোইননা এফ - ১১৭ ষ্টিলথ বোম্বরনচিংবা রেডরনা ফাবা ঙমদবা অমসুং লেজরনা বোম্বশিংবু মখোয়গী পান্দমশিং তাকপা থারক্কুনা কুৱেটতা

থুংখি । ডিও - গ্রেসিয়া ঈথংতা বি - ৫২ লাকপগা ইরাক্কী বোম্বশিং থাদবগী নকশিন্নহন্দুনা থমখি ।

আমেরিকানদি সাদ্দামবু লৌথোক্লবা হাখল অমতা তৌদে হায়না প্রসিদেন্ট বিল ক্লিন্টোন্না অচেৎপা হাফম থমখরে হায়রমই, অদুগা 'নো - ফ্লাই - জোনশিংদি' লেটিচুড ৩২° অমসুং ৩৬° তা ইরাক্কী মাইকৈ অনিদা আমেরিকানা শোইদনা থমগনি । অদুবু কম্যুনিষ্ট ক্যবাবু ফাইদেল কাষ্ট্রোনা ডিক্টেটর ১৯৫৯ দগী ওইবদগী ইউ: এস: না লম্লোন - ইতিক থিংদুনা হৌজিক ফাওবা থম্বদগী, ক্লিন্টোন্না ইউ: এস: না ক্যবাদা মীওইবগী অধিকার খুম্মাং চাওশিনহন্গনি হায়জরবসু অমসুং গনতন্ত্র পুরক্লবা শান্তি অরি-অনৌ শীনহন্গনি হায়জরবসু, লৈবাক অদুগী অবস্থা লাকশিল্লক্তুনা মীনুংশি খঙদবা ওইরি । অদুগুম্বা ইরাক্কী শেল-থুম অমসুং লম্লোন-ইতিক্কী ফিবম অদু ইউ: এস: না অসুম থিংজিন্দুনা থম্বনা আরব লৈবাকশিংগী মরক্তা ইরাকপু অথিংবা অদু থমগদ্রা চিংনৈ ।

১৯৯২ গী ইউ: এস: গী মীখলদা রীপ্লবিকানশিংনা হান্না ওইরম্বা প্রসিদেন্ট জিওর্জ বুশপু উপসাগরগী পোলিসী অদু লান্না শীল্লি অমসুং সাদ্দামবু লাকপা ঙমদবা ওইনা লৌখি । করেম্নবা ওইনা মরাল অদু রীপ্লবিকানগী বোব ডোলনা ক্লিন্টোনবু মরাল শীংনরি । ইরাক্কী মথক্তা মিসাইলশিংগী আক্রমন মার্চ্চ ৩ দা তৌখিবা অদু মরম অসিদগী তৌখিবনি ।

মসিনা ক্লিন্টোনগী অনিরকশুবা ইরাক্কী মথক্তা তৌবা আক্রমন্নি । অদুগা ইউ: এস: গী মরূপশিংনসু, হন্দক্কী এর্বিল সহর লৌবদা তৌরকপা ইউ: এস: না থাংজিল্লকপা খোংথাং অসিদা প্রতিবাদ তৌনখি । হুসেইন্না কুর্দশিংবু নম্থনবা মিসাইলশিংগী তৌশিন্নবা আক্রমন্নি । অদুগা থাঙ্গেশেংবদি ক্লিন্টোনগী পান্দমফমদি বোব

ডোলনি । য়াম্না হোংবা অমসুং মরম চাদবা তৌশিন্নবনা পৃথিবীগী মরা তল্লা পুরকপা ঙম্লোই । সাওদি আরাবীয়াগী রিয়াধ সহরদা ১৯৯৬ জুনদা ইউ: এস: গী লাম্নী আর: দি: এক্স: না পোকখাইহন্দুনা ইউ: এস: লাম্নী তরামাপল শিহনবা অমসুং ইউ: এস: গী তি: দবলিউ: এ: প্লেন অমা সেবোটেজ তৌদুনা নিউ য়োর্ক ময়াদা থুগাইবা অদু আরবকী পৃথিবীবু অথিংবা পিদুনা ইরাকপু থম্বনা ইরান অমসুং সাওদি আরাবীয়া নত্তনা লৈবাক কয়ামরুম্না ইউ: এস: গী মায়য়োক্তা শীংনবনি । অদুম ওইনমক আমেরিকাগী তি: দবলিউ: এ: কাইবদি ইঞ্জিন য়ারক্তবননি সেবোটেজগী খুদম উদে হায়না আমেরিকাগী মচিন চৎপনা হায়খি । বৃটিশ সম্রাজ্য নিংখাইরমদাইগী ফিবম অদু আমেরিকানা থেংনবদা ঙাইরি । চাওখৎলক্লিবা ইউ: এস: গী পৃথিবী পাঙ্গলদা অহানবা মতোমতা চেঞ্জবা মতম ওইবনা নোষ্টরদামসগী তুংদা থোক্কদৌবা অদু করিগী ইউ: এস: না থাজবগে ? সাদ্দাম্না ফরাসী মেগাজিন, 'লে নোবেল ওবজাবেটিওর' কৌবা অমগী মথক্ত ১৯৯৭ এপ্রিলদা মহাকপু মপুং ফানা ঙাওরবা, মীহাৎপা অমসুং হিংচবনি হায়বা মকোক থোংবা সরকারগী লুচিংববু ঙাকথোক্লবা আইনবু ইকাই খুম্নখিদে ।

হায়রিবা অসিনা সুপার পাৱার ইউ: এস: গী তুং ইনবা লৈবাকশিংগী য়াঙাংনি । অহুমশুবা লৈবাকশিংগী মরক্তা মথম্নতনা মনিং তম্বা ঙাক্লবগীদমক ইরাক্লম্বা ককচেংগুম্বা লৈবাক্লা নিউক্লিয়ার বোম্মাশিং, বিইওলোজিকেল লাল তৌদুনা মরৈবাক্কী মনিং তম্বা ঙাক্লবা হোৎনৈ ।

মখল মখলগী বুদ্ধি পুথোক্নুনা ইরাক্লা লেমজনা সাদ্দাম হুসেসইন্না আরব লৈবাকশিংগী মরক্তা হিংবা পামই । অদুবু সাদ্দাম্না কেমিকেল গ্যাস উপসাগর লাঞ্জাও, ১৯৯১ দা ইউ: এন: চীফ ইন্সপেক্টর রোবর্ট বটলরনা ১৯৯৮ জুনদা ভি: এক্স: শীজিন্নখিবনা গল্ফ য়ার সীমড্রোম হায়দুনা সিপাইশিংদা অনাবা লৈখিবগী প্রমান ফঙই । অদুনা ইরাক্কী সাসন লৌথোকপা খর থিনখি হায়রি । সাদ্দামগী নিংঙাই করি লৈরি । নিংতম্বদি মাংহনবা য়াবা নত্তে !

ককচেংগুম্মুক চাওরবা ইরাক্কী হৌজিক মনিং তম্বগী আশা লৈরি; প্রসিদেন্ট ক্লিটোন্না সাদ্দাম্বু লাকথুদুনা নোঙ্গরদামসগী তারিখ - ১৯৮৯ থা ৯ নুমিৎ ৯ নিংজিং মাংজিংনদুনা ইরাক্কী লল্লোন ইতিক থিংদুনা থল্লক্লবা অমসুং ইউ: এন: চীফ ইন্সপেক্তর রোবর্ট বটলরগী টীম্না খুৎলাই থিবা ইরাক্তগী তাম্থোকপা হৌরক্লে। মরমদি চহি মঙারোম মনুং নুপী-নহা ৱাথোক লৈজগনবা ক্লিটোন মীমাং ফমগদৌরি। নিউক্লিয়ার বোম্মা লিশিং ৪৫,০০০ ব্রীফ কেসদা হাপ্পুনা শো পায়রিবা পৃথিবীনা ইকাই খুম্নরিবা জিওর্জ ৱাশিংটোন অমসুং অব্রাহাম লিনকোনগী চৌকী মায়থিহনগদ্রা? ইউ: এস: না নং ১ সুপর পাৱার ওইরে হায়দুনা মথুরাগী কংসনা মথোই কাবগুম তারোইদ্রা?

— *লোইরবা* —

## পণুপ ১
# ইরাক্কী হৌরকপগী ব্রারীশিং

| | | |
|---|---|---|
| ১। | Saddam Hussein & the Crisis in the Gulf | লমাই ২৪ |
| ২। | - do - | লমাই ৩৬ |
| ৩। | - do - | লমাই ৪৫ |
| ৪। | - do - | লমাহ ৪৭ |
| ৫। | - do - | লমাই ৫৪ |

## পণুপ ২
# ইরাক্কী হৌরকপগী ব্রারীশি

১। Saddam Hussein & the Crisis in the Gulf লমাই ৫৫

## পণুপ ৩
# বাথ পার্টীনা ইরাক্তা পানবা

১। Saddam Hussein & the Crisis in the Gulf লমাই ৯৫

## পণুপ ৫
# ইরাক-ইরান লাঞ্জাও

১। Saddam Hussein & the Crisis in the Gulf লমাহ ১৩৭

## পতুপ ৬
## আমেরিকাগী মীরৈবাক রাজনিতি

১। Saddam Hussein & the Crisis in the Gulf লমাই ১৫০

## পতুপ ৭
## ইরাকী লাঞ্জাওগী খুৎশু-খুৎলাইশিং পৈখৎপা

১। Saddam Hussein & the Crisis in the Gulf লমাই ১৭৬

২। Reader's Digest, Nov. 1996. American Sting; Nailing the Iraqi A- Bombs- Martin Hell. লমাই ১৫৯

৩। The Telegraph, 25 July, 1994.

৪। The Telegraph, 21 July, 1991.

৫। The Telegraph, 21 August, 1995.

## পতুপ ৮
## কুৱেট

১। Unholy Babylon - Adel Darevish & George Alexander.

২। What are Bush's real goal in its Gulf ? Seem Sirohi, World News Special. লমাই ৭

৩। The Telegraph, 31 August, 1990 লমাই ৭

৪। The Telegraph, লমাই ৭

৫। The Telegraph, 27 December, 1990 লমাই ২

## পণ্ডুপ ৯
## নোংচুপ পাঙ্গলশিংনাইরাকপু শাম্নবিবনি

১ । How the West Appeased Saddam Hussein ?
by Rechel Flick Reader's Digest,
February, 1993 — লমাই ১৪১

## পণ্ডুপ ১০
## কুৱেটপু লৌশিনবা

১ । The York Times (reprinted in the Telegraph, 10th August, 1991) — লমাই ৯

২ । North Korea in Gulf Shock, Washington Times, March 12nd 1991 — পঃ অঃ ১

৩ । Saddam Hussein & the Crisis in the Gulf, — লমাহ্ ১৮৮

৪ । The NewYork Times, July 13th 1991 — লমাই ১০

৫ । Saddam Hussein & the Crisis in the Gulf — লমাই ১৮৯-৯০

## পণ্ডুপ ১১
## ম্যানিক অমসুং ভিয়েটনামগা চাংদম্নবা

১ । The New York Times, reprinted on the Telegraph, 10th January, 1991 — লমাই ৯

২ । North Korea in Gulf 'Shock', Washington Times, March 12nd 1991 — লমাই ১

৩। A Critical Analysis,....... লমাই ১৮৯
৪। The New York Analysis,........ লমাই ১
৫। A Critical Analysis,....... লমাই ১৪৯

## পতুপ ১৩
## লাঞ্জাওগী পাওনিখোল

১। On strategy II, লমাই ৮
২। Ibid, লমাই ৮
৩। Ibid, লমাই ১৯
৪। Ibid, লমাই ৩০
৫। Judges and War Powers in the Washington Post, December 19-1996 লমাই ২০
৬। On Strategy II, লমাই ৫৬-৭
৭। The Washington Post, November 22,1990
৮। The Guardian, The Telegraph, 20 January 1991
৯। The Telegraph, 20 January, 1991
১০। History of Israel, by Martin Noth লমাই ৩
১১। The Military Balance, 1990-1991

## পতুপ ১৪
## ইউরোপকী শাগৎলকপা ধমকিশিং

১। Hindustan Times, 29th 1991
২। The Telegraph, 13th January, 1991
৩। Ibid,

৪ । Challange of Republican Guards by Jasjit Singh,
Hindustan Times, 10th February, 1991
৫ । Jane's Defence Weekly, The Times of India, 31st January, 1991

## পত্তুপ ১৫
## ইউরোপকী কম্মুনিটীগা কুব্রেটকী মরমদা সভা ফম্বা

১ । Last Chance to Talk by Leisa Buyer,l Times International,
14th January, 1991 লমাই ৪
২ । The Telegraph, 10th January 1991

## পত্তুপ ১৬
## উপসাগরগী লাঞ্জাও

১ । Challange of Republication Guards by Jasjit Singh, Directior, Institute for Defence Studies & Analysis. The Hindustan Times, 10th February, 1991.

২ । Bush Orders Cease Fire, The Washington Post, 28th February, 1991 লমাই ১
৩ । On Strategy II, A Critical Analysis, লমাই ২৭৮
৪ । The Washington Post, March 2 1991 লমাই ১৩
৫ । The Hindustan Times, 31st March 1991
৬ । The Telegraph, 18th January, 1991 লমাই ৭
৭ । Ibid, লমাই ৭
৮ । Ibid, লমাই ৭

৯। Ibid, লমাই ৭-১০
১০। The Telegraph, 19th January, 1991
১১। The Telegraph, 22th January, 1991
১২। Ibid, লমাই ঃ
১৩। Ibid, লমাই ৩
১৪। Ibid, লমাই ৩
১৫। On Strategy II, লমাই ২৫৭

## পণ্ডুপ ১৭
## অনৌবা পৃথিবী মরা তপ্না পানবা

১। Text of the State of the Union Address, George Bush, The Washington Post, 30th January, 1991 লমাই ১৪
২। On Strategy II, লমাই ২৫০
৩। The Telegraph, 18th January, 1991 লমাই ৮
৪। The Telegraph, 7th February, 1991
৫। The Telegraph, 7th February, 1991
৬। The Telegraph, 25th February, 1993
৭। On Strategy II, লমাই ২৫১

## পণ্ডুপ ১৮
## সাদ্দাম্না পায়রম্বা নিউক্লিয়ার বোম্মাশিং

১। Reader's Digest, April, 1992 (Saddam Hussein's Secret Grab for the Bomb by Nicholas Rufforts and David Leppard । লমাই ১৪৬-১৫০

২। Ibid — লমাই ১৪৯-১৫০

৩। Ibid — লমাই ১৫২

## পতুপ ১৯

## সাদ্দামু হাৎনবা থৌরাঙশিং হেনগৎপা

১। The Telegraph, 21st July, 1993

২। The Indian Express, 15th July, 1991

৩। The Telegraph, 27th July, 1991

৪। The Telegraph, 12th November,1994 — লমাই ৩

৫। The Telegraph, 15th March, 1995, New York Times News Service

৬। The Telegraph, 2nd December, 1994

৭। The Telegraph, 16thJanuary, 1996

৮। The Telegraph, 17th April, 1995

## পতুপ ২০

## ইরাক্তা কুর্দশিংগী মরাইবক

১। Times International, The Gulf 15th April, 1991 — লমাই ৫৭

২। Ibid, — লমাই ১৮

৩। The Telegraph, 16th January, 1996 "I understand Saddam's staying power, Bush".

৪। The Times International, 15th April, 1991 — লমাই ১৮

৫। The Telegraph 21st August, 1995

৬। The Telegraph, 10th August, 1996

৭। The Telegraph, 9th September, 1996 — লমাই ৪

৮। The Telegraph, 3rd April, 1997.





